# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া

( অহুমশুবা শরুক )

## লাংবচক্কী — নোংদলাই ফাওবা

[illegible] — মংলেম মৈতৈ

# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া

(অহুমশুবা শরুক)

লাংবচক্কৌ-নোংদলাই ফাওবা

[illegible] অমসুং শী[illegible]কপা :—
অঙ্কইং চনম্ম ৺বিরহরি মৈতৈ লৈশিনা
খায় উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই. ইম্ফাল

ফোংদোকচবা :– সং লাইঙ্গেম মংলেম মৈতৈ
লাইবেঙ্গম ময়াই লৈকাই

ফোংবা.— নোংদালাই কুমশিং ১৯৯০ খৃঃ ১৯৯৭ শকাব্দ :— ১,১৯
মেরা (অক্টোবর) থা

কোপী মশিং :— ১০০০



নম্ফম :— কেঃ আরঃ প্রিন্টিং প্রেস
লবার কৈশামপাৎ নম্বুল মপাল, ইম্ফাল, মনিপুর

# লাইরিক অসিগী মরমদা

লৈবাক অসি লাই ডাক্তুনা হান্না পল্লম্মী। মতমদুবু শিংথেক্লবা মতম হয়ম চক হায়না খংনৈ। অসিগী মথংদা চক মরি থায়বে (হয়িচক হয়াচক, খুন্নচক, লাংবচক) হায়না। হয়িচক্তা ইহান হান্না পাল্লম্বা নিংথৌদি পাখংবগী মচা পাগ্রংবনা নিংথৌ ওই। চক অসি চহী ১৭,২৮০০০ পানগদনি। পাগ্রংবনা হেক পোকপা মুমিং শজিভূগী ১৫ নি পানবা সগোলশেন মুমিত্তগী হৌই। অদুবু পাগ্রংবনা চক অসিগী চহি ৫০০৮ চংবা কালেনগী ৫ নি পানবা শগে লশেং মুমিত্তা য়েক ৮ কী চাদা নাগুদাবা থি। মুমিং অদুদগী হয়িচক হৌবগী ৫া ওইনা ইরম্মি।

হয়াচক্তা মবুধিবনা নিংথৌ ওইনা ইহান হান্না পানখি চক অসি চহী ১২,৯৬০০০ না শাই। হৌখিবনা মেরাগী ৯ নি পানবা য়ু. শকৈশা মুমিংগী চক অসি হৌখিবনি। অদুগা খুন্নচক্তা ঈশিংনা ঈথুম্মুবদগী ঈচিংথাক্লবা হোৎনবদা চহী ৮ ৬৪০০০ পানগদববু চহি খরা হৌখিদুনা মুংবা মহারাজগা, নেংপোক লোইরং পাম্বোইবীগা অনিনা হান্না পানখি।

লাংবচক্তা চহী ৪,৩২০০০ না পান্দুনা তাইবং কুম্মে শান্নগদবনি। চপ চাবা মুমিং থা অসিদগী চক অসি হৌখি হায়বা ইরমদ্রে। চক অসিগী চহা ৭৭৮ দগী চহী ৫০৯১ যাওবা নিংথৌরোন ৮ না মথং মথং পানখি। লিশাং শিংনা চাদা নাগুদাবা যংথিদবদগী লাংবচক্কী চহী ৩১০৮ গী ইভাগী ১৫ নি পানবা শগোলশেন মুমিত্তা নোংদলাই শাফোংখি। সনা হাক্তক্তগী মাংলেনা শমথখিদুনা নিংথৌরোন কয়ামুক শমথখিবদগী নোংদলাইবু অহানবা নিংথৌ ওইনা শিংথানরি। চহী থীবগু সনা হাক্তক অসিদগী হৌখি। খুংগী চহানা নোংদলাইদগী চহি ৭ হাল্লি। খুংচহিদা চহি ৭ খাইবগা লেংবাইহী চহী ফংনি। মতুংদি হৌজিক লাংবচক্কী চহি কয়া শুরবাগে খতগে হায়রবদি নোংদলাইনা লোবগা লা। ৩১০৮ নি খুংগী চহি ৭ হানখিবা মরম্মা (৩১০৮ – ৭) = ৩১০১ নি। হৌজিক খুংগী চহী ১৯৯৭ ওইরবনিনা (৩১০১ + ১৯৯৭) = চহী ৫০৯৮ নি মথং থংনা লাংবচক্কি চহী ৫০৯৮ নি অদুগা নোংদলাই চহীনা ১৯৯০ নি। নোংদলাইগী মতমদগী সনা পুয়া হায়না শিজিন্নবা থেংনৈ।

অইবা --

# য়াওক্রম তাকপা

| হীরম | লমায় |
|---|---|

মপা মপুগী খুবম্বু শংতুনা লৈঙম্বা অসিদো খোয়য়ুম কোইরেল লাইনা য়েংঙমদরে পাউশারবনিনা কোঞ্জন মিংয়েংবু করি কমদৌনা কোঞ্জন শাথোক নোংদমশি হায়বনো, হৌজিক্তি চিংখৈ মরুপ্ত লৈকারক্লেদো থাংজিং কোইরেল লাইগী মনিং থুংনবা মরুনা ফালম অমতা নোংদম্বী ও'' ॥

চিংখৈ মরুনা হায়, "খোয়য়ুম কোয়রেল লাইগী নোংদম্বু তেংবাংনবা অতুমুঙ্গীবু শাথোক ফালম থৌপুনবা খোয়য়ুম মারহনবগা, খোয়য়ুম মার্জিঙ্গা লোইনরক্লীবনি হন্দক্কি শাথোক ফালম অসিদো খোয়য়ুম অনিগী মঙম ওইরশনু'' শিন্নতুনা য়ানরে ॥ শাথোক খোংলম থিগ্রে ॥

## খোয়য়ুম মারহনবগা মার্জিং পাখংবগগী লারে

মারহনবনা হায়, কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মার্জিং পাখংবা নঙ্গী শাথোক ফালমগীদমক্তা ঐবু তেংবাং থৌয়াবনি করি করম্না শাথোকশি হায়বনো? মার্জিংনা খুম্মি, লাইমিংথোই মারহনবনা ঐগী ইয়াম্বা ওইনা শাথোকমিন্নতুনা হৌ কংলৈ হিপু য়াইপুবা স্না পুংমাইয়োন্দা লৈঙম্না থৌশিনবিরো ॥ রা তান্নতুনা তাইবং শকথোং চংখোনবা ওইনা শাথোক্লুনা তাইবংশিংনা খুদিন য়াকাবুংদা চংলক্লুনা য়াউঙম্লে ॥ লৈফম্নম্বা তাইবংশিংনা ঐখোয় অসিবু কমদৌনিবনো, ঙমলাইনা ওহাক লৈরা অমা হায়, নোংঙাল্লে অমা হায়, মশিদা তাইবং ঐখোয়না পানংদবশে রানা থোক্লেদা, ঐখোয়বু হোংনবা তৌরশিরা ইনাওশা ॥

শাথোকপা তাইবং শাবনা হায়, স্নাম্বশা তাইবং ঐখোয়শিবু ইং নগুক শোনবনো, ঐখোয়না হৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োন্দা চংতুনা যমদবনা উমং রামংগী শা রাহ ভারোইনিংনা মনিং পাংলৌ তৌবনি, ঐখোয় কংলৈদা চংতুনা ফম্মশি মখোয়না হায়বা পুম্বা ঐখোয়না য়ানিদ্রগা লোইরে মখোয়না অহায় অহায়বা ঐখোয় খ্বায়না থৌবুনতুদা য়াহ হায়তুনা নমথেক নমতানবনি চংশি ঙসিদগী কংলৈ ফম্বা থোহৌরশি ॥

তাইবং অহন রুং লাইয়েক শখাইগী পাউরোইনবনা হংঙি ॥ ইংখং নখোয় অনিবু কানো ঐখোয়বু নাওকোল মিংয়েংশাংতুনা লুচিং পাউশা কুবিবা অশিবু?

অহন পুন্সি নুংশাংলবা ঐখোয় অনিদি (অঙ্গহং) লাইয়েক য়েলুপকী ইঙাংলেন কৌবনি ঐদি, ইনাওনি ওহৈথম ফম্বাল লা লিবা অসি পৌপ্রালেন কৌবনি ঐখোয় অনি উমং লাইনু খুহুম চন্নবা থোপুগনি তাইবং ইপাচাগী থৌরম খুদিং লৈথিনা থোপুমন্ননি চংশি ঙাংনরে ॥

ঙা-লাইয়েকী য়েলুপমগী শারো লাংবনা হায়, মহাম্বুং লুম্নাং হেনবা ইঙাংলেন ঐখোয়বু লুচিংবীনবা লৈখিদবদগী ইতু শোনবনি লুচিংবীনববু লৈরমলবদি ঐখোয়না উমং লাইবু করিগী অকি তুজুং ওইরুগবা, ঐখোয় পুন্নমক্না লোইন থোগল ওইনা হৈনা ভুংইল্লগে করি করম তৌশি হায়বনো নোংদম্বীরো ॥ পুন্সি নুংশাংলবা খোয়য়ুম লাইরবচন্দা শিঙারবপা পুম্বনা লুচিংবীতুনা হৌলম্মা হনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন্দা খোঙ্গা লৈফম্নবা থোপুরশে ॥ লৈহৌবা তাইবং মখৈনা ঐনা

কোয়না পাউজেন্দুনা মাগী মাগী মপামচাগী থৌপু লৈপান্নবা পাউদাক্লগে পাউশানদুনা পৌপ্রুলেন মনাওনা লৈপুং য়াকারম্বা তাইবংশিঙ্গা লোইনদুনা হৌ লম্মা হনবা কংলৈদা খোঙ্গানবা থৌপুরো ॥ ময়ম্বুং ইঙাংলেন্না হৌ কংলৈ লম্মাহনবগী অকোযদা চত্তুনা পাউশাবে ॥ তাইবং পুম্বা ইপা ইপুগী চৎলম লুতিন লাইরকচনবু নামুং চৎলম চৎফরোই ঙসিদগী নঙ্গী নঙ্গী নঙম্ব থৌপুনা হৌ লম্মাহনবা কংলৈপুংদা খোঙ্গানরো পাউশানা তাইবং খুঙ্গং শিন্না পাউজেন্দুনা তাদ খংদবা লৈহন্দনা কংলৈদা হল্লক্রে ॥

## ১নং লাংবচঙ্গী কুমশীং ৭৭৮ শুখবদা ইঙাংলেন্না লৈপুবা ॥

হৌ লম্মাহনবা কংলৈপুংমাইয়োন্দা মৈতৈঙ্গু ইঙাংলেন্না লৈফমদুনা মশানৌ পৌপ্রুলেন কৌবনা খোয়নুম উমংলাইবু লিফা লিপুনবগী খৌপুনা লৈঙমদুনা উমংলাই পুম্বা হৌ কংলৈদা লাইবপ পুম্বা মাগী মাগী লাল্লুপ খেংলম খায়না খোঙ্গানহল্লে ॥ তাইবং পুম্বা উমংলাইশিঙ্গী থৌদা থৌপুনবম্বু শোত্তুনা মাগী মাগী চংলম লাইবকচন কাইদনা থৌপুনদুনা মনিং তম্না লৈপান্নবে ॥ তাইবংশিংবু খোমজিন্দুনা লৈবাক যাইফা নোংদম্ব থৌশিনবিরম্মগা মশানৌ পৌপ্রুলেনগী মফম্নাংদা হৌ কংলৈ লম্মাহনববু শিন্নবম্মগা খোয়যুম ইঙাংলেন মফম্নাং মালং চীংদা হনখি ॥X

## ২নং লাংবাচঙ্গী কুমশিং ৯২৮ চংবদা পৌপ্রুলেন্না লৈপুবা ॥

লাংবচঙ্গী কুমশিং ৯২৮ লৈচংবদা মৈতৈঙ্গু পোপ্রুলেন শিদবনা লুচিং থৌয়াং শাফবা ওইদুনা হৌ লম্মাহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন্দা লৈশং ফম্বাল থৌপুরে ॥ অশাই অশমগী ফমদৌ :—

নং—লাইয়েক্পী লম্বুবেল য়েন্নুপকী লুচিংবা তাওমরিংবা ॥ হৌ থাংরাই লম্মাহনবনা কোনবগী, হৌরাইবং লম্মাহনবা কোনবগী ॥

নং— লাইয়েক্পী য়েন্নুপমগী মান্দীংবনা লুচিংবা ॥ হৌকেগে লম্মাহনবনা কোনবা লমগী লুচিংবা চৈগা য়াংতেকপনা চিংবা ॥ হৌ খুবোই লম্মাহনবনা কোনবা লমগী লুচিংবা ॥

রুং—লাইয়েক্পী য়েন্নুপমগী লুচিংবা পনশা চৈবনা চিংবা ॥ হৌশেলোই লম্মাহনবনা কোনবা লমগী ।

ঙা—লাইয়েক্পী য়েন্নুপমগী লুচিংবা শারৌ লাংবনা চিংবা ॥ হৌ লাংলোই লম্মাহনবনা কোনবা লমগী লুচিংবা ॥

কোং—লাইয়েক্পী য়েন্নুপমগী নাবৈ থেম্বনা চিংবা ॥ ফমদৌ ফম্বৈ ৬৪ বু লুচিং ফম্নাইবা হাপ্পুনা মাগী মাগী ফম্বৈগী পরম্বু থৌয়েংনা থৌশিন থৌপুনহল্লে ॥

নোংপোক লৈমা নিংনাংদবীনা কংলৈলুতিন্দা তানফংজগে হায়দুনা মৈতৈঙ্গু পৌপ্রুলেনগী মফমদা থৌনিরৈএ ॥ মৈতৈঙ্গুনা থৌয়াংদুনা লুতিন লৈয়া লৈরৌনদুনা ওইথম ফম্বাল লাংহল্লে ॥

থাজা খন্না লৈরগা পিবা লুচিংবা কংলৈস্নাগী লুচিংবা ফম্বাল লৈফম লৈবাক নোংথৌতুবগী উমুজী মথক্তা ফম্নবগী থৌরাংছুনা ময়ুম য়েলুপমগী লুচিংবা ৬ না মাগী মাগী ঈশেংথোং মরুদগী ঈশেংবু পুনরক্তনা ইক মাইতাবগী ইহৈনরে ।। অশাই অশম্না থৌগম্না হৌ কংলৈ লম্না হনবা কংলৈ সনা পুংমাইয়োনগী লৈশংবা য়েলুপ ৬কী লুচিংবা পিবা ফম্বাল তোংলে ।। ফম্বাল মিংছুনবু ময়ুম পুম্বনা (ও স্না তরেং খোম্বা, কোনকুরেন কুং সনা মনিক খোম্বা লোতংবেং ওবা কমসা চালুপ অহুমগা য়াষ্ঠে=৩৫০ পুন্সিবা অঙ্কহং লাইয়েক য়েলুপমা পুকমলেন শিদা ) মিংচন্দুনা ময়ম ময়ুমগী লৈপেং লৈরাংবু লৈছন লৈরাংনরে ।। ওইথম ফম্বাল লাংবী ইংম্না নোংপোক লৈমা [illegible] (নোংস্না মনিক খোম্বী) লৈছন লৈরাংলে ।। ফম্বাল তোংগী [illegible] দা মৈতৈ [illegible] মচা নিপা অমা তানফংজেএ ।। চাবোক খোংলমগী ঈপাদা [illegible] থৌপুনছুনা নাওনা অপিচাগী লাইমিংবু লৈহৌনখ্রবা মকলোনশিঙ্গী [illegible] (কোঙ্গীল্লাংবা) মিংছন্দুনা পুক্কি হরাও তয়ান্না তাইহঙ্গা [illegible] নোংদম্বাছুনা উমং লাইমিংবু [illegible]লুপ খোঙ্গানহন্দুনা পাল্লে ।।X

## ৩নং মৈতৈগু কোঙ্গল্লাংবা লাংবচক্কী কুমশিং ১২৭৮ চংবদা ।।

মৈতৈগু কোঙ্গল্লাংবনা খালৈমা হেমগু ঙম্বীবু লুচিন [illegible] কলৈম্ন ফম্বাল লৈশংবা লুচিংবা পিবা ফম্বাল তোংলে ।। মতুংদা ইবেম্মা [illegible] হৌথিবা মকশিংবু কাউদনগীদমক লাইমিংবু কোনচ লাংবা মিংচন্দুনা য়েংবা লৈশনা পাল্লে ।।X

## ৪ নং লাংবচক্কী কুমশিং ১৪৭৮ চংবা মৈতৈগু কোনচীপাংবা ।।

মৈতৈগু কোনচীপাংবনা নোংপোক লৈমা [illegible] লুচিন [illegible] হৌ কংলৈ সনা ফম্বাল লৈশংবা পিবা ফম্বাল তোংলে ।। মৈতৈ লেমানা [illegible] পোংবোং নোংখায়বা [illegible] পুন্সি মুংশাংলা পাল্লে । X

## ৫ নং লাংবাচক্কী কুমশিং ১৭২৮ লৈচংবদা মৈতৈগু পোংবোং নোংখায়ব ।।

মৈতৈগু পোংবোং নোংখায়বনা লাই লৈমা [illegible] লৈনা [illegible] পিবা ফম্বাল তোংলে ।। মচা ইবুংঙো অমা তানফংজনবু [illegible] কিনাইনা [illegible] লৈপাল্লে X

## ৬ নং লাংবাচক্কী কুমশিং ১৯৬৮ লৈচংবদা মৈতৈগু তাইমরেং কিনাইবা ।।

মৈতৈগু তাইমরেং কিনাইবনা পিশিল খোম্বাবু লুচিন লৈরৌছুনা পিবা ফম্বাল তোংলে ।। মৈতৈ লৈমা ফমথোন ফমগোম ৭ লুচিংবী মচা ইবুংঙো [illegible] মুংকোবা মিংথম্না তানফংলে ।। পুন্সি মরা লেমফু তানা য়েক্লবা লৈতনা পাল্লে ।।X

## ৭ নং লাংবচক্কী কুমশিং ১৯৮৮ চংবদা লাইরুম নুংফোবনা লৈপুবা

মৈতৈশু লাইরুম নুংফোবনা নোংখোং লৈমবু লুত্তিন লৈবোহনা পিবা ফম্বাল তোংলে ॥ মৈতৈ লৈমা নোংখোং লৈমনা মচা ইংগংদে লাইরুমলেন পোক্লুনা মবা লেমকু তানা লৈপাল্লে ॥X

## ৮ নং লাংবচক্কী কুমশিং ২৩৮৮ চংবদা লাইরুমলেম্মা লৈপানবা

মৈতৈশু লাইরুমলেম্মা যাংদৌ লৈমবু লৈপান্নহুমা পিবা যম্বাল শোংহনা মচা ইবুংঙো লাইলুম কাবা ফংজহনা যেক্লবা লৈংনা পাল্লে ॥

## ৯ নং লাংবচক্কী কুমশিং ২৫৩৮ চংবদা মৈতৈশু লাইলুম কাংবনা লৈপালবা

মৈতৈশু লাইলুম কাংবনা কংলৈ স্না ফম্বল শংলে অসাই অসম :—

হৌ পাংগাই লম্মাইহনগী লুচিংবা লম্বাখুবা ॥
হৌ নাইরং ,, ,, কামরিবা,
হৌ কোপে ,, ,, বাঙ্মুবা,
হৌ খুবোই ,, ,, খেমানবা,
হৌ শেলোই ,, ,, থোকচ হৈবা,
হৌ লাংলোই ,, ,, ফোইদিং লোকাইবা অসিনচিংবা

কমদৌ ৬৪ দা থোরম পুম্বা শিন্নবগা কংলৈ শংবগা থৌবম্ম মপুক লুম্নাং লৈথানবা ৬মদনা নোংদম্বগী লাইমিং থাগোন্নবনা লুম্নাং অথোইবা ওইনা লাইমিং শিংখেক ধানা রায়েল নোংদম্ম খোপুহনা লৈকোইহনা কুমজা চালুপ অনি লৈরমখ ॥ থৌবম্ম উবহনা লৈমুং হায়ু যাবা চাখা পিরান হাম্বানা লাইনিংববু থুগায়বগে না লৈ পিবা নাওদা থনমদহনা 'পিববু নাংহনা শাইহংবু নাওকোলবানবা লৈংহনা তাইবংশিংবু কা থাং পুথংনখনি হায়গী লাইমিংবু নোংতা নোংখোং লেম্বা নিংহল্লা শাথোক্লনা মৈতৈশু লাইলুম বাংগা লাইনিং পু অরাং থেঙ্গুং চীংলেন আঙ্গি ইশাহ কোন্দা লাংহনা শাথোক ফালম মমল খল শাযান্দুনা লাইনিংবন ধুগাইনবা খোপুনবদা মৈতৈগী লাইনিং চেংখিবনা থুগাযন মাদ্র, মহদা ইবেম্মনা শাপিহনা তাইবং লুম্নাংবু শুমহৎনবী শক থাংবু শাশোংহনা মৈতৈ লাইলুম বাংগী ওইবমদা চংহনা যাম্না ॥ লাইনিংবা মৈতৈদা থেম্না লৌনা পাউনেইবাব্র ॥ 'কংলৈ শংবা তোঙাংবা অসিবু কবিনো লাইনিংবা চায়বশিদি তাইবং ইপোক ঐখোয়গী নোংদম্বনা থৌদাবকপা থৌবম্ম থৌবোই থৌপুনবম্মগা খোয়মুম অথোইবা মাবু তানফংনবা ঐদি নঙ্গী থৌদাব থৌবাইঅবে ঐবু নঙ্গী নচম্মাংদা লৈভম্বা থৌশিন নোংদম্বীরো মফম্লাংদা পাউশানা নিঙ্গদবনে, মৈতৈশু কংলৈ শংবা নথো নওম্ম থৌবাইদনা লাইনিং চৎলম্মা থৌহৌবদি লাইরকচদা নামু চৎলম্মা থৌহৌহনা হৌ-ম্মাইনবা কংলৈ মা পুংমাইযোল অসিগী লৈরিবা তাইবংশিংবু লৈকম চাফম খংদনবা লাইনিংবা অসিবু চুম্বিত্রা" ॥ রাদু তাবদা

থৌবু থৌওন্নরবোইয়ে মশক অসিদি নোংলুম ওইনা লাকপনিনা উচেকশ্না নাওকোনগদবা ওইবনা ওন্তবনি হায়দুনা উচেক্না মকোল শাবা উথুং অমদা অমুক নিংথিনা থমখ্রে ।। থাজা অনি শুবদা য়েংঙে মহুদগু ওন্ত্রে, লাইবেম্বীনা মপুক তাথিবহুনা পাউহোম্মে "নোংদম থৌশিনবা মরু নঙ্গী নোংদম্ব, থৌপুজববু কবি মুংবু ওন্দবনো নোংদম্বা নংবু ঐনা থাগোলবদা নঙ্গী লাইনিং থৌরম্ব কাইওন্নবা থোকউবনা ঐনা নংবু থাকৌববু কাইনবা থৌশিল্লবোই, অহুবু নযাথংদি কায়দনা পৌখুগে ঐনা কোঙ্গবদগু ভমদ্রবনিনা মালেম ইমাবু কোলহল্লগে" হায়হুনা হৌ লম্মাহনবা কংলৈগ্না পুঙ্গী মনুংদা পামেল অমগী মখোংদা থৈজুপ মাইথং মরোল ৭ থানা নোংলুম্ব থম্মগা ফিবান বুখুংগা মালেম ইমাদা শিন্নহুনা থমখ্রে। মুমিৎ খুদিং মফম অহুদা চংহুনা য়েংজে নোংকোবৌ অমম্বু মশক অহুবু হোংনা লৈবগুবদা মপুক তাথিবহুনা মা শঙ্গাইদগী ইপাল্লাংদা থোকখিদ্রে, মুমিৎ থাবু য়েংহুনা চাপা থকপা পোথবা লৈতনা নোংদম্বা লাইবু নিংহুনা কোবৌ শিংথাবা ভমদনা অমুক পুকম থাগানহুনা লৈবক্লে।। কুমজা খরগী মহুংদা মগুমতনা খাম্বী মৈ থানবগুম মালেম চিবা ৮ বু ফাওনা ভান্না ভাইবং চংখোলবা কুমজা ১৫ লৈতংবগী শকপং ওইনা লাংবচক্কী কুমশিং লিপুন অহুম চানুপ অমগা নিপানা — ৩১০৮ গী ইংঙা থাগী থাজা ১৫ (তাবমঙানি) পানবা থানিল নোং কোবৌ শাগোলশেনগী মুংথিল পোপ্পা হুনবা মতমদা শাথোক শাফোংলক্লে ।।

লৈফম খুদিং খংহৌদনা নোংখোংনিক্লে, নোংথাং কুপ্লক্লে নোংলাওবে, ওকপুবোইনা ওকওয়ে, শজিক্লা নোংদম্লে, থবানা নোংখাইবে।। থৌবম্ব উবদা মাইগে ভাকপা লাইশিদবা — কৌক্রু, চিংখৈ মরু অচিবা, নোংপোংক অপাম্বা, মৈবম থপ্লাংবা, খা রাংলেন শম্পোং থাংজিং, নোংচুপ মরু অশিবা, অরাং মাবহনবা, খোযযুম নিপাম্না মাগী মাগী লৈফমদগী য়েংনববদা পামেংগী মখোংদা খাম্বী মৈরা থালবহুম লৈবনু উবগুনা মযম্লাংদগী কংলৈ সনা পুংমাইয়োন্দা খোঙ্গানরগুনা থেম-নৌন ব ।।

হে ইবুংঙো কোবৌ নোংথৌদগী খোঙ্গুম্নক্রুনা শাফোংবা সনা মিংলনবু খোয়যুম ঐখোয় নিপান্না নোংদালাই পাখংবা মিংথঙ্গগে দা। নংনা শাথাক শাফোংনববু লমদম অতাম্বদগী য়েংজবকপদা পামেন অসিগী মখোংদা শাফোংববু মাইগে ৪ শুংদাই ৪গী খেয়যুমনা উজববু তাম্মেংখিয়ে লুতুংনগু কান্দনা লৈহৌনবা পামেন অসিবু (উবৈবোম) হায়না খংনাশ।। হে ইবুংঙো নংবু শাথাক শাফোংদে হায়বগী ইমা লৈম্নং যাখু থাবী — নোংঙা নোংখোং লেম্বীনা নংতবু নাও-বোইজগে হায়বগী নোংদম্বা লাইবু পুকম লৈপাইজহুনা মযুম যুমজাও মলেন্দগী ইপাল্লাংদা যাথোক্রুনা লাইব নিংহুনা ভাইহুনা লৈখিএ।। হে নোংদালাই নযুম শংলেন্দা লেংশিল্লশি ইমা যুমজাও লৈমবু নাওবোই নাওকোঙ্গবা তাম্মেং নোংদম তম্বীও পাউশানা থেমনৌনা পুমিল্লক্রুনা ইমা যুমজাও লৈমা নোংতা নোখোং লেম্বীগী মফমদা লৈশিন্নবে। নাপনা নোংখোং লেম্বী ইমা

য়ুমজাও লৈনা অৱা লুম্নাং কোক্লুনা হরাও তয়ান্না নোংদলাই পাখংবা মচাবু মথান্থুংদা থাগোঞ্জরে ।। কোরৌ লৈশক খংনবা চিংথৈ অচিবনা মুঙ্গেং পাক্তগী ঈশেংদু শোক্লুনা তাইরেন নাবোংবগা, নাপীগা শিংবীগনা লুপ্পুনা শাথোক পারম্মু পাউশানা থিকপেং ইচাইনা ফিশেৎ লৈচিনবু লৈতম্নরে ।।

হে নোংদলাই নংনা শাথোকপা কোবৌ কুমিৎ অসিদা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১০৮ চংবগী ইঙা থাগী ১৫ নি পানবা নিনমাং নোংকোবৌ মুংখিল পোপ্পা হনবা থরাই পিচা গাদোন্না লৈপালবদা শাথোক্লুনা ইমা য়ুমজাও লৈমা নোংতা নোংখো লেম্বী ইমনা নাপ্পবোইবীবু ওইনৈদা সনা মিংলেনবু (দিতবং পাখংবা) লৈহুনগে ।। খুংশেৎ যিরোলবু খিগে ঙাংঙ্গানবব শেংপিও ।। নখুৎশু থাংলেন্দী মযা ৭০০ পানবা চকথাং (কুপশেৎ মিবাকথাং) কৌনা শুঙমশি ।। মাইয়োকথা লৈনা থম্বাল চালুপ অমগা নিপাল কোবা ঙাংঙ্গানবা অসিবু লাংজগে ।। লৈথেং লৈবাংবু লৈশংলেন লৈরোংবা অসিবু থেংপিও ।। খাম্বী মৈদি মৈশেং মুংদগী হৌহুনা চীংরেন বৌনা উ অসিনা হৌজরগে খাম্বী মৈয়াই মৈতিক্লবিও ।। ওম হৈ, ওম হৈ, ওম হে নোংবৌ অসিদগী হৌ ফবিরো ওরা ।। পাউশানা থিকশেংহুনা শিন্নবম্মগা খোয়য়ুম ৮ বু মাগী মাগী মমাংদা হম্নখে ।।

## ১ নং নোংদলাইগী পোইনাওতা লাই শিদবগা উনবা হোবা মতম

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৩ চংবদা নোংদলাই পাখংবগী মপোক ০ লক শুবগী শাংফাংবা কুমজা ৫ চংলে ।। কুমজা অসিগী লাংবনগী ৩ নি পানবা শগোলশেনগী মুংথিসদা লাইনিংথাই অশিবনা চহী য়াম্রবা খোয়য়ুম্লক্তা শিংথাববা অহল অমগী মশক্তা শাথোক্লুনা নোংদা লাইবু থিবল্লে ।। নোংদলাইবু মাগী লোইনবা মপাজা কনা লৈঙমদবনা মহক্না নোংদম শংলেনগী মথক্তা ফমহুনা শান্নহুনা লৈঙম্মি ।। লাইশিদবনা হংখি, "অঙাং নংব কনানো নোংদলাই হায়বা অহুবা" ? অহন পুন্সি কোংযাং পালোইনবা য়ান্না শাবদা নাপ্পা ঐবু খোইজং গোইদনা পুংঙোনখেদা নোংদলাই কৌবদো ঐনি, অহন মুংশাংলবনা কনানা তাইবং কনা উদবা মফম অসিদা উহন খংহনবিগে নোংদম্বীবগুম খোংদাবকপবু নোংদম করিবু বুথিগদবা তাকপীনিংবনা বরি লৈবা তাকপীয়ু ।। নোংদলাই ঐ অশে পোইনাওবা লাইশিদবা কৌবদো ঐনি, অহুগা ঐনা মফম অসিদা লাকপদি নংনা নপীজা কনা য়াউদনা লৈবা উবদা মুংঙাইহনহুনা লাকপনি ।। লাইশিদবা লৈবাক অসিদদি উমং লাই শারোই লারোইশিংনা লৈবনিনা ঐনগা তাইবং ওইবনিনা মখোয়গা শম্ননিংদহুনা ইথস্তা শান্নহুনা লেবনি ।। অহুদি নোংদলাই নংবু তাইবং নপীজাগা লৈমিন্নবদি পামব্রা ? লাইশিদবা তাইবং ঐনবু করিগী তাইবংগা লৈমিন্নবা পান্নোইদবনো লৈবাক অসিদা তাইবং কনাবু লৈবনদবনা ইথস্তা লৈবনি লাইশিদবশু ঙসিদগী চৎপিগ্রমু নোংদলাইবু নপারিবু শাক্তা

নাওল্কোক্কবীরো নফম্লাংদা অমুক হনবা তৌদনা ঐখু কোনবীরো ॥ নোংদলাই নংনা ঐগীদমক্তদি ৱাগন্নু ঐদি নঙ্গা মতম পুম্নমক্তা লোয়নদুনা লৈরিবনি, লৈবক্তু লৈগদবনি নংনা ঐবু উনগে নিংবা মফম খুদিং খুদক অহুদা লাকদবনি, ঐদা হৌজিক্তি ননাক্তা লৈবা য়াদ্রি অদুগা নংনা তাইবংবু য়াইফা নোংদম্বীগে শাবোই লায়োইশিংবু নমহত্তুনা তাইবংশিংবু চাওখংহনগে হায়বনদি লৈবাক অসিদা লৈহৌডৈদগী খুন্দাদুনা লৈজবক্রবা তাইবংশিং উমং লাইবু কিবদগী চাংদা কোইজাহনদুনা লোঙনা মযুম য়েলুপ ৬ পু লোক্তনা লৈভম্মী নঙ্গীদমকপু ঐনা থেমখোকপাকগে নংনা নপুক শেংলন্দি ॥ লাইশিদবা নঙ্গী নখোং থানা খংশন্নু মালেম অভানবস্তু তাবশন্নু নোংদলাই ঐ মালেম ইমাবু লৈপাইনা বাশক ৱাবেপ্লববনি ঐনা তাইবংবু য়াইফং থৌবম্বু থৌপুনি নয়াথংব চিক্তোক্লোই ॥ অদুদি ঐ তাইবংবু কৌকয়গে চংলে ॥

## পোইনাওতনা তাইবংবু কৌথোরকপা পরম পোইরেতোন খুম্হোকপা

পোইনাওতানা তাইবং বোইজায়নখিববু হিবকপদা চীংবা পানশা ৯ ৱাংমদা কাংবু ৫ থক লৈফম অমংদা লৈবম্মে ॥ লৈফম অদুবু উবদা পোইনাওতা লাই শিদবনা হায়, "কংলৈপুং মক্টয়োলগী তাইবংদি লৈফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈবেদনা মফম অসিবু মীবমলেনগী লৈফমগুম্না মপুক লুম্নাংবু লৈথানা মীবমলেন্দা শাইদাংবগুম লৈবেদো" পাউশানা মখোয় খ্নাইগী মনাক্তা চংলদুনা থেমনৌবে ॥ তাইবংশা নখোয় পুম্বনু কোনশিনবীনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন্দা কোবৌ নোংথৌদগী খোঙ্গুম্বীবক্তুনা লাইমিংবু নোংদালাই পাখংবা মিংহুন্না শাফোংলবে, নখোয় খ্নাইনা লমহাং অসিদা তাংতনা লৈবগুম লৈবশে থাদোক্লসি নঙ্গী নঙ্গী নফম্নাংদা হর্ষজ্ঞন্নবা শৌভম্লো ॥ পোইনাওতগী ৱা তাবদা থবাবেনগা মচন লাই খুংগো বীগনা লুচি বা কাংবুগা, ভাগুম্হোক্ক ভাংনিংশঙ্গনা লুচিংবা লুম্পি ঐখোযদি মথম অসিদা মংম থবা লৈভমখিগে পাউখুমদুনা লৈবে ॥ লাই শিদবনা হায় নখোয় য়াদবা মথৈদি মফম অসিদা খুন্দা-দুনা লৈহৌরো নখোয় খ্নায়না লাক্লিংবা মতমদা লাক্লো, নখোয় খ্নায়না লৈহৌবা মফম অসিবু লুতুংনা খংহৌনবা (তাংবো) হায়না কৌগে লৈহৌবো হায়না থনম্লে ॥

পোইনাওতা লাইশিদবগা লোইনদুনা পোইবৈতোনগা লাইনাওতবীগনা লুচিংবা লুপা অমা ; মচা শিংতবুং শম্হোংপুনেম্বীনা লুচিংবা লুপ অমা ; মচা অবোঙ্গা পশিং মদাইরেন হুইমু লৈমগনা লুচিংবা লুপ অনি লুপ মরিগা লোইননা লাক্লে ॥ অঙ্গা চৌং ৱাংমা লান্দুনা তমগী উমং মশাংদা খোংলম শেম শেমতুমা লাকপদা সুংভৌ ইথংনা লুচিংবা লুপ অমগু লৈবম্মে ॥ পোইনাওতানা থেমনৌবদা য়াদ্র লৈফম্বু উমং ৱামংদা লৈবম্মী তুংনা খংহৌনবা ( মংশা ) নিং-ছম্নম্মগা থনম্মে ॥ পন ৯ লৈথিংগী চৌংখোংদা থুংলে, পামেন অচৌবা অমগী মখোংদা ফমদুনা পাউশানৈ, "পোইরৈতোন নংনা লুচিংদুনা কংলৈ পুংমাইয়োল য়োৌনবা থোকভম্নক্লা ঐ চৌং মান্দা কোইজাইননা লৈভম্বশিংবু পাউতাক পাউশাবিরুগে" হায়না পোইনাওতাবু চৌং মান্দা চংশ্রে ॥

পোইনাওতানা হায়বা রাবু য়ানবা মফমদা হৌবা পামেন অহুগী মমিংবু ( য়াঙৌ ) কৌরে তুংদা য়াঙৌ থানাফম—য়াঙৌ থান হায়রে ।। পোইরৈতোন্না লুচিংহুনা খোংলম্বী শেম শেমহুনা পোথা মুংঙাইনা লমশেং তুশেংনা পোইনাওতানা থৌবোইহুনা তমদা খোংদারাকদবা মতমবু ঙাইহুনা খোংরাই তপ্পা লোইবী চীংশাংবু লুতুঙ্গী খোংলম ওইনবা শেম শেমহুনা কংলৈপুং ময়োন য়োৌনবা শাথোক্লরক্লে ।।

থাবারেনগা, ঙাংহুম্মোক্ল, ঙাংনিংশঙ্গা বা তান্নরক্লে মখোয়মখৈদা লৈববু মুংঙাইরক্লহুনা ।। ঐখোয়শু কংলৈপুং ময়োন্দ শাথোক্লঙমশি পোইরেতোন্দী লম্বী শেম শেমহুনা থোকঙম্মি হায়নৈ অহুনদি মানশুউদনবা থুংঙুবশু হাল্লুনবা ঐখোয মখৈদি লাইমিংথোই থপ্পাংবগী খুবম্ মন্না থোকঙমশি ।। পোইরৈতোন্না নোংপোক ইঙৌরোক তাম্ফংনবা থোকঙম্মদনা তান্নহুনা লৈঙম-হৌবা তাইবং মখৈ হৌনহুনা অহিং পোথবা লৈতনা থোকঙম্মহুনা চীংবা পনশা ২বু লাল্লহুনা কংলৈ তম্পাক তারক্লনা লাইনিংথোই থপ্পাংবা খুবম্ ফংলহুনা লৈপাইবমগা মুরাং লম্ব, লংয়েং-খিনি পাউশানহুনা থাংজিং কোইরেল লাইবু লৈপাইনঙমহুনা ঙাংঙোই পনশা লাকনা হৌ-খংবাইনু তম্না খোংদহুনা কংলৈপুং ময়োল তম্না লাক্লে ।। কংলৈশংবা নোংদালাইনা ঙাইবং লাকপ ব ঙবদা মপুক হবাও তয়াম্না কৌশিন্দুনা কংলৈপুংদা লৈমিন্নরে ।। মতুং থরা লৈরগা নোংদলাইনা হবেম্মা লাইখুবেম্বী—লাইসনাগী মরম রাহংবদা থরারেম্না মৈকৈ এগী হচান্ন মমিংবু লাইসনা কৌই কংলৈপুংদা লৈতিঙ্গবু কুবী নোংদম তম্বীও পাউশাবে ।। থরাবেনগী পাউশাবু নোংদালাইনা খোযাহুনা লাইরৈমা লাইস্নাবু লুতিন লৈবাংডহুনা নোংদলাইনা লুতিন লৈবৌ লৈয়ানহনা কংলৈ লুদা লৈতিনবা হৌখ্রে ।।

## ৩। পোইনাওতনা চীংদা লৈখিবা তাইবং কোইজানখিবব থেমখোকপা অহল্লুপ, নহারুপ পোনখিবা

পোইনাওতনা লাই মিদবনা তাইবং কোইজানখিবা চীংদা লৈখিবমিংনু থেম্মানীগে চীংবা পনশা লৈমকায়না লাকপদা লুপ ৪ অমা পোনহনা "তাইপংশা নখোয় পুম্নবু কোঞ্জনবিদনা খোরৌ থক্তা নোং-দম্মনা নোংদম্বীহনা হৌ লম্মাক্লনবা কংলৈপুংমাইয়োন্দা তাইবং মপোক্ল অথোই চংখনবা ওইনা শাথোক খোঙ্গ ম্লক্লন লৈঙম্বীব নঙগী নঙগী পাগী পুগী খুবম্ তাম্ফং পারা শানা নমি মবা লেমখু তানা লৈপাল্লশি" পাউংহন্মী ।। মিবাই চীংশাং মুংঙৌ চীংশাংদা নাথৈহুনা তাইবং থাংব্লাই চাওবনা লুচিংবা লুপ অমদি ঐখোয লাকচম্নবসু লৈপান খুনথান থংলগা তুংদা থোকঙল্লক্ল য়াদহুনা লৈহৌরে ।।

নোংচুপ ঙাপ্রম চীংটান অমুক কোইজাইনা লৈখিবদা তাইবং খোংলৈশংনা লুচিংবা, তইবং তাইমজাম্বনা লুপ ১গা কাংলুপ ২বু থেংনহুনা পাউনোইনবদদি মপুক হবাও তয়াম্না য়াহুনা লাইশিদবগা লোইনহুনা তমদা থোকঙম্নবা খোংথোক খোংশান্নবা থৌপুনরে ।।

মতম অসিদা পোইরৈত্তোনগা লাইনাওতবীগম্না চীংদা খোংলম শেম শেমত্তুনা লাকপবু হৌলম্মাইনবা কংলৈপাক্কী তম্পাক দম্বু থেংনবদা মপুক হরাও তয়ামত্তুনা লাওখোংনা পুং শেনবু য়ৈত্তুনা কংলৈপুং ময়োনবু তম্না খোঙ্গনরকই ॥ থৌরম্বু ময়াম্বা থৌরারেম্না তাথিবত্তুনা নোংদলাইদা পাউহাম্মে ॥ মৈতৈত্তু নঙ্গী ননাক্তা তাইবং ঐখোয়বু লৈঙমখ্রে তাত্তুনা যেক্লবশিংনা লাওখোংনা পুং-শেন য়ৈত্তুনা অকিত্তুজুং লৈতনা লান্দরক্লে অসিবু করি কমদৌবিবা কংলৈ সনাপুং য়োবক্লবদি খুদোং থিনবনি লাকঙম্মিবা কাংবু অসিব য়াম্না পাক চাওনা ইথক ইবাং হৌনা তমশিনক্লী ॥ মনাই থরারেনগী পাউশা তাবদা লান্দরক্লবোই রাখল্লে. "হী কবি কনানো ঐনা লৈপাললব নৌ-হৌবিদৈ, ঐগী তাইবংনা খুন্দাগ্রিদৈদা ঐবু পানবা ঙমদনবা থিনগাই য়েখাইগে থৌপুবিবা বনানো" রাখল্লা তাথিবত্তুনা পোইবৈতোম্না খোঙ্গবকপা মাইগৈদা নোংদলাইবু খুৎতু খুৎলাই পায়ত্তুনা চংশিল্ল ক্ল ॥ নোংদলাইবু উবদা পোইবৈতোম্না হায় .লাক্লীবা নংবু কনানো ? ঐখোয়না পাগী পুগী চৈফমদা লাকপবু নংনা খুংলাই পায়ত্তুনা কবি নুঙ্গীবু থিংবনো য়াংলৌ হাদোকউ ঐখোয় বংলৈপুংদা চৎলে ॥ নখোয় অমতা কংলৈদা চংফদে নখোয়না লৈঙম্বা মাইগৈদা লৈংনদ্রবদি অবেম্বদা নথ্রাইবু মাংজনি ঐনা হাযবিবা অসিনি ॥ পোইরৈ তোম্না খুম্মি, নাওরা অসি মচিন মরা হেনমল থোইমল্লিদা নংম কবি লৈত্তুনা অত্তুক নবাইৈ লুপোন কাঙম্বা. ঐখোয়দি বংলৈদা চংদবা হাদেংনা থিংবা তৌগম্লু ॥ রাইহ ১/২ পাংশো-নবম্নদগী মনাই থবারেন্ন লান্দাবকপনি লাকঙম্লকপনা লান্দবক্লিবনি হায়বগী রাখন্দা পোইবৈতোম্না হায-ঙম খুম্মম্না বনু তানগা অশাওবা লুপোন কাথে ॥ পোইবৈতোনগা রা অমুন ভাংনা হংনদ্রে নোংদলাইনা শালনগী মংৈহন্না নম্না শোরবে পোইবৈ কাংবু খাংঙমলক্তে নিংহম্মনা কাযত্তুনা চেনখিদৌবে ॥ থৌরম্বু পোইনাওনা লাইশিদবনা উবে, হীস থৌবম অসিদি কায়বেদনা 'লাইনংশা নখোয পোথা পোম্নো লাকমলা নখোয খ্বাযবু সুংঙাইনবা ঐ থৌবাংলমগে লৈফম চাফম য়েংনা ঐ হৌজিকমক থংলে .পাক যোদনা যাদ্রে লুপ ২বু লম্বাদা থনম্মগা লাক্লে ॥ খুদক অত্তুদা লাম্থেংনবিবা ২গী ময়াইদা পেম্মুনা "নোংদলাই ভাইখো তৌঙম্মীবা অত্তুবু কনাগী থৌশিল্লো পোইনাওতা ঐ লাক্ল বায়গম্লু চেন-গনা" ॥ নোংদলাই লাইনিংথোই পোইনাওতাবু উবদা শওবম্বা তোকখিত্তুনা লাইনিংথাইগী মনত্তা চলক্ল ॥ নোংদলাই কাংলুপ অসিদো নঙ্গীদমক্তা ঐনা থেমথোক্তুনা লাক্লিবা তাইবংনি নংনা কবিবু খো-শাওত্তুনা লাম্থেংনবম্বা. নংদি তাইবংবু যাইফনবা থৌপুগনি হাযবগা অসিবা ? মক মবম অত্তুদি নৈবু খংদবদগী তৌঙয়ুবনি ঐগী নাক্তা লৈঙম্বা তাইবং কাংবু অসিবু লান্দবকপনি পাউশানত্তুদা ঐনা নৌ হৌনা লৈপান লৈশেমগে তৌববু য়েখায়বা লাকঙম্মীত্রা খোয়শাওবদগী তৌকবনি মক ॥ ঐ মবম পুম্বা খংলে. লাক্লিবা অহন লুচিংবা অসিদো নঙ্গী ওইথম যম্বাল লাংবীত্তুগী মবুং অনোনবনি, অহুগা নঙ্গী নাক্তা লৈওম্বা অহনা মবুং অহন থরাবেল কৌবনি পিয়াইত্তুনা পোকপা ঙাক্তুনি ॥ মানা অহন ওইবগা লুত্তং লুমলাংবু লৈখন্দবনা নাওবা লুমাং থৌলিংদবগী মতৌঙম্না মশগী চংনবম ওইবনি ॥ মাবু ঐনা থেমনৌবদা ঐদি থোকঙয়োই পাউশানা লৈহৌবনা কাংবু ঙাক্তুনি অহুগা

করি কমদৌনা মখোয়না লৈহাম থুংঙজনা ননাক্তা লৈরম্মিবা লুচুং লুয়াং লৈথম্নদববু থোঝোরে পরম অসিবু তুংনা থংনবা থৌশিনবদি তাইদনা ।। থংঙে থৌরম পুম্বা নোংদলাই কংলৈ পুংদা খোঙ্গারম্শি চীংদা কোইজাইনরম্বা লুপা ২ অমশু য়োবক্লনি মখোয় পুম্বগী য়াইফনবা থৌরাংলুরশি পাউশানা কংলৈ পুংময়োন্দা পোইরৈ তোনগী লুপ্প থেমনৌনা পুর ক্ল ।। খুদক অদুদা তাইবং খো লৈশঙ্গী থাংলুপকা তাইমতাম্বগী কাংলুপকবু লুপ অনি থুংলদুনা পাউশা পাউম্নিনদুনা মুংঙাইনরে ।।

লাইমিংথোই শোইনাওতনা হায়, মৈতৈভু নোংদলাই হৌজিক্তি তাইবং কোইজাইনবা মখেশু হল্লকুনা লৈবেদো মশিদা মখোয়গী চংলম্বু থংনবা নহাকথক অসিদা তাইবংশিংশে মাগী মাগী মথবাইনা পামজববু থোয়েং থৌপুনা মমিং থোনবা থাইববু চৌঙম্না খুন্দা লৈতাহল্লশি ।। মক্ল থৌরম খুদিং নয়াথংনা নোংদম্বীদুনা থৌলিংনবিগনি ।। অদুদি নোংদলাই নবাই থরাবেন অসিগী চংলম অসি নহা লুয়াং থৌলিংদবগী চংলম্বি তুংনা কাওদনবা মাগী লুপ্প (নহারুপ) শিংদুনগে ।। অদুগা নোংপোক হাবমদা কোইজাইনরম্বা মানা লোম্না থোরগুনা নোংচুপ লোইয়াবদ্ধ খোংদানদুনা নোংপোক খোঙ্গানঙম্না খোংদারকপা অসিমশু তুংনা থংনবা নোংচুপ হারমদগী খোংদাবকপা হায়বসি, অদুগা খুন্দা লৈপান্না লৈগদবা লৈফম্না হৌ শেলোই লম্মাহনবনা বোনবা লৈফম অসিদা খুন্দানা লৈহল্লশি ।।

নবাই পোইরৈতোন খোনফাং অতোনবা অসিদো নহা ওইরংশু তুঙ্গী থৌবম্ব চৌয়েংনা চংপা নবাইনি, মাগী, চংলম্ব থৌপুনা মাগী লুপ্প অহয়াপ হাসনা থংনবশে অদুগা নবাই অসিদো মানা কোইজাইনবদা লৈফমগী খোংলমশু বাইঙদনা মথোবদনা কংলৈপুং ময়োনব খোঙ্গৈদো পবম খোংলম্ব কাইদনা লৈঙম্বা লৈফম্ব পাউতাক্সা থোকঙমকপনি তুংনশু কাওদনবা (নোংপোক হারমদগী) খোংদারকপা হায়বশি অদুগা নবাই পোইরৈতোন্না লৈগদবা লৈফমদি হৌ থাংগাই লম্মাহনবনা কোল্লিবা লৈফম অসিদা খুন্দবদা মুংঙাইগদবা লৈথম্ব নদাইরেন লৈসুগ মৈতৈভু নঙ্গা নবানিনা লৈপি লৈয়েংদুনা লৈহন্নবা থৌপুগদবনি ।।

অদুগা থাইবা হাইমাতাম্বা নঙ্গা তাইবং খোংলঙ্গা লুচিবা নখোয় ১ গী লুপ্তী নখেয়না লৈঙনম্বা লৈফম্ব অরাং পাংনা লৈঙন্নম্বনি থংনবা অরাং হারমদা খুম্মোক্লবা হায়শি, থোকচম লৈহল্লকপদা মথা পাংনা হল্লকুনা পাগী পুগী থুবম্ব, তাম্বেংনা লৈঙন্নৈএ থংনবা নবাঙানিগী লুপ্প (খাবম লুপ) যিঙ্গৌনা অগাং মাইগৈ অসিদা নঙ্গী নঙ্গী মুংঙাইগদবা লৈফম্বু য়েংদুনা খুন্দারো নোংদয়ে ।।

থুনক অদুদা উমংলাই শারোই লারোই মখৈবু রা তাম্নদুনা মখোয় থাইগীশু লৈঙম্নবা লৈফম্ব নিংহৌশি তাম্নদুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা খোংচংলক্লে ।। পোইনাওতানা হায়, খোইয়মশা নখোয় থিবিক্তী

লাইবম'লনগী খোংলম্বু কায়দনা নঙ্গী নঙ্গী লৈমিন্নরিবা খোযযুমশিঙ্গা অহুমক লৈমিন্নৌ, অহুগা নখোয় খ্বায়না হৌনহুনা লাক্লবনিনা নখোয়গী লুপ্ল (লাইরুপ) হায়দুনা কোয়ৌ অসিদগী মৈতৈ-ঙ্গীদমক থোকা লৈফমহুনা মৈতৈঙ্গ নোংদলাইগা লৈফম্মীন্নহুনা নঙ্গী নঙ্গী তোগদবা নথোবু য়াতায়হুনা ফম্মিন্নরো, নখোয় লাইরুপ্পা মৈতৈঙ্গী মুমিদাং থোগল ওইডম্মু ॥ অযুক মুংথিলগী মৈতৈঙ্গী থোগল্লা তাইবংশিংনা মাগী মাগী খোংলম খায়না ওইশম্মু হায়না নোংদমহুনা তাইবঙ্গা লাইগনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১২ নোংদলাইগী কুমশিংনা ৭ লৈচংলবপদা লালুপ কানা হৌবে ॥

## ৪ নোংদলাইগা লাইস্নাগা মবুংগী লৈনবা লম য়েংবা

নোংদলাইগা ইবম্মা লাইস্নগা পোইবৈতোনগা অহুম্না কুকম চীংলেন অরাং ইবোক ১২না কোল্লিবা চীংশা নাপোম ১১ শুবগী অকোইবদা কোয়না চত্তুনা লময়েংবদা চীংলেনগী লোংচুপ পাংবদা অতেম্বা অহাংবা লৈফম ১ ফংহুনা অহুমমক্কা তাম্নহুনা কংলৈপুং মাইয়োলগা নরবা লৈফম অসিনা লৈবদা থুদাং চাবনি থম্নহনা মফম্মু অতেম্বা মফম য়েংই হায়হুনা (লমতেম) হায়না মিং-ঙ্গলগা যুমশাহুনা লৌ ইংখোল শেমহুনা পোইবেতোনগী মাগী লুপ পুম্বা লৈবে ॥ অহন ওইরবা পোইবৈতোন্না খোনশাং অতোনবত্তা মচা মশুগীদমক্তা তুংদা য়াইফহৌনবা লমগী মতিন মকাং লৈতনবা হায়দুনা মমা লুচিংবা ওইনা লৌতাহুনা ফৌদিনচিংবা মাগী পাই মমুংদগী ময়োম ২থব পুম্বা লৌ ইংখোলদা কোইবে; অশোং অশোংবা মফম্মু কোত্তুনা লমশেং বাইশেংনা লৈরিবা মফম্মু ফজনবা লোতহৌনবা হৈ-লৈ মথল মখা মবম মশক খায়না থাহুনা মীপুম খুদিংনা য়েংবদা নুংগাইনবা মমম খুদিং শেম্লে ॥X

লাংবচক্কী পুনশিং ৩১-৬ নোংদলাই পাখংবগী কুমশিং ৮ চংবা মেবা থাদা ইবম্মা লাইনা মবুং পোইবৈতোন্না লৌ ইংখোল কোইবদা নিংথি চংখোনবা ফজবা য়াবু তাবশিংনা পাউশানববু তাহুনা মবুঙ্গী লৌ লোকপা লৌপাংবা ওইবা হৈকোল লৈকোলবু য়েংবা লাক্কনি হায়না পাউজেল ক্ল। মচন লাইস্নাবু মবুং যু দা খোঙ্গুমক্কনি তাবদা পোইবৈতোন্না মচন্না লাবপদা লৈনবা (শংলেন ১) চংখোম্না শাহুনা থম্লে ॥ ইক মাইতানবা ইশাইকোল অসনা তৌহুনা থম্লে ॥ লৈবদা চঙ্গদবা পোংলম্বু শেম্বা শাবা লোয়হনা কংলেম্না পুংমাইযোন্দা খোঙ্গাবক্কনা মচা মযাশিংনা পাউ তান্নরে ॥ শংলেন শেম্বা লোইবে লৈকোলবু মিংয়েং তাবা লেংথবিববু য়াবনি পাউচৈংদা পাউ-শাব তাবদা মশুশিংদা ইবেম্মনা খংহল্লি, থাজ অসিদা মেবা থাজনিদো থাশিবমদাইশু এক্টব থাশি ইঙনশু খবা লৈফংই থাজনা নেংচুপ শিখিবনা হিযাঙ্গৈ থাগী নিনি পানশা কৌবা লৈ-বাকপোকপা কৌবা ঙসি মঙানি শুবগী অযুক্তা কুম্লক্লগে নোংদয়ে ॥ মচনগী পাউশাবকপা বাবু তাবদা মবুং পোইবৈতোন্না মচন্না লাক্লগা পোখাবদা মুংঙাইনবা থৌবম পুম্ববু শেম শাহুনা থম্লে।

ইবেম্মা লাইস্নানা হিয়াঙ্গৈগী ২নি পানবগী অয়ুক্তা অচা অথক অথুম অহাও থরবু থোরাংলগা লোইনবী মঙাইরোই ১ হীরৈমা ॥ ২ খুঙ্গাওবী ॥ ৩ লিক্লাপীচা ॥ ৪ চংনীংথোম্বী ॥ ৫ তম্পাক্লৈমা ॥ ৬ অহোং লৈমা ॥ ৭ লৈচাওবী ॥ মঙাইরোই ৭ কা লোইনদুনা মবুং ময়ুমদা থোঙ্গুম্লক্লে মচনবু লাকপা উবদা পোইবৈতোন লাইনাওভাবী অনিনা লুচিংনা মচা মগুশিঙ্গা লোইননা থোকুনা মাইয়োকথা লৈরাংনা ওদুনা শংলেন অনৌবা লৈশাববু লৈহন্না থমে ॥ তম্না মথেন লুকোই লাংদুনা হরাও তয়াম্মা চামিন্নরে ॥ চাবা থকপা লোইরবদা মৈতৈ লৈমা লাইখুংলোংবী লাইস্নাবু লৌকুম্বা য়াওনি হায়দুনা মঙাইরোই ৭ কা লোইনদুনা মথুংগু চকথাং = থাঙ্গোল ১/১ মম পায়দুনা লৌকুম্বা য়াওদুনা লাখাওএ ॥

## ৫ নোংদলাইগা লাইস্নগা লৌথাওবদা পাউরৌনবা

নোংদলাই পাখংবনা লাইস্নানা মবুংঙ্গী লৌপাংববু য়েংলুগে মপুক হরাও তয়াম্মা লংনা পাউশানা রাহোম্নদুনা নুংঙাইনগে রাথন্দুনা কংলেম্না পুংমাইয়োলগী কনা থংহন ডুহন্দনা হৌথাংবাই লম্মাহনবা মবাই পোইরৈতোনগী লৌবুক্কী অরাং থংবা চীংশাং নাপোমদা ঙাদুনা মনাম্ন মথা ওম্না শাথোক্নদুনা পাওহোম পাউশানরকই—

হে হে হে হঁও হে খোইনৌ লাইলৈমা
হবুঙ্গী য়ারৌ কাদরিঙৈ খোইবু হনঙম্নকন্নু
হবাইগী থমজাখয়্নগা খোইবু নংবু হনঙম্নশি
পাইনা এনা খোইজংবী হে হে হে হং ॥

মৈতৈঙগী পাউশা তাবদা ইবেম্মা মঙাইরোইশিঙ্গা লোয়ননা পাওহোম পাউখুমজে :—

কংলেম্না পুংদগী ইবুংলোইশু খোঙ্গুম্লক্লে
কংলৈ ইবুং ওক্লবা চীংয়াগী পামেন অমুল হৈ
নোংদম্বনা চানবা খুদাপলিওন হাইনা হুম্না
লাংডমশে হোই হৌ হোই ॥

শাউশা পাউখুম তাবদা হনম্ব যাওদুনা অহিংডমা য়াঙ্গোইদুনা লৈরে ॥ ইন্নুংঙাল্লগা থোবম পুম্না মবাই পোইবৈ য়ুমগী মুংঙাইনবা ইবেম্মদা শিন্নরম্মগা নোংদলাই কংলৈপুংদা লৈহন্দুনা লৈরে ॥ পোইরেতোম্না মচনগী পাউশা লিবোনবু তাবদা মপুক হরাওডদুনা থৌহু অকোইবা ১দা যৌশুববু য়ানবা হুন্দুনা শয়িরেন্না শাবা শুক ১ গা থোরাংদুনা মচনগী শংলেন্দা থম্মারে ॥ লাইস্নানা মবুংনা নোংমা নোংমগী তম্না পাবা ফৌবু চেং মাইঙৌ শান্না শুদুনা চেং মচু ১গা ঙাংলৈননা মুরৈনবা ১গা মবম ২ গোরুা শুরগা কংলৈ খোঙ্গবদা পুনবা থোরাংদুনা থম্মে ॥ কোরৌ ৫ নি বু চুপ্পা মবুঙ্গী লৌ পাংলগা ৬নি শুবা থাজা ৭ নি পানবা কোরৌ নোংমাইজিঙ্গী অয়ুক্তা শুম্বনগা শুক্কা ইরু

মাইত্তানবগী ইকোমদা থনম্মগা মঙাইরোই লোইনবীশিঙ্গা কংলৈ পুং মাইয়োন্দা থোঙ্গরক্লে ॥

লাইম্লনা চেং ময়োম ২বু নোংদলাইদা লৈরাংই ॥ নোংদলাইনা চেং ময়োম অমবু হাংদোক্লনা যেংবদা মচুবু ঙাংনা মুবৈনবম্মী ॥ ইবেম্মা ময়োমশিমদি যেংনিংমনগ্রগুনা পুকহং পাউহংদনা ঐনা য়েংঙুবে, মচু মমেনগু অমুক্তগু উখিদ্রি ॥ চেং অসিগী মশক মচু অসিবু মমিংমক খংদ্রবগু ঐনা ময়োম্মু থোংনা য়েংঙুববনিনা মশিমদি চেং খবা খাইদোক্লনা ৱালহৌবগা নোংদম্বদা লৈ-হুগ্গহনা লুকমনবু ফংনবা ৱালহৌরো ॥ ময়োম সিমদি হাংখিবোই নিংথিনা অদুক থমখিশি নোংদমহুনা হাংঙুবা তৌদনা থম্ম ॥ হাংখিবা চেং মায়ামদগী চেং খবা খাইদোক্লনা ৱালহৌবগা মথেন লুকোই শেমহুনা নোংদম্বা মক শিদবদা লৈহুন তম্নগা মতুংদা নোংদম্বগী লুকমনবু নোংদলাইনা যংজহুনা মপুক হবাও তয়াম্না শানফংজবে ॥ মনমগু হুংশিবা থোংনা মেংনা নপ্পা মহাওবু য়াম্না নিংথি চংখোল্লম্লে ॥ নোংদলাইনা খল্লি, "হাওঞ্জেদা চাক অসিদি মনম্না হুংশিবিবা থোংনা থোংলিবা অশিমদি ঐনা খবগু খাইদোক্লনা থোংহুনা চাকবে, ময়োম কশি থোক্লিবা ময়োম অসিদি পোইনাওনা লাইশিদবদা লৈহুন্নবা থম্বা তাবে" মপুক লুমাংদা ময়াম হাংদ্রিববু লৈহুন হম্লবা থম্লে ॥X

হৌখিনা কুমজা অহুমক্তদা মবাই থরাবেম্না লুচিংবা মাগী লুপ্পা ইংখোলবু নিংথি চংখোম্না পোইহনা মনামশিং হবাই চেংবাই মখল মখল লফু লাংনচিংবা থাহুনা লোক্লনা ইংখোল অপোইবু ফজহল্লি ॥

অবোঙ্গী কাংবনা শল, ইবাইবু লোইহনা শঙ্গোমগী মবমদা চানবা মশকপু মখল মখল শেম শাহনা পুথোকই ।

খানা ফান্দোংবগী লুপ্পা চু, অভাংবা, অঙোবা, অবাংবা থাহুনা মহুনা মহী শুমহুনা অথম্বগী মশকপু পুথোকই ॥

খংগী কাংলুপ্পা লৈবাক্তা চফু, চফু মথুম, শেংকোং, খুজাই, ইশাই পুন্নচিংবা মখল মখল শাহুনা পুথোকই ॥

## ৬ চেঙ্গী মমিং হংনবা তানফংবগী মরম পাউশানবা

নোংদলাইনা চেঙ্গী মমিং খনিংলহুনা মবাইবু কৌখত্তুনা পাউহংবদা মবাই পোইবৈতোন্না ইবাইগু চেংবু তানফংবা ফো অসিদি মমিং বু লৈখংদবি ॥ অহুদি মবাইনা ফৌদি ওইনবা কবি কদাইদগীবু ফংঙুবা? মশক্লবু নয়াংবু থৌপুনা নবাইনা লৌদি থোইহনা মালেম তৌখাই থিঙ্গাইহনা লৌ উনবদি থৌপুকবে ইতাংল্লবদা, ফৌদি ওইনবা ফৌবু কাব কদাইদগীবু লৌকহুনা ফৌদি ওইগবনো অরা রাখল ওইঙম্না লৈবিঙৈদো নোংদম্বা পোইনাওত্ত লাই শিদবনা থোবক্তুনা তাকওম্বি ॥ পোইবৈতোন নংবু কবিগী কবিবু অবা লুম্নাংলিবা নংনা লৌউবদা ফৌদি ওইংবা

নংবু ঐনা থেমথোকচৈদা ফৌ ময়োম খুজোক ৭ পীখিবদো কদাইদা থমখিছুনা করিবু মুঙ্গীবু কাওবনো" হায়গুম্বীএ ।। মতুদা নবাইবু ঙঙুনা ঙহাক তুমিন্না লৈকরে ।। অমুক লাইশিদবা পোই-নাওতানা তাকপী "পোইরৈতোন নংবু করি মুংবংনবনো নংনা ঐঙোন্দগী লৌদুনা নঙ্গী পাই মন্নুংদা হাপখিবনি ঐনা নংঙোন্দা পীরম্বা মত্তম অদুদি নংনা থৌকাওরব্রা অদুক য়েংঙম্মু নঙ্গী পাই মন্নুংদা" ।। অমুক নোংদম্বীদুনা নবাইনা হুম্নুবদা ময়োম ৭বু চংখোন্না ময়োম ৭ তুনা ফৌদি ওইনা নবাইনা তানফংবনি চেংবু তানফংবা ফৌগী মমিংদি নোংদম্বা পোইনাওতা লাইশিদবনা খঙ্গদবা মঙাইরে ।। ফৌ খুয়া ৭ পিঙম্বীবা ফৌ অদুগী মরক্তা য়াওবা ফৌ মরম মচু মওং অমনি, ফৌ মরম অনিমদি ঙাংনিংশঙ্গা ঙাংছম্মোক্কনা পুখরে ।। ফৌ মরম অমনা পোইরৈ লৈহৌদগী য়ুম-খাইবা অরোংনা খা মাইগৈগী ফৌ ওইনি হায়না পুংমপ্রে ।। ফৌ মরম ৪না নবাইনা ফৌদি ওইনা থাজবনি ফৌগী মমিংদি নবাইনগু হংনৌদরে ।। নবাইগী রা তাবদা ফৌ মমিং খংবা য়াদদুনা পোইনাওতা লাইশিদববু লাকপা ঙাইনদুনা লৈনরে, পোইনাওতব লাকপ্রা য়েংনববু লাক্তুনা কুমজাহুমা হৌখ্রে ।

লাংবচক্কী কুনশিং ৩১১৭ নোংদলাই কুমশিং ৯ চংবগী ফৌনৌবু লোকপদা মচন লাইস্নানা লৌপাংবা (কুমজা থৌঙম)= মপল য়ুমগী তেংবাংনবা ওইনা থৌপুংনি হায়বা চংলম্মু তারে, মতুদা মবুং পোরৈতোন্না কংলৈ পুংমাইয়োন্দা খোঙ্গরক্তুনা নোংদলাইগা লাইস্নাগদা হায়, "শেল্লোরেন কুমজাগী থৌঙম ওইনা ইচল ইবেম্মা লাইস্নানা মপাম য়ুমগী থৌপাংবা য়াওবা হায়বা অসিবু কুমশিগী কুমজদগী মবুং পোইরৈতোন্না মচনগী মফমদা কুমজাগী ওইনা থৌবম্মু অমত থোপুং-নিংঙি অদুবু স্না নোংদম অমতং ।। তাকপীনি মবাইনা করি কমদৌশি হায়না নিংনা পানবা থৌপুবিনি ।। মৈতৈঙু হিয়াঙ্গৈ থাজা নিনি পানবা ইচন্না মপামগী থৌঙম থৌপাংবা অসিদো কুমজা অসিদগী মবুংনা তরা চাক্কৌদুনা লৈজবা ঙমজবা লাংদুনা পিজ পিথকচবা য়ুমিৎ ঙঙজরগে ।। কুমজগী থৌঙম থৌপুন্বা ওইনা তুং সাওবা চম্নু নিংঙোল পুম্বগী মপা মচা মচিন মনাওবু কাওদনা চামিন থকমিন্নবা ওইগম্না মশিবু শেল্লোরেন্ন ।। থৌরম চম্নু নিংঙোননিংগী যাইফবনিনা মবাইবু লৌপাংবা লৌকুম্বা হায়না চামিন থকমিন্নবা অসিদি, লৌউদবগী মচা চম্নুশিংদি কুমজা অমগী মন্নুংদা কোরৌ অমওবু মপাম খোঙ্গমজদুনা মচিন মনাও মবুং মপা মপা মমাগা চামিন থকমিন্নবা ফংদবা তাবনি অদুবু মবাইনা উবি খংনিদুনা লৈবাক্কী চংলন ওইনা কুমজাগী (চম্নু নিংঙোল লুহোংখ্রববু) তরা চাক্কৌদুনা পিজবা হায়বা অমি ফাওদনা থৌপুনরশে ।। থৌয়া নোংদম্মা লৈবাক খংনা পাউজেন্দুনা লৌপাং লৌকুম চাকচাবা) হায়ববু হৌদোকুনা (হিয়াঙ্গৈ নিনি পানবা চম্নু নিংঙোন চাক্কৌবা) মিংদুন্না লাইস্নাবু মবুং পোইরৈতোন্না চাক্কৌবা ওইনা পীজরে ।। লৈঙম্বা য়েলুপমা পুম্বগু মাগী মাগী চম্নু নিংঙোল লৈঙম্ববু মপা মমা, মবুং মপানা চাক কৌদুনা পীজ পীথক্তুনা লু হোংখ্রবা নিংঙোলশংবু কুমজা অমগী মন্নুংদা নোংকারৌ অমবু চামিন থকমিন্নদুনা

ইপা ইচা ইচিল ইনাওবু কাওনদনা নিংশিংনদুনা নুংঙাইবা কুমজা অসিদগী থৌহৌনরে ॥ তাইবং লৈঙম্বশিংনা মাগী মাগী শাগে নাতৈ চনু নিংঙোলবু থিনদুনা চামিন থকমি ম্লদুনা মপুক খোইচং খোইদনা মুংঙাইনা লৈঙম্ববু উবদা লাইমিংথোই পোইনাওতা লাইশিদবগু নোংদলাই উনরুগে হায়দুনা মেরা থাজ অদুগী ১২ নি পানবা কোরৌ য়ুমশাকৈশাগী অয়ুক্তা কংলৈ স্না পুংদা চংলক্লে ॥

## ৭ পোইনাওতা লাইশিদবা শাথোক ২শুবা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৭ নোংদলাইগী কুমশিং ৯ চৎবদা চেঙ্গী মমিং থোনবা

লাইমিংথোই পোইনাওতনা কংলৈ পুংদা লৈচংলকপা উবদা নোংদলাইনা কুচু শংলেন্দা চংখিদুনা লাইমিংথোইগী মনাক্তা শম্থোং পুংমবদা খুদাবু লৈথাজদুনা লৈহুঞ্জে লাইমিংথোইনা স্না ফম্বাল্লবদা শাইবং য়েংলুপমা লৈঙম্বা পুম্বগু লাইমিংথোইবু পুকম লৈপাই থাগোঞ্জদুনা লাইমিংথোইগী থৌগন লৈযম্নাম্লে ॥ খুদক অদুদা থরারেল অহন পুন্সি মুংশংলবনা হৈফাং লফোই লৌউ ওমা উনা এানানা যোমদুনা খুম্মোক অমদা হাপ্পুনা লাইমিংথোইগী মাংদা মাইয়োকথা ওইনা লৈহুঞ্জে ॥ নোংদলাইনা থমখিবা চেং ময়োম অদুবু লাইমিংথোইগী মাংদা মাইয়োকথনা থম্লে ॥ লাইমিংথোইনা হংই, "অহল পুন্সি মুংশাংলবা খোয়য়ুমশিংনা নপুন্সিবু ওমজনরবা লুক অসিদা উনা শিংননা কুপ্পুনা থম্লিবা অসিবু কন্নিনো? থরাবেল্লা খুম্মি, 'লাইমিংথোই হৈফাং লফোই হায়বা অদুনি, স্না মিংয়েং ও বিনি'' হায়দুনা ওম্লিবা উনা শিংনাবু লৌথোক্লগা হৈফাং লৌউ অংবু পুথোক্পনা থম্লে ॥ হৈফাং অসিদা হৈশাদি পিক্তক চেংতক্লদুনা মমুন ফানা মুনগ্রেদা থম্বগু নিংথি চংখোল্লে অদুবু করি হৈফাং হায়না লৈহুনশিগে মবাই অহন্না খোইজংবা অমত্তংবু মিংথোল্লগা নোংদম্বদা লৈহুনশিদনা ॥ লাইমিংথোই হৈযাং অসিবু মিংহুনবদি লাইমিংথোইনা মিংহুল্ল-গা নোংদম্বদা লাংবিও ॥ অদুদি মবাইনা হৈফাং অসি কোরৌ ওসিবু ঐনা নো দম্বদা লৈহুন লাংববু নংনদা উনা শিংনানা ওমদুনা হৈ মুন্নবা পৌপুনববু তুংশু থৌকাওদনবা (হৈফাং ওমপোং) মিংহুন্না নোংদম্বগী মফমদা মাইয়োকথা হৈরাংনবা পৌপুরশি পাউশানদুনা লাইমিংথোই পোইনাওতানা নোংদম্বা (উংলৌ য়াইবিরেন শিদবগী) মফম্নাংদা হৈফাং ওমপোং কৌববু মাইযোকথা ওইনা হৈবাং-নদুনা নুংঙাইনবে ॥

পোইনাওতা লাইশিদবনা কুচু শংলেন্দা যম্বাল্লাংনা লৈবে হায়বা পাউজেনবু তাবদা মখুম য়েলুপমা পুম্ববু মানা মানা লৌউবদা থাজবা ফৌগী চেংবু ফাংচংঙৌ তানা শুনদুনা অযুক্কী কোলুপ মুংথক খানবা মতমদা লৈথুংলবদুনা মানা মানা পুনরকপা চেং ময়োম্বু খোত্তুনা লৈমাই তকপা লাদি তাশংলা, পোইবৈতোম্না খুন্থিবদা তানফংবা লা, হাওগা লারাক তোংদমলা চংবি লাদি

খোংনেম্বা লারাক লাতোন তম্না হেক্রা লাপানতুনা ফা-চেংভোবু ফাহৈনতুনা লাইমিংথোই নংনা নপোংনি নফম্নাংদা লাংজন্নি মিংলেনবু কোলোই নোংম্বীয়ু পাউশনা লাইমিংথোইগী মামংদা চেংহৈরে ॥

মৈতৈঙু নোংদলাই ময়োম অসিবু কন্নিনো ? লাইমিংথোই পোইনাপতা শিদবা চেং ময়োম্নি ॥ করি চেংনিনা ? লাইমিংথোই চেং শক্তি খংজদ্রি ম্না মিং যং তাবিরগা নোংদম্বীনি য়েংবিয়ু হায়তুনা কিশিবু থোক্নুনা ময়োম্বু হেক হাংদোক্লে ॥ হীস চেং অসিদি নিংথি চংথোনখ্রেদা মচুনা মুরৈননা ভাংনা মভানবু শাফোংলিদা মশিবু করি কমদোবা নোংদলাই ॥ লাইমিংথোই চেং অশিবু থোংতুনা নোংদম্বদা লুক্লেন অমতংবু লাংভমজতুনা লুকমন অতুবু তানফংনা চাক্লরে চাক অতু মনম্বু মুংশি মুংভোন্না থোংনা মেংনা মহাওবু নিংথি চংখান্না থোইদানখ্রে মতুনা চেং অসিগী মশক মমিংবু খংজনিংতুনা ইবাই পোইরৈতোন্দা লৈহংবদশু খংদে লাইমিংথোইনা পিতুনা থাখিবনি হায়না তাকভম্বী চেং অশিবু ॥ মৈতৈঙু লৌ উজবা নবাই পোইরৈতোন্নী চাতুনা মহাও য়েংবদা থোংনা মেংনা হাওরে হায়রবদি চেং অসিদি পোইবৈতোন নবাইগী য়ুমদগী ফংবনি লুতুংনা খংহৌনবা (চাকহাও পোইরৈতোন) হায়শিদো কমদৌবনো ? নোংদম্বনা নোংদম্বা চেঙ্গা মমিংব কোরৌ অসিদগী চাকহাও পোইরৈতোন কৌরশি লেপ্লে ॥ মৈতৈঙু ময়োম অসিনা করিনিনা ? লাইমিংথোই ময়োম অসিশু চেংনি মশক্তি খংদ্রি হাকুম পুরকপদগী হৌজিক ফাওবা হাংদরি ॥ চাকহাও পোইরৈতোনবু তানফংতুনা চাবা অতুনা মহাওবু থোইজং থোইদামনখিতুনা চাকহাও পোইরৈতোন্না হাওবগুম হাওরমগত্রা খঙ্গতুনা লাইমিংথোইদা লৈহুঙ্গগে রাখনদুনা কোরৌ অতুদগী থমখিবনা কোরৌ অসি পুথোকচরিবা অসিনি ॥ কদাই অতুদি য়েংশিদনা ॥ নোংদলাইনা ময়োম্বু থোক্নুনা হাংদোক্লে ॥ হীঃ মশিমদি ভৌইনা, চেং অসিবু নোংদলাই নঙ্গী নপুক লুপ্নাংদা এবু নোংদম্বদা লৈহুঙ্গশম্নু রাখনবিতুনা থম্বীরম্বা চেং নংনা চাবদা হাওবা চাক মা হাওরমগনি নপুক লুপ্নাংবু লৈখানা লৈথম্বীরম্বা চেং অসিগী মমিংদি (মোনখাং চাকহাও) মিংহুল্লশি লেপ্পতুনা মোনখাং চাকহাও কৌবা চেংবু নোংদম্বগী মফমদা লাইমিংথোইনা চেংহৈ চনৌ লৈগুন্নবা থৌপুরে ॥

অতুগা অতৈ ময়োমশিংশিদি কমদৌবা ? লাইমিংথোইনা পোইরৈশিংদা লৈথম্বীরম্বা ফৌ মরম ৭ পু ফৌদি ওইনহনা, লৌউনহনা মতৈ মবোং চুম্না পানভম্নহনা লোক্লদো, মশক মমিংশু লৈথংনদে হাকুম হিয়াঙ্গৈদা মচন লাইম্ননা মবুং লৌপাংবা চংপদা মদুংনা চেং ময়োম হন্দুপীবিরক্নুনা পোইনাওতা লাইশিদবনা চাকহাও পোইরৈতোনগা মোনখাং চাকহাওগা মিংথোলনিরিবা অসিনি ॥ অশিগুম্না চেঙ্গী ফৌগী মশক মমিংবু খংজহৌনবা হায়তুনা মানা মানা লৌউজবদা তানফংনবা ফৌবু ফৌশক অতুগী চেংনা লৈমাইদা হৈনতুনা থম্লীবা অসিনি অতুগা ময়োমশিং অসিনা চেং অসিবু থোকখিবা ফৌ মশক অহুনি ॥ মশিমশু লাইমিংথোইনা মিংহুন তম্বীরম্মু ॥

অহুদি নবাইনা লৌউজবদা কুমজাগী তানথংবা অনৌ লৈহুন তম্নবা ফৌশকপু ইহাম্না তানফংবনি পাউশানা নবাইনা যাচেংডৌ থরা হৈভাম্নিবা অসিদা নোংদম্বগী থৌগনবু ওইনবা কুমজা অসিগী তানফং অহানবদা পীড়ম্বা যেগী চেংনি থোকাওদনবা কুমজাগী অহানবা পিবা ফৌ=কুমবি ফৌ কৌনশি ।। অহুগা কোরৌহংনগী মন্তান্দা মুংশাংনা ফোহুনা কোবৌ মুংশাংনা লৈথম্নহুনা কুমজা লৈহুম্না চানবা থোবানরি । লৌশক অসিনা মখোয় খিক্কুগী অথোইবা ফৌনি ফৌবেন মিং হুনশি ।। মযুম যেলুপমা মুবাং ভাংনিংশং ভাংগুম্বোক নচিন ননাওনা ঐগী থোদাবু থৌভম থৌপুনা লৌউ-শিম্বানবদা থাডম্লুব ফৌ অহুগী চেংবু ভসি ঐগী মাংদা যাহৈনহুনা লৈথম্বা চেং অসিগী যৌমিংব যুম শখাইগী মিংশেনবু লৈবৌনা মুবাং যৌ.=মোইবাংখা থাবৌবনি ।। অহুগা নংগা পাওম্বা ফৌবু মবাং চুম্না লৈশরনা লৈপানবদা তেংবানবগী মপুদা লৈহুন তমদনা উবিং শেন্দাংনা লৈহান্না চাখিগদবা হায়বগী লবুক লমহা । মারক লৈশংহুনা লোকওয়বা ফৌ অসিদো নগী থৌবম্নু লৈবৌনা মিক্তন্দুনা লৈভাক লৈশং লৌশংশংবা ফৌবশে ।। লংমাই চনু মপাবি তোংপা নংনা পোইবান্দগী ফৌনিহুনা থাবা মকুনা মুবৈনবা ফাচেংডৌবু যাহাপ্লিবা অসিদো নযুম যেলুপকি লৈচু লৌহুনা ফৌ বন অমুবি কৌডম্না লৈথয়শি তাকপীহুনা তাইবঙ্গী অমম্বা রাখলবু কোকহাল্ল ।।

## ৮ । চেং হৈবোল, লৈঙম্বা মায়যেথো পুম্নবু পোইনাওতনা থিকশেং থিকপেং থৌপুবা ।।

টহং মান অপেম্ব ১. ইশাইম মণ্ডদা থাদবে ।। নাপীগা শিংবীগা পায়হুনা ইশাইফুদা লুহুনা লৈঙম্ব পোংপুম্নবু থিকপেং চাইহুনা থিকশেংলক্কে ।।

ওমহৈ ওমহৈ ওমহৈ কেগা যোইগা মোঙ্গা য়াইগা থৌবিং থৌয়াংলাং থৌবি থৌদিল্লাং, থাবা মাব লান্নংদ মুমিৎ মাবু পে থৌ তম্লিএ, পোংথৌ মথং পিঙ্গগে নুমিৎ মাবু লান্নংদ, ম্নবা বোঙ্গাং শাগী পোংথৌ মথং পিঙগে কঙ্জা যালম থৌজগে, ভাম্নবে তেবব ওন হৈ ওমহৈ ।।
লৈংম্বা পোং পুম্নবু ডংলৌ যাইবিবেন শিদবগী মঙ্গলাংদ, লৈবংনবা থৌপুবে ।।

হে মক উংলৌ হাইবিবেল সিদবা নশু হেবুংথৌ অঙকহং মথং এলুপনগী নোংদলাইনা কোবৌ অসি মেবা থাগী ২ নি পানবদা নোংদম্বা নঙ্গী নথম্নাংদবু তানথংজনা অচ অথক খবদংবু মাইযোক থানা লাংজববু লৌশিমকো নোংনম্বা ।। খুবি মতোনগা খুদোম্বী মতোনগা শম্নবগা অওহুক কানুনা উং লৈহিংথা ওনা ।। লৈকা ওযেওনা ।। কুং নোংলুম ওরা ।।

মতুংদা অতিযা শিদবগী লৈশিবেল লৈপুনবীগদা লৈহুল্ল ।। তেংবানবগী পালম পাম্বা নোংদম্বগী লুকমনবু তানফংবিবো অহু নোঙ্গাদমক্তা নপাবি নোংদমলাইনা অসি মেবাগী ১২ নি পানবদা

পলেম পম্থৌ ২ গী নফম্নাংদা লৈহুঙ্গরিএ লৌবিও ।। ওস্না মুহেম্নু নোংস্না মনিক খোম্বী, ওম কুংস্না থম্লেথম ওন্না ।।

## ৯ চংবী লানা খাদা থানা চনৌ চেংহোং চেং হৈরে

হে হৌ হে হৌ হে হৌ, হোংনেম্লো হোংনেমশে লমলেম মদাইমদা হোংনেম্বা, কংলৈয়োন্দা হোংনেম্বা, পুংমায়োন্দা খোয়য়ুম থৌপু লাইমিংথোইবু লাইরেল য়াইনা ননোংয়াইনা, লিক্লারেম্না, নিংথৌরেম্না লোইদামগীদি থৌকাওদনা, লংহৈগীদি কুমগাওদনা খোয়য়ুম পুগা লাইরমপুগা ।। শংলেনগীদি তেংমাইথিনবা অহুমগা, খাবিগীদি য়োমলোই হৌনা, অশৈ খোংফাং লেংনা, কৌবা কানা লাখোং কানা চীংঙু রাইনা খোংবান রাইনা থাংয়িগীদি খোংচরোংবাশুম শাবা রাইনৌ পানবা মনাশুম মানবি হেংথাশুম, তেংনা মপী তেংথাশুম ।। হৈয়ুম তোম্বা শৈহৌ শুম তোম্বা ফিক্লাই শৈখুম শুম, হেলগীদি লল্লিগীদি পাম্বা কৈয়েক লাবদি খাদা থা ।। শংমে থম্না তাংদি থক্কা থোন, হাওম্নু তোমশোনগীদি লুবা শংপু চুম্বী মপারি চেগাই মকারাবা লনশিং শুক, লাংবনগীদি উয়ুংশুব, শয়িগীদি থাংনশুক, তোনগীদি লাংমৈ থাংনা পামেল রাইনা থাংতপ পায়না শুক্লিং মোদাম কাংনা, লোইমোম হুনা, কুরোন হুনা চেংচা তাম্না মাইঙৌ তাম্না পাংফগী থৈতিং লাদা তল্লাগীদি থৈঙাল্লাদা তাংমরাদা হে তৌগীদি মংথাংলাদা ।। হেনগীদি লান্নগীদি হাওম্নবু পান্থোইম্নবু শাফবীবু পান্নরবদা য়াংকোক্লাদা কনম্নাদা লোইমোম ফৌদি তুংদা তুংদাইনা চেংদি মাইম্না য়াম্বী তাম্না মাইঙৌ তাম্না খোয়য়ুম থৌবু হোংনেম্বা শংলেনগীদি তোংমাইথিনবা অম্নুম্না খোয়য়ুমগীদি লাইরম শিম্না ।। লাইরেল য়াইনা ননোং য়াইনা পোইরৈ হৌনা লাইজ হৌনা খুঞ্জা হৌনা তয়ুম হৌনা নাইজা হেনা খোয়য়ুম থৌবু হোংনেম্বা লাইমিংথোইবু হোংনেম্বা তরা লেম্না চেং পাললেম্না, লোইমোমলেম্না ফৌবানলেম্না, শিংলেম লেম্না লৈপাললেম্না, চীংঙুগীদি নরলকু খোয়য়ুমগীদি নথোজানদ, পোইরৈ নপাবু খুঞ্জাওনববু রাঙম্নববু, চাকহোংনববু পুন্সিবগী পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈতানববু মথোই তোংনা তানফংমববু লাইরেল য়াইনা ননোংয়াইনা, ননোংয়াইদি ফিক্লারেন্দী নোংথৌরেন্দী থোইমোম খাদা স্নাখাদা নখোং খাদা, য়োইপুবীগা মৈতৈ লৈমগা চীংঙু রাইনা খোংবান রাইনা কোরৌ লেম্না নশা লেম্না রাকমা লেম্না পাওফা লেম্না লোইনাই তোক্লা ওমদম্নু তোক্লবদা, চীংঙু লাইগী নথৌচাম্না লাইরেল য়াইদা ননোংয়াইদা মম্নম লৈবু অনৈচাজা হোংনেম লৈবু লৈপুন্সিবু তাম্বেং পাক্লা শাংনা চাওনবু তাম্বেংবু নোংদম কুবিও ।।

## কূমহৌ কুমদম্লে

হয়ম হয়াহ কুমস্না কুম্নীক্লাই ঔরাং চীংদংলান্দা কুম্থোইতিনবা কুমপোকপীনা পোকপী হল, তাইরাংনা তাইরোং হঙ্গেকে য়াম্বোইজম নিংঙোনবী লাংলেন কোংয়াং মচৈশুনা ফৈনা ওনবি মকুমশা, খোইমা নারোম্নুংদা লাংজেং তোঙ্গ ফানা কাওরেন শনগী খোঙ্গুন্দা মিংয়েংখিনা মিংয়েং

হৌবা কুম কুম্বী মন্নুং ওইদেএ ।। হুইরেন্না পুংলেনথোক থরোইনা হুংগাই শানা হৌবা কুমশু কুম্বী মন্নুং ওইদেএ ।। থাংজিংনা কেবাক থোক্না হৌবা কুমশু কুম্বী মন্নুং ওইদেএ ।। হৈক্রুক্না নারেং থাংনা হৌবা কুমশু কুম্বী মন্নুং ওইদেএ ।। কুম নোংদম তম্নগে শি নোংদম তম্নগে চংনোংদম তম্নগে ।। শি নোংমৈনে পাইনোংমৈনে করি হেল্লে করা হেল্লে, কছা ব্বালোং খোমা ব্বালোং, কছা তিলু ও কছা মাংদা চৎপা ম্বরা কোঙ্গাং লাই থিকতৌ থাদোলাই অওক অচৎ লাই লাইরমলেনগী লাইমরম ১৭ মক তাইবংপান্দবগী মপুনা লাইমিংথোই মহারাবা হায়না লৈরি-ঙৈ ইমা লৈশিরেন্না পোংমু লৈমা হায়না লৈরিঙৈ নোংদম্বনা নোংদমখিবা মরম থৌরম্বু কাইদনা কুবি নোংদম তম্বীও হৈয়ম ।।

## লৈঙম্বা পুম্নবু মরুগী শয়াংলোন তাহল্লে ।।

হৈয়ম হৈম্বা হৈয়াশো ইংশো, নহন্নোং উং উং উং নযুম লুবেল্লোক লুরেল খুম্বীলোক মান্তক থয়াইলোক চিঙ্গোই পাওবল্লি মরিং ইথিংখোং অচম্বা লেপ্রে পাক্না হাথাবা পোম্বী নাওথেমচীং ।। থৌচু ন্নংশুমচৌং, লাইনুরা ৭ না হুম্নগা লাইবুংধৌ ৯ না ওক্রোবা চীং, লাইবুংধৌ ৯ না হুম্নগা লাইনুরা ৭ না ওক্রোবা চাং নুবা কিবুল ভাইবোই চীংদগী হৌমিন্নবকপা চীংঙু ইবুংঙো খোয়যুম লাইমিংথোই ।। খোয যুম য়াইবী য়েলহৌঙৈগী য়েলহৌ মচীনঙৈগী অমম লৈশা হল্লকপা য়াইবী ওমথী হুমযোইনা খেবে মুঙ্গুম তগুপহৌ ।। যোইদিং নোংথাং তরংলেন তরং লাইজা ইহৌ ইপোক্লকপা ।। লাই-মিংথোই নুংনাং চবাইরোই অহেনবা কোরৌ কপ্রিবা রাংবা কুবিবা রাংমা মিংথোই পাঙ্গুম্বা হুপ্নাং মপান্থা চাবি মউ লিংনা মীশেম্বোং কাইবী অহুমক মুঙ্গুম পবিং লাংশম থানা উকক মায়থোং য়ান্ন মালেম লৈহৌরকপা ।। চীংঙু ইবুংঙো নোংদম ইপা ইপুরেন নশু হেবুংধৌ নশু হেবেম্মা লৈঙম্নিবা পুম্নমক অসিদো শেম্বীরকপগী মশেমথোক্কী মশেমথোক কপয়াংবা তংয়াংবা পুন্সি লৈপুন্সি মবা লেম্ফু লৈপানবা খুঞ্জাও লৈচাওনববু অমুক নৌনা কুবি নোংদম ওইবিও হৈযুম হোয়ানগে গে ইংসো হৌ ফদিও ।।

## লুরাং খুম্বিবা পোকপগী মরম

লাংবা চক্কী কুমশিং ৩১:৭ নোংদলাই কমশিং ৯গী পোইম্নু থাজা ১৫ পানবা য়ুমশাকৈশাগী অযুক অঙনবদা শিংখোং পোইরেতোনগী মচা শীতবুংনা পোকপা পশিংকৌবনা পান্নবী হুইমু লৈমবু রাঙ্গানশঙদা = চাবোকশঙদা কুমহুনা অমাইবীগী মায়য়োক্লবাগনা চাবোক নাওয়েকপু তাম্থেংহুনা লৈমিন্নরে ।। পশিঙ্গী নোংদমদগী মালেম অঙানবগী য়ুথক থানবা মতমদা মচা নিপা অমা তাইবং ইফাওরে ।। নাওরাবু ইক মাইতাবিবগী অমাইবীনা ফৈবম্না পমহুনা ফিয়াই ফিরেল নমথাং অমনা কোনবীহুনা পম্থৌ মপা পশিংনা নাওরা অহুগী য়েংথংবা নাকোংদা নোংদম্বা উংলৌয়াইবিরেন শিদবগী লাইমিং ৪ বু তাহল্লে ।। মতুংদা অমাইবীনা অঙাং অহুবু মমা হুইমু লৈমগী মনাক্তা হিপহল্লে ।। হুইমু লৈমনা নাওরা অপিচাবু কোনগে তৌবদা

হৌগত্তুনা মপান্দা থোকপগী কুন্দমচীংবু যেংনা কাগে। পোইবৈ কাংবুনা থিববু যংগ্রে॥ কোরৌ ৪নিবু পোইরৈ ঔরাং ইরোকমা ১২ চীংশাং নাপোম ১১ তুনা অনি তিল্লে রাখগ্নৈ, অহুম তিল্লে রাতাম্নহুনা খোঙ্গুল তাদনা লৈনবে। থৌবম্মু নোংদলাইনা তাবহুনা পোইবৈ হুপ্পা লোই-ননা মবাইগী য়্রমদা কুম্নক্নুনা মশু অপিচাবু চীংলেন নাপো। শুনা লোকশা খুদিংচংনা থিবদশু ফংদহুনা নোংদলাইশু মপুক লুম্নাং ঙকচানহনা কংগৈনা হনখবে॥ কোরৌ ৫নি শুবগী অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী অহন শিংখোং পোইবৈতোন্না পোইনাওগা লাইশিদববু পুরুম লৈপাইনহুনা পাউহংলক্লে ॥ পোইবৈতোনগী লাইনিংনা চেৎখিবনা অঙাং অহুনা নোংচুপ পাংবা নাপোমগী লোকশা ঔবাং থংবা চীংলেন নাপোমদা খোংলম ১ লৈঙ্গং তোমশোন মবিংলুজ্জুনা লাইবু নিংনা লৈবগ্ তানফংলে॥ হীস অঙাং অসিমি মওং অমানিদনা মমিচি ঐগী যুগ অসিগী লুচিংবা মহাং কথক্লগী য়ুম্মীংশু লৈহোংদনা অঙাং অপিচা ওক্টাব থংলহুনা লাইমিংথাগোম্নব থাবে, মপুক হবাও তযাম্না লৈরে॥ কোরৌ নোংঙালতুনু উবা ৬নি চংবদা হল্লক্নুনা মমা হুইম্ লৈমগী মনাও চংলক্নুনা য়াহিপ য়াতানা লৈরে॥ থৌবম্মু উবহুনা লাইমিংথোই পোইওগানা পোইবৈগী মনাক্তা থুংলহুনা হায়, শিংখোং পোইবৈতোন ঐবু কবি তৌহায়বনো নংনা ঐবু কৌবিববু হাযশে॥ লাইমিংথোইবু থাগোক্ষবদি শাইবং ইপোক্তা শাথোক্লবিবা নাওবা অমা কুকম চীংদা থোঙ্গখিহুনা পোইবৈ হৌনা লৈথি লৈযেনবদশু শানফংনদ্রে মনিবু কবম্বা মপোক শাথোক্লো বাহংজনিংহুনা অহুবু অপিচা অমিবু হল্লবনিনা মহৌ মঙম্বু কংলৈবাক্তা চংলম লাই বকচনগ্ থৌপুবিনবা তিনাশান লাইশোনবীনবা তমিবু? ১৬দি ওইবং মপোক্তা যাইমংবগী …, নশু শুথাংস ফংলবা যাইফংলবা নংনা থৌপুবিগদবনি॥ লাইমিংথোই অহুদা তাকপীখিবা নয়াথং কোরৌ ১২ নি শুদ্রিবৈদা খোযযুম মপোংহান্দা হৈক্না লৈবাং লোবহাম লইরি নাইবানদগী তেন্না নোংদম্বাংখিবনা ঐগ কদাইনো! উম চম্মি, কোরৌ অসিগী মনুংদা নখোয খিবিরা থৌপুগা হাবদি অহিঙ্গী কোলপা নাওব অপিচানা শাথোকপা মংম অদুদনি ঐশু হৌবাংকবে॥ অহুদি নশু অপিচাগী মচিক মঙম লৈহরগা মাহেম তঙানদনা বাতোন লোয়বপা অসিদা ১০২ তানদা থৌনিবশি॥ মক থৌবম পুম্বা নয়াথং॥ পাউশানহুনা ইশাই ইমাইচোনবা অ-1, ফৌদাং লুক অচোনবা ১, অথেনপোং ১ (হৈকক) ৮০ ননা ১শিং অথেনপোং ১, থানা মাহেম অচান দা থৌনিবে। থোক—উ মনানা ইশাইযুদা লুপ্পুনা পোৎপুম্বু লাইশোন্না থিকপেংলে ১ তুংদ থৌনিনা লৈহল্লে।

অসহং মঙাং পোংলেম্নংতুগবা, সং-লুরাংবা মিতোংলেন, কোং খুমন মরু লুয়েন তুথবা ওবা॥ নশু হেবুংপৌ নাওবা অপিচাবু শিঙ্গু লাইচুবা কোকহল্লো, হৈবাং চুম্না পালহল্লু, মহৈ মবোং চুমহল্লু লৈবাংবু শম্না শাংহল্লু, মচিক নঙান পুন্সি মুংশাংববু লৈহাপ লৈপিনবিরো ওমহৈ, ওমহৈ, ওমহৈ॥

লাইমিংথোই মক পোইনাওতাগা লুরাং কুকম চীংলেন লৈকোইবগা ভাংনবা লাইরকচম মৈতৈগী রাহং চৎলম লাইরকচন ওইবনা। লাইরকচন পোম্বীলাং হৈহুন্না খাইদোকখ্রে ।।

## নুমিদাং ঈ মপান থাবা



খুদা

নোংদম্বা খোয়রুম য়াইবিরেন ৫ গী খুদা থাহুনা চেং অকুপ্পনা মালেমদা পুন্সি ইপাননিংননবা ফম্বি কানোক য়েকুনা ময়াইদা ফৌ থবা চাইরগা ইশাইফু থিল্লে ।। ইশাইফুগী চিবা ৪দা কেয়ৈ ৪ য়ুংলগা লংহিং লংজা ৯ না কোয়শিন্দুনা ইশাইফুগী খাংজপ য়ৌনবা ঙশিংবু হৈরগা হৈফা মরোং ১ মনা মপুম ১, লুপা স্ম অহিংবু থাদরে ।। ফিরাক নোংথাং কৌবা লিকুং ১, হ, ব স কৌবা তেঞ্জে ৩, ব স হ কৌবা তেঞ্জে ০, স, হ, ব০ কৌবা তেঞ্জে ৩ তেঞ্জে ৯ গা লোয়নহুনা লিকংবু মকগী খুদাগী য়েত্তা ভাহনা থম্মে ।। চৈকক, লৈ, চেং থোইদিং, তিংথৌ মনা ৫ পানবা, লংহিং লংচুম পোং পুম্বা অগাও অথুম ইশাইফুগী মনাক অকোয়বদা থম্ম ।। মতুংদা ঙশংবু থাকোরে ।।

ইশাইফ শোকুনা হয়ম তুরেল ইনে, লোকচা ইনে, মচা ইনে, পানবা ইনে, নারন ইনে, লুরাং ইনে, মফম অসিদা চৌফবিরো ।। রাহৈ অসিবু হায়রগা ইশাইফুদা ইভাল লৈশাবা অঞ্জি য়েক্লে ।। পোং পুম্নমক ইচাইবে ।। লাইমিংথোই মক পোইনাওতা মপুক ইক মাইপাবে ।। মশা লৈফম্বু লৈশেংলে ।। মালেম ইমাবু পায়হুনা রাশরুহুনা লৈম্নং থাবা তাংরোইলাইদা থোরম্বু কায়দনবা শিন্নরে ।। (চেং, থোইদিং, লৈ, তিংথৌ লৈহুন্না) ইশাইফুবু ইবাংলে ।।

ওম শামু মকোক পানবা ঔরাং ভাকপা শজুং তেলহৈবা ওরা ।। ওম মুপা মহারাবা ওরা ।। ওম লাই থুংলোংবী হ্ং ওরা ।। ওম হ্ং হ্ং কোরৌহনবা ।। ওম ঐং কুং লোইদাম থাজা পাথংবা ওর ।

নোংদম্বা য়াইবিরেল ৫বু লৈহুল্লক্লে :—

১। ব্রুং লৈহিংফা ওরা ।। লৈফা ওয়ে ওরা ।। কুংনোংলুম ওরা ।। ২। ওম শনা থমলে থম ওরা ।। ৩। ওম সনা মুহেম্নু নোংসনা মনিক খোম্বী ওরা ।। ৪। ওম হে মেচিস্না মুংতুরিকপা ওরা ।। ৫। ওম লৈ নোংথাং তরংবা চাক্রেং কৌবা ওরা ।।

মতুংদা লাইমিংথোই পোইনাওতনা লাইশোল্লগা মপা পাশিংনা ইশাইফুদা চেং থোইদিং লৈ, তিংথৌ লৈহল্লক্লে :—

হয়ম হয়াহে নোংদম ইপা ইপুরেলগী নোংদম থৌদাবু থৌপুনা তাইবং হকপু মপোক অথোই চং-খোনবা শেম্বী শাবিরকপা খোয়য়ুম নখোয় পুম্বনা শেম্বীবগী মশেমথোক অশোই অঙাম লৈঙম্বা থিবিক মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ঈরম খোংলম অশোই অঙাম লৈঙমখিববু কোরৌ অসি অসিদা অমুক তৈনা শেম্বী-তুনা পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু তানা লৈপান্নবা কপয়াং তয়াংনা লৈঙম্নববু কুবি নোংদম তম্বীরম্মো হয়ম হয়াহে ॥X

## লাইশোন লৈহুন লৈতমহল্লে :—

১। মরি লিশাবা=শুমরুবু শেম্বা শাবা লাইদি - নুংশিত্তবা লেংদবা মরু কৌবনি ওরা, শেম্বী শাবিও ॥

২। তবোপ তয়াংবা চংনিং হেনবা=তিংবু শেম্বা শাবা লাইদি তাওরোই লাইনি, নমিংব তিনতরেং তিনতরিং কৌবা নংনা তিঙ্গী অশোই অঙাম লৈববু শেম্বীও পরা ॥

৩। লু পে কপা শেম্বা লাইদি মার্জিংনি লাইমিংবু হোকাপ হো থাহো কৌবা খোয়য়ুম নংনা নশু হে বুংথৌ অশিগী লুগী মরমদা অশোই অঙাম লৈরম্বা থিবিকপু পুন্সিগী অশোই অঙাম লৈতনবা কোবৌ অসিদগী শেম্বীবো ওরা ॥

৪। শিংলি নাওরিবু শেম্বা শাবা লাইদি কৌক্রনি, শিংলি নাওরি অশোই অঙাম লৈখিনা পুম্ববু ইপুন্সিগী শোয়দনবা কোরৌ অসিদগী খোয়য়ুম লাইমিংবু (ওম ওম চিবি র্জাভী) বৌবা ওরা ॥

৫। পোং বু শেম্বা পোকপা লাইদি নোংপোক্লি তোঙ্গী মরমদা অশোই অঙাম লৈখিনা খিবিকপু কোরৌদগী শেম্বীবম্নু লাইমিংবু (য়েবং) কৌবা ওরা ॥

৬। বাম্বু পোকপা শেম্বা কুবামপান লাইদি থাংজিনি খোয়য়ুম নংনা কুম্নাম্বানগী মরমদা অশোইবা অবাংপা লৈখিববু কোরৌ অসিবু শেম্বীরো পুন্সি ইপুনসিগী অরৎপা অশোইবা লৈতনদা হে খোয়য়ুম লাইমিংবু যোক থাংবাই কোংদিং কৌবা ওরা ॥

৭। কুবু শেম্বা লাইদি কোঞ্জাপু খোকপা পাবু থংবনি, খোয়য়ুম নংনা উনগী মরমদা অশোই অঙাম্ব পুন্সিগী লৈতনবা কোরৌ অসিদগী তৈনা শেম্বীও লাইমিংব (শনাওং তেংবা) কৌবা ওরা ॥

৮। ঈং শেম্বা পোকপা লাইদি ঈবৈমা শিদবীনি, ঈগী মরমদা অশোইবা অহেনবা অরাৎপা লৈখিনা খিবিকপু ইপুন্সিগী লৈতনবা হে ইনা লাইমিংবু (চিরিও কাতু কাঞ্জরি অরিয়া থুংনপ) কৌবী ইমানা কোরৌ অসিবু শেম্বীও ওরা ॥

৯। থরাই য়াইবী শিদবনা নোংলেন্দা কোরৌ ৭নি লৈএ ॥ থাদা পীরে থবী কৌএ, লাইমিংদি (মিম্বাশো তিনথাকসং) কোবা য়াইবী নংবু পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈত্তানা ওসিদগী লেংদনা লৈফম্বা ওইরসি ওবা ॥

১০। তুন্দ্বু শেম্বা পোকপা লাইদি অতিয়া মক শিদবনি লাইগিংবু (থুপ্লং মকবা) ওরা ॥ নোং কোরৌ ৭ থাক্তা ১২ বু হাংদনা নগু হেবুংধোগী তুনিংথোদু চোংহনবিও ওরা ॥

## পশিংবু থুং লোম্নহল্লে—মরু পোইনাওতনা লোয়শিল্লে :—

কোরৌ থক্তা ম্নাযেনবা মালেম থক্তা লৈতেম্বা লৈতোন তপ, তপ, শিংলি তপ তপ, মিহিং থুং থুং থুং তৌফদে নোংদম্বা য়াইবী কোন্দগী মরু সিদবগী ম্বাথংনি ওরা ॥ হৈয়ম হোম্নানরগে ইংসো ।X

## অঙাংবু থাদোক্তুনা খোকউ মনানা ইশাইহ্নুদা লুপ্তনা থাশেংনৈ )

হারুং হারুং হারুং, থৌবিত্তে লোইবী তেং চেংলৈনাই তাংজৈনাই, উঙাংঙৈ শিংশুঙৈ লনশুঙৈ, চবোইনা খোংশুঙৈ য়াম্বীনা খোংদৌঙৈ হুইথোনা চীনফেংঙৈ, কৈরেম্না য়াখোকঙৈ, লাংমাই হুইজিন খোজালনা নৌখাইঙেদা; লাইবং শেম্বা লাক্নো অঙক অঙাও চুহুনা নোংদম থোদাবু খোঙমদনা লৈথ্রবদা মচাং মক শিদবনে, লুবাং মরু শিদবনে, খুমন মক শিদবনে, ঐহাক নহাক মহাক মক অহুমক্কা মযুম খিকপো নাইহননা তবং খিকপেং ইচাতববদা অনম অহানবু কোক্নুনা খোঙম থোয়ানখিবারানি শিঞ্জ লেহুপা লৈবন্ত শিনশো লাইশেংনবশে ওম হে ওম হৈ, ওম হৈ ।X

খোয়দোদা শোনবিরে :— হে থবাই ৫ মক মিগা থানা ৬ মক থরাই নঙ্গী নমিংদি (মিং তীং খোন হাংনাইবা) কোবা ॥ মিনমিংশু (মিরেল ম্না তোমপোকপা ) কোবা ॥ হে ম্না চিনফুবেল ম্না কোনফু বন্দা থাম্বিম্না থমোই লকাম্নুংদা য়াতাবা খোয়দৌ য়াংফমদা ফম্বাল্লিবা হে মক নমিংদি লোইনবা শেম্বা বাবা কোবা লোইনবা শেম্বা ন বু হায়বনে মি মি কুক কুক মম মম লাও ম্না নফয়াং নোংদম্বনা নোংদমখিবা নশাইকোন্দা লে ফদে কাংফদে ॥X

লরাইদা শোনবিরে :— নুবাই নংদি মকগী খুদানি, হকচাং নংদি থিশা উতোংনি, খা নংদি নোং ম্নাংনি ইবম ৭ খোংলম ৭ হিক হিক হিকথবো ওরা ॥ য়েৎ থংবা খুদাংদা লংহি লংতা ৯ বু লাইমিং হাপ্তুনা পুল্লে : – অঙ্কহং, নং, সং, উংঙা, কোং, ঙং হৈয়েং, হংশিৎ, অশিং মবোংমশিৎ, মকাপ, মশেৎ ওরা ॥

## মরু পোইনাওনা লিরুং তেন লোক্নুনা পীবে –

মবুং হুমদাং ঙাথোবা নচন ইবেম্মা হুইমু লৈমনা ফংজবা নাওরা অপিচা নমান লুয়াং খুম্থিবগী য়াইফনবা মাইগৈ ৮ বু থিংবিহুনা তেঙ্গে ১না তেংবানবগী পম্বৌ পলেমদগী চাক্ লনকু পুন্সি

নিহুনা হনওম্বীরকউ ।। লিরুং অসিদো লাইমিংথোইগী মথুংগু (ফিরাক নোংথাং) কৌবনি ।। তেঙ্গৈ ৯ অসিদো মৈ. ঈশিং, নুংশিং অহুম্না শাথোকপনিদো ।। পাউশারগা তেঙ্গৈ ৯ গী মচিন্দা লাইশোল্লগা পীরে ।। মুগুরুবা লমুরুবা মিরম থাওম্নবা ওরা হ র স, স র হ, স হ র কৌবা নখোম ৯ না লৈথিং থৌপুরুরো ।।X

হুম্নাং ঙাখোৌববু নমথাং থাওম্বা, নমশা শলাই হাপ্না মপান্দা থোরক্তুনা তেনবু কাম্লে ।

চিংথৈদা :— রুং শ্রোং হায় হায়, কৌবা নংনা নগু হেবুংথৌ লুরাং খুঙ্খিবদা তিনয়েৎ লাইয়েৎ-লগদবা লৈওম্বা মাইগৈ অশোমদগী হুনি নারো লাক্কদবস্নু ঙাকথোকপীও ।। নোংপোক্তা :— মিত্তোং-রেংবা ওরা ।। মৈরমদা—ওম হোরিক ওম হোরিক কৌবা নংনা ঙাকথোকপীও ওম্বা ।। মখারমদা :— থোয়য়ুম অংরং তকুপ তরেংবা কৌবা নংনা ঙামপীও ।। সম্বোংদা—ওম পোংলং হায় হায় কৌবা নংনা ঙাকপীও ।। নোংচুপ্তা খারিং হক খারিং হক খারিং হক কৌবা নংনা ঙাকপীও ওরা ।। লিক্রমদা—থোয়য়ুম ও শ্রো কুং কৌবনা ঙাকপিও ওবা ।। ঔরাংদা—(থি লিং খিং) কৌবনা ঙাকপিও ওরা ।। নেংলান্দা লংই লংই খিংলিং পম্বোনা পারি নচাগী অচা অথকপু রাত্তনবা কুবি নোংদম পীঙ্গনকও ওরা । মালেমদা- তেংবানবগী পলেম ইমা লং ইরিক লংহিংনু কৌবী ইমা নঙ্গী নতম্বাক্তা পারি নচাবু চেংনা চান্না কোক্ষিনবিহুনা পলেম নঙ্গী খোম্নাং পুম্ববু নচাবু খাবোং থম্না পীথক্রবীও ওরা ।। তেঙ্গৈ ১ হুনা গক খাবু উংলগা পুশিল্লকুনা থম্নগা নাওরাবু কুবি নোংদম তম্বীহুনা থৌরোইরে ।।

## ঈশেং থৌপুবা কোরৌ ১২ নি শুবদা :—

অয়ুক য়েন্দা অচনবদা নাওরা অপিচাবু খুজিন থুয়া মশম মকোক মউ শেংদোকপীহুনা ইরু মাইতা-বীরে ।। পলেম মমা হুইমু লৈমা শমখাং চেংহি শম্বাল লাংহুনা ইরু মাইতারে ।। লাইশদা পোইনাওতানা লফেন পাংকী ঈশিংবু লৌরহুনা উখোঙ্কী মনানা লুপ্লুনা থীকশেং খাশেংবিহুনা নাওরা অপিচাগী হক্কী ঈমাংদা লাইরম্নন্দা নামু ববু ঈশেংথীহুনা তাইবংলেন্দা তিনবা য়ানবা থীকশেং খাশেংবা থৌরোইরে ।। মতুংদা হৈচক অচা অগক অথন পাং মায়ায়াকথনা চেং থোইদিং, লৈ, তি থৌ শঙ্গোম অনৌবা, চুহিং. খোহি লৈহুম্না ইশাইথু লাত্তুনা মৈবু থাগোন লৈহুম্না কোরৌহনবদা থৌনিরে ।।

মৈবু লৈহুন ৯ তম্লে : রুংমৈ মুংশং ওরা ।। রুং তরংঙাং ওরা ।। রুং ঙানতুহিং ওরা ।। রুং ঙান তুঙান ওরা ।। রুং মৈশং তরেং ওরা ।। রুং মৈশং তরেৎ ওরা ওরা ।। রুং মৈ কেম্নুবী ওরা ।। রুং মৈহীংমন ওরা ।। রুং মৈতবং ওরা ।। রুং মৈশং রাওম্নু ওবা ওরা ।।X

কোরৌহনবা থৌনিরে :— ফিদা অমা খাথনবা উখোক্তেন ময়াদা থাহুনা অঙাংবু মকোক মখা ওম্লগা মমাই নোংপোক ওম্না থম্লে ।। ওম হুং হুং মালেম অঙানবা ওরা ।। চেং থোইদিং লৈ, তিংথৌ লৈহুম্লে ।। চিংথৈ লৈমরেনবু আ ওম শারোংশী শিনথোম্বী চৌংথৈ লৈমা ওরা ।। নংনা ঙানবা লুবগুম লুহমবিরো ।। অতিয়া মরুবু—অতিয়া মরু শিদবা তরং তরেং তারংবা কৌবা ।। (হঙোই উচুং লোইনা পনশাবা লাইরেল অঙৌবনা থোংশংবা তম্ফা অশংবনা থোং থিংবা) নকম্নাংদা পুরুম থৌনিজবনি নংনা

রাংবগুম রাংহনবিরো নংনা লংবগুম লংহনবিরো নগু লুরাং খুম্বিববু কোরৌ অসি নোংদম্বীরো ওরা ।। মতুংদা চাবোক নাওয়োক থৌরম ৭ পু নামুং চৎলম লৈহন্দনা নোংদম নাওকোল্লে ।।X

## লুরাং খুম্বিবা নাওরা অপীচাবু তরা চাকউম্না

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৮ নোংদলাই কুমশিং ১৩ চংবগী শজিভু থাজা ৩ নি পাননা শগোলশেন নুমিৎকী অয়ুক যেন্দা ৯মাংদা পোইনাওতা লাইশিদবনা লাক্লুনা হায় এ, শিংথোং পোইরৈতোন কোরৌ ঙসিদি নগু হেবুংধো লুরাং খুম্বিববু তরা চাক উমহন্দুনা চাকপু চাবা তম্বীরসি নগুগী ঈপান থৌনিবদা হাপখিবা থৌদাংবু পুথোরক্লো ।। চেংজা মাইঙৌ তাহল্লো ।। পোইনাওতাগী নোংদম্বু থৌপুনা থমখিবা ফৌদাংবু চেংজা মাইঙৌ তান্দুনা নাওরা অপিচা লুরাং খুম্বিববু চাকউম্নবা থৌপুবক্লে ।।

## পোইনাওতানা থৌনিবা ইশাইফলাৎপা

ইশাইফু অমা হৈনৌ মনা মঙানা পুন্দুনা ইশাইফু ংম্নবা যম্বী কানোক য়েক্লে।। ওম শজুং ক্লেৎহবা ওরা ।। ওম মুংবা মহারাবা ওরা ।। ওম মুং লাইখুৎলে..বী ওরা ।। ওম হং হং কো-বৌহনবা ওরা ।। ওম থাজা পাখংবা ওরা ।।



মৈফম শেন্না



ইশাইফ লাৎপা

মৈফম্বু মালেম লৈ তম মান্নবদা কানোক থানা শেনহুনা হৈকক থানা থিকপেং ইচাইনবহুনা মৈহৌরে ।। শিং অচাকপা অমা শম্থোং পাংনা তিনবা য়াদবা মৈবু খাইদোক্লে।। থৌরম্বু ঙাক্লবগী-দমক মাইগৈ ৬াকপা লাইদা শিন্নরে।। মতুংদা লৈম্মুং লোঞ্জ অবিবা তাওবোইলাইদা শিন্নরে।। মতুংদা মৈ কৌবা লাইবু চেং থোইদিং তিংথৌ মনা মঙা পানবগা উহং মনাগা লৈহুল্লে।। রুং মৈ মুংশং ওরা ।। রুং মৈতরং ঙাং ওরা।। রুং মৈঙান ভুহিং ওরা।। রুং মৈঙান ভুঙান ওরা।। রুং মৈতরেং ওরা । রুং মৈকেমুবী ওরা।। রুং মৈহিংসন ওরা ।। রুং মৈরাঙনুবাক ওরা।।

মৈ কৌবা নঙবু শক্তিবু থাজা হুমনি পানবা শগোলশেল মুমিং অসিদা ইরাৎচবদি নঙ লুবাং খুম্বিবা অসিবু নঙম্না। ঙানবগুম ঙালহনবিয়ু থৌনিনা লাৎচবনি কৃহিও হোয়াহে।। নফম্মাংদা থোয়-য়ুমশিংবু থাকৌনা লাৎচগে হোয়ানবম্নু নঙনা শাদিও ওৱা।।

ওম হ্লুং লৈহিংফা লৈফা ও–এ কুং নোংলুম ওবা।। হ্লুং স্না খম্নে থাং অতিয়া মরু শিদবা ওৱা।। ও স্না মুহেন্নু নোং স্না মনিক খোম্বী।। ওম হে মেচিক স্নামুং তুরিকপা ওৱা।। ওম লৈ নোংথাং তন্নংবা চক্রেংবা ওৱা।। খোয়য়ুম নোংপোক ইভৌবা পাদগী অথোইবা ওম ইভৌ মহারাবা ওৱা।। ওম হুং হুং কোরৌহনবা ওৱা।। হ্লং শ্রোং হায়ো হায়ো চিঙ্খৈ পাম্থাইবা ওৱা।। অা উম শোরোংপী শিনখোম্বী চিঙ্খৈ লৈমরেল ওৱা।। নংনা লুনা ঙানবগুম নঙবু ঙালহনবীও।। ওম হ্রীং ক্রক ফা হিং ক্রক কং ফা বাংব্রেন পাখংবা ওৱা।। ওম উই ফ্রাং চিংথং শ্রোং থাংজিং পাখংবা ওৱা।। ওম হায় চিংপা হায় কৌব্রু পাখংবা ওৱা।। ওম কুং শংতে হিংতে মার্জিং পাখংবা ওৱা।।

## নাওৱা অপিচানা ক্ষমনবা খুদাবু নিরে

হানা ময়ুং কাবা মনিক্লা মফেন লাংবা মুক্তানা ফিবান চনবা স্না লিফক খুদানি, উংলৌ য়াই-বিরেন শিদবনা ফম্বা ফম্বীনি, লুম্নাং থারগা নিরক্লে।। হৈয়ম কৌভৈদা উ লৌ য়াইবিরেন শিদবগী মফমদা শিন্নরমতনা মরুনা ফমখিদো।। অতিয়া মরুনা মপারি অহনবা মহি স্নালেল মহি মহি মহিও মহিরেনগী মফমদা লৈশিন্নহুনা থাবা খুদা নঙনিদো।। লাইমিংথোউ মহিপ্পরেন্না মশানৌ কোন্দো তনৌবা পাখংবা কোঞ্জস্তথোকপা ইশানৌ নঙনা তানফংজহনা কোরৌ অসিদগী ফমঙরো শিন্নহুনা ময়ুম এন্নুপ পুম্বগী লুচিংবা পিবা কংলৈম্না ফম্বাল শংবনা স্না লিফক খুদা নংবু মৈ ঈশিং নুংশিং অহুৰুকী মফমদা শিন্নহুনা থম্মিবা খুদানিদো।। খোয়য়ুম মতিক মঙান চাওবা তরেংনা খোয়য়ুম মঙাবু লেপ্লিবা খোয়য়ুম মঙানা খোয়য়ুম অহুমদা শিঙ্গাহুনা অহুম্না অমদা শিংলেপ নিংলোয়ন-রিবা খোয়য়ুম পুম্ববু লৈপায়না থৌনিজবনিদো।। পুন্সি ইপুন্সি শাংনা মরা লেমফু তানবা কোবৌ নোংথোনা রাংবগুম মালেম লৈনা তপ্পগুম তপনা পান্নবা থাম্বী মৈনা ঙানবগুম ঙান্নবা মালং থো য়াংবনা য়াংবগুম তাম্থেংনবা তরং ঈশিংনা ঈংনা লংনা লৈংগুম তানথেংগে অহুৰুকীগী বোরৌ অসি নোংদম্বা মরুগী লুক্লেন লুকমনবু হাপ্পবা অসিদা লৈফম ফিদা ওইজগে নিজবা নীনৌও মরু।। হে নাওৱা ফিদা অসিদো লৌজরো নশা হকপু পুবা মশক থঙনা ফমজবা ফংজরো হোয়াহে।।

## নাওরাবু ফীদাদা ক্ষমনবা পাওদাক্লে

হে নাওৱা নঙ্গী হকপু পুবা লাইদি লাইমিংথোই নোংশাবনা পুবনি লাইমিংবু (পুং চেক ঙাংথুপতু) কৌবনি।। মশক্তি নঙ্গী হক্তি ময়ায়দা মরি লিশাবা খোথারতিং শিংলি মৈরোম্বা)

কৌনা লৈদো ॥ য়েৎলোলদা শিংলি চংনিং হেনবা, ওইরোমদা শিংলি তাবোপ তয়াং শাবা, হায়না লৈদো ॥ মরি লিশাবা কৌবা শিংলিগী মকোক্তা নোংদম্বগী যম্বীনে শিংলি অহুম অসিদা লোইদাম থাজনা কাবক্লনা পীশুম অনিগী মরক্তা লৈরে মফম অসিদা শিংলি অহুমক্তা তিল্লিবা মফম্নি ॥ মিৎচি অনিগী মবক নখাং কৌবা লৈফম্বু ( ঈবোং অহুম ফাংবা ) কৌইদো ॥ মফম অসিদা ক্লিং কৌবনা স্না যম্বাল ওইনা লৈবনিদো ॥ পীশুমগী মবকপু নোংপোক কৌবনি ॥ মফম অসিদা কুং হুং লাইয়েক্কী মঙ্কা স্না যম্বাল ওইদো ॥ অতুগা মথক লাইবক ময়াইগী শমখোংবু ( নোংলোন ) কৌএ ॥ লৈফম অসিদা স্নং লাইয়েক্কী স্না ফম্নি ॥ অতুগী মথক নোংলোন শঙ্গাই পুস্নিবা কৌএ ॥ লৈফম অসিদা ( রুং সৌ ) লাইয়েক্তা শ্না ফম ওইবিদো ॥ য়েৎ থাবা মিত্তা শিৎলি মিৎচিরেং মিংহিংনু কৌবা লৈ॥ ওই থংবা মিত্তা মিত্তাবেং মিহিংনু কৌবনা পুইদো ॥ অনি অসিদো থবাইগা য়াইবি শিদবগনি খংঙ, তাও ॥ নাকোং হেক্তা শিংলি চিংথৈলাবা লাইমিংবু ( শংহো ) কৌবা ॥ ওইথংবা নাকোংদা শিংলি শমদোন য়াংবা কৌবা লাইমিংবু ( শোহীং ) কৌই ॥ থমোইদা শিংলি মৈবোম্বা লাইমিংবু থুংচিবিক কৌই ॥ কোক্তা শিংলি ( তীংলিস ) না পুবিদো ॥ মিউ লুম অনিগী মবক্তা শিংলি ( চেখেকু ) কৌবনা থুংলি ॥ ১০ অসিনা লুচিংনা মরোং মশা শিংলি চাল্লপ ৮০৮ বু পুবনি ॥

মুংশিৎ ১০ না হকপু থোদা নোংদম্বনিদো মৈ, ইশিং, মুংশিৎ, অহুমগী মশক মমিংদি অমদি হুমলেন চেন দোবা ॥ ২দি হুমলেন অংপ অাংবা ॥ ৩শুবা হুমলেন অরাম খৌরাংবা , ৪শুবা হুমলেন চাখি থকখিবু তুমহনবা । ৫দি হুমলেন অবা পোংথাহনবা । ৬ত্তি হুম্লেন অকম্ববু যাংহনবা ॥ ৭ত্তি হুমলেন মিকপ য়াকৈবা । ৮দি হুমলেন হকথি হাকাম চনবা । ৯দি হুমলেন শিংলি যাংলিবা । ১০ দি হুমলেন থগোকপা ওহনবা । নখোয় পুম্নমকপু থরাই য়াইবিবু হিংনবা নুংঙাইনবা নোংদম্বনা হক্কী মমুংদা থম্বীবনিদো নখোয় পুম্ববু পুক্লম লৈপাইনা থৌনিজবিএ বুবিও নশু হেবুংধৌ লুরাং খুম্বিবু চেংনা চান্না মালেমদগু তাইহন্দনা কোবৌদস্থ কাইহন্দনা কোরৌ অসিদগী কোম্ভিনহল্লা ওরা ॥

## নাওরাবু মপুক ইরু মাইতাহল্লে

নোং কৌক্রুবে ওরা :— কু কু কু ॥ থাংজিংবে ওরা কু কু কু ॥ শোং নোংপোক চিঙ্খে মরু অচিবা ওরা কু কু কু ॥ চাকখিন থৌপুরে— হে নাওরা তাইবঙ নঙগী নচিঙ্গাক্লে, নপা নমা, নপু নবেনগী চিঙ্গাক্লে ॥ নোংদম্বা মরুগী লুকমন্নি চাদনা য়াদে চাও । থরাই নঙগী নমিংদি গুৎ গুং গুৎ কৌএ ॥ মিহিং নঙগী নমিংদি মি মি মি কৌএ ॥ চিনবান নঙগী নমিংদি মম মম মম কৌএ ॥ রাইহৈবু হায়ত্নুনা চাকপু অহুমক ইল্লে ॥ অমুম্না চাবোক খোংলম কায়দনা নাওকোল্লক্লে ॥

## লাংবচক ৩১১৯ নোংদলাই পাখংবগী কুমশিং তরামাথোই, লাইমিংথোই পোইনাওতানা চনৌ চেংহোঙবা

কুমজাগী থৌকাওদনা নোংদলাই পাখংবনা মেরা থাজা ১২নি পানবা য়ুমকৈশাগী অয়ুক য়ুংথক থানবগী মতমদা লাইমিংথোই পোইনাওতাগী মফমদা কুমজাগী চনৌ মোংখাং চাকহাওবু (চেং হোংবা) মিংহুন্না চেং হৈরে।। পোইনাওতানা লুক্লেন মঙা থাহুনা খোয়য়ুম মঙাদা চনৌ চাকপু মথেল শেমহুনা কংলে।। মতুংদা লুকমনবু তাইবং পুম্বগা চামিন্নহুনা য়ুংঙাইরে।। লাইমিংথোইনা নোংদম্রে, ঐবু চনৌ পীজরিবগীদি ঐনা করিমত্ত নোংদমদে ঐবু লৈপাইবশি তোক্লশি মবুংনা চন্নু চাকৌবা হায়না চংলম অমা হৌরসি লেপ্লে।।

## কুমজা অশানিংঙান্না মপাম খোংদাবা

হিয়াঙ্গে থাগী নিনি পানবদা পোইরৈতান্না মচন লাইশ্নাবু মপাম য়ুমদিন চাকৌবা হায়দুন শেম শাহুনা মৈতৈ লৈমা লাইস্নানা মগু মন্না পুম্বগা লৈহৌবা লুবু কাওদনবা নিংশিংবা ওইনা য়ুংঙাইনৈ।। মবুং লৌ পাংবা তোক্তুনা চন্নু নিঙোলবু চাকৌবা হায়না হৌ লম্মাহনবা কংলৈ সনা পুংমাইয়োনগী লৈবাকী চংলম কুমজাগী লুতিন ওইনা থৌপুনরে।।

লাংবচক্কি কুমশিং ৩১২০ নোংদলাইগী কুমশিং ১২গী শজিবু থাগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা পোইনাতা শিদবনা মৈ কৌবা লাইবু ইরাং পুকম লৈপাইনা লুরাং খুম্বিবনু নান্থুং নারেং ম্নাংতুনা কুমিশং লাংফাই য়ানবীরে।।

লাংবচককী কুমশিং ৩১২২ নোংদলাই কুমশিং ১৪ চংবগী য়াকচিং থাজগী ৫নি পানবা শগোল শেন মুমিত্তা পোইনাওতানা লাইয়েক হামোইবা ৩৫ য়াইবী লাইয়েক ১০বু তাকপীহুনা আঙ্গিগী পারম্বু খংহল্লে।। ঁ = খম্নুং আঙ্গি হায়বা অনিগী মশক্তি মাংবা য়াদবা মশক্তি থমদ্রিবনি।। = ইঙাল লৈশাবা কৌবা আঙ্গি অসিনা মশক মওং মঙালবু লেপ্পবনি, পরম্বু খংনা লাইয়েক আঙ্গিগা থানা ৪৭পু থৌরম য়েংনা লৈরেনগনিদো।।

লাংবচককি কুমশিং ৩১৩২ নোংদলাই কুমশিং ২৪ চংবদা লুরাং খুম্বিবগী কুমশিং ১৫ চংবগী ইঙা থাগী ৩নি পানবা ইরাই মুমিংকী অয়ুককি কোলুপ ৫ তাবদা লুরাং খুম্বিবনু পোইনাওতানা লংতিং ৯না লংফাই ৬পু য়ানবীহুনা হকন্নুঙ্গী পরম লৈকম ৬পু তাকপীহুনা হককি লৈফম ৯দা মালেম ইমাগী মতিক মঙালবু তাকপীহুনা মালেম লৈকংপা তম্বীরে মপুক ইরু মাইতানা।।

লাংবচকী কুমশিং ৩১৪২ নোংদলাই কুমশিং ৩৪ চংবা, খুম্বিংগী চহী ২৫ চংবদা হিয়াঙ্গে থাগী ২১নি পানবা ইরাই মুমিংকী অহিং য়ুংথক থনবা মতুং কোলুপ ৩ তাবদা মৈফু ২ তৌহুনা লৈখারোমদগী মৈবু কৌথংতুনা লুরাং খুম্বিবনু খুজিন খুয়া শেংনা মকোক মউ ইতুম্না মপুক ইরু মাইতানা হক্কী, লৈফম ৭তা মালেম লৈকং লাংহন্দুনা উহং উরাং চৈনা কোরৌ নোংমাইজিং

১০৮ দা ককপা শিংকক ১০৮ বু লৈপায়না লাইমিং থাগোন থাকৌবা তম্বীহুনা লিকচাও শিহনবিরগা লংহি লংজা ৮১ না লংফাই ৯ থোক্লা ফাইরগা অহুম থোক্লা কিশি ৫ পুম্না লংফাই ৯ মশকপু তাকুনা লিপুন মঙাগী মশক খোয়য়ুম ৫বু তাকপীহুনা লংফাই ৬ য়ানববু থাম্লগা লংফাই ৯ বু য়ালহন্দুনা লাইনিং চংলম থৌপুনবা শিন্তাক নোংদম থৌরোইরে ॥ মপন অরোংনা মচাগী চংলম্বু তাহুনা মদাইরেন চীনফু- য়োন লাইতোংলেন চীনখুবীগা লোইনহুনা হৌ লাংলোই লম্মাহনবদগী লাক্লুনা অঙাঙ্গী থৌরম্বু য়েংঙবৈ ॥ উম অঙাংসিদি লুচিংবা অঙাংনিদনা মফম অসিদা হঙ্গিনবদি কাম্নদ্রে ঐনা লৈঙম্বা মফমদা অহুম মরৈবক্তগে হায়না অহুম হনখে ॥ মপু চিংখোং পোইরৈতোনগু ঐগী লুপ অসিগী লুচিংবা ইহুং ইরেং লৈরে ঐগু লাইনিং পরৈ লৈথামবা চংলগে হায়হুনা চংখ্রে ॥X

## পোইনাওতনা নোংদা লাইগীদমক য়াইক থৌশিনবা

হৌজিক্তো হৌখ্রবা যাবু মথংশিংনা হায়গে ক লৈশংবা নোংদলাইগীদমক্তা পোইনাওতনা থৌশিনবা বাবু লাংবা চক্কী কুমশিং ৩১১৮, নোংদলাই কুমশিং১০ চংবগী মেবাগী .৭নি পানবা যুমশকৈশা সুমিংকী কাওবেল কোম্পনবা ইতমদা পোইনাওতানা কৌক্ত লাইলোংবগা থাংজিং কোইরেল লাইগা ২বু পাওহোম্না থেনথাক্লে। কৌক্র অগুম্না, কোইরেল থাংজিং খোয়য়ুম ২না কদৌবনো, চক অসিদা তোগদবা থৌয়ানখিবা নংথৌনঙম্ব থৌকাওনত্রা, নবাঙানিবু শাথোক্লুনা নোংদলাইনা শাফোংনা লৈপানববু য়াইফ সুংঙাইনবা নোংদমহুনা লৈথোক লৈকনবু তেংবাঙ্গনি থৌয়াবব করি সুংবু থৌকাওহনো ? নমুং নতম ওইক্রি হায়ঙম্ব্া ॥ লাইমিংথাই ইমুং ইকমদি হেনবু হেনমল্লবনি অহুদা পুন্নারী অসিবু কনাদা কমদৌবা ॥ অহুগীদমক্তা ঐ লাকঙমবনি নঙ্গী নঙ্গী নখুংগুবু পীঙয়ে মমুং মএন চাবগা পুন্নাবিবু লৈফাক্লবা ঐনা পুঙহল্লগে থোক- ঙম্লনা চংলসি হৌঙয়ে ॥ লাইমিংথোইগী মফমদা অমুক হম্না কৌক্র লাইলোংবনা মখুংগু থম্মুং ইঙাল লৈশাবা থুম্থোক লৈশেয়োন, নমু শাইনং মৈতৌরোল চংনম লুপ্তিন লাইরকচন, য়াম্না ইথান লাইয়েক পুন্নাবিবু লৈশিন্নবে ॥

থাংজি কোইরেল লাইনা মখুংগু লমদাই কাইগিবোল ) কৌবা পুন্নারিবু লাইমি থোইদা শিন্নবে ॥ লাইমিংথোইনা পুন্নাবিবু থাগোম্নহুনা খোয়য়ুম ২বু থেমথোক্লুনা পুঙম্লকক্লে ॥ রাহৌ দারোই লাংদাই পুং য়োববল লাইমিংথোইনা খোয়য়ুম ২দি থবাবু খোংরাই থাম্লা লাকঙম্লো, ঐবু খোংরাই মাংথালহগে নোংদল ইবু থংনবা পাওশানশিনবা থৌপুনরুগে পাওতাক্রম্লগা পোইনাওতনা মাংখা খোং- য়াল্লদা নোংদলাইবু টনবে ॥

নোংদলাই নঙ্গীদমক নোংদম্বা লাই অহন পুন্নি মুংশাংলবা ২বু চংঙহুনা থু করনি ॥ মাইয়াকথা মৈশেং মৈরা শেমহুনা হৈরাং লৈবাংবু লাংঙম্লবা থৌরাংহুনা কুচুশ লেন্দা ঙাইহুনা তাইবং থৌগনশিঙ্গা লোয়নহুনা ঙাইহুনা লৈঙয়ে ॥ খুদক অহুদা অহল ওইববা লাই ২ বু চংলক্লুনা নোংদলাইনা কুচু শংলেন্দা খুদা ২বু থাহুনা মৈশেং মৈরা মৈওক্লুনা মাইয়োকথাবু লৈকংনা

নোল্লুকপা ব্রাহৈনা পাওশানা হৈবৎ লৈকংলে ।। লাই শিদবা পোইনাওতানা হায়, "নোংদলাই অহন পুন্সি মুংশাংলবা ২ শে তাইবংদি ওইরগা খোয়য়ুম লাইবু ঙম্বা তাইবংনি খোয়য়ুম উদ্রবা লৈত্রবা লাই তাইবংনি খোয়য়ুমশিংমা থৌকাওনগ্রবা নিংশিংনবদা খংনজ্রিবা পয়ম থৌরম্বু মফম লাউদা ব্রাহংনহুনা থৌরম্বু খংনবা পাওদাকুনা খোয়য়ুমশিংবু শিম্বা নোংদম্মা লৈপুনহনবা ঙম্লিবা তাইবং লাইনি, নঙ্গীদমক নোংদম্নবা চীংলোন ৯ পনশাবা লৈমুং অসিদা কোয়না থিঙম্নহুনা পুরকপনি খাথং য়েৎলোমদা ফম্লিবা অহন পুন্সি মনিং তম্নবা অসিদো তাইবং ' লাই তাংঙথা মরিবা ) কৌবনি ।। ওইথম ফম্বাল লাংজিবা অহন পুন্সি মনিং তম্নবা অসিনা তাইবং ( মুব্রাং ললহাংঙম্বা ) হায়বা অহুনি ।। লাইখোং তীনখোং পুম্ববু খংদবা উদবা লৈত্রবা মকনি ।। ব্রায়েন শোয়ফদ্রবা মরু ২গী মফমলাংদা থৌরম থুদিং ব্রাহংহুনা মরু ২না তাকঙম্বা থৌরম অহুতা নোংদলাই নংনা থৌঙম থৌপুনৌ নঙ্গীগু লৈবাক্নীগু য়াইফবা ওই-গনি ।। অহুগা নংনা হৌ লম্মাহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োল অসিবু লৈশংবনি হায়হুনা ফম্লিবা অসি লাইরকচন্দা নামুংবা থৌপুহৈদবা চৎলম্মি ।। মফম অসিদা লৈশং লৈফমগদবনি ময়ুম এলুপমগী পিবা ৬ পু হাপ্লগা মথোয় পিবা লুচিংবা ৬ কি মাগী মাগী ইশেং থোংদগী ঈশেংবু শোকউহুনা নংবু নকোক নউবু ইতুম্না ইরু মাইতাবিহুনা ময়ুম ময়ুমগী লৈথেৎ লৈরাংবু লাংহুনা ময়ুম ৭ কী লুচিংবা পিবা লৈতাপ লৈশিম্নরগা লুচিংবা পীবা ওইহনা ফমগনিদো ।। অহুগা ময়ুম এলুপম ৬মক্তা পিবাগু নংনা হাপকদবনি হৌ লম্মাহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োল অসিদা ময়ুম এলুপ ৭ মক্তী মপা মপুগী মৈহৌবা পোক্লেন শাংনযম পুং লৈরিদো, মাগী মাগী পোক্লেন পুংদগী লৈবাকপু ফুল ১ লৌহনা ফুল অহুগা য়োৎ থলোং ১গা লোইনহুনা পিগনিদো ।। এলুপমা খুদিংমক্তী মপা মপুগী থৌপুনবা হৌ লম্মহনবা অমমম্না কংলৈসনা পুংমাইয়োলদা থৌকানবা থৌশিম্নহুনা থম্মগা লুচিংবা পিবা পিবনা থৌশিন্দুনা কংলৈদা থৌকালবা থেংনহন-গদবনি লাইরকচন অশিদো কাইফ হোংফদবা চৎলমনিদো লুচিংবা পিবাশিং অহুনা নোংদলাই নংনা নোংদম্বা হৌলম্মহনবা অহুদা পিঙম্বা মাগী মাগী ফুল অহুনা মপা মপুগী যম্বী খুদাবু শেম্লগা য়োৎ থলোংবু য়ুংহুনা কংলৈপুং অমমম শেমহুনা ইরাং থৌনিবু কুমজাগী কাওদনা থৌপুনগদবনি ময়ুম এলুপংবু পাউজেল পাওদাক্লহুনা ময়ুম পুম্ববু কৌথহুনা মাগী মাগী পাবি পুরিবু লৈথি লৈহংনা ময়ুম এলুপমগী পিবা হাপ্লিযু মথৌ মঙম্ব থৌপুতল্লু ।। ময়ুম যুম্ব লিংবদা লাইবকচন্দা চাদ নাওদবু নামুংলন্দি ময়ুম এলুপমা অহুগী পিবা থৌপুবা য়াঙমদে ময়ুমগু লৈবাকগু অরা মীশি তানফংনৈদো অহুগা নংগী নথাম্বা লারৈ ল থুপ থাহুনা নংনা থেম্মৌববু ডাইহুনা নোংপোক লৈহৌ চীংলেন্দা লৈবনি মশিংবু ( পুবিংলেন ) কৌবনি, নংনা থেমথোক্লহুনা ময়ুম পিবা হাপ্লীযু অমদি নহান পোইবৈ শিংতবুং অমাইববু ( পোইবৈ শৈশকপা ব্রাঙম থৌপু তেংথবা ) হাপ্তুনা মরু ২ গী তুংইন খোংলোই ওইহন্দুনা থেমনৌরু ঐদি চৎলগে চংঙ্খ্র ।।X

## পুরিংলেনবু থেমথোক্নুনা পুরকপা

তাংডখা মরিবা, মুরাং, ললহাংডম্বা, পোইরৈ শৈশকপা শিংতবুং মৈতৈ এলুপমা অশাই অশমগা লোয়ননা অঙৌবা ফিবোল খ্বাংশেং নমথাং কোকথোল, কোনখাং ফুরিং, চোং শেকপিন, থকথন, পে, শগোল শামু হুনাই অথেনপোং, হৈয়াং লৈরাং অথুম অহাও পুম্নুনা নোংপোক লৈহৌ চীংদা খোং-শান্নুনা থিবদা লৈডম্বা মফমু ফংলে ॥ তাংডখা মরিবনা নোংদম থৌশিল থৌপুরে ॥ মূরাং ললহাংডম্বনা থৌদা থৌশিল নোংদমু (থৌপুনা কোনবা ইকৌন্দগী ঈশেংবু) তাইরেন নারোংবা মশা ঃ না ঈশেং ইফুদা লুপ্নুনা ইচাইহুনা থোন্নৌরে ॥

হা উং হুং নোংপোক চীঙৌলোন, মুবা লোক্লৌকোন শেলোই লংমাইচীং, শেলোই হাগনি হাদা চীং, শোলাই নীকনি নীকচীং, শেলাই তগুপ পুরিং চীং শেজিং চীংনুংপোক, শেলোই হরাই চীং মুংদা লারৈ লাথুপ থারিবা, খোযয়ুম নতীক তেনবা নওাল চাওবা ও, নকুমথা থাবু ওইডম্লে, নয়ুম লুচীং ফম্বাল লাংলবো, কোলোই মিংহুনবু লৈতগ্না থাকৌ থাগোম্নজরি কো পো কৌবা নহাকপু শাথোক শাকোংনবিবো, কোবৌ অসিবু অমাই থৌপুজবনা রাঙম থৌপুজববু তানফংজগে শ্না মিংলেনবু (লে ইবী চীংরাংলকি পূরিংলেন) হায়না লৈহুজগে চীংরাংলকি পুরিংলেল পপ পপ রি রি রি মমিং মমাই ইলং লং মাইগৈ শীন্না তুনা কোইয়েং য়েং, মুংগুক মুংজানা অঙক অঙাও চুনা শাথোক শাফোংলক্ল ॥ হী: কবি কবাবু ওইডম্নবনো খোইশাও মুংবংনবা অসিবু রে রে রে হায়হুনা খ্বাং-শেংকা নমথাঙ্গা তোম্লাককা লৈচিংগবু লৈহুন্না ফিডৌ ফিশাংনা কুপতুনা থন্নে ॥ পোইরৈ শৈশকপা রাঙম শিংতবুংনা তাইরেন নারোংনবু ময়ুম ঈশেংথুদা লুপ্নুনা থিকশেং থাশেং ইচাইনা লাইশোল্ল ক্ল ॥

## শিংতবুংনা রাঙম থিকশেংবা পাউশা

হা উং হায়েং তুরৈ ইনে, লোইজা ঈনে, লোকচা ঈনে, মাঙ্গা ঈনে' চিঙ্গোই ঈনে, নারন ঈনে, কোনবা ঈনে, তবং ঈকিং ঈথিং ৭না তিন্দুনা ইচাইরবনি হৌ ফঙম্বীও ওরা ॥

তাইরেন নারোংবনা ঈশেংবু লুপ্নুনা ইচাইনরগে অনম্বা অহাবা তীঞ্জবা লাইচুবা লৈবগম্নু মরোল মবিনা শেংদ অঙক অঙাও চুরমু ওম হৈ, ওমহৈ, ওমহৈ, হুম হুম কেং য়োইগা মেনগা য়োইগা যাইগা থৌকেং থৌপুলাংবু থৌ বং থৌদিল্লাংব থৌকে থবা পোংথৌ তম্বিএ থাবা মাবু লান্নংদে, মুমিং পোংথৌ তম্বিএ মুমিং মাবু লান্নংদে ॥ য়ারা কোঙ্গাংশাগী পোংথৌ মথংলেনগী কুমজা ফালম থৌগে থাজা ফালম থৌগে ভাল্লরে তেররে এ এ এ, এ এ এ ॥ নাহান্নাং ককশনোং ইশানোং ঈথিং নোংগী খোংদৌ নোংগী কাইরা নোংগী ইক এ এ এ, এ এ এ ॥ তেক্লা নোংগী নমল নাঙ্গী থাবা পোংথৌ তম্বিএ থাবা মাবু লান্নংদে য়ুমশানা লমশানা তোকপনা কম্বানা পীশিন্না নাওশংনা য়ুম্বীহু কৈথোংদা নারিন্দা উরাদা হুম্বুদা পবৈদা, হোংনাদা চানাদা ইরুদা কাইরনোঙ্গী তেক্লানোঙ্গী নমশানোঙ্গী থাবা পোংথৌ তম্বিএ থাবা মাবু লান্নংদে ॥ কুমিং পোংথৌ তম্বিএ

সুমিং মাবু লান্নংদে ॥ ঙাম্নুনা খুম্নুনা কাইরৈনা এনচানা তেকপীনা ওকচানা কাংবেম্না লমশানা য়ুম্বী কৈখোং পাইরিঙৈ পরিং লাংশম হুনঙৈদা ওন্না নোঙ্গী তেন্না নোঙ্গী কাইবা নোঙ্গীবু থাবা পোংথৌ তম্মীএ থাবা মাবু লান্নংদে, সুমিং পোংথৌ তম্মিএ সুমিং মাবু লান্নংদে য়ারা কোঙ্গাশাঙ্গী পোংথৌ মথংলেনগী তয়ুম চীঙ্গোই ইন্নাকমানা হৈম্বিঙৈগী চাবেং বুমজা থৌগে থাজা পালোম থৌগে ॥ নহান্নোং পোং খুকাই শাগাইবনা খুজিং শাজিং নোঙ্গীবু তেন্না নোঙ্গী কাইরা নোঙ্গী নমশা নোঙ্গীবু থবা পোংথৌ তম্মিএ কুমজা ফালম থৌরবনি থাজা ফালম থৌরবনি হাং হাং হাং, হুং হৈ পান্নরগে হাং হুং হুং হুং ঙুং এ এ পান্নরগে খুঙ্গাওনা লৈচাওনা চুকচী লাকচী লাইথন্না পান্নরশি হৌফরো কুপ কো পো হৌফরো ওরা ॥

খুদক অসিদা ফিরোলবু খ্বাংশেং অঙৌবা, নমশা তোলোক, কোনখাং ফুবিং থাদা থা, শাইজোলবনা থক্তা নম, নমথাং লেংফাই য়ান্দুনা শাংফোংলক্লে ॥ অশাই অংম্না চোং শেকপীন পে নারেকপনা থান্দুনা কংলৈম্না পুংমাইয়োন্দা থোঙ্গম্নত্নুনা ফম্বে ফম্বা য়াওরে ॥ পোষ্টরে শি হুং অমাইববু ( পোষ্টবে শৈশকপা রাঙম থৌপু তংথাবা ) অমাই হঙ্কবা ফমহাপ্লে ॥

## ৮ নং পোইনাওতানা পুরারি পীবা

লাংবচককী কুমশিং ৩১৩৪ নোংদলাই কুমশিং ২৬ চংবা মেরাগী হুম্নি পানবা শগোলশেন সুমিত্তা কৌব্রুগা থাংজিংগা চংলকই ॥ কুম অসিগী রাকচিংগী ৫নি পানবা শগোলশেল সুমিংনা সুংখিল পোপ্তা হুনবগী কোলুপ্তা কুচু শংলেন্দা চংলওনা পোইনাংওনা মশেগদগী ময়োম অমা পুথোরক্নুনা শংলেনগী ময়াইদা খুদা অমা থাহুনা থম্মগা হায, "নোংদালাই নওগীদমবপু কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন্দা ইবাং থৌনি পুকম্না থম্নবা পুয়া ( অহুম ) বু পুবকএ পুয়া অসিনা শিন্থা নোংম্বু থৌপুনা রায়েন থৌপুনগনি ননিং নথা তম্না নমথেক্নহনা লৈবাক রায়েনফবোই নামুং চারৌ মেবৌ-নবনা পিবা থৌপুকদে লৈবাক অব্রা অনং তোইগদবনে ॥ পুবারি পুয়া সদি :— খম্নুং ইঙাল লৈশাবা, খুম্বাক লৈশেম্নান, খোম্নযুম তাইবং মৈহৌলোন, চংলম লুহিন লাইরকচন, য়ারা ইংথলে লাইয়েক লৈথম্বা ) কৌবনি, থব্রাই য়াইবিরেল শিদবা থব্রাইরেন ৫নি অচংপা চওবা পুয়নবাক ॥ পুয় শিগীনমক্তা নোংদম শংলেন অমা শাহুনা থমগদবনি ॥ পুয়াবু মখুংগু ওইবদি কোব্রুনা শুঙঙ্গনি হৌজিক্কো তাংঙখাম মনিগা মকবু শুহল্ল। নাংদম্নি ॥

পুয়া অসিমনা (লাংদাই পাংশা কাহনিরোল কৌবা পুয়'নি, পুয়া অসদি মক থাংজিঙ্গী মপুং ফানি, হৌজিক পুয়া অসিবু মুনাং মক্ক ললহাংঙম্বনা শুহল্ল ॥

অতুগা পুয়াসিমদি (নপললেম্বা, নপফবা, নোংথাইবা) হায়বা পুয়াহুনি, নোংপোক অপাম্বা= খোয়যুম খুম্বোকয়াই কৌবনা হাওবংশিংনা মপুক সুংশি তুঙোন্না মীকপ মীরাংখোল নোঙ্গাংদনা লৈপানগদববু ঙঙহুনা থৌরম অসিবু করিবু করম তৌরগা লৈঙাক লৈকন্দুনা পাঙ্গহৌবা ঙম্নবা

থনবীহুম্না মখুংগু ওইনা পুয়া অসিবু শাথোক্নুনা পরম গুনা থনম্মবা পুয়াম্নিদো ॥ হৌজিক্তি পুয়া অসিদো পোইরৈ শৈশকপা, রাঙম থৌওম্বা শিতাবুংনা থৌগলবু ফংলম্মু অসিদো নোংদম শংলেন হায়বা ১; কাইবিরোন শংলেন হায়বা ১, নোংখাই শংলেন হায়বা ১ শারগা থমগদবনি ॥ অদুগা লৈঙাক লৈকল্লোন হায়বা শংলেন ১ গা শাদুনা এলুপ শখাইগী পিবাশিংনা ফমগদবনিদো মতুংদা লোইইন শংবু শেমদুনা থৌকানগদবনি পাউদারা শিন্নবে।

নোংদলাইনা হুংজৈ নোংদম্মা নয়াথংবু থৌপুজনি পুয়াগী নোংদম লৈবাক্কী ওইজনবা থম্মুং ইঙাল লৈশাবা পুয়াবু তাজবগে ॥ অদুবু ইন্নুং মতম্মু চাদরে ঐনা পাবা য়াদবে তাজবা নত্তনা ॥ পুয়া অসিবু পাগদবদি ঔঅরাং লমদা হেনবা লীক্লাই কোঙোন শৌবিদা পানফবা তাইবং অহুন পুন্সি মনিং তম্নবা তাংঙখা মরু মরিবতনা পাগদবনি কনানগু পাঙম্লোই, মকণ্ড ননাক্তা লৈরে কোবৌ য়েংনা তাঙম্মু ॥ মোংদম রাবু ফংলবদা নোংদলাইনা হৈ-লৈ লৈহুম্না মেক্রক মৈখু লাংঙম্না মৈবা কংচ২না অশাই অশম পুম্বগা মুংঙাইনৈএ ॥X

## ৯ পুরারি তাবা লোইবা শংলেন অহুম শাবা

১ নোংদলাইনা শংলেন অহুম শারে তাকঙম্বা থৌপুনবগীদমক ( নোংদম শংলেনবু ) তাংঙখা মবিবমু নোংদম মরু হাপ্‌না শংলেনগা পুবাবি থম্মুং ইঙাল লৈশাবা, খুম্লোক লৈশেয়োন, খোম্নযুম তাইবং শাথোকলোন, চংলম লুত্তিন লাইরকচন, যরা ইথোন লাইয়েক লৈথম্বা, তাইবং ইপোক মৈহৌবা পুন্নারি তেংবানবা মপুগী থরাই মিগা থানা ৬ কী মশক ওইবিবা পুযাবু শিন্নবে ॥X

২। লাংগুন লাংদাই কাইবিরোন পুয়ানা কাইবিরোল শংলেনগা মুরাং ললহাংঙম্বদা শিন্নদুনা কাইবিরোল মরু হাপ্লে ॥

৩। ( নপকবা, নপললেম্বা, নোংখাইবা ) কৌবা পুম্নাগা নোংখাইবা শংলেনগা পোইরৈ শৈকশকপা রাঙম তেংথাবা সিংতবুংবু অমাইবা হুঞ্জা যম্মু হাপুনা শিন্নবে ॥

মতুংদা নোংদম শংলেন্দা তাংঙখা মবিবনা গম্বান্দুনা পুবাবিবু হৈ লৈ কন্নুনা মৈশং মৈবা থান্দুনা পুরুম লৈপাই থাগোম্নদুনা থম্মুং ইংগাল লৈশাবা পুবাবিব মথংলেংনা নোঙ্গাংদনা থাজা অরুম্ব চুপা পাদুনা হৈয়মদগী হয়িচক, হয়াচক, খুনচক ফাওবা মথং লেংনা পাবক্লুনা লাংবাচঙ্গী কুমশিং ৩১০৮ চংবগী ইংঙা থাজা ১৫ নি পানবা শাগোলশেল মুশিংকি মুংথিল পোপ্তা তুনবা কোলুপ ফাওবগী মনুংদা তৌখিবা থৌরম পুম্ববু পুবাবি পাদুনা তাইল্লে ॥ নোংদলাইনা মপুক ইরু মাইতানা মপুক খোইজং লৈতানা তাজবদা নোংদলাইগী মপুক লুম্নাংবু থাজা লাপুন অমা থোকপগুম মপুক লুম্নাং ইংনা ঙাম্নরে ॥ কোবৌহনবা মালেম অঙানবা কুম্মিং লাপুন .না শা-থোক্লুনা ঙানবগুম নোংদলাইগী মতিক মঙান ইপাল্লাংদা ঙাল্লরে ॥ লৈঙম্বা পুম্বনা নোংদলাইবু উবদা থুংশি মুংচোম্না অকি তুজুংফংনরে ॥ নোংদলাইনা হায়, থৌঙম থৌদাদগী পুরারিবু তাজবদ

থোপুগদবা থৌরম্ব খংজরে হৌজিক্তি ময়ুম এলুপমগী পিবাবু থম্নবা থোপুরশি ঐগী ঐগী লুপ্ন খংনবা লৈকম ফম্বাল লাংবিরো ॥ নোংদলাইগী ম্নাথংবু তাবদা লৈঙম্বা তাইবং পুম্বা মাগী মাগী লুপ থাইনা ফম্বাল্লে ॥

## ময়ুম য়ুম ৭ কী শখাইবু লৈহং লৈথিনবা লাইরকচন

নোংদলাইনা হায়এ, লৈঙম্মিবা য়াম্বা থোয়াংবা পুম্বা তাবিয় ঐখোয় পুম্ববু নোংদম মরু মরিবনা পুয়াবু থাজা অহুম্ব চুপ্পা মথং লেংনা পাখিবদগী তাঙম্লে, হৌজিক্তি পানাপুনা লৈবাক অসিগী লাইরকচন চংলম্ব মথংম্লেংনা থোপুনরবপা থৌরম পুম্ববু কাইদনা চংঙম্নবা থোপুশি, মশিদা লৈহং লৈথিদবা য়াদবা মরু ওইবা থৌরম ১ বু লৈরি, নোংদলাই ঐনশু নমথেক নমজাননা থোপুবা ঐনা হাপ্পিংবা পিববু হেক হাপ্পবু য়াঙমদবা লাইরকচনবু লৈথিদনদি মরম অসি কনা কনানা শমথারিবনো ? ইবুখৌ পৌপ্রলেন সিদবা ॥ ইবুধৌ কোজিল্লাংবা ॥ ইবুধৌ কোনচিলাংবা ॥ ইবুধৌ পোরোংখোকহাইবা ॥ ইবুধৌ চাওবুংলেন শিদবা ॥ ইবুধৌ তাওবুংলেন শিদবা ॥ ইবুধৌ কোঞ্জম্তুথোকপা ॥ পোক্লেন শাংপা ৭মক্কি এলুপ্ন কনানা কনাগী মঙম থোপুবিরিবা ॥ লৈঙম্লিবা তাইবং পুম্বা পাউথুন অমতা থুমজবা ঙমদবনা তুমিন তুমিন্না লৈঙম্মি ॥ থৌরম্ব উবদা চীংথে লাই নোংপোক অচিবনা হায়, মৈতৈঙ্ নোংদলাই নবুধৌ অঙ্কহং লাইয়েক্কী মৈতৈঙ্ম্নাকোঞ্জম্তুথোকপা (ঙাংপ্রুংবা দীতরং) পানু খংবনা মথংলেংনা ফৈদোম ৪গী মন্নুংদা অগ্নমক শাথোকুনা লাংবাচক্কী কুমশিং ৩১০৮ শুবদা শাথোকুনা লৈরিবা নোংদলাই কৌবা নংনা লেপ্লিদো ॥

নবুধৌ পৌপ্রলেন (নং) লাইয়েক্কী (কুপ কোপো) কৌনগী নাওদদি চরৈ ফিঙৌনা ময়ুম ফিরোলবু ফিশেংলিবা (চাংরাং লদ্দি পুরেলোম্বা কৌবা নয়াম্বনে ॥

যং--লাইয়েক্কি নবুধৌ আং ঙাংবরেলগী ময়ুমদি মথংলেংনা শমথরকপনা লাংবচক অসিদা নবাই পোইরৈতোন্না লেপ্লম্বনি ॥ নবাইদি লাইবু নিঙ্গে হায়তুনা কোইজাইখিবনিনা হৌজিক্কী ময়ুম ফিরোলদু ফিগে নাপু ঙাংয়াক্লবা লৈচুগী খ্বাংশেং নমথাং নমশা তোলোক হাপ্পা ফম্মিবা পোইরৈ শৈশকপা রাঙম থোপুবা অমাই হঞ্জবা শিংতবুঙ্গ মশু লুরাং খুম্বিবগনা লেপ্লিবা অসিনি ॥

কোং—লাইয়েক্লা শাথোকপা নবুখৌ কোচিলাংবগী নাওদদি মথংলেংনা শমথনরম্বদগী থুম্নচক চংঙকপদদি চাদ নাওদদবনা মুংথ্রে ॥ অদুবু লাইরমলেনগী এলুপ শখাইবু রাংপা রাদবনা লাংবা চক অসিদা নবুধৌ কোনচিলাংবা = কংদিরোংনা নবাই পোইরৈতোন য়ুমদা চংহনা শিংতবুং মদাইরেল সম্বোং পুনেম্বা চন্নুগী শিয়োম্নুংদা চংলকুনা পশিংগী নাওদা ওইনা মচানিপা অনি ওইনা পোকুনা অমনা অরাং কোরে অমনা পশিং কৌরেদো ॥ মৈতৈঙ্ নশু অরোংনা থাম্নী লমদা

লৈঙমহুনা মবুধৌ কোনচীলাংবগী ময়ুম ফিরোল ( নোংথৌ মচু=নীম মানবা ) গী ফিগে ফিরোল খ্বাংশেং নমথাং, নমশা তোলোকপু ফিশেংনা লেপওয়ে ॥

ঙং—লাইয়েক্লা শাথোকপা পোরোং খোকহাইবগী নাওদদি মথংলেংনা থৌপুরকপনা হৌজিক লাংবচক অসিদা লৈমুং মুচাখা চম্নুগী শিয়োম্নংদা চংহুনা মাগী লুপকা লোইনহুনা ময়ুম ফিরোল ফিশেং নোংথৌ লৈচিন অরাওবা মচু মানবা খ্বাংশেং নমথাং, নমশা তোলোকপু ফিশেংনা ফম্লিবা ঙাংহুম্লোক্কা, ঙাংনিংশঙ্গা মচিন মনাওনা লুচিংনা লেপ্লি ॥

উং—লাইয়েক্কুগী শাথোকপা তাওবুংলেন শিদবগা ঙা লাইয়েক্লা শাথোকপা নবুধৌ চাওবুংলেন শিদবগা অনিগী নাওদদি লাইরমলেনগী পিবা মুংলে লৈহাপ লৈথম্নত্রে ময়ুম অঙৌ পাম্বা মুম্না শুপ্না লৈহুম্নগ্রে হায়রিবা নবুধৌ ৭ অসিদি ময়ুম খুদিঙ্গী পা পুম্নমক্কি পোকলেন পোকপা ওইহুনা লাই-রমলেন্দা তিন্দুনা লৈগ্রবা মরুশিঙ্গ। শিংথেক্লা লৈগ্রবা পোক্লেন পোকপনি ॥

নোংদলাইনা হংজেএ, খোময়ুম অহন ইবুধৌ অনিহুগী লাইরমলেনগী পিবাবু করি কমদোবদগী মুংখিবা অহুগা থমখিদবনো অহুগা ইবুধৌ ২হুগী চাদা নাওদা শুদারমত্রবরা, ইবুধৌ কোনচীলাংবগী নাওদা লৈমুংনখিবদগী পোইরৈয়ুমদগীনা লৈম্নেপখি মুম ২শিবু কমদোনা মাংহনবানো মক্ক ? মৈতৈঙু ময়ুম এলুপ শথাইদি মাংদে লাইরকচন পিবা মুংখিবতম্মি, ময়ুম এলুপ্পা মুত্তবনা লৈহম্লিবা মুমলেপ মুমথাইদবনে মক্ক লৈঙম্লিবা মশক্কা কনা কনানো ? পিবা থমখিদবগী পরম্ব চংলম করিদগী ॥ মৈতৈঙু নোংদলাই মহুদি রাহংশবানিনা মরম্বু খংনবা হায়রগে তাবিও ॥ হৌলম্মাহনবা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন অসিগী চংনরম লাইরকচন অসিদো মতিক মঙম্বু চাওহ্র হাংওবা কাইথ হোংফদবা লাইরকচরে ॥ লৈহৌদৈদগী চংলম লুশিনবু হোংবা লৈতনা থৌঙম থৌপুবনা লৈবাকপু চাকহোং যিতোং শিংহোংনা লৈবাক মরা তপ্পা পা-ল্লিবনে ॥ লৈবাক অসিদা মঙম তরং হৌনা নোংদম্বনা শাথোক লৈশেংম্নশিবা হৌলম্মাহনবা লৈফম্নি কাওশিন্নু ॥ চংনরম লাইরকচন মাংফ হোংফদববু লৈমাংনবা নামুং থৌপুনবদগী নবুধৌ ২ গী নাওদা শম থানরম্বা তাইবং ইপানা নামুং চংলম্বু থৌপুনফদববু নবুধৌ ২ গী নাওদা শমথানরম্বা তাইবং ইপানা নামুং চংলম্বু থৌপুবদগী পিবা থৌঙম্বু মাংহনবনি ॥ মবম্বু খংনবা হায়রগে তারো ॥ নবুধৌ তাওবুং-লেনগী নাওদা মঙাং চম্নুনা পোকপদি মম্মিংবু ঙানবা—তাথুক লুথোই কৌবনিদো ॥ তাথুক লুথোইনা মমা য়ুমগী পেলোনবু লৌহুনা তাংকোই পোক্লেদো ॥ তাংকাইনা ময়ুম এলুপ শথাইবু থাদোক্লমহুনা মানশু অমুক মমা পেলোন চম্নু পাম্নহুনা মঙাং য়ুমদা শাইদাংনা=হাওং ইন্দুনা লাইরকচনবু নামুং থৌপুনা চিংথৈ পাংবদা লৈঙম্লিবা অসিনি ॥ ময়ুম ফিরোল্দি (শংরাওনবা= অসংবা) ফিগে ফিরোল্লিদো ॥

অহুগা নবুধৌ তাওবুংলেন শিদবগী নাওদা মথংলেংনা শমথবদি লৈচিক নিংথৌ চম্নু পাম্নহুনা খাবা লৈথমলেম্না ঙানবা লৈচিকপগা মচিন মনাও অনি পোক্লম্বনিদো ॥

খাবা লৈথম লেম্না লৈমুং মুপুরোই চম্নু পাম্নহুনা ( খাবা মুপুরোই ) পোক্লে ॥

থাবা য়ুপুরোইনা লংমাই চনু পুরৈলেনগু পাম্নহনা থাবা তরুম কোইবা পোকইদো ॥

থাবা তরুম কোইবনা মঙাং চনুগা লংমাই চনুগা ২ মকপু পাম্নহনা লংমাই চনু তেংমাইদুবু লিরি থাংশেংনবদা মচানিপা থাবা ফান্দোংবা পোকই ॥ মঙাং চনুনা থাবা নিংথৌবা পোকই ॥ মিংথৌবদি ঈতাম্বন্দনা থুপখ্রে ॥

থাবা ফান্দোংবনা পেলোন লংমাই চনু মাইরংবীবু পাম্নহনা মহৌ মনিংথৌ পোকই ॥ মহৌ মনিংথৌনা মঙাংচনু পাম্নহনা য়ুনালবা পোকই ॥ য়ুনালবনা লংমাই চনু পাম্নহনা তোংপা পোক্লে ॥ তোংপনা মমা পেলোন লংমাইচনু খাম্বীকবী লৌহনা থাবা পোকুনা ফিগে ফিরোন থেমানবা ময়ুম লৈবু শেন্তুনা লৈঙন্নিবা অসিনি ॥

নবুধৌ পোংলেন তুথবদি পিবা নাওদদে চনু নিংঙোন অমা পোকহমহনা মঙাং মাগী য়ুমু নোংলোন্দা থমহনা তাংলম্লবা নোংলোন্দগী মালেমদা লৈকুয়্রকুনা কংলৈ শংবা পিবা মরক্তা হেক হেক ওইঙমহনা লৈঙাক লৈকন্নরিবা অসিনিদো ॥ তাংকোইনা ময়ুমু থাদোকুনা মঙাং য়ুমু শানা লৈবদগী ময়ুম এলুপগু লৈমুংপা মঙাং য়ুমগু তানফংনদনা লৈরি ॥

চিংইরেন শোং লাইয়েক্তা শাথোক্লখিবা চেংলৈনাইগী লুপ নাওদদি থেমথোকপদা য়াদহনা (মৈতৈ, মিতিং) পাগী পুগী মচাঙ্গাক্কুগী লৈহো. চাঙ্গাক চাঙমথ্রবা চৌংদা কানা পাময়াম্নথ্রবা মিতিং লুপ থাইবা হায়না তোঙান্না লৈখ্রে ॥ চংলমু লুপ থাইনা মথং লেংনা নাওদাবনা হুইমু লৈমনি অমরক হাথহনা পোক্লম্বা চাদনা ফিগে ফিডৌ অম্লাওবা শেন্তুনা লৈরিবা লেমলোশঙ্গঅমনা ফিগে ফিরোন শংলেন রাও-থাংনবা লৈচুবু শেংলিবা মুংঙৌ ঈংংবা কৌবগা অনি অসিনি ॥ য়ুম এলুপ অসিদি লাইবকচনগী মশীং রাংপা য়াদবগী শিংথাবদনি শিংতাপ্পদদি শিং থেক্লদরে চীঙ্গী এলুপ শখাইবা হায়না লৈঙম্নখ্রে ॥ তমদা লৈগদননা এলুপ শখাই ৭ পু শিংথনা লৈগনি অহুগা চীংবুরোইদা লৈবদি শখাই গুনা লৈরবগু লুপলেন অমগদা তিন্দুনা (চেংলৈ এলুপমা) হায়না লৈনখ্রেদো হৌজিক্কি মৈতৈগী শখাইগু মিতৈগী এলুপগু তুলু থাইথিহনা চীংবুরোই কোইনা লৈনখ্রে : পাগী পুগী চংনরম চাঙ্গাকপু থাদোকুনা মনিং চাঙ্গাকপু চাহনা লৈনখিবগু য়াওনখে তমদা লুতিন শীংথাখিদ্রে ॥ পারম থৌরম্ব লৈথিনা লাইরকচনবু নামুংহন্দনা ময়ুম পিববু লৈহাপ লৈথমগনিদো ॥ লাইরকচন্দা নামুং থৌপুরবদি থৌপুনরিবা ময়ুম এলুপমদা অরা অনং ফংবদা নত্তনা লৈবাকতুনা অরা অনা তানফংমৈ ॥ পুক্লিং রাথল তিম্নরক্তুহনা লৈবাক ইরাং ইশৌ লাংনা লৈপান্নরকুনা লৈবাকপু রাতেম থৌলিংদবা পা-শী-পুবু মশক থংনদহনা লৈমুং লৈতাকপা তাম্নেং-নরক্কদবনি থংঙ ॥ ×

অহুগা নোংদলাই মরম অমগা হায়গে— মশিদি মালেমদা থম্মীবা ময়ুম এলুপমগী মশক্তি নত্তে, মিংলেনবু মতিক মঙান্দগী লেংলি পালিবা পুম্নমক্তা মাইকং থৌরাং তাম্নজবনি থংনবশীদমক্তা মিংলেন অগুম্ব চৈহাপ চৈগানহনা নোংলোন্দা লৈথম্বনিদো মহুদি মরুগী মাহকচাংবু অমতদা চুকলেন ৩ লৈফম ৩

থাইনা মিংক্তন্দুনা নোংলোন্দা লৈথম্লগা মালেমদা লৈতেম্লতুনা লৈথম্লখিবদো মিংলেন ৩ অশিবু মশিংদি ১তনা ৩ ওইবনি, ৩ নগু ১ তা ওইনা লৈহৌবনি ১না ৩ থোক্ল ।। ৩ না ৭ শাফোংলৈদো শিংথাদি ৯ বু শিংথানৈ লাইশক্তি ৭ নি ।। ৭না লৈফম্বদি লৈফম ৬ তা লৈফম লৈথম্লিদো ।। লাইমিং ৩ হায়বদি মশক্তি নোংলোন্দা লৈবা মশক ১তা ওইনা মশক অসিবু কাওদনা কোরৌ থুদিং নিংশিংনবিবা মঙাং মক শিদবা পোংলম্নু তুথবা কুমজা ৭১০ পুন্সিবা কৌইদো ।। মশক্তি অযুক অঙনবদা শাথোক্‌না মতিক মঙানবু থংহল উহল্লিবা মালেম অঙানবু কৌবনি ।। মিংথৈ অশিদো পুন্সি ন্নুংশাংবু) মতম অশিদা ত ইবং পুম্বনা নিগদবা মতম্নীদো ।। লুবাং মক শিদবা মিতোংলেন কুমজা ৫৬০ পুন্সিবা কৌবদি কোরৌ হনবনা ন্নুংথিল পোপ্পা হুনগদবগী বু থক থানবা মশমবু হায়বনি ।। মতম অসিদো তাইবংশিংনা মতিক মঙালবু নীগদবা মতম্নিদো ।। লৈফম অসিবু মরুগী চুক্লেন মখোং ২ শুবা লৈফম হায়না শিংথা-নৈদো ।। মযুম এলুপমদা শিংথোক্তে । থুমন মক হুমলেন তুথবা কুমজা ৩৬০ ন্নুংশাংবা কৌবদি মালেম অঙাননা মঙানবু লৈপিদনা লৈঙমখ্রগে ন্নাথন্দুনা লৈঙম্নবা থৌহৌবা মতম্ব কৌবনে ।। মতম অসিদো তাইবংশিংনা হনগ্রগা (মপোক অমুক শাথোকপদা য়াইফ তানফংনবা) থৌ-নিজনবা লৈফম্নি ।। মরুগী চুক্লেন মখোং ৩ শুবনি মযুম এলুপমদি লুত্তিন্দে ।। মেন কৌবদি ইপা ইপুবু কৌবনি তোনফম থু নথম্বু তাকপনি ।। উন্দ্রা কৌবদি তাইবং পানবগী (রায়েনশংবু) হায়বনি ।। মফম্বু (থোক্তদো শলাতবা) বু হায়বনি । নাক্তংগী অবাবা ন্নুংঙাইবা হকপু পুবা (থোয়বুমনা নোংদম রায়খল্লিবা মফম্নি ।। মকবোল ৯ হায়বদি লাতবুংথৌ ৯ কৌবদি লাইযেক হক নাউবা ৭ না মরুগী লৈফম ৬ মক-লোন লাইমি যাবা ৭পু হায়বনি মতুদি নন, হ, অ, ব্রু, ৬, ব) লাইযেক অসিনা লাইবুংথৌ লাইযেক ৯ শিংথাবদি নং, ভুং অঙ্কহং, সং, কাং, উং ঙা লৈফম ৬ লাইবুংথৌ ৯ কৌদ্র ।। মকলেন ৭ হ মবদি ম =অশিং, অঙ্কহং =হৈয়েং নং হংশিং ভুং মশেং, উং মবোং ঙা =মশিং, কোং — মবাং হক য়াবা লাহমিং অসিনিদা ।। ইপালোন ৯ এলুপ ৭ শলাই ৯ হায়বদি মৈতৈ নো দলাই পবম অনিবু হায়বনি কৌবনি থংবিযু । **X**

## মৈতৈগী নোংদলাইনা এলুপ পীবা লৈহাপনবা লাইবং পম্বু পাওশাবা

মযুম এলুপমা পম্বগু থোয়যুম তহন নোংপোক চিঙ্খৈ মব তচিন্না পাংশাশিংনা কংলৈ পুংমাই-য়োন লৈবাক অসিগী চংনলম লাইবকচনন ত নিবেদো ।। হৌভিক্তি লৈবাক গু ঙাই লাইখনবা চংনবম লাইবকচনবু কাইদনবা মযুম এলুপমগী পিববু হাপ্‌না থম্নবা তৌবনি ।। মযম সুম্বাল থৌলিংদবা চাবৌ মৌবৌনবদা নামুং চংলম থৌপুনহনা চাদা নাওদবা মশক্না এলুপমগী পিবা থৌপুখদে হায়ভম্বা ত চিংদি মযুন পিবা অসি লাইরকচনগী পিবা শুনা থম্বসু য়াদবে অতুগা ( চোলৈঙাই যুংশুমদা শিংথোক্ত মৈতৈ ইপা চাগী চিঙ্গাক ইনাং তিন্নখিদবদগী তৌ চিংবুবাই পনশা ৯ গী মনুং অকাইবনা খুন্দা লৈগান চীংদা কানা পামযান থুম্খাকপা মিংহুম্না লৈখ্রে হায়বেদো ।। অতুগা ঙানবা যুমগু লু হাংলবা মঙাং

চম্নুগী য়ুমদা লৈছুনা ময়ুম লৈবু থাদোক্লুনা মঙাং য়ুমদা অপকঙা ওইহুনা লৈরে হায়বা অসিনদি নামুং চৎলম্ব থৌলিংবা ওইরে পিবা থৌপুবা য়াদরে ।। থাবা এলুপ শখাইগু মবুধৌ তরুম কোইবদগী হৌনা লাইরকচনবু নামুং থৌপুনহুনা ময়ুম ইমা পেলোনবু য়ুমদিম্নহুনা চাদা নাঙদা ওইনা য়ুমলেপ্পরম্মে ময়ুম অসিগু লাইরকচন পিবা হাপ্পা য়াদরে ।। থাবা য়ুমগা ঙানবা য়ুমগা অসিদি ময়ুম এলুপমগী মরুরোল ৭না লাইরমলেন্দা তিনথ্রবনা পাগু পীগু ৲ তনি । লৈচিক নিংথৌ চম্নুনা ঙানবা লৈচিকপগা থাবা লৈথম্বগা পোকপনি হায়না চিংথৈ মরু অচিবনা পাওশানা হায়বিহুনা তাকঙমখি ।। অতু-দি পী-পাগু অমতা ওইবা মচিন মনাও অমতা ওইবনা এলুপ শখাইরম্বা অসিগু তাবদা মুংঙাইতে ।। লুপ অনি অসি (থা-ঙানবা) হায়না লৈরসি ।। ময়ুম অসিগী পিবা থৌপুবদি পী ইমাগী হৌরবফমগু ওইনা পুরে-লেনগু চম্নুগী নাওদনি তুংনগু কাওদনবা মরুলোনবু নিংশিংনবা ওইনা ( য়াম্বা চীংয়াংলক্কী অঙৌপাম্বা পুরৈলোম্বনা ) ময়ুম পিবগী মঙমগা মমান থাবা ঙানবগী পিবা মঙম ২গা শুপ্পা ময়ুম লাইরকচন পিবা পায়ম্ব কাইদনবা থৌপুরসি অসিবু লৈবাক্তা ময়ুম এলুপ্পা করি হায়বা ।। থাবা, ঙানবা ২না হায়— তাকপীবা নয়াথং লাইরকচলবু কাইদনবা নামুং চৎলম্ব লৈতনবা য়াজরে ।। ময়ুম অঙৌপাম্বনা পিবা (৩) গী লৈহুল্লসম্ব কুবী নোংদম্বীহুনা পাগী পূগী পোক্লেন শাৎপগী খুবমতদি মুংংনবিনম্ব থৌনিবু নোংদ-লাইনগু য়ানরহুনা ব্বারেপ ব্বাতেম্মরে ।।X

পোইনাওতা লাইশিদবনা হায, মৈতৈঙ নোংদলাই ময়ুম পিবা লৈঙম্বদি শুচিংবা কংলৈ শংবগা এলুপ পিবা ৪ গনা লাইরকচনবু কায়দনা থমহুনা পিবা ৫ অসিনা পিবা ৭ পু শারেপ্পদি ম্নারনি ।। ময়ুম অঙৌ পাম্বা নয়াম্বনা পিবা ৩ গী মঙম্বু পুখ্রবনিনা অহুবু থৌরম ঃদি লাইরবচন্দা নামুং চৎলম্বু তারি ।। মক করি কমদোরবা, মরম অহু কুবি নোংদম ভম্বীগনি ।। নোংদলাই কংলৈ ম্না পু মাই.য়ান হৌ লম্মাহনবা মৈতৈ লৈবাক হিপু য়াইপুবা কৌবা লৈবাক অসিনা কোনবা তাসিদো চীংনা কোইনা পনশারিনা তমগী লম অকোয়বা অসিদা ময়ুম শখাই ৎপু শুনা লৈতবদি য়াদে লাইরমলেনবু নামুং চৎ াম্নি লৈহৌডৈগী নোংদম্বনা থমথ্রবা চংলম্নি ময়ুম এলুপ্পৎ শুনা থৌশল্ল ।। মরুগী নাবু তাবদা হুইমু লৈমনা পোকপা মুংঙৌ ইথংবনা হায়, মৈতৈঙ নোংদলাই এলুপ অমা য়াংলে মরুনা তাকপীবা অসিবু ঐগী লুপ্পা ওইজরগে অহুবু নোংপোক লৈহৌচৌং চেংলেনা খুম্নোকখিবা য়ারোকচীঙ্গেন্দা খুম্নোকথ্রবনি হায়তুনা চীংনববু থোকত্রা ? য়াম্বা মুংঙৌ ইথংবনা অয়াংপা শখাইবু শাথোকপিগে হায়বদা মোংদলাই এনা হয়াও তঙাম্না য়াজরি ।। য়াম্বা মুংঙৌ ইথংবগী লুপ অসিনা অয়াংপা লুপ্প শাগতুনা নোংদালাই ঐগী তৌগদবা থৌরম্ব থৌঙম খোপুজখি হায়বা পবম অসিবু তুংদা কাওনা থংহৌনবা লুপ অসিগী মমিংবু (শয়াং লৈশাং) হায়না মিংহুনবু লৈহুম্ন ঙসিদগী শাথোক্ল এলুপ অসিগা শখাই ৭ লেপ্লসি লেপ্পরে ।। পোইনাওতা লাইসিদবনা নোংদম্নে, য়াংলম্বা শখাই লুপগু লৈরেদো লুপ অসিগী খুবমদি তম্রাদ্রদে ।। লুপ অসিদো থাবা য়ুমগা

ভানবা য়ুমগা য়ুম অনিবু থোক্না থৌপুরম্ববু পী পাবু অমতা ওইনা হৌরকপা ওইরমহুনা লৈহৌফম লুদা এলুপ অমত্তা ওইনা হজিনখিহুনা এলুপ শখায়বু রাংতুনা লাইরমলেনগী শুনবা শাবনিনা লৈ- হৌফম্মু খা-ভানবগা লৈতিন্না লৈভম্লো ॥ লৈত্তাং পাত্তা মুং উবু থম্লো, ঈশিং ঈরু মাইতাবশু ওইরো অহুগা এলুপ অসিগী মুং মচুদি শংলেন অরাংবা মচু ওইরো নোংদম্বীহুনা এলুপ তরেৎশুনা লেপ্লে ॥

## পোইনাওভানা শিনতাকপা

পোইনাওত্তা লাই শিদবনা হায়, লৈম্নিবা এলুপমা পুম্বমু তাও ময়ুম শখাইগী লুচিংবা ওই গদবা মরিম্মু লৈবাক অসিগী কাইফ হোংফদবা চংলম লুতিন অসিদো মপুক খোইজংনা তাবো ॥ পুবাবাদমু হায়গ্রে অহুবু নিংশিংবা ওইনা ঐনম্মু অমুক হায়ভমগে ॥ ময়ুম পিবা ওইগদবা খুজিন খুয়া লৈশেংনা, মকোক মউ ইতুম্না লৈরৌগদবনি হৌ লম্মাহনবা কংলৈ ম্না পুংমায়য়োন কোবা লৈফম অসিদা নোংদম্বগী ইপা ইপুরেন য়াইবিরেন শিদববু ম্নাগী তেঙ্গোংনা কুপ্পুনা রাশু লাংশু ভাংদনা লাইনিংবগুম মুভগী মশক ওইনা লৈবনি ॥ লৈফম অসিদা মরুগী চুক্লেন অহুমবু লৈশা লৈথম্নি-নি। চুক্লেন অহুমশিগা শগোম্নহুনা ময়ুম এলুপমা পুম্বগী পোক্লেন শাৎপবু লৈবনি ॥ লৈফম অসিদগী লৈপীবু খরা খবগা নময়ুম নয়ুমগী লৈচু মুওগা য়োৎকি খলোং = খাবৈ অমমমগা লৌহুনা নভগী নভগী ইশং পাত্তা থমগনি মুভম্মু উঁশু ॥ অহুগা নপা নপু পোক্লেন পোকপগী খুম্মু লৈকম্মু যেংনা থিন লৈশাবগা লৈরৌলকপা পোক্লেন শাৎপগী লৈপীবু লৈথম্না লৈতিল্লগা খলোংবু যুঙ্গদবনি ॥ নভগী নপোক থাজা থবান্দা ময়ুম নভগী যুলদা য়ুম যুমখাইবা পুম্বগা লোয়ন্দুনা ইরাং পুরুম লৈপাইনগদবনি ॥ নভগী নভগী নপা নপু পোকপগী থৌগনব থৌপুনবা হৌ লম্মাহনবা অমনা কোলব লম্ব থাইহুনা পীগনবনি ॥ পীবিবা লৈফম অহুদা কংলৈ পীবানা রায়েন থৌপুবা চফদ, মভ নভগী এলুপ্পা থৌয়ানবিভৈদা অহুগা নখোয়না থৌয়ানদহুনা রাকৎ রাতোম্নবন্দি কলৈ পীবানা রায়েন পবম্মু থৌ যংহুনা শাক্তেম্নবা থৌপুনৈদো ॥ পীবা লৈভম্বা মশিনা নভগী নভগী ইপাগী ইপুগী খুবমগী থৌগলমু নামুংদনবা থৌপুগনি ॥ হৌ লম্মাহনবা কংলৈ ম্ন পুম্না খোগা চংলম্ব কাইদনবা থৌপু লৈফমগনিদো ॥ অহুগা ল ইরকচন্দা কাইফদবা হোংফদবা পাবা ময়ুম এলুপ লুচিংনা থৌপুন্দবদি কলৈ লৈশংবা পীবা ওইগদবু যম্বাল যম্লনবু ফমদা শখাই পীবানা থৌপুগনি ॥ যম্বাল যমগদবা মুমিত্তা নয়ুম নয়ুমগী ইশেংদগী ইশোম্নরগা হইহৈদুনা মকোক-উবু ইতুম্না ইরু মাইতাহনগনিদো মৈতৈ লৈমা ওইগদবগা অনিবু ॥ মতুংদা যমলেন যম্বাল ফম্নবদা নয়ুম লৈগী লৈথেৎ লৈরাংবু মায়য়োক থানা লৈহুন্না নয়ুম নয়ুমগী খোইজং খোইদাবা লাইমিংবু লৈগুন্না নয়ুম পীবগী লুচিংববু লৈহাপ লৈশিন্নহুনা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা লৈথম লৈহৌবা -যুম পোক্লেন শাৎ- পগী খুবম্মু লৈশংবা লৈশিন্নগনিদো ॥ যম্বাল লৈকারমদাইদা অমাই অনপ গোশিনবনা লৈফম্মু পুরুম লৈপাই থৌনিন অশৈ খোংফাং লাংনা য়োইরেল খাবি লেংনা থৌগল লাংন থেমপোন্না

পাগু পীগু লৈফমহনগদবনি চৎলম অসিবু লাইরেম্মেনগী কংলৈবু শঙ্গদবা পীববু থৌরম অসিবু তৌবিগদবনি ।। ময়ুম পুম্বনা থৌয়ানৈ ।। লাইমিংথোই শিদবগী নোংদম্বু ঐখোয় পুম্বনা থৌয়ানা থৌপুনগনি কুবিও ৱারেপ ৱাতেম্লে ।।

## ময়ুম এলুপমগী পীবা ৪ লৈজাপ লৈথম্মা

নোংদম মরু তাংঙখা মরিবনা পোক্লেন শাথোকপা মকুরোল ত'বংকী লৈফমবু তাকুনা পোক্লেন পোকপগী থুবমবু ময়ুম থুদিংনা মানা মানা লৈবা লৈফমদা লিং৽ডুনা থৌগনবু কুমজাগী থৌপুনবগীদমক্তা লৈপীবু লেৌতুনা ময়ুম পিবা ম'বগীদমক্তা মাগী মাগী মুঙ মচুগা লৈপিগা য়োংখ'লোং অমগা হৌ লম্মাহনবা অমমমগা পীরে ।। নোংদালাইনা চীং ৱাংলক্কী পুয়েরোম্ববু অঙৌ পাম্বা য়ুমগী পীবা লুচিংবা হাপতুনা ময়ুম এলুপমবু অঙোম হায়না মিংহুন্না (নং) লাইয়েক ( হংশিং পুং-দগী ) লৈপিগা য়োং খলোং অমগা ময়ুম লৈচু মুঙ অঙৌবা অমগা পীরে ।। অঙৌ পাম্বা অঙোম পোকপগী কুমজাগী থৌগল থৌকা থৌপুনবা হৌ ৱাইবং লম্মাহননা কোনবা লম মখৈবু খাইবে ।। নোং কোবৌগী লম্মাহনবা কংলৈপুংদা খোঙ্গা থৌগনবু থৌপুনবা থৌবম্বু পৌশিন্নগী-দমক্তা হৌ শেংলোই লম্মাহনবনা কোনবা লম মখৈবু থৌদা নোংদম থৌশিন্নবা ময়ুম অঙোম পীবা চীংরাংলক্কী পুবৈলোম্বদা শিন্নহুনা থম্মি ।।

পোইরৈ লুপকী পীবা লুচিংববু পোইবৈ লুবাং খুম্বিংদা হাপ্তুনা পোইবৈ লুপ্পু (লুবাং এপ্পুম মা মিংহুন্দুনা ষং লাইয়েক্কী অসিংপুংদগী পোক্লেন শাৎপগী লৈপী লৈতুম অমগা ময়ুম লৈচু (নাপু মচু ৱাঙথাংনবা মুঙ ) অমগা য়োং খলোং অমগা পীবে ।। ময়ুম পোক্লেন পোকপগী কমজাগী থৌগন থৌকানবা হৌ থাংলাই লম্মাহনবনা কোনবা লম্ব খাইনা পীবে ।। হৌ কংলৈ পুংমাই য়োনগী থৌগা থৌপুনবনা হৌ লোনলোই লম্মাহননা কোনবা লমদ লুবাং পীবাদা শিংথ ।।

ময়ুম এলুপমা চবৈ কিরোল থরো অসনবা মচুনা তমজননা ফিশেংলনা পোইরৈ অবেপু ময়ুম থুমন শখাইগী পীবা হাপ্তুনা ময়ুম থুমন মকাপ পুংদগী লৈপিগা য়োংকী খলোং অমগা মুঙ মুরৈ শংথাংনবা ময়ুং ইন্না শাংবা অমগা খাইনা পীহুনা ময়ুম থুমনগী থুম্বু লিংলগা থৌগন থৌকানবা হৌ লাংলোই লম্মাহনবনা কোনবা লমবু পীরে ।। কংলৈপুংগী থৌবানবা থৌবমবু নোংদম থৌপুনবা ( হৌ লালোই লম্মাহনবনা ) কোনবা লম মখৈগা শিন্নহুনা ময়ুম লাইয়েক ( কোং ) লাইয়েকপু তাক্লা ঈশেং পাৎপু পুমলেন ইবন্নি তাকুনা থংহল্লে ।। লৈথেং লৈমিগো উনপলৈ কাকলৈনি, লানা তৈজাও লানি নাহৈবনা খোক উ মনাগা পুংফাইগনি নোংদমনা থুমন পোকপগী থুনমবু অরোং পীবানা নোংহৌননা কুরুম চংলেন্দা লৈথম্মরে ।।

চরৈ কিগে ফিরোলবু মুবৈ ৱাঙথাংনবা ফিশেংনা শম্বোং পুংমাবদা ফম্বিবা ঙাংহুনথোক ঙাংনিংশংবু মচিন মনাও কৌশিন্দুন ময়াম্বা ঙাংহুম্বোকপু ময়ুম এলুপ শখাই মুরাং=মোইরাংগী

লুচিংবা পিবা হাপ্লিন্তুনা ময়ুম লাইয়েক (ছং) তাকপীত্তুনা মশেংপুং পোক্লেন শাংপা লৈফমদগী লৈপী মত্তুম ফুন অমগা য়োং খালোং অমগা পীত্তুনা ঈশেং পাংপু লৌতাং ঈরেম্মি তাক্লুনা মুণ্ড মচু লৈচিন অরাওবা মচুনি, উনা থংগ্রানি মফম অত্তুদা লৈবনি, থিকশেং থাশেং ইচাইবদি লৌ-রিদা হৌবা লুপকা লুপ্লংগনা হায়গনি, লৈথেং লৈরাংন। উনপ লৈ এরুমলৈনি থাংলেন মখুৎশুনা মত্তোন পংবনি, মাইয়োকথানা হৈফাং লমাঙ্গী থরোনি ।। পোক্লেন শাংপা পোক্লেন পোকপগী থোঙ্গা থৌপুনবনা হৌ কেগে লম্মাহনবা খা থংবা অসিনা কোনবা লমনা থোকা থৌপুরো ।। অত্তুগা পাগী পুগী লাইরকচগী হৌ লম্মাহনবা কংলৈম্না পুংমায়ায়ানগী থৌকানন্না হৌ ডাংডোই লম্মাহনবনা কোনবা লম মখেবু থোদা থৌশিন নোংদম্না কংলৈদা থোকানবা থৌশিল্লো পাউশা-ত্তুনা শিন্নয়ে ।।

খা-ভানবা অনিদি লাইরকচন পীবাবু মুংলবনা খাইদবেদো অত্তুগা শরাং লৈশাং মিংহুন্দুনা শখাইবুশু ভানবা য়ুম্না খাবা য়ুমদা পকখীবগী রাংপা মেনখংপনিনা লাইরকচন পীবাবু হাপহৈ-দেদো ।। খাবা ভানবা অনিসিবু লৈহৌডৈদা শখাই এলুপ অনিদি থোক্না খাইবম্মগা পোক্লেন পোকপগী খুবম পাং ঈশেংনবশু মুণ্ড উশু মফম অমতদা থম্বিদো অত্তুগা অনিনা অমত্তা ওইখিবনা এলুপ তক্কতা ভাইরকপা তমদা লাইবকচনগী এলুপ শখাইদি তাবংশুনা লৈত্রবদি চংলম নামুংবা লাইবমচন ওইবনা ভানবা ময়ুম এলুপ্প লৈমুং লৈমাংনবা থোংম্বগী য়ুম্ব মেম্নবা শাগংপা য়ুম্মিনা য়ুম অনিশু মফম অমতদা পুম্না লৈরশনু অত্তুগা মুণ্ড লৈচু ফিবোন্দী মাংফদে, ঈশেং লৈফমসু মুংফদে খা ভানবগা শরাং লৈশাঙ্গ ইশেং পাংতি লৈতাং পাংতা ওইবনিনা অত্তুম ওইঙমশি, পিকশেং ইশিং থিকপেংবশু নাপুগা শেমপুগা অত্তুনা অত্তুম ওইঙমশি ।। লৈচিনশু লৈশং খেকবাই বা) চংবী লাগী থবো অত্তুম লৈহৌডৈগীবু কাইদনা থাংশু মযাং তেকপা মখুৎনি ।। শিংশু কু-ক্তি শিংনি ।। লানা লৈহৌ কৌবা লানিদো অত্তুগা মুণ্ড মচু খেমামবদি খাবা য়ুম্নীদো ।। মুণ্ড মচু লৈ চং বাওথাংননা ভাংবা মুণ্ডদী ভানবা য়ুমগীনিদো, মরমবু খঙনা মুণ্ডদিম্নরো ।। অত্তুগা মুণ্ড অশনবা = শংনা রাওবা অসিমদি শরাং লৈশাংনা তানফংলশনু পবম অসিবু কংলৈ পীবা লুক্তুংদা তানফংলবশিংনা চংলম্ব কাইদনবা থৌপুগদবনি পাউশান্দুনা পুনবিদা রারেপ পাউশাবু লৈয়েক লৈফা লৈথম্বা থৌহোবে ।।

মতম অসিদা চাদ নাওদা য়ুমখাই শিনশু শিল্লাংত্তুনা পুনদানসবু মিংথেক শিংথানত্তুনা এলুপমগী য়ুম্ব য়েনবদা অঙোম য়ুম ৬০ শিঙ্গরে ।। লুরাং এলুপ্প য়ুম ৩৪ শিঙ্গারে ।। খুমন য়ুম্ব ৬৬ শিঙ্গরে ।। মোইরাং য়ুম্না ৩২ শিঙ্গরে ।। লুচিংবং পীবা মরিবু লমপুবা লমশেং রাইশংবা হাপত্তুনা মাগী মাগী লম্ব নিংখি চংখোম্না থৌপুনত্তুনা লৈনরে ।।

পোইনাওতানা হায় "মৈতৈঙ নোংদালাই ঐগীদমকপু নঙনা অত্তাবা রাবু রাখলগনু নঙনা উনর্নিংবা মতমদা, লাকউ হায়বা মফমদা ঐবু থুংঙনবা লাক্কনি ননাক্তা লৈতে ঐবু তাখিগনু ঐদি

মফম খুদিংদা লৈবনি ইথৌ ইঙমবু খরা রাৎপনা ননাক্তা লৈবা ঙমদ্রি ॥ ঐ অসি মমিংবু (শৌরা পোম্বী লুক স্না লিক্লা তরংবা) কৌবনি, লৈহুন মেরুথা মিংথৈনা (শোহং ভান তুম্ন) কৌবনি কৌরকউ লাক্কে উনশে ঐ চৎলে হায়রম্মগা চৎগ্রে ॥

## ৮ নোংদালাইবু কংলৈ শংবা পিবা হাপ্পা. পাখংবা মিংহুনবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৯৫ নোংদালাই কুমশিং ২৭ চংবা (খৃষ্টাব্দ ৩৪) চংবগী কালেনগী ৫নি পানবা লৈবাকপোকপা থরাইপিচা ২৬শুবা রাকপা শজিক্লা পানবা মুমিংকী মুংথিল পোপ্তা হুনগংলকপগী কোলুপ্তা ফম্বালবু লৈফমগনি হায়হুনা লৈবাক্কী অঙম্বা ময়ুম পুম্বা খংনবা পাউজেল্লে ॥ কংলৈগী অঙম্বা লৈহাপ লৈথম্বা তিমেন—তা থৌপুবা, তামরেং; (শেনবা লুংবা)॥ কদেং—থাং ফানবা শাইতু; (শেনবা লুংবা)॥ শেম্বক শেঙ্গা থৌগনবা কদাম্বা, শেনবা লুংবা খুঙ্গাওবা ॥ চোং ফানবা (শেনবা লুংবা) চরাপ্পা ॥ শেনবা লুংবা চনীংফাবা ॥ কাংহাই হুমাই খনবা (শেনবা লুংবা। কংশুবা ॥ শেনবা লুংবা হুইনাইবা ॥ চরৈ খানবা (শেনবা হনবা) তেকচাম্বা ॥ শেনবা লুংবা য়াংখুপ ॥

লৌরুংহনবা, পাৎচহনবা, উরুংবা, রারুংবা, ফুজ্ঞুলাকপা, ইরুংবা, লাইকমলাকপা দারংহনবা ফিরুংহনবা, হৈরুংবা, লৈরুংবা, ফৌরুংবা য়োংশাবা হঙ্গবা, কোনশাবা হঙ্গবা. লিরুং খোইরিফানবা লিকশা খোই হঙ্গবা, পুংশেন, পেনা, মোইবুং শানিক, মন্দিংলা অশাই অশম থৌগললাংনা মাগী মাগী পরমগী থৌয়েংনা এলুপমা পুম্বগী ফমহাপ ফম্বৈ লাংহন্না ফম্বৈ ৬৪ তাপ্তুনা শংলেনবু (চৈলাক, কারোং) শংলেন মখল থম্না লৈপু লৈমম্নহুনা থৌরম্বু শিন্তাক্লবা লৈতনা মাগী মাগী মথৌবু মতম খঙনা থৌপুনহুনা থৌভাইহুনা লৈনরে ॥

লাইরেম্বী হুইমু লৈমা, লাইরেম্বী লৈনুং ভাংশাবী, লাইরেম্বী লিবি লৈমা, লাইরেম্বী শিপী লৈমা লাইরেম্বী মরিনা চীরা মরিদা লেপ্পুনা ফিঙৌ ফিশেংবু তিংনা থৌগল থল্লে। থকখনগী মখাদা নোংদালাইগা লাইসম্নাগা অনিবু ফম্বাল লাংলে ॥ ময়ুম লুচিং পিবা মরিনা মাগী মাগী ময়ুম ঈশেং পাৎকী ঈশেং ঈফু অমমম পায়হুনা মকোক মউবু ইতুন্না ঈরু মাইতানবগী ইহৈনবা থৌপুনরক্লে ॥

১—ময়ুম লুরাং খুম্বিবনা—নোংচুপ য়াইমা লুমেন তোংবা মরুদি পাবু খ.বনা তোংঙে ॥ (মুবা কৌয়াই তোম্বা) কৌই। ইমা লৈমরেন তরেৎনা ফিবান ওইরিএ ॥ মিংলেন্দি (লিকপা কাওয়াই থংবা) কৌএ ॥ কৌক্র অচিবা লাইলোংবগী ফম্বাল লৈফম্নি ॥ মেনবু তোংবদি বংলৈ সনা পুংমাইয়োনগী সনা ফম্বাল শংবা পিবানা তোংই ॥ লৈফম অসিদো পাখংবা মরুগী চুকলেন মথোং অমনি ॥ লৈবাকপু শেম্বা লাইবুংথৌ ১৪বু নঙনা ওইবনি, অসি কোরৌদগী লৌবিরো গুরা ॥ ঈহৈরে ॥

২—ময়ুম অঙোম পিবা পুরৈলোম্বনা ময়ুম ঈশেং কোনবা মরুদগী ঈশেং পুরক্লে ॥ ঔরাং চিংথৈ মেনফমদি নোংপোক চিঙ্খৈ মরু অচিবা লাইমিংথোই মেনফম্নি ॥ তোংবদি হৌ লম্মা হনবা

কংলৈসনা পুংমাইয়োনগী পীবা লুচিংবনা তোংঙি ॥ লৈফম অসিদো চিথে মরুগী ফম্বাল রানিদো তাবিও ॥ মার্জীং পাখংবগী লাইবুংথৌ ২০গা মার্জীং লাইনিংথৌ অহনবনা ঙাক্লি ॥ হে নোংদলাই পাখংবা নঙগীদমক ঙাকপনে লৌবিও ঙাকপীও তোংবিয়ো ॥

৩ ময়ুম এলুপ খুমন পিবা অরোংনা ময়ুম ঈশেংপোৎ পুমলেন ইরেন্দগী ঈশিং ইশাইফু অমা পায়তুনা ঈশেং ইহৈ থৌপুরে ॥ নোংপোক খা লাকয়েন শুংদাই খা মৈরম মেনফমদি রাংব্রেন পাখংবগী মেনফম্মি ॥ তোংবদি কংলৈ পিবা ময়ুম ৭কী পিবা লুচিংবা পাখংবনা তোংঙে। মিং-লেন্দী (ঙাকপা কাওচি হোংনিংপা) কৌএ লৌবিও কংলৈ পিবা লৈঙাক পুনগী চুকলেন মখোং অমনি কায়ফদে লৌবিয়ো ওরা ॥

৪ ময়ুম এলুপমা মুন্নাং পিবা ঙাংহুম্বোক্লা ময়ুম ঈশেং লৌতাং ইবেন্দগী ঈশেংবু ইহৈ লৈহুন থৌপুরক্লে ॥ খা শম্বোংগী মেনফমদি থাংজিং মরুগী মেনফম্মি ॥ মেনবু তোংবদি পিবা ৭ কি লুচিংবা কংলৈ পিবানা তোংইদো লাইমিংবু (পীজাতি মোইমিং কাও লাংএন) কৌএ ॥ কোইরেন লাই থাংজিংগী লাইবুংথৌ ১৭কা লোইনহুনা কংলৈ পিবাগীদমক্তা ঙাক্লিবা লৈফম্মি ॥ লৈফম অসিদো কংলৈ পিবা পাবু খংবগী চুক্লেন মখোং অমনি কাইফদে লৌবিবো ওরা ॥

পিবা মরিনা— হুংকেং পাস্তা কুমহুনা ঈনি থৌপুরুরে ॥ "হে শবি নামুংবা ঐখোয় এলুপমা তকক্কী লুচিংবিবা ৪না ময়ুম মঙাং যুমগী ঈশেংবু নফম্লাংদা নিজরি কংলৈ সনা শংনবা ময়ুম মঙাং পিবগী ইরু মাইতানবগীদমক্তা ইনিজবনি লৌবিও ॥ কংলৈ কোম্বোং লাই শিদবা নোংগ্রং পাখংবা ম্না শাম্নি নামুংদবা ঈশেং কোম্বোংয়াই ঈশেং খোং ১২ বু লৈপু লৈফম্বা ময়ুম ঈশেংবু হৌফনা ঈরিক ঈথিং কানা ঈহুন নোংদম তম্বীদরা ম্না ফয়েল ফম্বালবু মবা লেমফু লৈতানা লৈফম ফম্বাল কুহিরো মরু নংবু হৌফবিও" ॥ ঈনি ঈশোক্লগুনা ময়ুম ঈশেংবু ইহৈহুনা ইরু মাইতা থোরোইরে ॥

**ফিশেৎ লৈতেংবা**— চরৈ থোগনবা তেক্তা হনবা শেলুংবগা, য়াইখুবা শেলুংবগনা শংলাং মৈ= ফুরিৎ শাবা লোইশংদা নোংদলাইগী ফিশেৎ লৈতেংবু থোগল্লক্লে ॥ মরুগী চুক্লেন অহুমগী লৈচু খ্বাংলিবু লুমাং লাইথন তানা খ্বাংলি খ্বাংশেৎলে, মথক্তা ফিগে ফৈচাল ঙাংঙানবা মো-ক্তোক লাইখল হাপনা থোঙ্গিল্লে ॥ কোনখাং ফুরিৎ লিংলে ॥ কোক্তা লৈরু থেৎ তোলোক হ প্র খ্বাংদা চবিক নিংথম পুল্লে ॥ ফুরিৎ শাইচোনবা, শমজিন লেংখা ॥ ফিয়াই নমথাংগা লাইকুমগা উরিশেক লৈরুথেৎ লাংহুনা লেংয়াম্না ফিশেৎলে ॥

লাই লৈমা লাইম্না লাইখুৎলোংবীবু লাইরেম্বী হুইমু লৈমা, লাইরেম্বী লিরি লৈমা, লাইরেম্বী লৈমুং ঙাংশাবী, লাইরেম্বী শিপী লৈমা মরিনা থৌগন ফিশেৎলক্লে ॥ কুমশং পুমথিং ॥ ক্যানোক ফিনেক ॥ কোনখাং ফুরিৎ অঙাংবা ॥ থারোন যনেক ॥ লীকথাং মথাং খুংশি নাশি ॥ খোংতোপ খুংতোপ ॥ ফুরিৎ শাইচোন ॥ ফিরেল কানো ॥ কাব্রং থৌংন ॥ শায়োন নমথাং ॥

লুরেল লৈচাও ।। ঊরিশেক ।। ফিশেৎ ফিরোন অসি খিবিকপু তম্না অহানবা ওইনা শেৎপা হৌবদি খ্বাংজি কৌবা ফিশেৎতগী হৌনা শেৎলে ।।

অনিমক্তা ফিশেৎলিঙৈদা — নোংদম মরু তাংঙখা মরু মরিবনা কংলৈসা ফাংখোং ৪মু থাগোম থৌপুনরক্লে ।। খুবাক অহুমক খুতুনা (সনালেম্বী থোরুকও খুবাক লাইকা শাবিগে, খুবাক লাইথম তম্বীগে, পুশ পপ হু হুপ) ।।

সনা কোনয়াই থৌপুরে — হৌ ইরোই ইমাদোনবু লম্মাহল্লো ।। হৌ কংলৈ সনা পুংমায়োনবু লম্মাহল্লো ।। লমলেম্বু অনি থোকও ।। লৈমুরোল লোন ৫মক অপোক চমু থোংঙাই তমপাক লৈশুক লৈশোই য়াম্বীও, ঐবু শিজবা মালেম লৈসা অঙাংবনা মালেম লৈগা ভাইরিও ।। কোরৌ নোংলু অপানবনা কোরৌ নোঙবু ভাইরিএ ।। হৌ ফরুশিদো হে মরু নংবু হৌ ফরো ৎরা ।। কোনয়াই হল্লে ফাংখোং মরি নীকশিল্লে ।।

৩ তাওরোইলাই পুংদা কোনয়াই অমবু হল্লগা তাইরে স্নাহিংমিকোনবা, স্না হিং মিকোনবা ।। সনা হিং মিকোনবা ।। স্নাহিং মিকোনবা ।। স্না হিং মিকোনবা ৫বক ।। চাইরেন পুখম অমদা য়াম থরা চাইহনা ভাম্নু মরুম ১ খিল্লে ।। মাইয়োকথাবু লাংলগা ( রে রে রে ) হায়না তাইব ।।

৪ ফান্দোং মুংবু লৈফা থৌপুরক্লে মফম অতুদা লৈবাক্তা খুবাম অমা পাকপা শাংবা লুবা লৈকোম অমা তৌরে ।। মমু দা যন য়োংমানবীগী মখোম অনৌবা হৈরে ।। যিরাল (৩) যুংল ।। খোইরু থাউমৈ ৩ থাল্লে ।। হৈকক ৩ থারে ।। মনা মশিং অপেনপোং ৩ থারে ।। হৈশাং ১ হাপ্লে । লৈঙোইনা ফুল (অহুম) তাবগা পুখম অমদা ঈশিং হাপ্লগা পাঙৎলে ।। শেনগী শেনপাক অকোংবা অমদা লা তাঙ্গা অমা হাপ্তুনা মথক্তা সনা তাঙ্গা হাপ্তুনা শংকুপ্লে মনা মপোপ অহুক্না নন্দুনা কুপ্লগা মথক্তা ওইনা নম্বা শলাই নংশা = কোকংথান অমা হাপতুনা থোনি থাগোম্লরক্লে ।।

ঐনে নিংথৌ অতানবনে লৈবাক খুতুম চনগে হেনগে লানফগে পিবা পুক্লিং থুংহনবিও ।। লৈচাও খুঙাওনা লৈপানববু কুবিও ওরা ।।

৫ লৈফম ফম্বাল মেনখাবু লাংপা— লুতোনগীদমক্তা সনা তাঙ্গা অমা, লুপা তাঙ্গা অমা, লৈশংলেন মরোং অমা হৈকক থারে শেম্রেং অপানবগীদমক সনা তাঙ্গ অমা, লুপা তাঙ্গা অমা কা মতোন থেকপা ৫ মনা মপুম ৫ হৈরুক চুঙৌগী অনি, হৈশাং রাই কুইবা অমা থাদরে মতুংদা পুরুম থাগোম্লক্লে ।। লাইমিংথোইও নখুং য়েৎতা তুমিৎ পুবা, নখুং ওইদা থাবু পুবও, লাইনিংথৌ শা-তোংবা নংনা চে না তোংবিও লেংবিগমু ওবা ।।

৬ নোংদম মরু মরিবনা ফিশেৎ শংক্লেন্দগী থাকৌবা — শংলাংমৈদা ফিশেৎ লৈতে ববু লোইতুনা অশাই অশম থৌগম্না অনিমকপু ফম্বাল লাংতুনা লৈএ ।। নোংদম মরু তাংঙখা মরিনা চংলতুনা খুবাক অহুমক খুতুনা লাইকা শাতুনা থেম্নৌনা চোংথোরক্লে ;।

হে মরু কংলৈস্না পুংমাইয়োনগী সনা ফম্বালবু লৈশং লৈফম্বীদুনা মযুম এলুপমা শখাই তরেংকি লুচিংবা পীবা তরেংকি লুচিং নোংদম্বা লৈশংবা পীবা ফম্বালবু লৈশংবিগনি লৈবাক কুবি নোংদম্বীগে থৌয়াবা হে নোংদালাই নফম্নাংদা লৈফম্নবা মবুংঙো মবেম্মবু শাফোক্লশি কুনিববু ওইবিও ॥ পাউশান্নগা নাপীগা শিংবিগা, উঁহং মনাগা ঈশেংফুদা লুপতুনা খিকপেংলে ॥ ওমহৈ ওমহৈ ওমহৈ, হাউং হাউং হাউং ॥ (খুনাক অহুমুক খুদুনা) শন্দ্রেম্বীও থোরবও খুনাক লাইকা শাবশি, নদুম পোন্দে তম্মগে নীং নীং নীং বি বি বি পাউশা লাইশোন্না শাথোক্লবল্লে ॥

ফম্বাল মেনবু য়ৌবদা— নোংদালাইগা লাইসুগবু খাম্নগা " হে ইবুংঙো নোংদালাই খুদা লৈফম অসিদো সনা মযু কান্নগা হি য়াইতনা মফেন লাংতুন ইমা। লৈমরেন শিন্দবীনা গিনাল ওইনা শাঙমগ্রনা খুদানি ॥ তেংবালবগী মপুবেল উংলৌ সাইনিবেল শিন্দনা শলাইচনা অমম্বা, ইখৈবেল লাইওইবী মরু অনিগী মফমদা শিন্নবমতুনা নোংলেন অত্তাংবদা মক অনিনা লৈমখিনা খুদানিদো ॥ মালেম পুথোক্লবদা মক অনিনা লাইনিংব লৈশিবেন লৈপুনবী অনিম্মা শিন্দনা লৈজম্না লৈম্মাইবেল কাবন কংলৈম্না পুংমাইয়োল অসিদা ফৈদো, অনিনা শিনু ফম্বাল লাংদা অ ইংবপু (ম) হায়না ফম্বনদা ॥ অনিম্মা মক শিন্দবগা লৈমবেন মকগা মক অনিনা শান্নদুনা মপাব বেলন্দা তনৌবা সনা কোজ্ঞন্তু থোকপা পানবু খঙবগী মফম্নাংদা শিন্নবীদুনা লৈয়াই লেন্দা পখংবা সনা কোঞ্জন্তু থোকপা ফন্নিদো ॥ পাবু খংনা ঈশিংনে, মৈনে, মুংশিংনে অহুমগী মফমদা শিন্নদুনা থম্বা খুদা অসিন ফমানা কংলৈবু শংবা যাদে পীনা লুচিংবা ফমফদে লোদম্না থমখিবা খুদাবু কোরৌ অসিদগী নঙ্গাঁদক্কা থানা লৈহুল্লি লৌবিরো ফম্বীরো হে ইবুংঙো নঙগী শাথক শাফোংনবা খুদানে ॥ বে বে বে হায়না থাঙ্গংলে, বো বো বো হায়না ফমহল্লে ॥

## ১২ কংলৈস্না থম্বাল লৈশক মরুনা পাউশাবা

হে ইবুংঙো নোংদালাই সনা পুন্নিংবু লৈথম্না তাবিও, মফম অসিদো মমুং মতম্ম চাদনা তাকফদে ন্নাহংজববা নওনা হায়গনু তারম্ম পুন্সি নপুন্সিবু মন্না লেমফু কাংববু ওইংমনৌ পাওশানা থুপচানদুনা সনা খুৎ য়েৎ থংববু থম্বাল লৈনা শানা অচৎপা চত্তবা লেংলি পাল্লিবা মী লাই হিংচাবা মশক পুন্নবা থৌপুনখিবা কোরৌ খুদীংগীবু অফবা ফত্তবা ইখুবাক্তা লৈহাপ লৈশিন্নজরো থৌরম পুন্না ঐনা থৌপুনবনি ঐনা য়ানা লৈবৌনগনি পাউশা পাওদম্না কোরৌ খুদিংবু লৈশিন্নজো হায়না অদু নোংগীবু সনা ফম্বাল লাংনা লৈঙম্লিবা নোংলেনথক্তা ফম্বাল্লীববু মালেম লৈম্নাইলেন্দা লৈকুম ফম্বালনা লৈঙম্মিবা লৈফম্ম তাক্কে সনা মিৎয়েংশু তাবিনি ॥

কংলৈ পুংমাইয়োনগী নোংচুপ পাংবা, ন্নাংশঙ্গীনা নোংপোক পাংবা, লাইশংগী মনাক্তা সনাগী তেঙ্গোংনা কুপতুনা মুঙ্গি মশক ওইনা লৈমুংদা খুতুপ মণ্ডা লুনা থুপতুনা লোৎতুনা লৈবনি য়েংবিও লৈঙম্লিবা মফম অদুনা থম্বাম্নি ॥ থম্নানা মুংকোৎপী কৌনা লৈঙম্লিবা অদুনি ॥ থম্নাবু থম্বালবু

লাইনিংথৌ তাওরোই নাইনা মমৈবু ময়ানা চিক্নুনা কোল্লীবনি ।। লৈরিক লিপুন লাপুন অমনা য়োল্লিবা থমচেৎকি মথক্তা ফমহনা মখোং অনিবু য়াম্থনা ফম্মিবা তেংবানবগী মপু শিদবা হে লাইমিংথোই পাবু খঙবা পী-বু, পা-বু ওইবা মরু শিদবনা মহাক্তগী লৈচু মঙান তরেৎনা কুবু ওইনা কুয়োম থানা চাগে থক্তে খন্দনা মাবুদা মানা শক শোন্দুনা লাইমিং শিংকক শিংথানা ব্রাবু ঙাংদনা লাইনিংবা শানা লাইমিংবু শিক্কক শিংহাপ থাগোল্লহনা তেংবানবগী য়াইফনবগীদমক্তা কুবিনা লৈশংলিবনিদো নোংদম্বা মাগী লৈচু মঙাল ৭পু কুয়োম তরেৎনা নাওয়োম্না লৈফম ফম্বাল্লিবা কৌনৈদো ।।

১ মপাম্বংবা কুয়োমগী লৈচুনা সনা অহিংবনা তমজনরিবা লাইমিংবু (সনাহিং পাখংবা) কৌএ ।।

২ শুবগী মঙাল্লা লোইদাম থাজগী মঙাল ইংনা ঢৌনা শাফোংবনা তমজনরিদো লাইমিংবু ( মহামনিক খোম্বা ) কৌএ ।।

৩শুবা কুয়োম লৈচু মঙাল্লা থাম্বী মৈচু অশেংবা ওইনা শাথোকনা তমজনবিদো লাইমিংবু ( তরেং তবেং সনাচীক তবং খোম্বা ) কৌএ ।।

৪শুবা কুয়োম লৈচুনা লৈচিল অরাওবগী লৈচুনা তমজনা শাথোক্লনিদো লাইমিংবু (খাথং য়োমদ্রেংবা ) কৌএ ।।

৫শুবা কুয়োম লৈচুনা কোরি অতিংবা মচুনা তমজনা শাফোংলিদো লাইমিংবু (মিঙোংলেন মনিক ) কৌএ ।।

৬শুবা কুয়োম লৈচুনা অমুবা লৈচু তমজরিদো লাইমিংবু (সনা লৈতেং খেম্বা ) কৌএ ।।

৭শুবা কুয়োমগী লৈচুনা অশনবা লৈচুনা তমজনা শাফোংলি লাইমিংবু ( কুং শ্রীং কুং ) লাইয়েক্লিদো ।।

৮শুবা হকথংবা কুয়োম ঐহাক কৌবগী লৈচুদি অমুক এন্দা অঙনবদা রান্দেং খোইবীনা তমজনহনা শাংলিদো ।। হং হৈদে তাকহৈদে হায়দো, খংহৈদে উহৈদ হায় দা হংলবস্থ তাকহৈদে তাক্লবস্থ খংলোই ঐনদি মাবু উঙম্মি নহাক্নদি ঐবু উবিরোই হায়দো, ঐবু উবিগে নিংলবদি তাই-বংপানগী মিংনা থিবনা লুতুং ওইনা থিবিও ।। নপুক লুম্নাং লৈতক্তা নংনা ঐবু থিরগা নঙনা ঐবু উবিগনি ।। ঐদো ইপাল লাংদা লৈশাবা (উংলৌ য়াইবিরেল শিদবা ) কৌবনি ।। ঐনা ইমুংবু দা লৈবদি হুং লৈহিংফা কৌএ ।। লৈফাওনএ কৌএ ।। কুং নোংলুম কৌবা ঐহাক্কি ।। মহাক্তি মখুম্মি নহাক্তি লুবাক্কি ঐহাক্কা লৈনবা হকশাংলেম্নি হায়দো ।। হে নোংদালাই কোরৌ ঙসিদগী সনা মিংলেনবু মৈতৈঙু পাখংবা কংলৈ লৈশংবা পীবা দীতরং ফম্বাল লৈহুঙগে ওব্রা ।।

হে ইবেম্মা ওইথম ফম্বাল খৌগনবী লৈবাক্কি মমা ওইরিবী লৈমা করো ফম্বাল তরেৎ লুচিংবী লাই লৈমা খুংলোংবী ইমা নংদো কোরৌ অসিবু ফম্বাল মিংলেনবু মৈতৈ লৈমা লাইম্না ওম্ন পোকপী কৌনা লৈহুন তমজগে লৌবিও ওব্রা ।। অনিমক্লা তিপু ফম্বাল লাইমিংবু (থুংচিরিক)

হায়গে হোচিক চেপফদে লোংফদে লেংফদে লেংবিগনু ।। ফ লাইয়েকী মশক্তা সনা ফম্বাল মরা তানা চেংনা খুঞ্জাও লৈচাওনবা ফম্বিহুনা হৌফরো হৈয়ুম হোয়াহে ।।

**কাইবীরোল মরুনা**— মরু ললহাংওম্বনা উহং মনা শেন্দাং মথা শাবা লৈচরোল তরানিপালবু পায়হুনা লৈহুন লৈরাংবু থৌপুবক্লে ।। "হে মৈতৈঙু লুচিং পীবা এলুপমা তকক্লা লাইরমলেনগী-দমক্তা কায়দনবা নামুং চংলম্বু থোক্তুনবা লৈশিন থৌরাংনহুনা পীবা মরি লৈথম্বা লুচিং ফম্বাল লাং-বিহুনা ঙসিদগী অনৌ থৌহৌনঙ্মা কংলৈ সনা যম্বালবু লৈশং ফম্বাল লাংলিবা নখোং থুয়ারেল থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজবা নখোং খাদবু উহং মনা শেন্দাং মথা শাববু কোরৌ কালেন থাজ হুম্লি পানবা লৈবাকপোকপগী মুংথিল পোপ্পা হুনবদা লৈহুনবশে লৌবিও ।। হে ইম্ফায়াই অহনবা ওরা ।। সনাহিং পাখংবা ওরা ।। মহামনিক খোম্না ওরা ।। তরেং তরেং স্না চিক তরেং খোম্বা ওরা ।। পাখংবা য়েইরেং খোম্বা ওরা ।। মিত্তোংলেন সনামনিক খোম্বা ওরা ।। সনা লৈত্রেং খোম্বা ওরা ।। বুং শ্রীং বুং ওরা ।। লৈরাং লৈয়োল নিপালবু নযম্লাংদা লৈহুনবশে লৌবিদবা তৌগন্নু নোংদম মরুগী লৈহুন লৈরাং লৈমন্নি কুবি নোংদম্বিহুনা খুঞ্জাও লৈচাওনা লৈপানববু কুবিও ।। হে ইবেম্মা ওইথম ফম্বাল থোগল্লিবী মৈতৈ লৈমা করো ফম্বাল তরেৎপু লৈপু লৈফম্বী নফমলাংদা লুরেল লৈচাওগা উরিশেক লৈথেং অসগা লাংজগে লৌবিও ।। সনা মুহেন্নু অকোং কওবী অরাই কংদবী লৈসনা লৈনপফা ওরা ।। লৈহিংনপ ওরা ।। সনামনিক খোম্বী ওরা ।। হে ইবেম্মা কুবি নোংদম্বীহুনা এলুপ পুম্ববু নথান্নুংদা কোনবিও, নচাবু নথান্নুংদগী ভাগনবীগনু ।।"

## ময়ুম পীবা মরিনা লৈহুন মিংলেন লাংবা

লুরাং পীবা খুম্বিবনা ময়ুম লৈথেং খোঙমেল্লেগা লয়াইগী লফু থরো অমগা লায়াই লানা খাদা থানা হাপনা মাইয়োবগানা লৈরাং লৈহুন তম্লক্লে ।। ঔরাং চিঙ্খে পুংদি তোংকানবা কৌই মচুগু নঙগীমি লৌবিও লাইনিংদি থ াইপুং কৌই ওরা ।।

তৌ রাইরং খা মৈরমগী পুংদি ( পুংমাইতেম ) কৌই মশিগু নঙগীদমক্কি লৌবিও ওরা ।।

শম্মোঙগী, নোংচুপকি, অরাংগী পুংগু নংগীনি অমদি সনা কোলোই কুরুম চিংলেন নোংপোক চীংশাং নাপোম হায়থবগী মপা চীং কৌই ।। অমদি থোংঙাকপুং কৌএ ।। পুং অহুমগুবনা ( রাংথোলপুং ) হায়বদো নঙগীদমক লৈবনি লৌবিও ওরা ।।

খাথোং শম্মোং পুমাবা পুংদি ( হীচম যাইচম ) কোবনি মসিগু নঙগীনি লৌবিও ওরা ।। থাংলেন নখুংগুবু মরুগী য়েংথাংনি ।। ইমা লৈশিরেল লৈপুনবীনা শুবা থাংনিদো ওইথাংগু ওই-নৈদো লাইমিংবু ( হেরা মনিক থাং ) কোবনি নঙগীনি ।। কৌক্রনা শুবা থাংবু ( গ্রুং গ্রুং গ্রুং ) কৌবা থাংনি নঙগীনি ।। থাংজিংনা শুবা থাংবু মরুগা থংনৈ হায়বগী থাংজিং কৌই য়েংথাংনি ( ভ্রেং ভ্রেং ভ্রেং ) কৌএ মশিগু নঙগীনিদো ।। খানা চাওবনা শুবা থাংবু ( ক্রম ক্রম ক্রম )

কৌএ নঙগীনিদো ।। লৈমরেন শিবদীনা শুবা থাংদি চিঙৈখ্রে মরোল তরেৎনি মাঙ্গীংনা শুরবদা (হেরা মনিক থাং ফ্রিং ফ্রিং ফ্রিং শং ) কৌএ লৌবিও, ইযুম শুরাং লৈবাকপু কুবিও ।।

**ময়ুম অঙৌ পাম্সা পুরৈরোম্বনা—** থম্বাল ১০৮ অঙৌবগা থরো অঙৌবা অমগা লারোং লাগী মথক্তা লৈকৎ লৈহুন তম্লক্রে। "হে ইবুংঙো নোংদালাই পাথংবা কংলৈ সনা থম্বালবু লৈশংবা ময়ুম এলুপ পুম্বগী নোংদম পীবা লুচিংবা নহাক্তো নোংমাইজিং হায়না মিংহুনবা কোরৌবু লৈতম্বা মুমিত্তা মালেম থক্তা চো থোকুনা লৈঙমখিবা নমিংবু (লৈকাইরেল খিকপুপা) লৈহুনবা পাখং ফারক্লবদা নমিংবু (সনা লৈয়াম্লাং তনৌবা) কৌবা; যম্বল মেন্দা নেৎলৈদা নমিংব (পাক কক থাং ) কৌবা মু জেং পাক্তা ইফু নাহুনা শাম্লৈদবু (তো রো শো ) কৌবা কংলৈম্মা পুংমাইয়োনগী লৈবাক নোংপৌত্তুবগী উযগী মংতো সনা স্বাম্রাংবগী নমিংবু মহামনিক কৌবা. হে ইবুংঙো নঙগী নফম্লাংদা ইযুম এলুপমা আচোম শখাইগী পো ল্লন শাৎপগী থুনম্ব লৈশংনীঙ্গনা ইয়ুম এলুপকী লৈবাক পুম্বগী য়াইবী মবা তৎনা খুম্লাও লৈচাংনববু নবি নোংদম্বীননা নযম্লাংং। শিম্লজম্বনি কোংবৌ অনিদগী লৌবিও নোংদম্বা ওরা ।।"

ময়ুম শখাই খাবা ভানবা=খা ভানবা শরাং লৈশাংনগু ময়ুম লৈব্ লৈলৈ লৈসনা ..নামপাল লৈশং হুইমৈশা থেকরাইবগা চংবী পুবম্নুং থরোগা লৈহৌকৌনা হানা খাদা থানা হাপ্পা নংগী দমকপু লাংলকপনি ময়ুম পীবাগী মঙম্বু নযাথংনা ইফম্লাংদা লৈখিন নো দম্বী খিবব থোলাং লৈসানা ময়ুম পুরৈলোম্বনা লৈহুন লৈবাংজবনি ।। 'হে পাখংবা ক্রুম্লেন মৈনাইবা, ত্রম্লেন কিং নাইবা ক্রুম্লেন রাশানাই কিংনাইবা । নোংদাও কুপত্রেং লিকত্রংবা ।। কংলৈগী নমঙা পাখংনা শং ত্রং মনিক্তু, হে অপাম্ব, নচুনা চীংথাও অভাংবা নফি শেৎনা ফিগে অশংবা শেৎপা ওরা ' কুবি নোংদম্মা ইয়ুম লৈব্র থৌজানবিও ।।

**ময়ুম শখাগা খুমন অরোংনা—** ময়ুম লৈরাং উনপলৈ কাব্লেগা লফু হৈজাও থরো অমগা লৈশং থেকরাঙবা মবোং অমগা লফু হৈজাও লান খাদা থানা লৈহুন গিঙোবু তম্লক্রে ।। "হে ইবুংঙো পাখংবা কুকম লাঙ্গাল চীংগী মকোক্তী লমহাংপুং পুংলেন লমহাংপুংনিদো ।। লমহাংপুংগী মকোক্তি কংলৈনি ।। কংলৈগী লৈচং মখোক্তি পুংম ইয়োল সনা যম্বালগী মেন্দোংফম্নিদো, কংলৈব শংবা পীবা নঙগীদমক্তি লৌবিও ।। কংলৈগী সনা যম্বাল মেন্দোংবা লৈফমদা সনাগী ফম্বালবু শাৎলিদো সনাগী থম্বাল অহুগী মথক্তা সনা ফম্বাল লাংলিবা ময়ুম পুম্বগী লুচিং শত্রমি পিবাও নফমলাংদা ইয়ুম লৈবু লাংজনা পোইরৈনা চাদোন শুদোন্দা কাওদনবা রাহৈ খরা খজিকপু নফম্লাংদা নিংশিংজগে, নঙম্নবদি রাংবনা শিংথাববু লোইঙমলোই ঈতিক ইঙম্বু ওইদবনি অহুবু খরা খজিক পাউশাগে ।। "উরিপোকপা লমম্নুংশি লমহাংপুং কুরুম লাঙ্গোন শৌরাং ইরোক তরানিথোইনা নাওকোনবা, চীংশাং নাপোম ১১ লৈয়াৎপা, চীং মাগী মত্তোন্দা শাথোক য়াহিপ শদম্মা মুংকেং

লাওবা যাথোকপা কংলৈ সমা পুন্ডগী কংলৈ চৈরী মরিদা ফিরাল মরি মুংদুনা উব্রাং কাইনা লোক চীথে লৈমামুং অহু মেংনা কোকোই চীংথাংনদুনা লৈ ফাইনরিউদগী হৌমিন্নরক্লবা চীং, মৈতৈ লৈমা খুন্দা চীং, লৈমা নিংনাইদবী খুন্দাথোক, চীং মরি থবাক চুমৱাই নালুমলেন তাও ওইনা লুমাং কিকিশা লৈমাচীং, হাম্ব মরু মবোং খাইবা চীং, অহিং লিক্লা তাদবা চীং, লুংগিল কানবা অংদ চীং, চীংয়াংথক্লা থৌশাবনা থোইয়ুম পুম্বনা থুন্দিনউেদা ঙাংনখিবা বাবু থোক। ওদনা থৌপুবা অরাং কৌক্র লোক্কোংপোক চরৈ ফিফৌচিং, চরি মপান থানচীং পোইবৈ য়াংলৌ তাবা শাকপ চীং কোরৌ নোংপোক চীং, লুমলেন তাশোল কোক্র চীং, রাংজিং ইকোক, কোবু নোংপোক উনিংথৌকুম লেংবামনা পোইবৈদবা থোইয়ুমও, তায়োন অবান লৈবা খিবিকপু কনবীদুনা ইয়ুম লৈবু লৈবাক খুঙ্গাংও লৈচাওনা লৈপান চোংদম্বীদুনা ইয়ুম খুমন পোক্লন শাংপগী খুবম্বু লৈমুং লৈমাংদনবা লৈফম্বু লৈশংবা লুচিং শক্রমি পীশানু লৈতাপ লৈমিঞ্জবি লৌশিং ওরা।।

## মঙ্গল এলুপ-মুৱাং পিবা ঙাংক্রম্মোক্কা

ময়ুম লৈথেং উনপ্রে এক্কমলেগা লফু লমাং থরো অমগা মায়রোকথানা ময়ুম পুম্বগী লুচিং শক্রমি কংলৈ মন। কম্বাল লৈকম্বা পীবা নোংদলাই পাখংবা, ইয়ুম লৈবু লাংজনা থৌকাওনরক্লবা তুংনগু পোক্লবৈ চাদোল গুদোল ফাওরনম্বু কাওদনবরু থোপুনা নত্তিক নঙম্বু শিংথাম্বগী থোরোই। দবদো রাতৈ খজিক নিংশিংজদুনা ইয়ুম লৈব লাংজগে কুবিও।। নোংপোক লৈহৌচীং নোংপোক চীংগী মকোক্তি নোংলেন নোংমৈ পুংলেম্লিদো।। নোংমৈ পুংলেনগী মকোক লৈচঙদি শঙ্গাইনি।। শঙ্গাইগী লৈচংদি লুন পান্নিদো সিবু নঙগীদমক্লি।। খোইয়ুম চীংলেন হৈরোপ্প চীংগী মকোক লৈচংদি পিশুম পুংলেম্লি।। পীশম — পীশুমগী মকোক লৈচংদি যুং জাওনে।। যুমজাওগী মক্লংদা লাইমিংথোইগা লাইবেম্বীগা লৈবিদো নঙগীদমক লৈবনি নহাকম্বু মহাক্লি, মহাকম্বু নহারিদো বুবিও।। মঙাং য়েনশৈফচীংদা মঙাং মক শিদবনা মী মরম ৭ লাইরম ৭ তাওরোইলাই তুবী ৭কা পোক্লম্মীদো।। নিংথোজা শলাই হায়না লেপ্পগদবা লাইগী লাইমিংবু (মিংম্না মীত্রেং তনৌবা লৈহুন্না লৈথমখিদো নংগীদমক্লি।। লুৱাং শাকপ চীংদা লুৱাং মক শিদবনা মী মরম ৭ লাই মরম ৭ তাওরোইলাই পাখংবা তবেৎকা পোকলম্মীদো অসি খিদিকপু হে ইবুংঙো নো দালাই পাখংবা মৈতৈভু পীবা লুচিংবা নঙগীদমক নোংদম্লো।। খুমনগা লুরাঙ্গা পোকপা লাইদি (অহু কৌইদো।। (তুবি হম্বৰা, লাইরেন হম্বৰা) কৌই মসিবু নঙগীদমক পোকপনি।। খুমন কুরুম চীংদা খুমন মক শিদবনা মী মরম ৭ লাই মরম ৭ তাওরাইলাই তুবি ৭ পোকএ মতুবু নংনা তিনশিনগ্রবনিদো।। অঙৌ পাম্বা পৌপ্রলেন শিদবা মুরাও পোরোং খোকহায়বা লাইদি তাওবোইলাই জিরিক চীরোংবা অমদি তৌবুল তোরেলখাক কৌইদো নঙগীদমক লৈবনিদো।। লৈশাং, খাবা-ঙানবা লাইদি (তাওবুংলেন শিদবা হিংকুপ) কৌই।। অমদি চাওবুংলেন শিদবা চিরিরিক কৌই।। অসিবু কনামুংগীদমক্লো নঙ্গীনে লৌবিও,

ইয়ুম লৈগা লোইননা ইয়ুম মুরাও পোক্লেন শাংপা মাংকদবা চুকলেন লৈফম্বু কোরৌ ঙসিদম্বী নৌহৌ থৌহৌনা লৈশংববু নফম্নাংদা শিন্নজরে মৌবিও ইয়ুম লৈবু লৈবাকপু কুবি নোংদম তম্বিও ওরা ।।

লৈথারোন্দা লৈবা লাই খুং খুং অচিবনা লৈহৃম্নকপা - ইনাওশা নখোয়মু লৈম্নি-ম্নক্লিবনি ।। করি মুঙগীবু ওইবনো. ইরাংথেন পুংমিন্নবা, পোইরৈ মোইরেংজাম্বা, রাঙম থৌপুবা খোয়য়ুম নখোয় ঐখোয়না চক মন্নিসিবু খাংঙম লৈঙম্বা অসিবু করিবুমুঙগী, কদৌমুংগীবু খাংঙম লৈঙম্মিবনো নখোযবু তাদরা উদরা ইযু ইবুংঙোনা নোংদালাই হায়না লৈকুম শাথোকখিহুনা কোয়ৌ অসিবু ফম্বাল লৈফম্নি নঙ ঐযু যৌগনহোত্রবদি তুংদা করি ওইহৌগনি খোয়য়ুম অমতা থৌগনবা উদে ।। অহৃদি মরু ভাংনখিবা রাগী ইঙম্বু ঐখোয়না থৌকাওনা লৈবশিদি চুমত্রেনা, মরু লেংঙমশি ফম্বাল লৈকুমত্রিঙৈ রাংলেন অমতম্ব থৌগলহৌনবা রাতান্নহুনা মাগী মাগী মথুংশুবু য়েহুনা খোংহুনা লাক্লে ।। লৈমুং খুং খুং অচিবগী মথুংশু (খুংগী) মখোল তাবদা মালেম নীকপগুম ঙংলে ।। ইরাংথেন পুংমিন্নবগী মথুংশু (পুংমাই পাকপা. পুংচিন্দুম্বা) পুং ২বু ফাংননা য়েরকপা মখোল তাবদা কুমদম নোংনা খোংবগুম ঙক্করে ।। পোইরৈ শৈশকপা রাঙম থৌপুবা পোইরৈ মোইরেংচাম্বা খোয়য়ুমগী মথুংশু পেনাবু খোংলকপগী মখোন তাবদা তাইবং পুম্ববু লুম্নাং মুংঙোন্নহুনা মপুক খোইজং খোইদাববু ওইঙম্না খোজা মাইগৈদ্বু য়েংনহুনা য়োইরেন খাবী পুম্বা লৈনরক্লে ।। অহৃমমরূা তান্ননা খোংলক্লে ।।

> "কংলৈ স্না পুংমাইয়োন
> লফু লাগুম মঙান শামদে
> শং-শংদ্রো শংদ্রো পিলো শংদ্রো-ফা
> ইংখোন্দগী স্নাগা পাত্তগী থরোগা
> রাইনৌশে রাইনৌশে শর লাংমৈ রাইনৌশে
> হা মি মী রো রো, কাংথং তারো রো ।।
> চীংয়া পামেল অমুল হৈ শেমজবনা চানবা হৈ
> শে শে চাজরো, শে শে লৌজরো
> হা হে হৌ হৌ হৈয়ানরশে হৈয়ানরশে ।।"

পাউশা শৈশক্না খোংহুনা লৈচং খোংথুংলরে ।। থৌরম্বু উবদা নোংদম মরুনা পাউহোম্লে "খোয়য়ুম অহৃম্বু করিমুংগীবু খোঙ্গা এলহৌবু অম্বুক থেংবনো পাউজেল খোয়য়ুম হুমলেম্না তাক্তবরা, হায়দবরা তমদবরা, খোয়য়ুম নঙম চাওবা অহৃম্বু ঙাইহুনা লৈরিবনি ফম্বাল লৈকুমগদবদা থুংলর-রবনিনা লৈকুম থৌপুনরগে অশৈ খোনফাংনবিরো ।।" মরুনা লৈকুম্নবা থেমথোক্লে খোয়য়ুম অহৃম্না খোনফাংনরক্লে ।।

## ফম্বাল লৈকুম থেমথোকলোন

হে ইবুঙ্গো স্নাম্নংলেনবু অসি হায়বা লুমিত্তম ( মৈতৈঙু কংলৈ যম্বাল মেন লৈশাংবা পিবা পাখংবা ) নোংদলাই মিত্রেং স্না তনৌবা লুচিং শত্রমি লৈছন লৈরাংজর়গে ননিং থুংদে তাথি না-ওইবীগন্ন ।। লৈছন মিংলেন পুম্বব নঙম্না মহেনগ্রবা নঙাম্না মরাংখ্রবা ঙাক্তনি কুবিও থোইময়াই নত্তমন্ত মথংলেদো কংলৈস্না ফম্বাল মেন্দা লৈফম্বীবা ও ।। স্না কুপ্ত কুপ্র লুপাগুম তরংবা মরু পুন্সিবনা কংলৈগী চিথেক ৪ মক্তা লৈফম ৫গী লাইমিংবু ( মুকশিন হৈবা ) কৌএ ।। হে ইবুং-ঙো পাখংবা নংনা নোংলৈবু চিন্দুনা মেনগী মথক্তা ফম্বালবগী লাইমিংবু ( ওমপোকপী কৌই ।। ওমপোকপীতু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ ) কৌএ ।। হে থাংজিং নংনা চৈনাং থুত্তা পায়ঙৈগী বানে ।। ইমা লৈশিরেল লৈপুনবীনা নোংলৈশং চীম্লিঙৈগী বানে ।। নমিংবু (অঙ্গো) কৌও ।। তিন শিদবা লাইরেল শিদবা তাওরোইলাইনা থৌরি মঙুং মঙুং তাবগুম তাঙৈগী বানে মঙাং মরুনে, লুরাং মরুনে, থুমন মরুনে, মরু অহুম্না কংলৈগী মেন্দা লৈকা য়াকাচিক রো রো হুম হুম ।। ওম লৈ নোংথাং তরংবা চত্রেং কৌবা রে রে রে ওরা ।।

ফম্বাল মেন্দগী কুমহুনা কুচু শংলেন্দা লৈচং ফিরোনবু ময়ুম এলুপমগী পিবা পুরেলোম্বনা ময়ুম ফিরোন অঙৌববু কত্তুনা ফিগে অঙৌবা খ্বাংশেংলে, ফিগে অঙাংবগী কোংখাং ফুরিং তিংলে ।। থুংশি নাশি, পাম্বোম য়াই=তান হাপ্লে ।। নমশা শমজিন তোলোক হাপ্লে ।। ফুরিং শাইচোনবা লিংশিল্লে ।। ফিগে ফিয়াই নমথাং লেংয়াল্লে । ফম্বাল ফিরোল অরা থোঙম থোপ্পুনকা খ্বাংশেং ( খ্বাংলি লাইখল ) হাপ্পগা লাইরুম ফিরাক ও না তাইবগবু কুচু শংলেনগী রাঙমলোন মম্মাম্বুং শম্বোং পুনেম্বগী ফম্বাল লৈফমদা লৈহনজিন্দুনা যান্দুনা থম্লে ।। মতুংদা মৈতৈঙু নোংদলাই পাখংবগা মৈতৈ লৈমা লাইস্নগা ফিশেং লৈতেংবা অহুমশুবা ফিশেং ফিরানবু তোংলক্লে ।। মৈতৈঙু নোংদলাই ফিগে খ্বাংশেং ভাংঙানবা শেংলে ।। ফৈচোন মোক্তোক লাইখন হাপ্লে ।। ফিগে কোনখাং অশংবা লিংলে ।। থুংশি নাশি থুংফাং লিকফাং হাপ্লে ।। ফিগে অঙৌবগী শাইচোনবা ফুরিং নম্লে ।। ফিগে ফিয়াই নমথাং স্না অহিংবগী লেংয়াল্লে ।। ফিগে নমশা তোলোক অঙৌবা হাপ্তুনা উরিশেক শমজিন থেংলে ।। লিফা থোইফানা লৈতেংনা ফিশ্লেংলে ।

## ফুরিং শাবা লোইশংদা

মৈতৈ লৈমা লাইস্নানা ফিগে ফিরোন থম্বাল মচু পুমথিং ফিনেক শেংলে ।। কুমশং পুমথিং ফিরোম্না খ্বাংজি ফারে ।। ফিগে অশনবা কোনখাং ফুরিং মথক্তা লিকফাং থোইশি, গুকশি, থুংশি নাশি থোংতোপ থুত্তোপ, ফিগে ফিয়াই নমথাং স্না লৈচু মানবা নমথাং লেংফাই থোওল্লে ।। লুতুং শম্মাং ·লৈপুনথক্তা স্না লৈতেংনা লিফা লৈথেংলে ।। ফিশেং লৈতেংববু লোইহনা ফুরিং শাবা

ম্না পুংমাইশ্নোনগী চৎনরম লৈহৌডৈদগী ময়ুম পিবা ৬ কা রা তাম্লদুনা লুচিংবা পিবা কংলৈ শংবনা লৈঙাক লৈকন্নরম্ববু ময়ুম খাবা-ঙানবগী ইবুধৌশিংনা লৈহৌডৈদা য়ুম্বাল য়ুমলিং লাইরমলেন্দা। নামুংনবা চৎলম্মু থৌপুনা চাদা নাওনারমদুনা পিবা ফম্বৈ ফম্বা পিবা ৬ থনগদবদা, লৈহাপ লৈথম্বদা লাইরমলেনবু নামুং চৎলম তাঙম্বনা নামুং চৎলম্মু ঙাক্লবা পিবা ৪দমক থমদুনা অরাৎপা পিবা ২গী মথৌবু অঙৌ পাম্বা য়ুমনা লৈফোংনদুনা লৈচুন্নরেদো চৎলম অসিদো মথংলেংনা ঙসিদগী থৌপুনরশে।। লুতুংদা চম্মু নিংঙোনবু লুহোং লুতিন লৈরৌ লৈয়ানবদা লাইরমলেন্দা নামুংবা য়ুম্মু শ্নৌন লৈনফদে।। মদুদি ঃ—

১। পেলোন তিন্নবা য়ুম্মু শ্নৌন লৈনফদে, লোন অহুম মথৈ নামুংঙি।।

২। শাইরুক তিনবা = মমা তিন্নবা পাদি তিন্নদবা নামুংঙিদো।।

৩। শাত্য = মথক মথা মিঙ্গৌ ওম্নবা নামুংবনি।।

৪। শলাই এলুপ তিন্নবা ইয়েক নামুংঙিদো।।

৫। তুমন লৌবা লুখা লৌবা নামুংবনি।

৬। মৈনৈ ইপা চাগী ইচিঙ্গাকপু নোংদমখিববু থাদুনা এলুপ ১গী নোংদমখিবা চিঙ্গাকপু চাদুনা লৈপানবা নামুংবনি।।

৭। নোংদম চৎলম্মু পৌকাই থৌপুনা লৈপাল্লবদি লৈবাক্কি অরাবা এলুপকি মচু মঙান শায়্রেনা মযুম্ম লৈমাং লৈমুংনগদবনি চৎলম অসি থৌপুফদে।।

৮। চিঙ্গাক তিন্নদবগী চম্ন্যু লৌফদে, ইযুম লৈগীশু পিফদে।। চংলম লুতিন শিস্বাক নোংদমনা থৌপুনচমবদা নঙ্গী নঙ্গা পাগী পুগী লাইনিং লাইশোনবু য়ারৌ নহলনরগা লুতিন লৈরোনগদবনি থৌপুদ্রবদি নামুংই।।

৯। চিঙ্গাক নওবা চাঙ-খিবা মশকপু মচিঙ্গাক অদুগী লুতিনবু য়াবা কাংলুপ অমা ( চিঙ্গাক নামুংবা ) মৈতৈ হায়না তুল্লু থাই অমা ওইনা লৈক্তনশি।।

১০। অদুগা লুতিন নামুংবা চম্নবু লুতিন্নবদি লুতিন য়াদবা নামুং ঈবু লুতিনবা মহাক অদুদি লৈবাক্কী থাইফং থৌবম্ম থাবন্দবা মশা মশাগীদা থৌয়েংবা মানা নিংবনা অফবনিতা রাখনবা তুদা লমাক গামিগী কারি থোকচন্নগনবা রাখন্দবা মথোয অদুদি লৈবাক পুম্বগা তিনু লৈফম্মীন্নদবা, মথোয়বু তুলুখাই অমা ওইনা থম্মশি।। মথোয় অদুনা লৈনবা মফম্মু তুংনশু থংনবা লমগী মমিংবু ( চংলম হৌজোংপন = হৌজোংপন ) হায়না লৈকম্মু থম্মশি।।

১১। অদুগা লাইবকচনবু থিনা নামুং চংলম্মু লৈতনা য়ুম্বাল য়ুমলিংবগী মচা মশু নাওদাবু লৈহং লৈথিনদুনা ময়ুম এলুপমগী পিবাবু হাপকদবনি।। মশক অদুবু ময়ুম য়ুমলেপ য়ুমলিংবা হায়না ময়ুম অদুনা মানা হায়বা য়াইফা থৌরম পুম্নবু থৌঙম থৌপুনগনি।।

১২। অতুগা ময়ুম খুদিঙ্গী মহুংদা শাদ-লান্দা মতিক মঙম্ লৈহক্লা হৈশিংবা, মথুং মশা হৈশিংবা, মীথোই মীহেনবা য়্যাওঙম্লকপদা মশক অতুবু লৈঙম্লিবা এলুপ শথাই পুম্বনা ইকাই খুম্নগদবনি ॥ কংলৈ পিবা ঐনা শেংলিবা ফিরোনবু মথৌ মঙম্ থৌয়েংনা মানা ফিরোল ওইনা পিত্নুনা শেৎকনি।

১৩। অতুগা ঐগী মানা ফিরোনবু ফংলবা মশকপু হাক্লা অয়োল লৈঙম্লবশু লৈবাক্লা হাকথিনা চৈবি তেমথেং পিফরোই ॥ লৈবাক্লা মশক অতুবু ফারক্লুনা মফম অসিদা পুরক্কদবনি ॥ মতিক মঙমদগী ফংথিবা মনা ফিরোনবু মরালবু থিনা লৌখৎলগা মতুংদা ঐ খ্বাইনা তান্নতুনা মরালবু থৌয়েংনা ৱারক ৱাতেম্নগনি ॥

১৪। মনা ফিরোল অতুদি অসিনি—ঐগী ফুরিৎ শাইচোনবা, খ্বাংচেৎ, নমথাং তোলোক, পজেং, ফিরান, উরিশেক লৈচিন, খুংশি নাশি, পাম্বোম য়াইনচিংবা ইশাদা পক্লিবা ফিরোনবু লৌথোক্লুনা থম্লবনি ॥ ফিরোন অসিগী মহুংদা ফিরোল ১বু ফংলবা মশক অতুদা চৈবি তেমথেং-পিবদি কংলৈ পিবা ঐবু য়ৈবা চৈবনি ॥ পাথংবা লাইবু য়ৈবা চৈবগী অয়োন লংজবগী মরানবু কৌরৌ ঙসিদগী তাম্বেংনবা ওইশনু ॥

১৫— অতুগা ফিরোল অসিমু কংলৈ পিবানা অচান মিরাই. মীচং মীথাই নাইনা মনিং তম্না পিঙম্লবম্ মতিক মঙম্ শামলক্লুনা পুন্সি লৈপুন্সি মনা লেমফু কংলতুনা মশা লাইথুং পানঙম্না পুন্সিগী ইতম্ লেনবা ওইশনু ॥

ঐনা কংলৈ ফম্বালবু ফংজতুনা যম্লবগী অরোইবদা ব্যু লৈফমতুনা রায়েল পাউশাজনদি কোরৌ অসিদি পাউশা অসিদা থম্লসি. তুংদা থৌপু চংলম অরাংপ'বু লৈংম্লবা থৌড্রাসি অতু পাউশা চংলম অসিবু কমদৌবা? ময়ুন পিবা ৪ না লুচিংনা অমাই অশম যম্বে যম্বা পুম্না "মৈতৈঙ্, কংলৈ পিবানা কুবি নোংদম্না পাউশাবিবা চংলম পুম্বা লৈবাক ঐখোয় পুম্বা থৌঙম্লবা থোয়ারে" লেপ্পরে ॥

পোইনাওম্বা লাইশিদবনা হায়, নোংদম মরু তাংওথা মরিবা কোরৌ অসিদগী নৌহৌননা লৈহৌডেদগী লৈঙম্বশু লৈঙম্বনি নোংদলাইগী পাউশা রায়েন থৌদা অহানবা অসিদগী নৌহৌনা লৈবাক্কীদমক্তা (চংলম লুতিন লাউববচন) মিংচুম্না তুংনা খোকাঙদনবা যেক্লুনা থম্লবা চংলম্ নোংদম্লে ॥ লাংবা চক্কি কুমশিং ৩.৩৫ নোংদলাই পাথংবগী কুমশিং ২৭ চংবগী কালেন থাজা নিলমাং ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিংকী ফম্বাল তোংলুবগী লৈকুম লৈফম যম্বে লাংতুনা রায়েল নোংদম থৌদা অহানবদা রারেঙবা লৈবাক্কী চংলম্ মুংথিল পোপ্তা লৈথারকপা মতমদা নৌহৌননা লৈঙম্বা চংলম্ লাইমিং (চংলম লুতিল লাইরকচন) মিংচুম্না মথং লেংনা লাইংক্লবা ইবা য়েকপা থৌহৌনরে মরু তাংওথা মরিবনা ॥

ম্বারেপ ৱারোইনহুনা মৈতৈশু, ম্না ফম্বাল্লাংদগী লেংখৎলকপদা লমথাং ফিজিদা লৌহুনা খোং-ফম্বু তোলহাইনহুনা তুগদবগুম্না তৌগম্মি অহুবু লৈম্নুং খুং খুং অচিবনা লৌখাম্মি ।। মৈতৈশু, ম্বায়েন শোইফদবা অহুক লৈহনশিন্দুনা ফম্বাল্লাংদা ফম্বিখো খুৱৌ থাগুম তৌখিবোইনা, নোংদ-লাইবু হঞ্জিন্দুনা ফম্বালহল্লে ।।

পোইনাওতনা হায়- হকমনবা থোইনদি তৌগম্লাই, তুঙ্গী পাওশাবু শিন্দাক্কদবা ৱাংকম্বগী লাইনা লাইবু খামজবনি ।। তাইবঙ্গীদি নোংদম্বী খোয়যুম মখোয়গীদি নোংদম্বীগ্রি হায়বগী অহুবু লাইক হন্না তৌফম থোকপা খরদি তৌগম্বীবনা য়াইফংবনি, চৎলম হায়বা অশিশু অতাংবা অরুবা তৌদবা য়াদবা ইওম্নিদো ।। লাইশিদবগী ৱা তাবদা লৈম্নুং খুং খুং অচিবগা ৱাগুম থৌপুবা পোংবৈ মোইবেংজাম্বগা অনিনা মুংজেং ঈশেংবু লৌকরগা নাপীগনা লুপতুনা ইচাইনা থৌপুবল্লে।

## (ম্না লমগুক পাউশা)

কোৱৌ নোংথৌবেলও —ও—ও ঈক ঈক ঈক ।। লাইবেল ৱাকমৈ তিং থৌম্লনা মিরেল শিবেল থৌয়া ববু ও—ও—ও ঈক ঈক ঈক ।। থবৈ লেম্নৈ লক্কি লৈকু লৈবাই ন্নঙ্গী তুবেল কোশিং কোবাং মুঙ্গী শিনবল্লে পালেম মমানা ফবং খোনথাংলৈনা লাইবেন নংবু মিকৌবকপদি ওরা হাংজাংগোই লাংনা ধু বা হায়নবু থুপদবা লাং ।। হয়িং পেলাই লাংদা থুগবা হায়-বগু থুকদবা লাং ।। চোংবা অঙৈগ্রাংগা থুগবা হায়বগু থুযদবা লাং ।। শনল মথৈথিলাংদা থুগবা হায়বগু থুফদবা লাং ।। লাং লান মরম য়াম্ববু শিকপ লাকনেৎ থুম্মি, ৱাইবন তোংনা চথাং লাংদোন ৱাইনা লাইবেন নংবু তিং তিং থিজাইবাল্লদা ও—ও—ও ঈক ঈক ঈক তুবি নশাং চাও লাইবেন ননা ৱাংনা হিং হিং হিঙ্গাবল্লে দা ।।

হিয়া হিয়াহে কোৱৌ মচি ঈন শেংনবগে কোৱৌ মচি ঈ ৱাংবন মনাও ঈ থাবা পুবেলাম্বা তুবেল লোকচা মংচা ঈ শাবোল মংলেন ঈ নহাং নানৌ ঈ, বুবি নোংদম ঈনা লাই শংনবগ নগান, শিং খানা, শিংদনা নাতনা, নাপুনা, শেম্বুনা, উখোক্লা ৱাখোক্লা, হুপা, হুপ্লাংনা, লাইবেন্না পুংফাওনা ওান্নাংশ শেংনবশ ।। কশা নোংথৌ লাইবম্না নাপীনা নো থোইনহুম্না হেংহেং হে বেম্মা অনিবু থুন ম্বা মুংগাইবা অয়েৎপা অথোংপা চেগম্লম্বা পুম্বব লাক্কদবা লৈবগু বোক্লা শেংনবশিদো কপ য়ান। থাংয়াংন পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈশোক্লা পান্নরশি শেংনরশি ফগুবা তৌদিবা লৈবম্বা পুম্বা ৱাদা উশিন হৈবৌ নং শিনবিবো উদা উশিন হৈবী নংনা শিনবিখবা উতিংকোক্লা কোকশীরো ওম হৈ ওম হৈ ।। হোয়াহে হে মক হান্না শেম্বগু নহাক্লে ।। হান্না শেম্বা কোন্না লেংগু নহ ক দি ইলিকোক লাইরিকোক কৌএ ওৱা কেক্লবশে পান্নরশে হয়ন হয়াহে ।।

মসিন শোইফদবা লৈম্নুং খুং খুং অচিবনা ম্নালমগুক লাইশোল মাইয়োক থাববু লোইহুনা মৈতৈশু, ম্না থাং লংশিনবা য়াবনি নোংদম পাউশাহুনা অশাই অশম পুম্বনা থৌগল্লাংনা ৱায়েন অহানবা কুহু কংলোইয়াদগী ম্না শঙ্গাইদা লেংশিল্লে ।।

পোইরৈতা ময়ুম লুরাং খোংলৈশংনা মৈতৈঙ্ নোংদালাই পাখংবগী খোংহাম ফমথানা থৌগল য়ুমদিন লৈচংজে ।। পোইরৈ থুমল তাইমজাম্বনা মৈতৈ লৈমরেল লাইস্নাগী খোংহাম ফমথাবু চংজহনা নিংথি চংখোল্লা য়ুমদিন্না লৈখ্রে ।। অনিরক্কী থৌরম্ব উবদা হায়, খোংলেশং তাইমজাম্বা নবাঙানিনা অপাম্বা অমতা কায়ুবা, নোংদালাই ঐগা লাইস্নাগনা পাল্লিনৈশিদা পীরমগে ননিং থুংবমক ঙমদ্রবশু ।। ননাই অনিবু করি অমুক নৈগমি থৌগনবু ফংনা য়ুমদিল্লিবা অসিদগী কর্রিবু থৌনিগদগে অশিতনি পামজবা ।। মুংঙাইদা য়াম্বা থৌখ্বা নবাঙানিনা নিংববু তুংদশু তানফংবা ওইখ্রে নয়ুম লাইবু ওইখ্রে খোংলেশং নংনা ঐবু থগ্নো ।। তাইমজাম্বাগী ময়ুম লাইবু ওইখ্রা ঐগী লাইস্না লাইখুরেম্বীবু লৈথম্না ময়ুম য়ুমদিন লাইবু ওইখ্রা লৈখ্রেশ ।। অহুগা হৌজিক্কী ইবাঙানিশে ময়ুম লাইবু শরুা ইয়ুম য়ুমদিন্না লৈমিন্নখিশি কুধিনা নোংদম্বীহনা লৈমিন্নরে ।।

## ১৩ লাইস্নানা তাইবঙ্গা লাইবঙ্গা ফম্বৈ লৈতিন্নবা

লাংবাচক্কি কুমশিং ৩:৪৮ চংবা নোংদলাই পাখংবগী বুমশিং ৪০ চংককপা লাইস্না রাহংঙি, মৈতৈঙ্ কংলৈ শিবা ইবুংঙো নঙ্গী চংনলশু ওইখ্রা নোংকোরৌবু নোঙ্গাংদনা অয়ুক হুংথিলনা তাইবং ইপাচাগা তিল্লু ফম্বৈ লাংনা লৈমন্নহনা লৈবাক্কী য়াইফং থৌবম্ব পাউশানহনা লৈমিন্নৈদো ।। মুমিং হেক তাবগা ময়া খোংলৈংখিহনা অহিং য়ুংথক থাক্রবগী মতুংদা হনখ্রে হিন্নিবা অসিবু কদাই মফমদা লেংলিবা, কনাগা পাউশামিন্নরিবনো মসিং ? উম চুম্মী নংনা রাহংনিবদা হঙ্গদবা চংলম্নি অহুবু ঐদি মহুমক্তি নত্তে ।। কোরৌ খুদিং চত্তবা হাপ্নহনা চংনিবানি উনহনা পাউশানদবা য়াদহনা চংপনি ।। মৈতৈঙ্ অয়ুক হুংদনা পাউশামিন্নদা য়াদনা অহিংদগী পাউশামিন্নবা য়াবা কনানিনা ? মৈতৈ লৈমা ঐনদি হখত্তনিদো খোরমদি অনি থোককইদো থৌরম হবু থৌদম্নবা লৈবাক্কি অফফকো রথম্নবা চংপানি ।। অহিং অহিংনা ফম্বৈ যম্ব মথোয় অহুবু অয়ুক হুংহিল লৈযম্বা অসিদা য়াংবদি কদৌদা ? অদুং য়াদনা থৌখ্বনি ইংখ্রা ।। করিবু হুঙ্গী য়াদবনো মথোয় কনানো ? ইবেম্মা হৌ চম্মাইরবা কলৈ পুংমাইথান লৈবাক অসিদো খোয়ুম লাইগা তাইবঙ্গনা লৈপান লৈপুন্নিবা লৈবাখ্রি লাইগা তাইবং উনবা তিল্লু ফমিন্নবা য়াদবনা অহিং অহিংবু (য়োইরেল লাই খুনিন শংদা) লৈবা লৈযম্নিহনা লৈবাকপু অরা অনং লাকঙমগদবা লৈবা খিবিকপু ঙাক্তুনা য়াইফ নোংদম্নবা পাউশানবনি ।। অদুনি মৈতৈঙ্ খোয়ুমশিঙ্গা ফম্বৈ লাংদা পাউশানববু ননাই ঐস্নু য়াউজাগে ।। মহুদি ইবেম্মা নাদি তাইবং মপোক্তা শাকোংবনিনা খোয়ুমশিঙ্গা ফম্নিন্নবদি য়াঙম্লোই, খোয়ুম লাইগী মফমদা রাহংনখিগে নংবু লৈফম পাউশামিন্নবা য়াঙম্নবা রাগম্নু ঐবু চংলম নামুংদে শাঙগম্নু হায়না থেমনৌনা লৈখ্রে ।।

মৈতৈঙ্ নোংদলাইনা লাই খুন্দিন লৈফম্নদা মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগী পাউশাবু খোয়ুমশিঙ্গী মফমদা পাউশাগে নিংববু কাওরে ।। খোয়ুমশিঙ্গা থৌরম্ব লৈবাক্কী অরা অনা, মুংঙাই য়াইফংনবা

মীশি মীনা তানফংদনবা ঋতান্নহুনা থৌশিনরমা নোংমা হায়গে মনিংই কাওহুনা তোকঙম্নকপনা কুমজা অমা হৌখ্রে।। নোংকোরৌ অমদি মৈতৈঙ নোংদলাইগা মুংথিল তাইবঙা খুন্দিন য়াকান্নদগী কুম্নক্লুনা শঙাইদা চংলক্লগা লাইখুন্দিন য়াকানবা থোপ্লগে রাখমা স্না মস্বাল ঙাহাক্তংবু লাংঙম্রা পোথা ফম্বানবদা মৈতৈঙগী স্না থোগন চংলকপদা মদাইরেন মৈতৈ লৈমগী মায়থোংবু অক্লা শক্লম্বু যৌপুনা তাংজা লুক্লা মিংস্না লৈকা হুদা ঈরা মতুম মতুম শিঙ্গনা থৌগল্লি।। মৈতৈঙনা হংজি, ইদাইরেন নংবু কল্লিবু ননিং থুংদবা লৈবনা তৌবনো, ইবেম্মা নংদি মিংস্না ইরা চেনবা য়াবা নত্তে, নচা শক্লা নখাম্নুংগী নাওকোল্লিবা তাইবং লাইপুস্বা অসিবু ঐনা য়াইফং থৌশিনবশিদি তাক্লেংবদা রাঙম্বা তারে কয়ম্নো ননিং করি থুংদবা লৈবনো হাযয়ু, ঐনা থৌঙম থৌশিনবদি ইদাইরেন নঙী শিংস্না ইরা চেন্নববু খোয়ম্রা ননিং থুংদবা কল্লি লৈবনো হাযয়ু।। মৈতৈঙ ঐদি নোংদম য়াইবী কোন্দগী শাথোরকপদা, নোংদম পরস্বু মুংঙাই য়াইফংবা ভম্নক্রবা ঐহাক্তি ঐনা কান্নদবু পাউহোয়গা ঐবু য়াইক্লংনবা ঙমগবনো, নৌহৌননা ঐনা অমুক পাউশারগা ঐবু য়াইফংনথিদরা লুচিংপিবা।। কদোরবগে ইবেম্মা নৌহৌননা পাউশারা হায়বনো কল্লিবু হায়বনো ঐঙোন্দা।। মৈতৈঙ মরম অহুনা হায়জবনে নোংদম নযাথংল তাকপীখি লৈবাক অসিদা লৈরিবা তাইবং লাইপুস্নবু নচা শক্লা নাওয়াক নাওখোল্লিবনি মহাইবী কদাই ঐনা নাংকোল্লিবা খোয়য়ুম লাই ইচানা? হায়রিবা খোয়য়ুম ইচা-অহুবু শকউনহুনা পাউশানিংঙু যংদে, পীজনিংবা লৈরংঙু পীজফম থংদে ঈচানিদি মহায়বা মমানা মচাবু থংদবা খোয়য়ুম মখোয়নদি মমানি হায়বদি থংবা ঐনা খোয়য়ুম ইচাশিংহুবু উজবদি ফংদবনিনা কৌরৌ অমতবু পাউশা পাংমেঞ্জবা ফংদবা অশিবু খোয়য়ুমশিং অহুনা লাইশ্না ঐবু কল্লিনি হায়ঙহ্নিগবা তাইবংশিঙদি ফোংঙাংদনা চামিম্নচুনা পিজনিংবা পিজহুনা পাউশানৈ।। মচা অনি শুরগা মচা অনতদা পিজবা মচা অমাদুনা মচানি হায়বা ফাওবা খন্দবা লৈমিন্নরিবা অশিবু তুংদা লাইশ্না ঐবু করি হায়হৌগনি, অচান মিরাই নাইনা চায়োক নাওক্লোনবা অশিবু থৌম্লিংদনা লৈগদবগী শরুকপুদি ঐবু লৈবাক অশিদা লৈতবনা ফরগদবা ঐবু কমদোনা লৈবাক অসিবু থাদোক্লশিগে, ইপোক-ইফংঙযম হুমদঙীদকো হায়না ইমা লৈমা হৌলম্মাহনবা কংলৈ পুংমায়য়ান কৌবী ইমা লৈমতী লৈফম্ব থানিংদবগী অরা অনা থাংহুনা মফম অশিদা লৈঙাম্ন কোরৌ খুদিঙী চায়োক ফজদবা তাঙমগদবা থোরম অসিবু খঞ্জদনি।। চুম্নি ইদাইরেব ঐননি য়োইরেল লৈফম্বা থোরম চংলম্না য়ামথিবনা নঙী পাউহাম পাউশাবু খোইয়ুমশিংদা পাউদমগদববু কাউহুনা কুনজা লৈম্রবনি।। কোরৌ অসিদগী অরা রাখল থাদোক্লা ঙসিগী য়েইরেল ফহ্বৈ লাংবদা থোরম পুম্ব পাউশানরগা মিংস্না ঈরা চেল্লগম্ন নপুক হুন্নাও হুম্নাম্না অহুক পোথা পোখা লৈকম্নম্নু-ঐ অহুক চংথিগে।।

লাইখুন্দিন য়োইরেন শংদা খোয়ুম পুন্নাপম্নহুনা রাহৌবা য়াদহুনা মৈতৈঙ নোংদলাই বংলৈ

পিববু ভাইহনা লৈনয়ক্লবদা নোংদলাই চংলক্লে ।। খোয়ুম পুম্বনা মফমমাংদগী হৌগংতুনা নোংদল্লাইবু ইকাই খুম্নগা লোয়ননা শ্না তাংবল খুদাবু লৈহন্দুনা ফম্বাল লাংলে ।। খোয়য়ুম কৌক্রমা পাওহোম্মি কোরৌ ঙনিবু থোংরাই থরা থেংবীববু করিবু খুরৌ চেনবনো ? রাহৌগদববু মৈতৈঙুনা মল্লাই শুমদোল পানবু সনা ফম্বাল লাংদবগী ইঙাইজরম্বনি, অসিদি চিংখৈ মরু খোয়য়ুম অহন অচিবশু লৈকা ফম্বাল লাংবিরে পাউশা পরম পুম্বশু য়াইফংনরনি ।। ঐরাং অশুপ্পা খোয়য়ুম, কোরৌ অসিগী লাই খুন্দিন অসিদি লৈবাক্কী য়াইফং রাখন্নবদা ঐগী ইমুং মন্নুঙ্গী থৌরম অমশু থন্নবদা য়াওদবা য়াদ্রি. থৌরম অহৃগী নৈনা রাখল থেমনৌবদা ঐবু থোংরাই খজিক খেংগ্রবনি ।। থাং-ভিংনা হায়. মৈতৈঙু লৈবাক্কী রাশু মথন্ননি অতুবু অহুম থমখিসি, সনা সঙ্গাই মুঙ্গী থুরৌ চেনবা রাবু হান্না থন্নহুনা সনা খোংদ খুরৌ চেনববু কোরুনা থন্নখিসি, থৌরম্বু তাকপিনি ।। কোইরেল লাই থৌরম অসি ঐঙান্দদি লুনা খোকক্রে খোয়য়ুম পুম্বদদি লাইঙম্বনিদা ঐনা লুচিংবা অমা ওইকনা অসিনা ঐনা ঐগী ইমুং মন্নুঙ্গী নাবু রাহৌগদবা অসিদা রাগ্রেদা থৌরম অসিদা অতাবদি খোয়য়ুম কনানু য়াওদবনি ঐনা পাওহোমদবা য়াদথনিনা হায়রগে পরম্বু, খোয়য়ুম পুম্বনা তানা খংনবা ।। খোয়য়ুম ফম্বৈ লাংলিবা পুম্ববু তাবিও, ঐগী লাইসনানা হংভি, "কংলৈ পিবনা তাইসংশিঙ্গা ফম্বৈ ফম্ব হেক লোইবগা ভাইমেদনা নুমিৎ থুদিঙ্গী চৎলিবা অসিবু কদাইদা করিবু কনদৌবা চংপনা মহুদা ঐনা য়োইরেন পুংদা খোয়য়ুমশিঙ্গা ফম্বৈ ফম্বা চংপনি থুম্মি ।। মানা হায়, খোয়য়ুমশিংদি মতিক মঙমবু লৈচাওবা ভাকুনি করিবু শিস্তাক নোংদম্ব ঙমগদনা লৈদনা চং-পিবরা ? মহুদা ঐনা ইবেম্মা কুবি নোংদম্বমক ঙমদ্রবস্থু থৌরম পুদিংবু য়াইফংনবা নং ঐনা নাওয়োক নাওকোনবিগদবনি ইবেম্মা অহনুঙ্গীদমক্তা খোয়য়ুমশিঙ্গী মনিং থুংদবা করি করাবু লৈরম-গদ্রা হায়রহুনা ফম্বৈ লাংমিন্নহুনা পাওশানবনিনে ইবেম্মা হায়রুরে, অহুদা ঐগী লাইসনানা হায়, খোয়য়ুম লাইগী লুচিংবা মপি মপাশু ঐখোয়না ওইরগা লাইসনা ঐনা নোংমতবু খোয়য়ুমশিংনা ফম্ব ফম্বদা চত্তুনা য়াওদবা অসিদি ঐদি চৎলম চুমদববু চৎলেদনা, চুমদেদা ঐগী চৎলম উবদা খোয়য়ুমশিংনা লাইসনা ঐবু করিবু হায়রিগবা, নোংমতবু হৈরাং লৈরাং অমতবু খোয়য়ুমশিঙ্গীনি হায়রহুনা নোংদমদে ।। কুমজা ১৫ লৈমরেল ফম্বাল লৈপুববু মোংমতবু ফম্মিন্নদবা অসিবু লৈবাক্কি মপি ওইবীগী চংলম্না ।। লাইননা ঐগী চংলম অসিদি কনানা ফিদম্নবিনি ।। লৈবাক অসিদা মশক অনিদা লৈবদা মশক ১বুনা ফম্বৈ লাংমিন্নহুনা চামিন্নবা অহৃগা মশক ১বুনা হন্না মক্তা য়েংদনা লৈঙমলিবা লাইসনা নঙ্গী চংলমবু লাই থুরেম্বী লাইসনা ঐমক্তা অকি তুচুংবা তানফংলে ।। অসিদি মৈতৈঙুগী সনা থৌখল ওইনা তুংইন্দুনা খোয়য়ুমশিঙ্গা ফম্বৈ ফম্বা চত্তবা য়াদে পাওশানা ফিশেত্তুনা খোকঙম্লক্লে মহুদা ঐনা হায়রুরে, কদাই ইবেম্মা নংদি ঐগা লোইননা চত্তুনা খোয়-য়ুমশিঙ্গা ফম্বালবদি য়াওবা শ্যারোই নংদি তাইবংপিংদা চন্নবনি লাইগা তাইবঙা থংনিন্নবা য়াদে

খাম্মুরে মুক্কদগীদি ওন্থোইনা কপ্পুনা লৈরে ।। ঐ অসিগী নোংদম লাইবক অসিবু করিনো লৈবাক অসিগী মপী ওইনা লৈবদা ইচা ১দি পিজনিংবা মশকপু পিজবা, মশক ১দি পিজবদি লাইহুনা মশক ফাওবা থংদবা মসিবু ঐনা লৈবাক্কী মগী ওইনা নাওয়োক নাওকোঞবা পরম্ব তানফংনবা নোংদম চংলম্ব অসি ওইরে হায়তুনা থেম্নোবা ম্নাদনা লৈঙম্নবদা ঐনা হায়রে তোক্লো ইবেম্মা ওসিদি ঐ শোয়দনা খোয়য়ুমমশিংদা পাউশায়গে হায়তুনা থনম্মি থৌরম অসিদা ঐবু খোঙ্গা থেংখিবনি ।।"

খোয়য়ুম অহন চিংথৈ মরুনা হায়, মৈতৈঙু, মৈতৈ লৈমা লাইম্নানা হায়বা ব্রাকম অচুম্বনি কংলৈ পিবদি লাইগীশু তাইবংগীশু মপানি, পাগী থৌগল্লিবী লৈমা ফমলেন ফম্মে লাংবীদি ইমানি ।। নামুং চংলম চংলিবদি পলেমগী মশকপু থিদনা মচা শাদুনা লৈরিবা খোয়য়ুম নয়াম অসিনা ইমা লাইম্না মিংস্না ইরা চেনখিবা খোয়য়ুম পুম্বগী মথক্তা তাবনি। থংঙু খোয়য়ুমশা নখোয় পুম্বনা নমাগী মিংস্না ইরা চেনহনখিববু করি মুঙ্গীনো নখোয় খ্বায়না নমাগা উনদুনা নমাগী সুংশি সুংঙোনববু কোকুবা তৌঙম্মু ।। খোয়য়ুম পুম্বনা হংঙি, মরু নয়াথংবু থৌপুনা মৈতৈ লৈমা ইমাগী থৌগনবু থৌগঞ্জরগে মশিদা কমদৌনা ইমাগী থৌগন মায়য়োকপু কমদৌনা ।। খোয়য়ুমশা উমংলাই নখোয়গী লাঙ্গোই—শাগোল কাংজৈনা মায়য়োকথাবু লাংদুনা খোয়য়ুম নখোয় পুম্বগা তিলু ফম্বাল লাংমিন্নদুনা পলেম নমাগা সুংঙাইমিন্নৌ ।। সুংঙাইবা নৌহৌনবদি চংনরম্মু থৌকাওপ্রবা কুমজাগী অরি অনৌ শিন্নগদবগী খোয়য়ুম নখোয়গী লাই খুন্দিন য়াকা লৈবন্না শিংথাবা, শিংশংপা মুমিং অনিশিবু অরাই অথুম্নদুনা লাঙ্গোই কাংজৈবু মায়য়োকথানা থৌগন্দুনা তিলু ফম্বান লাংমিন্নগদবনি ।। থাজদি চংনরম্মু কাওফাদে ফাইরেল থানা শুগ্রবগী মতুং লমতা থাঙ্গী থাংজা কোবা মুমিংকী লাইমিংবু অহানবা ফংবদা মায়য়োকথা লাঙ্গদবনি ।। মতুঙ্গী তানফংবদা মাইয়োংথা লৈহন্না ফম্বাল লাংমিন্নগনি নোংদম্নে ।। খোয়য়ুম পুম্বনা হোয়া থৌয়ানদুনা লাইখুন্দিনবু থৌরোইনদুনা লৈকুম্নরে ।। মৈতৈঙু নোংদলাইহৈশু কুম্নকুনা মদাইরেনগী মফম্নাংদা পাউশা পাউদম্বীদুনা লাইশ্নাগী চাংনবা ব্রাথনবু কোকহল্লে ।।

## ১৪ লাইম্ননা তাইবঙ্গা উমংলাইগা তিলু লৈফম্না থৌপুবা

মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ দা লৈবা তাইবং পুম্ববু তানবা, থংনবা পাউজেল্লে। হন্দক্কি থাংজা অহানবা লমদা থাজগী নোংমা পানবগী অযুক মুমিং রাতোন লোম্বদগী উমংলাইনা ব্রাহৌ ব্রারোই লাংদাই পুংদা কংলৈ পুংমাই যোনগী কুমজা ১গী থৌপুনরম্বা চংলম কাওনগ্রববু নিংশিংনহবু নৌহৌনবা শাগোল কাংজৈবু শান্নগনি তাইবং পুম্বা নংনা ওম্বা পোৎ লাম্নদুনা মায়য়োকথানা তিলু ফম্বাল ফমদুনা য়েংঙম্মীম্নশে পাউজেলবু তাবদা মবুং পোইরৈতোনগী কাংলুপা চাকহাও পোইরৈতোনগী চেংবু চেংপোৎ ১বু কুপা ব্রাম শানা শুদুনা পুথংলক্লে ।। মবুং অহন থৌরারেনগী

লুপ্না ওমপোৎ কৌববু মীপোৎ ১০ থৌপাল্লা পুরক্লে ।। মযুম থোইদ্নাগী কাংলুপ তাংহন্থোক্লা যনগী মখোম অনৌবা মীপোৎ ১৫, ইরোই মখোম অফবা মীপোৎ ১৬ গা তেবাংহুনা পুরক্লে ।। থুমন লুপকি অরোংনা চুহিং কৌববু মীপোৎ ১৫ গা চুহী মীপোৎ ৫ গা পুরক্লে ।। থাবা মহৌ লৈনিংথৌগা মডাং য়ুক্কাই ডাঙ্গা অনিনা থোইদগী লৌবা থোইহী হায়বা মীপোৎ ১ গা পাংলে ।। মৈতৈ লৈমা লাইমনা মহুং মডাইরোই পুম্বা পাংলকপা মাইথোকপা পুম্বু ফিমাহুনা থিক্তুনা থম্লে ।। চুহী মীপোৎ ১৫-বু ঈংথৌলাংবদা পীখ্রকবা থম্লে ।।

লাংখচকি কুমশিং ৩১৫০ নোংদলাই পাখংবগী কুমশিং ৪২ কমদা থাজা নোংমা পানবা থাংজা অহানবদা মাহৌ রাংরোই লাংদাই পুংদা লাইরুপকা মীরুপকা তিলু লৈফম্বা হৌনরক্লে ।। মৈহেৎ নোংদলাই কংলৈ পিববু মযুম এলুপমগী পিবা হনা থৌগাল লাংহুনা পুখ্রম নোংথোন অশাই অশম শেলুংহনবা, শেলুংবা, চোংফানবা পেথামব, থাং ফানবা, টা ফানবা, যৌরুংবা উরুংবা, বারুংবা, ইকংবা, হৈরুংবা, লৈরুংবা, লাইকমলাংবনা লুচিংহুনা লৌরিবা মযুম এলুপকী তাইবং মখেনা থৌগল লাংনা শাথোক কম্বাল লাংলে ।। মৈতৈ লৈমা লাইস্নানা ওইথম কম্বাললাংনা লোইনবী হিবৈমা, লিক্লাপীচা, চংনিংখোম্বী, তমপাক্লৈমা, অহোং লৈমা, খুজাওচী, লৈচাওবীনা লুচিং কম্বাল লাংনা থৌগল্লবদা লাইরমলেনগী লাইরেম্বী চঁপী লৈমা, হিয়াং লৈমা, হীকুবী, য়ুশৌ লৈমা, নোংথাং লৈমা, য়াওলৈবী, গুমিং লৈমা ডাশোই লৈমা, চিনবান লৈমা, ইরোং লৈমা, লোকলাও লৈমা, খাংবা লৈমা চীংথাং লৈমা, নোঙ্গাং লৈমা ইচুন লৈমা, লাংজিং লৈমা চীংঙা লৈমা, হীপোক লৈমা, তমথোং লৈমা, লেমথোং লৈমা, চনিং লৈমা, কুঙ্গোইবী, কোলোই লৈমা, থুমগোং লৈমা, লেম লৈমা, থারৈমা, ফৌওইবী, পোংলৈমা, কাতালৈমা, শিলৈমা, শিলহৈবী কোম্লৈবী, খাইপা, চমু লৈমা, মোইসু লৈমা, পিথেং লৈমা, লাইরা লৈমা, লাইশঙ্খবী, থাবী কুঙ্গাই চমু, খাইবী লৈমা, পুকশি খোম্বী, নোংখোংহুবী, খাম্বী খাংদে চিংসু লৈমা থমসু লৈমা, অহমসু, অহেংসু, থেংলোংবী, হোংথাংসু, শোবো লৈমা, লাই-বম্মী লুচিং পৌয়াংবী পুম্বনা লুচিংনা মাগী মগী মডাইরোইপুম্বগা লোইনহুনা মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগী মনাক্তা লৈচনা কম্বান্দুনা থেংগৎলে ।।

লাইনিপা মখোবু মাগী মাগী লাম্রোই শিংলোইগা লোইনহুনা তাইবং মুপাশিঙ্গী মরক্তা যখিন্নহুনা হৈতৈঙ্গী থৌগল্লাংনা লাইবুংথৌ পুম্বা লৈঙমলে ।।

লাইমিংথোই ন্যোংশাবা চাথাবা, মারহনবা, মকিং, পোম্বী লুহাংবা, মুংপোকপা, মুংকাংমারবা ডিংপৈ নিংথৌ, মহৌ নিংথৌ, ডাকিন ডাকামনিংথৌ, ইপুরেন ইডাওরেন, মকুরেল, থোংডাক, জীংঙা থৌরা, কৌক্রু, থপ্লাংবা, নাওহন, মুবাং নিংথৌ, খাংজিং, ইকোপ নিংথৌ, অজাবা, খাঙ্কোই নিংথৌ, তুরুনিংথৌ, লৈকচেং, রানমুবা, মুংচোংবা, মুংথিল চাইবা, থৌডাইবা, কোংচিংলেন, রমুতোন, খকপা পুলাং, খাইমুংকেংবা, নোংপোক পাম্থোইবা, পুরিবা, লোইমাফাকপা

খুমু তুংইন্নবা, এরাংবা ইকোপ নিংথৌ, তেবানবা রূংব্রেন, রাখালাকপা কৈরাওলাকপা থোংচি-লাকপা, অলাইনু, লোরিংথৌ, নোংকচেং, রানতৌবা, মুংকাপ শিংকাপ, লুচিংবা খোয়য়ুম পুম্বা মচা মনাইশিঙ্গা লোইননা ফমদুনা মৈতৈঙ্গী স্না থৌগনবু লাংদুনা থৌহৌগদবু চীংথৈ নোংপোক মক অচিবা লাই অহনবু থুংওদদুনা ঙাইদুনা লৈমরে ॥X

চীংথৈ মক অচিববু লাক্লে — খোয়য়ুমগা তাইবঙ্গা লৈবম্বা পুম্বনা মকবু ইকাই খুম্নবগা লোইননা মাগী মাগী ফমফম্নাংদগী হৌগদুনা লৈপাইনৈ॥ মকনা থুংলরবদা কাংজৈবোই ১৪বু লাঙ্গোই মখুংগুবু তোংদুনা রাহৌ রারোই লংদাই পুংদা মাগী মাগী লম্বা পানা লেপ্লদুনা লৈনবে॥ মতম অসিদা লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদববু হাওপা শলাইলেনগা, তোলেন-খোম্বগা মুংমবিবগা, তুমবিংবগা, তাভমবিংবগা, পামবিংবগা তুমহারাবগা, চকমবিংবগা হায়-শোম্বগা লাইবুংথৌ ৯না থৌগল লাংনা রাহৌ রাবোই লাংদাই পুংদা থুংলবে॥ মকবু উনদা খোইয়ুম তাইবং পুম্বনা হৈবং লৈবাং মায়াকথানা ওতুনা মকুগী ফম্বালবু লৈহুন্না ফম্বাল লাংল॥X

মখা য়ৈবা নোংপোক লেপ্পা মমাই নোংচুপ ওনবা—

১। পনঙাকপা—মাজিং, ২। পনঙাকচন—খপ্লাংবা, ৩। পল্লকচল—ইকপ নিংথৌ, ৪। লাংজৈ—ইকোপ নিংথৌ, ৫। পঞ্জেলচল—হবোং নিংথৌ, ৬। পাঞ্জনচল—নোংশাবা ৭। পঞ্জেনবা—পাম্বাইবা;

নোংচুপ লেপ্পা মমাই নোংপোক—ওনবা-ঔব্রাং য়ৈবা

১। পনঙাকপা—থাংজিং, ২। পনঙাকচন—খোইবিফাবা, ৩। পল্লকচন—থাংব্রেন, ৪। লাংজৈ—মাঙ্গোই নিংথৌ, ৫। পঞ্জো পম্রকচন—নম্বুম লাকপা, ৬। পাঞ্জনচন—ওরবেল, ৭। পঞ্জেনবা—লোইয়ারাকপা॥X

নোংপোক চীংথৈ মকনা হায়, খোয়য়ুম কাংজৈবোই পুম্বা লৈকম অসিনা ময়াই কারন্নিদো॥ পনজনফম্না মখারামদা (চীংঙা শিগুমদা পনখৈব)॥ ঔব্রাং লমদনা (চীংমৈরোং মপাচীংদা) পনখৈবা লমখৈ অনিশি-নিদো॥ হৌজিক এ কাংক্রম হুল্লগে নমিং ননা শিংলো'। চীংথৈ মকুনা হনত্রেং হুনবদা খোয়য়ুমশিংবু মানা কৈদা তেনখিগদগে, ঐমা কদাইদা শোথিগদগে রাখন্নদুনা শাগোলগা শগোলগা ঙানা ইন্না, কাং-জৈগা কাংজৈগা হাইনা কোৎনদুনা লাঙ্গোই নাক যেং শাজৈ কাবন থানা থৌজিন্নদুনা (হনত্রেং) ৯ বু চুপ্পা শান্নবদা মালেম অঙানববু যুংথক থাল্লতুনা শান্নবা পোথানবে॥ অঙাং য়ৈবনা হনত্রেং ৫ পানচল্লে, মখা য়ৈবনা হনত্রেং ৪ চল্ল॥ খোয়য়ুম শিঙ্গা তাইবং পুম্বগা লোইনদুনা কংলৈ-পুংমাইয়োন্দা লৈকা লৈতদুনা পোথানরে॥X

মৈতৈ লৈমা লাইস্নবা কাংজৈরোইশিংবু চুহীং নিংথিনা পীথক্লে ।। চানা থক্লবা পুম্নবু বংলৈগী (ইতু-থাঙ্গী) ঔরাংথংবা যুরেন লাইতিংখোংদা) পৈতুনা থম্মি ।। খোয়য়ুমগা তাইবঙ্গা শারোই ঙারোই মথৈনা চীথৈ থুম্হোং য়াইপুঙ্গী য়াংথংবা হৈফাং লম্মাং কোনগী মখোং অকোয়বদা লাথা হৈখাতুনা অচান মীরাই নাইদনা অচৌ পীশক থায়দনা লাইস্নবা হরাও ফুংঙাইহন্দুনা পীজ পীথক্লে ।। থৌবম্মু উবদা খোয়য়ুমশিংনা হায়, ইমানা পীজবিবা অসিবু হাওরেদা, করি করাবু ওইবনো ? মৈতৈ লৈমনা থুম্মি ( হঙ্গনুবা লিও লিও ) পীজনিংতুনা তৌবনি খোয়য়ুম নখোয়গী মক্তা লৌবিও চাবিও ।। খোয়য়ুমশিংনা হায়, ( থোইদেও মকেরে কাবোক পোক্নুম মকা লায়া হৈথবিবা তোকপি- রো মকা ইকা তুথবা) অশুম্না পাউশানতুনা চাবা থকপা লোইনতুনা কুচু শংলন্দা লৈচং যম্বাল লাংনা পোথানরে ।।X

পোইনাওতা লাই শিদবনা হায়, ' খোয়য়ুমশা কোরৌ অসিবু ইমা মৈতৈ লৈমা ফমথোল ৭ লুচিংবীনা পীজ পীথকপীরিবা অসিগী মশক মমিং থংবিরা হাওরেদা তাইম্বং ইপোকপু তানফংবা নাওয়াশিংনা পলেম মমাগী ফৈরাদা ফমতুনা পলেম মমাগী খোম্লাংবু থকচবা তানফংনে হায়বা খোম্লাং অতুগী মহাওবু অমুম্না হাওরমগদ্রা'' ।। লাইয়াম্না হায়এ, লাইমিংথাই ঙসি ইমানা পীজ পীথক্লিবা অশিংদা মশকশু হায়ফম থংদে মহাও অসিবু পান্দমনীংঙাই অসিনি পাউশাফমস্সু থংদে লৈহৌঙৈদগী ফংনদ্রি অস্তুক থোংনা মেংনা হাওবা অসিবু কাওববু ঙম্নরোই পলেমগী খোম্লাং হায়বতুবু অমুম্না হাওরিগদ্রা, লাইমিংথোই হাওরেদা মশক মমিংশুদি খংজনিংঙিদকো ।। অতুদি ঙসি ইমানা ইখোয় খ্বায়দা পীজ পীথক্লিবা মশক অসি খোয়য়ুমশিংস্সু চাবা থকপা তানফংনদ্রিবোইরে, ময়ুম পিবা তাইবং ইপোকপু তানফংনিরবা ৪ দি ঙসি পলেম ইমানা ঐখোয় খ্বাইদা পীজ পীথক্লিবা অসিবু খংবা য়াওবিবিরা ? মতুদা লুহাং খুম্থিদনা হায়, মশক্তি মহাওদি মখুংঙি মমিংদি থো- কাওরে ।। কমদৌনা ময়ুম লুরাং খুম্থিদা ? লাইমিংথোই মশক ঙসি লৈশেম লৈহৌঙৈদা শলাইলেন অমম্বা অতিয়া মক শিদবগা ইমা ই থৈলেন লাইওইবী লেশিরেন লৈপুংবী = লৈপুবীনা লাইমিংথোইনা অনোই লোনবু শাথোক লৈহৌনা শান্নবা (হরাও তয়াম্বা ' হৌঙৈদা মশক অসিবু পীজ পীথকুনা লাইতাইবংবু পেন্নহনখিবা চাপ্পাক্নি ।। মহাও অসিবু তানফংজবদা অতুঙৈদা চাখিববু নীংশিংজবনি অতুবু তৌজিক্তি তানফংনখিদ্রবনিনা তানফংবা মশক্তা পান্দম্না নীংশিংনজগে লাই- মিংথোই, ঐনা তাইবং ইপোক ফাওবা নুমিতগী ঐনা চংগদবা লৈফম অসিবু খোইয়ুম মতিক হকপা ইঙাল চাওবা কনা কনাগী থুদম লৈথারম্বা লৈফম্নু লৈবগে য়েংলুবদগী নোং কোরৌ ঙনি শুবগী ইপাল লৈথাহন্নবা হল্লকপদা পলেমগী চৈরাদা যমজতুনা ইমাগী খোম্লাংবু খবোং থন্না উগজতুনা খোম্লাংবু মায়য়োকথনা ৎকখিববু তমজনা হাউঙম্মি । কোরৌ অসি মতৈ লৈমা ফম- থোলন ৭পু লৈপু লৈফম্বী ইবেনধৌনা পীজ পীথকখিবা অসিবু ইবেনধৌনা মচা শক্লা নাওকোল্লিবা মানা

খোয়য়ুম লাইগা তাইবঙ্গবু অচান মীরাই নাইদনা নাওকোনবিহুনা ইবেনধৌগী খোম্লাংবু শক্লা পীজ পীথকপা অসিদো মহাওদি খোম্লাংবু তমজনৈ মমিংদি খংজদে ।। অহুদি লাইনশু তাইবংনশু মমিং খংদ্রবদি পলেম্না খংবা তাই ।। ইমা ঙসি নচা ঐখোয়বু নোংদম্বীবা ইচিঙ্গাক অসিবু হাওখ্রেদা মহাউ অসিবু কাওগনি ব্লাঙমদে মশক অসিবু ইমানা করি করানা শেমখিবা ইমানা কবিবু কৌবনো নচা ঐখোয়বু মশক মমিংতদি খংজহৌগে করিবু মশক মিংহুন তম্বীবনো ? খোয়য়ুম অথোইবা লাইমিংথোই অয়োল লংজ লৈথিববু কুপি লৈকম্নবিও খোয়য়ুম নখোয়গী নচীঙ্গাকপু ওইংম্নবা লাংজবনি, মমিং লৈহুন্দি লৈতমদরি তিম্নখিবা মশক্তি চেং অকুপ্লগা য়াম্নে, শনখোম অনৌবা, অযম্বনে; হৈফাং ওনপোৎ কৌবনে; চুহীনে, খোইহিনে অসি খিবিক পুশিন্না থিওনা নৈখাইরগা শেমজহুনা খোয়য়ুম পুম্ববু পীজ পীথক্লিংহুনা ইযুম লৈদা যম্বাঙ লাংনিন্ননা চামিন্ননিংবগী অহুক শেমজখিবা মশক্কি ।। মশক অসিদো লাইমিংথোই লৈহৌদৈদদি (অনৈ চানবা লৈহুন্না চামিন্নে, অহুবু হৌজিক্লা কবিবু কৌশি হ য়বনো লাইমিংথোই নঙ্গী নোংদম্না কুবিও । ইমা মবম পুম্বা নয়াথংনা কুবিহুনা খংজরে মশকশু মমিংশু ।। খোয়য়ুমশা নখোয় ঐখোয়না কাওনখ্রবা ইচিঙ্গাকমকপু মৈতৈ লৈমানা নৌহৌননা নীংশিংবিহুনা (অনৈ চানবা) কৌবা চীঙ্গাক অসিবু ইমাগী য়ুম শংলেনগী চাইগাইন্নুংদা ঐখোয় পুম্ববু কৌশিনবীহুনা অনৈ চাজা পীজবাঅশিদো নৌহৌননা মিংলেন অমতং হাপ্পুনা লৈহুন তমমসি অহুব লাই অহন নোংপোক মরুনা কুবিনা মিংলেন অমতদি নোংদম্বীও ।। লাইমিংথোই নঙ্গী চংলমনীংথিবা থোকাউদনা তমজনফম ওইঙম্না নাথি চংখোন্না অথংবম্সু অহৈবশু মতিক মঙম চাওবম্সু নহাক্কি অহুবু এনা অথংবা অহৈবা মানা থৌশিনবদি তৌঙম্নোই থৌদা নোংদম্বু তম্নবদি পাউশা পাওহংবু শাহুনা থৌঙম্নবা থৌপুবা নঙ্গী •তিক নঙমসে অঙকপনি, অহুবু নঙ্গা থৌদাবু থৌপুনা লাইরম্লেনগী অনৈ চাজা কৌবা চীঙ্গাকসে নৌহৌননা ইমা লাইম্নুনা য়ুমদা কৌহুনা পীজববু তুংনম্সু কাওদনবা মশক অসি (অনৈ চাজ য়ুমকৌবা '—চাজ অনৈ য়ুমকৌবা হায়না মিংহুন অসিবু লাইশ্না ইমাদা মশক অসিগী লৈহুল্লসি অহুবু লাইমিংথোই পোইনাওনা কমদোবা ? খোইয়ুম অহন্না কুবি মিংহুনবিববু ঐখোয় লাই তাইবং পুম্বং। ইমা মৈতৈ লৈমদা লৈহুন্না থৌনিবসি নোংদম্লে ।। খোযয়ুম পুম্বনা হংজৈএ, ইমা লৈমা ফমলেন যমথোন ৭পু লৈপু লৈফম্বী কোবৌ অনিগী মুমিত্তা খোযয়ুম নচা শকপা পুম্বদা পলেম নঙ্গী খোম্লাংব শব্লা পীজা পীথল্লবিবা (চাজ অনৈ য়ুমকৌবা) কৌবা লাইমিংবু লৈহুন্না মিংলেন অসিনা হৈবাং লৈরাংবু পান্দম্না লৈহুঙ্গরি ।। কুমজা কুমজা থুনিঙ্গী লমদা থাগী থাংজা অহানবগা থাজগী থাংজা অরোইবগা অনিসিবু খোয়য়ুম পুম্বনা কাওদনা উন দা লৈবা লাই ঐখোয়গী লাঙ্গোই শাগোল কাংজৈ হায়বা অসি লৈবাক্কী চংনরম লাইবকচন ওইনা মায়য়োকথা খোগনবা, কাংজৈবু শান্নবা লোইহুনা পোথাবদা ঐখোয় খিবিকপু ইমানা (চাজ অনৈবু) য়ুমকৌহুনা পীজবা পবম অসিবু কাওদনা কুপিও। থাংজ হৌবদগী লৈবাক্কী অফ ফও। লাক্কদবা নৌহৌনবা কুমজাগী নোংদম থৌরম পুম্ববু শিংথা শিংথেক্লা থন্নবা থৌরম পুম্বা তুঙ্গী থাংজা অরোইবা অহুদা ব্লারেপ কোনচপা লৈথানা লৈথম্বা লৈশংকদবনা শংহৌহুনা থৌরম অসিবু কাওদনা থৌপুনবা থৌনিহুনা লেপ্লে ।

খোয়য়ুমশিংনা রা তান্নহুনা লৈবাক্কী অরাবা অনংবা মুংঙাই য়াইফঙ্গদবা থৌরম পুম্বা মতুং অদুদা রারেপ নোংদম্মা লৈথম্লসি তাবদা পোইনাওত্তা লাই শিদবমা হায়. খোয়য়ুমশা লৈবাক্কী অরাবা মুংঙাইবা অনংবা থৌরম পুম্বা খোয়য়ুম নখোয়না থৌউম থৌশিনগনিদি রাচপ রারেপ্লে মতুং লৈমিং লৈককপা ওম্বা খোয়য়ুম অনিবু নোংদম শংলেন, কাইনিরোল শংলেন হায়বা শংলেন অনিদা লাইরে লাথুপ্পা শায়োন্দুনা খোয়য়ুমগী লক্কম্ব তাইবঙ্গী লক্কম্ব লৈখিম্না লৈওন্মি হায়বা অসিবু রাদি লৈখল থৌম্নেংদনা রাচপারিবা অসিবু কমদোগদৌরিবনো ॥ লৈবাক্কী লৈঙাক লৈবম্লবা খোয়য়ুম চীংদা (নুংফাল অরেংপু) থমতুনা লাইনা লাইথুং পুম্ববু ঙাকথোক্রবা নোংদম্বা পুম্ববু লৈশংনবা লৈথম্লিবা. নোংচুপ্পা (খোংঙা অশিথেন চু ফাল) লৈরি ॥ নোংপোক্তা (লৈঙাকথেন চু ম.ল) থম্লিবা, লৈকাই ৪.গী মেন ৪ লৈরিনা ; কংলৈ মা পুংদা লাইখোং লাইরম ১০৮বু লৈথিং লৈহাংনবা, লৈহাংনবু থিংননবা (কুয়োম ৭ কী মা থম্বালগা থম্মা খুংকোৎপগা লৈরিবা থন্দ, লুতুংদা অখংবনা থিতুনা করিবু মঙম থৌপুরনি হায়ববু নপুক লুম্লাং লৈথন্দনা খোয়য়ুম ঐখোয়দি ইঙম চাওবনি তাইবংশিংদি মঙম তেনবনি ঐখোয়না নোংদম য়াৎলগা রারোইরে রাচপখিবা অসিবু শোইদম্বা থৌওমদবা খোয়য়ুম পুম্ববু তানফগদৌরি তাইবংবুদা, য়াইফংহল্লগে অতুম্বগীদমক্তা কোম্বৌথক্তা রায়েনবনা মালেম থক্তা লৈতেম্লবু লৈঙম্লরে অতুম্বগী তেংবাংনবা খোয়য়ুম নোংদম্বা ২ না নোংদম লৈঙাক লৈকন শংলেন্দা ফম্লি, রাশু লাংশু ঙাংদনা মসিদা করি কমদোবা) ? লাই শিদবগী রাবু তাবদা খোয়য়ুম পুম্বা মায়খোং লাংশিম্না তাংজা লুরা লৈহম্লরে ॥ খোয়য়ুম পুম্বগী অরাববু উবদা লাইমিংখোই শিদবনা হায়. 'খোয়য়ুমশা নখোয়গা তাইবঙ্গা খুন্দিন য়াকা লৈফমতুনা ঙাংনরবা লেপ্পপ্রবনিনা রারেপ পুম্বগী কুমজা খুদিংগী নঙম্ব, শামদনা থৌওমগদবদি লৈপাক্না চৎলম কায়না মথৌ মঙম্ব, থৌপুনরবা লাইরকচনবু নামুং ইরাং থৌনিনবক্লবদি খোয়য়ুম নখোয়গী অরা অনং নোংদম্ব, লৈমাং লৈমুংপা তৌদনা লৈবাক পুম্বনা তাম্বেংনবা ওইশনু ॥ লৈবাক্কী চৎলম লুত্তিন লাইরক-চনবু লৈহন্দনা নামুং চৎলম্ব, লৈহন্দনা লৈবাক্কি চৎলম নোংদম্ব, থৌপুনা লৈপাক্তরিবেঁদা লৈঙাক লৈথোং খুদিংদা লাইরকচনবু থৌপুনা লৈঙাক লৈমিংঙিবেঁদি খোয়য়ুম নখোয়গী লৈবাক্কী অরা অনংবু লৈচংদি য়াঙম্লোই ॥ নোংদম শংলেন্না থৌশিনজিবেঁ কাইনিরোল শংলেন্না অরা অনংবু থৌকাইরিবেঁ লৈঙাক লৈকন্নবু পরম থৌরম্ব, নামুং চৎলম্না থৌপুনরবা লাইরকচন্দা নামুংবা ঈনা লৈচং থৌপুনরক্লবদি নখোয় থিবিক্কি নোংদম্ব, মাংদনা তানযংনম্ব ॥ নামুং চৎলম্ব থৌপুনরিবেঁদা নোংদম মরু কাই-নিরোন মরু ১ গী মতিক মঙম্ব, শাম্মফদে" নোংদমতুনা হুমিং অচুগী লাইগা তাইবঙ্গা ফম্বে লাংববু থৌরোইনরে ॥

## ১৫ রাইশেং লমশেং লমদা লাই তানবা পরম

ফাইরেন থাগী থানুংনা লৈবাক ময়ুম এলুপ পুম্বনা হৌনদনা মখোয় খিনিক্না লৈবা কম্ব, লৈরক কোনশাং, খোংবাল লুক্লাং কোয়না চৎতুনা মাগী মাগী লৈযম্ব লৈবা মুংঙাইনবা কম তুবু নু-হেন্নবা

(ষাইশেং লমশেংতুনা ) ফত্ত, হাণ্ডদি, উনা শিংনা, উশা ষাশা, শতু, মোংশোং লৈববু তেমথোক্ত-তুনা ফত্তবা উশা ষাশাবু লৈফম চাবা মৈথাবদা মুংঙাইগদবা মযম্বু য়েংদুনা লৈনরিবা লৈফমগী লমথোং খুদিংদা পৈশন পৈশনতুনা কংনবা লৈথম্নববু (লমদা থাজা লাই তানবা' হায়তুনা অহৈ-অশিংনা লুচিংতুনা কোইনা লাওতুনা চাইতুনা লাইবু তানবা থাজা ১৪ নি পানবা নোং কোরৌবু লৈথুংলতুনা য়ুমথোং খুদিং া মা মাগী ফুঙ্গা লাইরু পাংবদগী উংপু) লমতাগী থাজা অহানবা নুমিৎগী হৌনা নুমিৎ মিংথেক ৭নি লৈচংনা লৌনতুনা থম্নরগা ১। চেংনে, ২। য়াইঙংনে, ৩। য়াই-মুনে, ৪। য়াইঙৌনে, ৫। যাই থম্না মানবি, ৬। কৌক্রু য়াইনে, ৭। য়াইখুনে, ৮। য়াইপন্নে, মরম ৮ অসিবু তিম্না শুহনা অহন শাবদা পুঙম্নুনা লৈথম্নতুনা লৈতিল্লে।। কুমিংনা তাথ্রবদা মরালয়াইদা তরা চাবা লোইরগা খুঞ্জা অহনগী মরালয়াইদা লৈঙম্বা পাখংলোই পুম্ববু লৈফারকুনা লৈতিল্লে ।। অহন শাবা লুচিংতুনা পাখংলোইনা উৎ ষাই তিনববু পুঙম্না খুঞ্জা অতুগী লৈফম ময়াই শুমদোং কারন লৈফম্ব য়েংনা ফমতুনা মৈফু মৈকোম্ব মালেম অতেম্বদা লৈঙোইবু চাইনা শেমতুনা খাম্বী মৈহৌনা ইরাং থৌনিরে ।। অহীং য়ুথক খানবদগী লৈরক লমথোং খুদিং কোইনা চত্তুনা লাও লাওতুনা উংপু কোইনা চাইতুনা থাদা লমথোং যাৎনা লাইতাল্লক্লে।। অহন শাবনা লাওএ, "হায় তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবশা খুঙং অসিদা অয়েৎ অখাং য়ৈথাই থীঙ্গাইবা লাই শানা লৈবশা নখোয পুম্বা থোরক্লো লাও, কোরৌ অসিদগী মফম অসিদা লৈফদরে নখোয় পুম্ববু হোইরৌথোকে হায়বগী খুঞ্জা নপাচা পুম্ববু হৌনা শাথোবকুনা তাল্লিবা অসিনি তারো খংলা নখোয় খিবীক্কী খোংশাল লম্বী খারম পাবদা খাথোং ফাৎনা লৈপিরিবা অশোমদা চথিহনা মথা লৈতং ফম্বাল লাংলিবীগা তিন্নতুনা লৈকবো", হোইরৌরগে পাখংলোইশিংনা 'হোযানগে' লাওনা পাওখুম্নে। অহন শাবনা খুবাম খুবাম লৌতুনা লাইশান্দুনা কোইনা চাইহনা লাইবু তানবা চৌঙমলে, "মুশুক্রবা মিরং থাওনবা, শনদোন লাংদোন শম্বা খোয়য়ুম মঙম চাওনা তানবনে ময়াখংবু থৌপুবনি হোইরৌএ ঈংশো" পাখংলোইনা হোযানগগে খরা, পওপান' খুঞ্জা কোইনা চণ্ডনা লাইতাল্লে ।।X

নোংঙাল্লবদা থাজা ১২ নি পানবগী নুমিত্তা মৈফু ১ অমুক মালেমদগী খুবাম অমা য়াংনা থোম্না শেম্মে) নুনিদাংয়াইদম তানফংলবা থানিল থাজনা থোরকপা মতমদা মৈবু ইরাংপা থাঙা থানিলনা পাখংবু পুরুম থাগোল লৈহম্না থৌনিনরে ।। থৌনি থৌরোইরবদা ষাই শং লমশেং-বগী উশা, ষাশা, উনা য়ানা পৈঙম্নিবদু মৈহৌ মৈথাতুনা লৈথিং থৌপুনরক্লে ।। অনৌ কুমজানা লৈহৌ লৈথুংবা তানফংনবগী মমুংদা খুঞ্জাবু অয়ং অখোং থিঙ্গাইবা লাকদবা অয়ৎ অখোং লাই পুম্বা নখোয় মফম অসিদা, খুঞ্জা অসিদা চংফদ পাউশাবু তানা তানা তাশিন্নদতুনা চংঙম্নবা থৌপুনরবদি কোরৌ অসিবু মৈহৌনা মৈশেং ইরাংনরিবা মৈ অসিনা চাকথেক্কুনা নখোয়বু লৈথাং লৈমুংনগনিদো চংফদে খংঙো তারো হোয়রৌএ পাখংলোইনা হেখ্রাহ। মতুংদা অহন

শাবা লুচিংবনা লৈফম অতুদা খাথোং ফাৎনা লাইত্তানখিৎগা লৈফম ২ দা ঈংশো) হায়না পাউশারগা হৈয়ম হয়া হায়না থৌরোইরে ।। মতুংদা রাইশেং লমশেং থৌপুবা পুম্বু খুঞ্জানা অচা অথক খায়ত্না তরা মথেল লাংনা চানহন্দুনা মপুক হরাও তরাম্না লৈঙম্লরে অরা লৈকন শকথংনা ।।X

## লাই কৈথেল কাবা ইরাৎ থৌনি

রায়েল থৌদা কুচু শংলেন্দা খোয়য়ুমশিঙ্গা তাইবঙ্গা তিল্লু ফম্বৈ লাংনা লৈকা লৈফম্নবদা মৈতৈঙ্ নোংদলাই পাখংবনা হায়, "খোয়য়ুম তাইবং অশাই অশম পুম্বা কুমজা অসিদগী লাইগা তাইবঙ্গা ফম্বৈ ফম্বা হৌরেদো থৌরম অসিবু কাওদনা লুতুংনা খংনবা লাই কৈথেল কাবা থৌরম অসি তাইবংশিংগু য়াওনা লৈকা লৈথম্নরসি অত্থু খোয়য়ুম পুম্বনা. কমদৌবা?" খোয়য়ুম পুম্বনা. মৈতৈঙ্ নোংদম নয়াথংবু খোয়য়ুম ঐখোয় পুম্বনা থৌঙম থৌপুনি ।। অত্থুদি য়াওরবনিনা তাইবংশিঙ্গী পাগী পুগী মচিঞ্জাক লাইরকচনবু থৌয়েংনা অচা অথকপু লাইরেম্বী লুকমাই ৭পু য়োলহল্লসি (শা-ঙাদি য়াওদনা) চেং, হরাই মনা মশিং, থুম থাও লাইফি ফিরোল, লা অসিনচিংবা খোয়য়ুম উমংলাই খরগী থৌপুনা লুকমাই পোৎ য়োল্লম্বু তোক্করশিদো ।। মৈতৈঙ্ ম্না নোংদম থৌয়াজরে ।। মরু শংলেন মপুনা কমদৌবনো? মৈতৈঙ্ অত্থুম্নঙ্গী নোংদম্নবা তাইবং মতু শোনবু লৈকনগে লৈফম্বনি ।। নোংদম মরুগী রা তাবদা রারেপ চাচপ লৈথানা লাইয়েক লৈথম্নত্না ফম্বৈ ফম্বু থৌরোইনত্না লৈকুম্লে'। লমদা থাজগী ২০ নি পানবদা অয়ুক্তা মুংকে পীবানা লৈকান লৈফম্বা কংলৈ খোম্বা তুবি পাখংবনা য়াকা য়াথোরত্না লময়েং তুয়েংনত্না কুবী নোংদম্বু শাথোকফমদা লৈকুমত্না লাইরেম্বা ৭না লুকমাই কৈথেন ৭ থানা লাইগী কৈথেল ৭ লৈকা লৈফম্লে ।।

১। চাংবা লৈমানা চেঙ্গী কৈথেল লুকমাই পাল্লে ।। ২। পীগুম লৈমনা লাইফি, খ্বাংশেৎ নমথাং, নমশা, ম্না লুপানচিংবগী লুকমাই পাল্লে ।। ৩। চাংঙা লৈমনা হৌরাই চেংরাই, মনা মশিং লুক্কোই মথেল লাংনবা লুকমাই কৈথেল পাল্লে ।। ৪। রাইথৌ লৈমনা থাউগী লুকমাই পাল্লে ।। ৫। রাইশেং লৈমনা থুমগী লুকমাই পাল্লে ।। ৬। থাংজিং লৈমনা পাম্নাও শিংনাও, মরোই মুরোক য়াইঙগী লুকমাই পাল্লে ।। ৭। হৈবোক লৈমনা য়োৎ থাংজৌ হৈজাং কোনচপ, খাবৈ চেগপকী লুকমাই পাল্লে ।। লাইরেম্বী ৭না লাইগী কৈথেল লুকমাই ৭পু লৈফম্নখিববু উরত্না ৮। ফুরৈনগা, রাল লৈমগা না লৈকারক্তনা ফুগা রাজগা রানথুমগা, চাইরেন পুখমগা লুকমাই পাল্লে ।। ৯। লারৈমনা লাগী লুকমাই পাল্লে ।। ১০। হৈরৈমনা হৈশাং হৈরা অথুম অহাওবু লুকমাই পান্দুনা লাইরেম্বাশিংনা মানা মানা তানফংবা মশকপু পুনরক্তনা লুকমাইবু পাম্নত্না কৈথেল মপুং ফানা লৈকা লৈফম্লে ।। লাইরেম্বীশিংনা লৈকা যম্বাহনরবদা মরু নোংদম্বা মম্নিবনা লুচিংত্না মৈতৈঙ্ নোংদলাই কংলৈ পিবাবু ময়ুম এলুপম্না পিবা ৪না

থৌগল্লাং পুথ্রম নোংগোল শেলুং ফম্নাইবা অশাই অশম য়োইবেন খাবি পুম্বমা থৌগল্লাং, চোং শেকপীন, পে, হুমাই অমাই অনপ লৌশিংনা অসৈ খোংফাংনা কংলৈখোম য়াথোক খোংদা পুরুম থৌনিগদবগী খ্বাই মুংজেং পিবা হৌজোংচাগী লৈফম মশাই কোন্দা কুম্নতুনা লৈফম ফম্বাল্লে।। লাইবেম্বীশিংনা য়োল্লিবা পুম্ববু তরুা লৈহুনা লুচিংবা ৪না লুক্লেন থৌগল লৈহুম্নবা তরা মথেল লুকোইবু থোংচয়ে।। মুরাং লমহাংঙম্বা কাইবিরোন মকনা খৈয়োম লৈম্বিন তমগদবগী ইহৌরোন পাউশানা ম্না তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ লৈহুল্লে।। পোইরৈ শৈশকপা রাঙম থৌপূবা অশৈবনা খোয়য়ুন কংলৈখোম্বা তুবিগী মতিক মঙাল থানা থেমনৌনৈ।। নোংদম শংলেন মরু তাংঙখা মরিবনা হুমাই থক্তা (শল অঙৌবগী) শঙ্গোম অনৌববু হৈথহুনা তুবি শাথোক লৈয়েংলে।। খৈয়োম লৈম্বিল য়াবনি নোংদমহুনা মক লনহাংঙম্বনা ইকুমহুনা খৈয়োন লৈম্বিন তমলে।। নোংদম মরুনা হৈ লৈ কবোক অথুম অহাও অনৈ চাজনা মায়য়োকথানা লাংলে।। খ্বাশেৎ নমথাং নমশাবু মায়োকথানা লাংহুনা খয়োম্বু পুরুম থৌনিরে।। পিবা ৪না থোংবা থাকপা লোইহুনা লুকলেন ৮ থারে।। খাবগা ঙানবগা লুক লৈফম ২বু তিলু থারে।। তিলু থাবা লুক্তগী খরবু খাইহুনা ময়ুম অঙোম লুকলেন্দা তিল্লে।। মতুংদা ময়ুম অঙোম লুকলেন্দগী ময়ুম পিবা পুলৈরোম্বনা লুক খাইহুনা মঙাং লুকফমদা ৩ লক তিল্লু লৈহুল্লে।। লুরাং লুকফমদগী লুকাইহুনা লুরাং পিবা খুম্বিবনা মঙাং লুক্লেন্দা তিলু লৈরাংলে।। ময়ুম খুমন লুকলেন্দগী খুমন পিবা অবোংনা লুক্লেন খরবু লৌহুনা মঙাং লুক্লেন্দা তিল্লু লৈহুন তমলে।। ময়ুম মোইরাং লুক্লেনদগী মোইরাং পিবা ঙাংহুম্বোক্তা লুকলেনবু খাইহুনা মঙাং লুক্লেন্দা তিলু লৈহুন লাংলে।। মতুংদা মঙাং লুক্লেনবু উংলৌ য়াইবিরেন্দা লুকচল্লগা অতিয়া মকদা লৈহুন্দুনা কোঞ্জল্লাংবদা লৈহুল্লে।। অঙোম লুকপু উংলৌ য়াইবিবেন্দা লৈহুল্লে।। মথংদা লাইমিংথোই অসিবদা লৈওল্লে।। মথংদা (নং) পোপ্রুলেন শিদবদা লুকচল্লে।।

ময়ুম লুরাং লুকপু উংলৌ য়াইবিরেন্দা লৈকৎলে লাইমিংথোই অশিবদা লৈহুল্ল।। মথংদা সং লাইয়েক কোঞ্জলাংবগী মফমদা লুবচল লৈকংলে।।

ময়ুম খুমন লুকপু উংলৌ য়াইবিবেন্দা কৎলগা লাইমিংথোই অশিবদা লৈরাংলে।। মতুংদা (কোং) লাইয়েক কোঞ্জীলাংবদা কৎলে।।

ময়ুম এল্লপমা মোইরাঙ্গী লুক্লেনবু, উংলৌ যাইবিবেন শিদবদা লুকচল্লগা মতুংদা লাইমিংথোই অশিবদা লৈহুল্লে।। মতুংদা মুবাও হুং লাইয়েক পোরোংখোক হাইবদা লুকমনবু লৈহুল্লে।।

মতুংদা লৈরিবা লুকলেন পুম্ববু উংলৌ য়াইবিবেন্দা লুক কত্তুনা মতুংদা লুকথা লাবু খোয়য়ুমগা তাইবঙ্গা লৈরি য়াওরিবা পুম্ববু থুংনবা লা থাহুনা লুকথেন লুক্তোই মথেনবু শিম্বুংনা য়েন্নহুনা টিংখৈ মকনা লুচিংহুনা লৈমুং খুং খুং অচিবা, খোয়য়ুম নহাবা মোইরেংচাম্বা, খোংঙাই লাইনৌতাবী, অমাই পোইরৈ শিংতবুং, কৌরু লাইলোংবা, ওরাং মারহনবা, মার্জিং

পাখংবা, নোংপোক অপান্বা, মৈরম খপ্পাংবা, খা রাংব্রেন পাখংবা, খাংজিং পাখংবা, নোংচুপ লোইম্বারাকপা, লিক্লম উংনিংথৌ, লাইখিবিক্কা তিল্লু ফম্বাল লাংমিন্নরুনা চামিন থকমিন্নরুনা মুংঙাইমিন্নরে ।। লুচিংবা পিবা ৫না মাগী মাগী লুকলেন লুকমনবু তানফংনরুনা অরিবা কুমজানা শিঙ্গাগ্রগা অনৌবা কুমজা শিংথরগদবগী মুংঙাই য়াইফংনববু থৌনিনহুনা লাই কৈথেল কাবা থৌরোইরে ।।

## নোংপোক ঈশেং খোংবু ঈরু মাইতাবা

লমতা থাজগী ২৮ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা খোয়্যুমগা তাইবঙ্গা হৌনহুনা য়োইরেন খাবী লেংনা হৌনা চত্তুনা নোংপোক লৈহৌ চীঙ্গানগী ঈশেং ঈরোং ও ফাংবদা চত্তুনা পুরুম লৈপাইনা মকোক মউ হচুম্না ইরু মাইতাহুনা চেং, থোইদিং, লৈ ভিংথৌ লৈগন্দুনা মশা মউবু খিকপেংনহুনা নোংপোক লৈহৌচীংনিংথৌ মুংবা মহারাবা, মুংমুতুমদমাংদবীগবু পুরুম লৈপাইনা কুমজা অনৌবা লাক্কদবগীদমক্তা লাই তাইবং পুম্বগী হকপু ঈশেংনহুনা মুংঙায়নরে ।। থাজা ৩০নি পানবগী শংগোলশেল মুমিংকী অয়ুক্তগী মুংথিল পোথ্থা হুনবা যাওববু পাখং লাকপা পাখংলোই ময়াম্বু মথুক্তা চৈ অমদা ফি মচেং অমমম পুন্দুনা পায়হল্লগা লমথোং খুদিংদা চত্তুনা লাও লাওহুনা পাউজেলহল্লি।। লৈবাক পুম্বা, য়েল্লুপ পুম্বা তাদবা তারো খ দবশু খংবিরো ঙসি অসিদো কুমজা অমা শারকপগী অরোইবা মুনিং শিংথেক শিংথারকপ ৩৬০ শুবা মুমিংনি কুমজা অমা শুরে ।। হয়েং কোরৌ ইরাই কৌবা মুমিত্তগী হৌনা অহৌ কুমজা ১ শানবা শিংথেক শিংথাবা হৌবা (শজিবু থাজা ১ পানবা) দগী হৌহুনা থোকঙহুক্কদবা অরা মুংঙাই তানফংলগদবা পরম্বু নোংদম মক মরিবনা (খুংথিন খুংলোবু) নৈফাক লৈয়ে বিহুন। নোংদম শংলেন্দা তাহন খংহনবির্গনি লৈবাক এল্লুপ পাউদানিংবা মথৈবু কারহুনা তাঙোয়্যা ।। কোরৌ অসি হয়েঙ্গা অসিদো নঙ্গী নঙ্গী লৈজবা লাংজহুনা নোংদম্বা লাইগী মফমদা লৈরাং নৈহুনবু তমজনা পুরুম লৈপাই থাগোম্নহুনা অনৌ শিংথবা কুমজাবু পুন্সি হেন্না লৈপানবা তাম্ছং পাক্লা শানা পানবা কাপয়াং তাংয়াংবা থৌনিনবা তৌঙমজো পাউনানা কোইনা চত্তুনা কাওহুনা খাং হল্ল ।। লৈমা কোনগী অখং অহৈগী পাউজেনবু তাব্দা মীদুম খুদিংমক্তা মাগী মাগী লৈজ লৈজবা কৌরৌহুদা তানফংজবা অচা অথক হৈ লৈবু মায়োকথা অথেনপোৎ লাংনা কবোক অথুম-অহাও চাজ অনৈবু য়ুমকৌনহুনা মেক্রক মৈখুলাং মৈশেং মৈরা হায়না ভেংবান মপুগী মযয়াংদা লৈহুন লৈরাং থৌগন্নহুনা পুন্সি মুংঙাই য়াইফংবু থৌনিনহুনা ময়ুম এল্লুপমগী য়ুমথোং খুদিংবু মপুক হরাও তয়াম্না মুংঙাইনহুনা লমদা থাজা ৩০ নি শুবা থাজনা মঙান মমখিবা কোরৌবু কাইমিং পরৈ শিংথানা থাগোম্নহুনা তাইবংপুম্বা অহীং নোংলেমনঙয়ে ।।

## ১৬ শজিভু থাঙজা অনৌবা কুমজা শিংথা লৈহোবা

লাংরচাকী কুমশিং ৩১৫১ চংবা নোংদলাই পাথংবগী কুমশিং ৪০ চংলকপা শজিবু নোংমা পানবা ইরাই মুমিংকী অযুকী কোম্মুপ ৭ চংলকপদা লাইগা তাইবংশিন্না শংলেন ১৬তা ফম্মিন্নতুনা থৌরম খুদিংবু তান্নতুনা অফ কত্ত তামমিন্নতুনা থৌঙম থৌহৌনা ফটৈ লৈফল্লে ।। কুমজাগী অনৌ চৈথা চৈথেককপগী লৈথারকপা নোং কোরেনৌনা কুমজা ১গী কোরৌ চম্মুপ ৩ শা কোরৌ ৬০ তুখিহুনা কুমজা ১ বু শিংহাপ শিজাখিবগী মাইফ থৌরম্ তানকংনবা নোংদম শংলেন মপু মরু মরিবনা ( লৈতৌহুনা ) মৈশেং ইরাওনবা মৈফু অমা শেমহুনা চিংথক ওদা মকু, চু, উচিকা যুংহনা থকথন মাথাল ৩ থন্দুনা মখোংদা ইন্দাইকু ও থম্মা মৈফুগী অকোয়নদা নোংদম্বগী খুদা ফম্নীবু চেং অকুপ্পনা কানো থানা য়েক্তুনা শিং মরম মঙানা মৈহৌনা শিং শম্ব্রিয়েম্মা মপুং ওইনা মৈথাহুনা নোংদম মরুগা কাইবিরেল মরুগা অনিমা চেং থোইদিং তিংথৌ লৈবু লৈহন্না মৈ কৌবা লাইগী মিংলেন ৯বু মৈহৌরোল লাইশোন্না লাংলে ।। মতুংদা উংলৌ মাইবিরেন শিন্দবু লাংলে ।। লৈশিংবেনগা অতিয়া মরুগা লাংলে ।। লাইমিংথোই অশিবগা কোজম্ভু থোকপগা লাংলে ।। মাইগৈ ৮ লৈঙাক লাইবু ইন্নাং লৈহুন তমহুনা লৈঙাক লৈকনবু লৈশিন্নহুনা জবাং থৌরোইরে ।।

মকনা পাউশারে—লাই তাইবং পুম্না থোইনদি রাঙম্নোই অছুগা কুমশি কুমজাদগী হৌনা মতু মৈশোন লৈপালবা কাংবুদি নোংম নোংমগী মথিক মথাবু নোইরক্লুনা পী পাবু তানযংনা চাকহোং ফিহোংনা খুঙ্গাও লৈচাংনা মপুক মরা তপ্না লৈপান্নবম্লগনি কুমজাগী ইংাংমদা নোংথৌ থম্বাই পিচাগা মালেম লৈকুয়হুনা লাবৈ লাথুপ তমবু শান্নহুনা খুম্হোক লৈতান্নদৌবি ।। ইনৌ ইথোং অমবু ইফাং ইফাও নবনি যাইফং নোংদম্মা পাশ্তাক্তুনা লৈবাকপু কুমিএ ।।

## বুচুদা মৈতৈঙ্ নোংদালাইনা পাউশাবা

মৈতৈঙ্ নোংদলাই কংলৈ পিবা পাথংবনা হায়এ,— থোয়যুম লাইয়াম অপুম্বা লাই হায়না নখোয় অসিদি মপোক অথোইবা মতিক মঙম্বু লৈহকপা লাবৈ লাথুপ্প্ মনিং মথাবু তম্বা তম্বা মপোক তাক্তনিদো ।। তাইবংনম্বু লাই নখোয়বু মাংহন্নবা তৌঙমন্নবা, নখোয়তমা মাংহন্নবা থৌবাংবা মুংঙোয় যাইফংনবম্বু নোংদম্বীবা লৈংম্বা থোয়যুম নঙান চাওবা নখোয় অসিবু তাইবঙশিংগী মথক্তা রায়েন থৌদাহুনা থোয়যুম নখোয়গী নথৌ নঙম্বু থৌদাহুনা তাইবংশিংবু থৌঙম থৌপুহন্দুনা লৈপান্নরকপা নত্রা ? উম. লাইশিংনা খুম্ম। মৈতৈঙ্ তাইবংগী মথক্তা লাই এথোয়না নোংদম থৌদানা থৌশিন নোংখাইনা লৈহৌতৌদগী লৈঙশিন্নরকপনি ।। অদুদি লৈবাক অসিদা পানবদা মনিংতম্না পাল্লকপদি তাঈবংনা মনিং তম্মা পানবরা? মৈতৈঙ্ তাইবং মখোয়দি থোয়যুম এথোয়গী পাও খোলোয় ওইনা লৈতবতনি, থৌরম খুদিংদা থোয়যুম এথোয়গী পাউশা তায়গা পানবা মানবা মুংঙাইনবা থৌপুজবতনি ।। অদুদি তাইবংশিং অসিদি মতু শোনবা মঙমদি মাংদবা মথৌনা

মরিংজেনতা মফজবনিদনা ? মাম্নি মৈতৈঙ্‌ ।। অদুদি লাই ঐখোয় মখৈগী মুংঙাইনবা থৌরম্‌ তাইবঙ লৈঙমলিবনা থৌশিনবু থৌরা থৌপুনা খোয়য়ুম নখোয়বু মুংঙাই লৈপান্না লৈথমদুনা লৈ মিন্নবা চৎলম ওইরে ।। মাম্নি মৈতৈঙ্‌, তাইবঙ ঈপোক ইহুনবনবু করিবু মঙম লৈঙমগবা ? অদুদি খোয়য়ুমশা লাই নখোয়গী মুংঙাই য়ায়ফনবা থৌরম্‌ থৌপুনা লাই নখোয়বু মুংঙাইহনবগুম কোরৌ ঙসিদগী থৌঙম থৌপুনদুনা তাইবঙ শিংনা থৌদা নোংদম্নবু থৌপুনরশি, মতু শোনবা তাইবঙ মখোয় পুম্বগী মতিক মঙম্‌ লৈহক্নবা খোয়য়ুম পুম্বনা লৈহাপ লৈপিনবা থৌপুনরসি মতিক মঙান চাওবতনা মতু শোনবশিংগী মথক্তা নমথেক নমজাননা লৈপাংবা চৎলম অসি তৌফদে ।। শা শিং উরক রারক্তা লৈবনা অঙম অঙম্বা ফা ফাদুনা মচীঞ্জাক ওইনা চানবা চৎলম্‌ খোয়য়ুম লাঈগী চৎলম্‌ নামুং চৎলম থৌপুনদুনা খোয়য়ুম মখৈদি ঈংচা য়ায়তম শাহিং চাবা ঙাক্তা ওইঙম্নদুনা লায়রকচনবু নামুং চৎলম ওয়হল্লেদনা খোয়য়ুম লায়না চংকদবা চৎলমদদি মতু শোনবা চৎলম তোয়দনবু তেংবাংবিদুনা লৈবাকপু খুঞ্জাও লৈচাংনবা নোংদম্বীগদবনি, কোরৌ ঙসিদগী শাহিং চাবা, ঈথকপা, লেমলৈ চাবা, খোয়য়ুম লাইগু তাইবংগু মাগী মাগী মশক পরম্‌ লৈথাই লৈথম্ন-দুনা তুংনা থংহৌনবা লাইয়েকপু লৈথম্নঙমশি । তাইবঙনা খোয়য়ুন নখোয়বু কিদুনা পাগী পুগী লৈকম্‌ মতম থরবু থাদোক্তুনা কোনজাইনহল্লবসি খোয়য়ুমশিংগী চৎলম্‌ নামুংবনি তৌফদে ।। হৌ লম্মাহনবা কংলৈসনা পুংমায়য়োন লৈবাক অসিদা তাইবঙশিংনা পাগী পুগী লৈহৌনফম্নি থঙনা লৈঙমলিবা তাইবঙশিংগী মুংঙাইনবা লৈবাক মরা তপনা পান্নবা তাইবঙবু খুঞ্জাও লৈচাংনবা খোয়য়ুম পুম্বগা কংলৈ পীবা ঐগনা তাইবঙশিংনা থৌদা নোংদম্বা থৌরম্‌ থৌঙম থৌপুনরশি থৌরম খুদিংদা তাইবঙশিংগা রাতান্নরগা ঐখোয় পুম্বনা থৌপুসি, তাইবঙ লৈবগী মপান্দগী খোয়য়ুম পুম্বগু কুমজা হায়ঙমদনা মুংঙাই মরাং কায়না পাল্লক্লেদো হৌজিক্তি অমুক তাইবংগী মুংঙাইনবা মনিং মথা তম্না পান্নবা কোরৌ অসি কুমজা নৌহৌবা মুমিংকী শিংথেক অহানবা ঙসিদা হৌং দলাই পাথংবা ঐনা কুচু শংলেন্দা ( খাংজেং নহা রায়েন শোইফদবগী) মখাদা ফমদুনা হায়রবা অসিনি তারো থংলো ।।

নোংদম পাওশাবু তাবদা লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবনা লাইগা তাইবঙগা মৌটিন ফম্বৈ লাংঙিচৈ অদুদা শাথোকফম লৈফম্‌ খোয়য়ুম তাইবঙনসু থংহৌ উহৌদনা শাথোরত্তুনা মপুক হুরাও তম্নাম্বগা লোয়ননা হায়এ— চুম্নি মৈতৈঙ্‌ কংলৈ পীবানা হায়বা তাইবংশি লৈবনা খোয়য়ুম ঐখোয়বু লেমজনা পাঞ্জবনি ঙসিদগী লাঈ ঐখোয়না থৌঙম থৌপুনদুনা তাইবংশিংগী মুংঙাই য়াইফনবা থৌরম খুদিংদা তেংবাংনরশে ।। তাইবঙশিংবু ঙম্বা মথৈ ঐখোয়না থৌ পাংদুনা মুংঙাই তল্লগা খোয়য়ুম ঐখোয়সু মুংঙাইবা চাওখৎপা অতাং অরেং তানফংনা লেমজবা ওইগদবনি । লাই শিদবগী পাউশাবু তাবদা খোয়য়ুম পুম্বা হোয়ানরে ।। তাইবঙনা হায়বা থৌদা নোংদম্বা পুম্বা খোয়য়ুম লালুপ কাবা ঐখোয় পুম্বনা থৌঙম থৌপুনরশে হায়্নদুনা রারেপপু লৈথানা লাইরেক্তুনা লৈথমলে । লাঈগা তাঈবঙগা ফম্বৈ ফম্বা থৌরোয়্নদুনা লৈকুম্নরে ।।

## ১৭ থরাই পিচা খোংজোম্নুবী ৭না রাতান্নহুনা মালেমদা কুম্না

কোরৌ থক্তা শাখোক্লীবী খোংজোম্নুবী থৌরাই পীচা ৭না রাতান্নরক্লে ।। খোয়য়ুম লৈঙম্বা পুম্বনা তাইবং ইপোক লৈঙম্বশিঙ্গী মুংঙাই য়াইফনবত্তা নোংদম্নগনি, অন্না থৌরম খুদিংমক খোয়য়ুমশিংনা থৌপুনগনি য়ানখ্রে ।। ঐখোয়বু তাইবং ইপোক্তা পোক্তুনা তাইবংশিংনা মনিংতম্না মুংঙাইনবহৃবু ঐখোয়গু ফংহোনবা মালেমদা কুমহুনা তাইবং ইপোক্তা পোক্লুরসি রারেপ্লহুনা মালেমদা কুম্লক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৫২ নোংদলাইগী কুমশিং ৪৪ চংবদা ময়ুম লুরাং পিবা খুম্বিবগী মদাইরেন কৌবরেল নাগোইম্নুগী শিয়োম্নংদা লৈচং ফম্বান্নরম্মগা নোং কোরৌ অমতদা থৌপু নাওপুহুনা মচা চন্থ ৭ পোক্লে ।। চাবোক খোংলম্বু উবদা তাইবং পুম্বনা য়ুমথোং খুদিংদা হন্দক্কী লারৈ চাবোক অসিবু করি করাবু থোক্লরগা পাউশানা লৈঙয়ে ।।

## লুরাংলিখোং ফাংপা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৬২ নোংদলাই কুমশিং ৫৪ চংবদা



ঋ দ্দী হৈয়ম হৈয়ি স্না হং হংসো ফ্রং ফ্রং

ময়ুম লুরাং পিবা খুম্বিবনা মমোম মচা ৭কী বাখন্দা লম্ব কোয়না চত্তুনা লময়েংবদগী ইবুক্তা ইখোং অমা ফাংনি হুনা ঔরাং পাংনা খোঙ্গারক্তুনা খোয়য়ুম ইঙৌবগী লাইকোন মচীং শাংবু কোয়না য়েংলম্মগা মাগী শাদোং তুবি (লুবাং স্না কোনয়াই পাখংবা) লাইমিংনা ( ঋ দ্দী হৈয়ম হৈয়ম হৈয়ি স্নাহং হংসো ফ্রং ফ্রং) কৌবগী মথক্তা তোংহুনা ইবম্বু ফাংলক্লে ।। ইখোংবু ফাংলকপদা খোঙ্গ থোংঙাক মকোই মামোই চীং ২গী মরক লৈফম্বু যৌরক্লবদা ময়ুম লুরাঙ্গী ( লমফৈ পাংকা) শম্নহন্দুনা নাদ খোঙ্গা শম্নহন্নিংহুনা চীংলেনবু ফাওদংনা ইপুরক্লগা ( লমহীং লম্বুথেন) মমাংদা ইখোংবু তৌশিন হায়দত্তুনা ময়ুম লমফৈ পাংকা লৈতিন্ননা লৈথম্লে । মতুং অমুক হল্লক্তুনা ময়ুম শংলেন (লাইলেন পাংকী) ঈশিংবু (চৌত্রী খোঙ্গা) তিন্ননা পুথরক্লুনা মানা ফাংপা ঈখোঙ্গা শম্নহন্দুনা (ঈরোং ৩) ফাংহল্লগা ইরাং মস্নাইদা (মুংফান অমা থারে) মুংফান অহৃগী মথক্তা কাহুনা ফমহুনা মকোক মউবু ইতুম্না ইরু মাইতাম্নে। মতুংদা খোক উ মমা ১ পায়হুনা ঈশিং অহৃদা লুপ্পুনা লাইশোম্না পাউশাহুনা মশাদা ইচাইরক্লে ।।

হৌ ইরোই ইমদোনবু ইমাহল্লো,
ইমুরোন লোন ৬মক, ইঙৌলোন লোন ৬মক
ইখাবি ইয়াম্বী ইপোক চন্থ ইঙোই য়াম্বী ইশুক ইশোই য়াম্বীও

ঐবু শিজন্না ইখোয়েল ইখোবদি ইপাখোই ইপুখোই
ইবোনি ইয়াংনি ইরেংপাঙ্গা ইরাইরেনতোং
নমু তাইবং লুরাং খুম্বিবা ঐবু পুন্সি ইপুন্সি
মথোই তোংনবঘু মরা লেমকু চেংনা
লৈপাক্লা লৈজগে অহু নোঙ্গীদমক্তা
ইরু নোংলু অপাবনা ইরু লৈস্না অঙাংবনা
ইমুবা লোন ও ইঙোবা লোন ওমকপু
ইখা নমা ইত্তাইন্নি ইমু নমা ইতাইরবনি
হে মরু কোরৌ ওসিদগী ইখোং অশিদো হৌফবিরো ॥

হে মরু হান্না শেমগু হান্না পোকপগু নহাক্কি কোম্মা লোইবগু নহাক্কি ॥ লাইমিংঘু ভিল্লী কোক কৌএ, খুম্বিবগী হক্তা তিনয়ৈ লাইয়ৈ, তিঙ্গু লাইচুনবা নিংশা তাম্বেংখিববু কোক্না-শেংনরশে। হৈয়ম হোয়া কোরৌ মচি ইনা শেংনবগে কোরৌ মচি ঈ,রাংবন মনাও ঈ,খাবা পুলৈরোম্বা ঈ, চেংলৈ লুরাং ঈ কম্বোং নানৌ ঈ, হুংপানবু লুরাং খুম্বিবগী লাইশেং ঈনা শেংনরশে ওরা ॥ নাপীনা শিংবীনা খোক উনা রাখোক্না তাইমরেংনা পুংফাইনা, নাপুনা শেম্বনা হুপ্পা হুপ্লাংনা, শেন্দনা মাম্বানা ভরং ইপান্তা লুংঙনা তরং থিকপোং ইচাইরগে থিকশেংলগে থাশেংলগে, তিঙ্গুও লাইচুবা লৈরম্মু, ভিলকোক্ক লাইকোক্ক তিনশেংলে লাইশেংলে রান্না লৈশিল হৈবী নংনা শিনবীখরো, উদা উশিন হৈবী নংনা শিনদিখরো উতিংকোক্ক নংনা কোকপীরো, উতিংকোক নংনা শেংবিরোদো ওমহৈ ওমহৈ ওমহৈ ॥ কোরৌ ওসি ঐনা লৈকম অসিদা তিঙ্গু লাইচুগদবা লৈববু তিনশেং লাইশেংনা ইরু মাইতাবা লৈফম অসিদি তুং কাওবা তিনকোক লাইকোকপা মফম ওইহৌরসু লৈফম্বু থংনবা ( খোঙ্গু হুংপাক) নংনা থংনবা লৈহৌরো ॥ অদুগা ইখোং নঙ্গী লাইমিংবু লুরাং ইপাচাগী এলুপ শখাই হৈংম্বগী মতমদা ইফাং ইরম্বু যাওনা ইপা ইপুগী ঈশেং পাংক। তিন্নৈনা থমখিএ পোইরৈনা থোকাওদনবা মিংথৈবু ( লুরাংদি ইশেংখোং ইরেন লৈহুন তম্নগে নোংদম লৈহুন তম্নমগা হনথম্লক্লুনা য়ানয়াইদা মমোম তা পাঙদম পাউশানা পোথাররে ॥X

## থরাইপীচ কাপুবা ওনা মালেগদা লৈকুম্বা

লুরাং খুম্বিবা শির্বানা মপী ঈখোংবু য়েংনিংহনা মরান য়াইদগী শাথোরক্তুনা ইখোংবু য়েংবা লাকপদা ইকংনহনা লৈরম্মে ॥ হাইস, ইখোং অসিদে ঐগী চংলম্বু করি কয়াবু লংজা তায়োম্নখিহনা ইকংবনো ঐবু নামুং চংনরম কদৌহুংখিহনা ইকংববু ওইরিপবা রাখল লুম্নাং লৈথানা ইখোঙ্গী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা কোয়না চত্তুনা য়েংলম্নগা ইরাংমদা রাখল তৌনা ফংহনা তুমিন্না লাইনিংবগুম লৈওম্লক্লে ॥

নোংথৌদা লৈবা থৌরাইপিচা কাপুবা কৌবা (৮) না রাতাম্নতুনা মালেমদা কুম্লকুনা তাইবং পাখং রাংদোং ফাবগী মশক ওইনা শাথোক খোঙ্গ্ম্লকুনা লৈচং লৈফম্ব্ কোয়না চত্তুনা থিরকই।। মতম অসিদা লুরাং খুম্বিবনা ঙাহাক লুম্নাং থানা থম্লগা ইখোং অতুগী মপান্দা অমুক নীঙ্গাংনা ফম্নগা মাই ঔরাং ওন্না ঈহৌরোল ২বু শৈরাওনা লেপখৎলকুনা ঔরাং লাইবু লৈপায়এ।। থুদক অতুদা মফম ইখং খংহৌদনা ঈহৌ ঈচেল্লকুনা ইখোং ইমাই চোম্না চেল্লে।। ইস, ঐদি কমদৌশিবনো ইরাংমদা লৈঙমহৌরেনা ইরানবদা খ্বাংশেৎ ফৈচোনবু চোংঙমদৌরেনা কমদৌশিবা হায়না রাখন্না লৈঙম্বদা তাইবং শাথোকপা থৌরাই পীচা কাপুবা (৩) না চংলক্কুনা রাংলৈএ।। লুতুং য়েং লুমাং থোপুবা ময়ুম লুরাং য়েঙ্গুপ লুচিংবা পোইরৈদবা পীবন। ইখোং মনাক অসিদা লৈঙম্বীবা অসিবু করি মুঙ্গীবু য়েংবিবা পুকমজরি নফম্নাংদা ঐখোয় ইচিন ইনাও (৩) না কুবিনি নখোচান।। কনানো নখোয়দি কদৌবা লাকপনো? নখোয়দি ঐখোয়বু থংলম্মি, ঐদি নখোয়বু খংবা ঙমদ্রে, ঐদি ইখোং য়েংবা লাকপনি ঐনা লাকপদদি ঈশিংবু কংনা লৈবম্মী ঐনা ইরাংমা লান্দুনা লমযেংলিঙৈদা মফম ইখং খংহৌদনা নোংতাখিবশু তৌখিদে, অতুবু ঈহৌবক্কুনা ইনাং থাংবশু লৈতনা ইমাই থম্না চেনগ্রে, ঐবু ইরান্দুনা চত্তবশু য়াদে ইয়ুম লৈবু য়োনবা ইরানবদা ফিবু চোৎকদৌরি, ঈশিং ইহৌবা অসিবু অমুক কংথিগদরা ইকংদবগা ঐ করি কমদৌনা ইরানশিবা রাখন্দুনা ঙহাক য়েংলম্লিবনি।। ময়ুম পীবা লুচিংবা ঐখোয় (৩) অসিদো ইচিন ইনাওনি ঐখোয়বু কোপ্পন লুচিংবিনবা লৈতবনা লুচিংবীনবা কোইজাইননা লৈথি লৈয়ে লকপনি ঐগী ইমিংনা (হাওকুপহন) কৌবনি ইনাওনি অনিশিদো অমনা (হাওকুপ শোরা) অমনা (হাওকুপতোন কৌই।। ইচিন ইনাও ঐখোয়বু কুবিও লুচিং শাফবা ময়ুম পিবনা ইরানবদা করি মুঙ্গীবু খ্বাংশেৎ ইচোৎ ইথুম্না ইরানগনি।। ইচিন ইনাও ২না পাম্বোম খুংফাং (তুলাইবু) শাজগে, হাওকুপতোনবু নমঙা শানা ঙাবিতুনা ইরানবিবা ওইবিও।। পাউশানা পাম্বোম তুলাই শাতুনা ময়ুম লুরাং খুম্বিববু লৈহাপ লৈফমহনতুনা ইরালহল্লে।।X

লুরাং খুম্বিবনা হায়,—হাওকুপহন নখোয় নচিন ননাও ৩' দি মোংবা ইরানয়াইদা পারি শক্লা নাওকোলগে, লুরাং খুম্বিবা ঐদো পাবি তানফংনঙমদবনি চন্নু ইচা ৭ পু তানফংলগা চাদাদনা লৈঙম্লবনি কোবৌ ঙসিদগী নচিন ননাও (৩) দি লুরাং খুম্বিবগী ইচানি। ইয়ুম লুরাং ঐগী ইশাই কোন্দা ননিং তম্না লৈঙম্মু।। হাওকুপ হম্না হায়জৈএ পম্থৌ ইপা ইবুংঙো ইরাল্লিবা ইখোং অসিবু ময়ুম পীবা কনাগী লম্ব্ ওইবনো? পারি হাওকুপহন নপা লুরাং ঐগী লম্মী।। অতুদি ইপাগী ইখোং ইরানফম অসিদা নচা ঐখোয়বু লৈজগে ইখোংবু লৈয়েং লৈশংবা ওইনা।। পারি (৩)না ননিং থুংনবা য়েংতুনা লৈঙমজৌ, অরাং পরম লৈঙম্বা পুম্বা নপা ঐনা থৌরাংতুনা থৌঙম্নবা থৌপুগনি।। কুবি নোংদম্বীতুনা মখোয় (৩)না ইরানবা থেন অতুগী মপান্দা শং ১

শাহনা লৈঙম্নবা থোরাং হোরে।। ময়ুম লুরাং খুদ্বিবনা ময়ুম শংলেন্দা থোঙ্গা লৈচংলক্কুনা লৈঙম্নগা অরাংপা মচাক মউ লৈহম্বা খিবিকপু পীঙমহনা মনিং তম্না মখোয় (৩ বু লৈহন্নে।।

## লুরাংলি ইখোং শোই নাপ্তুনা ঙাফাবা

লুরাং হাওকুপলোই মচিন মনাও তনা লুরাংলি ইখোং মপান্দা লৈরবদা ইখোং অসিদা মমিং খুদিঙ্গী লাইজ ইরোম্নংদা লৈয়েশিংনা শঙ্গ শঙ্গ অতৎ অথম লৈতনা শান্নহনা লৈবু উরক্কুনা ইন্নুংবুংদা লৈবা ঙাবু ফাগদবগী রাতান্নহনা ইখোং অহুবু শেনাপ্তুনা ইথিংলগা মচি অমদা ঈশিং ইখাই ইচেন ১ শেমহনা মচিন মনাও শনা তান্নহনা য়াইমবা হাওকুপ শোরান। ঙাবু য়াহনা ফানবা মশক ১ হাখন্দুনা শানগা ইখাইহনা ঈশিং ঈথারিবা মন্নুং অহুদা থাদরগা নাক ১দা চুক ১/ মম য়ুংলগা পুন্দুনা অহিং চুপা থম্মে।। ইন্নুং ঙাল্লগা য়েংলুবদা ইন্নুং-বুংদা লৈবা লেয়েবু মশক মরম ৫/১০ বু নিংথি চংখান্না মরাং কাইনা চংহনা লৈরম্মে।। লেয়েবু উবদা মপুক হরাও তম্নাম্বগা লোইনহনা লুরাং পিদা খুদ্বিংগী মফম্নাংদা পুরক্কুনা মাইয়োবথা ঙইনা কংলরে।। লেয়েবু উবদা ময়ুম লুরাং পিনা হায় পারি অহুনক কদাইদগী লোয়েনো করিতৌনগে তৌনো? পম্মৌ লৈখকপা পম্মৌ ঈপাগী ইকোল ইখোংদগী ফাংনি।। ইন্নুংবুংদা লৈহম্বা লেয়েবু কমদৌনা অশুক য়াম্বু ফাবা ঙম্বনা হৈদা। পম্মৌগী ইকেন লোয়ে য়াম্না চাহনা হুঙ্গং হন্দা চন্তুনা লৈববু কোরৌ খুদিং উহম্বদগী শিবু করি কমদৌনা ফাশিবনো রা-থন্নবদা ইনাও য়াইমা হাওকুপ শোরানা লেয়েবু ফানবা মশক ১বু শারগা লাইজা মুংদা থাদহনা ইখাই ইচেনবু য়াহনা থম্বদগী লেয়েবু লৈচংনমহনা ফাঙমজনি।। কমাই লেয়েবু ফাহনা থম্বা ঙম্বা মশক অহুদি কমদৌবনো উনিংহিদা ইপাদি।। লুরাং খুদিংগী রা তাবদা হাওকুপ শোরানা লুরাংলি ইখোং শোইফমদগী লৌবহনা লুরাং খুদিংবু য়েংহল্লে। মশক অশিবু হাওকুপ শোরাগী মপুক লুরাংদগী শাহম্বা হৈগোই মিংগোইদা ইচাদি মনিংদি বরি কৌরা? মশক্কি শাগোক্ত মহমম্নু উবে মমিদি লৈতমদরি পম্মৌ। বুইনি।। পারি ইগী ওন্নং লৈথাব-দগী শাখিবনি খননবা কুনম্নু খহেনবা মশক অশিদো শোবপা নিংহল্লসি অদু পারি শনা নপা ঐগীদনক্তা শাইগোকথা লৈচন ওমীন। লেয়ে অসিদি ময়ুম লুরাংদি চাদে মনিংদি লোইনী চাদা তোংনা লেপ তাইবং চৌ লৈহয়রবা মাইক শিঙ্গী মচাজাক্তি অহুবু নখোয়না পুরক্কনিনা পারি নখোয় ওদি পচাক্তাক হৈনা কোরৌ খুদিংগী চাজবা ওইহরো। পম্মৌ লুদিংবা মশক অসিবু করিবু চাংবু চাদনো? পারি (ই মক ক্রুংলৈম্না পুংমাইয়োল লৈবাক অসিদা পাল্লিবা ময়ুম পুম্বগী লুচিংবা পিনাদি তৌ কংলৈ পুংমাইয়োল কোবা নোংদম্বা কাইনা স্নাগী মথক্তা যমহনা অচৎপা চৎপা পুম্নমক্তা থৌঙম থৌয়ান্নখিবা খিবিকপু য়েংনা লৈফম থোয়ারিবা লৈফম শংহনা লৈঙম্নিবদি মঙাং এলুপনি। মঙাং এলুপমগী নোংদম্বনি খে য়য়ুম মঙাগী লাইরককচন্দা নামুং চিঙ্গাক চাদে।। খোয়য়ুম ৫গী থৌগন মঙমবু থৌপুবদা লৈচং নামুংগনি পুরুম থৌনি

থৌঙমোই হায়বগী পাম্ পুম্ শংলিবা লুচিংবা পিবানা শোক্কবা চীঙ্গাকপু লুচিংবা মাগী অশাই অশম ওইহনা লৈরগা লাইরমলেন্দা নামুংবা চীঙ্গাকপু করমবু চাগবনো হায়বগী ময়ুম ময়ুম এলুপকী পিবা ঐথোয়মক চাঙমদে॥ ময়ুম লুচিংবা পিবানা লেমৈবু শোক্কবনা ইয়ুম এলুপমক চানদে॥ থোয়ুম ৫গী থৌগলবু চংবা মায়োই হায়বগী অহুঙ্গীবু হৌ কংলেম্বী তমদা লৈবা ময়ুম এলুপমা পুম্মনা থরাই পানবা ঈ থোকপা মখৈবু তাইবং চীঙ্গাক ওইনদে॥ থোয়ুম ৫গী থৌগলবু ফজগে হায়বগী চাদবনি॥ পম্বো ইপা ইবুংঙো মাহং খজিবক কুবিনা তাজরে অহুবু থোংযুম কনানা চাব্রিবা, থোয়ুম কনানা চাদবা কুবিও॥ পাম্রি অহুম্মক তাইবং হন্না ঈ থে কপগুম থোকপা থরাই পানবা মশকপু চীঙ্গাক শোক্কবা থোয়ুম লাইমিংথোই ৫ বু লৈরিএ॥ মশক পুংাক,স লাইমিংথোই ৫মক্তগী শাথোক শাফোংখিবা ভাত্তনি॥ লাইমিংদি অমা হায়বা মাংফদবা (উংলো য়াইহিরেল শিদবনি) থাদোবপা বাইংবা হৈঙবা ২/৩ হায়বা শলাই-লেন অম্বা; হথেবেল (লাইঙৈবী)—(অতিয়া শিংবা, লৈশিংরেল লৈশুনবী) কৌএ॥ মরি হায়বা মশক্লা লাইমিংথোই অশিবা কৌএ॥ ১৩ হায়বা মশক্লা কোঙ্গম্মু থোকপা—পাবু থংবনিদো ৫ শিনা লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক অসগী থরাই ওইবনে, হকশু ওইবনি, চাবা থকপা তৌদনা তুম্বা মংংবশু লৈতে হায়এ। লেমাহৌবা নাই থোয়ুমশিংদো মচীঙ্গাক মনিং তম্বা ভাক্কনি থংগু তাকপী তুবিবে॥ ময়ুম লুরাং খুম্বিবগী পাউশাবু তানযংনহনা মায়য়োকথা পুঙ্গমকপা লেমৈবু হন্না পুরাক্তনা হাওকুপ শোইচাবা (৩ না মনিং ওন্না লেমৈবু নিজিন্নহনা শোয়যমহুদা লৈরে॥ শোয়যম্বু মচিন মনাও (৩)না লুবাং খুম্বিবগী মথমদা থাবৈ শরা শাহনা অহৈ অশিং শাহনা শোইনাপ্তনা লৈববু তুংনা থংহৌনবা লুরাং থাবৈ শোই) নিংহন্না শোইফমহুনা লৈর॥

## লুরাং চন্দু ৭ না শোইশংদা কন্না

লুরাং চন্দু মচিন মনাও ৭না তাংরে॥ লুরাং ইপা চাগী লুরা লি ইথোংদা লুরাং থাবৈশোই হাযনা নিংহন্না লেমৈবু লাইজ ইনুংবংশগী যানবা লৈফম অমা শেমহনা হাওকুপ লুরাং লোই অহুম্মা লৈং যাবংনা ইনুংঙ্গী লেমৈবু নোঙ্গাংদনা পুথৎপা থাঙ্গৎপা ভমদনা ফাওম্মি তাবদা লেমৈ ও চংবু থেংগুশি হাযনা হৌনহনা মচিন মনাও ৭পু শোয়বুংদা বুয়ারে॥ নোং কোরৌ অহুবু থাবৈশোই থমদা লেমৈ ১ যাওবা বুমক্তহনা মুমিৎ অহুমা ভাচৎ ইকাংনহনা লেমৈ ১ ফাওবা লৈবংদব॥ মথোয ৭না মপুক থোয়শাওব কোবৌ অশি ঐথোয়না লেমৈ য়েংবা লাকপবু লেমৈ ভাচং কহনা লৈবম্বা অশিদি ইকাই লংবা রানিদা॥ ফবে ইবুংলোইশা ঐথোয়না লাক্কনি হায়বা খংহনা লেমৈশিংনা থোঙ্গমহনা চংদবনে হায়ওল্লিবা অসিনদি ঐথোয় ৭পু শোইশং অশিদা য়াবেত্তনা লেমৈ থোঙ্গমকই থোঙ্গমক্কে য়েংবা তরে হায়হনা শোইশংদা অহিংহুমা

য়ারেক্তুনা লৈঙল্লে।। হাওকুপচক=হাওকুপতোন কৌবনা লুৱাং চম্নু তমফাদোনগা ২ না পাউনোই-নহুনা শেফমদা লেম্লে ঙাচংবু করি করাবু কমদৌবনো য়েংঙমশি হায়হুনা চংঙম্মি।। লেম্লেবু নিংথি চংথোম্না চংঙমহুনা মপুক হরাও তয়াম্না হল্লক্তুনা মুংশি মুংঙোন পাউনোইনহুনা নোংকোয়ৌ অহুগী অহিংবু মতম লেল্লে।। নোংঙাল্লে অহিঙ্গী কাইরগা অয়ুকী ঙাচংবু য়েঙ্গনি হায়হুনা ঙাইহুনা লৈঙম্মি।। মতম অহুদা পন্থৌ মপা লুৱাং খুম্বিবনা মমোম ৭ পু হংঙি।। ঐগী ইমোম ৭ পু ঙরাংদগী উঙমদে কদাইদবু চংখিবা লৈতবরা রাহংলে।। পলেম মমা কৌবরোল নামোইম্নু চম্নুনা হায়. "নমোম ৭ পু ঙরাং অয়ুকপু পন্থৌগী শোইদা কুমহুনা লেম্লে ঙাচংবু য়েঙ্গনি কুমখিববু হল্লক্তি।। উম, চংলম অসিদে নামুং থোঙম থোপুনৈদা, ইয়ুম লুৱাংবু নামুংনবা থোহৌনৈদা তাইবং এল্লুপমনা করিবু পাউশানগবা রাখন্দুনা তাথিরে।। খুদকঅহুদা ময়ুম লুৱাং খুম্বিবনা খোঙ্গু-ম্লক্তুনা থোয়েংলরে।। মমোম ৭ কা শোইশংবা (৩) গা ফম্মীন্নহুনা লৈববু উরে।। পন্থৌবু লাকপা উবদা মমোম ৭ পু শোইবুং মফমদা নাথৈহুনা লোংখ্রে।। থোরম্বু উবদা লুৱাং খুম্বিবনা চংলক্তুনা হায়, "পারি লাংলেন ৭ নপা ঐবু লাক্লগা করি নংবু লোৎপনো মুংশিদা অতম নারোত্তুনা লৈহৌ। চংলম নামুং থোপুবা মশক্তি নয়ুম নপাচাগী মরাময়াইদা লৈহন লৈচংলকপবু তৌযদে, ইয়ুম লুৱাংবু নামুং চংলম তৌ-ফদে, নঙ্গী নঙ্গী নথোংজান খোংলমদা তুংইন্না লৈথুং কমলেনবু তানফংনবা ওইঙম্ম্রো হায়রম্মগা ময়ুম শংলেন্দা হনঙম্মক্ল"।। পন্থৌ মপাগী পাউশা তাবদা ময়ুম লৈচংবা ঙমদহুনা শোইনাপ্পা মবুংলোই (৩ দা পাউদাক পাউশানবম্মগা কুকম চীংলেনগী ঔরাং থংবা চীং শা নাপোমগী নোংচুপ, কৌত্রু লাইথংবা লোক্তা চংহুনা মবুংলোই (৩) বু ঙাইহুনা মুমিং শিঙ্গুম ৭ নিবু নায়েহুনা লৈঙল্লে।। নোংমা লাক্কবরা মরাক্তা ঙাইবা ঙম্লক্তহুনা নারোত্তুনা লৈববু পন্থৌ পলেম্মা খংঙহক্লগনি অকি তুজুং ওইঙম্মা মবুংলোই শোইনাপ্পা ৩) বু মপুক তাথি নাওইবগা লোইননা নোঙ্গা খোংলম তাল্লক্লে।। নারোত্তুনা লৈরম্মি অহুন্নঙ্গীবু চীংলেন লোকশামবু ( লৈমরোং লৈপানচা ) লৈহুম্না লৈথল্লে।

লুৱাং চম্নু ৭ না নোঙ্গা খোংলম তাল্লকপা থেংগ্রুং চীংলেন য়ৌরক্লে।। কৌত্রু লাইলোংবগী মফমদা নোঙ্গা লমবু লৈনিরে।। ঔরাং কৌত্রুনা হায়, "ইশানো নখোয়না নোঙ্গা লম্বীবু লৈনিবদি নখোয় নচিন ননাও ৭ পু শুনা লৈহনবদি য়াঙয়রোই অমদি তাইবংলক্তা চাদ নাওদানা খুম্থোক লৈ তানা লৈঙমগদবা মশক অমম্বু তাঙ্গা হৈরু মিতমখ্রে।। ইরু ইহুন তাবনা তাইবং ফাওনদ্রিঙৈদা নোঙ্গা লৈফম লৈহংবশিবু ঐ; করম লৈতাক লৈথীনগবনো নামুংবা রানে"।। পাউশাবু তাবদা মচিন মনাও ৭না রাহংনবদা মনাও ইবেম্মা তমফাদোন্না হায়জৈএ, "ইচেম ৬পু নোঙ্গা খোংলম্বু তানফংলম্মো ননাওদি মতম খরবু লৈঙমহৌরগে, ঐবু য়াওঙম্লবদি নোঙ্গা খোংলম থোংহাং-লরোই"।। মনাও তমফাদোনগী রাবু তাবদা মচেম ৬না থংলহুনা মনাও তমফাদোনবু লাইমিং-থোই কৌত্রুগী মফমদা শিন্নহুনা থল্লে।। মনাওগী মফমদা হায়, "তমফাদোন নঙ্গী লৈফম্বু নচেম ঐখোয় ৬না থাক্তুনা থনমলে লৈহৌরো নংদি" হায়হুনা নোংদম রাখেনবা কৌত্রুনা

নোঙ্গা লম্ব্ লৈফাং লৈথিনবিদুনা অশিরোই চীংলেন য়ৌনা থিনবিদুনা নোংলোন লৈফম্ব্ য়ৌঙম্নবা চংহনগ্রে ॥ লুরাং চম্ন ওইনা শাথোক্ল্বী থরাইপিচা খোংজোম্ন্বী মচেম ৬না থরাইপিচা কাপুবা (৩) বু তাথিরে ॥ ঐথোয় ৭ লৈজবব্ ইশানৌ তমফাদোনব্ কাইহনবদি নখোয় (৫)না কাইনহনবনি হায়দুনা হন্নামক্তা য়েংদনা কাথৎলক্লে ॥ খোংজোম্ন্বী ৬না কাথিবব্ উবদা লুরাং শোইশংবা হাওকুপলোই (৩) না তুংথা মাংথা তান্নদুনা "খোইনৌ নখোয়ব্ ঙাইঙমখো নবুংলোই ঐথোয়ব্ হৈনা নতুং ইনঙম্লক্লে" পাউশানা থাম্বব্ য়াঙমদে ॥ লাইমিংথোই লাইলোংবগী মশাইকোন্দা লুরাং শোইশংবা হাওকুপচক = হাওকুপতোন কৌবনা চংলক্ক্না হায়জেএ ॥ ঔরাং কৌবা অশুপ্না লৈমাই খুন্দা অহানবা অয়োল লংজবব্ কুবিও নঙ্গী নোংদম ফালম্ব্ তেংবাংজবনি খোয়য়ুম কুবি হৈবনা কুবি নোংদম্বীদুনা চাদব্ লৈমুত্তুনা নাওদনবা কুবিও হায়না তমফাদোনব্ শিন্নরম্মগা ময়াম্বা অনিব্ ফংনবা খোংশানথিদুনা লৈমিন্নগ্রে ॥ তমফাদোন লাইলৈমা মকুম মথাব্ শুরদুনা নচানিপা ২বু তাইবং ইপোক্তা তানফংলে ॥ নোংদম্বা কৌরুনা মচানি থৌয়াদুনা পরম কাইদনা ঈবু মপাল থাবিরে ॥ মমিংবু অমনা (চকপা ঙাশাবা) মিংছল্লে, ঈশেং য়োৌঙমদনা চংখিদুনা নোংপোক উরাম্নগ্রে ॥ ১দি (হুইনহা) মিংহল্লে ॥ ঈশেংল্লে, চাকউম্নে, নাহুৎ লংফাই কুমশং য়ানবীদুনা কুরুম চীংলেম তাংঙা লাংওন পাথংবনা শাথোকপা মফমদা পুবিরক্কুনা মমাইবু ঔরাং পাংনা ঙাকহল্লে ॥ খোয়য়ুমশিঙ্গা শংলেল অমতদা তিল্লু ফম্বাল লাংমিন্নদুনা লৈবাক্কী অফ-ফত্তবু রাথন্নদুনা রায়েল থৌদা পুম্বা থৌপুহন্দুনা লৈবাক মন্না তপ্না খুঙ্গাও লৈচাওনা পাল্লে ।

কুমজাগী নোংকোরৌ ৩৬০ শুবদা কুমজা ১ শুবগী শিঙ্গদুনা তেংবানবগী মপুগী মফম্নাংদা মানা মানা তানফংজবা অচা অথকপু মায়য়োকথা লাংনদুনা হৈমল লৈমলবু তানফংনদুনা নোংদম্বগী লাইমিং কোলোইবু নীংশিংনা নোং কোরৌ অদুগী অহিংবু থৌরেম্নে ॥ ইম্নুং ঙাল্লবদা ময়ুম পুম্বনা কুমজা অনৌবা নোংকোরৌ অহৌবা মুমিৎ অদুদা তানফংনবা অনৌ অপেন হৈংলৈ মনা মশিং চেং হরাইবু মায়য়োকথানা সেত্রুক মৈখুলাং মৈশেং মৈরা লাংনা নোংদম্বা মপুদা লৈহুন্নদুনা মুংঙাই য়াইফ পুন্সি নিনদুনা তাইবংগা লাইগা অরৈ অরৈবা শেংন থাইনদুনা মুংঙাইনৈ ॥ কাইবিরোন মরু লনহাংঙম্বনা ময়ুম পিবা ৪গা লোইনদুনা (কোংবা লৈথোংপুংদা) কুমদুনা অচা অথক মায়য়োকথানা পুরুম লৈপাইনা লৈথোং লৈহাংদুনা মম্নুং অদুদা লৈঙম্লম্বা মশকপু য়েংনদুনা কুমজাগী কুবি নোংদম ইমা মালেম লৈমগী পাউশাবু য়েংলগা নোংদম্বা মরু মরিবদা পাউদমদুনা নোংদম্বা মরুনা লৈবাক্তা কুমজা অদুগী অরা মুংঙাই ফংলগদবা থৌরম্ব্ তাহন থংহন্দুনা পুক্লিং লৌশিং রাখম্লোক্না মুংঙাইনা পাম্নে ॥X

## খোয়য়ুমশিঙ্গা তাইবংগা নৌহোন্নবা অমুক তুল্লুখাইন্নবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৮০ নোংদলাই কুমশিং ৭২ চংবগী চহৌ শজিবু থাজদা লাইবা নহাবনা মাগী লালুপ খোঙবা মতম ওইদুনা থাজা ১গী চেংজেন পুদুনা খোঙ্গাম্লক্লে ।। অচা অথক্কী ময়োম্ব লাইশঙ্গী মপান্দা থনম্মগা লালুপ পুরম্বা মশানৌ ময়াম্বা লৈফম্বশিংবু উনগে চংলক্লুনা য়াম্বা মশানৌশিঙ্গ উনদুনা পাউশানদুনা ময়াম্বা মশানৌশিংদগী মাগী থৌওম থৌপুহৌগদবা পরম থৌরম্ব পাউরৌনদুনা লৈওম্মী । মতম অসিদা থুমন এলুপকী (লাইওম) ক্রৌবনা লোইশং মন্নুংদগী থোরক্লুনা ময়ুম খোঙ্গম্মগে লাকপদা ময়োম অদু উরে ।। কনাগী ওইরিগবা মফম চাদনা পোৎথমম্মীদা মাংখিদুনা তোক্করনি হায়দুনা ময়োম অদো লোইশং মন্নুং অমদা থাংজিন্দুনা কাচিন ওইনা তৌবা মফম অমদা থাংজিনবিরম্মগা ময়ুমদা কুমল্লে । ঙাইহাক লৈরগা লাইবা নহাবনা পোৎয়োম্ব লৌশিনগে থোরকপদা লৈরমদরে ।। লাইবা নহাবনা হায়রে অসিগুম্বা থংহন উহন্দনা পোৎপু লৌবা ঙম্বদি খোয়য়ুম নখোয়তনি নখোয়না লৌদনা কনানা লৌবিনীংঙাই লৈতে ।। ঐগী ময়োম অদুদি থাজশিমা চান্নবা পুরকপনি পীরম্মু হায়না খোয়য়ুম শিঙ্গা থৎনরক্লে ।। লোইশং লুচিংবা য়াম্বশিংদা রাকংলে ।। য়াম্বা লুচিং থৌয়াংবা শিংনম্মু 'চুম্মি লাইবা নহাবা অসিগুম্বা পোৎ মরৌ অসিদি খোয়য়ুম মখোয়তনা থাইনৈঙদগী মখোয়গী চৎলম ওইনা তৌঙম্লে, লোন্না উহন থংহন্দনা হেক লাক্লুনা মীবু হেক ইম্বুবা য়ৈথাই থিনগাইবা চৎলম অসিদি নখোয়তনা তৌঙম্লকপনি" শিংঙু হায়না রায়েল্লে রায়েনবু য়ানিংদে হায়দুনা খোয়য়ুমশিংনা মৈতৈঙ নোংদলাই কংলৈপিবা লুচিংবগী মফমদা রাহোম্লে ।। মৈতৈঙনা হায়এ', "খোয়য়ুমশা নখোয় ঐখোয় পুম্বনা কোইবংশিঙ্গী মনিং থুংমবা থৌপুনসি রারেপ প্রদো মখোয়গী মনিং থুনবা অচুম অরানবু লৈথি লৈয়েন্দনা শিংনবা তৌঙমসি" রায়োইনদুনা খোয়য়ুমশিংনা থাইগৎনদুনা শিংলে ।। থাজা অমা ফারবদা থুমন এলুপকী লাইঙম্ব মাগী লাল্লুপ খেংলম্ব থোক্লুনা খোঙ্গারকপদা থৌরম্ব তাদুনা শংলেল অদুগী কোচিন্দগী পুখোক্লদুনা "মফম চাদমা থনম্বা অদুদা ঐনা লৌশিন্দুনা থম্বীরম্বনি খিনবদা খণ্ড্রবোইরে কোচিন কোইয়া য়ৌনা লৈথি লৈয়েংনদেদা" হায়না পাংশাদুনা পীঙমলে ।। থৌদোক রাথোক থুদিংদা খোয়য়ুম লাইশংদা ফম্মিন্নবা মথৈদা রাতাবিদুনা লাইগা তাইবঙ্গা যম্মিন্নবা রারে ।। (লাইনিদম্মা হায়বা, কোচিন কৌয়া ঠৈথুংদে) হায়বা রাহৈ থৌরম থুদিংদা খোয়ুমশিংদা তাইশিনবা রাহৈবু থৌহৌনদুনা খোয়য়ুমশিংবু তাইবঙ্গা পুন্না ফম্বে ফম্বা ঙম্লক্লদুনা মৈতৈঙ নোংদলাইদা রাহোম্মে ।। মৈতৈঙনা খোয়য়ুমশিঙ্গী থৌকা লৈযম্নবা শংলেন ১ কংলৈপুঙ্গী ইম্নাংমা কৌক্রু লিক্লম পাংবদা (লাইক্লম শংলেল) হায়বা শং ১ শাদুনা থৌকা লৈফম্নহল্লে ।। হোগাইবী লমজেনথোঙ্গী ঔরাংদা চৈরাক হায়বা শং ১, মথা থংবদা কারোং হায়বা শং ১,

শাহ্নুা চৈরাক শঙলেন্দা মুবোং খুম্বিনা লুচিং থৌপুনা ফয়ে ॥ কারোং শঙলেনদা অঙোম পীবা পুলৈ্লোম্বনা লুচিং থৌম্নাংনা ফম্ব থৌপুরে ॥ ( কুচু শঙলেন লৈরোই শঙলেনদা ) মৈতৈঙু কংলৈ পীবা নোংদলাই পাথংবনা নোংপোক চিঙ্খৈ মরু অচিবনে, থাংজিং কোইরেল্লাইর্মে, রাংব্রেন্নে মঙানা লুচিং থৌপু লৈফম্না লৈরাকি য়াইফ কুবি নোংদম্না ফয়ে ॥ থৌরম খুদিংব্ু লৈবাক্কী য়াইফনবা থৌরেং থৌথিনা নোংদম মরু তাংঙখা মব্রিবনা পাউদাক পাউশানা শিন্বা নোংদম্বু পাউশাবিত্নুা তাহন থঙহনবিত্নুা লৈবাক মরা অপ্পা লৈপান্নে ॥

## পোইরৈতোন থোনকাং অতোনবনা লাইনিং শাথুপ্পা

মশু খুম্বিবনা লাইরম চংলম লৈথি নোংদম থৌপু লৈফম্বা লুচিংবা ওইত্নুা চৈরাক শংলেনবু লৈপ্পু লৈফম্নবদা মপুক হরাওরে ॥ "পোইরৈ ঐগী চাদোন শুংদাম্না মৈতৈ ইপা চাগী লাইরকচন চংলম্বু নামুং চংলম থৌপুনরক্নুা মাংখিগব্রা হায়বগী থৌরেংত্নুা ঐবু লৈবনি ঐগী শাথুপ্পা ইতম্বু লৈং-হেনগ্রবনি পুন্সি ইপুন্সি হরু হুংশাংমল্লসে, মসিদা নোংদলাইগা লাইসনাগা অনি অসিনা তাইবঙ হুংঙাই য়াইফংনবা থৌপুনবদা ময়ুম য়ুম্বানবগী লম্লাংবু থৌপুনখিদরে, মসিবু ঐবু কমদোশিবনো, মথা নিংগী নাওদা অমদি শোয়দনা শাথোক্লকখিবনি মসিদা ঐবু অমুক লৈথিবিরকখিনিদো, মতম অহ্ ঙাইবা ওইনা ঐবু লাই নিংত্নুা থাংঙম্বনা ঐগী অতোংবা পরম্বু থোকঙম্লনি" খন্দুনা করি কাবা ১৩া তাকঙম হায়ঙম্বা তৌদনা থা পাংনা কুমথখিত্নুা নোংদম্বা থোয়যুম অথোইবা উংলৌ য়াইবিরেন শিদববু লাহমিং শিংথেক শিংথানা থাগোন্দুনা লৈঙমগ্রে ॥ মফম অহ্বু ( পোইরৈতোন লাইনিং খুম্থোকফম ) মিংহুম্না পুরুম লৈপাইনা লৈঙয়রে ॥ মতম অচুদা ময়াম্বা থম্বায়েন্না তাবা থঙলত্নুা পোইরৈতোম্না লাঙ্গবু নিংত্নুা থুপগ্রবদি ঐবু লৈঙম্না মতমদি নত্রেদনা ঐশু লাইনিং চংলম তান-ফংলগে হায়না রাথল্লক্নুা কনাবু তাক্নুা থুপগ্রে ॥

## লাইমিংথোই পোইনাওতানা য়ুমথোং খুদিংদা ফম্বালবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৮৩ নোংদলাই কুমশিং ৭৫ চংবগী ইঙা থাজ ১৫ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিংকী যুংথক থানবা মতমদা লাইমিংথোই পোইনাওতা শিদবনা শাথোরক্নুা কুচু শংলেন্দা চংলক্রে ॥ লাইমিংথোইনা চংলকপা উবদা মৈতৈঙু নোংদলাই পাথংবা, চিঙ্খৈ মরু অচিবা, বৌক্রু অচিবা, কোইবেল্লাই থাংজিং, রাংব্রেন মফম্লাংদগী হৌগংত্নুা অশাই অশমগা লোইননা মায়য়োক থানা ওত্নুা শম্বাং লৈফমদা সনা তাংবন ফম্বী = খুদা লৈহন লাংলে ॥ লাইমিংথোইনা ফম্বাল্লবদা নোংদলাইনা হংজেএ, "মঙ্ক লাইমিংথোই কুবি নোংদম্বীরকপা অসিবু হরশু হুংশাংমল্লে, কুমজা খুদিঙ্গী নযল্লাংদা থৌনিজবা অসিবু রাংলিদা নোংদম্বা অসিবু কুমজা কয়ম্বদবু ইয়ুম লাইবু ওইজনা লৈ-মিন্নববু তানফংনগবনো ? মৈতৈঙু নঙনা ঐবু নযুম লাইবু ওইনা থম্বীগে নোংদম্বদা ঐবুদি নয়াথংগী থৌঙম থৌপুবদি মওইবগ মসিদা ঐনা লৈঙম্লবদি থোয়যুম মম্বিগী যম্বী খুদা লৈতমদববু য়াঙমদে, নঙনদি ঐবুদা মবৈযু হায়বসিদা ঐবু ননাক্তা লৈঙমগে হায়দবনি । লাইমিংথোই থোয়যুম কনা কনাগী

ফম্বীনো নয়াথংবু থৌপুনা লাংজগে লাইমিংথোইনবু ইয়ুম লাইবু ওইহন্না লৈবিববু কুবি নোংদম্বীরবদি মৈতৈঙ্ খোয়য়ুম কনাগীবু ওইগবা অমদি (র) লাইয়েক্কি লৈফমদি কারন সনা য়ুম্বীগী খা থংবা ফক্তোমদ নিদো ; মশক্তি ইনাওনি।। ২শুবদি (রো ঃ লাইয়েক্কী লৈফমদি উরেপ উয়ুং লৈপাক ওরাং থংবা য়ুম্বী–রেনগী লোইখোং ২শুবগা ৩শুবগী মরক কারনগী রাংথংবদনি, মশক্তি তেংবানবগী ঈমানি ।। অহুম-শুবদি ( হো ) লাইয়েক্কি, লৈফমদি শম্বোং সনা ওকচীনগী ওরাং থংবা (সনা ) ওকচিন উথোকতেন্দনি, মশক্তি তেঙবানবগী মপানি ।। মরিশুবা পূঙ্গা লাঈক্ক লৈফম্মি, মশক্তি হোরোশো, সোহোরো, রোসোহো, সোহোরো, রোহোসো লাইয়েক লাথুপ লারৈবু ওইঙমলীবা লাই থমলেন চৈশিং শাদম্মা লাইয়েক ৩৫ না স্না হকপু ওইঙমহুনা লাইয়েক ১১না য়াইবি শিদববু লৈহাও শাথোক শাকোংলকপা তেংবামববু পোক্লেন শাৎপা মহাক নহাক ঐহাক কৌবনি ।। ৫শুবদি (শো) লাইয়েক্কি লৈফমদি শম্বোং কাজাওগী সনা ওকচিনগী য়ুম্বীদনে, মশক্তি মশক মওং অমবু লৈঙম্মিবা মথৈদি লোইনহুনা লৈশংহুনা লৈঙম্মিবা মশক্তি থংঙ ।। নম্নাথংবু থৌপুনা শংলেন শাজগে খুদা ফম্বী লৈথানা লৈপুন থৌখল লাংববু কুবিও ।। মৈতৈঙ্ নয়াথংবু থৌপুনা ঐবু ( লাংবন থাজগী নিনমা থাজ ৫নি পানবা নোং কোরৌ নোংমাইজিংগী ) অহিং য়ুংথক থানবদা চংঙক্তুনা লৈঙম্নবা খোয়য়ুম য়াইবিরেল লাইমিংথোই মরিবু থেমথোক্লবা ঐবু খোয়-য়ুম চীংলেন্দা চৎলগে লৈঙমহৌরো খোয়য়ুম পুম্বস্থ পাউত্রাক্লগা হায়রম্মগা হনথ্রে ।।

লাইমিংথোইগী কুবি নোংদম্বু তানফংলবদা মৈতৈঙ্ নোংদলাইনা নোংদম মরু তাংঙথা মরিবগী মফম্মাংদা রাহংজহুনা ইংঙেন থাগী ৩নি পানবা লৈবাকপোকপা সুমিত্রা লাইমিংথোইগী শংলেন শানব-গীদমক্তা উরেপ উয়ুং তমহুনা শাবা থোংপা, য়েকপা থোংপা পুম্ববু থাজ অহুগী মন্নুংদা থৌরোইহুনা থম্লে । মতুং থাজবু লৈরাম্না লৈথম্লে, লাংবন থাজবু লৈপান্দুনা নৌহৌনমা অমুক শেম শানা তৈ থোক্তুনা থাজ ৫নি পানবা নোং কোরৌ নোংমাইজিংগী অয়ুক্তগী মৈফুবু মালেমদগী খুবোম অমা রাংনা শেমহুনা লৈ-থোল্লগা নোংলেনদগী থাগোন থাকৌনা ঈশাইফু ঈরাংনা নোংথৌ থকখনব লৈথম্না ফম্বা খুদাবু লৈয়েক লৈথানা লাইমিংথোইবু লেংলকপদা মায়য়োকথানা ইরাৎনবা থৌরাং থৌহৌরক্লে ।।



ঈশাইফু — কুম্ভাদা মৈফু শেমলে মমাংদা ফম্বীবু য়েতুনা ঈশাইফু থিম্না মৈবু লাৎপা হৌরে ।



শ:ষ্কাংদা পোষ্টমাওতাগী খুদাবু য়েংক্লে।



পাথংবগী খুদা — কাক্কম ক·ত্তোমগী ময়া ওবাং লোমদা সনা·কোজম্নাংবা পাবু খঙবগী ফগী কানো থাকে মাম্লোকথা অথেনপোাং লেমতুনা থমজে ॥



অতিয়া মরু শিদবগী - শস্থোং কাগী শংকাপ ওকচিনগী মমাং থংবগী মফমদা ফম্বা থারে




লৈমবোল কমথোন ৭ থুদ। — লৈশিরেনগী ফম্বী খুদাবু লপমান কাগী মাং থংবা ফুঙ্গাগী নমলোন ফক্লাং ময়া নিংজোল কাগী উখোং অতেনদা ঙশুবগা ২গুর-গগী মবক্তা থারে ॥

উংলৌ য়াইবিরেন শিদবগী খুদানে ময়াইদা উংলৈহিংফা লৈকাওএ হ্রুং নোংলুম ॥ ও স্মা মুংহম্নু নোং স্মা মনিক খোম্বী, স্মা খমজেংখম ইগনি ॥



সম্থোং স্মা ওকচীন্দা লাইমিংথোই পোইনাওতাগী খুদাবু লৈয়েক লৈথানা খোয়য়ুম পুম্বগী চেংবা মায়য়োকথা হৈফাং চংথোকপা, হৈশাং রাইকুইবা, মনা মশিং অথেনপোং, হৈ-লৈ, চেং থোইদিং, তিংথৌ থোরাংনা থমজুনা মৈবু থাকোনা লৈহুল্লে ॥ নোংদম মরু মরিবদা লাইমিংবু থাগোন লৈপাইনা লাইশোল্লে, ইশাইফুদা ঈহৌরোন ৯ থাকৌ লৈথমলক্লে ॥ উং চিরি ওরা, উংচি-থম ওরা, উং চিবাক ওরা, উং চিরিং ওরা, উং চিতকওরা, উং চিসোওরা, উং চিলাওরা, উং চিথা ওরা, উং চিথুম ওরা হৌফল্লো ॥ ও হে ঔরাং ঙাকপা শামু মংকোক পানবা কোংশজুংবা ওরা ॥ ওম মুংবা মহারাবা ওরা ॥ ওম লাইথুংলোংবী ওরা ॥ ওম হ্রুং হ্রুং কোয়ৌহনবা ওরা ॥ ওম ঐং ক্লুং ওম থাজ পাখংবা ওরা ॥

মৈবু লৈহুল্লে মৈহৌরোল ৯ বু থাকৌ থাগোল্লা উং মৈমুংশং ওরা ॥ উং মৈতরংঙাং ওরা ॥ উং মৈঙান তুহীং ওরা ॥ উং মৈঙানতুঙান ওরা ॥ উং মৈশংতরেং ওরা ॥ উং মৈকেমুবী ওরা ॥ উং মৈহীংশন ওরা উং মৈমিংতরং ওরা ॥ উং মৈশংবাওনু ওরা ॥ লাইমিংবু চাল্লপ ১গা নিপানবু মশিং শিংথক-ঙমদনা লৈহুন থাকোনরক্লবদা থাংবা মাঙমলক্রুহুনা অতিয়া মরু শিদবনা হংলক্লে। "পারি লাই-মিংথোই নঙমদি ওইঙমলে অহুবু পারি নংদি য়ুমথোং পুম্নমক্কী মপুনিনা শাথোবখিবদি মমানিদো বনিংতম্মা খোয়য়ুমনিনা, খোয়য়ুম (৩) দি নতুং ইলহলনবগী পারি ইচাদা ক্ষমলেন অহুক তম্মীবতনি তাইবঙ্গা শকথেংনবা শকউনবা ঙম্বা খোয়য়ুমশু ন ত্ত অপাম্বা লৈফমদা থুপচন্না লৈজংনিদো নশা-নৌগা নচিন ননাওদি শাথোক্লিংবদা শাথোক্কনা তাইবংবু উনবা ঙম্বনিদো মতম অসিবু তাক্লমদ-বরা হায়রমদবরা নোংদম মরু কৌক্রনা তাইবং শাথোক থরগা অশুক লৈহক্লা কৌববু কমদৌসিবনো লৈঙম থাংঙমদরে" মাইমিংথোই পোইনাওতানা হায়, "মরু নোংদম নয়াথংবু থৌপুনা নপারি ঐনা কোয়ৌ অসিবু শাথোক্কনা নোংদলাইগী মশাইকোন্দা লৈঙম্বদো থোহৌরগে হায়ঙমলম্বনা নোংদম মরু তাংঙখা মরু মরিবনা মাগী মথৌ মঙম তৌফমথোকপা তৌবনি অহুবু মরুগী কুবি নোংদমু ঙাইঙ্গরি নচানা" ॥ লাইমিংথোই ইচানা থোয়ানা নোংদম্মম্বদি তাইবংলক্কা শাথোক্কনা

নঙ্গী ঐগী থুবম্বু লৈলিংহূনা তাইবংশিঙ্গা লৈমিন্নবা থৌহৌদবা য়াদ্রে কৌরো অসিদগী অহুদি ইমোইন্নু লৈশিরেল পারি ইচা লাইমিংথোইবু তাইবংলক্তা থুবম লৈথানা লৈমিন্নববু কোরৌ ঙসিদগীবু শাথোক্লনি নোংদমলে কম্নদৌসি হায়বনো ? মরু পারি ইচানা শাথোক্তুনা তাইবংলক্তা লৈঙমলনি নোংদমলবদি পারি ইচাগী হৈনা তুংইন্না নদাইরেনশু তুংইন্না লৈঙম্বদো মাউঙম্বা তারে পারি ইচা মথন্তা করম্নবু তাইবংলক্তা থমগনি মশিদা লমজিং থৌপুবা নোংদম্বা তেংবানবা মপুবু বাহোম পাউতাক্লরবরা মরু ? অহুদি লৈশিরেল নথৌ নঙম্নি মহূবু ঐথোয়না ঙম্বা ইঙমলা ইবেম্মা নঙ্গী কুয়োম্নংনিনা থৌরম্ব লৈপন্না লৈথমলম্বদি ঐনহুম ঙইরিবোইরে অহুদি মরু শিদবব কদাই লৈফমদা লৈরিগবা বাথন্না খোয়য়ুম চীংলেন্দা শাথোক্তুনা (থারোন লোক্কী) খাথংবা চীংমাইদা মমায় (লিক্লম কৌক্র পাংনা) খোয়য়ুম (৩) না ফম্বালব তিলু লৈথানা লেপ্তুনা (মহাক, ঐহাক, নহাক সো হো রো লাইয়েক্কী মশকপু শাদম্না লৈঙমহূনা মরু শিদবব লৈথিনা য়েংলকপদা নোংদম মরু উংলৌ য়াইবিরেল শিদববু খোয়য়ুম ৩) গী মমাংদা শাথোক্লক্তুনা লাইমিংথোই খোয়য়ুম (৩) মক খোয়য়ুম নখোয়বু ঙাইহূনা লৈবনি তাইবংলক্তা ঐগী থুবম মাংলমদা লৈথমগে থৌরাংবা ঐগী হৈনা তুংইল্লা চংচমলসে থৌহৌনা নোংদম মরুনা মাংদা লৈশিরেন্না মথংদা অহুমশুবদা অতিয়া মরু শিদবনা, মরি শুবদা লাইমিংথোই পোইনাশুতা লাইশিদবনা তুংইন থৌগন্না খোয়য়ুম চীংলেন্দগী লাক্লে ॥

## খোয়য়ুম ৪না খোঙ্গ খোংজংলক্পা মায়য়োকথানা থৌঙাইবা

মৈতৈঙ নোংদলাইনা লমথোং খুদিংদা লফু চু য়ু হূনা ইশাইফু ১/১ মম থাঙম্না মেক্রুক মৈথু লাং মৈশেং মৈরা থান্দুনা খোয়য়ুম ৪ বু ঙাইঙম্নক্লে। মালেম অতোনববু লৈরাংমদা শিম্বাথরে থাজা তাঙরোইলাইনা নোংদম শৈশিল্লে ॥ অশাই অশম পুম্বনা মথুঙা মৈরা মৈশেং পায়হূনা লমথোং খুদিংদা লৈঙয়ে, খোয়য়ুম ৪বু লৈথুংলহূনা নোংদম মরু মরিবগা লনহাংঙম্বা মরুগা মৈতৈঙ নোংদলাইগনা খোয়য়ুম ৪বু মৈঙক্লহূনা থেমনৌমা শংলেন লাইশংদা পুশিল্লে ॥ কারন লৈফম লৈথুংবদা নোংদম মরু মরিবনা হায়, "মৈতৈঙ কংলৈ পিবা নোংদলাই লৈফম অসিদা অহুক লৈঙম্বীথো" লৌখামহূনা নোংদলাইবু কারন ফজোম ময়াদা লৈঙম্লে ॥ লাইরু লৈফমদা নোংদম মরুনা লাইমিংবু (উংলৌ য়াইবিরেন শিদবা) কৌবগী মফম্নাংদা লৈহল্লে ॥ উং লৈহিংফা লৈফা ও-য়ে হায়না লৈকক্তুনা ফম্বাল যম্বী খুদাবু লৈহন্দুনা লৈফমহল্লে ॥ লপলেন কাগী রাংথুংবা ফুঙ্গাগীশু রাংথংবা ফক্লাং উখোং অতেনবা উয়েপ উয়ুঙ্গ পাঙম্নিবগী উখোং অতেনবদগী অহমশুবগী নোংচুপ পাংবা ৎশুবা উখোংগী লোম্নবা কারক্তা যম্বী খুদা লৈয়েক লৈথারিববু লাইমিং লৈশিরেন লৈপুনবী) গী মযম্নাংদা ঙম্না মুহেম্নু নোংম্না মনিক খোম্বী ইমা নঙ্গী ফম্বাল যম্বী লৈফম্নী লেংশিনবিও লৈহল্লে ॥ শম্বোং ওকচীনগী উংথাক্তেনগী

মখোংদা ফম্বী কানো লৈথাবা লৈফম্বু লাইমিং অতিম্বা মরু শিনবা কোমবগী লৈফমদা (ওম শল্লাইলেন অমম্বা) নঙ্গী খুদা লৈফম্নি লেংশিনবিরো লৈহুল্লে ॥ শম্বোঙ্গী লোইথাং মশা ওকচীন লৈপুবা উখোং অতেনবগী মখোংদা ফম্বী কানো থাবা লৈ ম্বু লাইমিংথোই কৌবদা 'শম্বোং মিংথোইনা নোংলাইগী মমুংদা লৈরিঙৈগী লাইমিংবু উংঙা হুংঙা হংঙা কৌবন নঙ্গা খুদা লৈফম্নি লেংশিনবিরো'' লৈহন্দুনা ফম্বাল্লে ॥ খোয়যুম ৫না লৈযম যম্বাল লাঙ্গদবা লৈযম্বু লৈতেংবা লোইহুনা নোংদম মরুনা হৈরাং লৈরাংনবা লৈঙমলিবা মশক পুম্বা অনৈ চাজ থাউতন লৈঙম্বা পুম্ববু ওম হৈ ওম হৈ ওম হৈ, হারুং হারং হারুং পাউশাদা উহৎ লৈরাং নাগা নাপীগা শিংবীপা মুংকেং পাংকি ঈশিংদা লুপ লুপ্পুনা খিকপেং ইচাইথোক্তুনা খোয়যুম পুম্বদা লৈহুন তমলে ॥ ফুঙ্গা লাইরু লৈফম্বা লাইদা উংলো য়াইবিরেন শিদবা উং লৈহিংফা লৈকা ও-য়ে ওবা, মেরুবা লাইমিংবু তেংবানবগী মপুরেল কুং নোংলুম ওবা ॥ লাইশোম্না লৈঙম্বা পুম্ববু লৈশিন্নহুনা লৈহুল্লে ॥ হৈমল লৈমল অথেল লুকমানবু খোয়যুম খুদিংগী এলুপ্পুনা লৈহুম্নবা থৌপুরক্লে ॥ লৈশিরেল লৈপুনবীদা লৈরাং উহৎ শেন্দাং মখা শাবা ১৮গা লোইননা (ও মা মুহেম্নু নোংম্না মনিক খোম্বী) ওবা ॥ মেরুববু ওম পোকপীতু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ ওবা ॥ অতিম্বা মরু শিদবা ও মা থমলে থাং ওবা ॥ মেরুবনা হুম শংবুমলেন চিং পিং খিকববা ওবা ॥ লাইমিংথোইদা, শম্বোং মিংথোইনা নোংলাইগী মমুংদা লৈরিঙৈগী লাইমিংদি রুংঙা, হংঙা কৌবা ওবা ॥ মেরুবা লাইমিংবু ওম হো হিক য়োহিক শোহিক মোহিক মাঙান তরংবা লাইমিংবু মো কৌবা ওবা ॥ কারনগী থাঙেন মথাগী ফক্তোমগী মম্বাদা লৈপাই লৈহুল্লে ॥ পা-বু থবা মা কোক্সিল্লাংবা আঙ্গি মোংহে মোংহে মোংহে হুম হুম হে হে খেচাক ওবা। মাই চিংথৈ ওন্দুনা মবনা ৭লক লাই শেন্দুনা হুপ মন্তোম ৭, তিংথৌ মপোপ ৫ চেং খুংনা খোকপা ৭ পু লৈহুনবা লোইহুনা নোংদলাই পাথংবনা মাই শম্বোং ওন্দুনা পাউশাবা ৭লক পুকম্না থাগোন থৌনিরম্ন ॥ ( লিক্লা পুলগী মমুংদা ইবুধৌ ইবুংঙোনা চোংশিনবদো তুংইঙ্গাগে ঐবু থাদোকপীগম্নু ননাই ঐবু ইবুংঙোনা শিনবা লৈযম অহুদা য়াওজগে ঐগু তিঙ্গাগে কোরৌ ঙসিদগী তিঙ্গরবনি থৌজানবিও ওবা ॥'' পাউশানা লৈ-পাইহুনা খোয়যুম ৪গী খুবম্ব থানা লৈথমহুনা মযুম লাইবু ওইজনা থৌগনজরে ॥X

লাংবচক্কা কুমশিং ৩৭৮৪ নোংদলাই কুমশিং ৭৬ কী
চাহৌদা ময়ুম পুম্বনা পাউহোম্না

মৈতৈগু নোংদলাই পাথংবা কংলৈ পিথা লুচিংবনা লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবা অশিবা কৌববু লাইমিংবু (মহি মহি মারেল শম্বোং লৈফম্বা) মিংহুম্না খোয়যুম ৪ গা লোইনহুনা খুনম্বা লৈথা লৈথনহুনা ময়ুম লাই ওইনা লাঙুনা থৌগম্না লৈরে হায়বা রাবু ময়ুম এলুপম্না পুম্বনা তারহুনা নোংদলাইগী মফমদা পাউহোমহুনা লাইমিংথোইগী থৌগলবু ময়ুম লাইবু ওইনা

লৈথমহুনা থোগনবু তানফংজগে নোঙ্গাংদনা পাউহাম থোনিরক্রে ।। মৈতৈঙু নোংদলাইনা লৈবাক্লা পাউহোম্ববু তাঙম থাংঙম্না লৈবা ঙম্লক্রে তাইবংতগী যাইফনবা থোপুগনিঙ্গু হায়রে থোরমসি কমদৌশিবা মপুক লুম্নাংবু অৱাবা ওইনা লাইমিংথোইগী মফমদা চংলঙ্মা পাউহংলরে ।। লাইমিংথোইনা হায়, নোংদলাই ঐনা য়ুমথোং খুদিংদা লৈবগী রাপম্ব ঐদি লৈফম খুদিংদা শিন্থুংনা লৈগদবনি অহুবু ইশাদি অওনিনা তাইবংশিংগালে ইনহুনা মুমিং খুদিং উনহুনা পাউশানবদি লৈমি ন্নবদা য়াঙম্নরাই তাইবংশিং অশিদো নোংকোরো খুঙ্গী মপুক লুম্নাং হৈশিংবব লৈহেনহুনা মথোয়গী থৌনি পাউশাবু নোংদম্নবা থোপুববু থৌঙম থোপুবা ন্নাঙম্নগদবনি অহুবু মথোয় খাইগী মনিংবু থুংনবা ঐগী খুবম্বু য়ুমথোং খুদিং ন্নাওনা ময়ুম এলুপমগী লুচিং লুচিংবগী লৈফমদা লৈথুনবা য়ুমথোং খুদিংনা ঐগী খুবম্ব, য়াজনবা ঐগী ইশকপু শেন অহিংবনা শেম শানা পিরো ।। ঐগী ইশক লাইয়েক্তি শ্রাংনি, শ্রীং গ্রীংনি, ক্লংনি, শ্লীংনি, হ্রীংনি, রীংনি, লাইয়েক ৪৬ পু ঐনা ওইবনি অরেপ্পদি (ক্লং শ্রীং ব্লং) ঐনি বো হো সো কৌবা লাইয়েকস্থু ঐনি ।। ঐগী লাইমিংবু ওম নীয়ানলেন মীয়ালতীং অযং অফা (ওম বৃংনে, রাং হোরিং হো রো রিং সো হো বো) লাইয়েক ১১ শিমন্তু ঐগী ইমিংনে ঐনা লৈবা লৈবগী ইথৌ ইঙম্না ইমিংনো ।। ঐনা নঙ্গী নফম্নাংদা লৈবা অসিবু তাইবংনা মপুক পেনঙম্ন রাই ঐগী ইশকপু শেন অহিংবনা মিতম্না তেংবানবনা থৌঙম থোপুনবা পুম্নমকপু থোয়েং থোয়ানা লৈবৌবা য়াবগী খুংঙংবু মীতম্ব, ফম্বাল লৈফম্বা ওইনা শাদমহুনা ঐবু লৈশানা থম্মো ।। নোংকোরো ১গী মন্থ দা মতম ৩, থম্না পাউশানশি ।। ন্নমিদাং কোলুপকী মতম (৩) অমনা শক উনহুনা থৌঙম থোপুনরশি নঙ্গা ঐগবু মিকুপ নাঙুম হাংদনা পাউশানা লৈফম্ব'শ তোক্লসে ।। ঐদো ন্নাঙাংদবা মিতম্বা থোফয়ুমগী মশক ওইনা লৈবগে তাইবশিঙ্গী মনিংবু থুংনবা শেম শানা লাইয়েক্তুনা পীঙম্নবা থোপুঙ নোংদম্নে । নোংদম্ব ফংলবা নোংদলাইনা নোংদম মক মরিবগা তাম্নহুনা ময়ুম য়ুমথাইদা অঙোম লোংজম্বা লাই-শাবগা ময়ুম মোইরাং থৌনাইবগা ময়ুম খুমন শাংপা কৌবগা ময়ুম।৩ বু কৌহুনা লাইমিং গোতস্না মহিগী মশক ১বু মিতমহুনা) শেন অহিংবনা কোল্ল, হৈহুনা শারে।। মতুংদা শেন অহিংবা মচাক অরেম্বনা লাইয়েকপু লৈযম অমদা শ্রীং দা গ্রীং যম্বা খুদাবু চিথেক ৪ নাইনা শেম্মগা শেনমাইদা ৩৩ কানোক চুল্লন ৩ বু ফানা থম্লে ।। লৈশিরেন লৈপুনবী তেংবানবগী মমা ওইবীগী মশকপু লৈত্তাক্লা পিনবা (ইশাইফু) বু মশক নাইদনা শারগা মনাইগী মবুক্তা আঙ্গি ইঙাল্লৈশাবব কানোক থানা লৈহেন্নগা থম্লে ।। এলুপ শখাই পুম্বদা পীঙম্নবা লাইশকপু শেম্বা শাবা পুম্বা লাংবন থাদা থোরোইহুনা লৈবাকী লৈঙম্নিবা এলুপমা পুম্বদা পাউজেন্দুনা থংহল্লে ।।X

## লাইমিংথোহ স্নাগহিবু চেংহোংবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩১৮৪ নোংদলাই কুমশিং ৭৬ কা মেবা থাজগী ১২নি পানবা য়ুমশাকৈশা মুমিংকী অয়ুক্কা কোলুপ ৭ তাবা মতমদগী ময়ুম এলুপ পুম্ববু খোঙ্গারক্তুনা লাইমিংথোই শনা

মহিগী চেং হোং চেং হৈবা থৌগনবু তানফংনগদবগী লৈঙল্লে ।। নোংদম শংগলন লৈপুববু তাংঙখা মরু মরিবনা পুক্ষম লৈপাইনবা থৌঙম থৌপুনররক্লে ।। কাইবিরোন মরু লনহাংঙম্মা মরুগী থৌগনবু চংহুনা অরাং পোংলম খিবিকপু রাক্তনবা লাম্বোক লানশিন শেম শাহুনা তুংইন থৌগন লৈচংলে। নোংদম মরুন্না লাইমিংথোই সনামহিপী সনা হকচাং মিত্তম্ববু খিকশেং থাশেংহুনা স্না হক্কি লৈফম ৯দা লৈকং লৈতিন থৌগন্না লাইয়েক ৬৫বু স্না হক্কি লৈফম ৭তা হাপ্লে য়াহুবি লাইয়েক ১১বু লাইমিংথোইগী খোইদৌদা হাপলে ইশাইফুবু লুপ্তুনা ।। লৈ'ভৌহুনা মৈখুবু লিংহুনা লাংলে ।। খোয়য়ুম ৫বু থাকো থাগোন্দুনা মেদা চেং থোইদিং লৈ, হিংথো লৈহুল্ল ।। লৈঙম্মা মশক পুম্না উংলো য়াইখিরেন শিদবদা লৈহল্লে ।। মতুংদা লুক্লেন লুকথা লাবু ৫ থারে লাইরুহনবগী লৈশিরেন লৈলৈপুনবীগী, অভিয়া শিদবগী, লাইমিংথোই স্না মহিরেনগী, পাখংবা কোঞ্জনতুথোকপগী কুমজাগী চেংনৌবু লুকথোং ৫বু লৈথম্মগা ময়ুম এলুপ পিবা হগা লৈবাক লুচিং পিবা মৈতৈঙ নোংদলাই পাখংবগনা লুকথোং ১/১ মম পায়হুদা চেং হৈনবা ভৌঙয়ে ।। নোংদম মরু মরিবনা লাইরা পাউশা নাওয়ৈরক্লে ।।X

## চেংহৈহোল পাউশা

হৌহে হৌহে হৌহে হোংনেমলো হোংনেমশে লমলেন মতাইদা হোংনেম্মা, কংলৈ পুংময়োন্দা খোয়য়ুমথৌবু লাইমিংথৌবু লাইরেন য়াইনা নানোংয়াইনা লীক্লাই রম্না, নানোংয়াইনা লিক্লাইবম্না নোংথৌরেম্না লোইতামগীদি থৌকাওদনা লংহৈগীদি কুমগাওদনা খোহয়ুমপুনা লাইরমপুগা শংলেনগীদি তেংমাই তিনবা (৩)গা থাবিগীদি য়োমলেনহৌনা, অশৈগীদি খাংদালেম্না কৌবা কানা লাখোং কানা, চীংঙ রাইনা খোংপাল হাইনা থাংম্বিগীদি খোংচোবপা মগুংগাং ।। শারা রাইনৌ পাম্বাম্নগুম রানাপিতেং থাগুম তেংনা মপী কৌবগুন, হৈয়ম তোম্বা শৈহৌগুম ।। তোম্বা লীক্লাই শৈখুমগুম হেনগীদি লমগীদি পাম্বা কৈয়েক লাবনি খাদ থা ।। শাওম থরা তাংদি থক্কথোন ।। হাওনু তোমশোল লাংমৈনুদি য়াংগা চল ।। গুম্লেনগীদি নমপাকপদা মুরা হৌন, পাখঙ্গীদি য়োমদাংশানা ।। শেলোইগীদি লংমাই মিংথোই চমু লৈমা কোনশংমু শাফবী থাবাগীদি মুরা শংপু চুনবী, মপারি চেগাইররা লনশিগুং ।। লাংবনগীদি উয়ুং গুক, ।। শয়িগীদি কুহিগুক ।। গুকমুগীদি তাংপদা শরিক্ক থাংনা খিং খিং থাংনা গুক্তোনগীতি লাংমৈতাং থাংনা মালেম রাইনা থাংতপ পাইনা গুক্কিং, কাঙ্গা, থোইক্তোন কাংনা, লোইমোম হুনা, কুয়োল হুনা, চেংজা তাম্না, পামেনগীদি থোইদিংলাদা, তক্কীদি থৈঙাল লাদা তাংমা লৈদা, কৈতৌ লাদি মংখাংলাদা হেনগীদি লম্নিগীদি হৌমুপু, পাম্বোইমুবু, শাফবীবু, ফরহুনা ।। য়াংকোক্লাদা কনমকাদা, লোইমোম ফৌদি তুংদাইনা ।। চেংদি মাংইম্না য়াম্বীতাম্না, মাইভৌতাম্না খোয়য়ুম থৌপু হোংনেম্না ।। শংলেনগীদি তোংমাইখিনবা অমুম্না খোয়য়ুমগীদি লাইরমশিম্না ।। লাইয়েন য়াংনা নানোং য়াইনা

পোইরৈহৌনা থুঙ্গাহৌনা ॥ অমুম হৌনা খোয়মুমথৌদু চোংনেম্বা লাইমিংথোইবু হোংনেম্বা, অমা লেম্না চেংবা লেম্না, লোইসোম লেংনা ফোপান লেংবা, শিংলেন লেংনা, লৈপান লেংনা, চীংঙু গীদি মরালকুববু খোয়মুমগীদি থুম্বমববু লাইরেল য়াইমা নানোং য়াইমা, নানোংয়াইদী লিক্লাইরেম্দি, নোংথৌরেম্দি, খোয়মুমখাদা, নখোংখাদা খোইপুবীগা মৈতৈ লৈমগা ॥ রাকমলেম্না, পাওফালেম্না ॥ নোইনাই নোক্লা ঙমদম তোক্লবদা ॥ চীংঙাল লাইগী মথৌচান্না লাইরেন য়াইদা নানোং য়াইদা মমুম লৈবু কোঙ্গহনবীও হায়হুনা অহুবুনঙ্গীদমক্তা মমুম লৈদা চনৌ চেংজা চেং-হৈনা অনৈ চাজবু য়ুমকৌনা চেংজা লৈবু হোংবদি হোংনেম লৈপু লৈপুন্সিবু য়ুম রাক-লেনবু কোনশিল্লমগে ॥ হৈয়ুম নোংদম ইপাবু ইপুরেন লাইমিংথোই শিদবা নখোংখাদা চেংবা চনৌ চেং হৈনা খুঙ্গা নাইডা থন্নবা চাকহোং ফিহোং শিংহোংনববু তানফংনবা পুন্সি ইপুন্সি মরা লেনফু লৈশোক লৈপনম্নবা তাম্হেংনবদু, মমুং মফেন পাক্লা শাংনা, তানফংনবগী হোংনেমজবনি চীংঙু নথৌজান্না কুপি নোংদম তম্বাও ॥ হে লাইমিং মহি মহি সনারেল ওরা ॥

## চেংবা লৈহুন তম্বা নোংদালাইনা

খু না থোকপা চেং মচং ৭, তিংথৌ মপোপ ৭, থোইদিং মক ৭, খোইরু থাউমৈ ১, নোংদম মকনা ৭ লক লাইশোল্লক্ল ॥ মৈতৈঙু কংলৈ পিশনা খুৎহুন ৭ লক হুল্লক্ল ॥

লাইশোল্লে : - হয়ুন পিৎশান্নু মানু হোম্নু ওনপ, হুম্নে লাংতোলৈ ভাং ভাং চীনপরো শে ওরা ॥

খোয়মুম ৫ গী লুকলেন লৈথাববু লৈরাংলক্ল : - উংলো যাইনিরেন্দা — উং লৈহিংফা লৈফা ও এ, কুং নোংলুম ওরা ॥ হে নোংদম মপা মপুবন ॥

অশিয়া মক শিদবা- সনাইজন্দা :— ও মা খম্নে খম ওরা ॥ হো মক শিদবা কুং শং কুং ওরা ॥

লৈশিরেন ইচাইবীদা : হে ইনেম্ন তেংবাল পুম্বগী পলেম ইমা ওম পোকপাওম পোকপীতু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওবুপম্না মুতেম্নু নোংম্না মনিক খেম্বী ওরা ॥

পাখংবা কোঙ্গনতু থোকপদা :— হে মক পাবু খ বা ওম লৈ নোংথাং তরম্বা চাক্রেং কৌবা ওরা ॥

লাইমিংথোই সনা মহিরেন্দা : — হৈয়ম তোয়াহে খোয়মুম লাইমিংথোই মহি মহি সনারেল মহিরেল ৭ পু লুচিং থৌপুবা লাইমিংথোই সনাহকপু লাইয়েক ৩৫ না ওইনা, লাইয়েক ২১ না য়াইবী ওইনা শাফোংহনা থাজ ১২ বু সনাহকুঙ্গী লৈফম ৬ তা লৈথম্না চলম ৬ পু লৈশা লৈয়েম্না লৈখায়হনা নোংদম্লিবা, থানা থকথন ওই. মুমিৎনা ফিরাংজি খুদা ওইনা হো রো সো অহুমদা তাংবল ওইনা কম্বাল্লিবা হো মমিক রো মনিক সো মনিক মনিক মনিক মনিক ৫ মক্তী সনারেল

মহিত্তা মহিরেল মহি সনারেল নকল্লাংদা নজীদমকপু লৈহুন থৌগল লাংজবনি ॥ সো হং হং ঙাং তুম্ন কোবা হোয়ং অহোচী কুং শ্রং হুং ওয়া তরৈ হং শং লৈপুনবা নংশং রি রি রি ওয়া ॥ লৈহুন থৌগন থৌরম্ব লোইহুনা শ্মা মাংদা থম্লিবা স্না মিংলেন ময়েকপু শাদমনা কানোক লৈয়েকপা পুম্ববু থীকশেংনা হক লাইয়েক ৩৫ গা য়াইবী লাইয়েক ১১গা চৎলম ঙকা হাপ্তুনা খুদা ১/১ দা ইমা লৈমরেল ইচাইবীগী মশকপু ইশাঈফু ওইনা লৈতমহুনা লাইমিংথোইগী লাইয়েক য়েক্লিবা শেন অহুবু লাইমিং (স্নামহি লাইহুই) মিংথুম্না থম্মগা মৈতৈঙ্ মোংদলাইনা হায়এ ঃ—

"হৌ কংলৈ লম্মাহনবগী তাইবং এলুপ শথাই পুম্নক ননিং থুংদে নপুক থেইশাওমু নথোয় খ্বাইনা লাইনিংথোইগী থৌগনবু ইয়ুম খুদিংদা থম্না থৌগল্লনি মহায়বনা থোনংনবগীদমক্তা লাইমিংথোইগী মশকপু লাইয়েক ওইনা শাদম্না লৈয়েম্নবা থৌপুনরে। মী লাই অচৎ চওা পুম্নমক্কী ইমা ইথৈরেল লাইওইবী=লৈশিরেল লৈপুনবী- ইচাইবীগী মশম্না ইশাইখু খুদিংদা ইশেং ইমাই চোন্না হাপ্তুনা চবুক্কী নমলোন্দা ইঙাল লৈশাবা আঙ্গিবু লাইয়েক্না লৈথম্লে নয়ুম খুদিংদা থৌগল্লো নোংকোরেগী মতম ৩ দ ॥ অহুগা এলুপ ৭কা লুচিংবা পিবা ঐখোয় ৫না লাইমিং-থোইগী হকপু লৈগুনা মিতম্লনা লাইমিংথোই লাইহুই স্না মহিরনগী থৌগনবু চংশিনি থোংশং থোংঙাক লাইরানা পিবা ৪দগী য়ুমথাইবা (লোংজম, থৌনাওজম, মাইয়েংজম) য়ুম (৩) না চংলা ॥X

লাইমিংথোই মপা শলাইলোন অত্তিয়া শিদবগীনা থোংশং থোংঙাক লাইরা রাযম্বনা (শোইবম, লাইথংবম, শাংপম, থোকচোম) য়ুম অসিনা ফমগনি ॥ অহুগা মাইবা লোন্দি মাইবীনা লৈতাই নোংদাইগনি ॥ নোংলমপুনা স্না লুপা কোনয়াই থাগনি ॥ অশেবনা লাইগী মতিক মঙম লারৈ লথুপ পাউশানি ॥ অমাইবনা হিকশেং থাশেং হচাইগনি ॥ রাহেংবম্না থম্মিং মিকোল থাগোনগনি ॥ নিংথৌজম্না খয়োম ইপান থাঙমশি ॥ অশাংবম্না থোইখুমশা তিম্ভেং লাইথোং বিনশি ॥ অরাম্বম্না চবাল্লোই ওইশ । অকুবম্না অকু অাংশন অয়ং অথং থৌচংশি । থয়োংজম্না লিশু থোইশি লিরৌ থোইরৌ ফিশেং লৈতেং শেমশি ॥ য়াওরোংবংগা থুনকামপমগা থোংনেং খুদা শেম শাহনশি ॥ মৈয়েংবম্না মৈগী মৈবা চিংহনশি ॥ লিশম য়ুম্না লিরুং তেনবু শেমহনশি ॥ কোঞ্জেংবম্না মৈরি মৈথোন লানশি ॥ ঙানবা তেবচা পাম্বা শারাং লাইহাং থৌবগী য়ুম মথৈনা মোইরাং ককথোক য়াকা যম্বাল লৈশিন্নহল্লশি ॥ থৌরম থৌদোক পুম্ববু নোংদম শংলেন লৈপু লৈকম্বা মকুদা পাওহংলগা থৌরম পুম্বা থৌপুগনি ইনিং ইথা তমফদে; ইমা লৈমরেনগী ইশাইফু ১গা মপারি লাইমিংথোইগী মিতম লাইয়েক ১গা খুদা ১/১ মমগা তানফংনবিরো পাউশানা এলুপ্তুনা মযুন ময়ুমদা পুহুনা থৌগম্নরে ॥X

## শেন মথাই শাবা চংপা হৌবা শমাজাহ মুকলগী লাইমিং তাকপা

তাইবং এলুপ পুম্বনা লাইমিংথোইবু চোথে লুবাক্তা হাপ্পুবা ময়ুম ময়ুমদা থমজতুনা লাংচববু ফংলবদা মপুক হবাও ওয়াম্বগা লোইননা ময়ুম ময়ুমদগী খোঙজলবতুনা কুচু রায়েল শংলেন মৈযম্বা মতমদা চংলতুনা মৈতৈগু নোংদলাই কংলৈপিদবু পুরুম লৈপাইতুনা কংলৈ-পিদবু পুরুম লৈপাইতুনা কংলৈপিদবু মুংঙাই য়াইফ মুংশাংনা লৈপামখিবা পাওহোম লৈহুন্নতুনা খোঙল ফম্বে যম্মিন্নে।। মতম অতুদা নোংদম মরু তাংথবা মরু মরিবনা চংলক্কুনা হংজি "এখোয় তাইবং এলুপ পুম্বা যুমথোং খুদিং থংনা লাইমিংথোইনী খোঙন্দি তানফংনরে অতুবু ফনফংজরিবা লাইমিংথোই অহু কনানো থংলবরা অতুগা লাইমিংথোইবু হাপ্পিবা চোথে লুবাক অদুনা করি কবাগী মশনো?", মরু অতুদি তানফংজদ্রি মরম্না বুবি নোংদম তর্থনি ঙাইজরি মরু।। অতুদি ময়ুম পুম্বা নপুক খোইজংনা তাও রারম্বু থন্না হায়গে।। লাইমিংথোইবু হাপ্পিবা লুবাক অহু মহাক হায়বা বো) লাইয়েক্কী মশক্লিদো।। মথুম ওইরিবা অতুনা মহাক হায়বা (সো) লাইয়েক্কী মশক্কি লাইমিংথোইবু শাদম্না হাপ্পিবা শেন কাওপকি মশক্না (কুং নোংলুমগা) মশক্লি।। কে বা আসদগী লাইমিংবু (সনা বোনখু মচম্বা চোথে লুবাক মগুংদা লৈবা মা অহিংবা হো বো সো কুং শুং কুং ওবা হায়না মিংহুন্না লৈহল্লসি।। অতুগা মুমথোঙ্গী কুনজাগী চেংহো থৌপুংদি থোংয়োইদবনিনা চেং খুংনা খোকপা মচং ৭, তিংথৌ মপোপ ৮, থোইদিং অমুবা মরু ৭, মৈবা ,ঙৌগী হৈরুক ৭ হৈরাং লেবাংনা লৈপাইনেও।। লাইমিংবু (পিংশান্নু মতু হোম্নু ওনগা। ... লৈ লাংহোকং ছাং ছাং চানপরো ওবা) মিং লন্না [illegible]।।X

## শেন মথাই পুথোকপা পরম মতম

অতুগা নোংলাই হোক্লক্কি লাইমিংথোইগী যুমথোং শিন্না লৈহিতুনা থুংম্বু য়ানা ইরাং থৌপুনবু নোংদংথবনিনা পোইরৈ চাদান ওদোম্নবু থৌকাওলনক্লবদা নিংশিংবা ওইনবা ইপাম্লাংদা চেৎনা লোমবু থৌপুনবা ওইহন্না লাইমিংথোইগী মশকপু (শেন মথায়) হায়না পুথোতুনা লৈবাক অসিগী চনা শেনবু ওইনা শেম্লসি।। শেন অসিগী চংনরমদি লায়মিংথোইগী মওম্না শেনশিং লৈথিনা লেশানা চংকদবনি।। মতুদি শেন মথায় হায়বা মশক ১ শেন মায় কোঙোল শানা শেমসি, শেন মথায় অসি ২না শেন ১ কৌগদবনি।।

শেন মথায় ৩বু শেন ১গা মথায় হায়গনি।

„ „ ৪বু শেন যাথৈ হায়গনি।।

„ „ ৫বু শেন অনি মথায় হায়গনি।।

„ „ ৬পু শেন য়াথৈ-কৈকক কৌগনি।। (শেন্দি ওনি)।।

শেন মথাই ৭পু শেন অহুম মথায় কৌগনি ॥
,, ,, ৮বু শেন চলুপ ১ হায়গনি ॥
,, , ৯বু শেন মরি মথাই হায়গনি ॥
,, ,, ১০বু শেন চলুপ ১গা ফৈকক = (শেন ৫ কৌএ)
,, ,, ১২বু চলুপ ১গা য়াঙ্খৈ ॥
,, ,, ১৪বু শেন চনি হায়শি ॥
,, ,, ২০বু চনি য়াঙ্খৈ ॥
,, ,, ২৪বু শেন চহুম হায়শি ॥
,, ,, ২৬পু চহুম ফৈকক হায়শি ॥
,, ,, ৩০বু চহুম য়াঙ্খৈ হায়শি ॥
,, ,, ৩২বু চামরি হায়শি ॥
,, ,, ৪০ বু চামঙা হায়শি ॥
,, ,, ৪৮বু চ..ক হায়শি ॥
,, ,, ৫৬পু চরেৎ হায়শি ॥
,, ,, ৬৪বু চনিপান হায়শি ॥
,, ,, ৭২বু চামপাল হায়শি ॥
,, ,, ৮০বু লিপুন ১ = লিশিং ১
,, ,, ১৬০বু লিপুন ২ – লিশিং ২
,, ,, ২০০বু লুপথাই হায়শি ॥
,, ,, ৪০০বু লুপ ১ = লাপুন ১ = লাখা ১

মশকপু শেল্লপ শাথোক্লগুনা পোংলৈ—খোংনৈবদগী কাওদনবা নৌঠৌননা ইপান্দবু শিঙিন্নবসে ঝারেপ্লহুনা শেনমথাইগী চংনরি শেমগৎ শাগন্নুনা ॥X

১ (মচা ইবুংঙো খুইয়োই তোম্পোক শানযংবা পরম পোইবেতোন অমুক কৌথোকপা, শেক্লোই লময়াই থোনবা ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৩২১৮ নোংদলাই কুমশিং ১২৩ চংলকপদা চাদ নাওদ মঙ্গং মতম চারক্লদা মদাইরেন ইবেম্মা লৈমা ফমথোন ৭ লৈপু লৈযম্বী লাইম্মা লাইখুংলোংবীবু কালেন থাঙগী ৫নি পাংবা শাগোলশেল মুমিংকী অমুক্তা রাজোন শংদা অমাইবী থাদোন লৈমগা, চীংচেংইবীগা, চীংশাং লৈমগা থৌগন্দুনা খাঙমরে ॥ অয়ুকী কোলুপ মালেম অঙানবনা মুংথক খানবদা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে ॥ অমাইবীনা মুংকেংপাংবী ঈশিংবু খাম্বী মৈয়াইদুনা খুক্লবু লৌদুনা (উংঙো, হংঙো,

হংভা) লাওখিবা চেক লোইবগা খোইরিবু লৌত্থনা ইরু মাইতানবিরে ॥ মকোক মউবু ইতুম্না ইরু মাইত্তাম্বু থোরোইছুনা ফিগে নমথাং মৈয়াইতুনা নাওরাবু ফিগোলনশিল্লে ॥ মৈতৈঙু নোংদলাইনা স্না খোংলেংশিল্লকুনা নাওরাগী এৎথংবা নাকোংদা মকগী লাইমিং লাইয়েকপু শোন্দুনা (হারু হুং, রুং লৈতিংফা হায়না কামতুনা লৈতাক লৈপিনবিবে ॥ ইবেম্মা লাইস্নাগী (মৈয়াই মৈতিক্লিবা) খুদাফমদা পুশিল্লকুনা নাওরা অপিচাবু পালেম মমাগী মফমদা শিন্নতুনা থম্বীরে ॥ খোইবি নাওফম্বু রাঙ্গোল শঙ্গী লম্পয়ান কাগী থাথংবা ফক্লাং রাংমগী ফক্লাং শিংখোংদা ফুহিং ১ দা হাপ্তুনা রাংখুম ১না কুপ্পুনা লৈত্নুংদা ফুমতুনা থম্লে ॥ মতুংদা ইপাল থৌনিগী রাতান্নবদা থৌপুগদবা মশক ১বু রাওুনা মৈতৈঙু নোংদলাইনা মপুক্লিংদা কমদৌশিবা রাথক্না চীংনবা ওইনা ইম্নুং ইতমগু চাদ্রবা হক্না কুনাম্নু থুংজিল্লনা ঐনা তৌংম্মিবা অসিবু হায়না রাঙম্লে ॥ থৌবম্বু উতনা শংলেন মপু লৈফম্ব, নোংদম মরু মবিবনা হায়এ, মৈতৈঙু করি মুংবু রাবনো নবাই পোইবৈত্তানবু লৈএ, মথৌ মম্ব, ঙাইনা লাইবু নিঙুনা, মশিদা নবাইগী লাইনিং অসিবু মপাল মবা চেৎখাব থৌবম্ব থৌঙাইনা উনা উনা উখিদরে তাকউদনা কৌরুদনদি নবাইবু লাক্লোইদৌবে ॥ মশিদি মপুক চোংলম হুক্তুদা নোং বোবৌ হুম্বিদা মঙাইরন্দা অম্নুক থাম্না লৈঙম্বা তৌনবাশ ॥ নক ইবাই পোক্তরেতোনব লমদম বদাইবু লৈবান ? মৈতৈঙু নবাইব লৈচম্লিবা লৈকম অশিবু খানিংথৌনা কোনবা লমদাবু ওইনা তৌঙম্মী, লমদমশিবু থবদি থাপ্লে, কোবৌ মসিবু চংঙমহৌদ্রনদি থৌনংলোইদৌরি নবাইশিবু কৌকদরবদি লাক্লোইদৌবি লাক্লোইদৌবে মাগী লাইনিংনা চেংখিবনা উনা উনা উখিদ্রে, খংনা খংনা খংঙমখিদরে লৈফম্ব থিবদা খবৰু রাগদৌবি কাদৌশবা ॥ অতুদি মক কনান, বমাদৌবগা খংবা ঙমগনি ? মৈতৈঙু থৌবম অসিদি কনাগম্বনা চংলবদি থৌবম্ব থৌনংলবোই ॥ লৈফমদি ঐনা লমজিংগ কৌবদি মৈতৈঙুনা কৌবন নবাইব থৌনংনবা শাখাবক্কনি লৈংঙবা লৌইরো ॥ মকনা লমজিংতুনা মৈতৈঙু নোংদলাই খানিংগী মবাইবোনবু মৌনবা লাম্লে ॥ মকনা হায়, মৈতৈঙু নবাইনা লৈবনগদবা লৈফম্ব অমা ইদা চৈংইনি অতুক মবাইবু থাবৌনবা থৌপুবা যবানি ॥ মরুগী নোংদম্ব থৌপুনা নবাই পোইবৈত্তানবু নিংশিংনা পাড়তোমলাক্ল ॥ লমদম কদাইদবু ফমতুনা মবাই পোইবৈত্তান খোমথং অতানববু কম্বাল লাংনা লোংম্বগী লাইমিংবু থাগোন নিংথেক শিংবনবিনো লাইনিং থৌবম্ব য়েথাইবদি নচ্চদে পাওদাত্তবা য়াদতুনা অতুক নিং-শিংজবনে ইদাইানন কংলৈ লৈমংঙবী মঙংলুদা লৈতিনবী হাইশনাবু মম্নুং মতম ওইঙা লক্তবা মপারি ১বু তাইবংনক্তা শাংঙমলক্লে, নাওবা অপিচা অঙ্গা অঙ্গো পান্দ্রিবা নমাল নিংথৌ অসিবু লৈঙাক লৈকনবিনবা য়াইফ নোংদম্বীনবা তাইবংলক্তা লৈহন শাথোক্লবিনবা নশেন ঐনা মবাইবু লৈপাইনজনান নুবিও, মবাইবু তমুক্তা শাথোকপীখো, মবাইবু উনগে হায়বগী নোংদম মরু মরিবগু খো লেংক্তুনা ঙাইঙম্নরিএ। পাউশাবু তারতুনা হীঃ করিনো নোংদম শংলেন

লৈপু লৈফম্বা তাংঙখা মরু মরিবনবু ঐবু উননি লাকঙম্মি পাউশা অসিদি ঐদি থৌওইদবা য়াঙমদারেনা মরুমরা ঙাইঙম্মরি হায়বা পাউশা অসিদি ঐ শাথোক লৈহনবা মতম খক্তরেহক্ত ময়হনা শাথোবক্তনা নোংদলাইনা কোবা মফম্বু য়েনবা শাথোরক্রে।। লৈমম্ব (খোইরেঙোন লৈহন শাথোবফম) নিংহল্লে।। মশেন মবাই শক উনহুনা নোংদম ২রুগা পরম পুম্বা পাউশাহুনা নুংঙাইনরে।। মশেন মবাইনা শক উনহনা পাউশানবা লৈফম লমম্বাইবু (খোংরাই কঙম্বাই) লৈহুম্না থনম্মগা খোঙ্গরক্তনা হৌ কংলৈ লম্বাহনবদা লৈথুংলরে।।X

১ (ঈপান থৌনি থৌপুনবা)



নাওরাগী তাঙ ইহুনখিনা মুমিৎপু চাবোকপা মুমিঙগী মি শুবা লৈবাক পোকপা মুমিংকী ৫মিৎ রাতোন লোম্বা মতমদা ইশাইফু ইমাইচোনবা ১ মালেমদা চেং অকুপ্পনা যম্বী খুদান য়েক্তনা খিল্লে। ফৌদাং লুক অচোনবা লুক অমা হাপ্লে। মনা মশিং হবাই চেংরাই অথেন পোং অমা থাবে।। চেং চাইরেন খুথম অচোনবা, তৈখাং চং থোকপা তৈশা ১ হাপ্তনা মাঙ্গোল ইপাল্লাংদা থাহুনা তৈকক থ উটে থ নদুনা ইশাইফু লাক্তনা মৈফু লিংনা মৈবু লাক্তনা কোবোইনবদা

অয়ক্তি ঈপাল; খুদা মাঙ্গোল; চুরি মথক;
মৈরা কংফমদ: য়েক্তদবা; খুদানো।।

চেং থোইদিং, লৈ, তিংহৌ লৈহুনদুনা নাওয়া অপিচাগী মমিংবু খুইহোই তোংশক মিংহল্লা মরুনা থৌনিরক্রে।।

মুমিংনা কারিডে কাহৌরো
নমথি হংঙাই তিঙ্গু লাইচুবা কোকহল্লো
মহৈ মরোং চুমহল্লো।।
হৈরাং চুম্না পাল্লহল্লো
লৈরাং শম্না শাংহল্লো,
তিং তিং হয়ম হোৎনানবখিদা।।X

## মুমিদাং ঈপাল মরা তাঙম্বা থৌনি

কুরুম চীংজেন রারোক্তগী লাইরাব রানিকহুনা লিরুং ১গা তেঞ্জৈ ২গা শেমহুনা লিরিবু পোজল মকুনা পান্দুনা থম্মে।। ঈশাইফু খানবা ইরেপ তেঞ্জৈ ৪বু শেমহুনা য়ুংলম্বা কংহি লংজা

হেবুংধৌ নাওরা অপীচা অশিবু তাইবং ইপোক্তা শাফোংলেদো ।। তাইবং ইপোক্তা শাথোক্লবগী পরম্বু থৌপুনা নাওরা অপিচাগী লৈশবপু থংনবগীদমক মিংলেনবু ( পম্ভৌ পলেম্বু মন্নুং মতম্ব নত্রবা স্না হক্কী কুনা খুইরক্লবা মতমদা তানফং নৈদো হায়হুনা ) অতুম্নঙ্গীদমক্তা নাওরা অপিচাবু খুইয়োই তোমপোক মিংহুল্লেদো ।। মরুনা নোংদম্বগী মতমথোক নাওরা অপিচা খুইয়োই তোমপোক অশিদো ঈপান চাবি মউ মপানবু িংথি চংখান্না পুন্সি হুংশাংনা মবা লেমফু তানা পাঞ্জবা মরাক ময়ু পাক্লা শাংনা মতিক মওম্বু চাওনা পানকদো কোবৌ অসি মরু ইহুন তাওমথিবা হুমিং অসিদা কুবি নোংদম্না লৈহাপ্নবিবো হে মরু উংলৌ যাইবিবেল শিদবা উং লৈহিংফা থরা, লৈযা ওএ ওরা. কুং নোংলুম ওরা হে মরু কৌক্রু অচিবা মরু নঙ্গী স্না হকন্নুংদগী মরু নংনা কৌথো-কলুহুনা নফম্নাংদা শিন্নহুনা মরুনা পীওম্নওনা নংনা চেৎনা চান্না থম্বীহুনা তাইবং শাফোংনবা পবম খোংলম পুম্ববু য়াংপীহুনা তাইবং নাওরা অপিচাবু ওইনা শাথোকহল্লেদো, খোয়মুম ংনা চেৎনা চান্না থৌবন পুম্ববু থৌওম্নবা কোবৌ অসিদগী নোহৌননা লৈয়াৎ নোংদম্বীও ( ওম হায় চৌংবা হায় কৌক্রবে ওবা ।।

থরাই য়াইবিরেল শিদববু কৌক্রনা কৌথোওনা পুরক্লবদা মমিংবু ( কৌবারল ) মিংহল্ল ।। মফম অসিদা হুমিং (৬) নি থম্মে লাইমিংবু ( লেকয়াই লাইজিংথাংবা ) মিংহল্লেদা মেকবা লাইমিংবু ( স্না লৈতকনপ ) কৌবা ওবা ।

কৌক্রনা শাইবং ইপোক শাথোক ইহুন ওমগদনবু শজিক থরাই পিচাদা শিন্নবে, শজিক থবাই য়াইবিরেল শিদবদা ঈবিক কোঙ্গোলগী মশক ওইনা লাকপবু লাইমিং। হোবিক হো হুপ্নী লৈয়োম্বী ) লৈহুন্না হুমিং ৭ নি থম্না মেকবা লাইমি না লাইয়েকপু ( কৃং শং কৃং ) লৈহাপ্না নাওকোনাবে ।।

হে শজক ( আজ্ঞি শংকুপ ান রাকপা শজিক ) নংনা কুবিবপগা মকুথোক্কী মকুথোক কুবিও ওবা ।। রাকপা শজিক্লা থরাই পচা খাবাদা পাত্রে আজ্ঞিদা লৈবা মশক তাইবং ইপোক ইহুনগদবা থবাই যাইবিবেলগী মশকপু লোইনা চুপশিন্দুনা লাইমিংবু ( সনা লৈহিংচিক হুবু লেং মিবেন য়াইবি শিদবা থাকৌনা হুমং শিঙ্গুন ৭ নি নাওকোন্দুনা মেকবা লাইমিংবু ( ও ওক হীক হীক নপ ) লৈফল্লিদো হে থবা থরাই পীচা নংনা মকুথোক্কী কুবিনা নোংদম্বীও ওরা ।।

থাদা পীবে থাজ তাওবাই লাইনা য়াইবি শিদববু থবি শিদবা ) কোনা হুমিং ৭ নিবু নাকোল্লে, মেকবা লাইমিং লাইয়েকপু ( মিংশ্ব শোতিনখাবশং ) লৈহুনবিববু কুবিও ( ওম ঐং ক্লীং ) ল ইযেক্লা নাওয়োম্বা থাজা তাওরোইলাই নংন ওরা ।।

মালম অওানবদা শিন্নবে কোবৌহনবনা তাইবং ইপোক্তা শাথোক্লগদববু মমিং। য়াইবিরেল তেতৌম্নু ) মিংহুন্না হুমিং ৭ নি নাওকোন্দুনা মেকবা লাইমিং লাইয়েকপু ( ওম হোরিক হো কুপ হুংচো ) কুবি নোংদম্না লৈহাপ্লে ।। মকু থোক্কী মকুথাক হে মালেম অওানবা ওম হুং হ্যাং লাই-য়েক্লা নাওয়োম্বা নংনা শিদ নাদ য়াইবু কুবি নোংদম্বীও ওরা ।।

মুমিৎনা তরুং ঈশেংদা শিন্নরে।। তরুংনা য়াইবিরেনবু মুমিৎ ৭ নিবু লৈচুপ্না লৈকল্লে, লাইমিংবু ( হেয়ুং ) লৈহুন্না ওন্না।।

খান্বী নৈশেংদা শিন্নরে য়াইবিরেল শিদববু ঈরিক কোঙোলগী মশক ওঈনা মৈনা মুমিৎ ৭ নি চুপ্না য়াইবিরেল শিদববু গো য়ুংহো লাইয়েকপু লৈহাপ্না নাওকোল্লে ওন্না ।।

মৈনা হুমলেনগী মফমদা শিন্নরক্লে হুমলেন মুংশিংনা থল্লাই য়াইবিরেল শিদবা ঈরিক্কি মশক ওইপ্লববু মুমিং ৭ নি নাওকোনবীহুনা লাইমিংবু ( মিমি হো ) কৌবিহুনা লাইমিং মেরুববু (চুপ-নপন্না থাংজিং লৈপম্লিন ) লৈহুন তম্না পম্ভৌ মপা ওইগদববু কোয়না থিঙম্বীহুনা মুমিৎ ৭ নি শুবদা পম্ভৌ মপা ওইগদববু ফংলহুনা মপাগী লরাই কোইরেল থক্তা শিন্নবিরম্বা মশকপু লৈমাং লৈমুক্তনবা কুবি নোংদম্বীও হে হুমলেন মালংবা ওন্না ।।X

হুমলেন্না থংথারম্বা ঈবিক্কী মশক ওইবা য়াইবিরেল শিদববু থৌয়ানা লৌহৌরে হায়বগী হে পম্ভৌ মপা ওইনিবা নঙ্গী নমিংবু (থাংজিং ) কৌবা নংনা কুবিও পারি নচা ওইগদববু ওবা ।।

পাউশাবু থুংলোম্নহুনা তারে নোংদলাইনা মকনা পাউশারক্লে ঃ—হে য়াইবিরেন শিদবা নংনা পম্ভৌ নপাগী লবাইদা লৈববু মুমিৎ ৫নি শুরবদা ঐবু কদাই লৈফমদা চংশিবা হায়না পম্ভৌ নপাগী পীশুমদা কুম্নকুনা নংনা চৎকদবা খোংলম্ব লৈথিদো ।। তাইবং ইপোক্তা ইহুনগদবা নংনা শাথোক খোংলম্ব লৈয়েংলকপবু নোংদম্বা লাইনা উরহনা হুমলেন মুংশিং — অমম্বা কৌবা মশক্তা য়োমহুনা থিরিবা মশক্তা লোইনহুনা পাম্ভৌ নপাগী খোইদৌদগী খোঙ্গারহুনা নপাগী হক্কি লৈফম লাংয়েন শিদবনা লৈপাল্লিবা উন্দ্রা শিদবা কৌবনা পুবিবা লৈফমগী মন্নুংদা লৈবা ( শান্নচী ) কৌদগী মতোন্দা শাথোক্তুনা চোংহুনা লৈববু নংবু উহল্লেদো।। তেংবানবা মপুনা শান্নচীগী মতোন্দা শাথোক্তুনা তোংহুনা লৈববু নংনা কৌজেদো ।। কুরং নংবু ঐনা খিবিহনি নং সিদা লাউ ঐগা পাউশান্নসে ।। কুবঙ্গী মশক ওইনা উহল্লিবা মকুনা তাকপীদো. ঐদি নংনা লৈবা লৈফম অহুদা লাকপা যাবা ইমুং ইশম রাংলি, নংনা ঐবু পাউশানসি হায়ববদি ঐনা লৈবা লৈফমদা নংবু থুংওনবা খোঙ্গুম্লবও ঐম্ন নদনা ঐবু খিবা উবদা নংবু কৌগে হায়বগী লৈফম অসিদা শাথোক্লপনি।। কুরঙ্গী মশক ওইবনা শাথোক্লিবা নংদি লৈফম কদাইদা লৈহমহুনা লৈপাল্লিবা ? নংনা ঐবু খংনিংলবদি ঐনা হনখিবা লম্বীবু নংনা মুন্না য়েংহৌও ঐ অমুক হল্লিল্লগে মফম অহ য়েনা নংবু লাকও অহুদা নংগা ঐগা উনহুনা নংনা চৎকদবা লম্বীবু ঐনা তাকপীহুনা সিন্নবীগে নোংদম্নমগা হল্লিনপ্লে।। নোংদম্বনা খোঙ্গুমখিবা লম্বীবু য়েংনা কুম্নকুনা পম্ভৌ মপাগী খোহডিখাদা থুংলহুনা নোংদম্বনা উনরেদো।। নোংদম্বনা হায়বিদো—"হে য়াইবি নংনা তাইবং ইপোকলুগনি শাথোক্লকপদি নখোই য়াইবি ১১ গা হৌনহুনা লাকপদি কদাইদবু কাইদোংহুনা শাথোক্লগে তৌরিবা হক্কী মশক্তি য়াওদনা অহুবু নখোয়না হৌনহুনা খোকচম্মনি শাথোক্লকংনিনা নখোয়গী কাইদোং ওইনবা নপা ঐগী হক লাইয়েক

৩৫ অসিবু হাপ্লিবগে থোওগ্নবা ।। পলেম নমাগা শেমগৎ শাগৎপা ওগ্লসি হৌজিক্তি হক হাইয়েক্তা কাইদোংতুনা লৈবো ।। হৌজিক্তি পস্থৌ নপা ঐগী ইফমদা লাইযেক ৪৬ শুবথনিনা নমিংবু (হো হা) কৌনা নকমলাংদা লৈরুখো নপা ঐবু নংবু শিন্নদুনা পারি নঙ্গী পলেমবু অতুক য়েংদুনা পাউশানথিগে হল্লো" নোংদম্বদুনা পস্থৌ মপাগী লক্লাই কোইস্বল মযমলাংদা হল্লতুনা পান্থী নপানা নংবু কৌরকপবু ওইদুনা লোইদাম থাজ অমা যম্না ওাইদুম্নবকইদো লোইদাম থাবুম ১ শুরবদা পস্থৌ নপানা নংবু (হোবি হো।) হায়না থাকৌনা পলেম নমা ওইগদংগী (মিছু) হক্কী কোবিগী তেংকোৎ মম্লাইদা লৈহাপ লৈহম্বাবগে কৌবকপদা নংনা লাইয়েক ৩৫ দা শাদো দুনা পস্থৌ নপাগী লিরম .৮ দগী হম্নবতুনা পালেম মনাগী কোরিগী তেংকোৎ মনুংদা থুংলববদা পস্থৌ নপানা মফম অতুদগী নমিংবু (নিঙ্গোহি) লৈহন্না পলেমগী শিযোম্নংগী (মপাগী তেং-কোংকী) মনুংদা ইনশিল্লক্লে ।। পলেম নমানা লাইয়েব ৫৬ কী মশক্তা ওইবা ঈবিক কোঙোনবু নমানা বে হায়না কৌশিন্দুনা (রো) হায়না থামদুনা অপকঙা হায়বা লাইযেক ৮ নে, তিল্লু লাইযেক ৭ নে অশিনা নাওযোমদুনা লাংবুং মনিক স্না হায়না থমলে ।।

থৌরম্ব লাইবেম্বী শাগৎপী লাইথুংলেংশীনা থংলদুনা পলেম নমাগী শিযোম্নংদা চংলতুনা লাংবুম মনিক স্নানা যোমদুনা লৈবা শক অতুবু (বো) হায়না মিংহন্দুনা (দে) হায়না পায়থগুনা তাইবং হকপু শাথোকপা য়ানবা 'ঈ হায়বা মশব অমা শেমগংলে ।। মযম অসিদা তাইবং হক লৈশাদুনা শাদম্নবা লাইযেক ৮২ ভমযুগ অমা শুবে ।। লাইবিরনা ভ নব মশকপু শাগৎনা চংথিনবু উবদা খোয়যুম ৮ ব চংলতুনা তাইবং হবপু শেম্লনা ম গী মাগী মথৌবু থোপ্পুংদুনা থাজা (৩) বু চংনা শেমঙ্কদুনা তইবং হকপু লেংদনা লৈঞ অতুগুংগী মিং (হৈবাম লাংদুম বা) লৈহন্না শাগংলে ।।

## পলেমগী শিযোম্নংদা তাইবং হক শাবা শেম্বা লাইমিং

মবি লিশাবা—শুমক কৌবব শেমগৎ শাগৎপা লাইদি মু শিৎ কি ওবা লেংদবা) মকান।। লাইমিংনা উং লৈহিংথা লৈফা ওবা ।

(মরি লিশাবা কৌবগী য়েং-ওইদা শিংলি অবোপ অয়াংবা তমরোমদা শিং চংলিং হেনবা) মিংহন্না শাগত্নমা হায়ে ।। মবিলিশাবা কৌববু খোটবি তিংবু হায়বনি ।। মশক্তি তাওবোইলাইগী মশক্তি লাইমিংবু (ডিনজরেং তিনতবং) কৌবা নাওযা অপিচা খুইয়োই তোম্পোক্তী হবপু পুং তিনবু অবাংপা আথাইদা নাইদনা কোরৌ ওসিদগী নোংম্না সেম্বীও ওবা ।।

তিঙ্গী মশক্তগী মার্জিংনা শাকবু শাথোতুনা হাপ্পীবে, লাইমিংবু (তিনকাপ হো থা হো) কৌবনা নাওরা খুইয়োই তোম্পোক্তী শক শয়াং লৈবা পুম্ববু ওসিদগীবু তেক্তো কাইদনা শেম্বীও ওম্না ।।

খোয়য়ুম থাংজিংনা লুগী মথক্তা য়াম্বু হাপ্লে।। য়াম হায়বা কুরাম্বালব্ শেম্বা থাংজিং লাইগী লাইমিংবু (য়োকথাং রা'ই কোংচিং) কৌবা নাওরা অপিচা খুইয়োই তোম্পাক্কী মিং-নহানা মতিক মঙাল শাম্লকদবা লৈবব্ কোয়ৌ ওসিদগী মঙম মঙালবু শামদনবা শেম্বীয়ো ওরা।।

খোয়য়ুম লাইলোংবা কৌক্রনা রামদগী শিংলি নাওরি ফিংনাওব্ শ।থাক্তুনা হাপ্লে লাই-িংবু (ওম চিবিং জিভী) কৌবা মংনা নাওরা অপিচা খুইয়োই তোম্পাক্কী শিংলি নাওরিবু অশোই অঙাম লৈতনবা কোবৌ ওসিবু শেমজিনবী, সিংলিদগী ঈহৌবা (নিংথম্বু) ত শ্নীগম্ ওরা।।

ওম মরি লিসাবা — খেইরিভিং কৌবা ওরা।।

ওম সিংলি তপোপ ভয়াংবা ওরা।।

ওম ,, চংনিংহেনবা ওরা।।

ওম মিত্তবেং মিহিংনু ওরা।।

ওম মিচিরেং মিহিংনু ওরা।।

ওম সংহো = চিংখৈলাবা কৌবা ওরা।।

ওম সোহিং সমদোন য়াংবা ওরা।।

ওম থুংচিরিক মৈরোম্বা কৌবা ওরা।।

ওম ি লিসং কৌবা ওরা।।

ওম চেথকু কৌবা ওবা।।

শিংলি নাওরি পুয়মশপু লুচিং থোদা নো দম্লিবা শিংলি মরি লিশাব। ১০ না অশাই অঙাম লৈখিবব্ নোংকোবৌ ওসি। শেমজিনসিনুনা মথৌ মঙম্বু কাইদনা থম্বীও।।

লোংবু শুমথবা তোওমদনবা সেম্বীরম্বা ওবা।। ঈদগী কুবু মক কোজিপ্পুনা থোকপনা সেয়ে, লাইমিংবু (সেনত্রেং ত্রেংবা। কৌবনা নাওরা খুইয়োই তোম্পাকপু উনগী লাইনা লাইথুংবু পত্তনা নোংকোরৌ ওসিদগী সেম্বীরো ওরা।।

কুদগী তু-সিদবু পোৱবা অভিয়া মক সিদবনা সেম্ন, লাইমিংবু (থুপ্লংমকবা কৌনা নংনা নাওরা অপিচা খুইয়োই তোম্পাক্কী তুংখুজিনবু নোংকোরৌ ৭ নি থাজা ১২ বু হাংনা সেগওনা লৈঙম্বব্ নোংকোরৌ অসিদগী থোহৌনা পাউসা পাউদারা সোবীবদো তম্বীও ওরা।।

ঈ লোকপা সেম্বদি লৈমরেল সিদবী ঈমানি লাইমিংবু (চিংরও কাতু কাঞ্জরি অরিয়া থুংনপ কৌবী ঈমা নংনা নাওরা অপীচা খোইয়োইতোক্কী তক্কী ইরম খোংলম্বু কাইদনবা পুক্সিগীবু নোংকোরৌ অসিদগীবু সেম্বীয়ো ওরা।।

## হকশেল্লবু লোইবদা লাইমিংথোইনা লাইমিং হাপ্পা

হে ইবুংঙো লাইমিংথোই খোয়য়ুম ৯ না নাওরা অপীচাগী হকপু থাজা ২ দা সেম্বা সারা লোয়রবদা নাওরা হাইটাং ওইনবগী কোক্কী লৈফম মখোন ৭ তা ল ইয়েক ও ল, ন চি লাইয়েকপু হাপ্পীদো ॥ লৈফম অসিবু তেংবানবগী মপু উংলোয়াইবিরেনগী লৈফমদা (ও হ) লাই য়ক লৈথনা মায় কৌবা সক্কী লৈফম লাংলেন ৭ পু হাপ্পীদো ॥

হক্কী লৈফম্বু থুংনা (ক,ল) লাইয়েক ২ বু য়েথায়হুনা হাপ্পিববু লাইমিংথোই নংননিদো ওরা ॥

থবাক্কী লৈফমদা (হ) গা (ঝ) গা লাইয়েকপু হাপ্তুনা (ফিরাক নোংখুমগা, পৈগা) ২ শু পানবিদো ওরা ॥

ভ লাইয়েকপু হাপ্তুনা খুং ২ বু পানবিদো লাইমিংথোই নংনা ওরা ॥

শ লাইয়েকপু হাপ্তুনা খোইদৌ কৌবা লৈফম্বু লাইমিংথোই নংনা হাপ্পিদো ওরা ॥

য লাইয়েকপু হাপ্তুনা নিংসা কৌবা লৈফম্বু লাইমিংথোই নংনা হাপ্পিদো ওরা ॥

ঙ লাইয়েকপু হাপ্তুনা খোঙ্গী লৈফম ২ বু সেম্বিরিবা লাইমিংথোই নংনা নাওরা অপিচা থুইয়োইতোম্পোক্কী হক্কী লৈফম পুম্ববু কোরৌ অসিবু পরম থোরম্বু কাইদনবা সেম্বীরম্মু ওরা ॥

## হক্কী লৈফম কা ৯ রাত্তুনা খোয়য়ুম লেপুনা

কোক হায়বা কা ১ য়াংলিবা লৈফমদা তেংবানগী মপু উংলৌ য়াইবিরেম্না লৈফম্না লৈপুরে লাইমিংবু (পোরান) কৌএ ॥ লৈফম অসিদগী লেংবিগনু হে মরু থরাই খিবিক্কী মপু ওইবা নংনা নাওরা অপিচাগী কোক্কী লৈফমদগী ওরা ॥

২ শুবা কা ১ দি সাবোম্বানি, থবোম্বাদা ফম্লিবা খোয়য়ুম মাজিং লাইমিংবু (উৎতিনয়ান) কৌবা নাওরা অপিচগী থবোম্বাগী লৈফমদগী লেংবিগনু লৈফম অসিদগী ঋওবা হকপু মাংহনবা খোপু খোহৌবা পুম্ববু লৈঙাক লৈখিবা ওইবিও ওরা ॥

৩শুবা কা দি পৈনি, মফম অসিদা লৈবা লাইদি কৌরু অচৌবনি লাইমিংবু (পোরান কৌবা খোয়য়ুম নংনা লৈফম অসিদগী হবপু মাংনবা খোহৌরবপা পুম্নবপু খোয়য়ুম নংনা ঙাক-থোকপীও ওরা ॥

৪শুবা কা ১দি খোজাবিনিদো লৈফম অসিদা আওয়া মরুনা ফম্মি ॥ লাইমিংবু (মপাল মাল) কৌবা খোয়য়ুম নংনা লৈফম অসিদগী যওবা হাংদিবা লৈহৌ লৈশাববু ঙাকথোকপাও ওরা ॥ (মপাল মাল কৌবা অসিদো শিগদবা থওক্রনি)

৫শুবা কা ১দি থিবোংখাওনি, খাও অাশদা খোয়য়ুম মাজিং মার হনবনা লাইমিংবু (বিয়াল) কৌনা ফৈম্মীবা হে খোয়য়ুম শাগোলবু ফারিবা খোয়য়ুম নংনা থিবোং খাও লৈফম অসিগী লৈহৌ লৈকাংলকপা ফওবা পুম্নমকপু খোয়য়ুম নংনা ঙাকথোকপীও ওরা ॥

৬শুবা কা ১দি মশিংথানি, মফম অশিদা ফম্বা লাইদি খোয়যুম থোংঙারেল কোইনা থৌপুরিদো ।। লাইনিংদি ( কাং ) কোবা নংনা লৈফম অশিদা ফগুবা হৌদিবা লাকঙম লৈঙম্ববু ভাকথোকপীদুনা য়াইফ কুবিও ওব্রা ।।X

৭শুবা কা ১দি খৌনাওনি, মফম অশিদা ফম্বা লাইদি খোয়যুম লাইনিংথোই মুংবা মহাবাবনি লাইনিংদি ( তকতক ) কোএ ।। মফম অশিদি অরাল নুংফাম্বি মিংথৈবন্দী লিকচাও লিক্লাং কোএ ।। মফম অশিদগী ফত্ত হৌদিবা মশিন মকাং কাংলবদববু ভাবথোক-পীদুনা য়াইফ থৌবম্ব বুবিও ওব্রা ।। নিংশা ইছনবু শদৌ থোংহল্লবনু ।।

৮শুবা কা ১দি খোয়দৌ লৈফমনি মফম অশিদা লৈতুনা শেম্নরিবা লাইদি ইমা লৈমারেন শিদবীনিদো ।। মশক্তি শিম্বো কাইবোংগী মশকম্বনিদো হকি লাইনা লাইথুং পুম্বগী চৈলাগুদুনা লৈতাক লৈখংহল্লিবী হে ইমা লাইবেম্বি লাইমিংবু ( হোং লাইরেন লৈবুম্বী লৈহিংনপ ফাফা মা ) কোনী ইমা নংনা মফম অশিদা থুংলবা ফগুবা হৌদিবা লৈবা খিবিবপু ভাবথোক-পিদুনা য়াইফং থৌরম্ব নোংদম্বীবা ওইবিও হক য়াংযম্ব ভাওহনবিগন্নু, খোয়দৌ থুকহনবিগন্নু নিংথম লাইহৌ তৌহল্লকন্নু ওব্রা ।।

৯ শুবা কা ১দি মিহিং ভুনযম্মি, মচুদি মৈ, ঈশিং, মোইভান তম্বুমরা থোরযম্মি ।। লৈমারেন কোবীগী কাইবেং লৈফম্মি ।। হে ইবেম্মা নংনা ঈশিং মুংশিং মোইভান তম্বী পরম্ব কাইদনবা বুবি নোংদম্বীও ওব্রা ।। হকি কাগী লৈয়াং লৈথম্বা লোয়বদুনা লাইমিংথোই মহি ম্মাবন্না হুমলেন ১০ বু কোবক্লে ।। X

### হক্রুংদা লাইমিংথোইনা নংশিংপু মমিং ১০ থোক্লা থাকৌরকপা

হুম্লেন য়াইবি শিদবা নংনা লুচিং থৌপুনা কোম্রৌ অশিদগী নৌহৌনা হুমলেন ১০বু ভাইবং হয়ংদা চংদুনা নঙ্গী নঙ্গী মথৌ নঙম্বু কাইদনবা তৌঙক্লো থাবৌরক্লে ।।

হুম্লেন য়াইবী শিদবা ওব্রা ।।
,, ,, হামোইবা ওব্রা ।।
,, ,, লৈপু লৈশিবা ওব্রা ।।
,, ,, লৈয়াবা ওব্রা ।।
,, ,, মিঙোংলেন ওব্রা ।।
,, ,, তনিক তশোইবা ওব্রা ।।
,, ,, ইখৌ ইয়াবা ওব্রা ।।
,, ,, য়াকৈ য়াকাবা ওব্রা ।।

হুয়েন য়াইথী লৈয়া লৈপুবা ওরা ॥
,, ,, লৈশংবা ওরা ॥
হুয়েন লৈশংবা—হুয়েন মক শিদবা—হুয়েন নোংদম পাউশাবা ওরা লেংবিগনু ॥ X
হুয়েন ১০ না লৈকয়বদা লাইমিংথোক্না য়াইশিরেনবু লৈহল্লে ॥

থরাই য়াইবিরেল শিদবনা নোংলোন লৈফম খুদিংদা মুমিৎ ৭নি লৈএ ॥ থাদা পীরে থবি কৌরে ওরা ॥ মিংলেনবু (মিংথা শো তিনথাক শং) কৌবা ওই ॥ লৈফম্বু হোংদনা লৈভয়ো ॥ X

থরাই য়াইবিনা লাইমিংবু যংলবদা তিংলিরে য়াংলিরে তাইবং ওইগদববু লাইনিং নাওরেংবা (খাইরিরি) মিংকল্লে ॥ খোয়য়ুম তাইবং শেম্বা পুম্বনা থোরোইরে ঐখোয়গী ইঙমদি। হায়নহুনা নাওরেংবা খোইরিরি কৌববু থাজা ৪ শুরহুনা নোংদম্বা মকগী মফমদা লৈহল্লর নোংদম্বনা হায়এ, খোয়য়ুমশা মশক অশিবু অঙোরা, অঙারা? খোয়য়ুমশিংনা খুম্নি, থাজা ৪দা মঙাইম্মি ঐগী ঐগী ইঙম্বু খোপুজবনি মশকসু লেপ্পীগদবদি থাজা ৫ বু চংলকপদা মকনা লৈয়াৎ নোংদম্বীহুনা তাইবং মশকম্ম য়েৎ ওইবু নোংদম্বা পানি পীনি মশকপু লেপ্পীহুনা তাইবং খোংলম্বু লৈফাওপিগদবদি হো রো লো মরুনা য়াৎপিগদবনি নফম্নাংদা লৈহুজরিএ লৈহল্লে ॥ খোয়য়ুম পুম্বনা লৈরাংববু থোয়ানা উংলো য়াইরিরেল শিদবনা তাইবং মশক ওইগদববু লৌশিন্দুনা নোংদম্বা লাইনা খোয়য়ুম ৯ মকি মফম্নাংদা লুবিএ ॥ X

## পলেম শিরোমুংদা লৈবা থাজা ৫ শুবগী থৌরম

লৈশিরেন লৈপুনদী ॥ অভিয়া শিদবা ॥ শ্যাকোজম্বু খোকপা ॥ তাওরে ইলাই ॥ মার-হজবা মার্জিং ॥ নোংপোক অপানবা ॥ কোইরেল্লাই থাংজিং ॥ লৈমাই খুন্দা অহানবা কৌর অঙুপ্পা ॥ লাইনিংথোই অশিবা মতি শ্যারেম ॥ খোয়য়ুম ১ মকি নোংদম্বু থৌরম থোপুরগে ঐনা মফম অশিবু লৈশংবা লাই ওইহুনা নখোয় ৯ মক্না ঐবু থাদোকপিগনু নখোয় খাইনা লংহং লংফাই ওইরগা ঐনা মেরু লৈফম্বা ওইনা লৈরগে নোংদমলগা তাইবং ওইগদবগী নয়াইদা খুংনিংথৌনা নমহুনা (থরাই য়াইবিরেন শিদবনা মুমিৎ ৭নি লৈএ থাদা পীরে থবি কৌরে) লাইমিংবু মিংথাশো তিনথাকশং) কৌবা ওরা ॥ কোরো অশিদগী তাইবং খুইরোই তোম্পোক্কী হকুংদগী লেংবিরমু চেপফদে লেংফদে মরা লেমফু তানা লৈরশি ॥ নোংদম্বা মরনা তাইবং মশক নংবু (খোইবিন খোইশেংপিদো) নমিংবু খোইরিরি শংকুপালেন চিরেংমু নিংহনবা ওরা ॥

থাজা ৬ চংলবদা পলেনগী পীবুক্কুংদা নমিংবু তাইবং মপুনা বিকোৎশংবা কৌবা ওরা ॥ নাওফম হায়বা মশক ১না ফিশেংগীহুনা নমিংবু (মুবা লাংঙা মুংঙা নাওরা শংপাবুপ) হায়না

খুপাং ১০ না পাইগুম্না খোঙ্‌ময় খোংখোংলকপব উখিদবনা কাইনরকপা মশকশু উঙমগে হারছুনা তাকপীরকপা মিংথৈবু নিংশিং অশৈ খোলফাং তম্লক্লে ।। উংঙা হুংঙা, হুংঙা মিংলেন মিংথৈবু তাবদা নোংদম্বা নংবু শাথোক্তুনা নাওরা অপিচাগী নাক্তা লেংদবা মশক ওইনা লৈরে ।। নশক নওংবু উরবদা নাওরা অপিচা ওইবনা মপুক চনিং ফানা খোইদবা ওইনা অশৈ শৈরাওবু পোথাহন্দুনা লৈহনখিবা হে নোংদম য়াইবি কোন্দগী শাথোক শাফোংলকপা লামিংদু শম্বোং নিংথোইনা নোংলাইগী মমুংদা লৈরিবৈগী লাইমিংবু ( উংঙা হুংঙা হুংঙা ) কৌবা নংনা নাওরা অপিচা অশিব, পুন্সি মরা লেমফু তানা চেৎনা চান্না মীকুপ মাছম ১ ব, থানদনা লৈবিও ওরা ।। X

## নাওরা অপিচাবু লাইস্নাগী মনাক্তগী থাংদোক্‌না :—

শ্না লিফক মথক্তা ফিঙৌ ফিঙাং থানা হিপহন্দুনা থম্মে ।। নোংদম মরু মরিবনা নাওরাবু খিকপেং খিকচাইরে ।।

নাওরাবু খিকশেং থাশেংবা : –

ওম হৈ ওম হৈ কেগা য়োইগা মোংগা য়াইগা
থৌরি থৌয়ালাং থৌরি থৌদিল্লাং
থাবা মাবু লান্নংদে' মুমিৎ পোংথৌ তম্মীএ ।।
পোংথৌ মথং পিক্তগে মুমিৎ মাবু লান্নংদে
য়ারা কোঙ্গ শাগী পোংথৌ মথং পিজ্জগে
ঙাল্লরে তেরয়ে ওম হৈ, ওম হৈ, ওম হৈ ।।
তিঙ্গুবা লাইচুবা ফওবা চৌদিনা
তিনয়েং লাইয়েংপা হক মাঙ্গনবা লৈবা খিবিকপু
রাদা রাশিন হৈবি নংনা শিনশিখরা
উদা উশিন হৈবি নংনা শিনবিখরো
হায়ম হোয়ানগে ইংশো ।।

( লংহিং লংজ্ঞা ৯ দা লাইমিং হাপ্পা ) :— লাংলেন ৭না ভিন্না শাদা কোক্কী লৈকমদা লৈপু লৈফম্বা ওম পোন্নান কৌবা ওরা ।।

শাবোম্বীদা লৈপুবা মারহনবা ( উতিনয়ান ) ওরা ।।

ওই থংবা পৈদা লৈফম্বা কৌব্রু লাইলোংবা ওম ( পোরান ) কৌবা ওরা ।।

খোংশাবিদা লৈবা ( অতিয়া মরু শিদবা মপান মান ) কৌবা ওরা ।।

খিবোং খাওদা পুবা মার্জিং পাখংবা ( বিয়ান ) কৌবা ওৱা ॥

মশিংখাবু পুবা থোঙাংরেল কাং ওৱা ॥

খৌনাও লৈফমদা লৈপুরিবা মুংগাং মারহনবা ( লিকচাও লিক্লাং তক তক ) কৌবা ওৱা ॥

খোইদৌদা লৈপুবা লৈশিরেন লৈপুনবী ( হোং লাইরেল লৈকুপ্পী লৈহিংনপ ফাফা চানপ ফাফা মা ) কৌবা ওৱা ॥

হক্কী মিহিংকমদা ফমহনা ঈশিং মুংশিৎ মোইতাল অছম্বু থোক্লবা থৌপুবী লৈমরেল কাইবেল হো, বো, সো ওৱা ॥ লাইমিংবু হাপ্পা লোইরহনা মৈতৈঙু নোংদলাইনা মচাগী মৈৎথংবা খুজেংদা লংহিংবু লিপুন লিকারে ॥

## নোংদম্বগী মকম্লাংদগী লিরুং তেনবু লৈনি থৌপুবা

হে মক তেংবানববু শেম্বীরিবা নখুৎশু ( ফিরাক নোংথাং কুক্কেৎ শেৎ ) কৌববু পীনবিয়ো ওৱা ॥ নখুংফা তেঙ্গৈ ৯ ( চহিংনপ ফা ) কৌবগা ওৱা ॥

মকনা লাই শোল্লগা পীরে :—

মরুনা লিরুংবু ( শ্রীং ওম কুক হায় ) ওৱা তেঙ্গৈবু শ্রীং ওম কুক হায় হায়না লৌথত্তনা তাইবং নাওৱাগী মাইফং থৌরম্ব তানফংনবা তিনায়েৎ লাইয়েৎলম্ব তাম্বোক্লবা লাকদববু ঙাথোক্লবগীদমক্তা লাইরমলেন্দা শিঙ্গরবা পোইরৈতোনগী মখুত্তা পীরে ॥ পোইরেতোম্না ফৈচোন মোক্তোক লুতুংখা নমথাং খাওনথাতা নমশা—তোলোক হাপ লিরুং তেনবু পায়হনা ইমুদগী মপাল্লাংদা শাথোক্তনা ( থেলোঙ্গী ) কাবন লৈফমদা লেপ্লগা লাইমিংথোই শম্বোং অপানবা নংনা তাইবং অপীচা নত্ত হেবুংধোগী যাইফং থৌরম্ব তানফংনবা নখুৎশুবু পায়হনা লৈঙাক থোঙমম্বীবো হায়না লৈপায়বগা লাইশোল্লে ॥

য়েক য়েক য়েক তীংশো হায়, পাখংবা নংদি মাগী তেঙ্গৈ মৈহৌবনিদো নতিক নঙম্ব শামফদে মুশুক্লবা লম্মুকবা মোবাং খাওম্নবা নংনা মাইগৈ ৪ চিবা ৪ লৈথক লৈখাবোন্দগী য়েখাই থিনগাই লাই লাকপা খিবিকপু ঙাক্লুরো লৈচং নহল্লকরু মক নোংদম্বনা হায়ৎনি ওৱা ॥ চীংখৈদগী হোনা তেঙ্গৈ ৮বু মায়গৈ ৮ কাপ্পুনা ঔরাংদা লোইরে তেঙ্গৈ ১বু তেঙ্গা থোংনা পায়হনা নোংথৌদা উংলে, তেংবানবগী পম্বোনা নত্ত হেবুংধোগী অচা অথক ময়েক মহাও থিবিকপু রাত্তনা পীনৌও ওৱা ॥ মালেমদা উংলে, মালেম ইমানা নত্তবু চেৎনা কোনবীমু নথাসুংদগী তাহনবীগম্ব ওৱা ॥ থৌনিনা লৈহল্লত্তুনা হায়এ “ ওম চিতিম্ব ওৱা ॥ ওম চিতিম্ব ওৱা ॥ ওম চিতিম্ব ওৱা ” ফত্তবা হৌদিবা লাকঙম্বা পুম্ববু লিরুং তেন নংনা লৈঙাক

লৈফম্ব্ থোৗপু লৈফম্লো পাউশানা থম্লে ।। ম্যালেমদা চংহন্না পাউদম্মি ।। ইম্না নম্নাথংবু থোঙম থোৗপুনজরে নথান্নুংদা নাওরা অপিচাবু থাগোলবিরো নচানা অমুক কোঙ্গহল্লে ওরা নথান্নুংদগী তাহনবীরনো" শিম্নরে ।। মতুংদা খোয়য়ুম লাইশিংবু মথং মথং চংলহুনা নাওরা অপিচাবু কুবি নোংদম্লে ।। তাইবংশিংবু পিবা ৪ না লুচিংনা চংলহুনা কুবি নোংদম্বীহুনা লুং- ঙাইনা লাইশু তাইবংশু খোইজং লৈতানা অনৈ চাজবু চামিন্নহুনা তাইবং ইপোক ইরু ইহুন শাক্লোংবগী ঈপান লৈচাও য়াইফনববু থোৗনি থোৗবোইরে ।। X

২—ঈরু ঈপাল লৈফা ঈশিং ঈনি ইখাইবা ঃ— শাথোক শাযোংবা বোরো ১ঃ নি শুবগী মুমিংনা রাতোন লোম্বা মতমদা পম্লো পলেম ২ গী ঈরিক্লা চিন্নহুনা পলেম পিবু- রুংদা শেমগৎ শাগৎতুনা শাথোক্লকপা তাইবং অপিচাবু তাইবংলক্তা ঈশেংনা লৈতিন যম্বান- ববু য়ানবগীদমক্তা নোংদম শংলেন মকনা থোদা নোংদম্মা নাওবা অপিচাবু খুজিন খুযা মশম্বু ককথংহন্দুনা পলেম ইম্না মৈতৈ লৈমরেনবুশু মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইহাইন্নগা মু- কোং পাংকি ঈশিংবু ঈশাইফ ১ দা হাপ্লুনা নাপীগা শিংবীগা লুপ্লুনা ঈশেংবু ইচাইনা লাই- শোন্দুনা থিকশেং থাশেংলক্লে ।। মালেম্ব লৈতৌনা মৈমুদ্ যাকুলা মৈবোবা লাইবু ৮০ থে হদিং তিংথোৗ শঙ্গোম অনৌবা, খোইহি লৈহুন্না লাহুনা থোৗনিরগা নাওয়াব্ শঙ্গাইলনগী মাঙ্গোন ফম্মেন উথোং অতেনবা চুরি মপান্দা মকোকপু মখা ওন্না ঈপহল্লগা মুমিংপু পুবম লৈপাইরগা খিকপেংনহুনা থোৗনিরে ।।

তাঁং তাঁং চাওরো মুমিংনা কাখিউৈ কাহৌরো ।।
তিঙ্জ্ লাইচু কোকহল্লো নম্থি হজোই মাংহল্লা ।।
তাঁং তাঁং চাউবো মতৈ মরোং চুমহল্লো
হৈরাংবু চুম্না পানবঙ্গম পাঙ্গরো ।।
লৈবাংবু শন্না শাৎচবে তীনশেংলো লাইশেংলো ।।
ওমহৈ-ওমহৈ হৈয়মহে হোঙ্গানগে শে শে লৌক্তবো ।।

## চাকউন্না পোলম

থাজা ৬ চংলকপদা নাওরা অপিচাবু পলেম ইমাগী খোরোং মতৈ মরোং চাহুনা পানববু শিন্নহীনবা-থোৗরাংহুনা তেংবানবগী মপুদা খ্যাংশেং নমাং কোকথোন শা খুজি লুপা খুজি ম্না শিক্লাং শন্দ্রীক পরেং চেং থোইদিং, লৈ, তিংথোৗ, উহং মনা মপাল শেন্দাং মখা শাবা ১০৮ বু লৈহন্না লাহুনা মতুংদা মৈবোবা লাইবু থাগোন লৈপাইনহুনা থোৗনিরগা নাওরা অপিচানা ফম্নবা খুদাবু তেংবানবা মপুদা লৈহল্লগা খুদাবু নিহুনা নাওরাবু ফমহল্লে ।।

## খুদাবু থৌনিবা পরম

হৈয়ম হে মক তেংবানবা অসিবু ইঙাল লৈশা নোংদম্বা উংলো য়াইনিরেল শিদবা মপু নংনা ফমম্বা খুবানি, খুদা অসিবু অতিয়া মক শিদবদা শালাইলন অমম্বদা শিন্নবিহুনা মক অতিয়া মরু শিদবনা কমহৌরবা খুদনিদো ।। খুদা অশিদো অতিয়া শিদবা = শলইমেন অমম্বনা লাইমংথোক্ত আশিবা মতি শ্রাবেন্দা শিন্নহুনা পিরেদো ।। লাইমিংথোই অশিবনা মশান্নৌ কোন্দে তনৌবা মসা কোঞ্চনতুথোকপা পানু খবদা শিন্নহুনা পিবে ফব্রেদো ।। পাবু খংবনা খুদা অশিদো মৈ ঈশিং নুংশিং অতম্মক্কী মফমদা শিন্নহুনা লৈথম্মিনা খুদানিদো ।। হৌজিক্তি খোয়যুম অহুম্ন লেপাইনা নিজবগে হে মৈ ঈশিং নুংশিং) কোবও খোযযুম অহুম্ন নফম্নাংদা নিজবগে নশু তেংবো (খুইযোই তোম্পোক্কা নো দম্বগী লুক্লেন লুকমন তানফংজবা অশি কোরৌ অশিদগী শানফংনা ফমজবা ওইজবগে পীনবো ) ওবা ।।X

## খুন্দাদা ফমহল্লগা পাউশাবা

হে হাইবগী হক্কা শাদাং শাথোনা থোপুরিবা থোয়য়ুম নুংশিং নখোয় পুম্বনু তানিও লাইবনু খোকহল্লিলা মৈ, ঈশিং নুংশিং হবপু চেনবা চোংনগী থোপুনদা অনাপ অকিং পৌপুবা অবাম খোবাংবনু থংহল্লিবা চাখি খকখিবনু তুমহনগী মশকপু ওইহল্লিবা, য়াঙিপ পোখাহন্নিংনবা চেনিবা অকম্বা মশকপু য়াংতন্নবা থৌপুনা তিংলি য়াংলিনবা থৌশিনবা য়াইবিবু হিংনবা হাপু লংথোই য়াইফনবা নোংদম থৌপুনা হে নুংশিং ১০ মবপু লৈপাইনা শিন্নবনি ।। কোবৌ চিংদীগী থৌহৌনা নখোয় ১০মক্কা কুপ্পি নোংদম্বীহুনা নাপরা অপিচা খুইযোই তোমপোক অসদা নখান্নুদা কেন্দুনা চেংনা চান্না কোননিখরা নথিক নখান্নুংদগী তাহনবিগন্নু হে লুমান্দন মাললা (মৈ লৈশংশা ওবা)।। ঈশিংবু খজিক লৌহুনা নাওনাবু অহুম্নক মপুক হক মাইহানা লুকননু শানফন চাজনশা ঈশিং ইল্লে ।। নোং কৌব্রান শহা কুকুক ।। থোং থাংজিবে ওবা কুকুক । থোং চৌং থৈকুম অচিবা কুকুকু ।। চাক কুক্রু দী = চহুম রনু শেমহুনা চাকহন থৌপুব ।। হে নাওনা অপিচা তাইবংমী মৈতৈরেনপা মচা, মমা নপুনবোন নবুগৌ-পম্বগী মতিশ্কারি নোংদম্বগী লুকমন্নি চাদবা হায়দ চাও ।। থনাই শঙী মিংহেন্দি হুৎ হুৎ হুৎ কৌই ।। মৌপিং নঙ্গি নমিংদি মি মি মি কৌএ ।। চৌনান শঙ্গা নংদি মমমমমকৌএ ।। চবহম খোরং লোইরে ।।

**নাহুং নাবেং – কুমশং লংফাই য়ানবা** নোংদলাই বংলে পিবনা হংই :—

মক চাবোক নাওদা তানথংলবদা মপা মমা ওইবনা করি বরাবু থৌঙম থোপুন্নমগনি, মক ঐবু পুন্সি ইপুন্সি অশিবু ।। চুম্মি মৈতৈঙ ।। পুন্সিগু রাংলি চাবোক নোংদমগু রাংলি ।। "পাউহং অশিবু তুঙ্গী হাইবং ইপোক্কা শাথোক্লবশিংবু পুন্সি লৈতেন পাউশা হাহং ওইনা

শাথোক রাহং তাখিদা কমদোঈরগবা নোংদম্বা নংনদি খংলমগনিদকো নঙ্গী নোংদময়ি" করিবু নামুং রাহংথ্রবনো মক ? করি থোইনা নামুং রাদি নত্তেদা পুন্সি মুংশাং মল্লে হল্লগে মুম্লাং রাহ নবগুম পাউশাবগী রাহংনি, রা অশিবু লৈখিশন্নু মৈতৈঙ্ ।। X

নাওদা তানফংবগী চায়োক নাওকোনবগী থোৈরমদি হৌ কংলেম্না পুংমাইয়োম্না কোনবা লমগী চংলমদি নাওদা অহুনা ইপোক কুমজা অহুম চংবদা নাহুৎ কুমশং লংফাই য়ানবা হায়-হুনা নাওব্রা অপিচবু মশম মনা কোকথোকপী খুজিন থুয়া শেংবিরগা লাইরমলেম্না মিং থারিবী মুরানী = অমুনহা খোইদোম শেংপী না মাগী মাগী ঈশেং পাৎতগী ঈশোক্লকুনা লাওবাবু ফিজং থম্না থম্লগা ঈহৈহন্দুনা ইরু মাইতানিরগা মৈথু লিংনা ইরাৎ থোৌনিহুনা নাহুৎ লংফাই য়ানগদবনি ।। মক অহুদি কারগীদমক্তা ভৌৎম্মিবা ? মনিদো মৈতেঙ্ হৌ কংলে লম্মাহনবগী চংলম্নি ।। ইপোক নোং কোয়ৌদগী নোংকোয়ৌ নোজা হিপুন ২গা কোয়ৌ মরিফু চংলে খনবানি ।। চহি কুমজা ৩বু চংলক্লে অমম থরৈ তানফংলবন্তু চুকশা মৈথাবা) য়ারনি নোংকোয়ৌ ০নিগী (উক্রোং হোংবা) য়ারনি খংনবনি ।। হৌ কংলেদি কুমজা (৩) চংদবদি চুকশা মৈথাদে ঈশেং খিকপেং শুদবনি হায়না ।। অহুদি মরু মমুং মতমদি কমদৌ-রিবা ? কুমজা (৩) বু চংলক্লে পাউশানহুনা নাহুৎ নারেংগী থোৈরম্বু লাংহুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩২৩১ নোংদলাই কুমশিং ২০ চংবদা মচা ইবুংঙো থুইয়োই তোম্পোবপু বুমশং লংফাই য়াপুবা নাহুত্তুনা লংফাই য়াম্লে ।। X

## থুইয়োই তোম্ববু লাইয়েক লাইশক তাকপীবা হৌবা

লাংবচক্কী কুমশিং ২২৩৩ নোংদলাই কুমশিং ১২৫ চংবা মচা ইবুংঙো থুইয়োই তোম্পোরা কুমজা ৫ চংলকপদা হৌলম্মাহনবা কংলৈ পুংমাইয়োলগী লাইয়েক লাইশকপু তম্বীববু থোৌহৌনবা নোংদম মক তাংঙখা মরিবনা থোৌরাংলক্লে ।। লাইরেম্বী শিনহৈবী লৈনোতাবীগী যম্বী থুদাবু চেং অবুপ্পনা কানো থানা য়েক্তুনা লাইয়েকপু থারে ।। ইশাইফু মাইয়োক থানা ইরানা মৈফু লিংনা চেং থোইদিং মল্লে তিংথৌ লৈগুম্না লাইলেনা শিনহৈবী লৈনোতাবীবু লাংলে ।। ওমপোকপী শিললৈমা হে ইমা নংবু মফম অসিদা পুকম থাগোম্না কৌজরিঞ লেংশিনহিহুনা নংগী যম্বী কানা খুদা অসিদা শ্রা যম্বাল লাংলগ নোং বোবৌ অসিদা তানযংজংগী হৈমল লৈমল অসিবু লৈহুন লৈরাংনা থেগনজববু তানযংজগে বুহিও ।। তেংবানবদা লৌরবা অচৎ চঙা পুম্নমক্কী য়ারা ইখোলবু লাইমিং শাথোক শাফোংনবগীদমক্তা কুবি নোংদম্বীগে হ য়নগী তেংবানবগী মাইকচাংবু ওগরিবা লাইয়েক ৩৫ গা য়াইবি থরাই লাইয়েক ১ গবু মাইক্লুংদগী লোইনা লৈচুপনা হোইদারুবগীদমক তিলু যম্বাল থাংমিন্নহুনা লাইয়েকপু চুপশিল্লগা লাইরেম্বী ইমা

নঙ্গী হক্কুংগী লৈফম ৫৫ দা থম্মগা য়াইবী লাইয়েক ১১ গনা খোইজিখাদা চুবথানা লৈফা লৈথম্বীরিবী লাইবেম্বীনা হেবুংধো থুইয়োই তোম্পোক্কী শিবুরুঙ্গী লুম্লাংদা হম্বীও থাকৌ খাগোঙ্গনি ওব্রা ॥

হ্যং হ্সং লাই যক্লা থবাঙ্কী লৈফমদা থাজা লিপুন লাপুম্না ঈংনা ঙাঙ্গোইনী তেংবানবু শুমহৎলিনী তেংবানবদা লৈবিবা মী লাই পুম্নমকপু অরানবা খুংম্ব নোংদম্না মিম্বাক্লিনী ওবা।

ঐঁ ঐঁ ঐঁ লাইয়েক য়ারানা থম্বল লৈগ্রাং লৈকানা তমঙ্গবিবা চীনবানথোংদা লৈজমজুনা নয়থংবু তাকহন্নবপনা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমবী লুংঙাই য়াইফংনবা নোংদম্লিনী ওব্রা ॥

হ্রীং হ্রুং হ্রাং লাইযক্কী মশক্লা হী য়াই অথোইবা পুম্বগী মশকপু ওইবিবী নপুক লুম্লাং হেল্লিনী ওবা।

ধীং ধীং ধীং লাইযকপু পীক্রুংদা হমজুনা লৈকপনবা পাংশংনা তেংবানবু শিম্বুংনা তাহন থংহন্দুনা লম্বু মা অহিংবনা তমজনফম ওইনা মালেম শিম্না ঙাল্লিবী ওব্রা ॥

হ্রীং ক্ষাং ধাং হ্রাং লাইযেক্কী মশকপু শাফোংজুনা তেংবানববু মিকুপ নাহিম ১দা মাংহন্নবা মশকপু থোঙম্বী থোরম খুদিব থোকাওবা লুম্লাং অমম্বা লৈতনা থোঙম থোপুনবী, থংদ উদবা লৈংবী নংনা ঙাকপীও বুবিও ওবা ॥X

শা যান ১২বু লৈনিরক্লে ঃ—

হে ইমা শিল্লেমা লাইবেম্বী লৈনৌতাবী নংনা তেংবানববু লৈশেম নোংশেমঙৈদা লেংলি পাল্লিবা অচৎপা চত্তবা পুম্নমক্কী মমাবু ওইবাগে হায়দুনা নোংদম্বগী ওইথম্বা মঙান্দগী শাথোক শাফোংঙৈদা নমিংথ (ইথৈবেন লাইওইবী কৌবী নংনা কুবিও ॥

২শুবা লারৈ লাথুপ্পা তেংবানবদা লৈবিবা মশক পুম্নমক্কী নিংশা ইহুন্নবা থোরাং থোপুজুনা লাইনিংবু (থর ই য়াহৈবিবেল শিদবী) লৈহল্লা মফম খুদিং শম্বুংনা ফমজুনা লেংলি পাল্লিবা মশবপু অচং অশিবু থোথংনবা চাবা, থকপা, য়াহিপ্পা য়াওদনা নোংদম্বগী লাহমিংতা নিংজুনা শোন্দুনা লৈবিবা ইমা নংনা থোকাওদনা নিংশিংলিবা লাইমিংবু হেবুধো থুইয়োই তোম্পোক্তা লৈহাপ লৈথমবা কুবিও। X

৩শুবা লারৈ লাথুপ্পা নোংবোবী ৫৫০ বু কুমজা ১ হায়না শাবগা থাডা ১২ হায়না শাথোক্না থাজ ২বু চলম ৬ হায়না এলুপ শাখাইবিজুনা ভক্তি লৈফম ৮ তা লৈশিন লৈথম্নবা থোপুনা (লাংয়ন ৭ না কোল্লিবা লৈফমদা (শডিবু ক লন। থডা ২গী মঙম চৎলম্বু লৈহাপ লৈথাম্ব ॥ থবাক্কী লৈফমদা (ইংঙা. ইঙেল) থাজ ২গী মঙম্বু লৈথম্বি ॥ উত্রা— থোইদোদা (মেরা, হিয়াঙৈ) থাজ ২গী মঙম্বু নোংদম্না লৈথম্বীরম্মী ॥ থোইদো মখা খুদোল অমা মথাইদা (পোইম্বু ব্রাকচিং) থাজা ২গী মঙম্বু লৈহাপ্লীবী ॥ শাজুম্বা—কমথোং ২গী

ময়াইদা (ফাইবেন জমদা) থাজ ২শী অঙম্ব হাপ্পীহুনা তেংবানবা হক পুম্মকপু তানৌ তহেম্মা অবি অনৌ শিন্নহন্না চানি থকানি লৈতনা কুবি নোংদম্বীরিবী ইমা শিল্লেমা শিনখোম্বী কুবি নোংদম্বীও ওন্না ॥

৪ শুবা লাবৈ লাথুপ্তা স্নাগী কাংজাবু তোংহুনা লেংদবগী মশক ওইনা নোংদম্বগী নাক্তা থৌমল তৌহুনা লৈবী হে ইমা শিল্লেমা কুবিও ওন্না ॥

৫ শুবা লাবৈদা নথৌ নওম শিল্লম পুম্ববু শাথোক পুথোকপীহুনা শিন্তাক শিন্দম্নবী ইমা শিল্লেমা ওন্না ॥

৬ শুবা শাথুপ শাফো দা নয়াথংবু তাবদা তেংবানবা লেঙল্লিবা পুম্বনা খোইজং খোইদজবা ওইহন্না নয়াথংবু তাজনিংবনা ইখোলাংবগী পান্দম্না ইঙাই থক্না ঙাইবওম মশক পুম্বনা লৈঙম্বা নয়াথংনা নোংদমখিবা পরমদা অমাংবা অতোবা কৈতনা নোংদম্বী নয়াথংদৌ মংম্ব অকি তুচুং ওইওম্না মালেম শিন্না থৌওম থৌপুনহনবী নওম্ব বুবি নোংদম্না হাপ্পীও শিল্লেমা ওন্না ॥

৭ শুবা লাবৈ লাথুপ্তা অফ ফত্তা নাইদনা নপুক লুম্নাংদ থল্লকপা থৌবম্ব থৌওম্না থৌপুনা ননিংনথা ওম্না মথোক কারকপী অঙাং থোক্তোম শেংকীগুম লৈনা, লাইব তাংবু থল্লবা লৈতনা রাত্ত পাদবী ওইনা লৈঙমখিবী নওম্ব কুবিও ওন্না ॥

৮ শুবা ফালমদা নোংদম্বগী হকী মশকপু ওইবা লায়েক ৩৫ গা য়াওনিবেন লাইয়েক ১১ গবু ইপাল্লাংদা য়েক্তুনা পরম থৌরম্ব লৈখাইনা লাই য়ক ৭৭ পু শুবা শাদম্ন লাইয়েক থবোন থানা ১ গা ১ গা য়েশিন্না লাইয়েকপু মচেং য়েখাই লৈবৌনা মারা ইথোনবু শাথোক লৈফম লৈথিনা মাগী মাগী কাংলুপ শাদম এলুপ শথাইনা হপাল্লাংদা লেথম্না লৈলৌবেগী পুরাবি চংলম লুতিন পাউশাথিবা লাইরাবু রাওনা য়েক্তুনা লাইনিংবু (পুয়া) হায়না পবম খিবিকপু শুনা য়েকপনি হায়নদো পোইবে চাদোন শুদোম্না থংনবগী থম্বদু শৈহৌবী লাইবেম্বা শিলহৈবী নঙ্গী থৌরম্ব কুবিও ওন্না।

৯ শুবা লাবৈদা নঙ্গী লাইয়েক পুম্ববু তেংবানবা থংনবা মালেম শিন্না পীনবা লাই-য়েকপু ওাকপী তম্বীহুনা থংনবা নোংদম্বাবা হনানা বুবিও ওন্না ॥

১০ শুবা লাবৈগী শাথোওা তেংবানবগী লৈযম থুদিংদ যাই, স্না, লুপা, য়োং, কোবি, মিশি, অচা অথক পুম্মকপু চাইথোক্তুনা রাত্তনা থম্বীবমহুনা তেংবানবু স্নুংনাইদনা কুবি নোংদম্নখিবী শিল্লেমা ইমানা অরাংপা লৈত্তবু কুবিও ওন্না ॥

১১ শুবা লাবৈদা নতিক নঙাম্তনা থাজ লিপুন শাথোকপগুম্না ইংনা ঙাম্না শাথোক্তুনা লৈঙম্বা মশক পুম্বগী পুক্লিং লকচাংবু ইংনা ঙাম্না লৈপাম্নবা নোংদম্বীথিবী হে ইমা শিলহৈবী ইমা নংনা কুবিও ওন্না ॥ X

১২ শুবা লাবৈদা হৈশিংবী থৌরম্বু ব্রাত্তনা থৌঙম থৌপুবী লাইরম্বী ৭কী লুচিং ফম্বাল লৈপুবী ওইনা শাথোক্তুনা ফম্বাল লাংখিবী নংম্বু কুবিও শিল্লৈমা ওব্রা ॥ X

## হকপু লৈঙাক লৈকন্নবা খিকপেং ইচাইনা লৈহনবা

ওম হ্রাং শিল্লৈমা ইমা থুইয়োই তোম্পোক্কী বোক্কী লৈযম্বু ফত্তববু লৌথে বঙ্গহুনা য়াইফনবা শেম্বীও ওব্রা ॥

শ্রীং লায়েক্কী মশক ওইবী ইমা লাইনাঙ্তাবীনা লাইংবপু ডোবগী শেম্বীও ওব্রা ॥

ওম হে ইমা শিল্লৈমা খোয়য়ুম খুদিংবু লৈপাইবদা থৌবম খুদিংম্বু তেংবাংংিও ওব্রা ॥

ওম শ্রীং হ্নং শিলহৈবী মিৎ ২ বু শেম্বিও ঙাকপীও মঙ্গিক মঙানবু শামহনবীগন্নু ওব্রা ॥

ওম হ্নং শিল্লৈমা ইমানা নাত্তোন ২ বু শেম্বীও ঙাকপীও ওব্রা ॥

হ্নং লাইয়েকপু ওইরিবী শিল্লৈমা ইমা লৈনাঙতাবী নংনা থুইয়াই তোমপোক্কী চীনথান থকথা লৈয়েঙ্গদা লেংদনা লৈফম ফম্বী ওইবিও ওব্রা ॥

ওম শ্রীং শ্রীং লাইয়েকপু শাদম্লীবী শিল্লৈমা য়াগী লৈফম্বু শেম্বীও ঙাকপীও ওব্রা ॥

ঐং লাইয়েকী মশক্কা থবাক লৈফম্বু ঙাকপীও শেম্বীও ওব্রা ॥

ওম শ্রীং হ্নং লাইয়েক্কা লেংবান ২ বু ঙাকপীও ওব্রা ॥

শ্রীং ওব্রা শ্রীং ,, থবাক লৈযম্বু ,, ওব্রা ॥

ওম হ্রাং ,, নাকোং ২ বু ,, ওব্রা ॥

ওম হ্নং হ্রাং ,, নঙ্গন লুতুঙ্গী লৈফম্বু ঙাকপীও ওব্রা ॥

ওম ,, হক পুম্ববু ,, ওব্রা ॥

ওম হ্রাং ,, লৈয়েংদা লৈবীহুনা ,, ওব্রা ॥

ওম লাইয়েক্কী মশক্কা খ্বাংদগী খোংফাওববু থানবা লৈতেমা মতম পুম্বদা কনবীও ওব্রা ॥

ওম ঐং হ্নং শ্রীং ক্লীং লাইয়েকপু নিংশা ইগুহিবী শিলহৈবী ইমা নংবু লৈপাইভবানে কুবিও ওব্রা ॥

ওম হ্নং শ্রীং শম্ভোং পুংবাবা লাইয়েরা থুইয়োই তোম্পোক্কী হবচাংবু ডোবপীও ॥ মহৈ মশিং হৈবশিঙ্গী লৈয়েং লৈতোন্দা যম্বগুম ফম্বীও ওব্রা ॥

ওম লাইয়েক্কী মশক্কা লাইথংবা কৌব্রু মাইগৈ পাংবা হকপু ঙাকপীও ॥

ওম লাইয়েক্কা থুইয়োই তোম্পোক্কা ঙাংবা শকপা পুয়মক্কা নতিক নংম্বু হাপ্পীও ॥

ওম লাইয়েক্পা থোরম খুদিংবা থৌওম্ববু নত্তিক নওম্মু হন্নী ও ॥

ওম হ্রুং লায়েক্র য়াল্লা পুম্নমকপু পুরুম লৈপাইনজরি ॥

ঐ০ হ্রং লাইযেক্পা খুট্‌য়োই তোমপোক্পা তৌজবা থোবম খুদিংদা মউ মপাল ওইবিও ॥

ঐ০ শিলহৈবী লাইরেম্বী লৈনাওতাবী ওব্রা ॥

মচা ইবুংঙো য়াইফ থৌনি থোয়োইরবনিনা বোর্ব হানা লাইশাহ্লাশ ॥ ৭০ মশক অশিদো আঙ্গি হায়যে করিবু মুঙ্গীবু কৌবানা হায়ন্দা ঐখোয় লৈবিনা মশক পুম্নক অশিবু মাগী নোংদম মাগী থৌরাংদগী শাগৎ শেমগৎ শাথোকহন্দুনা লৈহল্লিবা মশক ঙাক্তনা অচং চত্তা পুম্নমক অশি মন্থাকী শক্তমজনা ওইবিবা মশক ঙাক্তনিদো, মহাক অশিবু বনানা কপ্পি কমদৌনা কদাইদা লৈরম্বা মওং মতৌনা কমদৌবনো থংবা হাইবা ঙমদে অহুম্মুঙাংদমক্তা আঙ্গি হায়বদি অমম্বদা লৈবা হায়যম থংদবা হায়বগী শাথুপ অশিদো অচেংবা লৈযংদি (খ্বাংনপ ফম্নি ' থক্তগী কোঞ্জল্লুকপদি খ্বাংনপ লৈফম অশিগী মথাদা লৈযম অংগু লৈর্বনি, থাদগী কোনথংজকপনা হায়বদি খ্বাংনপ লৈযমগী মথক্তা লৈঙম্লিবা তহ্‌নবা অচুগী মথক্তা লৈফম অমগু লৈএ মথক্তা লৈয়ি অমা ফৈরগা ১বু য়ুংবদি মফম অদা ঐ লৈ হায়র্বনি ॥

৪০ আঙ্গি ইঙাল লৈশাব হায়এ ॥ কনাবু হায়বনো থম্মং আঙ্গি অমম্বনা অমম্বদা লৈবনু থংহল্লগে হায়তুনা মথং মথং থন্থনা য়েংলপদা অমম্বগী পীবুক্রুংদা( মচু মঙান ৯ বু ) ঙাম্নশানা ইংনা ঙান্না লৈঙম্ন ক্র ॥ হীপঃ মচু মঙান অশিদি কষিবু ওইদৌবিব'না মুম্নাংবু থানা য়েংলকপদ অমা হায়বা মশিংদগী হৌনা অমা হায়বা মশক অহুদা , নোংলুম • হায়বা লৈযি কানো কোক্তনিনবা মশকপু মথং মথং য়েক্তনা নোংলুম ১৯ বু উব ॥ মশক অশিনা মশিং লোইবা যাবগাদ্রা থল্লে চৈশিংবু ( লাই-রোইঅমা ) হায়নবে ॥ অমুক লৈথি লৈরেংবদা চৈ অমগী মথংদা নোংলুম ২১ বু উবে ॥ মশিনা থম্বা য়াবগাদ্রা হগ্না হন্না য়েংবদা চৈশিংবু মথাজানা উদ'র থিবদম্ভ ফংদায়, উম চৈশিং অশিদা লাইথহ্নোক্তইদো অহুম্নঙ্গী লাইথম্লেন কৌবে ॥ লাইথম্লেন কৌববু য়াওল ১০ না লম্লুপ ১ শাবা হায়না মহাক্তী মশকপু থম্লে ॥ চেশিং অশিবু শুনা মশকপু শাথোক লৈযমদ্রবদি ঐনা লৈবা অমম্বা মফম অশিবু ইঙাল লৈশাহনবগু থোঙাম্লাই ভাবঙম্লে ॥ অহুদি কম্রিবু কমদৌনা চৈশিং অশিবু শুনবা মশকপু কপ্পিনবু শাদম্নশিবনো লম্নাং লৈতম্নবক্র ॥ ইরিক্তী কোঙ্গোল থানগুম অমম্বগী উন্দ্রা—খোইভিথাদা মশক মৎং ৩৫ বু ভাম্বং ল ॥ উম ১৯ক্তি শেমনবা উবে মশক অশিবু কনানা শাদোং সাথৌবিগবা লৈথিএ ॥ উন্দ্রা লৈযম্ব থিনা কোইনা ইরিক কোঙ্গোল থানগুম মশকপু ১১ লৈঙম্লে ॥ হীঃ মবম পবম পুম্নমক অসিদি ঐগী হক্তী ঐপুরুংদা লৈবা ওইবে; অহুদি মখোয় পুম্বা অসিনা ঐগী পিবুক্রুংদগী ইপাল্লাংদা সাথোক্পা লৈরবদ' থৌপুনবকপা লৈবা খিদিক্তী ঐনা তৌওম্বা ওইঙমগদৌরি অহুদি মখোয়না

থৌপুবা পরম্বু শিন্নফম্ব থংনবা ইখুরাক্তা হাল্লো হায়না লৈত্তাবপা তেংবানবা অশি পুম্নমকশে ঐনা থৌপুবি পাউদাক্পীবা শাদম শাথোক্লি ॥

হৌজিক্তী লাইয়েক লাইশক্তি য়াবু হায়শে :— থম্মুংবু ইঙাল লৈশানবা থৌপুনরক্লবা থৌপুবদা য়ুং হায়না ঙংহুনা নিংশাবু কায়ে, তরং মালংনা চাংজোবু লাম্বা থংদনা ঈরিক কোঙ্গাম্না ঈশিল্ল, লাইমিংবু (কুং) কৌরে ॥ য়েং হায়না ঙংহুনা লাওএ, কোঙ্গোম্নগী ঈশিং ওল্ল, ঙমখেং হায়থম থংদনা শিন্থুনা লৈএ ; লাইমিংবু (ঈহিং-য়ং) কৌএ ॥ (ঙং ঙং ঙং) হায়না ঙংহুনা কা মু ঈশিঙ্গ ঈশঙ্গ ২ দগী কংবি কংনাও হায়বা মশক অমবু পাক চাওনা শন্দুনা তাওহুনা লৈরে, লাইমিংবু (কংহিংলেন অকুপ্পা) কৌএ ॥ কংবি কংনাওদগী তাথবকপা মরাদা ইশংনা য়োংহুনা লৈবা ইনাং কৌবগা ইশঙ্গা তিন্নহুমা য়ান যান্দুনা পাক্লা থানা লৈরে ॥ মশক অহুব উবদা (ঙং আং ইং) লাইয়েকী য়ারাবু ঙংহুনা লৈবারে ॥ লাইরক অসিগী ইরাই ইনিল অহুনা ইশঙ্গা ইনাঙ্গা ২বু পকশিন্নখিহুনা পাকচাওনা থানা লৈশিন্না ঈশিঙ্গী মংক্তা তাওহুনা লৈব হৌবে ॥ অমুক (হাবো শোবো হোশো শোরো হো) হায়না লাইয়েক্লী য়রাবু ওন্না ওন্না ঙংহুনা শিংশাগী ইল্লনবু ফুইনা কামহুনা লৈরক্লবদা ঈশিঙ্গী শককপু চাইথোকখিহুনা ঈশঙ্গ ইনাঙ্গ লৈতিন শিপক্লহু। লৈত্তা লৈফম্না লৈরে ॥ মশক অসিবু উরক্লবদা অমা হায়বা নোংদম্বা লাওবা ঙংববু শোক্লনা মবাক ময়ুংবু পবিং লাংশম থানা শাংনা মিৎয়েং। তাওয়া মরাক ময়ুবু কায়ন থাহুনা মাইগে ৪ শুংদাই ৪বু লৈথায় লৈয়য়গা ময়াই শুমদোন পান কাংল কৈফম্বু য়েংলগা স্না হক্লঙ্গী (শেগগা ফমখোংগা) লৈফম ৪বু শাংথা মিৎয়েং তাওয়গা (ক্ষ) লাইয়েকপু শাফোংনা লাওহুনা চিরা ও থক থবু তুনা চুকথা লৈথম্নগা (লৈনী তোনশোম মরিন নপক্ক' হায়না লাওহুনা তরং মথক্তা মালেম্বু লৈফা লৈথম্ন ॥ ঐগী শাখোক লৈযম্বু মংলবনিনা ঐনা থম্মুং ওইনা লৈববু ঈঙাল লৈশাবগে হায়না মালেম্বু কোইনা ইরাং থাংদবা অজোংবা লম অকংবা লৈফম অমা ময়াই কায়ন শুমদোংপান (হৌলম্মাইনবা কংলৈ প্না থম্বাল পুংমাইয়োল লৈফমদি মফম অসিদা ওইবো হায়রেদনে হায়হুনা মশকপু মখোং ওইনা মালেমদা নেৎ, এৎ থংবা খোঙ্গী খুনিংনা ওইথবগী, খুউদা ঙমাখেং, য়েং থংবা খুৎকা খুংশ। এনা থম্বাল লৈনা শানা লোংন খেক্লনা লব ইদা থয়ে. ওইথংবা খুংকী খুবাক খুংশাগী খুওয়া য়েংথংবা খুংকা খুনিংবু ঙাক্লুনা ক্লেয়ম ঙং গৈহিংফা। হায়না লাওহনা শাফেং শাথোয় চোংথোক্ল। লৈনা য়েংলনলগা লৈফা থএ) হায়না লাওহুনা নোংলোল অহাংবদা তোংখনল ক্লু। অহাংবা লৈফনদা। কুং লোংথুম হায়না লাওহুনা ফয়ে ॥ মঙান মচু ৭না তা ওইনা থবি য়ুমহুম কোইনা ঙাল্ল ॥ মর ইদা থাইবোক থাইনা তংতুনা য়েং ওইদা তারে এত্তা তাবনা পাগী মশক ওইরে ॥ ওইথংবদা তাবনা পীগী মশক ওইরে ॥ নোংদম্বনা কৌএ শলাইলেন অমম্বা ইথেরেল নামুংনী লৈফম

অসিদা অহুমমক্রা ফম্বা মফম্দু (শঙ্গাই পুন্সিবগী মনাক লৈফম) হায়রে ।। নোংদম্বনা হায়এ ঐদো উংলো য়াইবিরেল শিদবা কোওএ, ইথৈরেল নংনা লুবাক্কী শলাইলেন কোবা নংনা মহাক লুবাক্কী নথুম্নি, লুবাক্কি মনুংদা লৈগদবা থমগদবদি (ঐনি) নহাক ঐহাক মহাক ঐখোয় (৩)না ঐহাক্না নিংখিবা পরম পুম্ববু শুনবা থৌভম্দু থৌপু থৌশিনশে ।। মঙাং লুব্রাং খুমন=মঙাং হৈখোং হৈঙাং লালিং কৌনা চুক (৩ থানা থম্মসি থৌরম পুম্বা নবঙানিনা থৌভম্নবা থৌপুহৌরা নোংদম্মগা লৈহৌরবপা পরম খৌরম পুম্ববু লুতুংনা থৌকাওদনবা পাউসা শিল্লাক্লগা লৈমিন্ননবা লৈফম অহুদগী চোংথংখিতুনা লৈফম্বু (শঙ্গাই পুন্সিবগী লৈফম) মিংথুন্না থৌপুরকপা পরম থৌরম পুম্ববু থৌয়ানা থৌয়েংনা লৈপ্লে ।। ১না ৩ শাফোংলগা ৩না ২ সাদম্নমতুনা ইঙাল লৈশানবা থৌশিল্লে ।। ২না নোংলোন্দা লৈগদবা থমগদবা খিবিকপু শাথোক লৈথম্ববু লোইরবদা থৌবোই থৌভমদে তান্দে হাকথি হাকাম্বু লাওদে, তিংলি য়াংলিদে শিবু করি কদৌরবনো হায়না রাহংলুগে মঙমবু হোইদেতুনা লৌকগে শলাইলেন অমম্বনা শঙ্গাই পুন্সিবগী মনাক্তা লাতুনা উংলো য়াইবিরেনগী হক্কী মনুংদা লৈবা চৈশিঙ্গা লাইয়েকপু তেংনা হৌইদেতুনা মহাক্কী হরংদা হাপ্পুনা হল্লক্লে ।। শলাইলেন অমম্বনা লৈরো লৈহাপ্না হনভম্নকপবু ইথেলেন নামুংবীনা উভম্নতুনা মঙম্দু মফম্নাংদা লৈহাপ লৈথমগে খৌরাংলক্লে ।। X

শলাইলেন অমম্বনা নোংদম্বগী হককী মঙম হোয়দোক্তুনা লৈপু লৈবৌরকপবু লাইরেম্বী ইথেরেন নামুংবী লাইওবীনা অমুক হোয়দোক্তুনা মাগী হক্তা থম্বা :— আঙ্গি ইঙাল লৈশাবা শলাইলেন অমম্বা লাঙ্গিংথোই তাওরোইলাইনা ইথেবেল নামুংবীগী লুম্নাং লৈথাববু থংভমতুনা নোংথৌ অহাংবা (শঙ্গাই পুন্সিবগী মনাক লৈফমদা) শাংথা লেংথনা য়াহিপ য়াওনা লাইবেম্বীবু খোইজং মিংথেং লৈথম্না স্না হরুংদা লৈহাপ লৈংম্নবপা নোংদম্বগী হক্বী মশক ওইনা লৈভম্নম্বা মশক পুম্ববু শাফোংলতুনা উহল্লে ।। থৌরম্দু উহল্লবদা লাইবেমনা মরুবু খংনা মিংথেংবু তোবা লৈতন লেবাংং। অথুরাম্না শাবি—ইক ইতুন তম্বগুম মরুগী স্না হকুং লৈযম চদগী হোইদোতুনা মরুগী মিংলাংবু পাংনা তোরা লৈচিংখতুনা হৈংম্বা লাইহেবপু হোইদোতুনা মাগী লৈফম ৩৫ দা চৈথাইতুনা লৈভম্লে ।। নীং নীং নীং হায়না রাহৌর ।। রি রি রি হায়না চিংথোক্লে বে বে রে হায়না হকুংদা পুম্নিন্দুনা বো বো হায়না লৈফম খুদিংদা লৌখামতুনা নপফা হায়না লৈফা লৈথল্লে ।। অমম্বা লাইনিংথোই তাওরোইলাই স্না হক্কী হরুংদগী লাইয়েকপু চপথোক হোইদোকপা লৈফম্দু হায়গে মচা ইবুংঙো ।।

মরুগী হক্কী মিউদগী ক্ষং হং, সং, ষং, শং ।।
,, ,, লৈফগন্দগী রং বং লং য়ং অং ।।

অমম্বনা ইবেম্মা ইখৈবেম্না পীঙম্লিবা অশিবু মঙম লৈহকপদি থরাই য়াইবী হুমলেন ১০ গা তাঙরোই লাইয়েক ১ গা ১৩ নি লাইয়েক গুপবা হাম্মোইবদি ৩৪ নি মশিনা করি করম্না থম্মং অশিবু ইঙাল লৈশাহুনা তাইবংপাল অশিবু লৈশা লৈথমগবনো ? লৈহৌ লৈহোইরকপদি শলাইলেম্না লৈহৌরকপনি তুবু ঐদা অমুক লৈহংলেদো ॥ ঐনা লৈহৌ লেহোইরবপদি লাই-রেম্বী নংনা লৈহোইদোকখিবনা ঐদি থৌকাওরে নংনা থৌদা নোংদম্বীও নম্নাথংবু থৌপুনা নফ-ম্নাংদা লৈহুন ওইনা নিংশিংজরগে লাইয়েক তম্না লৈথম্নবা তৌবিও ॥

## লাইয়েক্কী মশকপু শেমগৎ শাগৎপা

লাইয়েক ৪৬ অশিদে খোয়য়ুম লৈশেম শাথোক শাফোঙ্গদবা শা-উচেক অচৎপা চত্তবা ইঙাললৈশা-বদা লাইয়েক লৈমি তম্নবা লাইয়েক্কি লাইয়েক্কী লাইরা ইহুনবা শাফোংবদি অমম্বগী মশকপু ওইনা লৈরম্মবা ১ হায়না অমাংবা নাইদবা আঙ্গি হায়বা লেংদবা মপু ওইরগদবা হক্কি মশকপু ওই-গনি থৌয়া নোংদম্বীবা নোংদম্বগী ইঙাল লৈহৌবা য়ারাবু লৈহৌনা হায়জগে ॥

অঙ্গি ক খ গ ঘ ঙ ॥ চ ছ জ ঝ ঞ ॥ট ঠ ড ঢ ণ ত থ দ ধ ন॥ প ফ ব ভ ম ।।অ য় র ল ব॥ শ ষস হ ক্ষ — চুকশেমহুবী লাইয়েক্কা হক্কি লৈফম ৩৪ বু ফারিয়ে ॥

য়াৱা ইৱাইখোন লৈশোনবা লাইয়েকপু লৈখাইনগে ঃ— ক, গ, ঙ ॥ চ, জ, ঞ ॥ ত, দ, ন ॥ প, ব, ম ॥ ট, ড, ণ ॥ লাইয়েক ১৫ অসিবু হায়বনি

থরাই য়ারা লৈহাপ্পা কৌবদি ঃ— খ, ঘ ॥ ছ, ঝ ॥ ঠ, ঢ ॥ থ,ধ , ফ, ভ ॥ লাইয়েক ১০ অসিবুনে ॥

অহুদি লাইয়েক মশক অসিগী য়ারা ইখোলবু লৈফম করি কদাইদগীবু লৈশোক লৈথম্না হায়শনা ?

অ, আ, হ, ক, খ গ, ঘ, ঙ লাইয়েক ৮ অসিনা থৌরিদগী লৈহৌ লৈশোক্কা ইবাইগনি ॥

শ, চ, ছ, জ, ঝ, ঞ লাইয়েক ৬ শিনা ঙৌদবী য়ারা ইখোলব শাহৌন ইৱাইগনি ।

ঋ, র, য়, ট ঠ, ড, ঢ, ণ ষ লাইয়েক ৯ অসিনা কোক্তগী শাথোক্কা শোক্ক ইরাইনখি

ল, স, ত, থ, দ, ধ, ন ৭ অসিনা য়াগা শোক্কহুনা য়ারা ইখোলবু শাফোঙ্গনি ॥

উ, ঊ, র, প, ফ, ব, ভ, ম ৮ অসিনা চীনবান লৈফম্বু লৈশোক লৈহৌনা শাথোক ইরাইনগনি

এ, ঐ ২ অশিনা খৌরি, ঙৌগী লৈফম্বু শোক্কা শাফোঙ্গনি ॥

ও, ঔ ২ অশিনা খৌরিগা চিনবালগা শোক্কা হায়গনি ।

ক্ষ দি লৈয়াই, ঙৌ, নাথাংবু শোক্কা লাইয়েক ৩৪ চুক থাই ॥

ট, ঠ, ড, ঢ, ণ লাইয়েক ৫ শিদো খোয়য়ুম লাইগী ইন্নুং ব্রাকোক হৌবা লাইয়েক্কি ॥

ইপাল লৈহৌ লাইয়েক কৌবনা অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ এ, ঐ, ও, ক, খ, ঙ, ত, থ, ন, প, ফ, ম, য়, ল, র, শ, ষ, স, হ, চ, ঔ লাইয়েক ২৭ অসিনি ॥

ঙেংবাংগদবা ইঙাল লৈহাপ লৈপী লাইয়েক ওইগদবা মশক লাইয়েক্তি গ, ঘ, ছ, জ, ঝ ঞ,

দ, ধ র, ঋ ব ভ, লাই য়ক ১২ নি অসিনি ।। ১২ সি মরক্তা লৈবা শাওরোইলাই কৌবা লাই য়ক্তি । ইথৈবেল শিল্লৈমগী পাওশাবু তাবদা শলাইলেন অমম্বনা লাইয়েকপু লৈওমবু মশক পুম্নমক্তা লৈগাপ লৈথম্না চাইথাইরক্লে লাইয়েক্তনা লাবৈ লাথুপ শাইওন শাথোকহন্দুনা ।।X

লাইয়েক লারৈবু থরা অমুক পাওশাগে মচা ইবুংঙো খুইয়োই ভোমপাক ই, ক, ঙ ন প, ম, ল, র, স লাইয়েক ৯ অসিবু অথক।। লাইয়েক হায়না শাদগ্নে ।।

ক্ব, ক্ক, ক্ষ, ক্র, শ্ব, ঞ্চ, জ্ঞ অসিনা তিল্লু লৈফম্বা লাইয়েক ৭ কৌএ ।।

ক লাইয়েক্তি অপাম্বা লাইনি ।।
ন ,, নোংথাং লৈননি ।।
ব ,, লাইখুংনোংবীনি ।।
ম ,, সবৈহনবনি ।।
ল ,, ইবেমা লাইরেম্বীনি ।
য ,, নোংপোক অপাম্বনি ।।
ঞ্চ ,, থরাইপিচা সজিক্তা তিনবিরেনগা তিল্লু ফম্বনি ।।
জ্ঞ ,, = অঞ্জা হায়বা অসিদো কৌক্রে অসিবগা সজিক্তা তিল্লু ফম্বনি ।। (পরম খাযনা লাইসক্তি লুতুংদা হায়গে)

অমুক লাথুপ লাবৈ সাথোক্লে ।— অতিয়া সিদবা লৈসিরেন লৈপুনবী = ইথৈরোল ল.ইওইবী মণা কোঞ্জন্তু থোকপা পাখংবা, লাইমিংথোই অসিবা ৪ অসিদো (কোতী) কৌবা লুনি, লোইরেল মণ পু উংলো য়াইবিরেল সিদবগী মসক্তি ।। মহাক্তি পল্লান্দবী কৈয়েন্নি ।। লৈসিরেন্না মালেম্নি ।। সলাইলেন অমম্বনা নোংথৌনি ।। মক সিদবনা অতিংকোক মুংসিংনি ।। লাইমিংথোইনা ঈসিংনি ।। কোঞ্জন্তু থোকপনা মৈনে ।। মুংসিংনা লাংনি ঈসিংনা লাংয়েল ১২ পাল্লে । মুংসিংনা লাংয়েন পুং ৯ পাল্লে ।। মৈনা লাংযেন ৭ পাল্লে ।। লৈসিরেন্না ফম্মে অদ্রানা ওনসিল্লে ।। লাইমিংথোই অসিবনা মথানি ।। কোঞ্জিন্তু থোকপনা চুকসেন্নি ।। ঙনা ওক সেম্লে ।। (ফ)না মথা হাম্লে, মথানা অনাল লৈচিক্লে ।। (শ)না শাগোল শামু শেম্মে ।। যনা যন, যন্দংসেম্লে ।। ছনা সজি সঙাই ই সেম্লে ।। স না সবী সবোই সেম্লে ।। অশুম্না লাইয়েক্না লাবৈলাথুপ ওন্না ওন্না শাথোক্তনা প না ঈসিং অমুক পোক্লে ।। ফ।। নোঙ্গী মশক ওল্লে ।। ভ —না মুংসিং ওইরে ।। জনা লুইয়িংসেম্নে ।। লনা লিকং ভেনগা লম্বীগা য়াংলে ।। = ট না টা খাংশুনা য়াংলে ।। ঠ—না থাং খোঁপোংবা য়াংলে ।। ওনা লং চীংলে ।। অম্নম্না মথং মথং সথোক্তনা লৈথম্নবদা লাইয়েক্না হক অমুক সাগংলে ।। ও, ল, চ —না কোক সেম্লে ।। ক, ল — না হকচাং সেমগংলে ।। হ, চ, ষ- না যিরাক সবোঙ্গী হাপ্লে ।। শ, ঞ - না মখোক খোয়দী হাপ্লে ।।

ও, হ —না মিং অনি য়াংলে ।। ভ—না খুৎশেয়ে, লরাই লেমফুগা য়াংলে ।। ঙ—না খোং শেয়ে ।। ক না খুয়াগা লেমফুগা শেয়ে খ—না খোংনম হাপ্লে ।। গ– না খোংশা ১০ পাল্লে ।। ঘ—না খুমিং হাপ্লে ।। স—না নিংশা হাপ্লে ।। জ– না কোংজৌ হাপ্লে ।। শ – না কোং-লোবু য়াংলে ।। ফ – না লুম হাপ্লে ।। ধ—না যৈগন হাপ্লে ।। ছ– না লুম ২ কমখোং ২ যাংলে ।। ণ – না পেংখোং = শৌজখোং শেয়ে ।। ঠ—না মিউবা মিউবী হাপ্লে ।। ড– না মিউবা মিউবীবু তোমশোন মরিন য়াংলে ।। ঝ– না য়াংলম য়াংলে । ঘ– না খুনিং হাপ্লে ।। ত—না খুৎফাং ১০ হাপ্লে ।। ত—না খুৎশা ১০ খোংজোগী ১০ খুজিন হাপ্লে ।। ফ না খু-ম হাপ্লে ।। ঝ না লেংদোন শেয়ে ।। ন মা লেংপাক হাপ্লে ।। র– না খোঁনাও হাপ্লে ।। র—না খ্বাংচেং খ্বাংনপ জোয় ।। স—না ছুইগ্রাভবী যুঙ্গা খোংশাবী হাপ্লে ।। হ—না খোইবি খোইরিন য়ানলে ।। ল– না লৈয়েং হাপ্লে ।। য়– না নাতোন হাপ্লে ।। র—না নাখ হাপ্লে ।। ম—না লাইবক শেয়ে ।। প – না নাতোন হাপ্লে ।। ট– না নাকুম শেয়ে শ– না লুখম হাপ্লে ।।

মচা ইবুংঙো লাইয়েক্কী লাইশকপু হায়গে নপৌ মঙমগা ঃ— ক লাইয়ক্রা নাও নানবা অপাম্বা কৌবা = পাম্বংবগা ।। কোংটিংলেনগা ।। কোংটিংলৈমগা ।। কে লাইয়েকো লেমাই খুন্দা অহানবগা শাথোক্লে ।। মশক অশিদো থরাই পানবা পুম্নমকপি মশার ।।

খ — লাইয়েক্কা নাওয়োম থাচুনা থোঁডাইবগা থপ্লাংবগা ।। থানা চাওবগা ।। শ্রা খোংনাং লৈমগা শাথোক্লে ।। লাইয়েক অশিনা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক্কী চানবা চীঙ্গাক্কা মউনি ।।

গ — লাইয়েক্কা নাত্তয়োমচুনা লাইশ্রা লাইবেম্বীগা ।। লাইবেম্বী থিংবাঙম্বীনা শাথোক্লে ।। লাইয়েক অশিদো থরাইপানবা পুম্নমকপু চানিং থরিংহনবা অবাম থোরাংববু থংহল্লি ।।

ঘ লাইয়েক্কা নাওয়োমচুনা চীংখে লৈমবেন শাথোক্লে লাইয়েক অশনা থরাইপানবা পুম্নমক্কী যুম্নী ।।

ঙ — লাইয়েক্কা নাওয়োমচুনা নোংচুপ মক অচিবগা লৈম্বং থোংঙারেনগা ২ শাথোক্লে ।। লাইয়েক অসিনা থরাই পানবা পুমকপু থৌপুরিয়ে ।।

চ — লাইয়েক্কা নাওয়োমচুনা চীংখৈ মরু অচিবগা ।। চেংঙাগা ।। ঢিংবা লৈমগা ।। চীংত্রোইবীগা ।। হৈয়া চক্কা চে ব খুথিন অমাইদগা শাথোক্লে ।। লাইয়েক অশিদো লৈঙল্লিবা মশকপুম্ববু নিংথিভবা ফজবা অরু অহেনবু পাথহন্নবা থৌপুরি ।।

জ —লাইয়েক্কা নাওয়োকচুনা কৌক্র অমিবগা ।। রাকপা শজিক তিল্লবু শাফোংভি ।। লাইয়েক অসিনা ঐ হায়বা লৈরিবা মশক পুম্ববু থৌরমবু থৌপুবদা পরম অশুমা থৌপুগে রায়েপ থৌপুবা লাইয়েক্নি ।।

ঝ—লাইয়েক্কা নাওয়োমচুনা থরাই পিচা থবাবু শাফোংলে ।। লাইয়েক অমি দি মীবু উম্বিৎ

ব — লাইয়েক্লা নাওয়োমহূনা লৈন্নুংখাব তাওরোইলাইগা ।। লাইবেম্মী খুৎলোংলীগা শাফোং শাথোক্লে ।। লাইয়েক অশিদো মীথোই মীহেন্নিংবা চংলম্ব থৌশিনবা লাইয়েক্লি ।।

ভ — লাইয়েক্লা নমলোন মালংবা চমহেম্ব বৌবব শাথাক্ল ।। অকি তথংবা পং ইবু শোম্বহক্কবা মীগা মাইয়োক্লনা পাউশাবা লান সিংনবব থৌওমদবা মীকিথিবা চং ম্ব থৌপুবি ।।

ম — লাইয়েক্লা মাবহনবগা ।। মাঙ্গিবগা ।। মাঙ্গিদা স...হ ক্ল । নপক্কম্বা খংবা হৈবা ঐনী ঐনা মহেক্লে রাখনবা লাইয়েক্লি ।।

অ— লাইয়েক্লা অশিবা শদবগা ।। অচাইবীগা শাফোংডি ।। পম্মুব কৈবা মীচে ন্দা পীজ পীথক্লগা মপুক চরাও তয়ামজবা লাইনিং চংলম্ব হৈশিংবা হম লম্বীবু থৌলং থোহং থৌপুনা লাইয়েক্লি ।।

য—লাইয়েক্লা যুহাগা ।। যুচঙ্গা ।। যু চংলৈনগা শাথোক্ল ।। লাইয়েক অশিদো কৈনান অশিবু হল্লাই ইখোলবু শাফোংনবা থৌপুবা লাইয়েক্লি ।।

র লাইয়েক্লা লৈশিরেনগা ।। মুমিংকা শাথোক্লে । উরিবা খেং কুমিবা পাম্ব চার মখৈবু হাওবা লৌশিনবা মখৈবু পেনবা নাইদবা লাইয়েক্লি ।।

ল—লাইয়েক্লা লৈন্নুং খুং খুং অচিবগা ।। লাইকমলেনগা ।। লাইরেম্বী থরৈংগা ।। চম্বীগা ।। লাইনাও তাবীগা শাফোংল ।। অপাম পামদা খমবা মানা ফংনা পায়রবদা মীচোন্দা পীথোক্লীংদবা চংলম লাইয়েক্লি ।।

ব—লাইয়েক্লা কোঞ্জম্ব থোকপা পাখংবগা ।। পাপ্রংবগা ।। শেস্ত্রেং অপাম্বগা ।। নোংদা লাইগা শাফোংডি ।। থৌরম খুদিংদা মনিং থৌবা মচোন্দা হায়জো, মাচোন্দা তাকথোকউ হায়নম্ব রাহংবা লাইয়েক্লি ।।

শ— (কুরাকশাবা) লাইয়েক্লা লাইমিংথোই অশিবা—শনামহিগা ।। লাইকৈকংবগা শাথোক্লে ।। লাংখোংনা অকি অথ ফনা থৈ কহুনম্ব নিংঙাইদবা থৌশাদবা লাইয়েক্লি ।।

ষ — (কিশি=পেতকাশে। লাইয়েক্লা শনিক লাইনাওতাবীগা ।। তীনবিরেনগা শাথোক্লে ।। নিংশাবু হোলহল্লিবা য়াহিপ তানওম তানহল্লিবা, শরি রাশকহনবা মীনা থোইজং লৈঙাদবব থৌপুদবা, মীবু তাখি নাওই তৌদবা অশাওবা য়াইবু পাউশাদবা চংলম্ব থোপুবা লাইয়েক্লী ।।

স — (ফম্বা) লাইয়েক্লা চীংথৈ মক্ক অচিবগা ।। লৈশিরেনগা শাফোংলে ।। থৌরাই পানবা পুম্বনী পাঙ্গনবু কলহম্ববা লৈহাপ্পিবা লাইয়েক্লি ।।

হ — লাইয়েক্লা হৈরোং লৈমগা ।। অদ্রাশিদবগা শাফোংলে ।। থরাই পানবা লৈবা থিবিক্লা হায়ক্ক নোঙ্গমবু থৌয়ানা য়েংহনা লৈরিবা লাইয়েক্লি ।।

ক্ষ (চুকশেন্নুবী) লাইয়েক্লা মালেমগা ।। নোংথোগবু শেন ৪ থানা ফাহুনা থরাই পানবা

লাইয়েক অসিদো অশিন্নবু হীংলবা লাইয়েক লৈয়াপ্লবা হরুংদা থম্বনিদো খুইয়োই, তোম্বা হৌজিক্তি ইহৌরোল ৯ মৈহৌরোল ৯ বু পাউশারগে তারো ॥

## ইহৌরোল ৯ বু হায়গে অও

রুং চিরি, রুংচিথম, রুং চিবাক রুং চিবক, রুং চিতক রুং চিশো, রুং চিলা, রুংচিংথ রুং চিথুম ॥

## মৈহৌরোল ৯ লাইয়েক হায়গে

রুং মৈমুংশং, রুং মৈতরংঙাং, রুং মৈঙ নতুহীং, রুং মৈঙানখুঙান, রুংমৈশংতরং রুং মৈকেন্নবী, রুং মৈহীংল্লাওপ্পু, রুং মৈনিঙরং, রুং মৈশংনুবাক ॥

হৌজিক্তি লাইয়েক ৯ না মকালোন ৭ শাদম শাথোক্না মৈয়ম চংলম ৬ তা লৈথরা চংলম থোপুবা পরম্বু হায়গে অও । অ, ঙ, ক, হ স, ন, উ, ঙ, চ লাইয়েক লাইনুং থা ৯ অশিনা ইব-বোল ৭ কা লাইয়েবপু শাথোক্তুনা লোইমিংবু য়াবা মিংথল্লি । লাইয়েক অংগ লাইমিং, ঙমিং,

| | | |
|---|---|---|
| লাইয়েক অঙকহং | লাইমিংবু | হংসং, |
| ” নং | ” | হুংশেং ; |
| ” হুং | ” | মশেং ; |
| ” কোং | ” | মকাপ ; |
| ” উং | ” | মরোং ; |
| ” ঙা | ” | মশিং |

লাইয়েকা লাইমিঙ্গবু শাবা লোইদুনা চংলম লৈফম ৬ তা এলুপ শাথাইনা ফম্বান্দুনা মঙম্বু থোপুবা তিল্লু ফম্বানবা হায়রগে ॥ কোং লাইয়েকী মকাপ মরুনা শজিবু কালেন থাজা ২ গী মঙম্বু থোক্লিন থোপ্লুনা তেংবানবা নপুরি থোগনবু অহিং কোলুপ তাবদগী কোলুপ ৫ তাবা ফাওবা থোগন লৈচংববু লোংদম্না শজিবু থাদা শাগৎপী লাইরোই লৈমগা, লাইরেম্বী থরো লোংবীগা. শাগৎপী লাইরোই লৈমগা লোয়ননা থোগনজে ॥ কালেন থাদা শাগৎপী তেংবাল লৈনা, শাগৎপী অকোং লৈমা, শাগৎপী অরোং লৈমগা লোইনদুনা কোং লাইয়েক শাগৎপনা থোপ্পাবল অমিন অম্বাং ওইহনদুনা থোগনবু তানফংলি ॥

শেমগংপা স, লাইয়েকপু ফাইরেন লমদা থাজা ২ গী মথো মঙম্বু তিলু থানা শিম্নহন্দুনা নোং-ঙান কোলুপ ৫ তাখিবদগী কোলুপ : তাবা ফাওবা থোগনবু নোংদম্বীদুনা ফাইরেল থাদা শাগৎপী নোংথাং লৈমা, চীৎম্বু লৈমা; নোংখোংম্বুবীগা লোয়নদুনা থোগল্লি ॥ লমদা থাদা শাগৎপী চুমথাং লৈমগা, ঙাসোই লৈমগা ঈঙ্গোই লৈমগা লোয়নদুনা নোংদম্ববু থোগল্লি ॥

শেমগংপা ( উং ঙা লাইয়েক ২ না তিলু থানা থোরান লাংবন থাজা ২ গী মঙম্বু শিম্নদুনা নোংদম্বগী থোগলবু নোংঙান কোলুপ ১০ চংবদগী মুমিং য়ুংবা য়ুংশক থানবা মতুং কোলুপ ১ তাবা ফাওবা থোগল্লি ॥ থবান থাদনা শাগৎপী লাইরেম্বী, হুমইম্বু লৈমগা, চেম্বু লৈমগা (৩) না লোইনদুনা

থোৌগল্লি ।। লাংবল থাদা শাগৎপী থাদোন লৈমা, এরাং লৈমা, চিংবা লৈমগা লোয়নদুনা থোৌগল্লি ।।

শেমগৎপা হুং লাইয়েরা ইংঙা ইডেল থাজা ২ গী মঙম্বু থৌদা নোংদম্বা এইনা তিল্লু থানা মুমিং যুংথক থানবা মতুং কোলুপ ২ চংবদগী কোলুপ ৫ তাবা ফাওবা নোংদম্বগী থোৌগলবু মুমিং থুঙ্গী তানফংজৌ।। ইংঙা থাদা থোৌগনবদি শাগৎপী রোং চংবী লৈমা কশাথৌবী মৌমু লৈমগা লোইনদুনা থোৌগনবু ফংলি ।। ইডেন থাদা শাগৎপী তোংথাং লৈমগা, হিঙিং লৈমগা, অংকাং লৈমগা লোইনদুনা থোৌগল্লি ।।

শেমগৎপা (নং) লাইযক্লা পোইন্তু, খ্রাকচাং থাজা ২গী মথৌ মঙম্বু শিন্ত ক নোংদম্ববু তিল্লু থানা শিন্নদুনা অহিঙ্গী কোলুপ ১ তাবদগী অহিং যুংথক খানবা মতুং কোলুপ ১ তাবা ফাওবা নো ঙাংদনা তানফংজৌ।। পোইন্তু থাদা থোৌগনবদি শাগৎপী তীঙোই লৈমগা, বোংটিং লৈমগা থোংঙাইবীগা থোৌগল্লি ।। খাবচাং থাদা শাগৎপী অঙাই লৈমা, চেংঙা লৈমগা চংরৈ লৈমগা লোয়নদুনা থোৌগল্লি ।।

শেমগৎপা অঙ্কহং লাইয়া েব হিয়াঙ্গে থাজা ২গী মথৌ মঙম্বু লৈশিন থৌবম্বু শিন্নদুনা শিনা লমম্লে।। নোংদম্বগী থোৌগনবু মুংদাং কোলুপ ৫ তাবদগী কোলুপ ৯ তাবা ফাওববু মাগী থোৌবনা শিঙ্গ লোইনদুনা বোবৌ খুদিং তানফংজৌ নোংদম্বা থোৌগল্লি ।। মেবা থাদা শাগৎপী চিংখ লৈমগা, খুত্তৈলৈমগা; চাকশৌ লৈমগা থোৌগল্লি ।। হিয়াঙ্গে থাদা শাগৎপী হিপোক লৈমগা; ইমোই লৈমগা, যাইপোক লৈমগা লোইনদুনা থোৌগল্লি ।।

মচা ইবুংঙো খুইয়োই তোম্পোক হৌজিক্কি শেমগৎপা ৬ শাগৎপী ৩৬ মকবোল যারা ইথোল ৭ পু পাউশাবা লোইরদো। লৈঙল্লিবা লাইয়েক ৬১; চৈগা ঈচম ১৪ অসিনা পাউশাগী থৌরম মতুং ইন্না মাইয়মলেনগী লাইয়েকপু পৌবোনগনিদো; লাইয়েক অসিনা ইপাল্লাঙ্গী শারোই ৬১ ইন্নপুনা মাখাগ ৭১ কৌবদো অসিনি ।।

লাইয়েকী পরম, চৈসিঙ্গী পরম খিন্তাকপবু তাকপগা থংবগা থংদনা তেনমল্লদুনা পাউদাক-শিংদাই লৈশিনক্কদুনা হবিচকঃ হযাচন, খুন্নচক চক (৩) দা লৈহৌরবা পুরারিবু পাউসাদুনা তাহন থংহল্লি। খুইযোই তোম্পোক হক লাইয়েক ক, ধ ৬ লাইয়েক অষ্টম অসিদো হৈয়াচক্কী মমুংদা মৈথৈ স্না খিং খিং ঙাংবগী মচা স্না মনিক থোম্বগী মফমদা মুংবা মহাবাবনা লাইয়েকপু তম্বীবদা শাথোকনা লৈযে লৈহাপ লৈশিন্না ৎম্বানা লাইয়েক্কি অতুবু মমুং মতম নন্তনা মৈখত্তনা থমলুইদো অতুবু নহাকথক্না শাথোকনা লাইয়েক্কা মতন ওইবনা নৌহৌননা শিন্নদুনা তাকওন্ননি থংঙ ।।

পাউশা লৈহৌডৈগী অমা হায়গেঃ— মবুধৌ কোঙান্তু থোকনা হায়, হিসঃ করিনো তরং ঙুনগী মথক্তা তকুপ তকুপ তরংনা ঙাম্না শাম্না লৈরিবা পেম্মা নংবু কনানো ? পাইমা

ঐনা মুংজবী তীল্লাংবু খোইদাবীদো থোক্লরে, পেম্মা নংবু কনানো ? নবেনধৌ নোংথাং লৈমনা পাওখুম্মি — '' হোয়দা নহাবা অপিচা '' লৈরাই মরুম খোইচোপ্পা' লৈপুং মরুমদা খোইহায়না' নংনা হুনবা লৈতুম্না ইপনগী পুল্লাং কাইরেদো পুল্লাং লুরোই কাইবব্ শিংবিলমলোই হায়ববা । ''
হায়না পাউশানৈ ২ মক্লা তিল্লু থাবা লাইয়েক্তি ( ক ) লাইয়েক্লি ॥ লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৩৮ নোংদলাই কুমশিং ১৩০ চংবগী পোইবু থাগী থানিল কোরৌ যুমশাকৈশা কুমিংনা মুংথক থানবগী কোলুপ্তা মযুম লুরাং খুম্বিবা পীবগী নোংদমদগী মদাইবন বৌবয়োন নামাইম্ মচা অমা পোক্লুনা ইপান থৌনিবু থৌপুবদা মমিং লৈহুন তম্বদা মযুম লুরাং পুখিবা লৈহুম্না য়েলুপ পুম্বব্ হবাওনৈ

## ৬ লংহিংলংফাই য়ানবা

লাংবচক্কি কুমশিং ৩২৩৯ নোংদালাইগী বুমশিং ১৬১ বাক্লেনগী শনি পামদা শগোন শন মুমিংকী সং মকনা পুবা মম্লুংদা লোইনবা থৌরাংহুনা নোংদম মক্ল মবিবা, বাইনিবোন মক্ল লনহাংওম্বা ২ না ইশাইফু ইবাংনা মৈফুবু লৈথোম্না থৌনিহুনা থৌবম্ থৌপুব ॥ মচা ইবুং-ঙো খুইয়োই তোম্বব্ মশম মনা খুজিন খুযা শেংদোকহন্দুনা মুংগেং পাওগী ইশবু অমুনহা ৭ না ইশোক্লুনা ইহৈহল্লগা ইক মাইতাহল্লগা খিগে খ্বাংশেংনহল্লে, নোংদম মকনা খুইয়াই তোম-পোকপু অদ্রা শিদবনা = ( অতিয়ানা ) যম্বা হক্কী লাংয়েন পু ত কপীহুনা মাঙম লৈমবু লৈকং লৈপুনকম্বু লৈতাক পাউশানা লৈথা চৈনা নাথাংদগী লইবক শমখোং থেংনা যাংবব্ থাবিহুনা তেংবানবগী মপু নোংদম্বনা তাইবং চকমুংদা কাইদোং যম্বাল্লাংহুনা নোংদম্বগী শাংহোক-কম খোংজংযম ২ বু য়াংলিবা লৈযম্বু থৌকাওদনবা ইবোং ( ৩ ) ফাংবগী শাল্লচীংদোন য়ৌনা লৈকং লৈহুম্না পবম খায়না থংহন্দুনা মপুক ইক মাইতা,হন্দুনা লংহিং লংজা ৫৪ বু লৈচা ৬ থোক্লা লংফাইহুনা ৬ পু ২ পোক্লা খাযহুনা মক ( ৬ ) গী খুদা ( ৩ ) বু কিনা মৈতৈও, নোংদলাই পাখুংবনা মকগী চুল্লেন খুদাগী লাইমিংবু '' মচাং হৈখোক হৈঙাংলালিং '' মিংথৈবু লৈহাপ্পা মচাগী ওইরোম থংবা লেংবান্দগী খাওম্বনা য়াম্বিবিহুনা লংহিং লংফাই ৬ পু য়ানবীহুনা মালেম্ব লৈকং লৈতিনবা তম্বিবে ॥ X

## ৭ খুইয়োই তোমপোকপু লাইমিংপীবা

লাংবচক্কী মমশিং ৩২৪৩ লোদালাই কুমশিং ১৩৫ চংবগী ইঙা থাগী ১১ নি পানবা ইবাই মুমিংকী অযুক্কী কেলুপ চংলকপদা মক ২ না থৌমিন্দুনা মৈফুবু লৈতৌনা লাওনা খোয়মুম ৫ বু ( উহং মউবু ) মালেমদগী খুদোন ৪ । ৪ তম্না নোংমাইজিং ১ দা শিংথা শিংকক ১।১ মম কক্লুনা নোংমাইজিং ১০৮ দা শেমহুনা লাইমিং শিংককপু নোংদম্বদা লৈহুল্লে ॥ শিংথা শিংককী লাইমিংবু লাইমিং শিংককপু উহং উরাং মউনা শেম্বনি হায়হুনা ( উগী লিক ) মিংক্লা

লৈহুল্লগা নোংদম্বগী লৈমন ( লাইমিং শিংথা উম্রিকপু ) লৌথোক্লুনা মৈতৈঙ্‌ নোংদালাইগী মফমদা থম্লে ॥ মচাইবুংঙো থুইয়োই তোমপোক নপাবুঙ্গী নাক্তা চংলক্তুনা থৌগল ওইনা যম্বাঙ্গরে ॥ মৈতৈঙ্‌ নোংদলাইনা হায় ' পারি থুইয়োইতোম্বা কোরৌ ওসিদগী লাইমিং লৌরনি হায়রবনিনা নপুক ইক মাইতনা তাও, তেংবানবা মপুগী থৌগলবু ফঙ্গে নপুক্তা লৈথাববনিনা ওসিদগী লংহিং লংজা ৮১ না ফাইবা লৈচা ৯ না মকুগী চুকলেন লৈশাবা ( মওাং লুরাং থুমন ) মক অক্তমগী মশক্লিদা মেরুবা পুল্লিবা ৫।৫ অসিনা তাইবং হকপু পুরিবা থরাই ৫ গী মশক্লি, কিশি ৫ শিগী মথক্তা থম্লিবা লংহিং পেত্রেক শাবা অশিনা থরাই ৫ তুগী মেরুবা য়াইবিরেল শিদবনি, লাইমিংবু কুং নোংলুম ) কৌবনিদো ॥ লংহিং মচা ৯ অসিদো তাইবং ঐগী ঐগী হক্লি, হকী মম্ুদা লৈবা থোং মরোল কা ৯বু ইপাল্লাংদা থমদুনা ঐবু ঐনা ভাকচবনি, লৈচা ৯গী লাইমিংদি লৈফম্না : লংফাই ১ দি হোপ্নী লাইমি না পোরোল কৌএ. মশক্তি উংলৌ য়াইবিরেন শিদবনি থরাইগী মপুনি ।।

লংফাই ২ দি পৈগী লৈফম্নি, লাইমি শু পোবান কৌএ, লাইশক্তি বৌত্র অশিনা মকনি ।।

লংফাই ৩ দি শপোম্বাগী মশক্লি লাইমিংবু উংতিমান বৌই, লাইশক্তি মাহিংনি ।।

লংফাই ৪দি খোংশাবীবু লৈশাবনি, লাইশক লাইমিংবু মপনমান বৌএ. ততিয়া মবগী মশক্লি ।।

লংফাই ৫ দি থিবোং থাউবু তম্বনি লংফাই অশিদা লৈবদি মার্জিং মারহনবনি, লাইমিংবু বিয়ান কৌএ ।।

লংফাই ৬ দি মশিংথাবু তম্বনি, মশক্তি থোংভারেনগী মশক্লি লাইমিংবু কাং কৌএ ।।

লংফাই ৭ দি খৌনাও লৈযম্ব শদম্বনি মসক্তি লাইমিংথোক্ত মনাহিনি লাইমিংবু (তক তক) কৌএ ।। অরান ভুংফাম্নি মেরুবা লাইমিংবু লিকচাও লিক্লাং কৌএ ।।

লংফাই ৮ দি খোইদৌনি. লাইশক্তি লৈসিরেন লৈপুনবীমি মসক্তি শিম্বাং কাইবোং মাম্না লৈবনি লাইমিংবু ( হো লাইরেন লৈবুপ্পী লৈহিংনপ ফা ফা চপ ফা ফা মা ) কৌএ ।।

লংফাই ৯ দি মিহিং হুনফম ঈশিং মুংশিং মোইশানবু পুথোক্লিবা ( পেংথোংবু ) শাদম্বনি ।। লৈফম বু খোং থিংজবনি লাইমিংবু "পোবান ,, উংতিনয়াল , মপনমান বিয়ান, কাং, তক তক হোলাইরেল লৈবুপ্পী লৈহিনপ ফা ফা চপ ফা ফা মা ) হায়না লংফাই ৯ মক্তা শোল্লগা য়ানগদবনি, নোং কোয়ৌ অসিদগী য়াঙ্গরো পাউশানা লংহিং লংফাই ৯ বু য়ানবিরে ।। X

মৈতৈঙ্‌ নোংদালাইনা ভাকপীএ :— থুইয়োইতোম্পোক খুবাক ময়ায়দা ঈশিং থর হাপ্পুনা

খোয়য়ুম অহুম্ব নীংশিংহুনা থকদবনি অহুবু ইপুক মম্বু ঈশেং ইক্ক মাইতাবা কৌএ. থৌরম থৌপুদনা খোয়য়ুম ৫ গী থৌগন লৈপুনবা লাইমিং শিংকক পায়বা নামুংঙি ।। অহানবদা ও কৌএুবে ওব্রা ।। মথংদা ও থাংজিংবে ওব্রা মথ'দা ও চিংথৈ মরু অচিবা ওব্রা ।।

থৌবম্ব লোইরগা খোয়য়ুম অহুম্ব খুবাং ১০ না চেপ্পা লোম্না লাইমিং হায়হুনা লৈপাইগনি' লাইমিংদি ওম হাই চিংবা হাই ফাহিং ওব্রা অমদি ওম উইফ্রাং চিংথংশ্রো থাংজিং ওব্রা ।। অমদি ও শানা ভাং তরংবা মিরুহিং পুরৈচৈ ওব্রা ।। মথংদা নশা ইপাল্লাংদা হক্কী লৈফম ১২ বু লাইমিং হায়হুনা খুবাং খুৎশাবু লৈশোক খুথেক লৈকা শানা লাইয়েকপু হায়হুনা লৈপায়গনি ।। অহানবদা য়েৎকী খুৎশা ৪ বু তিংনা মুংলগা খুবিনা খুবাক্লামদা ভাংবক ১ থেকথরগা খুনীগী মনম থেকথবনা শানা চিগী মমাংগা থদাং চীনবানগী অকুৎপদ লাইমিং হায় হায়হুনা (৩) লক লৈপায় লৈশোক্কনি ।। লাইয়েক্তি শানা চিগী লৈথোং ময়াইগী অকুৎপদা (কোনং) থদাং মথক চানবান মথাদা (সংমিৎ) লাইয়েবশু (৫ লক হায়গনি ।। অমুক খুবী মতোনগা খুৎ-নাওবী মতোনগা শম্নরগা শানচিগী মথোং য়েং ওইদা লাইমিং হায়হুনা অহুম অহুম্নক লৈশোক লৈপাইগনি লাইমিংবু য়েৎলমদা (হকশো' হায়গনি ওইদনা পৎশা হায়নি ।। খুনীগী মতোনগা খুংয়াইগী মতোনগা তিলুথাহুনা মিৎ য়েং ওইবু লাইমিং হায়হুনা (৩ লক লৈশোক্কনি লাই-মিংদি য়েৎলমদা মিত্তরেং মিংহিং, ওইবোমদা মিৎতরেং মিৎহিং ওব্রা ।। খুবী মতোনগা খুৎনিং-থৌ মতোনগা শম্ননি লাইমিংবু হায় হায়হুনা ৩/০ লক নাবোং ২ মক্তা লৈশোক্কনি, য়েৎলমদা শংহো, ওইরামদা শোহিং হায়গনি ।। মতুংদা উন্দ্রা — খোইদৌদা তমুক শিনথে হায়না শোক্কনি ।। থমোই লকা লৈফমদা (থুংচিরিং) থবাক্কী ময়াইদা (তিংলিং), ভকথোং অকুৎপবা (চেংথেকু), য়েংথম্বা পাম্বাম মরুদা (উং হোরিক) ওইথম্বদা (উংখিয়াং'; লাইপক ময়াইদা (কুং হুং), লরাই কোইরন্দা (কিং তিক সো) ওব্রা ।। মতুংদা খুৎফাং ৫ বু থম্বাল অপোম্ববু লৈতম্না উমগা শানাচিগী মমাংদা থম্নগা লাইমিং হায়হুনা নীংশা ৫ রক খোইদৌ তম্না চীংশি-ল্লনি, লাইমিংবু যুহা, যুচেং, চেংজা, থোংইবা, অভাইবা) ওব্রা হায়না চীংশিল্লগা হোরোসো লাইয়েকপু নীংশিংনা নীংশাবু চীংশিন্না লৈফা লৈথমগনি ।X

খুইযোই শোম্পোক নপা ঐনা পলেম ইমাবু নং ঐগী হক্তা লৈপকপা রাবু হায়গে:—
মালেম ইমা অসিদো অসংপা চত্তবা পুম্নমক্কী তেংবাংনবা অসিদা লেওম্মিনা মী, লাই পুম্নমক্কী মমানি নং ঐনা পলেমগী সি য়াম্নুংদগী তাইবং ইফাওনবদগী পিক্ত পীথক্তুনা নাওয়োকপশে লোইদাম থাজা ৫বু ইমাগী ফৈবাক্তা পম্বীহুনা পলেম মাগী খোম্নাংবু পীথক্তুনা নাওয়োক নাওকোনবদনিদো, তাইবং ইমাগী খোম্নাংবু থাওম্বদগীদি মালেম ইমানা মতম্বাক্তা নাওকোনবীহুনা মালেম ইমাতগী খোম্নাংবু পিক্ত পিথক্তুনা লৈহনফমদা লৈহুম্নদরিবা ফাওববু নাওকোম্না নাওয়োক্লিবী ইমাম্নিদো ।।

অসিদশু মতুনা নং ঐগী হক অসিবু শেমগৎ-শাগৎপদা মালেম ইমাগী হক, য়াংনা শেম্নকপা তাইবং ঐখোয়গী হক্কি অশিবু যোকাইদনা নীংশিংজববু ওইনা মালেম ইমাগা তাইবং হক্কা তিল্লজবনি ।। মালেম ইমাবু তাইবং হক্কা তিল্লবদা পরম থৌরম্বু লৈথংনা লৈযম্বু লৈথানা লৈতিল্লবদি মীপুম খুদিংনা নং ঐবু উবদা মপুক শুরাও তয়াম্মে।। মুমিৎ থোক্লকপগী মচান্না চানবগুম চাল্লিদো থাক্ত পাথংবনা শাথোকপগুম ইনা মতিক মচালবু চাল্লিদো, শিবেক হায়বা মথে শিদবা ওম্মি লৈতাকপা পরম থংনা শাথৌ শাথোকইনহল্লদি নংনা শিনিংবা মুমিংশু শিন্সু থৌওম্মি। নারবম্সু ফগে হায়বা মুমিত্তা ফংসু ওম্মি, নং ঐগীসু য়াইকনবা মালেম ইমাবুশু থোকাওদনা নীংশিংজববু থৌপুনা তাইবং হক্তা কাইদোংনিনা খায়য়ুমশিংবু মালেম ইমানা লৈফা লৈথম্বনবা মালেম ইমাবু ও ইবং হক্তা লৈথম্বনিদো ।। অতুগা মালেম ইমাবু লৈকংপদা (ওথাং) লৈবমগী (পাগুম) ২গী মরক লাইপক ময়াংদগী শমাখা লৈথুংবা ফাওহনদি খুৎনা খোবং দ লৈকংপদা, (লৈখাটে) কোবা মফমা সাহনিং লাইয়েকপু লেপ্লবনা মালেম ইমাবু খুবাক্তগী লোতুনা নথাংদগী লৈহৌনা যেন, ওই অনিদা নম ক্লানদা ইখংনা লৈম তুনা লেথনগনি ।। নথাংদগী লোহৌনা লৈখাতুনা লৈকংবা লৈফমনি নং ঐনা লোনা মতংদা লৈফম অহনা লেকংবু তানযংনবা থৌখম্মী ।। নাথাংদগী মনচী শম্না লৈক পনি ন ফনা তিংলিচে মতুংদা নোংদম্বনা থোংথোক থোংচৎপু মানিননা লৈক পনি থোংলনা চেনা তমুক শুংলিন । ওইথংনা মুমিৎ তাবদগী নোংচাল কোল্লুপ লৈজংদবিনা মথেং শাথোক থোংচ ওইনা লৈনিনবা সানাচিগী মথক্তা লৈকং লৈফাংনিদো তায়চাও নোংগাংদনা য়াবিরবদি শি দও হংও । অতানদা থৌপুংদবদি মালেম ইমাবু লৈতিল লৈজৎলনিদবা খোইদনা লেনা লাইয়েক (নং) মথা খুদোল অমগা মখাইদা লৈবা লাইয়েক (কুংসং), শংম্বনা লৈবা লাইয়েক (খ্রাং) লাইয়েক মরিবু (নীং নীং নীং) হায়বা য়াবানা হৈরনি । অতুগা বিবিব হায়বা য়াংনা লৈফম অহংগী থক্লোমদা চীংথংলগা লেখা লাই যঙ্কী মথ ই লাইপঙ্কী লেপক শমাখাংনা পাইনবা লৈবমদা (রো রো রো যানপ) হায়না খ্রীং লাইয়েকপু থমগনি ।। বাহে তসিনা লেমাংনা পাগুম ২গী মরওা (হুং হাং) লাইয়েক হবু থমগনি ।। মতুংদা নথাং মিৎ গী মথক্কা ফ্লিং লাইয়েকপু থমগনি নপুক লুম্লাংবু লৈথানতুনা ।। মশাক লাইয়েক অসিনা ওইরগদবা মথাক্কি হমইদবে শপা ওনা হায়তুনা তাতুংসু উংম্লাই মাবু থম্ব উগ হায়রবদি ইপাল্লঙ্গী মিৎনদি উংম্লাই মশকপু তারেম্মা হক্তী পাবুরঙ্গী মিৎলাংনা তানমচেল্লবদগা উওজগনি, অদুনু নোংমদি শোই না উগনি নং ঐগী তাইবং চ ঙাক অরোইনা মুমিওা লাইয়েক মরিবু লৈফম অসিদা নোংকারো খুদিংগী থমগদবনি মুমিৎ খানা চালনহম চাল্লক্ল ।। লৈফম অহুম অসিবু (লৈখাটে, মতোল তুম্বা অসিনা মালেম ইমাবু লৈরোরগা য়ুংনা থাজন্দুনা থমগনি ।। নথাং মখাদদি শম্না চীংদোনদু লৈহোন হম্বাল লৈনা শানা লৈকং লৈতাক্কা হায়বতুনা তাইবং ঐবু শাদাংলিবা থৌদা নোংদম্মা থৌপুহল্লিবা মশঙ্কী তয়ুক মুংথিল

১৪— শুমাই চীংবু লাৎপদি :— কংলৈ পাৎকি মঙ্গুংদা লৈবনি ॥ য়েন অঙাংবা, থুম্বু লৈচেং মচু মানবনা লাৎকনি ॥ লাইশোনবু শ্রং কুক (ফেৎ ফেৎ শ্রং কুক ফেৎ ফেৎ,) কৌবা ওরা ॥

১৫—কৌব্রু চীং লাৎপা : - কংলোইস্না পুংমাইয়োল স্না থেংগ্রং চীংদি—হৈ-লৈ. চেং, থোইদিং তিংথৌ, কবোক অথুম অহানবা লাৎকনি ॥ লাইমিংবু আং চিং ব্রিক ওরা ॥ (মৈফু লিংঙু) লৈফম অমদি হুই থুম্ব অঙৌবা থাগনি, লাইমিংবু (লাইলোংবা হাহিং অশনবা) কৌবা ওরা ॥ মৈফু লিংউ চেংলৈ লৈহুন্নী কৌব্রু অশিবা কৌব্রুবু লাৎপদি থোইদিং লৈহুল্লু, অনৈ চাজা লাৎলু ॥ নোংদম্না মউ লৈথানা চারি মপান লিংঙন্না, নমু তাইবং লাইখুন্দা অহানবা ঔব্রাংবা লাইবু অশুপ্পা ॥ (ওম যে মিংলেন সনা নোংটরেংবা চিংপুং রেমপা) ওরা ॥ ওম হাই চীংপা হাই ফাহিং ওরা ॥

১৬ মোইবাং চীং লাৎপদি :— য়েন, চাম্বু অঙংনা পুন্সিনিবনি ॥ কোং কুপ ফেৎ ফেৎ কোং কুপ ফেৎ ফেৎ কোংকুপ ফেৎ ফেৎ ফেৎ ওরা ॥

থাংজিং চাং লাৎপদি য়েন, হন্দং অবাংবনা লাৎকনি ॥ সতোনবা লয়োল্লাংতবা ওরা ॥

থাংজিং হকবু লাৎপদি চেং কণ্বী হৈজাং, লফোই মাইয়োকথা অনৈ চাজা, চেং থোইদিং লৈ তিংথৌ লৈহুন্না মৈফু লিংনা লাৎকনি। হে থাংজিং হে থাংজিং তাওরোই লাইনা খাদা লৈথপ্পা নশক নওংনা ফাক্তোক অবিবা ফেপকি মশকপু ওইরকপা স্না মিংলেনবু ওম য়োক টিং কবিং শংতে মৈরিকপা হাংশে কৌবা ওরা ॥ লৈহুন মিংথৈনা (ওম উইক্রাং চিংথং শ্রাং) কৌবা ওরা ॥ উনবদি- চেং খুংনা খোবপা ৫, তিংথৌ মপোপ ৫, ঘিরাল মচু মুন্নাওবা ১. থাংমৈ হৈলুক থাচুনা মীচীক মীবাওখোল তাদবা মতমদা নোংপোক ওনবা লাখোন ১দা হাপ্পুনা শাগোলশেলগী অহিংদা লাৎলু ॥

থাংজিংবু উনবগী লৈহুন মিংথৈ :— হুং হ্রীং হুবৈশেং কৌবা ওরা ॥ লাইমিং থাগোনবদি (কুং কিং মোও মুং নিং মো হুংমা ওরা ॥

১৭ খংলৈনম পাখংববু লাৎপদি : অনৈচাজনা মৈফু লিংনা চেং লৈ লৈহুন্না লাৎকনি। হৈয়ম য়োৎ পোকপা মুং পোবপা, য়োৎপু চগেম শাইবগুম শাইবা, হংবু থুম তুপ্পগুম তুপ্পিবা হে খপ্রাংবা ওম তোবিক ওমহোরিক কৌবা ওরা ॥ ওম হুং শ্রীং আং ওরা ॥

১৮— যম্বোং মিংথোই মাইগৈ ভাকপবু লাৎপদি :— হৈ. লৈ অথুম অহ ও চেং, থোইদিং মৈফু লিংনা লাৎকনি ॥ ওম পোংলোং হাই হাই ওরা ॥ ওম পোং লোং হাই হাই ॥ ওম পোং লোং হাই হাই ওরা ॥

১৯—নোংচুপ লোইয়ারাকপা লাৎপদি :— পোৎলম অমতনি নিংজবা য়াই ॥ ওম হেং লোইয়ারাকপা খোংফেন থোবা কৌবা স্না মিংথৈবু ওহ্রীং ক্লীং হুং কৌবা ওরা ॥

২০—য়ুমজাও লৈমবু লাংপদিঃ—অশেংবা অতা অথবা লাংলু লৈবমি থংঙ্ ।। মচুদি ৩ না ৭ ভুইয়ে, ৭ না লৈফম ৬ তা লৈফবনি, লৈখোক্তি ১ শুবনি, মশাক্তি হাকথংবমি থংঙ্ ।। লাই মিংদি লৈনপফা লৈহিংলপ, ম্না মনিক খোম্বী, থুংরিক কৌবী ওরা ।। (চংলমবী থাক্তা)

২১—মরু পাথংববু লাংপদি :—অনৈচাক শঙ্গোম অরুইংবা হৈদুনা লাংলু লৈফম্ হায়গে ।। কং-লোইবা ম্না পুংমায়য়োন্দবী নোংচুপ পাংবা, তাংজী নোংলোক, লাইগী কংলেঙ্বী মমাক্তা সনাগী তেংকোংনা কুপ্নুনা লৈবনি মুঙ্গী মশক্তম ওইনা খুছুপ ৩ লুনা, লাইমিংবু (ম্না থম্বাল কৌই ।। থম্না খয়োম্না মুংকোংপীনি ।। থম্নাবু থম্বালবু লাইমিংথোই তাওরোইলাইনা মমৈবু ময়ানা চীঞ্জনা কোল্লিবনি ।। থম্বালগী লৈরিক লাপুন, লাতিংনা য়োম্লিবা থমচেংকী মথক্তা য়াপুনা তাইলং পানবগী মরু পাবু থংবনা চাগে থক্কে পোথা য়াহিপাক নীংশিংনা লৈতনা নোংদম্বগী, লাই মিংতা নীংশিংবনা চাবা থকপা য়াহিপ পোখাবা ওইনা লৈবনি, মচু ৭ কী মঙ্গলদা মপানথংবা ওইনা সম্না অহিংবা লৈচু মান্না লাইমিংবু (সনা হিং পাথংবা, ও কুং) বৌনি কাংগেন্নু ।।

(লাংবন উকাই কাপপা মঙম থৌপুহৌবা

লোংবা চক কুমশিং ৩২৪৫ নোংদালাই মৈতৈঙ্ পাথংগী কুমশিং ১৩৭ লৈচংগী শজিফু লাকএন তাইনবগী তাইবং ময়ামবু লৈতিন ফমবাল লাংমিননদুনা লৈপারী অথা-কুংহোই অবা অনং থোইয়ুম লাইগী পাওজেন তাবা লৈযম্বা মতমদা হায়, ঐখোয় ময়ুম পুম্বা লৈতম-নবিবা অসিবু মহৈ মশিং মথৌ মঙম্ পরম থৌরম অমত্তা লৈখংনদরে. শাথি শাক্কারদা হৈ-শিংবা অওম্বনা কঁনানো ময়ুম য়েলুপমা কনাগী মচা মশুনো লৈখংলক্কে, লালদা থৌনা লাল লমথংথনা কনা কনা লৈরি পরম থৌরম অমতা লৈখংদরে শেংনা চানবগী লৈরাঙনবা থৌপুনবদা লমতু অশোং অশোংবা লৈফমশিং অশিবু (রাইশেং লমশেংবা) তৌওমদংশু মুং-শাংমনলে, কুমশিদগী থোহৌনা মখুৎ মশা হৈশিংবা, মপুক লুমলাং হেলবা মথৌনা ফবা, থাং, টা, লিকুং টেল, অন্নামপাই হুন্দবা মানা মানা থংবা হৈবা শেম শানদুনা চাংদম চাং-য়েং কোরো অসিদগী থোহৌনা থাজ ৎ বু মানা মানা হৈবা শেমগৎ শাগংদুনা লৈথমনরো. মহৈ মশিং ঊরাইনরো, লাংবন থাজবু থাবান নোংমা পানবদগী থোহৌনা নোংকোরৌ তন্নানি লৈচুপমা মহৈ মশিং হৈশিবা তাম্নশি, অদুগা মাগী মাগী মঙম্ থৌয়ংনা মমিং লৈহুন লৈতমনা অওম্বা কষ্বৈ লৈহাপনা লুচিং থৌপুরেন লৈহাপনশি নোংদমলে ।।

## (মোইরাং ফি পুথোপা)

মৈতৈঙ্গী নোংদম্বু ময়ুম য়েলুপ ৭ না থোয়াদুনা মরাম য়াইদা লৈখুমকগা মচা মশু লৈ-ওম্বা পুম্বদা পাওদম পাওশানদুনা মানা মানা মপুক লুমলাংদা তাবকংনৈবা থৌরম্ পুথোকনদুনা শাওমনরে ।। মহৈ মশিং শালান্দা পাম্বনা থাংতা খুৎতা খুৎলাই ঊরাইদুনা অথংবা অহৈবদা

তমনহুনা ফিশা লোনশা, অয়েক অখোং, অহৈ অহৈবা তৌনহুনা শিন্দাননগদাবা থাহব্রু ঙাইহুনা লৈনরে ।। মৈতৈশু নোংদালাইনা অঙম অথৌবা, অশাই অশম্বু লোম্বননা খায়োকুনা লম'য়ংলগা ( রাহৌ রারোই লাংদাইপুং ) কংলৈপুংদা ময়ুম ৭ কি শংক্লেন শংশাং ৭ পু কোইনা শাহুনা মাগী মাগী শংলেনবু লৈথংনা লৈথমনরা থৌরাংলে ।।

লাংবন খাজগী নোংকোয়রো থাজা নোংমা পানবদা লৈপাক মীয়াম্বু রাহৌ রারোই লাংদাইপুদা খোংগা লৈতিন্নহুনা ময়ুম ময়ুমগী লৈশারম্বা শংলেন্দা লৈচং যম্বান লাকুনা মানা মানা লৈশানবকপা ফিরোন, পোং থাং, লিরুং তেন থাং টা কোন-লিক থুমমোক তাইরুক উপু তাপু, লুপাক চেংপোন, হৈপান লৈপান মানা মানা খংবা হৈবা শানরকতুনা মা মাগী শংলেন্দা মাগী মাগী লৈফম নাইনা পরম খাইনা থমনরে ।। ময়ুম পীবা মরিগা, যমনাই শেংলুংবাগনা থৌখন্দুনা মৈতৈশু নোংদালাই পাখংবনা লৈশম্বা মশক পুম্বরু অপাম্বা পাম্নদবা লাইচনা খোইজং খোইদানা মিংযেংবু তাওম্নি ।। পবম থোরম্বু থোয়েংনা ময়ুম মিংহুন লৈতম্লী, মথৌ মঙম্বু থৌশুবদা খোইজং খোইদানা শিনশুনবগীতমক্তা অথোই অহেন নাইদানা মীপুম খুদিং শংলেন খুদিংগী মাইয়োকথা, লৈফম খুদিংদা শেনলুপা ৫০ য়াংখৈবু য়েন্দুনা মপুকনিংবু থৌগৎতুনা হবাওহল্লী ।। চবৈ ফিরাংবু বোইনা নিংয়েং তংবদা মহক মহা তম্নম্ব যিরান তুম ফকশা লাইয়েং ফকশা লিথাং মথাং, খোইবৌ লিরৌ, মথল মথা অঙম সানা মিৎয়েং তারুকপদা ময়ুম বোইরাং য়েলুপকি শংলেন্দা নৌহৌনবা ফিরোন অমবু উঙমতুনা হংডি নমথাং যিরোন অসিগা খ্বাংয়েৎ অসিগা ফিরোন অনি অসিবু নৌহৌনবা ফিরোন যিচন ঙইনা উংল্মী ফিরোন অসিবু করিনা করি কমতৌবা রাখনবদগী শাঙমখিবা নৌনা থোৎনা নিংথিদা ফিরোন অসিগী মনিংবু কবিবু কৌবা ঐদি, কোরৌ অসিদা মউরি ফিরোন অসিনা শাথোকপনা কুমজা কয়ামুক মুংশাংলবা? ঙাংনিং সিংনা হায়য়ে, "মৈতৈশু কুমজগী লাকয়েন তাইঙম্বা চাহৌ মুচিত্তা নোংদমখিবা নবাথংবু থৌপুনা ইযুম মোইরাংদা লৈবুম্বদা রাথন তৌনা অঙম লৈকুম্বহুনা ঐগী তাওবা হুইজিন ওইযাথৌবা অতুনা ঐবু উরগা মাগী ময়া মচিন অতুম্বা হৌবিবা পল্লেং অহুবু মম্নাকাহুনা অহুমলক হন্না উহল্লী, হাইসঃ হুই অসিনা হায়রিবসিবু মাগী মম্বাবু লৈহম্না শাথোকউ হায়রিনা রাখন্দুনা ননাইনা চরৈ যিরোন অসিবু শাবদা হংবাবু লিরৌ খোইরাইদুনা ফিবান লুইয়াশা তমজনা শাজবনি চরৈ মমিংবু করিবু হায়শিরুনো লৈহন্দরি মানা নোংদম কুবিনি মৈতৈশুনা নয়াথং" ।। ময়ুম মুবাং ঙাংনিংশিং ফিরোন ফিজন অসিবু শাহৌনবু ময়ুম লৈনা হৌঙমবনি, লুতুংনবু লৈথংনবা ফিরোন ফিবান ফিজন অসিবু ( মোইরাংফি খ্বাংশেং, মোইরাংফি নমথাং ) মিংহুননা লৈথমলসি নোংদম্না লৈথমলে ।।

থাজা হুমনি পানবদা লমজেন তাননহন্দুনা লৈপাকপু কুমৈ য়েংহন্দুনা লমজেন অথোইংগু অপোখগু মথং মনাও থৌয়েনা মানা পীহুনা মপুকনিংবু থৌগংলি ।

থাজা মরিনি পানবা মুমিত্তা মুক্র শান্নাহন্দুনা লৌ হৈবা লৈখন্দুনা অথাবা থাদবা অনিবু মানা মথুম পীদুনা মুংঙাইহল্লী ।।

থাজা ৫ নি পানবদা খোংকাংজৈ হায়দুনা শান্নহন্দুনা অপোবা অথোইবা অনিবু অথোই অঙেন নাইদনা মানা পীদুনা মুংঙাইহল্লী ।।

থাজা ৬ নি লৈপানবা মুমিত্তা লৈপাক মীয়ামগা মৈতৈগা তিলু লৈফমগি হুনা পাংশানহুনা রারেপনৈ ।। "ময়ুম য়েলুপ ৭ মক মাগী মাগী য়েলুপ শাখাইদি লৈহোংনদনা তাইবং মাগী লুমলাংদগী শেমদোক শাদোনরবপা থৌরম্ব লতুংনা থৌরাওদনবা থৌরম অদুগী মশক মচিংবু লৌহুনা মমিং মথাবু মিংহুন্না কুমজা অসিদগী লৈগুমনবা হৌরসি. অদুগা য়ুম অমগী মথৌ চৈম মসিলবু য়ুম অমনা শিলগুনবা তৌফদে শুগুমলকলবদি নামুং চংলবদা শিনগু শিনদাংবা হায়না ময়ুম মাগী শিলগু মমিংবু লৈমুংহন্দুনা অপকপা য়ুমদাংলবা হায়না লৈনশি রারেপনহুনা য়ুমচামুমখাইনা শিনগুনহুনা লৈনারসি রারেপলে।

থাজা ৭ নি লৈপানবদা শা-ফানবা শারম খোংলম্ব থৌপুন্দুনা টিমেন তা ) পী খৌশালোনবু মখল ৯ ( মাপল ) পুথোকতুনা খৌশানহুনা লৈপাক্তা কুম্মৈ ওইনা য়েংহল্লী ।।

থাজা ৮ নি পানবদা থাংগী মগুম্ব তান্নাহন্দুনা কুম্মৈ য়েংহুনা লৈপাক মীয়ামম্ব মুংঙাইহল্লী।

থাজা ৯ নি পানবদা উমংলাইশিংগী শগোল কাংজৈবু তমজনা শগোন কাংজৈ শান্নৈ, শগোন থৌহুনা আরাম পাই হুনবা ফজবা হৈবা তান্নাহন্দুনা থৌয়েংডি ।।

থাজা ১০ নি পানবা মুমিত্তা, লমদগী চাকতারবা উচেককি লাইবাও লৌবা (কাক-তানবা) হায়দুনা কুমজাগী চংনা লমবু থৌপুনা লমগী কাকনা চাক-তারগদবা লৈফমবু লৈথি লৈয়েংনা মক মরিবা মরুমচা লনহাংগম্বা অনিনা উচেক চাকথাদুনা থৌয়েংলগা মতুংদা (উকাই কাপপা) হায়দুনা লমচৈ ৫০ দা. লমচৈ ১০০ দা. লমচৈ ১৫০ দা লমচৈ ২০০ দা, লমচৈ ২৫০ দা, লমচৈ ৩০০ দা আঙৌবা উরাং য়ুংলগা লিরুং তেলগুনবু মখুৎ চুম্বা তান্নাহন্দুনা অবল অথৌ শায়েংকনবা লিকাপ চুম্বা চাংদম নহল্লগা মৈতৈ নোংদালাইনা খুাংশেৎ, নমথাং বোনখাং-ফুরিৎ, শাক্ত-চোল ফুরিৎ. নমশা কোকথোন, পাজেং ফিরাল. খুৎশি. মনা মথুম থৌরম য়েংনা পীদুনা মুংঙাইনরগা হাইয়ে ; "নোংদালাই ঐগী য়েলুপ শাখাই পুম্নমক থৌরম অসিবু বাইদনা কংলৈ পুংমাইয়োনগী চংনা লমবু ওইগুমনা চংনা লম ( কাক তানবগী ) থৌগুমবু তুংইনবা ওইনা মহৈ মশীং তান্নবা ( উকাই কাপ্পা ) থৌরম অসিবু থৌকাওনদনা কুমজা খুদিংগী লৈপাক্কীতমক্তা য়াইফং থৌপুবা ওইনা থৌপুনশি" রারেপলে ।।

## চাংদা পাময়ান খুনদাখিববু মনিং হাও লৈহুনখিবা :—

লাংবা চক্রী কুমশিং ৩২৪৬, নোংদালাই মৈতৈগু পাখংবগী কুমশিং ১০৮ লৈহৌবগী কালেন থাজাগী ৩নি পানবা নোংকোরৌ—শগোলশেন মুমিংকি মুংথিন পোপতা লৈহুনলকপদা চাংগী পাময়ান খুন্নানা

লৈখিবা নোংচুপ চিংদগী লৈমা তামুনা পোকলম্বা মচানিপা "থারোংনা" লুচিংবা লুপ অমগা, "হুইমু লৈমনা" পোকলম্বা মচানিপা "লমলেকশংনা" লুচিংবা লুপ অমগা, মথা লমদগী—লৈরিলৈমনা পোকলম্বা খুমথুগ কৌবনা লুচিংবা লুপ অমগা, নোংপোক লোম্নদগী ঙাম্বু লৈমনা পোকপা ঙৈরাং-পনশা খুন্দানবা ঙামৈথাং কৌবনা লুচিংবা চীংমীবু তমদা খোংগুমলত্তুনা কংলৈপুং মাইয়োন্দা খোংচংল-ত্তুনা অঙম্বানা কুচু শংলেন্দা ফামবৈলাংনা মৈতৈঙু কংলৈপীবা নোংদালাইগী থৌখনলিঙৈদা খোং-চংলত্তুমা পুরুম্মী ॥ মথোই থৈবিকপু উবদা মৈতৈঙু নোংদালাইমা মপুক হরাও তয়াম্না য়াম্বা-ইশানৌ পুম্বা লৈচং ফম্বান লাংঙমলো, নফম লাংবু লৈথাদুনা লোইবী চীংদা করিবু কোইজাইনদুনা লৈবনো, লোইবী লৈফম খুদিংদা কোইজাইননা লৈঙমখিবনা ইশকম্ব নশকম্ব লৈখংনদরে ॥

ইচিন ইনাও মশেনবু ঐনা মালেম কংলৈপুংদা লৈবদি তাইনং ইপাচাম্ মুংঙাই য়াই-ফাংনা খুন্দা লৈপানহনগে অদুম্বু গী লৈবনি, কোয়ৌ অসিদগী তমগী লৈফমদা লৈমিননসি, শকখং মাইখংনা য়েংলুপ শাখাইবু লৈখংনা খুন্দা লৈতামিন্নসি য়াম্বা ইশানৌ অপুম্বা ॥ লমলেক শংনা হাইএ, মৈতৈঙু নয়াথং কুনিংগী মকুথোকপু কুবিও, ঐখোয়চিদা কানো পামহালনা খাং-ঙম লৈঙমগৌবা ঐখোয় খৈনিকপুশু কুবিও, শাদা হৈবা লান্দা হৈবা অকন অথৌবা য়াও-ঙমলকপদা ঐখোয়গীশু লুচিং পীবাগী মনা ফিরোনবু তানফংজবা ওইজগে বুহিও লৈনিজবা লাকচননি কুনিনী অদুগা ঐখোয়বু তমদা লৈবা নোংদম্বা নয়াথং অসিদো ঙাকপীও, মনাই ঐখোয়দি মশম্বু নুংশাংনা তমগী ইপা ইপুচাগী ইচিনচাকপু লৈথাখিদুনা তাইবং ঐগী ঐগী থনাইবু হিংনবা হায়দুনা ইচিনচাক ওইবা ওইদবা লৈয়েং লৈথবা তৌঙমদনা মৌংমা নোংমগী অফং অফংবা উনা চাবা য়াবা ফংলে উনাচা, শা ফংলে শা চা ঙা ফংলে ঙাচাদুনা নোংমগী তানফং তানফংবা চাবা য়াবা মশকনা অহাওবা চিনচাক ওইনা চাথকতুনা লৈপামবা ঙম্নবা চাদনা লৈরকলবা চীংদা লোংনা লৈপানবা কাংলুপ অমবু ওইহনমাক, ইপাচাগী চীনজাকপু লৈনিঙ্দবে ঐখোয়বু তমদা লৈবা রাঙমলনি, ইপাচানশু মামুং চিনচাকচাবা কাংলুপনি হায়না লুত্তিন ফম্বান য়াওহন্দনা তুলুথাই তানা লৈঙমলগদবা লৈননিনা চীংদা অশুম লৈপামজগে কুবিও" ॥ 'উম মচুদি য়াম্বা থোইনা অয়াল লংঙা নামুংবা কৌদে, লৈপাকনা অরাবা তানকংনদুনা খুনচেন খুনহোংনবদা তাইবংগী থরাইদি চানা থকমবদা লৈখিবনা থরাইবু হিংনবগী দমক্তা অফং-অফংবা চাদুনা লৈঙম্বগনি ইপা ইপুনাংকী নোংদম্বনা মোংচম লৈয়েনখিববু থৌঙম থৌপুনিংদদুনা নং, ঐনা নমংেক নমজানদুনা চাঙম্ববু নত্তে তানফংখিহনা চাবনি, হৌজিক্তি পানা পুগী নোংদম চিনচাকপু চাদুনা লৈমিননরশি চারুবা চঙাক শা, উচেক ঙাদো থাদোকলো ॥ নয়াথংনা কুবিবা খওইদববু নংচদে, চঙমগ্রবা চিনচাকনিমা মরেক মহাওনা ইশা ইমুংথিংনা চুখরে শা, উচেক, ঙা, থরোই থয়াওবু চাদুনা লোইবী চীংদা লৈপানজগে

মৈতৈঙ্না চীংবুরোইবু লৈকোইনা লৈরেং খোংদারকপদা য়াংলৌ খোংলম্বু ঙুংঙাইনবা (ৱাই-শেং লমশেংনা) লমতুবু হাইদুনা মীরমলেনগী অফা ফত্তা ইপাওবু ভাঙমনা লোইবী অকোই-বদা লৈপান্দুনা লৈজরগে কুবীও ।।

ঐগী য়েন্নুপ ইপা চামা তমদা লৈহনসী-ন্নরোই লোইবী ঙৱাংবদা লৈপানজগে মহাই-রবনিনা লৈঙমলো ননিং-থুংনবা লৈপান্নরো, মৈতৈ ইপাচা য়েলুপ শাখাই অমাতবু করিন্নুংগী তমগা চীংগা লুত্তিন ফম্বাল লাংনা চামিন থকমিন্নদাবনে লুতুংনবু থোকাওদনা লৈখংনবা নখোয়গীদমক্তা মনাফিরোন অমা চীংদা লৈবা ইচিন ইনাওনা নচিনচাক ওইনা চাদুনা তুলুখাই তাখিবা চিনচাক অতুগী মশকপু য়েক-লোন্দুনা ফিরোন অমা শেমলসি ।। ফিরোল অতুবু কংলৈ পীবা ঐনা নখোয় খ্বাইগী নফমদা মনা ফিরোল ওইনা পাংথমলগে, ফিরোন অতুবু তানফংলবা য়াম্বা ইশানৌ অতুবু মশাদা চৈথাদুনা হারক থোদা তৌযবোহ মাবু ৱারক থোথা ওদ্বদি কংলৈবু লৈশংবা লুচিংবা পীববু ৱারক থোকাও নোংদম্বনি তৌফরোহ অদুগা লৈযম অতুগী খুন্নাক লুচিংবা পীবশু চরৈ ফিরোনবু তানফংনবনা লৈপুনশি, চীংদা বানা পাময়ান খুন্দানখিবা শাথাই পুম্বগী মিংহুনবু মিংলেন অসিনা লৈখংনবা ওইনসি, ফিরোন অসিদা য়েকলি লোনলিবা মশক অসিনা আহাওবা অথোইবনি হায়দুনা তাইবং চিনচাক ওইনা চাদুনা চীংদা পানখিবা মৈতৈ ইপাচা কাংলুপতগী তুলুখাইনা লৈখিবা লোইবি চীংদা পানবা (হাও । নিংহুন অসিনা লৈখংনবা ওইরসি চিংদা লৈবা এলুপ পুম্ববু নোংদমলে ।।

ৱাক ওইখি ।।

মৈতৈঙু কংলৈ পীবানা খোইসানা য়ুম্না অনিবু কৌশিন্দুনা (খোইবৌ লিরৌ হৈশিংবা নখোয় য়ুম অনিনা ফিরোন অসিবু লোননবা থোঙমলো নোংদমলে মমৈদা ।। (খোইস্নাম, য়ুন্নাম হায়বা য়ুয়াক ওইখি ' য়ুম অনিনা (ফিমু নমথাংগী মথক্তা) উ, ৱা লোললে, শজি, শঙাই, শামু ঙা, থবোই, মোরপুংবু লং অশংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু লংচু মরিনা অমুবা নমথাং ফিবোংগী মথক্তা লোন্দুনা ফিরোন ৫ বু মৈতৈঙু কংলৈ পীবদা নমথাং ফিরোল যিলাংলে ।। যিরোন ৫ বু লৌদুনা মৈতৈঙু নোংদালাইনা ইনলে, "তাবীয়ু চীং-তমগী ইপাচা পুমবা কোবৌ অসি ঐনা ইনলিবা ফিরোল অসি (লাইফি ফিমু ফিরোল) হায়বা অদুনি, ফিরোন অসিবু তানফংখরবা চীংমী ইপাচা হাও অদুদি মশক মমিং অমা তোপলে লৈখংবীয়ু, মহাবপু ৱারক থোকাও চৈথাফরোই, কাংলৈ পীবা ঐনা মাবু তাইনাগদবনি, মানা থৌপুবা পুম্বা অবানবম্নু অচুম্ব-সু ঐনা তৌওম্বা ঙাক্তনি থোকাওনবীরগম্নু, লুচিংবা যামবা ৪ (মরি) বু থারোন, লম্নলেক-শং, থুম থুম, ঙামমৈথং য়ামবা ৪ না লাইফি ফিমুশি অমা মম লৌবীও, অমদি লংলা ফিরোন অসিগী ফিজ্ঞিন ওইনবা কুচু শংলেন্দা লাইরুম নমথাং ফিরোলগা খ্বাংজি ফিরোলগা ফিরোল অনিসি থৌখন ওইনা থমলগে" পাওশানা লৈথমলগা মখোয় ৪ দা সানাথুংনা লাইফি

নমধাং অমামম কুপশীরে ।। মানা ক্ষিয়োনবু তানফংজবদা মখোয় মন্নিনা থুংফাং লোন্না মৈতৈঙ সানা মিংলেনবু ( মিংনথোইবা ) হৈহুমগে. মনাই ঐখোয়না সানা মিংলেনবু লৈহুনজবা লৌধীদবা তৌধীগম্ন চিংদা তোংবা ইপাচা ( য়েলুপ শখাই হাওনি ) পৌখন চংলম লৈখং-দবা নামুং চীপ্পাক চাবনি লংজা ইরানবু কুবীনা লৈডাক লৈকনবীদুনা কুবীনোংদম তম্বীনি, মপু নংগী য়াইফং পরম থোরম্নু থোকাওদনা অসি কোরৌদগীবু ইপুক লুমলাংখানা লৈজগে ।। ( মৈতৈঙ নিংনা থোইবনস্নু ) চীংদা কানা পামস্নানবা ( হাও ) ঐখোয় খেবীকপস্ত য়াইফং পরম্নু খোকাওদনা কুবা নোংদমনা নীংবিনবু লৈনিরি নখোং খাদা, পাওশানা লুপ মরিনক্কা অমতা ওইনা খুংশমবনা ( মৈতৈঙ নীংনাথোইবা, নোংদালাইবু ) লৈকোইপন্দুনা চোং চোংহুনা মপুক থোইচংনা পাওশা লিরোননরকই ।। X

কংলৈ সানা পুংমাইয়োম চীংনা কোইনা পনশাবা, হাওনা কোইনা পনথোকপা লমমাহনবা কংলৈনা থমবানগী লৈরিক লীপুন লাপুলনা য়োমলীবা, থমচেং শুমদোংপানবু ওইবনি, মাইগৈ ৪ ( মরি ) শুংদাই মরিবু লৈকোইনা লোইবী চীংলোন মাপন্না থম্বাম লৈনা লৈহাপপা তম-জানফম ওইবনু চাংশাং লাকপা, খোইমুলাবা খ্বাংচেংবা হাওবা মিংলেন তানফংবনা ইপুক খোইজং লৈতানা লৈরাংগী লৈহী চুপচবা থোকাওদনা নোংদম্বা কুবীম্নকো নীংনা থোইবা মৈতৈঙ. হৈয়ুম হোয়া হে পাওশানা মপুক হম্নাও তয়ামনা মরিবু মাগী মাগী চীংবুরোই মশাইকোন্দা হনজমনা খোংগারক্তুনা মৈতৈঙ নীংনাখোইবা, নোংদালাইনা হমদা লৈনবা লোখাম্নবু য়াঙমদহুনা চীংদা কানা পাময়ান খুন্দা খুনথোকপা ( হাও ) হায়না মিংহুম্না মাইগৈ ৪ দা লৈশিলনা লৈখি ।। X ।। X

লাং ঃ কুমশিং ৩২৫৩ নোংদাই কুমশিং ১৪৫ চংবদা কুইয়োই তোমপোক্কী য়ুমবাননবা থৌপুবা মৈতৈঙ নোংদালাই পাখংবগী মফমলাংদা নোংমাইলুপকী অঙৌপাম্বা মুরাংবা হনজবনা হংগংলি, " মৈতৈঙ কংলৈ পীবা নখোং খাদা লৈপাইনা থৌনিজরি, কুবী নোংদম্বীহুনা অয়োন অরান নফমলাংদা লংজবা লৈঙমলংশু নয়ুম য়েলুপ মাগী শখাই লৈঙমবনি হায়নবু লৈকনবীও নীংনাথোইবা ।।

করি রাবু হায়নিংবা, নোংমাই মুরাং হনজবা ননিং তমনা পাওশোবা নখোই খ্বাইগীদমক্তা ঐবু কংলৈ পীবা ওইনা লৈশংবনি ।। নীংনাথোইবা; মচা ইবুঙোগীতমক্তা সনা থৌখন অসিবু নোংমাই মিতৈলৈমা লাংলেন নোংমাইম্নবু লৈহুন লৈরাংজবু তানফংজগে নখোংখাদা নিজগে কুবীনোংদম নয়াথং ফিগাংশানা য়াজরি লৈহাপ্লীয়ু, নীংনা থোইবা নয়াথং ।। নোংমাই হঙ্গা মুরাংবা পারি ইচাগী মমুং মতমশু ওইরকলে অঙম্বনা রাহৌবা ঐনা নীংবগা খোইজং খোই-দাবশু ওইঙম্মী নোংকরৌ অচংববু লৈয়েংনা রারোই হৈজিং হৈবা লাংঙনবা ননিং থুংনবা

থৌঙমবু থৌপুনবা তৌঙমলো ।। মৈতৈঙু নীংনাথোইবা নোংদালাইগী কুবী পাংশা তাংফংবগা নোংকোরৌ অচংববু লৈয়েংনা ইঙাথাজা হুমনি পানবগী নোংকোরৌ লগোললেল শ্রুমিংকী অয়ুক্তা নোংমাই মুরাংবনা হৈশিং-হৈবা লুকথেন ১০০ ( চালুপ অমা ) বু কংলৈপুংদা লৈকংলৈরাংনা রারোই থৌপুরে ।।

মতুং ইঙেল থাজগী ১১ নি পানবা নোংকোরৌ ইরাই শ্রুমিংকী শ্রুংথিন-পোপত্তা হুনবদা লুহোং, লুতিন লৈবৌ লৈয়ানগদবগি নোংমাইয়ুমদগী হৈশিং হৈবা লুকথেন চালুপ চালুপনা খুংশিং ওইমা হৌকংলৈ সানাপুংদা পুথৎলকুনা নোংদম মরু মশ্লিবগা মরু ১চা লনচাংঙহগা অনিনা রাইফং থৌরম্বু থৌশিলহুনা ইশাইফু লীংনা মৈফুল লৈতৌনা লীংহুনা ইরাং থৌনিবু থৌপুহুনা মচা ইবুংঙো খুইয়োইতোম্ববু ফিগে ফিরোন অঙৌববু শেংহন্দুনা লুতিন লৈয়াবা রারেপ লৈহুনলে ।। মিতৈ লৈমা নোংমাইমুবু ফিগে খুমশং পুমথিং যিবান অকোইবী কানোথাববু শেংহনলে, ফিয়াই নমথাং ইল, কোলথাং ফুরিং অঙৌবা লিংহনহুনা মৈদা চেং-লৈবু লৈহুলনা থৌনিহুনা নোংমাইলুদগী লুহোংহুনা কংলেগী মৈতৈ মঙাংলুদা কোরৌ অসিদগী লৈতিনজরে ।।

পাওশানা রারেপ লৈহুনবু মৈদা লাংলে :—

খুইমোই তোমপোকপু মপুক ইরু মাইতানা লৈরৌ লৈমা ফম্বীগী মথক্তা লৈফমহুল্লে ।। নোংমাই মুরাং হজবনা মপা মপু মবুখৌ অহুমগী মকম লাংদা রাকংলে, মমোম মীতৈ লৈমা নোংমাইমুবু মৈতৈ কংলৈ মঙাং যুমদা লৈতিন লৈরাং লৈহুল্লে লৈতিন ফম্বান লাংথ্রানি নোং-কোরৌ অসি ইরাই শ্রুমিং ইঙেল থাজা তবাগা অমা লৈপানবা কোরৌ অসিদগী থৌরম্ব য়াই ফংনবগি তমক্তা মরু অহুমশু কুবীনোংদম্বীনবা



১। ইরাংফু লাংপগী ফম্বী খুদোন।

পাওহোমজরিয়ে ওরা ।। মতু'দা অমুক মচা ইবুংঙোগী য়েংকী খুদা পায়হুনা মীতৈলমবু মমিং মথা হায়হুনা লৈহুনলে ।। মীতৈলৈমা নোংমাইমু মমাই শম্বোং-পাংনা ওন্দুনা লুতিন ফম্বীগী মাংদা লৈফমলে, পলেম মা মীতৈলৈমা চাংখুয়াবীনা ময়াগী খুংকা মচাগী খুংকা লোয়াহন্দুনা তিলু লী পুনবীহুনা চাইরেন পুখম মথক্তা চেং, হৈফাং, হৈশাং লৈহাপনা মঙাং য়ুমগী পুলোন অহুমদা পাওতাকনা লুতিন লৈরৌ লৈয়ানবা থৌনিনা লৈকংলে ।। নোংমাই মীতৈ লৈমবু মঙাং য়ুমদিন মৈতৈ লৈমগী লুতিন লৈরাংনবা থৌপুরে ।। কুমইন পোংলোইনা খাংদা শেং, অঙাংবা কোংথাং শাইককপালিং, লুরেন লৈচাওনা লুদাথোং ।।



২। লুৱাং, খুমন, মোইৱাং থাবা ঙানবা মুপীগী য়েক্তি ওইবা লুহোংবগী খুদা—লুহোংফান থাবগী ফম্মী খুদানি ॥

উবিকশেক শমচিলনা লুগী মাংদাথেং, খুংশি-নাশি লৈতেংনা ফীগে ফীরেন নমথাং থোঁওন লেংয়ালনা লুত্তিন লৈহুন লৈরাংনা ওরুকলকপু লৈহনলগা লৈকোই তরেংলক লৈশুবদা তীলু লৈরাং লৈহুক্তুনা ওইথম যাম্বান থোথনলে ॥ তীলু লৈরাং পরেং অমা লৈথাইহুনা মদাইরেন্দা লৈতিন লৈহুকনবিবে নমথাং ফিচি অনি লীপুনলে ॥ নোংদমমক—মরিবনা তিনথাই লাইথাইবা লাইশোনবু শোন্দুনা লুতিন ফম্বানলাংদগী অনিমকপু ( নিং নিং নিং ) হায়না লাইশোন্দুনা ফম্বানলাংদগী হৌগংহনলে ॥ রি রি রি, পাওশা, রে বে রে হায়না লোইনহুনা লাবলগা শংলেন শংগাইদা লৈচংলকতুনা ( বো রো রো, শ্যাও শ্যাও ) পাওশানা অনিমকপু মরাময়াই-দা লৈথমলে ॥

## ২৫ মেরা হেঁচোংবা তাংখুন হাও মিংল্হলবা নিংথৌ মিংথোনখিবা

চীংদা কানা পাময়ান খুন্দানখিবা লৈঙমখিবা খৈবীকপু মমিং ( হাও ) হায়না লৈথং-নরবগী মনুংদগী কাংলুপ অমা মেরা থাজা ১৫ মি লৈপানবা নোংকরৌ নিংথৌকাবগী অয়ুক য়েন্দা মাংদা হৌলমমাহনবা কংলৈ সানাপুংদা লৈচংলতুনা মৈতৈঙ নিংনাথোইবা কংলৈপীবা নোংদালাইবু—পুরুমগনি লৈচংলকলে ॥ মখোয় খৈবিক্রা লাও লাওনা ( হৌহাহৌ, হৌহাহৌ ॥ হাহৌহা, হাহৌহা ) হায়না নোংদা লাইবু কোনশন্দুনা ( উন্দ্রা মাংদা ) লৈপাই থোথল্লেএ ॥

মখোই খৈনীক্কী থৌখন হৌচোংবা উবদা খোইয়ুম খুং খুং অচিবনা খুংবুখোং খোইয়ুম অশৈবা মোইবেংচাম্বানা পেনা খোংনা শৈশক্তুনা খোইয়ুম তানলুম্বা পোইরৈ নক্কমহনবা, খোইয়ুম পুং-য়ৈহনজবা ইরাংথেন পুংমিননবা, খোইয়ুম অনিনা পুংয়ৈ, অশৈবনা অশৈ খো•ফা লাং মরু খুংখোংবনা খুংখোংনা তেংবাংদুনা নোংদালাইগী থৌখনবু লৈচংনা তেংবাংকলে।।

ইরাংথেন পুংমিন্নবনা তানয়ৈপুংয়ৈরে ( ধোং ধোং ধোং টরখেম টরখেম তোং তোং তোং টিনতেনতা খিৎতেংতা টেনতা তেনতা খিৎতেংতা।। ধোং ধোং ধোং )।। হৌহাহৌ হা হেহৌ হাউং হুং হাউং হুং কংলৈ সানা পুংমাইয়োল লকু লাগুম মণ্ডাল শামদে শং শংদ্রো শংদ্রো পীলো শংদ্রোফা পাত্তগী থরোগা ইংখোম্দগী সানাগা রাইনৌশে রাইনৌশে সরা লাংমৈ রাইনৌশে।।

( টরখুপ টরখুপ চোংড্রেম চোংড্রেম তেং তা তেং তা খিৎতেংতা ধোং ধোং ধোং )

শাবন লমথোকশে কোলবা লমহেংশ হা মী মীরোলো কাংঠং টরোলো।।

( তেংতা তেংতা খিৎতেং-তা ধীনতাটেং খিৎতেংতা )।। চীংমা তময়া অমুনৈ শেমজবনা চানবহৈ শে-শে চাজরো শে শে লৌজরো শয়ানশীদা।।

ধোং ধোং ধোং টরখেম চোংদ্রেম চোংদ্রোম তোং দোং ধোং।। হৌহাহৌ- হাহেহৌ, হামী মীবোলো কাংথং তরোলো ( রু রু রু রু রু রু উ )।।

থৌখন পুকন্সু লোইদুনা ইকোই কোইনা লৈফমনা পোৎথানরবদা মৈতৈঙু নোংদা লাইনা হংঙে, "য়াম্বা ইশানৌ লাকঙম্বা ইচিন ইনাও পুম্ববু কদাই লৈফমদা পানবনো মীংকুম্না করি কৌবা পাওশনা করিবু হাইঙমগে লাকপনো? করৌ অসিদি নখোই খাইনা ঐবু লুমলাং নৌহৌনরে, থৌকাওগ্রবা ফালম্মু নীংশিংহনদুনা হবাও তয়ামমহনবা অসিবু ঐনা করি লললশিংগনি য়াম্বা-খোই"।। মৈতৈঙু নিংনা থোইবা ননাই ঐখোইনা নয়াৎং নোংদম চিংদুন তংখিবা চীদা পান (হাও) হায়খিবা অদুগী মন্নুংচনবা নোংপোক চীংখৈরান চীংলেন অশীরো—( শীবোই, মাচীংশাংগী ( কুংভৌ কোরিপোক ) মচীংশাং, হাৎবপ চীংশাং— নিংথৌ নশাইকেন্দা শাইভাং-দুনা লৈজবা লুপ অমনী ঐগী ইমিংবু ( থা রাইচাও ) কৌএ ঐথৌয়খাইগী য়াইফা নোংদমবীগে হাইদুনা ইনিংথোনা তৌলমমাহনবা কংলৈ সানাপুংদা তাইবং লাইপুম্বগী লুচিং পীবা ওইদনা লৈফমলে, তাইবং অকন অথৌবু পীবাগী খাংশেং নমথাংবু মনা ফিরোন ওইনা পীবীদুনা চীংদা লেবা তাইবংগীগু মপা মমা ওইঙমনা কুবী নোংদম লৈত্তমবীএ তাওমজদুনা নফমলাংদা লৈনিজবা লাকচবনি।। য়াম্বা থাংয়াইচাও নপুক লুমলাংনা করি পাম্বা ফিরোনবু করি লৈঙম্বা, কংলৈ ইশাইকোন ফিরোন করিবু পাম্বনো? ইনিংথৌ রায়েন শংলেন অহানবা কুচুদা থৌকাওদনবা য়ানলিবা লৈতৌঙৈগী লৈথোন ফিরোন মরুগী ( খাংলি লাইখন ) লংলোং লংতিন রায়েল নমথাং কাইদোই অহুম্না লংদাইবা মরুগী লেংয়ান ( লাইরুম-নমথাংবু ) কুবিও।। পাওশাবু তাবদা মৈতৈঙু নোংনাশাই নিংনা থোইনা তাংজ লঙ্কা ওাইহাক রাখনলী।। ফিরোন অসিবু কাংলুপ অসিনা

খোইজং খোইদনা করিগী নিবনো, রাহৈ খরগু নোংদালাই ঐগী হাওকপ চীংশাং শীরোইদা তাংদুনা লৈবনি রাহৈ অসি তাবদা ঐবু মখোয় খাইনা ল,মলাং খোইজংনা খোইদা রাবু পাও-হোমনবা, মখোই অসিনা থৌপুনরবা থৌরমনগু থোকাওখরবা লৈশেম নোংশেংগী পরম থৌরম্বু ঐবু নিংশিং-নহনবা।।

অসিনদি মখোয় অসি লৈপাক অসিদা মুংশাংনা লৈঙমখ্রবা লৈপাক অসিগী লৈহৌরাবু লৈথ জবা কাংল,প ওইবতাই অদুবু মখোয়না পাওশাবদা মরমলেনবু মিরমলেন্দা শাইদাং খুন্দাকগুম পাওশারিবা অসিবু ঐনা করম থোকাওনি, হৌকংলৈ-পুংমাইয়োন হায়বা লৈপাক অসিদি চীংবুরোই পনশা মাপল, তম্বুরোই অকোইবদা লৈরিবা ময়ুম য়েল,পমা মখোই পুন্নমকী লৈপাক্কি. ঐদি মখোয় পুন্নমকনা লৈশিন্নদুনা লৈপাক অসি মখোয় খাইগীদমক্তা লৈশংবা ফম্বান লাংবতনি. অসিবু ইশাইকোন্দা তাংদুনা লৈবনি হায়বা পাওশা অশিনদি লৈহৌদৈদা, ফিরোন অনি অসিবু লাইমিংথোই অশিবাগী মশানৌ পখংবা কোনজন ভুথোকপনা লৈনি ফিনিজবদা ময়াম্বনা মশানৌদা লৈশিন্নখিবা রাবু লৈথংনগু পাওশাবগুম পাওশাবা, লাইমিংথোই মাগী ফিরোনবু অমুক লৈহনশন্দনা লৈশেম লৈথোনফিরোনবু লৈমাং লৈমুগুনবা, কোবৌ খুদিংবু মশক-মচু উৎমনবা কাংলুপ অমগী খাংশেং নমথাং লেংয়ান ওইনা লৈথমলগে হাইদুনা লাইমিংথোইনা লারৈ লাথুপা থাদোকলিবোইবে, মরুনা কংলৈ পীবা ফম্বানবু মশানৌদা লৈশিনদুনা লৈঙমখি মনাংগী মশাই বোন্দা মবগী থৌদানা দম্বু থৌপুনা লৈঙমনখিবা নীংশিংনবা কোবৌ অসিবু নিংশি নহল্লীবোইবে. অদুনদি মনাংগীদমক্তা হাইথংনবা ময়াম্বানা লৈঙমদুনা য়াইফং লুংঙাইবা নোংদমবীরি ল,তুংনা থোকাওদনবা কাংল,প অসিগী মিংলনবু অসি হাইনা লৈহনলগে রাখনলকতুনা হাইএ।। য়ম্বা ইশানৌ পুম্বনা তানথংনগে লৈতাল্লীবা চহৈ ফিবান অসিগা লোইনদুনা ফিবোন অসিবু তানথংনা ফিশেংনববু ( তাংখু ) লৈহুন লৈতমনা অসিবু ফিরেন লৈহুনলবনি কোবৌ অসি মুমিগুগী, অদুগা ফিবাল অসে লাইমিংথোই অমিবনা লৈশেম লৈথোনবদা শেংঙমখিবা ফিরোননি, পাখংবা মনাওনা ময়াম্বদগী ফিনিদুনা ময়াম্বগী ফিরোনবু তাংদুনা ফমবান লৈফম্বদা শেংচাখিবা ফিরে ম্নি বাহনাংদুশি লৌতবো নোংদমলে।। নোংদম পাওশাবু তাবদা ( তাংখু ) হায়না নোংদম মিংহুন অমজবা কাংবুগী মংগুগী (তাংখু) থাংরাইচাও কৌবনা লুচিংজনা "তাবাক" পাইবা মখোই পাখং অদুম হৌগংলদুনা নোংদা-লাইগী লৈপাক মীয়ামগী মমাংদা মপুক হরাও তয়াম্বগা লোইনদুনা 'লাওদুনা চোংদুনা চৈতেঙ মোংদালাইবু লৈপাইনবকলে ।। ( তাংখু থাংরাইচাওনা ) তাবাকপু খেংদম অনমলক চোংশন-লদুনা নোংদালাইবু লৈপাইএ, থেংখৌশাবাহাইএ ।। য়েংকী খোংবু হায়.দাকলদুনা খোংগাও অদুমলক কাওদুনা চি.থকী চিরাদা তারে ।। খোং অদুনলক থীললমলগা, হেংথংবা খোংনা অদুমলক হোংলগ, ওইগবা খোংনা হৌদুনা অদুমলক থীনলে '। ওই অদুনা অদুংলক

অমুক হোৎলে ।। য়েৎকী খোংনা শেৎতুনা অমুক ওইথম্নগু শেৎলে ।। য়েৎনা লৈশল্লকুনা মাইগৈ মরিবু লানয়েং শাথুপলকলে ।। য়েৎকী খোংবু অহুমলক থীনদুনা শাবু থৎপবু তম্মে ।। ওইনগু অহুমলক থিন্দুনা শাবু থৎপা তমজেএ ।। খোংথিন্দুনা লৈঙমলম্বা শা অহুদা টানা অনিরক শাথিনববু তমজনা উৎলে ।। য়েৎলমদা লৈশল্লকুনা খোংগাও অহুমলক কাওদুনা চিরা অমদা তারে ।। খোং অহুমলক থিল্লে লৈফম অহুদা য়েৎকী খোংনা অহুমলক হোৎলগা ওইগী খোংনা হৌদুনা খোং অহুমলক থিল্লগা. ওইগীখোং অহুনা অহুমলক অমুক হোৎলে ।। য়েৎথংবা খোংনা অমুক শেৎলে, ওইনগু অহুক শেৎলে ।। য়েৎলমদা লৈশল্লকুনা হান্না তৌবগুম্না মাইগৈ মরি লানলম শারম য়েংঙে ।।

য়েৎথংবা খোংনা হৌদুনা খোংথিন অহুমলক থিন্দুনা শাবু থৎপা শারে ।। ওইনগু অমুক থিন্দুনা শাথৎপা শাদুনা, খোংথিন্দুনা শাদা টানা অনিরক থিনলমলগা য়েৎলমদা লৈশিল-লকুনা খোংগাও অহুমলক কাওদুনা চিথেক অমদা অমুক তাদুনা হান্নগী খোংলমগুমনা লৈশুনা অমুক শারে ।। অমুক চিরা অমদগু শাঙমলকুনা চিথেক মরিবু লৈশুনা লৈশাবগা ময়াই-তমনা খোংগাও অহুমলক কাওদুনা তাংজ লুক্না লৈচংল্লকুনা টাবু নাক্তা য়েপ্পা পুরুম লৈপাইরে ।। X ।।

অথৌ তাংখু পাথংনা টাবাক অমা নাকন্দা য়েপতুনা খোংকম অহুমলক চোংশন চোং-শীনলকুনা মৈতৈঙবু পুরুমম্মি ।। খোংকম অমগু অমুক চোংশিনলে তুংলোমদা খোংকম অহুম-লক হন্দোকলে, খোংথিনলে, খোংয়েৎনা চুমনা অহুমলক হোৎলমলগা, ওইগী খোংনগু থিন-লগা অহুমক হোৎলে ।। য়েৎলোমদা লৈশল্লকুনা ফৈনা খোংগাও অহুমক কাওরমলগা তুং-লমদা অহুমলক চোংদুনা হল্লে, ওইরমদা লৈশনলকুনা ফৈনা খোংগাও অহুমলক কাওখোকলে তুংলোমদা খোংকম অহুম হল্লে, য়েৎলমদা লৈশনলকুনা চুমনা লেপলে ।। য়েৎকী খোংনা অমুকশেৎ, ওইনগু অমুক শেৎলমলগা মাংলোমদা চোংদুনা লৈরগা লেপতুনা মাইগৈ মরি লানলম শারম য়েংলে ।। খোংথিন অমা থিনলগা তুংলমদা মখোংবু হাই হাইদুনা শারম লানলম্বু কোইঙমলকলে য়েৎথংবা খোংনা হান্না হৌদুনা খোংথিন অহুমলক থিন্দুনা শা থৎপগী মওংবু উৎলকলে, ওইগী খোংনগু অমুক হৌদুনা অহুমলক থিন্দুনা শাবু থৎপা শাদমলে ।।

খোংথিন অহুমকল অমুক থিন্দুনা শাদা টানা অনিরকপু থিন্দুনা শাফাববু শা-ঙমলগা, মৈতৈঙদা মখোং অনিবু থুপনা মাজেমদগী চোংখতুনা শাবু লৈকৎপা শাঙম্না পুরুম লৈপাইনঙমলে ।। X ।। X

(তাংখু শরম খুঞ্জাওবনা টবাক অমা পাইদুনা মৈতৈঙ তমনা), খোংকম অহুমু চোং-শিনলকুনা টাবু নাকলদা য়েপতুনা পুরুম লৈপাইনরম্মগা, য়েৎথংবা খোংনা হাইদোতুনা অহুম

হোৎতুনা তারে চিন্না অমদা খোংয়েৎনা থৌহৌদা মালেমদা অহুমলক থিন্নলে ।। খোংয়েৎ অতুনা মালেদা অহুলক হোৎলে, ওইখংবনা হৌহৌনা অহুমলক থিন্নে ।। খোং অতুনা অহুমলক হোৎলগা, য়েৎথংবা খোংনা শেৎলে, ওইনম্ভ অমুক শেৎলে ।। মাইগৈ মরিবু চোংহুনা লানয়েংলে, য়েৎথংবা খোংনা মালেমদা অহুমলক থিন্দুনা শাবু থংলা শাদম্লে, ওইনম্ভ অহুমলক থিন্দুনা শাবু থংপা শাদম্লগা খোংথিন্দুনা শাদা টাথিন অমিরক থিনবনু শাদম্লগা অমুক মাইগৈ অমরোমদা চোংহুনা লৈহৌখিবা খোংলম্ব অমুক থৌহৌনা খোংলম্বু লৈরাহনা চোংহুনা মাইগৈ মরিবু লৈশুনবা লৈশানরগা খোংহোম্বুনা ময়াইদা তম্না অহুমলক চোংশল্লে ।। য়েৎকী খোংবু থাংগতুনা লহুমলক খোংথিল্লে ওইগী খোংনম্ভ অহুমলক থিল্লগা টাবু থাজতুনা লাওএ ।। X

মৈতৈঙু কংলৈ পীবা নীংমাথোইবগী য়াইফংখুনজাও লৈচাওনবগীদমক্তা কোরৌ অসি থাবুং থানিল নুমিত্তা থাজনা ঙালনা লৈপানবগুম লৈপাম্নবগীদমক্তা "তাংখু শারম খুনজাওবমা" ইবুধৌ লাইমিংথোউ অখিবনা লৈপাক্কী মুংঙাই য়াইফংবা মাইকৈ মরিবু কানয়েং লাওঙাকিনখিবা খোংলম্ব শাদমজতুনা থৌকাও লৈথমনখিনবু নীংশিংনবু থৌপু লৈরাংজবমি, ইবুধৌপী খোংলম্বু লৈরাংখিবা লৈঙম্বা লৈপাক্কী খুনজাও লৈচাওবা লৈহাপ লৈমেনববু কুবিনি, পাওশাবা টাবু নাকন্দা য়েপতুনা পুকম লৈপাইনা লেপতুনা লৈয়ে ।। X

মৈতৈঙু নোংদালাইনা কুঃখয়েলশংদা য়াল্লিবা লাইফ (খ্বাংলি লাইখনগা লাইরুম নমথাংগবু) লৌথোকুনা কোরৌ অসিদগী ফিরোন অসিনা নখোই খ্বাইগী থিশেৎ নমথাং ওইজরো নোংদমনা তাংখু থারাইটাওবা, অথৌ তাংখু, তাংখু শরম খুঞাওবা অহুমগী মফমদা পীডমলে ।। লৈঙম্বা পুম্বনা মপুক হারাও তযাম্বগা লোইননা ঐখোয় লৈঙমলিবা চীংবুরোই তম্বুরোইবু অচান মীরাই লাইদনা মুংঙাই য়াইফংববু নোংদম পরমতা লুমলাংতানা নীংজনা লৈঙমখিবা কংলৈ পীবাগী মাংলেন্দি কোরৌ অসিদগী থৌহৌনা নিংথৌ মিংহুন্না লৈরাংলসি রারেপনতুনা মৈতৈঙু নীংথৌরেম নোংদা লাই পাখংবা হৌকংলৈ লম মাইনবা কংলৈ পীবা লুচিং ফম্বানবা মিংহুন্না মুংঙাইন্দুনা লৈহন্নরে ।।

## ২৬ (মৈতৈঙু নোংদালাইগা, তাইংগা লাইগা তিলুঙ্খান্না রারেপপা)

লাংবা চকী কুমশিং ৩২৫৪ নোংদালাইগী কুকশিং ১৮৬কী চাহো শল্লিবু থাজা ৩ নি পানবা নোংকোরৌ লৈপাকপোকপা মুমিংকী মুংথিন পোপতা হুনবকী থৌহৌমা মৈতৈঙু নিংথৌ কংলৈপীবা নোংদালাইগা কুচু শংলেন্দা য়েম্লুপ শাখাইগী লুচিংবা পীবা ৪ খা কম্মথৌ ৬১ পা অঙম্বা অশাই অশম লৈঙম্বা পুম্বগা লৈত্তিন ফাম্বান লাংনা লৈপাককী চৎলমবু রাখননতুনা লুতুংনম্ভ থৌকাওদনা থৌঙম থৌপুনবা রারেপ নোংদম লৈথমনরে ।। মৈতৈঙু নিংথৌ

নোংদালাই কংলৈপীবানা নোংদমমি, " কোয়ৌ অসি লুত্তিন ফম্বান লাংবিখ্রিবা খোইমুম লাই-রুপশু তাইবং য়েলুপ শাখাই পুম্বশু তাবীয়ো চংলম অসিমখৈবু খোঙম খৌপুনগনিদো ॥ মতুদি লৈপাক্কী লাইরকচনগী থবক খৌরম খুদি'দা লাইরকচনবু নামুং খৌপুফদে লৈপাক অরা অনং তানফংনগনি পানা পুনা চংনরক্কবা চংলম্বু চংফদে, মযুম য়েলুপ শাখাই পুম্বা পীবা লৈহাপ লৈথম্বা অমদি য়েলুপ শখাইনা য়ুমদাং য়ুখাইহুনা য়ুমদাবগী মযুম পীবা লৈহাপনবদা পরম অসি লৈথি লৈয়েংনা হাপকনি য়ুম্বান য়ুমদিনবদা লাইরমলেন্দা নামুংবা ১। পেলোনগী চম্নবু লৌফদে ॥ ২। য়েক শাইরুক তিম্নবা লৌফদে ॥ ৩। শাত্তা, শাত্তী লৌনবা, ৪। চম্নু য়ুমদা য়াম্লোং য়ুমদিনবা, ৫। তুমন লুপ্পা য়ুমদিনবা, চংলম্বু খৌপুনখিবগী মচা মশুনা (পীবা) খোঙন পুফদে ॥ চারো মৌয়োনবদা, মযুম চম্নু অতুগী মচিন চাকপু চাঙমনহুনা য়ুমদিনবা ইয়ুম চিনচাকপু লৈথাবা চংলম্বু তৌনফদে, চিনচাক লৈতিম্নদবা চংলম লুখাই তানংগী চম্নবু লুত্তিন তিলু খৌপুবদি ইয়ুম চংলমবু খৌপুনা মযুম চিনচাকপু লৈথাহনবগী লুত্তুংদা লৈয়ৌ লুত্তিন লৈম্বাননি চংলম অসিবু লৈঙাকতবা মশকপু মৈত্তে মিতিনপুম্বনা তিলু যম্ব ন লাংজিন্নহনা চামিন থকমিন্নবা তৌনফদে ॥ অতুগা উমং রামং চীং মান্দা লৈবা খোইয়ুমশা নখোই খ্বাইশু নংগী নংগী নশাইকোনদা লৈঙমলবা চিংগী ইচিন ইনাও লৈঙমলবা পুম্ববু নচা ননাওগী পানদমনা চেংনা চান্না নাওকোল লৈথমগদবনি, চীংদা লৈবা য়াম্বা ইশানৌ পুম্বাংশু নং নংনা লৈফমদা খোইয়ুম অতুম্ব নয়ুম কুংগা লাইবু ওইঙমনা নীংনাংহনা চঙিন থবক্নিহনা লৈজিন্নবীয়ু খোই-য়ুম লৈঙম্বা নখোইনশু শিনতাক নোংদমনা খুমচাও লৈচাওনবা নোংদমনা লৈমিম্নহনা লৈঙম্বা খোইয়ুম নং নংগী নচা নশুবু ওইনা নাওকোন লৈথমনগনি অরা কুংশি তামফংনফ দ খৌরম্ব খোয়েংবা কুমজা খুদিংগী চীংবুরোইকোইনা চঙুনা কংলৈ পীবা ঐনা খোয়েংগনি ॥ X ॥ X

## চৎপগা হোংচাইগা খুম্মোকপা :—

লৈতিন ফম্বান লাংহুনা হাবেপ্পববু খৌরোইহুনা লৈকুম্নরগে তৌঙম্নবদা তাইবং লুপ অমবু লৈচংলক্লে ॥ মৈত্তেগু নীংথেমবু পুরুমজেএ ॥ য়াম্বা ইশানৌ নখোয়বু করি কয়ম্বা খৌরমগীবু লৈফম কদাই কদাইদগীবু লাকঙম্বীবা? মযুম শখাইনা এলুপ করিদবু লৈহৌরমো? নীংথৌ ঐখোয়তি ভইমু লৈমগী মচা লমলেশঙ্গী লপ্পা লৈরম্বনি, হৌজিক্তি (মশাত্তা তিল্লে) ঐতি ঙাশাপা হাইএ, ইনাওত্তি হোংনেম কোপনে ॥ ঐখোয় চীংত্তা তোংপপু কুপীনোংতম তম্নীএ তাচহুনা ঐখোয় লৈঙহৌপপু কুপী নোংতমপীনপা খোংকা লৈহৌলকপনি কুপিও ॥ য়াম্বা ঙাশাবা নয়ুম নোচুপ লম্বু লৈথাহুনা চংঙম্নবদি করিবু ভঙ্গী চংঙম্বা নামুং চংলম খৌপুবনিদো য়াম্বা

নচিন মনাওনা পাউশা ইরাই ইখোময় কংলৈ য়ারা ইখোলগব় লৈমায়ৱে, নয়ুম কোইচাইনবদগী লাইয়েক য়ারা লৈরক লৈরোইবু লৈগুদনবু পাউশানরে, নয়ুম লৈবু য়ারা ইখোল লাইয়েকপু লৈরাং লৈখাইনা থোৌপুরে নামুং য়ারা ইখোলনা কংলৈ লৈকা থোৌথন্দি চংফদে, নঙ্গী ঐগী ইয়ুম লৈদা নাওথা ময়োল লৈগুদবনা লৈগুনবা লৈতয়কপা পাউশাদি লাইরমলেন্দগু থোৌচংফদে লাইয়েকপু লৈগুনা লৈথং লৈথম্মু॥ ঙাশাবা তেংবানবা অসিদা লৈঙম্লিবা মশকশে চৈশিং লাই-থমলেন চৈগুবনি, চৈগুবু চৈরাংনা তেংবানববু লৈশাফদে॥ চৈশিং অসিগীদমক্তা লাইয়েক শারোই ৬১ লারোই কৌবা ১৫ লৈথম্না লাইরমলেনবু নামুং চংলম থোৌপুদনবা লাইরমলেন্দ লাইয়েক লৈথয়য়বু করি মুঙ্গীদমক্তা লৈরক লৈরোই নাইদনা ঈহৌরোল ৯ মৈহৌরোল ৯ বু লৈহাপ্তুনা পাগশাবদি বংলৈ চংনলমদা নামুংবনি, থংঙ্॥ তাইবং হক্কী ইনুং পুংদা লাইয়েক ৩৫ বু লৈহাপ লৈথম্না তাইবং হকপু শেম্বনি, অহুমুঙ্গীদমক্তা লাইয়েক ৩৫ বু (হক লাইয়েক) হায়বনি লাইয়েক ১১ বু য়াইবী লাইয়েক কৌবদি অমদি লৈথংনবা ৩৫ দা লৈথমখ্রে॥ য়াইবী লাইয়েক্কী য়ারা ইখোনগা তিলু লৈফানদনা হক লাইয়েক্কী য়ারা ইখোল থোৌঙমদে॥ থরাই হামোইবা হায়এ য়ারা ইখোলগীদমক্তা তিলু লাইয়েক হায়বা ৭পু লৈহাপ লৈথয়চিবদি লাইয়েক ১ না খোয়য়ুম ১ বু শাদমখিৎ লৈথংনবনি॥ লাইয়েক অনি অশিবু লৈতিন্না লাইয়েক্লবদি খোয়য়ুম মশক অনিনা লৈতিন ফম্বান লাংবনি লৈথংনবা য়েকপনি॥ লাইয়েকপু য়েথাইদুনা লৈথেংভিন্দুনা লাবোইচৈ ওইনা লৌবদি য়ারা ইরাং ইনেম শাফোংনবা থম্বনি॥ ইপাল্লাংদগী লাইয়েক ১৮—

অ ক খ ঙ

চ ত থ ন

প ফ ম র

য় ল হ স

ই উ॥

অসিতনা য়ারা ইখোলনা পাউশাবদী হৌ কংলৈ লম্মহনবা কংলৈ পুঙ্গী চংলম্বু নামুং চং-লমদা লৈহৌরকপা তেংবানগী য়ারা লাইয়েক লৈথমদবা ওইহনগন্নু॥ লৈহৌ লৌশেম অহানবা খোয়য়ুম শিংতনা খুম্বাক লৈপাম্নরবপা লৈফম্নি, নং ঐনা চংলম থোৌশিংদবমা ইমিং ইথা লৈতম্না কোইচাই লৈচাইনা চংঙম্না লৈযম্বু লৈহোং লৈপাম্না ইশাগী লৈহৌ লৈফম্বু লৈথানবদগী নশক ইশকপু লৈথংনব্রে॥ পাগী পুগী চংলম্বু থোৌলিংনা নঙ্গী নঙ্গী লৈফমদা লৈহন্দুনা লৈঙম্লো, নখোয় খ্বাইগীগু য়াইফা থোৌরম পুম্ববু তানফংনবা কংলৈ পিবা ঐনা থোৌপুনি, নখোইবু খোইজং লৈতানা লৈফম অমদা খুম্বোক্লো কোইনা চংপা তোক্লো॥ মৈতৈঙুগী নোংদম রাবু তানফংনবদা ঙাশাবনা লুচিংহুনা মখোয় থরদি কোইনা চত্তুনা কুমজা থরগী মমুংদা খুল হোংহুনা লৈঙম্নবা থোৌপুনরম্বরু চংপা তোক্তুনা খুম্বোক খুন্দানা লেঙম্রে॥ লুপকী মমিংবু কোইনা চত্তুনা

খুন্‌হোংবগী লৈঙম্নবা থৌপুনরম্বব চংখা তোক্তুনা খুন্থোক খুন্দানা লৈঙউ্রে ।। লুপকী মমিংবু কৌইমা চঙ্গুনা খুন্‌হোংলম্ববু লৈঙম্নাবা খুন্থোক খুন্দানা লৈঙমখিএ অহুনগীবু লুতুংদা লৈখংনবা হায়রুনা (চংপা ঙাশাবা) লুপ খুন্থোক খুন্দাবা মিংচুম্না লাইয়েক ১৮ গী য়াৱা ইখোল পাউশাবু থৌকাওবা লৈথাবা ঙমদনা লৈশুত্না লৈঙম্লে ময়ুম লৈগী লাইয়েক ওইনা লৈশুনা ।। লুপ অমত্না অনি শাখোক্লে মনাও চৌংলেম্দী লৈখম্বু লৈহোংদনা লৈঙম্বদি ঐদি থৌঙমদে হাইদুনা লুপ অমা লৈখায়র্না হোংলেম্না লুচিংদুনা চংখরে, হোংলেনগী লুপ্পু (হোংচাই) লৈদুন লৈথমহৌরে লতুংদা (খোংচাই) হায়না লাইয়েকরে ।।

## কৱুই, থাবোন, লুখম্লিং, চোথে, কোইরেং, নোংচুপ খুন্দবা অনাল, মরিং ঙাঁমৈ খুন্থোকপা

চীংদা কানা 'খুনঙাক খুন্দানা লৈঙমখরবা হাও মখৈনা লমলেকশঙ্গী মচা মশুনা থোকঙম্লকুনা হৌ চোংবদগী লৈহৌফিরোনবু মৈতৈঙ নিংথৌ বংলৈ যম্বান লৈশংবা নোংদলাইগী মনা ফিরোল ওইনা তানফংনবুনা লুপলেন মমিংবু (তাংখু — তাংখুন) লৈহুন্না খুন্দাহনখি হায়বা পাউবু তাহুনা অমুক লৈহন্নবুনা লোইবী চীংশাংদগী খোঙ্গম্নবুনা ইভেনগী থাঙ্গা ৩ নি পানবা নোংকোবৌ লৈবাকপোকপগী মুংথিল পোপ্তা লৈহুন্নক্রবদা কংলৈম্না পুংদা খোংচংলক্লুনা কুচু রায়েন শংলেন্দা মৈতৈঙ নিংথৌ কংলৈ পিবরু অশাই অশম পুম্বনা থৈখল্লাংনা লৈষম্বা মতমদা লৈচনা পুবম লৈপাই থৌনিনা লৈকং লৈকংনা পাম্নাও শীংনাঙবু মাহয়োকথানা লৈপাইনবৈ, "ইনিংথোই কুবিবগী মকুথোকপু কুবিও" ।। য়াম্বা কপুকৈশুবা, চোংলেথেনবা লুচিংবা, কোরেংবা লুচিংবা, লুচিংবা অনাল ঙানবা, মরিশাবা লুচিংবা, পারি লুৱা লুচি বা, থেনবা ভেরামৈ লচিংবা ৭ না চীংশাংলাকপা চেংলৈ তাওবা ওইদুনা লোইবী চীংলোন ৯ না কোনখাববু কোরৌ অসিদগী লোইবী হাওকাপ চাংশাং হায়না কৌঙম্লশি ।। নখোয়না লৈপানবা লৈফমগী মহৈ মবোংদি তানফগাল নখোয় থৈবিকী ঐব্‌ করি তমশিবা ননিং থুংদে পাউশান্ন নঙ্গী নঙ্গী লৈপানবা লৈফম অহুগী থুম্লাকপা হায়েন থৌদবগী মঙম্বু নখোয় লুচিংবা ০মা থৌঙম লৈপুনা কুংথোই য়াইথংনবা লৈশিন্নবুনা লৈপাম্নশি ।। ১) কপুই কৈশাবা = কপুই থুম্লাকপনা লুচিংবা লপকা য়ম্বা ২) থারোন নঙ্গু নংনা লুচিংবা অমা ওইদুনা লপ অমা লিংলো ৩) য়াম্বা লুখমলিংগু লপ অমগী লুচিংবা ওইনা লৈঙম্নশি ।। ৪) য়াম্বা হাওবা চোংলে থেমবনা চোথে হায়মা লপ থাইদুনা লচিংনা লৈঙম্লো ।। ৫) য়াম্বা হাওবা কোরেম্বনা কোইরেং হায়না লপ অমগী লচিংনা লৈঙমশি ।। লুপ ৫ অশিদি নোংচুপ চীংশাংদা লৈপাম্লো ।।

য়াম্বা অনাল ঙানবনা লচিংবা লপ্পা অনাল লপ হাইনা মিংচুম্না থা মৈরম চীংশাংদা শাম্লো ।।

য়াম্বা হাওবা মরি লিশাবা লপ্পা নোংপোক চীংশাংদা মরিং খুন্থোকপা হাইনা লৈঙম্নশিদো ।।

য়াম্বা মরি মুরা শাবনা ঔম্বাং পনশা চীংলমদা লৈপানশি।

যাম্বা মরাম্বগী লুপশু চীংলেন চীংশাং অশোমদা লৈপানশি।।

য়াম্বা থেনবা ভারামৈনা লুচিংবশু ঔরাঙ্গী পনশা চীংলম অশোমদা ( ভামৈ ) খুন্দা খুম্লোক-পা হাইনা লৈঙম্লশি।। চীংবুরোইনা তম্বুরোইগী য়াইফা থৌরম্ থৌপুবা ; তম্বুরোইনা চীংবুরোই-গী য়াইফা থৌরম্ব থৌশিন্দুনা চীংবুরোই তম্বুরোই অনিবু তৈরাং লৈরাংনহনা লৈবাক্কী য়াইফা য়ুমলিং য়ুম্বান্নবা থৌপুনহনা লৈপান্নগদবনি নোংদয়ে।।

মৈতৈঙ্গু নিংথৌ কংলৈপিবা নোংদলাইগী নোংদম্বু থৌপুনা চীংবুরোইবু (হাওকপ মনিলনাইবা চীং শো'কাংদনা লৈ।নবা) হাওকপ চীংশাং মিংহুম্না মনা মনিল নাইদনা থৌশিলনববু থৌয়ানা লৈপান্নবে।।

## মৈতৈঙু নোংদলাইনা তাইবং খোয়য়ুমগবু নোংদম্না

বা'যেন থৌদা শংলেন কুচুদা খোয়য়ুম লাইগা তাইবং লৈঙম্বগা তিলু লৈফমহন্দুনা লৈহল্লগা মৈতৈঙু নোংদলাই ব লৈপিংনা পাউশানৈ "খোয়য়ুম লৈংম্ব পুম্বা হয়ুং ইলাল লৈশাবা পুরাবিনা পাউতাক্লিবা হৌ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাই'য়ান লৈবাক অশি লৈহৌভেদগী খোয়য়ুম লাইংনা খুম্লোক খুন্দবা ওইঙম্নহনা লৈপাল্লকপা লৈফম্ন হায়বা অশিব্ অবেপ্পরা"? মৈতৈঙু আংম্বনি খোয়য়ুম এখোয়গী শাথোকযম খুন্দা লৈতাযন হায়ববু লৈহৌ লৈশেমভেদগী হৌ কংলৈ লম্মাহনবনা কোল্লিবা লৈফম অশিওনি।। অদুদি লাইগী লৈবাক অশিদা তাইবং লৈঙম্মিবা মখোয় য়েল্লপ ৭না কদাংদগীবু লাকনা করি কমদৌনা লৈহৌভেগী ময়ুম লৈংগুম লৈঙম্নবিবা? মৈতৈঙু লৈঙম্বা তাইবং পুম্বশে খোয়য়ুম এখোয়গী ইচা ইশু ভাক্কনি।। অদুদি তাইবংশিংনা মানিং তেয়া লৈংম্নবা মপা মপুগী লৈহৌফম লৈযম্ব রাইশেং লমশেং তুশেংনবা লৈংম্নবা থৌপুনবা অসিদি মবম'দনবু ংইজবনা থৌপুবনিদনা।। মানি মৈতৈঙু মপা মপুগী লমনী, নোংদম্বনা তাইবং ইপোক ইভনবদগী খোয়য়ুম এখোইতগা লৈমিন্নে, মখোয় তাইবং পুম্বগী য়াইফংনবগা নোংদম্নহনা লুতিন যম্বাল্লাংন লৈযম্নহনা তাইংঙ্গ লাইগা লৈপাম্নহনা লৈঙম্লিবা হৌকংলৈনি।। খোয়য়ুম পুম্বগা তাইংঙ্গা খোইভং লৈতানা লৈহৌভেদগী হৈপাম্নহম্বা চংকম্ব কংলে পিবা ঐনা থৌপুনববু থৌংম্বব তানযংগনি নীংদরে, অদুবু খোয়য়ুম খরদি নোংদলাইবু ষোজানবিহুম্না তাইবং-পা চামিন থকমিম্নহনা ময়ুম ময়ুমদশু তিল্ল কম্বাল লাংমিম্নহনা লৈমিম্নববু উভম্মী, অদুগা খোয়য়ুম অয়া-ম্বদি তাইবঙ্গী য়াইফনবা থৌপুবিবশু উভমদে তাইবংনশু খোয়য়ুম মখোয়না পাউশাহনশু থৌংহংবা ওইনা তুলুখাই তাওমৈ অশিবু ঐনা করম্বা মতমদা ভিলু ফম্বান লাংমিম্নবদা খোইজং লৈতানা পৌশিনজববু থৌরোই থৌভমগনি নীংওমদরে অদুবু পরম অশি খবদংদি থৌভম থৌপুবা ওইনা লুতুংদশু লৈঙমহৌনবা খোয়য়ুমশিঙ্গী চংসমশু তাইবং মীগী চংলমশু পাওশাগে ; চংনরম অশিবু

কায়ববদি খোয়য়ুমশিংনা নত্তিক নঙম্বু লৈশাম্মু, তাইবং নখোয়না নয়ুম এল্পমবু অবা অনং তানফংনৌ চংলম্বু কাইদনা থোপুনশিদো ।।

### তাউ খোয়য়ুম পুম্বা, তাইবং পুম্বা :—

চম্বু নীঙতোল চান্নৌ মোরৌনবদা ইচিঙ্গাকপু লৈতিন্নদবগী চম্বুবু ঐগী য়ুমদিন মৌবু লুতিন্ন-বদি নোংকোরৌ ৭ নি ময়ুম লৈহৌ চীঙ্গাকপু চাহন শোকহনবা লুতিন য়ুংগী চীঙ্গাকপু পীজ পীথক্লা লৈথম্লগা লুহোং লুতিন লৈবৌ লৈয়ানঙম্লসি ।। অদুগা লাইবমলেন্দা নামুংলবা চংলম অশি মথৈদি লুতিন লৈরৌ লৈয়াযদে লৈবাকী অরাবা থোপুবনি ময়ুম ময়ুমদ লৈমাংবা নত্তনা :— মদুদি এলুপ শথাইদি লৈতিনবা য়ুমদাবা য়ুমথাইখিবদি লৈতিন্নদবা য়ুম মথৈদি লোৌনা লৈনফদে নামুংবা য়েক্লিদো ।।

শাইকক্তী লৈতিনবা চম্ব নিংতোনবু লৌফদে।। মদুদি পাদি লৈতিন্নদবা মমাদি থিন্নবা য়ুম অনিবু হায়বনি ।।

মুংনবা মৌবু য়ুমদিন্নফদে, মদুদি ঐগী য়ুমদাবা য়ুম শলাইনা লোৌরম্বা মৌবু হায়বে ।। নামুংনবা চম্বুবু লৌফদে, মদুদি মিঙ্গৌ থাবৌনবদা ৫৫খা ৫৫মবা হায়বদি চম্বু নীংথৌল অনি লৈবদো থানা হান্না য়ুমদিল্লগা থকপু অমুক কোম্লা য়ুমদিন্নফদে ।।

অমদি পম্ভৌ ইপাগা পোকপিন্নবা ইংগী মচা চম্ব, ইমাগা পোকমিন্নবা মাম্মগী মচা চম্বুবু লোৌন লৈনফদে ।।

শাত্তি নামুংবা য়ুমদিন ফলু থাফদে—য়ুম এল্প অমদা লুতিনখরবা মৌবু অমুক য়ুম অমদা লুহোং লুতিন লৈরাংবগু লৈরৌ লৈয়াগু লৌফদে ।।

পোলান চম্বু লুতিন থাফদে=মপাবু মমাবু পোকপা মবেন য়ুম্বু য়ুমদিন লুতিন থাফদে ।।

হায়রিবা থোরম অসিদা থোপুবদি ১শা মশাদা নদনা মচাদগী মগু ফাওবা মীবোল অদুম আশদি লাইরমলেনগী পিবা লুচিংবা শইফাদ হাপযদে ।

য়ুমদাবা ময়ুম ময়ুমগী পিবা থৌগু পুবা যাদে • মুংএ কইরমাকনা তহাংদি ।।

তাউদো খোয়য়ুম নত্তিক হকপা নচোল চাওবা লৈতিন যম্বক কাংদিবিবা পুম্বা লৈশেম নোংশেমঙৈদগী খোয়য়ুম ইপোক্লা শাথোকপগা তাইবং ইপোব থো লমদা হগুনগা লাইগা তাই-বঙ্গা থোইজং থোইদামিন্নবা থিল, লৈফম্মগুনা লৈপাল্লকপাদা পামজদুনা নোংদলাই ঐনা থোবম খুদিংবু থোয়া থোপুনা থোঙম থোপুনবদা নীংববু পন্দোল কোম্লা লৈদুঙনি হায়বদো থোউদারে অদুবু থোরম অশিমদি লতুংগু থোপুনবা রারেপ থোপুনবা ওইনা লৈথন্নরশি খোয়য়ুম পুম্বা ।। তাইবং রাথন থেনবা ঙাক্তনিদো খোয়য়ুমশিঙ্গা মঙম্বু অমুক লেইকএ হাইববু তাইবং ইপোক্লা খোয়য়ুম নখোয়গী নফম্লাংদা লাজবা অয়োন অরাল তৌঙমথিবা লৈনা থিনিকপু লৈঙাক লৈকনবা য়াবা মথৈ ঙাক হনা লৈকন থোপুনঙম্লশি, তাইবংনা খোয়য়ুমশিঙ্গী নফম নফমদা পুক্লম লৈপাইনা

পুরম থৌরম্ব, য়াম্না ইখোল্ল লাইয়েক লাইচং লাইশোলবু লৈচুম্না ইরাং থৌনিজরবদি থোঃযুম নখোয় নখোয়না থৌরমম্ব, থৌওম্নবা থৌপুনগদবনি ।।

অদুগা খোয়যুম নখোয় থরা তাইবংশিঙ্গা লৈমিন্নদুনা থোইজং থোইদানদুনা মুংঙাইনরিবা খোয়যুম নখোয় মখৈদি তাইবং নখোয় লৈমিন লৈমিন্নরিবা মযুম অদুগী ময়ুম ( ফুঙ্গা লাই ) ওইনা লৈমিন্নদুনা তাইবং নচা নগুগী য়াইফা নোংদম্না নাউকোনবিদুনা লৈমিন্নরো ।।

থৌরম অশিদো লুতুংদগু নঙ্গ ঙঙ্গ থোইজং থোইদনদুনা লৈমিন্নরক্লবগু মযুম পোকপা লাই ওইদুনা লৈমিন্নো, য়ুম অমগী মযুম লাই ওইনা লৈত্রবা খোয়যুম অদুগী থৌখন ( চপাল চনৌং থাবা ) চাক এগাং থোংদুনা লৈকংপা থৌরমদা য়ুমদিন য়ুম নত্তবনা চাফদে নামুংবনি লৈবাক খুঙ্গা রাগদবনি, খোয়যুম যুমাংন্নদবা য়ুম্না চাক্লবদি ময়ুম কৈক্ লৈথাদোদুনা য়ুমদাং চাক-চাবা শাইদাপা য়ুম নামুংবা চংলম ওইনশি ।।

খোইয়ুম মাগী হবাও তয়ান্নকপদি খোয়যুমগী মনিং থুংনবা ঐখোয় খ্বাইনগু ভেংবাং থৌপুনচংশি ।। থোরম অশিদা কংলৈ পিবানা নাকোই থৌপুরবদি পিবা পুন্সি ময়েং তাশন্নু, হবাও তয়াম্বা মতমদা খুঙ্গং ইপাচা পুম্বগী ফমলোন খুদাবু লৈথানা ছিলু লৈফম্নদুনা খোয়য়ুমগী মপুক পেন্নবা থোইজং লৈতানা মুংঙাইনশি ।।

খোবয়ুম মা মাগী থৌখন চংক্বম্ব লৈপাক থৌরম খুদিংবু হৌ জম্মাহনবা কংলৈ স্না পুমাইয়োন্দা লৈফম্বা ( নোংদম শংলেন লৈপুবা ) নোংদম মকগী মফমদা থোইংলগা থৌওম থৌপুনগনি, ময়াথবু থৌপুমা চংলম খুদিংবু ঐখোয় পুম্বনা চংকনি, মকনা নোংদম্নকপা চংলম থৌরম্ব খোয়যুম লাইনগু তাইবংনগু থৌওম থৌপুদবদি কংলৈদিবা নোংদম লাই ঐন হাংপা মাহুন্নবা অয়োন লংভনবু শাফ না ।। লাইরবাংগী লুতিন চংলম শোইফদবু নোংদম মকনা চংলম্ব কারন শিম্নাক নোংদম্নবদি নোংদম্নিবা মরগু মশা মাংবা ওইশন্নু, চাদা নান্দা শুদোন ফাওববু মতিক মঙান শাউম্বু থাম্বংনো থৌরম্বু নামুং চংলম তাবগী অয়োন অরান অপুম্বা নোংদম মক মশানা থাম্বংনগনি ।।

## অদু ।। উমংলাইগীদি

চংলম অশিনা লাংবচক অশিবু মথংলেংনা উমংদা লৈবা লাই খুদিংমক্কী থৌপুগনি, থৌরম-দি এলুপ শথাইগী পিবা মবিগা, এলুপ শথাই পুম্বগা লোইনদুনা কংলৈবু শংবা পিবনা থৌরম্ব, লুচিংনা নোংদম শংলেনগী পাউদাক পাউহং লৌবগা কুমজা খুচিঙ্গী হৈরাং লৈরাং অহেন লাঙ্গনি হরাও তয়াম্নবা থৌপুনবা তৌননি ।।

ঔরাং কৌব্র, অগুপ্পা লৈমাই খুন্দা অহানবা কৌব্র, লাইলোংবনে, নোংচুপ নোংপোক খুম্বোকয়াই ইঙৌবা =মুংগাংমহারাবা, হুংমুতুমদ মাংদবীনে, নোংপোক লোইরাং পাম্বোইবীনে,

হিয়াংথাং লাইরৈমনে, নোংপোক চিংথৈ মরু অচিবনে, লাইমিংথোই সনা মহিরেনমে, লৈমুং লোঙ্গা অরিবা তাওরোইলাই পাখংবনে, লাইনিংথৌ নোংশাবনে, চেংবা লৈমনে, পান্থোইবীনে ময়ুম পিবা মরিনা. লৈশংলিবা লুরাং শাৎপা, ময়ুম অঙোম শাৎপা, নয়ুম খুমন শাৎপা, ময়ুম মুরাও শাৎপা অশিমথৈনা ময়ুম ময়ুমগী পিবানা মা মাগী য়ুমদা য়ুমখাইথিবা পুম্নবু পাওজেন্দুনা পুরুম থৌনিগদবা নোংকোরৌবু লৈখংহন্দুনা মানা মানা হৈরাং লৈরাং কাংজনিংববু লৈচম্নবা লৈখংহন্দুনা কংলৈ শংবা পিবগা ময়ুম পিবগা তান্নদুনা পুরম থৌনিবা পরম থৌরম পুম্নবু থৌওম্নবা থৌপুননি ॥

লৈহুন লৈরাংবু লৈতম্বা ( চপান চনিংগা ) লুক্লন মথেনবু থোংবা থাকপা লৈহুম্নবা ময়ুম পিবা লুচিংবনা তৌগদবনি ॥ চনিং চবান লুক্লনবু ময়ুম পিবা মানা তানফঙ্গনি, ময়ুম অমনগু শোকফদে চাফদে, ময়ুম নামুংনৈএ চারুরবদি চাফদে ॥

অমাইবনা ময়ুম লৈনা লৈহুন লৈরাং হৈরাং অথেন লাংওম্নবা লৈবা থিবিকপু থিকশেং নাইনা থিকপেংহুনা থাশেঙ্গনি ॥

অশিবনা খোয়য়ুম্ন, য়াকৈহুনা মতিক মঙানবু নাওয়েনা হেনদৌগনি ॥ অমাইবনা হৈরাং লৈরাং তম্ননি ॥ অমাইবীনা শনিক লাইনৌ তানা খোয়য়ুমগী লাইবাওবু লৌহুনা তাইবংশিংবু লৈখং পাউঞ্জেন্নওমনৌ ॥ অমাইবনা স্না তাঙ্গা লুপা তাঙ্গা থানা পাউরৌনগনি ॥ মতুংদা অমাইবগা লৈতাই নোংদাইনা থোরোক্টনৌ ॥

ময়ুম লাই লুমদবা পিবা ৫ গী লাইদি :-

লৈমুং লোঙ্গা অরিবা পাখংবা লাইদি কংলৈ লৈশংবা মঙাং পিবাগী হুমদিন কাইনি ॥

কুপয়েং—কোপো—লোংদারেন লাইদি ময়ুম অঙৌপাম্বা অঙোম শখাইগী লাই য়ুমদিন লাইনি ॥ লাইমিংথোই অশিবনা লারৈ লাখুপ শান্নবনি, খোয়য়ুম লাইমিংথোইগী লাইচৎ লাখুপ লারৈনা শাথোরখিবা খোয়য়ুম উমংলাইহ মখৈবু ময়ুম অঙোম পিবনা লাইখোং তিনখোং লৈখিনা থৌবু থৌরম খুদিংবু থৌওম থৌপুনবা তৌগদবনি ॥

ময়ুম মুরাং শখাই এলুপমাগী য়ুমদিন ফুঙ্গালাইদি ( য়োং থাংজিং কোইরেং ) লাইনি ॥ থৌয়েং থৌপুবদি ময়ুম অঙোম পিবগা কংলৈ লৈশংবা পিবগনা লৈকুমনা থৌরেঙ্গনি, থৌপুবাদ ময়ুম মোইরাং পিবনা থৌপুগনি ॥ থৌশিল নোংদম্বনা নোংদম শংলেন মরুনা থৌশিন নোংদমগনি ॥

ময়ুম লুবাং পিবগী য়ুমদিন লাইদি ( খোয়য়ুম বাংয়েন লুরাং পোক্লন শাৎনা আং ইরাওবা ) কৌবনি থৌয়েংবদি কংলৈ পিবানা লৈফমগনি ॥ থৌশিন নোংদম্বনা মোংদম শংলেন্না তমগনি থৌপুবদি ময়ুম লুবাং পিবনা পুগদবনি ॥

থুমন এলুপমগী মুমদিন লাইদি থোয়মুম শেম্মহনবা—কংদিয়োং কোৱনা মমুম থুমন শাংপনি থোয়েংবদি ময়ুম লুরাং পিবগা কংলৈ পিবগনা লৈফমগনি ।। নোংদম শংলেম্মা থোঙ্গিন থোঙাকনি ।। থোপুবনা ময়ুম পিবনা থোপুগনি ।। কাচিনগী (শব্রা নিংথৌ—শম্নিরেলগা লাইনিংথৌ থপ্লাংবগা) থোয়মম অমিগী মথোদি কংলৈ পিবানা থোয়েং লৈফমগনি ।।

শুকমু—শুগুমু (তুবু নিংথৌ রাংপুরেল পাখংবদি) কংলৈ পিবনা থোয়েং থোপুনা খুঙ্গাগা থোখল লাঙ্গনি ।।

ময়ুম য়ুমদবা লাঙনা লাইমিংথোই অশিবা—সনামহীগী লাথুপ লারৈ নত্তবা থোয়মুম মথৈনা কৌ কংলৈ ফম্বাল লৈশং থোপুবনা লুচিংহুনা থোপু থোয়েনহুনা লৈঙম্বা খুঙ্গা অহুগনা থোখন্দুন লৈবাক্কী য়াইফ থোনি থোঙম থোপুনগনি ।।

## লাইলাৎ থোখন চৎলম

লাইমিংথোই সনা মহি লাইহুই লাৎপদি:— লোংজম, থোনাঙজম, শাৎপম, যুম অসিনা লাৎলো ।। থোংশংবা থোংঙাক লাইচাক রাযম্বদি মোইরেংজম, চকপ্রম, লৈশাংথেম, ওক্রম, লাইথংবম, থোকচোম মোইবাংথেম যুম অশিনা থোপুনৌ ।।

লৈন্নুং লোঙ্গা পাখংবগী থোংহাম ফমথাবদি:—

অবাম্নম, চৌংথাখম, খুন্দোংবম, লাইবেঙ্গম অসিমথৈনা থোপুনভম্নহনগনি ।।

লাইনিংথৌ অশিবগীনা: লাইথংবম যুম মথৈনা থোপুও ।।

ইমে ইন্ন, চেংবা লৈমগীনা:— ময়ুম অঙোমনে লাইতাঙমনে, রাঙ্গোন শংবমনে, নোংজেংবমনে, খুবাইজমনে, যুম অশি মথৈনা থোপুবা ।।

ইমাইন্ন পান্থোইবীগীনা.—ময়ুম য়ুমদবা যাঙম্নম, য়া কম, লাইশ্রম যুম অসিনা থোপুরো ।। হাযবিবা পাই অশি মথৈদি কংলৈ পিবনা লুচিং থোপুনহুনা ময়ুম পুম্বগা লোয়নহুনা লৈবাক্কা য়াইফা থোনিগনি ।।

শৌবোল লাইরেম্বীদি —ময়ুম খুরাইজমগী যুঙ্গা লাইনি ।। চবান, চনিং, লুক্লেন মঙম্বু তানফংবা ময়ুম খুবাইজম্না তানফংগনি ।।

লাইরেম্বা ইরোং লৈমদি:—ময়ুম লম্মাবমগী ময়ুম ফুঙ্গা লাই ওইথরে, চবান, চনিং, লুক্লেনবু ময়ুম মানা তানফঙ্গনি, ময়ুম অমনা খুৎথিংজিনবা তৌফরোই নামুংএ ।।

থোয়য়ুম মার্জিংদি:—ময়ুম থুমন য়াইথাংবগী যুঙ্গালাই ওইথরে ।।

## নোংদলাইনা নীংশিংনবা ওইনা লাই হরাওববু তমজবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩২৫৪ নোংদলাই পাখংবগী কুমশিং ১৪৬ কী চহো শজিভু থাজগী ৯ নি পানবা লাইযুন্দিন থাংজা নুমিংকা রায়েন অহানবা কুচুশংলেন লৈফম্বদা মৈতৈঙ নোংদলাই

কংলৈ শংবা এলুপ শথাই ৯ বু লুচিংবা পিবানা রাহৌএ ॥ খোইয়ুম যম্বাল লাংলিবা পুম্বা নোংদম শংলেন মপু তাংঙখা মক মরিবনা পুয়াগী পুরারিবু পাবদা হায়খিবা, হয়াচরদি লোম্লক্রবা খুন্নচক্কী মঙাম্নদি লৈচং লৈহৌরবদা হৌ কংলৈ পুংমাইয়োল লৈথাক অসিবু ঈথুমহুনা খুন্তাক লৈতাকখি হায়না পাউশাখি ॥ কেগে মাইগৈ থাথংবা মুরাং পানবান অরাপ্পদা লৈপাল্লম্বা লমহাংঙম্বনা লাইনিংলুবদা মেন্দে কৌবা চীংজাওবু নীংখাইরত্তুনা মেন্দে চাঙ্গী লোকচাওগী ইবোংবু ফন্দুনা ইচেন খোংলম লৈতনা মৌথংনবদা তাওরোইলাই তুবী ৭ না লম-হাংঙম্ববু কিহুনা চেনবদা চীং হোগাইনা চেল্লক্তুনা লৌতাংপাক্তা তাঙমখি ॥ মথোয়না হোগাইহুনা চেল্লকপা খোংলম অহুনা ইখোং ইরম ওইনা থোকঙমহুনা মৌথং থিঙ্গত্তুনা লৈরম্বা মেন্দে লোক্কী ঈশিংবু চেনশিল্লক্তুনা লৌতাং ইবেন্দা তাহুনা ইচেন্নবা খোংলম্ব লৈতবনা লৌতাং পাংনা থাদগী ঔরাং পাংনা মৌথত্তুনা লৈবাক অশিব ঈথুম ঈবিহুনা লৈঙমখি ॥ লৈংল্লবা লাইশু তাইবংশু লৈবা য়াদদনা খুন্তাক লৈতাক্লৈএ অহুম্নঙ্গীবু লৌতাং পাংম্ম লোক্তগী ঈশিনা মাঙোন্দা তাবদগী লৈতাক খুন্তাকএ ( লোক্তাক ) কৌবনে, মেন্দে লোক্কী ঈখোংবু ( লৈতাক তুরৈ = লৈমতাক তুরেন ) মিংহুনবনি তাকপীদো ॥ ঈথুমহুনা খুন্তাক লৈশাহুনা লৈরবা হৌ কংলৈ লম্মাহনবা কংলৈম্না পুংমাইগোনবু হুংবা মহাবাবনা টাবাকক মচিন অহুমলোংবা মখুংশু অমবু পায়হুনা খা মৈবম পাংবদা চথরক্তুনা টাংলোন ৯ বু লৈফাওনবা থান্দত্তুনা ঈথুম্মাবা ঈশিংবু চিংখাক্লে, মতুংদা হুংমু তুমদা মাংদবী = নোংপোক লোইবং পানফবীগা তান্নবা লৈহৌবৈগী লৈশেম হুংশেমঙৈদা শালাইলেন অমম্বগা ইখৈবেন নামুংবি লাংহবেমণা অনিনা নোংলান্দগী মালেমদা লৈকুম্নক্তুনা অমুক লাইমিংবু অনিশ্রা অংনা অনিশ্রা মক শিংলা অমনা লৈশিবেন লৈপুনবী মিংহুন্না লৈংম্নগা অনিমক্কা খোঙম থৌপুনখিবা পবত হৌবম্ব নিশি খোবম্ব থৌপুনা অশৈখোনফাংলাং অলোই শাকোই শাদম্না থোইরেন খাবী কেংনা লৈশম্না শান্নহুনা নোংদম্বা লাইগী মফম্লাংদা হৈবাং লৈরাং লৈকংনখিবগু তমজনা খুন্নচক্কী শৈহারি খোয়হুম লৈংম্বা নখোয় পুম্ননক্কা লোইননা হুংবা মহারাব হুংমু তুমদ মাংদবগা অনিনা লুচিং থম্বুনা লৈহাঙৈগী ফালম্ব নিশিংনবা ওইনা তমজনা শান্নহুনা নোংদম্বা লাইদা লৈহুম্নে ॥ থালম অহুবু নিশিংনব-দগী কংলৈ শ্না পুংমাইয়োন অসিবু ( শ্না লৈপাক হিয়াই পুবা ) লৈহুন্নখি হায়না পাউশা-খিববু ঐনা পামজহুনা থৌবম অশিবু খোয়হুম নখোয়গী নফম্নাংদা নোংকোরো অমা রাহৌগে মংলোই অহুবু থোপু পবম্না য়াম্বনা রাহৌবা ঙমহৌদহুনা হুংশাংনা লৈঙম্নংনি পরম থৌরম্ব থোকাওদনবা নাংশিংনবা ওইনা চীংঙ নখোয খ্বাইদি থংহৌ উংহৌবা ঙাওনি নখোয় খ্বাইনা লুচি হুনা লৈহৌখিবা ফালম থিবিক্তো অমুক্তা হয়াও তয়ামশি ॥ লৈহৌঙৈদগী লেঙহুম্নবা চাংঙশিং নোংলোন্দা লৈবশু লৈখারোন্দা লৈখিবশু পাউজেন লৈথনহম্না শান্ননি অহুবু চাংঙ

নখোয়না করি লৈখনবা, মঙ্গুং মতম নত্রে হায়বন্না ? চিংখৈ মরুনা হায়, মৈতৈঙ্ নিংনখোইবা তাইবঙ্গী খোয়য়ুমগীদমক্তা শাথোক শাফোংনবিবা পিবা পুক্নিং লৈথুংনবা খোয়য়ুম ঐখোয়না থৌঙম থৌপুনজনি নয়াথংবু থৌপুনা লৈথক লৈখাবু লৈতুনা অহুক পাউশা পাউজেনজখিগে, ৱারেপ্নরে ।।

য়োইরেন্দা লাইখুন্দিন লৈকাহুনা লৈফম ৱাখন্নবদা চিংখৈ মরু অচিবনা হায়, খোয়-য়ুমশা মৈতৈঙ্ পিবগী পাউশা মিংয়েং নাবৈ অশিবু পরম অমবু ইহুনখবে, থৌরম অশি অরোইবনি মপুক লুপ্লাংবু লৈথুংনবা ঐথোয়পুম্বা থৌপুদবা য়াদরে ।। হৌজিক খোয়য়ুম তাইবং যমদিন যম্বল য়াঙমদবা লৈঙম্বা পুম্বগা লুতুংদা নোংকোরো থরদা ওইরবস্তু কুমজা খুদিঙ্গী তাইবঙ্গা খোইজং লেতানা লৈঙম্নবা ফম্বানমিন্ননবা তাইবংশিংনা খোয়য়ুম নখোয় থ্বায়বু লৈঙম্লি থোকাওদনবা খোয়য়ুম নংখোয়স্তু তাইবং ইচা ইশুনা মপুক হয়াও তয়াম্না নোংদম্বগী লৈফমদা মপুক হবাও তয়াম্না হৈবাং লৈরাংজনি থৌঙম্লি ঐখোয় থোয়াওনা ।। নোংদম ইপাগী থোকন থোয়াওনকশি নোংদম্না থৌঙম থৌপু থোয়াওনবা ৱাহৈবিগে নোংদম্বান থৌরম্বু থৌ-ঙম্লবা লৈথক লৈখা পাউজেন থৌপুরো নোংদম্না পাউজেন্দুনা খোহৌবা কোয়ৌবু নোংদম মরু মখিবনা থৌদা নোংদয়ো ।।

হরাওবোল ।াইবরুচন্দা হরাওরোল পুয়াদা ইরে নিংশিংনবা ওইনা খিত্তং তাকপনি

লাংবচক্নি পুমশিং ৩৫৪ গী নোংদালাই মৈতৈঙ্গী কুমশিং ১৪৬ কী মঙ্গুং কালেন থাজ কনি পানা নোংকোবো শংগালশেন অযুক্কী কোল্লুপ ৬ চংবা হৈয়েৎ মরনা লৈপু লৈহৌবা মতমদা খোয়য়ুম থংগুং অচিবনা হৈকং লৈরাংনবা লৈঙম্বা খিবিকপু থিকপেং ঈশেং ইচাইথোকুনা নোংদলাই পাখংবা লাইস্না অনিমবপু তনম অহা লেচু লৈকোয়নবা থিকশেং থাশেংহুনা নোং-দম্ব লাই উংলৌ য়াইবিরেনগা অশিয়া মরু শিদবগা, লৈশিরেন লৈপুনবীগা খোয়য়ুম অস্তমগী পৌশনবু অশৈবা নহাবা মোইবেংচাম্বা পোইরৈ শৈশকপনা নোংদম্বা মরু উংলৌ য়াইবিরেন শিদবগী কেংহৌবকপগী মঙম্ব নাংথেম নাওয়োইনববু ওইহন্না অশে খোনদাং থৌথল্লে ।। মঙুংদা শলাই লন অমম্বা—অাওয়া মরু শিদবগা ইংথৈরেন লাইরৈমা নামুংবী—লৈশিরেন লৈপুনবী ইরেম্মা ইবুংঙো অনিনা শাদম শাথোংলকপগী পরম্না থৌখন নাওয়োম্ব ওইনা নাওরোই লৈ-হুন্নরে ।। শনিক—শরিক লাইনাওতোবী লাইরৈমা হাইনু লৈমা, লৈরোং লৈমা, লাইরৈমা লৈয়াম্বা অহুম্না খোয়য়ুমগী পাউজেল পাউশাবু লৌহুনা পাউজেন্দুনা তাইবঙ্গা লৈঙম্বা পুম্বগা থংহল্লে ।।

থাজ ৪ নি পানবা নেংকোরো ইরাই মুমিংকী থৌহৌবা নিনি চনবা:— নোংঙান তুব

উঙম্নকপদা নহাবা মোইরেংচাম্বনা মখুংগু পেনা পায়ন্থনা থাকৈ লিরোলবু লিখৎনা অভিম্না মরু শিদরগা লৈশিরেন লৈপুনবীগা খোম্বয়ুম ২ বু মাকাই লিরোন লৈশক্তুনা থাকৈরে ।।

লৈস্থুং খুং খুং অচিম্বনা অমাইবনী মগুম্বু থৌচং থৌপুনা খোয়য়ুম ২ বু ইরু মাইতা মকোক মউবু ইতুম পাউশা নহাই থিকপেং ইচাইন্থনা থিকশেং থাশেংনঙ্গ্লে ।। হৈরাং লৈরাং অথুম অহাও লৈঙম্লিবনু থিম্বপেং ইচাইনবা ( উইংনা শেনমখা শাখা লৈপা নাপীগা শিংম্রীগা । ) অহুম্বু কুংকেং পাংকী ঈশেং ঈশিংদা লুপ্তুনা থিকপেং ইচাইনঙ্গা হৈরাং লৈরাং অথেন মাইয়োকথানা লৈহুন থৌখল্লে ।। মরুগী মঙম শম্নাংলোনবু পাউশানা তাইল্লে ।। কুমহৌরোনবু হায়জ পাউশানা থৌনিরে ।।

অমাইবী শন্নিক — শম্নিক লাইনৌ শাবীনা খোয়য়ুম লাইবাগুবু পাউহং পাউবৌনহুনা লাইগী নোংদম রাবু পাউক্লেল্লে ।। লাইবা মহাবা পোইরৈ লৈশকপা রাঙম থৌপুবনা ইবুংঙো ইথেম্মা ২ গী মঙন মঙালবু শৈশক্তুনা তাঙম্নবগা অযুক্কী থৌখন পোথানরে ।।

## ( নুংথিল পোপ্তা লৈহুম্নকপগী থৌরম )

নোংপোক চীংথৈ মরু অচিবগা ।। নোংদম শংলেন মরু তাংথো মরিবগা কাইবিরোন মরু মচা লশহাংম্বগনা লুচিংন্থনা পোইরৈতোন পুংইম্নবগা, পোইরৈতোপ তানবেংবগনা পুংয়ৈ শৈশরা তাইবং নহাবা পাখংনা শৈখুম্না মরু ৩ না লাইরোনবু লাগুন্থনা মাইগৈ ৮ বু লৈথুংনা " খোয়যুম পুম্বা হরাওপুংদা কারকও তাইবং পুম্বা ওল্লরো হবাও শাদয়ন্থনা মপুগী খোগন লৈচংলশে " কৌএ ।।

## মাইগৈ ৮ হোই লাওবা — ( মা লাই কৌবা )

হোই হোই ( মৈথুম ) হা হা হা ।।
হয়িলে হৈয়িলা ও হয়িলা
হয়াতে হয়াতে ও হয়াতে ।।
অঙোএ অঙাএ ও অঙাএ ।।
হারুং হুং হারুং হুং কংলৈম্না
পুংমাইয়োন লফু লাঙম মঙান্দরে ।।

শংশংগ্রো শংগ্রোপীলো শংগ্রোক্কা,
পান্তগী থরোগা ই থোন্দগী মগা
রাইনৌশে রাইনৌশে শম্নলাংমৈ শম্ন ।।

তানয়োলোন : —
তোং তোং তোং , দোং
দোং দোং, ধোং ধোং
ধোং ।। টরথেম টরথেম ।।
তেংতেং খিস্তেংতা, খিস্তেং
খিস্তেংতা ।। টরথুপ
টরথুপ চোংগ্রেম চোংগ্রেম ।।
তোং দোং

শাবন লমথোকশে কোনবা লময়েংশে ॥
হামি মিরো রো কাং থং তরোরো ॥
চী য়া পামেন অমুলহৈ শেমজবনা
চানবা হৈ শে শে চাজরো
শে শে লৌজরো হোইয়ানশিদা ॥
হোই হোই হোই হোয়ানশিদা ॥

খোং ॥ ঙেংতাতেং
খিঙেংতা, খিঙ
তেং খিঙেংতা ॥

তাইবংগু লাইগু লৈতিন্না নুপা নুপী খাইরক্লে :—

পোইরৈ শৈশকনা লাইবা নহাবগা রাজম তেংথবা মানজিবগা ২ না মখুংগু পেনা খোংহুনা শৈবাও শৈশকুনা নুপা নুপী হরাও শাকোই যাওঙমগদবা লৈঙম্বা লাইগা তাইবঙ্গবু তুলুখাইবে ॥

হাখেফ্ ওাও ওাও
হে পরা হৈ হোরিং লিং
লোয়ক লোয়ক খাঙক ক ক ।
ফদি ফোংচিন মফোং চৌন
যেং পই হঙ্গিন চঙ্গিন ॥

নুপাগী পবেংদা অমাইবী শনিক লাইনৌতোবি, অমাইবী লৈরোলৈমা, অমাইবী চৈহাম্বা অঙ্গম্বা লুচিনা খায়বে ॥

লাইপাখঙ্গা মাহংপেলা তোংদম মরু মরিংনে কাইবিরোন মক মচা লনহাংঙম্বা ॥ মক ২ না লুচিংলে ॥ নুপা নু গী প বং ২ না খাত্রাংনহুনা লাইবুং হংনা শাকোইহুনা থোখল্লে ॥ নুপীগী পাবেংনা মঙু থং নুপাগী পবংনা, পানা হংনা শাকাইনা চৈরবদা লাইংঙী মরাই বারন শু১ দোংপান্দা নোংদম্বা পেবোনবা মপুগী যম্বী= খুদাং চৈ হুরা চৈথারে ॥ চোংপে, হমাং, থাংটা, শেঙ্গক শেঙ্গা, খুংশেং খুগাং, লাইখুদেং ॥

নিপানা ফিয়াক নমথাং থওৌনা খোঙম্ন শল ক নংশা বোক্তা যেং ॥ নুপীনা চুমহৈন পোংলোই অভাপা, অশংবা, পাংশেং, কোখাং ফুবিং ফিরেন নমথাং খোঙম্বা লুরল লৈচাও উরিশেক থেঙ্নুনা শেঙ্গক শেঙ্গা, খুংশেং খুডাই খুদেং পায়হুনা থোখনবু ভাইরে ॥ নহাবা মোইরেং চাম্বনা হোইরৌ লাওনা থেমথোক্লে ॥



চিং চৈ চিংলা, চৈচা ৩—৬
খং লোংলম

অহা ইহে, হোইবৌ হোইরৌনগে
হোইরৌনরেদা হোইয়ানগে হোইয়ানরেদা

হৌরৌবগে সোহো, হোসো ॥
হিংকরে হাহোই হে হে ॥
হো হোই হা হা হা হোই হোই হা হা হা ॥
হেরিলো লা হেম্রিলা হেরিললো
হাযুতে খুল্লাইতে হৈয়াহে হৈয়াহে
হৌ হে হৌ হোয়ানগেদা ইংশো ইং ॥

( নোংদলাইগা লাইশ্নাগব ) পোইরৈ শৈশকপা রাঙম তেংথাবা মাঙ্গিবনা শৈশাক্রে ॥ অমাইনী শরিক লাইনৌতাবী ॥ অমাইবী লৈবোং লৈমা ॥ অমাইবী লৈয়াম্বী ॥ অহুম্না লিথাং মথাং, লিশি খোইশি, খুৎলোংবু খুবাঙ্গী মরক্তা লাংথৈ, মনা মতোনবু ৩/৩ য়েপ্পুনা খুৎকি, খ্বাঙ্গী, ঙক্তি লেঙ্গী, ফৈগী, খোঙ্গী, লিবৌ খোইরৌবু লোংনা নোইতুনা খোয়যুম ঃব মযম্লাংদগী হৱাও পুংদা শাথোকপীরো নোংদম্বা খোয়যুম লাইগী থৌখন লৈচংবা থৌঙম থৌপুরবো অনোই শাথেক খুৎলোম্না পাউশাতুনা মৈতৈঙু নোংদলাইগা লৈমরেল ফমলোন ৭ লৈপুবী লাইশ্নাগব লিবি খোংচিংথোক্তুনা লাইবুঙ্গী ময়াইদা লেপ্লে ॥ পোইবৈ পুংইন্নবগা, পোইবৈ তানাফংবগনা পুং মাইপাকগা, পুং শাকুইবগা তানয়েরতুনা মাঙ্গিংবগা শৈবাং শৈশাক্রে ॥

হয়িলে হয়িল্লা ও হয়িলা
হয়ুতে হয়াতে ও হয়াতে
অঙ্গোএ অঙ্গোএ ও অঙ্গোএ
হৈয়িদি উইতে মিকিহিং মিকিহিং
মিচিংশং চিংতেতে চিংতেতে
নপু পুরিং হয়ি ওরা ॥
অঙ্কাশিবিং কিরিং নোংতা কাংবিক
লৈকপুনশো, কিরিং শিরিং শোন্নাবিকাই
নোংতে কাংবিরু মুংবিরেল পুরিং হয়িসো ॥
উইতে মুংতরেংবী শংথুপু উইতেসা উইতে
তেম্ন চিংতেতে চিংতেতেনতেম্নু পুরিং হয়ি ওরা ॥

অমাইবী অনিনা খোয়যুম অনিগী থৌখল লাংলে ॥ অমাইবী অমনা লাইগা তাইবঙ্গা মুরাবী শিঙ্গী লুচিং থৌপুরে ॥ কাইবিরোল মক লনহাংভম্বনা তাইবঙ্গা লাইগা মুরাবা মথৈগী লুচিং থৌপুবে ॥ খোয়যুম খুং খুং অচিবনা হরাও তরাম্বগী পাউশা লিরোন শৈরাওববু থৌপুনা লাওরক্লে ॥ খোয়যুম লাই, তাইবং মুরাবী মুরাবশা—হাও ও ॥ সে সে নপুক খোইজং খোইদানা তিল্লাংবু খোইজংনা তাঙম্মুকো -হোয় হোয় তাজগে ॥

তেংবানববু শেম্বীরিবা মহাক্তগী মহাক ওইবা নোংদম্বা লাইনা করি করাবু লৈঙমদরিঙৈ, অমা হায়বা অমাং অতা নাইদবা ওইনা লৈঙম্বা করি করাবু কমদৌনা লৈবনো হারবশু লৈখংদনা পাউশাববু ঙমদনা থম্নুং—অমম্বা ওইনা লৈরম্বদগী মাংবা নাইদবা অমা হায়বা মশক অমবু লেপ্পুনা লৈরি, মশক অহুদি ঐনি হায়না লৈখংহল্লগে মপুক লুম্লাংবু লৈখল্লক্তুনা (নহাক, মহাক) কৌবা মশকপু শাথোক্লরগে অমম্বা থম্নুং ওইনা লৈবা অশিবু ইঙাল শাথোক্লহুনা তেংবানবা হায়বা মশক অমবু শাদয়্গা ফৈদোম ৪বু লৈখাইনা লারৈ লাথুপ শান্নহুনা ইমিং ইশকপু লৈখংহল্লগে হায়না থম্নুংদগী ইঙাল লৈশাহুনা তেংবালবনা ওইঙম্লকপা ৱাবু পাউশাগেকো পাউশাৰিও তানফংনজগে ॥

নোংদম্বনা ৱাখল্লেদো ঐনা ইঙাল লৈশাগদবা অশিদা করি করাবু য়াঙগদবা মপুক লুম্লাংবু লৈখন্না য়েংলকলেদো খোয়য়ুম লাই তাইবংশা—হোই য়েংলে য়েংলে ॥

মপুক লুম্লাংদা অমদি মহাক লৈরে লৈরে লৈরে ॥

মশক চৈ অনি অমগা উরে চৈ ৩ শুরে—চৈ অহুম শুরে শুরে ॥

চৈশিং ১ দগী চৈ ১০ শুনা উরেদো ১০ দগী চৈ চালুপ লৈশুনা উরেদো—চৈশিং ১০০ উরে উরে ॥

মথং করি লৈঙম্লিবা অমুক য়েংবদা চৈশিং লিপুনবু উইদো– চৈশিং ১০০০ বু উরে উরে ॥

অশুম্না মথং মথং করি কবা মখৈবু লৈঙম্লি বাখম্না মথং মথংবু য়েংনা হন্না হন্না লুম্লাং থাঙম্বদা লিপুন হায়বা চৈ মশিং অসিগুম্বা ১০ বু উরেদো- উরে উরে ॥

লিপুন হায়বা চৈশিং অসিগুম্বা চালুপ অমনা শাবা লাপুন কৌবা চৈশিং অমা উরে—উরে উরে ॥

অমুক য়েংঙি লাপুন অশিগুম্বা ১০ উইদো- উরে উরে ॥

লাপুন চালুপ অমনা শেম্বা লাখিং কৌবা অমা উইদো -- উইয়ে উইয়ে ॥

চৈশিং লাখিংগুম্বা ১০ বু উরে উরে উরে ॥

লাখিং চালুপ—লাম্নুং হায়বা চৈশিংবু উইদো-- উইয়ে উইয়ে ॥

চৈশিং লাম্নুং কৌববু ১০ উইদো হোই উইয়ে ॥

লাম্নুং চালুপ—লাকক কৌববু উইদো উইয়ে ॥

চৈশিং লাকক ১০ বু উরেদো– উরে উরে ॥

লাকক চালুপ লাঅক হায়বা মশিংবু উইদো- মানি মানি ॥

লাঅক ১০ তাম্ন্থেংলে—তাম্ন্থেংলে তাম্ন্থেংলে ॥

লাঅক চলুপ অক হায়বা মশিং অমা অমুক তানফংঙিদো ফংঙি ফংঙি ॥

মথংদা অক ১০ উরেদো—উরে উরে ॥

অক চালুপ—উক হায়বা চৈশিংবু উরক্লে—উরক্লে উরক্লে।।

উক কৌববু চৈ ১০ উরে—উরে উরে।।

উক হায়বা চৈশিংবু চালুপ অমা—লাইরোই হায়বা চৈ অমা তানফংঙিদো—তানফংঙি তানফংঙি।।

লাইরোই কৌববু ১০ তানফংঙিদো—হোই তানফংঙি।।

লাইরোই চালুপ—লাইথশ্লেন হায়বা চৈশিং অমবু তানথেংনৈদো—উম তানথেংনৈ।।

অমুক য়েংবদা লাইথশ্লেন হায়বা চৈশিং অশিদগী হেন্না চৈশিং অমামুক উঙমদরেদো—কদৌথ্রবনো উদ্রববু?

নোংদম্বনা ৱাখল্লেদো "উম ঐনা থম্নুং অমম্বা ওইনা লৈবা অশিবু ইভাল লৈশাচুনা তেংবানবা হায়বা মশক অমা শাফোঙ্গে নীংঙম্মিবা মশক থোরম অসিদি উঙম্মিবা চৈশিং অশিগী মশক মওংবু লৈশুনা শাদম্নদববদি ইভাল লৈশাচুনা তেংবানবা হায়বা মরম অমম লৈংমাগ নিংবা অসি থোঙম্লোই হায়ঙম্লিনা, মশিংদি তানফংলে মশিং অশিবু লৈশুনবা মশকপু ঐবু কাংনা শেম শাশিবনো অমুক লুয়াং থাঙম্মিদো"।। —হোই অমক লুয়াং থাঙম্লে।।

চৈশিং পুম্বা তিল্লুরে,—হোই তিল্লুরে।।

চৈশিংবু অহুমথোক্লা শাখাইরে—শাখাইরে শাখাইরে।।

চৈশিংবু ৭ থোক্লা য়েল্লুপ্লে-বেলুপ্লে, য়েলুপ্লে।।

অমা লেম্বদি ঐহাক্কী, ৬ লেম্বা অশিদি য়াৱা ইথোন ৭ কী যম্বী ফমলেন্নীদনা—মানি মানি।।

লাইনিংথৌ ন ইরেম্বী মঙাইরোইশা—হো কবিবু হায়বানা?

অমা লেম্বদি তেংবানবগী মপুনি অহুম থোক্লা লৈখাইবদি নোংদম্বগী চাক্লন অহুম ৭ থোক্লা শখাইবদি নোংদম্বগী মবগী লাইমিং য়াৱা ৭ নি, চৈ ৬ লেম্বদি মরুলোন লাইমিং য়াৱা ইথোল ৭ কী ফম্বী খুদানি লাইমিংবু শেমগৎপা লৈফম ৬ মিংহুন্না লৈথমখিশিকো—হোই হোই থম্বীও।।

চৈশিং লাইথমলেনবু ১০ না হোরিরে লাইমিংবু লাইলুম অমা মিংহুন্না লৈশা লৈথম্নবদা লাইলুম অহুগী পিবুরুংদা ইরিক কোঙ্গোন থাবওম মরিক মরিক ৩৪ বু উঙম্লেদো—উঙম্লে উঙম্লে।।

নোংদম্বনা লৈখল্লেদো লাইথশ্লেন চৈশিংবু লৈশুনবা মশকপু লৈশানবা মউ মপাল হক ওইনবদি ত নফংলে, য়াইবী থৱাইবু লৈহাপ্নবদি করিনবু ওইশিবা লৈখলবদা মশক তৱাগা অমাবু উঙম্নুনা 'উম লৈরেদনা লাইয়েক লাইশকপু শেম্নবা হায়দো"—হায় হায়।।

অমুক হন্না লৈথি লৈয়েংলিদো মশক অসিনা থৌরম্বু লৈশুববু ঙমলদ্রা হায়না—হোয় য়েংঙি য়েংঙি।। য়েংবদা চৈয়েক লৈম্নি লৈশুদবা ৯ অমা উঙম্নবদা "লাইয়েক অসিদি অপকম্বানিনা হায়দে।"—হায় হায় ।।

অমুক লৈপক্নবা লাইয়েক লৈশু লৈরাংপা ৭ অম্মগা তানফংনহুনা "লাইয়েক অসিদি শাথোক্লগদবা থোয়যুমসিংবু তিল্লু লৈফমগদবগী মসক লৈতাকপনিদনা (তিল্লু লাইয়েক শুইরে) হায়দো মানি মানৈ।

লাইয়েক (সারোই ৬১ দি লৈশুরে) অসিনা ইঙাল লৈসারবদা তেংবানবদা থৌপু থৌঙম্লগদ্রা লৈথল্লকপদা য়াইবী লাইয়েক ১০ দগী লৈসংপা চৈ ৪০ গা হক লাইয়েক্তগী চৈ ৫ গা চৈ ১৫ তানফংলে "উম মসিদি (লারোই চৈনিদনা) লাইয়েক ৩৩ অসিনদি লাইয়েক চৈসিং ৭৬ লৈশুরে মসক অসিনা ইঙাল লৈসাহুন তেংবানববু শুইঙম্নবা সেমগৎপা সাগৎপা ঙম্লগদরা ব্লাথল্লা লৈয়েংবদা মসক অমা অমুক উদরে, মসক অসিনা থৌঙম্লনি হায়ব্রি" হায়না রালেপলেদো—লেপ্লে ।।

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মঙাইসা হাও-ও ।।

চৌজিক্তি চৈসিঙ্গ লাইয়েক্তা ইঙান লৈসানবা তেংবানববু সেমগৎ সাগৎপিদৌরিবা নোংদম্বা খোয়সুননা থৌঙম থৌপুনবা মচাক মউবু থৌয়েপ্তুনা থম্লুং শুইনা লৈঙল্লিবা নোংদম্বা মাগী মশক মওং লৈখ হনগে হায়বগী ইঙাল লৈশানবা থৌহৌবা পরম অহানববু হায়রগে নপুক লুনা বু খোইদনা তাও, লুত্তুংনবু থৌকাশুনদনবা—হোয় হোয় তাজগে ।।

ম্না হকা পিবুমুংদা লৈথমখিবা লাইয়েক শারোই ৬১ লারোই ১৫ গী নম্লুংদগী লাইয়েক অমবু লৈশাংলক্তনা (উং) হাযবা যাং ইখোল অমবু ঙংহুনা নীংশাবু ফুইনা ফুইনা কামহুম্না লৈরক্লেদা কাম্নে কাম্নে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইরোইশা—হো করিব হায়বনো ?

নবচোনা ঙাংহনা নীংশাবু লৈকামহুনা লৈঙম্লবদা ঈশিং হাযবা মশক অমবু শাথোক শাথোংলক্তুনা মবাক মযুংবু শিংথানফম লৈখংদনা ভরং ইপাক শুইনা নীরা শন্না চৈরেদো—লৈরে লৈরে ।।

নোংদম্বা খোয়যুম নবুংচোনা ঈশিং ভ্রংবু সনা মিংয়েং শাংখনা য়েংহম্বদা ঈশিং অচুগী মহুংদা (ঈনাং) হাযবা মশক অমগা মৈ হায়বা মশক অমগা, মুংশিং হায়বা মশক অমগা উবা ফংহুনা নোংদম্বগী লুম্লাংবু হরাও থৌহৌরেদো—হৌরে হৌরে ।।

সনা মিংয়েংবু অশুম শাংথালেমথনা য়েংলগা ঈশ্বিক কোঙ্গানগী মশক শুইনা শাথোক্লকপা মশকপু ( কুঙ ) লাইয়েক য়ারানা নিংহুন তম্বীদো—তম্বী তম্বী ।।

অমুক "য়েং" হায়বা য়ারাবু ঙাংহনা নীংশাবু কায়হুনা লৈবদা ঈশিং অচুদগী ঈশেং হায়বা

মশক অমবু শাথোক্তুনা লাইমিংবু ( ঈহিংশং ) লৈহুনবিদো—মিংহুল্লি মিংহুল্লি ।।

নবুংঙো নোংদম্বা খোয়য়ুম অচুনা অমুক পীবুক্লুংদা লৈথম্বা লাইয়েকপু লৈশত্তুনা "ঙং ঙং ঙং" হায়বা য়াৱা ইখোলবু ভাংচুনা লৈবদা ঈশঙ্গী মথক্তা কংবী কংনাও হায়বা মশকপু শাথোক্লে —থোক্লে থোক্লে ।।

লাইমিংবু ( কংহিংলেন অকুপ্পা ) মিংহুনবিদো— মিংহুনবি মিংহুনবি ।।

নোংদম্বনা শাংথা মিংয়েং তাঙম্মি কংবী বংনাও পুম্বগী মৱা শাংথবকপা ঈশঙ্গা শম্নরে, ঈশঙ্গী মনুংদা তিন্দুনা লৈওম্লম্বা ঈনাং হায়বগী মশক্তা ঈশঙ কংবী কংনাওদা কুপ্নুনা য়ান্দুনা লৈশম্না লৈববু অমগা অমগবু তাইনহন্দুনা ফাচুনা থম্লেদো—থম্লে থম্লে ।।

ঈশঙ্গী মপাক্তা কোইনা শক্তা তাওচুনা লৈববু নোংদম্বা লাইনা ঈশিঙ্গা ঈশঙ্গ অতিবু থায়-দোক্লগে নীংচুনা পীবুক্লুঙ্গী লুম্নাংদা লৈহাপ লৈথম্লিবা লাইয়েক লাইশত্তুগী হোৱোসো লাইয়েক অহুম্বু লৈশত্তুনা লাইয়েকপু ওন্না ওন্না মথক মথা হায়চুনা ঙংচুনা কামতনা লৈবদা ঈনাংনা লৈক্তা লৈনপ্পুনা লৈওম্বা ঈশিঙ্গী শরুক্তা ময়াইদা কোইনা তাংচুনা লৈরে, অকোইবদা ঈশিঙ্গী শরুক্তা কোয়শিন্দুনা পাকচাওনা কংচুনা লৈবক্লেদো—লেবে লৈবে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা— হে কবিবু তাকপীগদবা ?

নোংদম্বা লাই নবুংঙোচুনা হাযদো, "ঐবু শাথোরবা লৈযম লৈতংগী লৈবনি হৌজিক্তি ঐগী খোংনেৎ খোংদাক্ষমতরং ঈশিঙ্গী ময়াইদা অবংবা লৈযম অমবু শাম্থেংলে, লৈযম অশিদা ঐগী খোংদা খোংনেৎফম্বু ওইনা শাফোংলগে মালেম অসিবু তবং থক্তা তাওচুনা লৈওম্বশিনা ঐনা শাফোং খোংদাবদা মালেম খজিক অসিবু নীক হাইনা থাংহনগদৌবিসিবু কবি কমদৌসিবা ৱাথল্লি'দা"— ৱাথল্লি ৱাথল্লি ।।

নোংদম্বা নবুংঙো ইবুংঙোনা পীবুক্লুংদগী ( ক্ষ ) চুকশেম্বুবীবু লৈশংথোক্তুনা তানযংবা মালেমগী মশক ওইগদববু শিম্বুংনা নীংসাগী ইহুনবু লৈকামচুনা চিবা মবিদা চুকয়ে চুকথানা ( লৈবিতোমশোন মবিন নপক্ষা ) হায়না লাওচুনা লৈযারগা থম্লুং থিবেন কুংদগী চোংথোক্লে— চোংথোক্লে চোংথোক্লে ।

মখোং ওই থংবনা মালেমদা নেৎলে—নেৎলে নেৎলে ।।

য়েৎথংবা খোংবু থাঙ্গৎলে—থাংগৎলে থাঙ্গৎলে ।।

খোঙ্গী খুনিংনা ওইগী খুউদা ভাচুনা খুদোন ফম্না লৈএ— লৈএ লৈএ ।।

য়েৎকী খুৎপু হায়গৎচুনা খুবাং ৫না থম্বাল লৈনা শানা লুৱাই থক্তা লোংনা হাপ্লে— হাপ্লে হাপ্লে ।।

ওইগী খুৎফাং ৫গী খুত্তোম্না য়েৎকী পাম্বোমগী খুনিংবু ভাক্তুনা থম্লে থম্লে থম্লে ।।

নোংদম্বনা শ্যথোক শাফোংবা লৈফম্বু হো লম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন মিংহুল্লিদো—মিংহুল্লি মিংহুল্লি ॥

সনা মিৎয়েংবু মালেম অকোয়ববু শাংথা লেমথনা য়েংহুনা পরিং লাংশম কারন থানা ফৈদোম ৪ চিরা ৪ লৈয়াং লৈথম্না য়েংলে—য়েংলে য়েংলে ॥

লৈফম্বু লৈকোই সাংথা লেমথা মিৎয়েংপুং হায়দো—হায়এ হায়এ ॥

নোংদম্বা খোয়য়ুমনা মপুক লুয়াংদা লৈখললকইদো ঐনা ইঙাল লৈসানবা থৌহৌবদা পরম অহুম থোক্না সাথোকপা অসিবু করি করাবু হাইবনো লৈখল্লকপদা তানফংলে, খোংনা নেৎলিবা মালেম অসিগী মখাদা লৈযম্বু মথং মথং অমগু লৈপ্রবোইনা লৈফম অসিনা ময়াই শুমদোনপান ওইনা লৈরশম্ব লুরাই কোইরেল মংক্তা ইথুবাকপু লোংনা একপা লৈফম অসিদনা ঐগী সাথ্‌প ফম্বাল লৈফম ওইরগে; নোংথৌ অহাংবা লৈফম অসিনা লুরাই কোইরেলবু ওইনা লৈথনগা মালেমদা লৈরগদবা লৈখারোন্দা লৈরগদবা মশক পুম্নমক্কী থরাইবু হিংহুনা লৈপানবা য়াংম্নবা মচাক মউ লৈঙমগদবা লৈবা থৈগিক্কী নোংথৌ অহাংবা লুরাই লৈফম অশিদা শেম শাগৎওনা লৈথম্নবা থৌপুবা তারে লৈখন্দুনা লৈথপ্না লৈঙমগদবা লুতুঙ্গী লৈফম্বু ঐনা লৈথুপ লৈফমগদবা লৈফম নোংথৌ লুরাই কোইরেল অসিগী মথক্তা থমগদবা অসিদো ॥ ( শঙ্গাই পুন্সিবগী য়ুমকম ) লৈহুনবা তারে রারেপ্পুনা মালেমদগী নোংথৌ অহাংবা মাইগৈদা চোংখৎখরে—চোংখৎখরে চোংখৎখরে ॥

নোংথৌ অহাংবা লৈফম অহুদা নোংদম্বা মরুবু মনিং তম্না লৈফয়ে ॥ লৈফম অহুবু শঙ্গাই পুন্সিনা লেংদবা লৈফম ওইগদবগী মনাক লৈফম শঙ্গাই পুন্সিবগী মনাক নোংথৌ তুরেন হায়দো—মানি মানি হায়এ ॥

নোংদম্বনা লৈফম অসিদা হেক ফম্বদা নোংদম্বগী সনা হরুংদগী মঙালবু ৭ থক শাথোক্লক্তুনা থবী য়ুমগুম কোইশিন্না থান্দুনা ঙান্দুনা লৈরে—লৈরে লৈরে ॥

মপাম্বংবা লৈচুগী মঙালবু সনা অহিংবগী মচুনিদো—মানি মানি ॥

মচু মঙালগী মশকপু তমজনা লাইমিংবু সনা অহিংবা মচু পংখংবা লৈহুল্লেদো—লৈহুল্লে লৈহুল্লে ॥

অনিশুবা কুয়োম লৈচুনা অঙৌবা লৈচুনা অম্বিংবা থাজগী মচু মঙাল্লি—মানি, মানি ॥

লাইমিংবু ( মহামনিকখোম্বা ) কৌইদো—কৌএ কৌএ ॥

অহুমশুবা মৈরি মচু অশেংবগুমম্নি লাইমিংবু ( তারেং তরেং সনাচিক তরেং থেম্বা ) কৌবনিদো—মানি মানি ॥

মারশুবা কুরাদগী লৈচুনা লৈটিল অরাওবগী মচুবু মাল্লিদো—মাল্লি, মাল্লি ॥

মঙাশুবা কুয়োম লৈচুনা কোম্নি অহিংবা মচুকু মাকবানিদো—মাল্লি, মাল্লি॥ লাইমিংবু (মিত্তোংলেন মনিক) কৌইদো—কৌএ কৌএ॥

কুয়োম .৬ শুবনা অমূবা লৈচুনিদো লাইমিংবু (সনা লৈত্রেং খোম্বা) কৌবনিদো—মানি মানি॥

৭ শুবগী কুয়োমগী মঙাম্না থরো অশংবা মচু মাল্লিদো, লাইমিংবু বৃং শৃং কুং লাইয়েক মাবানিদো—মানি মানি॥

৮ শুবা হকথংবগী লৈচুনা রান্দেংখোঙবী মপালগী লৈচুনা ঙাম্না শামা লৈফম্নিবনিদো—মানি মানি লৈফম্নি॥

লাইমিংবু (উংলৌ য়াইবিরেন শিদবা) কৌবনিদো—মানি মানি॥ লাইমিং মেরুবন্দু (উং-লৈ-হিং-ফা) কৌইদো—কৌই কৌই॥

অমদি লৈফাও—এ হায়দো—হায়॥

অমদি কুং নোংলুম কৌবনি—মানি মানি॥

লৈচু ৭ কী মঙাম্না থবী য়ুমশুম কোইশিল্লা ঙানথব নবুংঙোগী হকথংবা মঙাম্না শাখোক্না হেক ঙানবদা লৈচম্লম্বা মঙাম থদিয়ুমশুমদো ময়াইদা থায়না তত্তুনা য়েং ওইদা তাহ্নমা লৈখেদো—লৈরে লৈরে তংখাই তানা॥

নোংদম্বনা য়েংলমদা য়েংহুনা (শলাইলেন অমম্বা) ওইবোমদা ইথেবেন লাইওইবী নামু বী হায়না কৌবদা লাইপাথং অমগা লাইরেম্বী অংগা শাদম্না শাথোক্না নোংদম্বগী সনাংকো থোখল্লা (ফম্বীশানা) অহুম্মকপু তিলু ফম্বাল্লিদো—ফম্নি ফম্নি॥

অংশু মরু মখোং অহুম হায়দো হাই হাই॥

অহুম অশিগী মমিংবু (মঙাং, লুরাং, খুমন) মক শিদবা হায়দো- হাই হাই॥

অহুম অশিদি (নহাক, ঐহাক, মহাক) কৌইদো—কৌই কৌই॥

মহাক কৌবদি লুবাক কৌবনিদো—মানি মানি॥

নহাক কৌবদি লুশাক অহুম কুপ্পবা খুম্নবা মথুম্নিদো—মানি মানি॥

ঐহাক হায়বা অশিদি লুবাক অহুগী মনুংদা লৈহাপ লৈথম্নবা (শি৮০দবা) হাইবা মশক অহুমি খংঙ—খংলে খংলে॥

অহুম্মকী লাইমিং তিলুবদি (মঙাং হৈখোক হৈঙাংলাম্বিং) কৌবনি কাওজমুকো—কাওজরোইএ॥

অহুমম্মকী লাইয়েক্তি হোরোসো লাইয়েকী মানি মানি॥

লাইয়েক অহুম অসিনা মথক মথা মকোক মমৈ ওম্না ওম্না শাথোক শাযোংনা লৈশেম

নোংশেম "লৈজাক "লৈকমা লৈপাল্লগাদবনিদো মানি মানি ।।

শাখোক্তি (হো রো সো, রো সো হো, সো হো রো) অতুম্না ওয়া ওয়া লাথুপ লারৈ থারগদবনিদো কাওনুদো-কাওজরোই তাকপীও ইজাল "লৈশ্কানজগে ।।

খোয়য়ুম নোংদম্বা উংলৌ য়াইবীরেন শিদবনা তৌজমগদবা থৌরম পুম্ববু অমদগী অহুম লোম্লবদা হায়রে, "নবাওানিনা ঐগী ইভম্বু থৌপুনা ঐমা থৌজমগে নীংবা পুন্নমকপু লৈরাক্তনা থৌপুনহুনা কৈদোম ৪ বু লৈথাইনা মশংজেংনা লৈপাম্নহুনা লৈশাম্নবা ওম্নবা শায়ম শাখোতু না লৈজমগদবা মশকপু ইপোক খোংলম অহুম্ব লৈথাইনা নোংদমহুনা ঐগী ইহিক ইজম চৈশিং লাইয়েকপুম্ববু হোইদোক্তনা লৈথমহৌরো নহাক মহাক্কা থৌপুবা পুম্ববু ঐমা থৌজম থৌপুবনি হায়না খোয়ারনি নহাক মহাক্কা ইজাল লৈশানবা থৌরম চিম্বা তৌজরো" পাউশানা থৌশিন্ন-রবদা অহুম্নক্কা মুংঙাইনহুনা হাইদো লাইমিংথোই লাইরেম্বী মজাইশা-করি পাউশা "হায়বনো ?

খোয়য়ুম অহুম্না পাউশানা নোইববু তমজনা নোইনা পাউশানশিকো হোই হোই মোইনা পাউশানশি ।।

উংঙা হুংঙা হুম হুম ।।
হৈয়মতে উইতে, মিকিহিং মিকিহিং মিহিংসং
মিহিংসং চিংতেতে চিংতেতে নপন্নু ।।
কিরিং শিরিং কেতুরেং অঙ্কো শিরিং কিরিং
কিরিং নোংতা কাংবিরু লিকপুনশো ।।
কিরিং শিরিং শোম্নোরিকাই নোংতাকাংবিরু
নুংপিরেল পুরি পুরি হৈয়ম সো ।।
উ-ইতে মুংতরেংবী শংথুপন্নু উ-ই জেবা উ-ইতে ।।
অঙ্কো শিরিং কিরিং নোংতরেং
চিংতেতে চিংতেতে নতেম্নুসো ।।

হো নুবাবা নুরাবশা — করি হাইবনো ?

তেংবালববু নোংদম্বা খোয়য়ুম উংলৌয়াইবিরেল শিদববু নোংলোন্দগী চোংখংথিহুনা (লজাই পুন্নিবা লৈফমদা) ফম্নালহুনা থৌরম্নু খোয়েংনা লৈংমখরে নোংলোন্দা, অহুমদগী অনিদা মজাইরে — অনিদা ঙাইরে অনিদা মঙাইরে ।।

অহুদি নোংদম্বগী ময়াথং থৌদাবু অনিমক্কা থৌপুনবা রাতাম্নহুনা লাইমিংবু লৈহোংনা পাউ-শাবা রাবু নীঙশিংননা তমজ লৈহুন্নশিকো — হোই হোই তমজ লৈহুন লৈরাংখে ।।

লাইপাখং শালাইলেন অমম্বনা (লাইমিংথোই মহায়াবা) থাকৌনা শাথোক্লে, ইংখৈলেন লাইওইবী নামুংবিনা (মুংমু তুনদা মাংদবী মিংহু্ন্না শাথোক্লেদো — হোই হোই শাথোক্লে ।।

মুংবা মহারাবগী লাইমিংবু (শেন তরং তনৌবা) মুংমু তুমদা মাংদবীগী লাইমিংনা (সংথুপ-লেং তরেংবী) লৈহ্ল্লেদো — হ্ল্লে হ্ল্লে ।।

অতুদি খোয়য়ুম অনিনা ভিলুক লৈফম্না করিবু কমদোনা থোহৌশিবনো য়াতান্নহুনা থোরম্মু থোথংদহুনা লুম্নাং য়ানা লৈথি য়াতান্নববু তমজনা থোখনশিকো — হোই থোখনশি ।।

> মুন্দালৈতে মুংলৈতে মুংলৈ শলৈতে ।।
> শোলো নোলো নোলো থামুঙ্গারৈ,
> লাইরেম্মগী ভিলিথোং, লাইমিংথোইগী তিলিকাং, থামুঙ্গারৈ ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইরোইশা — করি হায়বনো ?

নবুংঙো নবেম্মা ২ না থোরম্মু থোহৌ লৈফম খংদহুনা লুম্নাং য়ানা লৈথম্নরক্লবদা নোংদম্বা লাইনা অনিমক্কী মফমদা থোহৌ থৌশিল নোংদম্বা য়াবু পাউশাগে তাও — পাওশাবিও তাজগে ।।

## পিম্বোং তাকপা

উংলৌ য়াইবীরেল নোংদম্বা খোইয়ুমগীশিম্বোং মঙম থোপুবদি শালাইলেন = মুংবামহারাবনি-দো — মানি মানি ।।

মহাক্তি লৈচিনগী মশক্তি — মানে মানে ।।

ইংখৈরেল লাইওইবী = নামুংবী মুংমু তুমদ মাংদবী = তাওবীলোইনাইগী সিম্বোং এই-গদবদি আতিয়াশিদনে, মহাক্তি হ্মলেন কৌবা = মুংশিংনিদো — মানি মানি ।।

অনিমক্তা মহাক মহাক্তি সিম্বোংবু তানফংনা লৈথংলবদা পাউসাংহুনা মুংহোইববু তমজনা নীংশিংনহুনা মবুংঙো মবেম্মা অনিদা থোখল লৈহ্নশিদো — হোই লৈহ্নশি ।।

পাউশানখিবা য়াবু পাউসাগে লিরৌ থোইরৌ, লিথাং মথাং লৈহাপ্পা নোইনহুনা শৈশু-ম্মুকো-হোই হোই নোইনগে ।। পাউশাদিঃ— 'পিত্তরেং পিত্তরেং করশং করশং শনশং লাইশং সন পিং পিং ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইরোইশা — হো করিবু হাইবনো ?

অনিমক্তা লাইনা পাউশাববু লোরবদা নাওমোমগী পয়ম থোরম লৈশিন্না লৈথমখিবা য়াবু হায়গে তারো — তাজরগে হায়বিরো ।।

(নাওয়োম পাউশা) ঃ— তেংবানববু শেমগৎশাগৎনবা নোংদম্নিবা উংলৌ য়াইবিরেল শিদবা মপুনা অতিংকোকপু য়োম্নিদো লাইমিংবু ( উম উং য়েং ) লাইয়েক য়াবানিদো — হোইমানি মানি ।।

অতিংকোক্লা অমম্ববু য়োমহুনা থমলিদো লাইমিংবু ( উং ইফুংকেৎ কক্লাচিং ) লাইয়েক য়ারা-নিদো—হোই মানি মানি ॥

অমম্বনা ম্নুংশিৎপু য়োম্মি. লাইমিংবু ( উমকিক ওক কুক উং ) লাইয়েক য়ারানিদো মানি মানি ॥

মুংশিৎনা লৈচিনবু থোম্মিদো লাইমিংবু ( ইং হুং সং টরেং লিয়োম্বা ) য়ারা লাইয়েক্লিদো মানি মানি ॥

লৈচিন্না ঈশিংবু য়োম্মি লাইমিংবু উং লৈচিন পুল চিনপুমলেন লিক্লাপুন লিক্লাপুন ইয়োম্বা লাইয়েক য়ারনিদো—মানি মানি ॥

ঈশিংনা লৈবাপু য়োমহুনা থম্মি লাইমিংবু ( লৈহিংশং ইপুৎথোক ইয়াবা মিরু হিং লৈয়োম্বা ) লাইয়েক য়ারানি—মানি মানি ॥

খোয়সুম অনিমক্কী সিম্থোং নাওয়োম্বু তানফাংলবা অনিমক্কা ত্তিলুক লৈফমলেদো—যম্মে যমে ॥

ত্তিলুক লৈফম্বগী লাইমিংবু ( হুম শংথুমলেন চিং পিং খিকথবা ) থাকৌনৈদো — কৌনৈ কৌনৈ ॥

খোয়সুম অনিনা ত্তিলুক লৈফম্না তাম্নহুনা ( ওমথি ) শেম্লে—শেম্লে শেম্লে ॥

লাইয়েক্তি ( ও, শ, প, স, ম ) নিদো—মানি মানি ॥

মশক্তি অতিয়াগী মশক্তি—মানি মানি ॥

অমদি ( থাজ পাথংবনি ) — মানি মানি ॥

অমদি ( তরং ঈশিংনি ) — মানি মানি ॥

লৈয়াইলেন্দা শথোক শাফোংলববদা লাইমিংথোই অশিবা মিংহুল্লেদো—মিংহুল্লে মিংহুল্লে ॥

ম্না মিংলেনবু ইহৌবোল লাইয়েক থারা ৯ বু লৈহুল্লিদো—লৈহুল্লি লৈহুল্লি ॥

মহুদিঃ -উং চিদি, উংচিথুম, উংচিবাক,

উংচিরিৎ, উংচিত্তক, উংচিসো,

উংচিলা, উংচিখা, উংচিথুম

য়ারা ইখোলবু লৈহুন নোংদমথিদো—নোংদমথি য়ারা ইখোল ৯ বু ॥

মতুংদা শাম্নবীবু শাথোক্লেদো—শাথোক্লে শাথোক্লে ॥

মশক্তি মৈনি, ম্নুংশিংনি—মানি মানি ॥

লৈয়াইলেন্দা শাপোকপদি সনা কোক্কল্তু থোকপা পাথংবনিদো—মানি মানি ॥

শাম্নবীগী লাইমিংবু মৈহৌরোল ইরাই মৈচু ৯ বু লৈহুল্লিদো—হোই হোই ॥

মিংলেন অতুদি :—

ৱুং মৈমুংশং, ৱুং মৈটরংঙাং, ৱুংমৈঙাস্তুহিং
ৱুং মৈঙান ভুঙান, ৱুংমৈ শনটরেং, ৱুংমৈকেয়ুবী
ৱুং মৈহিংশন, ৱুংমৈমিত্তরং, ৱুংশংমুবাক ॥

মিংথৈ লাইয়েক অশিনিদোঁ—মানি মানি ॥

মশক অশিনা অশঙবা মচু পোকইদো মশক্তি থরাই পিচাক্লী লাইয়েক লাইশক্তি এও—নিয়া হায়বা লাইয়েক্লি—মানি মানি ॥

লাইমিং মেরুববু অঙ্গিরাকপা শজিক হায়দো হায় হায় ॥

অপকমাবু শংথৈএ মমিংবু ( শংতবং ) কৌএ - শমথৈ শমথৈ ॥

অমুক অকুপ্পা শাথোক্লে মশক্তি থবাইপিচা থবানি লাইয়েক্লা ৰ লাইয়েক্লি—মানি মানি ॥

অপকমাবু কুপথৈদো মমিংবু ( সংঠাকুপ ) কৌবনি— কৌএ কৌএ ॥

মহাক্তি ঠ খৌপোংবা লাইয়েক্লি—মানি মানি ফাস্তুপ শাবনি ॥

অপকমা লেংথৈ মমিংবু টবং হুই কৌএ, লাইয়েক্তি ( ট থাংঙ ) নে—মানি মানি ॥

অঙাইববু শাথোক্লে, লাইয়েক্তি ( অ ) লাইয়েক্লা নাওয়োম্মি—যে ম্মি য়োম্মি ॥

মহাক্তি উশীয়েলনি—মানি মানি ॥

অপকমাবু ঙাইথৈদো মমিংবু ( ঙুকুপ্লেং ) কৌইদো— কৌই বৌই ॥

অরংবা শাথোক্লে, মশক্তি ( লাংয়েন শিদবনে ) লাইয়েক নাওয়োমদি বুয়াবশাবা=শনি—মানি শ=কুবাক শাবনি ॥

অপকমা লোংথৈএ মমিংবু খিং খিং চুম্মবাং কৌএ— কৌএ কৌএ ॥

অতোংবা শাথোক্লে, মশক্তি থরাই পিচা নোংথো শিদবনি— মানি মানি ॥

অপকমা তোংজৈ শাথোক্লে, লাইমিংবু ( তোংকুপ্লেং ) কৌবনি—মানি মানি ॥

অহুইঁবা শাথোক্লে, মহাক্তি ( নোংজেংলন ) নি মমি বু ( ময়ুপহিং নোংদংবা ) বৌএ নাও-রোম লাইয়েক্তি কিশি ( ষ ) নিদো—মানি ষ কিনাইবনি ॥

মতুংদা হিপোকপী ; য়াইপোবপী , হিবুবী, হাইরেমা, হিবৈমা; য়াইবুবী, য়াইমা লাই-লৈমা ৭ না লুচিংহুনা নোংলোন্দা লৈথমগদবা মশক মথৈবু শেমগৎ শাগৎপদি লেংইরগা তিংলিদে, হাকথি হাকাম চনঙমদে, তানযৈদে শৈরাওনদে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—করিনু তাকপীগদবা লৈবনো ?

খোয়য়ুম খোঙম খৌশিন খোপুবা অনিনা খৌশিনববু খোঙমদ্রবদা অনিমক্কা ৱাতায়হুনা শালাইলেন অমম্বা—মহারাবনা নোংলোন অহাংবা লেযনদগী শাঙ্গাই পুখিংগী লৈযম্বু য়োনা

কারক্লুনা থৌরম্ব পাউদম্নরবদা—নোংদম্বনা মাগী মঙম মতিক লৈঙম্বা পুম্বব হোইদোকক্লুনা পীঙম্ন-ক্লনা লৈহনফমদা লৈহল্লক্লুনা পাউদম্লেদো—তম্মি তম্মি ॥

পাউশ্যাবু ত্বাবদা ইংখৈরেল লাইওইবীনা মরুগী মঙম পুঙম্নকপা লাইয়েক ৭৬ পু তক্লা পুথো-ক্লুনা ইবেম্মপী হক্‌চংদা খুদা ওইনা থম্লেদো—থম্লে থম্লে ॥

মরু শলাইলেম্না লাইরেক ৯ মা মরু ৭ কী লাইমিঙ্গা কোম্ননা শাথোক্লুনা লাইয়েক ৯বু (শেমগৎপা লৈফম) তরুক গীথোরেদো—শেমগৎপা হায়বা মশক ৬ পু শেম্লে শেম্লে ॥

মরুনা শেমগৎপা ৬ পু শাথোকপা উবদা ইংখৈরেল লাইওইবীনা হক্‌চংগী লাইয়েক ৩৫ বু লৈশক্লনা মহাকা শিংথানা লাইলৈমা শাগৎপী ৩৬ পু শাথোক্লুনা শেমগৎপা মশক ৬ কী লৈ-ফমদা য়েন্নুপ শখাইনা থিন্নুথানা লৈহাপ্লেদো—হাপ্লে হাপ্লে ॥

শেমগৎপা ৬ শাগৎপী ৩৬ না মাগী মাগী শখাই লাইরেম্বীশিংগা লোইনম্নুনা লৈঙম্বা মশক পুম্বগী হক্‌চংদা লৈচং লৈফমলক্লেদো—ফম্লে ফম্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইরোইশা—হো করি হায়বনো?

নোংলোন্দা লৈবা মশক পুম্নমক মচু মঙান শাথোক্লক্লেদো—শাথোক্লে শাথোক্লে ॥

হৌচোংনা শাকোইনা হরাও তয়াম্নাশিদো—হোই হোই তয়ামশে ॥

নোংখোং নিক্লে নোং লাওরে য়ায়ায়া, মৈবি শঙাইশেন পাইঙম্লে—পাইরে পাইরে য়ায়া-য়া ওকপুরোইনা ওকঙম্লে, তাওহুইরেংনা লেংঙম্লে, শক্তিক্লা নোংদম্লে, থবানা নোংখাইরে

স-হ হ স হিংকারে হহোই হেহে ॥
হহোই হহহা, হোই হোই হহহা ॥
হেরিলো লিল্লা হেরিলো লাহেরিলা ॥
হয়ুতে খুল্লাইতে হয়াহে হয়াহে
হৌহেহৌ হয়ানগেদা ॥

## ২ মালেমদ লৈকুম পাউশা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই নপুক ইরু মাইতানা তাওকো—হোই তাজগে ॥

তেংবানববু নোংদম্বা মপু উংলো য়াইবিয়েন শিদবগী নোংদম থৌদাবু থৌঙম্নববু থৌশিনবা শলাইলেন অমম্বা কৌবগী লাইমিংবু মালেমদা লৈবুম্না লৈঙম্নবদা অত্তিয়া মরু শিদবা লৈছম্নে, লাইশক লাইয়েক্লা হো লাইয়েক্কী য়ারানি—হোই মানি মানি ॥

ইংখৈরেল লাইওইবী নামুংবীনা মালেম লৈকুম লৈযম্নবদা লৈশিরেল লৈপুনবী লৈছম্নেদো লাইশক লাইয়েক্লা রো লাইয়েক য়ারানি—মানি মানি তাকপীশে মথংশিংনা ॥

অনিমক্না মালেমদা লৈতা লৈফম্বা লৈফমদো মিংলেনবু ( হৌ কংলৈ লম্মাইনবা ) কৌইদো—মানে মানে ॥

মালেমদা করি অমতা লৈভম্লমদবনা য়ারেক পোখাফমম্বু লৈত্তবনা লৈশিরেনগী লুম্মাংবু রাইদো—হোই হোই রাঙম্মি ॥

অতিয়া মরুনা উহুনা ইবেম্মবু খনশঙ ওইনা—য়ুমগী মশক ওইনা খন্দুনা পোথা য়াহিপ নহল্লিদো—হাইবিও মথংলেংনা ॥

করি কন্নাবু লৈঙমদরিবা মালেমদা অচৎপা চত্তবা পুম্নমকপু পরম খায়না লৈহনগে নিংহুনা অতিয়া শিদবনা নিংশাবু ইপাল্লাংদা কোইনা য়েংনা চিংশিল্লগা য়েংথ বা পাম্বোম মরুবু তম্না য়েংনা নিংশাবু ফুইনা অমুক্তুং কায়গা অমুক মরুগী মখোকপুং য়োনা—খোইদৌ তম্না চিংশিল্লেদো—চিংশিল্লে চিংশিল্লে ॥

কামখোল্লকপদা মরুগী য়েৎলমদা লাইবুংথৌ অমা শাথোকুনা লেপ্পুনা লৈদো—লৈরে লৈরে ॥

লাইবুংথৌগী লাইশক লাইয়েক্তী শ্রীং লাইয়েক য়ারানি, লাইদি শ লাইয়েক্রী—মানে মানে ॥

চিংশিল্লকপা নিংশা অতুগী ইহুনবদা নরুগী মথোক্তা য়ৈবদা ইপাল্লাংদা লাই পাখং অমা মশা মউবু মালেম থক্তা তিংনা মখুৎ থুৎফাং ১০ না মরুগী খোংবু লৈপাইনা পুরুম থৌগনবু লৈচংজবা ওইনা লৈএ—লৈরে লৈরে ॥

লাইশক লংইয়েক্তৌ ও লাইয়েক র লাইয়েক য়ারানি—মানে মানে ॥

মশক অনিবু য়েংহুনা কৌএ লাইমিংথোই শনালেন পারি নংনা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক অশিগী লাকয়েন ৪, শুংদাই ৪ অসিদা য়ৈথাই লাই হুনি-নারো ৯ না শাথোকনববা মতমদা লৈচং খোংদবা ঙমদনবা মাইগে ৪ বু চিংবা পনশা ; লৈথাইনা পনঙাক পাম্লিংনবা থৌঙম্ব. থৌপুও নোংদয়ে—তম্লে তম্লে ॥

পারি কোঙ্গন্তু থোকপনা নংগু নয়াম্বুঙ্গী হৈনা তুংইন থৌগন ওইঙম্না পনশা লৈথোনববু য়াওঙম্ন নোংদম্লে—নোংদম্লে নোংদম্লে ॥

রাখল অমামুক মপুক লুম্নাং থাঙম্লক্তুনা অতিয়া শিদবনা পাম্বোম অনিবু তিংনা মশা মউবু থক থক নিক্তুনা মালেমদা খোংথিল্লা লৈঙম্লে ॥ মরুগী হক্লুংদগী লাইবুংথৌ ১২ শাথোক শা-ফোংথিদো—হোই শাফোংখি ॥

১ লাইবুংথৌ অমদি লৈম্নুং খুং খুং অচিবনি, লাইয়েক লাইশক্তি খ লাইয়েক্লিদো—মানি মানি ॥

২ অমদি থোংঙারেম্নি লাইয়েক্তি ঙ লাইয়েক্লি—মানে মানে ॥

৩ অমদি অঙাইবনি, লাইয়েক্তি অ লাইয়েক্লি—মানি মানি ।।

৪ অমদি উকোংলেল্লি লাইয়েক্তা উ কারনি—মানে মানে ।।

৫ অমদি থোঙাইবনি, লাইয়েক্তি ঠ ঙক্লেবনি—মানে মানে ।।

৬ অমদি লাইবুংথৌ চেংঙানে, লাইয়েক্তি চ লাইয়েক্লি—মানে মানে ।।

৭ অমদি কোংতিংলেল্লি, লাইয়েক্তী ক লাইয়েক্লী—মানে মানে ।।

৮ অমদি য়ুহানি, লাইয়েক্তি য় লাইংয়ক্লি—মানে মানে ।।

৯ অমদি পোইরৈ মোইরেং চাম্বনি, লাইয়েক্তি প লাইয়েক্লি—মানি মানি ।।

১০ অমদি ইরাংথেন পুংমিন্নবনিদো—মানি মানি ।।

১১ অমদি লাইবুংথৌ য়ুচেংনি—মানি মানি ।।

১২ অমদি খোঙাইবনি—মানি মানি ।।

থৌবম্বু উবদা লৈশিবেন লৈপুনবাগু মশম ইবাফা মশা তনিক তশোইংদুনা মাইগৈ ৪ কৈফাল লাওদুনা চেল্লে—চেল্লে চেল্লে ।।

নবেম্মগী ইবাও য়ারাখোন্দগী লাইবেম্বী পুকশিংখোম্বী ।। অঙাইবী ।। থোঙাইহী ।। থীংবালোইখোম্বী থাবৈমা ।। বোংশিং লৈমা ।। য়ুচংলৈম ।। চীংবাইলৈমা ।। হৈরোংলৈমা ।। শিক লইনোংবী ।। লাই লৈমা ।। শিংহৈবী ।। লাইবেম্বী ১২ বু শাথোকুনা লৈশিরেনবু খোথন্না লৈব ।। লৈনু বোঙাবেনগা, খুং খুং অচিবগা, পোইরৈ মোইরেং চাম্বনে, ইরাংথেন পুংমিংবনে খোয়য়ুম দি কোইডাইইহুন্নগ্রে—কোইজাইথ্রে চৎথ্রে ।।

হৈবোং লৈমান শানিক লাইনোংবীনে, অনিগু কোইডাই ইহুন তমথ্রে—চৎথ্রে ।।

খোয়গম শববু চৎথিবা উবদা লাইমিংথোই শনারেনগা মশানৌ কোঞ্জুথোকপগা মরুগী নংক্তা লৈবম্বগী থৌদবু থৌইবগে হায়না খোংশান ইহুন হৈংথমদে—তম্লে তম্লে ।।

মচা অনিগী যালম্ব উবদা লৈশিরেন্না লৌখাক্লে, "পাবি অনি ঙাইংমথো মরুগী খোদানি হায়দুনা নওম শিকপু লৈহৌরিবা পারি নাংরা অনিনা বাংগীদনক চৎবদগে নাম্বুং ইতম লৈরাংলৈ" লৌপান্নে—খাম্মি খাম্মি ।।

লৌথম্বু য়াঙমদে নথোজানবু তানফংলবদি নচানা থৌঙমলোইদবা মালেমদা বরি লৈঙম্বা পাউথুম্মিদো—থুম্মি থুম্মি ।।

পলেম মমানা রাহোম্মি, পারি শনাহল লাইমিংথোই নচিন ননাও লৈথোনগনি খোংশান ইহুন তম্ববু করি কমদোনা লৈথিৎ লৈরো পম্বাঙবা অহুক পাউশারমখো পারিগী পাউশা তারগা থৌঙম থৌবম্বু তাম্লেংলবদি নমা ঐবু খোইজং লৈতানা লৈঙম্লগে পারি নচিন ননাওনা পরম খায়না পাউশাখো হায়না লৌখায়ে—খায়ে খায়ে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মণ্ডাইশা—হায়শে কায়শে ॥

মমাগী নোংদম্বু তানফংলবদা মপারি অনিনা লৈখিং লৈরৌ লৈথোনবগী থৌরম্বু অনোই শাথেক খোংলম ওইনা শাথোক পাউশাখিবদো মীংসিংশে — হোই হোই ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মণ্ডাইশা লৈমাইথক্তা ইহৈত্নুনা নখোং অনিনা লৈখিং লৈনেংলো — নেংলে নৈখিং ইহৈরে ॥

মালেম্বু লৈপেত্নুনা লৈতারো — তারে তারে ॥

মনাওনা লৈপেক লৈতারগা ময়াম্বনা লৈহোন লৈথোন থৌপুবনিদো — মানে মানে ॥ লৈখিং লৈরৌ লৈথোন থৌরম্বু পলেম মমাগী মযম্লাংদা লৈউৎ পাউশারবদা মমা লৈসিরেন্না মচা লাইনিংথোইদা মাশনৌ কোঞ্জম্ভুথোকপা মচাবু খুৎচেং পালোইলাক্না লৈসিন্নেদো—শিন্নরে শিন্নরে ॥

মপারি অনিনা পলেমগী কুবিনোংদম্ব তানফংলত্নুনা হোলম্মাহনবা কংলৈদগী নোপোক পাংনা খোংশাল্লক্নুনা লৈথোন্দুনা চিংবা পনশাবগী লৈরৌনফম লৈযম্বু নোংকেরৌ অমবু লৈচুম্না লৈখিনবদা লৈপেরুবা লৈফম্বু তানফংদ্রেদো — ফংদে ফংদে ॥

মচিন মনাওবু শমু মাইয়োরক্নুনা মপুক লুম্নাংবু অবাববু লৈথম্ন রাতান্নত্নুনা নোংকোরৌ অত্নুমা লৈঙম্লক্লে — লৈএ লৈএ ॥

মচা অনিগী লুম্নাং অবাববু উত্নুনা লৈশিরেন লৈপুনবীনা মচা ২ গী মরক্তা ( লৈশোপুং ওইনা ) ইনখৎলক্নুনা কুবি নোংদম্না লৈপিরক্লে — নোংদম্না লৈপিরে ॥

লৈকম অত্নুবু ( অরা রাখন চাং ) মিংহন্না লৈফম অত্নুবু লৈখিং লৈমেঙুনা মচিন মনাওনা লৈহোন্দুনা লৈথোনবা হোরে লৈহৌবা লৈফম্বু ( নোংপোক লৈহৌ নোংমাইচিং মিংহুল্লে — মিংহুল্লে মিংহুল্লে ॥

মচিন মনাওনা লৈহল্লকপদা লৈশোপুং অত্নু হান্নগী মতৌ মওংবু কাইদনা শোগওনা লৈঙম্মি, লৈশোপুংবু উবদা মচিন মনাওবু অহাবা রাখন লৈকোরে — কোক্লে কোক্লে ॥

লৈশিরেন্না মালেমগী মশক ওইনা শাথোক্নুনা মচাগী লৈরৌ লৈরাঙনবা থৌঙম থৌপাংববু উবদা অতিয়া মক শিদনশু মচা লাইমিংথোইগী থৌঙম তেংবাংগে রাখল্লক্নুনা থৌত্নু মুংপোকপ লাইগী মশকপু লৌত্নুনা শাথোকনঙম্নত্নুনা লৈশোপুঙ্গী মরক্তা য়েপ য়েপুনা য়াওঙল্লে—য়াওএ য়াওএ ॥

লৈফম্বু রাঙম থৌপুনবা লৈপিববু লৈপিবদা লৈরোইদনবা লৈখাক লৈপিনৈ অত্নুমুঙ্গীদমক্তা ( রাখা ) ফম্লেন লৈহুন লৈফম্মিদো — হোই হোই ॥

মচিন মনাওবু লৈথোনমিন্নবদগী মশানৌ কোক্তওথোকপশি লৈথোনববু মাওদরে, লৈথোম লৈরোইবশিদি থোইজংবু থোইদাদে রাথমতুনা হুমলেন হারাবগা রাতামমা মমিং থুংদা থুংদবা চীংলেন মথেবু হোগাই খিজাইদুনা লৈচাইথোকুনা মাংহল্লেদো — চাইথ ইরে চাইথাইরে ॥

লাইমিংথোহনা নোংপোক চিংবা পনশাববু লৈনা ৯ বু লৈত্তরে, নোংপোকী পনশাবা লোইওম্নগে মপুক রাথম্না হনওম্নকপদা পনশা অয়াম্বদি লৈতেমতুনা লৈরম্মে — লৈরম্মে লৈরম্মে ॥

করিবু তৌওম্নবনো এনা লৈথোনবশিবু লৈত্তরে হনওম্নম্নগা লৈতেম্না লৈওম্নম্বা অশিবু মপুক লুম্নাং লৈথানা য়েংলক্লে — য়েংঙে য়েংঙে ॥

লাইমিংথোই স্নারেম্না মপুক লুম্নাং লৈথানা থৌয়েংলকপবু মোংদম থৌওম থৌশিনবা অতিয়া মকনা উওয়ে ॥ মনাওনা মমিং থুংদে লৈচাই থোক্লিবা অশিনা মরম করিবু লৈওম্বা হাথন মিংথেংবু শাংথবদা লৈনাক মরোন থানাবা মরাক লৈকোই চাওনবা লৈচাইথাইবগুম থোকওম্লেদো — হোই মানি মানি ॥

থৌবম্ব লৈথংলবদা মকনা অমুক শাংথা মিংয়েং লৈকোইনা হেংবদা লৈবাক লৈরোনগু মথাবে মালেম লৈকোইগু মচাওবা মরক লৈহাং লৈহাংবা থরদা তরং ইথেনবু লৈওম্বদা মওাইরে ॥ তরং ইথেন অশিনা লৈ য়াম লৈথম্নদরবদি মালেমথক্তা লৈওমগদবা মশক্না লৈপানংগু থৌওম্নোই, অদুগি মনাওবু হংদুনা থোইনাংওবিদনবা লুম্নাং লৈথ মনাহৌবাতাই স্নারেপনা লাইমিংথোইগী লুম্নাং লৈথানে থাম্নে থাম্নে ॥

লাইমিংথোই স্নারেম্না মকুগী মোংদম থৌদা যংলবদা মানাও লৈথিঙ্গাইনা লৈচাইথোকপদি লৈপাক লৈকোই পাক্লনা লৈপাকপু মরোন থাংবা থৌপুনওম্বনিনা মমিং থুংবা তৌরম্ন এগু থৌম্না ওম্ন্না থৌয়েংলগে হায়দুনা অমুক নৌশমনা লৈথোরলে, তুইইনা লৈচাইখাইরেদো — থোক চাইথাইবা ॥

লৈরোইবা মবে হনক্লে পনশা চৌদি লৈরনদে লৈতেমথো ক্ল হায়রগা মশানৌ কোক্তন তুথোকপা পোশাফম্বাল লাওম্না লৈরম্নে লৈএ লৈএ ॥

নয়াম্বনা তাথিরে মানা তুংইন লৈচাহ থাইরবদি নোংদম থৌদবু থৌয়োইরোই থৌরম অশিদা থৌয়াওবা লাবওম্বদো হানবা লৈফা লৈপুম্না । হরাবা য়ৈথিঙ্গাই শাবশিবু ইতুং ইম্না লাকওম্বদো ওমদনবা লাইয়েক লৈকান লৈহেনবা ওমদহনা উপনা লৈথম্বা তারে হায়না স্না হক্লুংদা খ্বাংলি লৈফাল লৈথম্নিবা চুকশেন্নবী লাইয়েক (ক্ষ, না চিরা ৪ দা চুকথানা লৈয়েক লৈফানা উপনা লৈফারে — ফারে ফারে মম্বাম্বনা মনাওবু ॥

লাইমিংথোই স্নারেনগী থৌরাংবু উহুনা মচাগী থৌওম্নবা তেংবাংলগে হরাবগী মওম্বু থোকাওহল্লগে

হাইদুনা মরুগী রাথল্লা খোইজিখাদগী মসক অমা শাথোকুনা মরুগী মিৎলাং য়ৌনবা ( নীং নীং নীং, রি রি রি ) য়াল্লানা চীংখৎলকুনা মমিংবু খোইনৌ মিৎলুরেম্বী, রে রে রে হাইনা চীংথোক্লগা খুদোম্বীগী মতোল্লা হাপ্তুনা নোংখৌ অহাংবদা থাঙ্গৎলক্লে—থাঙ্গৎলক্লে থাঙ্গৎলক্লে ।।

নোংখৌ অহাংবা উঙমদবা মশকপু উবদা হয়াবা মৈথিঙ্গাইনা ইস মশি করিনো নিংথি চংখোম্লা ফজৈদা হায়না য়েংলিঙৈদা লাইমিংগোই ঙালেম্না লৈথোলহৌদুনা নোংপোক লমদা পনশা ৯ বু চীংবা পনশাবা লোইদুনা নোপোক ( নোংচুপ থোংবু ) থিংলেদো—থিংলে থিংলে।।

( কোঙ্গুন্তুখোকপগা নোংথাংলৈগা অনিগী থৌরম )

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই — করি হায়বনো হাইবিশে ।।

লামিংথোইনা থৌরোইনবা থৌশু শিল্লাববু ঙম্বদি খোইনৌ মিৎলুলৈমনা কোরৌ নোংথক্তা ঙাম্লালংনা শাথোক্লকপবু কোঙ্গুন্তুখোকপনা উঙমদুনা খোইনৌ মিৎলুলৈমবু লনরিঙৈদা থৌরেইবনিদো — মানি মানি ।।

অনিমক্তা পাউশানখিবা পাউনোইরাবু যায়া থৌনা পাউনোইমদুনা নোইনা শকোই তয়াম্না নপুক হরাও তয়াম্না নোংদম্বনা লৈরাংনশিকো -- লাংশে লাংশে ।।

হোই য়ায়ায়া য়ায়া, হোইয় ।। হি করিনো তরং নোংখৌ মথক্তা চপ্পা তরং ঙাম্না শানা লৈরিবী খোইমা য়াম্না নিংখিবী পেমা কনানো ? পায়মা এনা মুংজংবী এগী শিল্লাং খোইদাবী ঐবু মুংঙোন্নহনবী পেমা নংবু কনানো হয়যুদা ।। লাইরেম্বী মঙাইশা খোইনৌ নোংথং লৈমা মিৎলু লৈমনা পাউইংরাবু পাউথুম্বদো ।। নোইনা পাউশাসে শাশে শাশে ।

( হাইদনহাবা, লৈকু মরুম খোইচোম্পা লৈরাইবু মরুম খোইহাইবা লৈতুম হুম্না পাউশাবা ইপনগী পুল্লাং কাইরেদো পুল্লাং লুরোঙ্গ কাইনবু শিংনিবোইবু হাইববা ? নংনা শিংঙোই হাইরগা ইপখোইদা তাক্কনি শিংলমখোদা মহাবা ।।

লাইমিংথোই মঙাই পুল্লাংবু লৈশিং পাউশাশে- শাসে।।

পেমা করিনো ঐদি নংদ হুন্দেমা লৈনবশংদা লৈঙম্বী বোথানি ফান্দেং লাংঙম্বী মনমুংশা য়াইরিবী, চোম্লাং কাইতেই শোম্বীবু হুনবনি হে পেমা নিংখিবী থিং খিং লোজশে পাইমা খোইনা লোজশে সে সে রাইনোসে ।।

লাইরেম্বী মঙাই খোইনৌ মিৎলু লৈমনা রাইনৌ পাউশা পাউথুম্না পাউনোইববু হায়শে—হোয় হায়শে ।।

ইবুং নহাবা, য়ারৌদগী শঙাইনা মচিবু কেক্রু, থোক্তরি লাই হাংপুঙ্গী কাবফৈনা মনা হুমাই শাদরি, তোক্কদদগী ঙমুনা খোইজু তোলোক চিন্দরি, কোঙ্গুন্দগী ঙাখানা চেঙ্গোই

কাবাক খন্দরি, শুকপু মহৈ য়ান্দরি য়াঙ্কোকশু মপান শাত্তরি কুমশি মপান শায়রগা নোংমৈ লৌজরো য়া হোইয়া, য়ায়া য়ায়া, য়া ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই—হায়শে হায়শে ।।

কোঞ্জম্নু থোকপগা—হরাবগা মিংলুলৈমা নোংথাংলৈমাগা অনিনা পাউনোইনরিডৈদা লাই-মিংথোই শনালেন্না মাইগৈ ৪ গী শুংদাই ৪ দা চুকসেন্নবী ক্ষ লাইয়েকপু লৈয়েক্লগা নোইহৌনা চুকথা লৈফাহনা মাইগৈ শিন্না লৈঙাক লাইবু শাথোক লৈথয়ে—হোই হোই ।।

লাইশকপু খংনবা হাইগেকো—হাইবিও হাইবিও ।।

লিক্লমদা—কৌক্রদা থাবা চুক্তী ( উরৈপান ) কৌবনি—মানি মানি ।।

মৈরমদা থাবা চুকশেন্দা ( উশিংবনি )- মানি মানি ।।

লাইজি—শম্বেন্দা থাবদি উরোইপাঙ্গি মানি মানি ।।

মিংলম—নোংপোক্তা থাবা চুক্তি উরেংবনি— মানি মানি ।।

লাইমিংথোই শনালেন্না কারনগী ময়াইদা লাইমিংবু ( ভাম্বারং ) মিংহৎা শেন খইনা যাম্ন — যাম্ন যাম্ন ।।

মতংগী মংম উনদা অশিবা মক শিদনা উয়ুঙ্গী মহক্তো বাগু খইবু শাদং শাংহ তুনা লেদা খন যাহনা যম যাম্ন অনি তুনা লেংনা ।।

অশিবাগী লাইমিং ( লৈতুবং নোংপোলেংবা ) লৈহুল্লি—লৈহুল্লি লৈহুল্লি ।।

থোরম্ব উনদা লাইমিংথোইনা ১৪কপু অনি অনবু ( নোংয়াই মরি ওনবা, চাওবা মপানথিবা ) হাইনা শাথোকনা খরিং তমুক থংমহনা নোংচুপ্তা খোয়য়ুম লৈশাতাও নোংপোক্তা লৈথমাও হায়না ঙাক্লে ঙাক্লে ঙাক্লে ।।

লাইমেক্তি ( ল ঐ শ, অ ক, ও খ, ম ) মশক ৮না শাদম্বনিদো মানি মানি ।।

শথাংমদা নোংশাংহ অবাংবদা ( নোংখোং টাও ) খোয়য়ুম অনিনা লৈঙাকহল্লে— ঙাকএ ঙাকএ ।।

লাইমেক্তি ( ন, ও ড, শ, অ ত, খ ) লাইশক ৭ না শাথোরক্লেদো— মানি মানি ।।

থৌরম্ব থৌয়েংনা লাইমিংথোই হায়েন্না নোংপোক লৈহৌ চীংবু মিকু চিংনবা ( নোংজেনপুং ) হায়বা মফম অমগু থারে—থারে থারে ।।

নোংজেনপুংবু মিকৌনবা ( শঙাইগী লৈযম য়াংকে ); শঙাইনা লৈচংনবা ( লুনাপাম ) কৌবা লৈফম্ব থারেদা- থারে থারে ।।

থৌরম্বু থৌরোইবা উহুনা নোংথৌ অহাংবা লৈফমদা ভাননা লংনা লৈরম্বী নোংথাং লৈমা —মিংলু লৈমা কৌবিদো নোংথৌ অহাংবদগী মাংথরে— হোই মাংথরে ।।

মিৎলু লৈমবু উদবদা খোইশাওরে মপুক কঙ্গাও ছল্লক্লে, নোংথাং লৈমবু লৈতানগে মপুক লুপ্পাং থোরাংবদা লৈঙম্বা লৈফমদগীবু লৈহেম্বোক্লা খোংশানবা থৌঙম হাঙ্গরমদরে— ঙমদরে ঙমদরে ॥

ঐবু লৈফম অশিদা চুকথা লৈফানরিবা ঐনা অনাগে হায়বদা ঐবু কনানা লৈফা লৈঙমগদবা লৈথংহনগে হায়ড়না নীংশাবু ফুইনা ফুইনা কামথৎলক্লে—কামলে কামলে ॥

কাম্লকপা নীংশা ইছন্দগী মৈবী মৈবাতা শাথোক্তুনা লৈথক লৈখা তুনবু মৈতনা মৈরাং হৌরক্লে—হৌরে হৌরে মৈকনবা য়াদনা চাকখিদৌরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীও তাকপীও ॥

লাইমিংথোইনা মনাওগী—খোইশাওববু খংলড়না খোংকাপ কঙ্গাও হুন্না লৈচংলক্তুনা থেম্নৌএ —হোই হোই ॥

"ইশানৌ কোঞ্জল তুথোকপা করিবু অতুক খোইশাওবা য়াম্বনা থৌপুবশিবু কনা মুঙ্গীদংক্লো নঙ্গীদমক নৎতরা, থৌদবু থৌরোইদৌরে হাইংগী হাম্বনা নংবু [illegible] লিপং [illegible] লৈবাকপু মৈহৌ মৈচাক্লড়না লৈমাংনবা তৌগন্নু নংনা মৈহৌ মৈথাংবশে [illegible]" হায়না থেম্নৌএ থেম্মি থেম্মি ॥

কোঞ্জল থোকপনা থৌহাদে 'ঐদি হৌঙমথহনিনা মৈমুংনদি থৌপুরে [illegible]' [illegible] ॥

লাইমিংথোইনু খোইশাওরে, নঙ্গীদমক মাংলম লৈবাক্তুং মেম্বদি [illegible] মৈমুংনা থৌপুনগন্নু লৌখাক্লগা নংনা থৌয়াদবদি মঙম বশিবু লৈহক্তুনা য়াদনা এনা [illegible] বদা কনানা মৈহৌগদৌরিবা হাইড়না লাইমিংথোইগী ( [illegible] ) লাইরেম্মা থাম্বী মৈমুং লৈচাইখৎলক্লে চাইখাইরে চাইখাইরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—[illegible] ॥

লাইমিংথোইনা নোংদাম্ন কোরৌ ওসিদগী থাম্বী নারে [illegible] থৌরাইরে ॥ লৈফম অশিবু লুতুংনা লৈথিজবদা লৈখংনবা লুতুং ফাওবা মৈমুক্না লৈহৌ, লৈফম অশিদা ( থাম্বী মৈহৌ মৈরি মৈয়াংনড়না ) ইপাল্লাংদা মৈবী লৈরা শম্ম মৈচাক মৈমৌবা মৈরিন থাইদি নোংথৌ অতাংবদা য়াহিপ তম্না লৈহৌরিবী পালেম পাম্বৌ ওইনা নাওবান নাওয়োবপু নোংদাম্নবা লাইমিংবু ( ঈংতুংসং তরেং লিয়োম্বা ) কৌবা কুংশিংনা নাশৈহাক থানা লৈফম্বা ( উং লৈচিন পুনচিন পুমলেন লিক্লাপুন ইয়োম্বী ) কৌবা ( লৈচিনপুম চিংজন ) পা নতু মঙানবু ভিজু থানা মাইগৈ শিন্না লৈরো নংনা শাথোকপা নমিংবু ( মাইগৈ চাবপা থাম্বী হাইনা নোং কোরৌ ওসিদগী কোরৌথক্তা লৈমাং লৈমুক্তনা লৈরো নোংদাম্নদো— নোংদাম্নে নোংদাম্ন ॥

মশানৌ কোঞ্জত্তু থোকপর্‌ লাইমিংবু নোংপোক অপাম্বা থাম্বী যৈহৌবা মিংহন্না লৈযম অহ্নদা লৈতৌনহুন্না মৈফু মৈমুত্তবা থৌলিংনা লৈপু লৈফমহল্লেদো—হোইয়ারে ॥

## নুঙ্গাং মহারাবগা নুংমুতুমদ মাংদবীগী লৈকম

অতিয়া য়াইবিরেন শিদবগা লৈশিরেল লৈপুনবীগা মরু অনিনা মপারি লাইমিংথোই মহি স্নারেলগী মঙম্না থৌপুবদা মপুক লুম্লাংবু থৌপু থৌয়েং থৌলিংনা থৌঙম থৌপুনবু থৌয়েংবদা পেনঙম্নহুনা মচা অনিগী মনাক্তা লাঙ্গনা বুবি নোংদম্বু থোংচংলল্লেদো—চংলল্লে চংলল্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীশে ॥

অতিয়া শিদবনা হাইদো পারি লাইমিংথোই নশানৌ কোন্দতনৌবদি কুহিরে লাইমিংগু লৈকমগু পারি ইচানা চৌঙম্মাহনবা কংলৈপুংমাইয়োন লাইবাক্কী য়াইফং কুবি নোংদম্বা লৈফম অশিদা নপা ঐগীগু লৈকম অমতদি পারি ইচানা কুবিও হায়দো—হায় হায় ॥

পাউশাবু তাবদা লাইমিংথোইনা মপুক লুম্লাং লৈথাবদা লৈথংলে ইশানৌ অমিগী মনাক্তা মক অনির্‌ লৈথানহুনা লৈঙমগে কুবি নোংদম্বনিনা, অহুদি লৈতমদবদি য়াদেনা হায়হুনা লৈযম্বু লৈয়েংলেদো—য়েংঙে য়েংঙে ॥

পারি মচানা লৈকংলবদা হাইংলে পারি ইচানা লৈতহ্নিনা লৈযম অশিদো মমিং কার হায়বনা নপা ঐবু লৈফম মশক খংনা লৈফমজগে হাইংঙি—হংঙি হংঙি ॥

লাইমিংথোইনা তাংজ লুক্না লৈয়েং লৈথল্লম্লগা হায়দো চী অশিদো (তম্ম লোকশা লোক) হাযজগে ফম্বাল লৈফম ওইগদবু (শমজুরোক) লৈহুন্না মরু অনিগী নফম্লাংদা লৈরাংজগে নঙ্গী নোংদম্না ওইবানে লৌবিদবা থৌগম্ন লৌবিও, মরুগী স্না চিংলেনবু শেন তরেং তনৌবা হুংকা মচাবাবা লৈকংনা পালমগী নিংলেন্না সংথুপ লেংহুংতাংরেংবী হুংমু তুমদমাংদবী থাকোনা কোনা অসিদগীবু মক আনদা লৈহম্বু লৈকংলিদো—কংলে কংলে ॥

মরু অনিবু মচানা লৈহুল্লবা শমজুরোক কৌবা অমম লৈশালোকতা হুঙ্গী শক্তমবু ৯ লৈথানা লৈফম্লেদো—ফম্লে ফম্লে মক অনি পিল্লুনা ॥

মকনা মচা কোঞ্জত্তু থোকপর্‌ লংনরক্লে লৈথাকপু মচা লাইনিংথোইনা লৈপাকপু পঙ্কি চবু লৈহুনা লৈযাবর্‌ উহুনা—হোই হোই থৌওম্মলরোই লৈথংহুনা ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা হায়শে মরনা মচাবু থৌঙম্নরোই লৈথংহুনা লংনখিবা পাউশাবু য়া য়া তৌনা নিংশিংনশিদো—হোই হোই ॥

নোংপোক পনশা লৈহৌবা চঙ্গী লাইনিংবু (টিং রোং হো, ভাংডুরংবা) নোংপোক লৈহৌচীং লৈহুল্লেদো—হুল্লে হুল্লে ॥

য়ায়া তৌরশে — তৌশে তৌশে ॥
হোইয়া হোইয়া ওকথ্রুবী মৈকাম্মো মঙ্গী নঙম তৌনিংবা
থৌপুনরো চাংয়েঙ্গে ওকথ্রুবী মৈকাম্মো ॥
ইচিন ভুম্মে কামফদরে, ইতিক ইঙমু নত্তরে,
ঐনা খাম্বি মৈকাম্বা খাম্বী মৈহৌয়রোই
লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — তাকপীশে ॥

হৌজিক্তি নোংপোক পনশানা নোংচুপ থোংখিংবা লোইরবনিনা মাইগৈ ৪ চিরা ৪ বু লৈথিংবাবু মথংলেংনা পাউশানা য়ায়া শাথোরা লৈছন লৈরাংনশিকো — হোই হোই লৈরাংশে ॥

অত্তিয়া মরু শিদবনা পাউশাইদো — হোই হায়বীয়ু ॥

থেঙ্গৌ নহাবা লৈবাক লৈরোন থানবা
থৌবম অমা থৌহৌশে নংবু লৈবাক পুরখোও
ঐনা লৈবাক পোবদি লৈবোন থাবা ওইঙায়োই
ইনম পোল্লি পুফদে । থেঙ্গৌ নহাবা
নমস্থু পোল্লি হায়বদো নঙ্গী লৈফম লৈফম্নি
পোদবা য়াদে পোরলাও ॥
লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — হাইবিও ॥

( লৈলুং খাবন্ থেম্নৌবা পাউশা )

মরুগী থৌদাব্ থৌপুনা লাইমিংথোইগা থেঙ্গগা অনিনা রাতায়নহনা লৈনুংখাবা তোল্লেন লিপুন পানবনু থেমনৌনা কৌথোরুবা পাউশাবু য়াফা তৌনা পাউশাশিবো — হোই শাশ শাশে ॥

অথিংকোয়ে থিংকোয়ে থিংকোয়ে থিংকোয়ে লাইরেন কোকপা থিনকোয়ে
হেহৌ তান হেহৌ নেনে, নেনেনে, হোইয়া হোয়া ॥
লাইমিংথোই লাকরেম্বী মঙাইশা হাইবিশে হাইবিশে ॥

অত্তিয়া মরু শিদবনা তিনবীবু শেমহনা শাথোকহনগে লুম্নাং লৈথারতুনা পম্বিং লাংশমগী মথোইদা মথোং কারন থানা লেপ্তুনা পাউশাথিবনু নিংশিংনহনা নোইনা পাউশানশিকো — হোই শাশে ॥

পুকমা পুরুমা লিখাও খাও,
খং খং চিংছনা নাতৈ অনিগী মরক্তা
চুহি লনং হাইবদি কাকলেন খুজিন চু চু চু ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মভাশা — তাকপীশে তাকপীশে ।।

অতিয়া শিদবগী পাউশা কুবি নোংদম্বু তানফংলবদা লৈমুংখাবা তোক্লেন লিপুন পানবা হিপু য়াইপুবা মশা মউবু মথেক মথেক কোন, মথেক মথেক তিংঙমদুনা লিথুপ খোইথুপনা লিরৌ খোইরৌ নাইনা, লিরোন খোইরোন, লিশি খোইশিনদুনা পংযকশা, খাংজেংফকশা হৈকোইফকশা, লাইয়েং ফকশা, চকপী ফকশা, ফৈরোই য়ুংখন, খোইশি জিফা খোইশম্না য়াচৌ কুনা লৈরেদো — লৈরে ।। অতিয়াগী নোংচম্বু য়ারৌদুনা পাযন তুবী লৈরোং শানা শাংথলেমথনা লৈগুম্লবদা লিথুপ খোইরৌ মংক্তা মরুর যম্বাল লাংলোদা — ফাম্লে ফম্লে ।।

পাফনগী লাইমিংবু ( টীনষং টিনকুপ থৈটোক তরংবা চীংকিংশনা য়েং তরংবা লৈহুম্লেদো — হাই'য় হাইয়ে ।।

অতিয়া শিদবা মরুশিদবা মরুমা থেঙ্গুবু য়েংলমদা থম্লে — থম্লে থম্লে ।।

পাফনবু ওই'রামদা, মযাইদা লাইমিংথোই শনালেনবু থম্লগা অহুমগী মথক্তা মরুনা ফম্বাললাংনা পাউশানোংম্বু শাশিকো — শাশি শাশি ।।

থেঙ্গ, নম্বোল নোই নোই
ইয়াই থংবা মথংবা
চেংবী লোইয়া মরোইযা
লমলেই খবোই খজিরাং খজিক খপাংনা য়া হো য়া ।।

পাউশাদুনা পাযন মথক্তা লৈরোন অমা লৈশিবা লোইদুনা পাযংগী মথক্তা থেঙ্গুগী নাংফম্বু লৈথমদুনা নোংদায়্রদা — নোংদম্বীও নোংদম্বীও ।।

পারি লাইমিংথোই শনা লেম্বা থেঙ্গুগী মথক্তা লৈহাগুনা লৈবাক লৈরোন লৈশিনা ওইরাংলম্বু পানশা ৯ লৈশানা খাথোং থোংলম্বু লৈথিংনবা তৌভম্লো নোংদম্লেদো — হেহৈ নোংদম্লে নোংদম্লে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই — তাকপীশে তাকপীশে ।।

অতিয়া মরু শিদবনা ওক্তা, শমুগা, যনগা শাথোক্তে রাংল্লতুনা ওক শমুবু শাথোক্লবা পাউশাখিববু নোইনা থেক্তা পাউশানশিকো — হোই শাশে নোইশে ।।

পিংতরেং পিংতরেং, করসং করসং শনশং লাইশং শম পিং পিং

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা ওক শামু শাথোক্লে — থোক্লে থোক্লে ।।

ওকপু শাথোকনা লাইয়েক্তি ( ঋ ) কৌবা লাইয়েক্তি ওকী লাইমিংদি থুকহিং থিকশৌ কৌইদো — মানি মানি ॥

শামুবু শাদম শাথোক্লপা লাইয়েক্তি শ ( করোংনা ) শাদম্বনিদো লাইমিংনা পিশাম্ন কেটিয়েৎ অমনা লাতোং কে মশেৎ কৌবনি — মানি মানি ॥

কাউরেন=ষনবু শাদম শাথোকপা লায়েক্তি য=কিশিনিদো, লাইমিংনা ( যল্লেমা সিলগু ভাংগুবী ) কৌবনি — মানি মানি ॥

অতিয়া শিদবগা লৈশিরেল লৈপুনবীগা অনিনা মপান্নি অনিনা চীংবা পনশাবগী থৌঙম্ন থৌঙম্নবা তেংবাংবিত্নুনা ( অমম লৈশাবা শমজুরোক্তা ) সনা ফমকেনবু লৈথাদ্লুমা লৈথয়ুগা হৌলম্মাহনবা কংলৈপুংমাইয়োন্দা লৈফয়েদো — ফায়ে ফয়ে ।'

মতাং অসিদা ব্রাকোন লৈফম অমনি অতিযানা কবাওবদি

## ৩—মৈহৌ মৈলিংবা, ঔরাং, পনশাবা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মণ্ডাংশা — তাকপী ও অতিয়া মরু শিদবগী নোংদম থৌদবু থৌপুনা লাইমিংথোই শানাচেক্লা হায়বা — হায়বিও হায়বীও ॥

ইশানৌ কোঙ্গুম্ন থোকপা লুতুংনা লৈফম অসিবু পৌকাপ্তদনবা লৈফম অসিদা, ফৈদোম ৪ বু মৈমুক্তনবা কোরৌ অসিদগী লৈফম অসিদা মৈহৌ মৈলিংত্নুনা লৈথম্নবা লৈউম্লা নোংদম্নেদো — হোই নোংদম্নে ॥

ময়াম্বগী নোংদম্ন থৌপুনা লৈফম অত্নুদা মৈফুবু য়াম্ভুনা কোঙ্গম্ন থোকপনা মহাক্তগী মহাক ওইবা মশক অমবু শাথোক্তুনা লাইমিংবু ( নোংপোক অপাম্বা ) সিংত্নুল্লেদো · হোই মিংত্নুল্লে ॥

মেকবা লাইমিংবু ( লাইরিক লোইতিংবু ) কৌরগ, অমদি সংসৎ তে থাইস্তু লৈত্নন তম্না থৌশিন্নেদো—হোই থৌশিন্নেদো ॥

মনাওগী মঙম থৌদাম্ন উবদা লাইমিং থোইনা নোংদম্মি, ইশানৌ নোংপোক অপাম্বা নংনা লৈফম অসিদগী মৈরৌ মৈহৌবিত্নুনা তেংপানবা অশিবু মৈশেং মৈরাবু পিঙম্বীত্নুনা নামুং মৈবু থিকশেং থৌপুবিনা লৈপাক লৈবাক্কী অরা অনং তামফংনববু থৌকোক্লম্মিয়ু নংবু থাক্কৌ লৈপাই নয়ক্লবদা লৈফম অত্নুদা লৈচংত্নুনা থৌঙম্ন থৌপুনোংদম্বা কুবিও নোংদম্মিদো— হোই নোংদম্মি ॥

অত্নুগা ইশানৌ নংনা মৈমুক্তনা ফৈদোম ৪ বু লৈচুপ্পা মৈয়োক মৈথমগদবা অসিদো লৈপাক লৈপান লৈপুবদা ইশানৌ নঙ্গী নঙম শাথোকপা থাম্বীবু লৈথক লৈথাবু লৈশিম্না লৈচাই লৈথম্নথরে য়াম্বনা লৈঙমাখবা লৈফম অত্নুদগী থাকৌনা নংবু নংনা ইরাংনা মৈলিং থৌপুগদবনি পৌতাকইদো —তাকই তাকই ॥

নোংকোয়রৌ খুদিংদা মৈমুজ্জবা মৈবু থাকৌনা লাংকদম্মদি ইশানৌ অপাম্বা অসিদো থৌ-কাইদনা থাকৌনা ইরাং মৈলিজদবনি—তাকপীও তাকপীও থাম্মী মৈনা মৈফম্ব ।।

লৈফম খুদিংদা লৈবা মৈশেং মহাক্তো মমিং শাম্নুবী কৌবনি, লাইমেজি (৩) নিদো—মানি বানি ।।

মৈচু মিংলেন্দি ৯ নিদো অনিদি নামুং মৈনি, শঙ্কোঙ্গ মঙ্গাগদা মৈজ্জ মৈথাইগদবনি মৈলিং থৌপু অহানবদা—হোই হোই ।।

লৈপ্পারোন্দা লৈথম্নিবা মৈবু থাকৌ মৈলিংগদবা নোংকোয়রৌ থাজ থাবানদি (১, ৬, ১১ ১৬, ২১, ২৬, নি, ) মৈদি মপুক তঙ্গো মৈনিদো—মানি মানে তাকপীও ।।

অতুগা থাজ্জ থবান ( ২, ৭, ১২, ১৭, ২২, ২৭ ), মা তরংলাইজদা লৈফিন্না লৈঞ্জবনি অয়িংবনি—হোই মামে ।।

থাজ থাবান ৩, ৮, ১৩, ১৮, ২৩, ২৮ অসিদো নুংশিদা লৈবা থোংবাংবা অপাইবা মৈনি থংঙ্দো—থংলে থংলে ।।

মালেম লৈমাই থক্তা লৈথম্নদি থাজ থবান ৪, ৯, ১৪, ১৯, ২৪, ২৯ থবান অসিদা থাকৌনা মৈলাং মৈলিংঙ্ মতিক লৈহকপা মৈনিদো—হোই মানি মানি ।।

কোয়রৌ নোংথৌদা লৈথমখিবা মৈদি থাজ থবান ৫, ১০, ১৫, ২০, ২৫, ৩০ অসিদদি লৈফম অসিদগী পুকম থাগোন থাকৌনা মৈলাং মৈলিংনা মৈতনা মৈফম্ব লৈশংনা লৈঙম্লোদো পাউশানা কুবি নোংদম্না লাইমিং মৈহৌরোল ৯ বু লৈশিম্নহনা লৈথম্নে—থম্নে থম্নে হৈহৌ মৈ-হৌ মৈলিংবা থৌহৌবে ।।

য়া হোই য়া শান্নুবীনা মৈহৌরে
অপাম্বনা মৈলিংলে য়া হো য়া
হো য়ায়া যাযায়া, য়াহো য়া ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা তাবপিয় ।।

লাইমিংথোইগা মশানৌ কোঙক্তুথোকপগা লৈফম অসিদগী—থোংশাঙ্হুনা ঔরোং চীংবা পনশাগদবগী থেঙ্গী লাইনিংবু ( মরু টিক্তা ঠিংকুরং লৈপুবা ) মিংহুম্না থেঙ্গী মথক্তা লাইমিং থোইনা লৈপাক লৈরোন শিহুনা ঔরাং পনশা পম্বীংবা থৌহৌরে—হোরে হোরে ।।

চীংলোন মমিংবু ( কংলোইয়া সনা থেঙ্গুম চীং মিংহুম্না লাইমিংমেরুববু ( আং চীংরিক ) =লৈহুম্না লৈথম্নগা চীংলেন্দগী মথংলেংনা চীংলোম পনশা ৯ বু লৈথোন থৌরোইরে—লোইরে লেহৈরে ।।

ময়াম্বনা লৈথোল্লি ; মশানৌনা লৈকোই লময়েংনা শাম্নহনা লৈঙম্মি ; শেম্বীবগী শেম্বীও, মকুথোক্তী কুবিও হাইনা লাওহুনা চীংয়াংখক্তা থৌশা থোংখিন্না লৈথোকইদো—লৈথোকএ লৈথোকএ ।

লাইমিংথোইদি থবাক মৈবু হৌ, খৌনাও মৈবা কৈচিং লৈহোন্না ঐবু খৌরোইবা য়াঙ-ম্নবরা লৈফম কব্রিবু লৈব্রাংলমখিগদরা কোইনা লৈয়েংনা খোংহিল্লকপদা লৈফম অমবু লৈরাং-লিনা মশিদি কব্রিকমদৌশিবা রাখন্না ভাইহাক যম্বালনা লৈঙম্মিদো— অরা পোথা লৈশানা লৈঙম্মিদো- অরা পোথা লৈশানা লৈএ লৈএ ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—কব্রি পাউশা তাকপীগদবা লৈবনো তাকপীশে ।।

লাইমিংথোইনা নীংশাগী ইহুনবু মৈবা চীংবগুম ইহুন্না অরা পোথা যম্বল লাংবা উবদা ( ঈরৈমা ময়াইকাবী ) না অব্রাং শনশা চীংলেন্দগী ময়াইকাবা ঈশিঙ্গী মশক ওইনা লাইমিং-থোইনা লৈফম্লিবা লৈফম্ম লৈতম্না খা পাংনা ইখোং নাইনা চেম্বরক্লে— চেম্বরাক্ল চেম্বরাক্ল ।।

লাইমিংথোইনা চেম্বরক্লিবা ঈশিংবু উবদা খৌনাও মৈব গুম্না নীংশা ইহুনবম্ব লৈকোবন্রা রাখনবু লৈফানা খুচোক খুয়া অহুম্ব য়াহুনা থকঙমমিদো—হোই থকই থকই ।।

থবাক মৈবা হৌবদি ইংঙমদে খৌনাও মৈবা ইহুনবদি খরবু ইংঙমহুনা খুৎজোক্লা লৌহুনা থকপদগী যনশানা কুন্দুনা ইচেন অহুদা চীনবানবু লৈথম্না থক্লেদো— থক্লে থক্লে ।।

ঈশিং অহুবু লৈচুপ্পা ইথকপদা ঈহেনমনখিহুনা ঈশিঙ্গী ময়াইনা থুমহত্তুনা লাইমিংথোইবু মালেম থক্তা ডতুপ রাতুপ তাবগুম তাহুনা মশা কোঞ্জত্তুথোক্লা লৈরে—লৈরে লৈরে ।।

ময়াইকাবী ঈরৈমা লাইমিংথোইগী মতৌ উবদা অকি তুজুং তানফংলে হাতোইনরনি হায়বগী করমনো লাইমিংথোই অসিবু লৈব্রাংলিবা মতম্নি লাইনা লাইথুংগু শাদমদাব্র অসিদা ( শিবা ) হায়বা পরম অহুবু ঐনা থৌহৌনহল্লব্রা, কমদৌশিবা রাখন্না অরা হুংশি হুংঙন্না লাইমিংথোইগী নাক্তা চংলক্লেদো—হোই চংলক্লে ।।

ময়াই কাবী ঈরৈমনা লাইমিংথোইবু থাকৌনা য়াকৈনঙল্লকপদা লাইমি থোইবু য়াকাইরে-- য়াকাইরে যাকাইবে ।।

ময়াই কাবী ঈরৈমবু লাইমিংথোইনা উবদা মপুক তাথি মিংয়েংনা শাংথরে, ঈরৈমগু অকি তুজুং তানফংনা চেনথরে চেনখরে চেনথরে

লাইমিংথোইনা হাই, "নংনা ওইব্রে ঐবু অশি খোংলম্ব শাথোক্লহনলিবদি ঐমকপু অগুক অম্না হুংঙাইহনবা ঙম্বা নংনা ইখোং ইচেন নাইনা মালেমদা লৈংম্লবনি লৈপানবু য়াঙায়াই নংদি ইপাল্লাংদা লৈথম্বা বাবা ইরম খোংলম নত্তে' রাখন্দুনা ইচাই থে ক্লবা থৌহৌরে- হৌরে হৌরে ।।

মালেমদা ইচেনবা ময়াই কাবা ঈরৈমবু নোংলেন্দা চাইথলে মালেমদা ইকংলে— কংলে কংলে ।।

ঈরৈমা ময়াই কাবীনা "লাইমিংথোই ঐবু কুবিও নোংলোন্দগু লৈজগে নঙ্গী নোংদম থৌপুনা ঐবু মালেমদগু লৈজবা কুবিও হাইজেদো—হাইজে হাইজে ।।

লাইমিংথোইনা নোংদম্বী "ঈরৈমা নঙ্গী নতিক নয়াইদো। লুতুংদা লাক্কদবা উরি, য়াম্নি হৈ লৈ চানা থক্লবদা লৈচংহুনা নতিক নয়াইবু লৈজরো নো দয়েদো—মোংদয়ে নোংদয়ে ॥

ঈরৈমা ময়াই কাবীনা হাইজৈএ, লাইমিংথোই সনা মিংলেন অমত্তংবু লৈকৎ লৈহুম লাংজগে লৌবিও তাথিনাওইনিপম্বু লুত্তুংনা থোকাওনদবা পরম অসিবু লৈথংনবা ঈরৈমা ময়াই কাবীনা লাইমিংথোইবু থৌথনবদা ঈরৈমগী মতিক ময়াইনা লৈহকমনথিদ্দগী লাইমিংথোইবু মপুং মতম লৈরাংনা থম্মুং শবা তাম্ভংনগুম্ম ঈএ থোকাওদমা ঐবু লৈথংনবগী দমক্তা বোরৌ অসিদগী সনা মিংলেনবু (লাইমিংথোই অশিবা) লৈহুনজগে, লাইমিং মেরুবদি (ওমহে মেচিক শনা মুংতুন্নিকপা) লৈরাংজগে হায়না লৈকৎলে—বংলে কংলে ॥

লাইমিংথোই অশিবনা লৈখল্লিদো—তোই হায়বিও ॥

ঐনা অশিবগুম তুমগুনবদা চীংলেন চীংশাং অমা চংঙম কাওম্নবা চীংলেন অহুবু কদাই ওইরিবা য়াথম্না শাংথ মিংয়েংবদা লৈফম্ব য়াওরমদহুনা লাইমিংথোই অশিবগী লুম্নাংবু খোইজং লৈতাদহুনা নোংপোক্কা ঐরাক্তা তাইমবা লৈফমদা খোংশানখিদুনা চীংলেন চীংশাং অমা লাইমিংথোইনা লাকয়েন শুংদাই ওইনা লৈথান্দুনা চীংলেন মমিংবু অশিরোই চীংলেন লৈহল্লে ॥ লৈফম অমনা (থমকোই) চীংশাং মিংহুন্না লৈম্মুংদা (লৈম্মুং তোমশোন খোংলম অহুম্বু) লৈকৎ লৈথম্লগা খোংলম অহুম ফাংবগী মথক্তা খোংলম য়াংলম অমা লৈথম্না নোংলোন য়াংলম্ব লৈহাপ লৈথম্লে—থম্লে থম্লে ॥

লৈফম অমনা (সনা পোকপা চীং) হাইদো—হোই হোই ॥

অমনা (নুংপৌ চীং) হাইবেদো—হাইরে হাইরে ॥

অমনা (কোবি পোকপা চিংজোং চীং) হাইরে—হাইয়ে হাইয়ে ॥

চীংলোন অসিবু লৈথম্নগা লৈহল্লহুনা চীংলেন অমা নোংপোক লৈতৌ চীংলেন্দগী লৈথাইনহুনা চীংফম অমা নাপ্লে মমিংবু (চীংথৈচীং) হাইরে—হাইরে হাইরে ॥

চীথৈ স্না চীঙ্গী মথক্তা স্নাগী শঙ্গাই অনি লৈবনি—লৈএ লৈএ ॥

মনাক্তা ঈরু অমা তৌরেদো তৌরে তৌরে ॥

ঈকোম মনাক্তা নুঙ্গী খুদা অহুম থারে—থারে থারে ॥

খুদা অমদি লাইমিংথোইনা (চিংথৈ মরু, চিরু হিং পুরৈচি) কৌনা ফম্লে—ফম্লে ফম্লে ॥

অমদি (চীংচা নিং.থৌপা ফোরুচি) মিংহুন্না শাথোক্তুনা ফম্লে—ফম্মি ফম্মি ॥

অমদি নোংপোক চিংথৈ মরু লাই অহন অচিবা) হাইনা শাথোক্তুনা লৈফম্লেদো—ফম্লে ফম্লে ॥

মরুবা লাইমিংবু (পিং পিং হচি) লৈরাংনা লৈথম্মিদো—হোই থম্লে ॥

শকাই শাকপী মখাক্তা ( শেনগী মুখা অমত ) থরক্লদো—থয়ে থয়ে।।

মনাক্তা মুং খুদা ৯ থারেক্লো—থারে থারে।।

লাইমিংবু হায়রেকো—হায়বিও হায়বিও অমদি হয়রং, অমদি অহচি, তদি সমিহ, ৪ দি হয়চি, ৫ দি থহচি, ৬ ডি তোহচি, ৭ ডি ওহচি, ৮ দি মহচি ৯ কি মনিক কৌএ—হোইকৌএ কৌএ।।

৯ মকী মেরুবা লাইমিংদি ( সমহোং মহহীব; সিংহলরি ) কৌএ—কৌএ কৌএ।।

মনাক্তা খন অমা লৈমসি, খন অসিগী মনাক্তা সনা খোকপা ইকোম অমা য়াত্তনা থয়ে—থয়ে থয়ে।।

ইকোম মনাক্তা স্না মচু মানবা মুং অমত থারে—থারে থারে।।

মুং অচু সনা পোকপা মুংনি হায়—মানে মানে।।

শেখা শাববু লোইখা য়ারবা শাংথা মিংয়েং তারদা খোইচংলগুনা লৈফম অসিদগী উপাল লক্লনা সনা মিংয়েংবু শাংথলেমথরকই—য়েংই য়েংই।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হাইশে হাইশে।।

লাইমিংথোই অশিবগী সনা হুকা মঙান্দগী লাইখুংথো অমবু শাথোক্লক্লনা লাইমিংবু ( থাংবাই মারহনবা ) মিংহন্দুনা লৈফম ( মালচীং ) থাকৌনা চীংফম অসিদা লৈফমহন্দুনা লৈঙাক লৈথয়েদো হোই থয়ে।।

চীংফম অসিদো লাইমিং ('রীংওই সনা পারিশোমপা কোম্দেমরিকপা, ওহিয়াং ) কৌএ, কাওগমুকো—হোই কাওরোই কাওরোই।।

চাকচাদি হৈ-লৈ অথুম অহাওনিদো—মানি মানি।।

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাইশা—হাইবিশে হাইবিশে।।

লৈফম অসিদগী লাইমিংথোইবু থেংগ্রং চীংলেম তম্না হনগমক্লনা পয়ম করিবু থৌরাংপা লৈঙম্বরা কোয়না থোয়েংলক্লদো—য়েংশে য়েংশে।।

মশানৌ কোঞ্জন্ত থোকপনা কুরুমচীংদা যম্বাল্লাং থেঙ্মচীংনা নমঙা ওই, মথোং য়েংনা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন্দা মেং ওইথংবমা নোংপোক চীংলেন্দা নেং, মমাইবু খা লৈরম পাংনা য়েংহুনা ঐগী লৈবাক লৈফম অসিবু য়াম্বনা লমখৈ কদাইবু থোঙম্বীনা চীংবা পনশাবিদোবা, লৈবাকী ওমখৈকা করি করানবু লৈথং লৈফমঅদিদোবা মপুবলুম্লাং লৈথানা লময়েং লৈফমবু লাইমিংথোইনা উঙক্লেদো—হোই মনাওগী চংলম উহম থংহমলেদো।।

মনাওগী চংলম রাখনবু মরুবু লৈথং উহম্নীংহুনা লাইমিংথোইনা চীংয়াংদা লেপ্তনা অতিয়া মরু শিদববু অরাকলা কৌওমক্লনা পাউশাইদো—হোই পাউশাবিও।।

কংলৈ পুংদা অতিয়া মরু শিদবা কৌথিবদি তাহৌরগা পাউশা ঝারমদি থংহৌদুনা পারি সনাহল নংনা নপা ঐবু থাকৌববু করি ঝাবু পাউশাবা? ঝাহংনা মচাগী নাকতা লৈথুংলৈদো —থুংথি থুংথি ॥

অহুমুঙ্গীবু থাকৌনখিবা লৈফম্ব মানা মানা ॥ থাকৌনবা কোনচীং থাকৌহুনা মরুনা লাই-মিংথোই মচাবু (কৌক্র অচিবা) মিংহুল্লিদো— হোই মিংহুল্লি ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা--তাকপীশে তাকপীশে ॥

অতিয়া শিদবনা মপারি কোন্দেতনৌহগী মতৌবু উহুনা হাই কোংলৌতোন লৌথিবা নংদি লৈথোন লৈশেম্বদি থৌঙম্নবা থৌপাংনগে লৈঙমদ্রহুনা ময়াম্বনা ঝানা লৈথোন লৈশেম্নগা নংনা নঙ্গী লৈফম ওন্তঙমগে ঝাথল লৈয়েং লৈফম্ববু নঙ্গী নঙম করি য়াওহুনা লৈফম লৈম্নেংনরিবা ঝাহংঙিদো—হংঙি হংঙি ॥

কোঞ্জম্তু থোকপনা মরু য়াম্বনা ঝানা লৈথোম্নগা নচানা লৈবাকপু থিঙ্গাই হোগাইনা লৈচাই থোকপদি যাম্বা মঙম চাওনা শেম্বী শাবিরিংদো লৈবাকপু পাক্সা চাংনা লৈপাক লৈরোন থানা লৈঙমতৌনবা লৈচাইবনি লুতুংদা লৈথোন লৈশেম্বীনা থোংয়ুম বনাবু লাবঙ্গৈ ঝাই থৌতংনি প উথুম্মিদো থুম্মি থুম্মি ॥

মরুনা হাইদো নংনা লমথৈবু যেংবদি বোরৌ অসিদগী খংজাবা ; কংলৈ পুংমাইয়োন লৈ-পাকতা হৌনা উরি ঝা রিনা য়েংলকপা পৈবেগা মীঙ্গমচেন্দা হৌবা উরি ঝারিগী খুংয়েংকা লৈমান্নদবা ওইশন্নু খুংয়ক্তি (য়েংনা লৈবা খুংয়েংপু ওইনা হন্না য়েংপা) লমদম মথৈদি হৌ কংলৈ পুমাইয়োনগী লৈফম্নি লৈখংজৌ, নংনা শাথোক শাফোংবা লমদম অম্নিদো (উরিপোকপা) নিংহুনগে হাইদা হাই হাই ॥

লৈফম অসিদা নংনা লৈযম্মহুনা নমাইন খা মৈরম পাংনা নমিংপু যৈনা তোবানবু লৈ-খংনা লুতুংনা মিংয়েং তাংদো লৈহৌবা লৈযম্ব (লমফৈ) হাইগে, পারিনা মিয়েং তাংদা চম্ব তাম্না লৈম্নেংনখি লৈখংনবা (তামম্নেং) লৈহৌবা হাইমা মিংম্নেং অনিগী লৈফম ওইনা লৈশম্নু নোংদম্নে নোংদম্বী নোংদম্বী ॥

পারি লাইমিংথোই ননাওনা তুংইন থৌগল্লবদি লৈরোই থৌরোইবদা ঝাঙল্লনি নপা এনা লৈফানহুনা লৈথম্নগে হৌ কংলৈদা পারি ননিং তম্না লৈবাক মুংঙাই য়াইফংনা লৈকোইববু লৈথুংনবা চীবা পনশা থৌপুরো নোংদম্নে নোংদম্নে নোংদম্নে ॥

লাইমিংথোইনা মশানৌগী খুজেং পালোইনা হাইয়ে. ইশানৌ নংদো মরুগী থৌখনবু লৈহান তানফংনরো লৈফম খুদিংবু লৈশেম লৈথোল থৌরোইববু খুদিংদা য়াম্বনা লৈঙাক লৈথম্বা খুদিংদা ইশানৌ নংবু তিম্নু লৈখানা লৈথোনবদা ওইঙম্নগে কুবিরেদো—কুবিএ কুবিএ ॥

ইশানৌ নংদি লৈফম অশিদগী মরুগী হৈনা থৌখনবু থৌহৌথিএ লুতুংনা থৌকাংনদনবা নমিংবু (য়োং পোৎপা মুংবু চগেম শাইবগুম্বা থপ্লাংবা) মিংছুনগে অতুগা লাইয়েক (খ) অসিমগু নঙ্গী নাওয়োম ওইনা লৈউম্না খুবম জিংনগু লৈউম্মু কুবিদো—কুবি কুবি॥

মিংলেন অমনা ও লাইয়েক্কা নাওয়োম্বা নংম্ব (উরিপোকপা কম্মুংশি কুক্রম চীংলেন লনহাংপুংদা) য়াতাবা মুংগেং পাত্তা য়াথোকপা কংলৈ স্না পুঙ্গী স্না যম্বাল চিথেক ৪ দা ফিয়ান মরি য়ুমুনা ঔরাং কাইনা লোক চিংখৈ লৈনমুং অতুয়েংনা কোলোই চিংথাংনমুনা চীং মরিবু থবাক চুমরাই নালুম লেম্না হাই মরু মরোং নোংথাইনা নোংপোক উনিংথৌনা লেবাংনহম পান্দুনা য়াম্বনা লৈহল্লকপবু ঙাইরৌমুনা মরুগী নাক্তা লৈউম্নুরো কুর্বিনা মরুদা মনাংবু লৈশিন্নৈদো—শিন্নরে শিন্নরে॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হাইনিংশে॥

লাইমিংথোই কৌক্র অশিবনা মরুগী থৌদা নোংদম্ব থৌয়ং থৌপুনা (নোংপোক থোংবু লৈথিংবা) নোংচুপ হারম খোংফনমুনা পনশা চপনবু লৈথিংনা লোইমুনা লৈযম্ব লৈয়াং লৈয়েন্নমুনা লৈঙাক লাইবু লৈথম্বা থৌহৌনরক্রে—হৌবারু হৌবারু।

লৈঙাক লাইব লৈথমগে তৌবদা চীংয়াংদা হোগাইমুনা নোংচুপকী (নোংপোক থোংবু) ফাৎলয়ে, হাইস মশিদি কনানা লৈফাৎলম্বা ঐনা লৈথোং থিংববু খোইশাওরেদো—খোইশাও র খোইশাওরে॥

লাইমিংথোইনা মহাক মরি মহাক ওইবা চশক অমবু শাথোক্তুনা লাইমিংবু (নোংচুপ মরু অশিবা)। লৈহুম্না চীংচেন অতুদা লৈঙাক লৈফমহল্লেদো—ফমহনবিও ফমহনবিও॥

অমুক সনা থোংয়েং পাবা খুয়া থম্বান্দা পকপা লৈপাকপু তাথোক্তুনা মপুক মপানা চংকদবা মশক অমব শাথোক্তুনা মমিংবু ছংঙারেল—লৈঙাক লৈপুনা হাইনা শাফোং ওইনা লৈফমহল্ল—হোই হোই॥

নোংচুপ মরু অশিলনা লৈঙাক লৈফমদা শাফোংবা ছংঙারেনবু—লৈঙাক লৈপুবরু—ইপাক লাংদা ঙাকপ্রম নিংছেন তমম্নুনা মরম্না (ঙাকপ্রম শাংদোংনা লৈঙাবম্বা লৈযম্বু নোংচুপ পানশা নোংপোক থোং লৈথিং ফম্বানথোং মিংছুক্তা ঙাকপ্রম চিংচং লৈফাল্লদো—মিংছাক্ল মিংছাক্ল॥

থৌরম্বু উবদা হুনি নারো লাই মপক্কা লাইমিংথোইদা লৈযম্বু লৈফমংলবা পাহংচবা লাইমিংথোইনা নোংদম্বী লৈপাক লুচিং পিবনা লৈঙাক লৈমিনহুবা লৈযম লৈয়াক লৈথমহুবা (নোংদম শংলেন, লৈঙাক শংলেম্না) থৌপু বায়েন্দ্রবদা লৈফাৎ লৈচংজোও নোংদম্বীর—তম্বীরে তম্বীবে॥

নোংচুপকি নোংপোক থোংবু লৈথিংবা লোইমুনা লৈফম অশিদগী থা পাংনা লাইমিংথোইবু খোঙ্গম্নমুনা চীংলেন খুবম অমা লৈথামুনা চীংলেনগী মমিংদি (থাংহিং মচিংশাং) মিংছুম্না

লাইমিংবু ( শাতোনবা লায়োল্লাংতপা ) লৈহুম্না লৈথম্লেদো—হোই. থম্বীও থম্বীও ॥

লৈফম অশিবু লৈঙাক লৈপুনবগী মহাক্তগী মহাক. ওইবা থোয়য়ুম অমবু শাফোংহুনা লাই-মিংবু থাংজিং ফকথোক অরিবা ফেপ হাইনা লৈহুম্না মেক্ষবা লাইমিংনা ( ওম য়োকতিং কংরিং শংতে মৈরিকপা হাংসে ) লাইয়েক য়াবাবু লৈহাপ লৈথম্লে লৈয়াংনা লৈঙাক লৈশিন্নরেদো —হোই শিন্নরে ॥

লাইশক লাইয়েক্তি ( থ ) কৌবা লাইয়েক্লিদো—মানি মানি ॥

থুবম্ব, লৈবি তোমশোন মরিন অহুম্বু লৈফাৎ লৈথম্না চীং মতোনবু তয়েং ফাংনা শেমক থোক্তুনা সনা শঙ্গাইবু অনি থোক্লা শাদম্না লৈথম্লেদো - থম্লে থম্লে ॥

শঙ্গাই লৈফম্বু অনি লৈশুরবদা থাংজিং ফক্তোক অরিবা ফেপ কৌবনা মহাক্কি মহাক অমশু চিংথাং শাথোক্তুনা লাইমিংবু ( ওমউইক্রাং শ্রাং ) থাংজিং পাখংবা মিংহুম্না মমাইবু ( নোংচুপ লাইচি ) ওন্না ফম্লে ফম্লে ফম্লে ॥

নুংশিংথো অহুম্ব খাপাংনা লৈথম্না অমনা চীংথা থংবদা নুং অকোইবা অমনা মথাইদা কুপ, অমনা চীংদোন্দা নুংপুখম শাবা অমনা কুপ্নুনা থাম্লেদো, মথং অমনা চীংদোন অমদা ( নুং থুমুক শাবা ) অমনা নোন্দুনা থম্লে থম্লে থম্লে ॥

অশুম্না সনা থোবপা, লুপা থোকপা হি য়াই থোকপা, ঙা-থোকপা লৈযম্বু শেমথোক্তুনা ( ঈশাইফু ! ঈথোংনচিংবু লৈরাক্তুনা লৈথম্না লোইহুনা লাইমিংথোইবু শম্তোং পাংনা উরক্লেদো —ক্লে ক্লে ক্লে ॥

লাইনিংথো লাইরেম্বী মঙাইশা- তাবগীশে ।

শম্তোং থুবম্ব য়াক্তুনা চাংদোন্দা মমাই শম্তোং ল ইজি পাংনা ওন্দুনা ( নুঙ্গী শঙ্গাই অমা ) শেমহুনা শঙ্গাইগী ফক্তোকদ নুংথোং থিংহুনা শেম্লেদো— শেম্লে শেম্লে ॥

লৈফম অসিদা লৈযমহুনা মাইগৈবু ঙারবা থোয়য়ুম অমবু শাথোক্তুনা লাইমিংবু ( ওম পোংলোং হাই হাই ) লৈহুম্না লৈঙাক লৈথম্লেদো— থম্লে থম্লে ॥

লাইশক লাইয়েক্তি ( শ )—কাচি শাবানি মানি মানি ॥

শম্তোং মিংথোইগী নুংমাইদি রাই মঙা চাওবনি থংজকো — থংলে থংলে ॥

লাইনিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা লৈফম অসিদগী থাপাংনা উরানখিহুনা থাগী চীংবা পনশা মাপনবু লৈথোনবা লোইহুনা থাগী ওৱাং থোংবু লৈথিংনবা খুবম য়াৎপা লৈহোরে — হোরে হোরে ॥

লৈফম অমদি ( শুগুম্বু চীং ) কৌএ, লাইমিংবু তরং তকুপ লৈহুল্লেদো — হুল্লে হুল্লে ॥

খুবম আদি কাংব্রেন চীংনি, লাইমিংবু ( ওম হোরিক ) ওম হোরিক লৈহুল্লিদো— হাইবিশে ॥

লৈফম অসিদা লৈঙাক লৈফম্নবা শাথোক লৈফম্বা লাইদি লাইমিংবু ( য়াওতোং হাংচংশু হেংকপ ) রাংব্রেন কৌইদো — তাকপীশে ।।

মেরুবা লাইমিংবু ওম তিংককফা তিংক্রুক কংফা লৈরুম্লিদা — তোই লৈরুম্লি ।।

থোয়য়ুম অসিগী চীংদোম্দা ম্না শঙ্গাইবু শেমদুনা ঈকোম অনিব লৈফম্না চীংদোম্দা-কনা ম্না থম্বাল তাংবনবু লৈথাদুনা মনাক্তা মুং উমংলাই ৯ গী খুদাব লৈথম্না খুবম অসিদা ঙাবম নিপানবু শাথোকুবা লৈয়াংতুনা লাইমিংবু ঙাতিংপাক লৈরুম্না খুংম্বু মখল মখা লৈম্নাংতেংবা লৈশেম্নগা অমুক লৈফম অমদা উরাল্লক্লেদা — লাল্লে লাল্লে তরং ইপাক্তা ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙইশা — হাইবিও ।।

লৈফম্বু খা মৈরম পানশাবা মিংল্লুল্লেদো — হাইশে হাইশে ।।

লৈফম অসিবু লৈঙাক লৈফম্নবা শাথোল্লেদো লাইমিংবু ( থপ্লাং পনশাবা ) মিংল্লুল্লদা কোই মিংল্লুল্লে ।। মেরুবা লাইমিংবু ( ওম তোরিক ওম হোরিক ওম শ্রীং আং ) লৈরুম লৈ-বাংনা লৈথয়েদো — থল্লে থল্লে ।।

লৈথোনববু লোইঙম্নবদা লৈপী লৈতুম অমা থোৌলেমদুনা লৈথমফম্বু থোয়ংলেদো- য়েংলে য়েংলে ।।

থৌরম্বু অতিয়া শিদবনা উদুনা মচাগী নাক্তা লাতুনা পাবি ইচানা লৈবাক্টী য়াইফা নোংদম্না লৈথোনবগী অবেম্বা ( য়েনখাকয়াই ) অসিদো লৈফম থংনা লৈমাংদনবা লৈফম অসিদা থম্বীও হাইনা থমতল্লেদো — থল্লে থল্লে ।।

লৈফম্বু লৈবাক্টী য়াইফা নোংদম্না লৈশম লৈথোল্লকপবু তোতুনা অবেম্বা লৈপিবু লৈ-থমখিএ অচুম্নঙ্গীবু লৈফম্বু (তেরুপুং তোংলৈরা) লৈহুন্না অনাববু থৌকোক নোংদম্না থম-খিদো — মানে মানে ।।

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাইশা — তাবপীও ।।

লাইমিংথোই মচানা লৈথোনবদা লাইমিংথোইগী লাংয়েন ৭ না লৈফম্বা লৈফমদা মালেম লৈরিক পকপবু উংদা মরুনা থোইজংখিদুম মপারিদা লৈনিদো. ''পাবি নঙী লাই-পক্তা পকঙম্লিবা মালেমশে নপা ঐদা পীনরো নপা ঐনা মালেম অসিদো নপা ঐগী হক লৈ-ফম ৭ তা কোরো অসিদগী লৈতিম্না লৈথম্ববু ওইজরগে'' থৌনিনদুনা লৈতিম্নেদো — মরুনা লৈদং লৈতিললে লৈতিল্লে ।।

মরুগা লোইনদুনা লাইমিংথোইগা হনখক্রুন্দা মরুনা হাইদো পারি ইচানা শেম্বিন্দি থোরোইরে অদুবু মালেম অসিবু নপত্রেওম্না উংম্নিদো লৈফা লৈথম্নবা তৌম্নবদি থোইডংবগী মথক্তা থোইদা লৈতানিংহিদা হাইদো ।। মরুগী নোংদম ফংবদা লাইমিংথোইগী ম্না হকচাংদা

হৌরিবা চাইথাইতুনা উ-রা উরি, নাপী শীংবী, হৈ লৈগী মশক ওইনা লৈমাইথক্তা হৌহল্লগা লৈখাদা তাথিবা মরু মরাগী শকক্না য়েত্তুনা মালেম্বু লৈফা লৈথম্বা থৌহৌনৈদো — হৌরে হৌরে ।।

লাইমিংথোইগী লকাদা ( তুনিংথৌশিদববু ) লাইমিংথোইনা ফোইদোক্তুনা থৌবোইরগে রাখল্লা মালেমদা থাদরেদো — থাদ্দরে থাদরে ।।

মালেমথক্তা পামেনগুম্না হৌতুনা মপানবু ( শ্না লৈদ্রেং সনা ) মনা অনিনা লৈচপ্না শাত্তুনা লৈঙম্লে, মশকপু মরুনা রাহংঙিদো — হংঙে হংঙে ।।

পারি লাইমিংথোই পামেল হৈরাং অশিবু করিবু কৌবনো ? পামেল অসিগী মনম্বু তানফংবদা নপা ঐবু ইপুক নুংঙোল থোইজং থোদনখ্রেদা মতিক মঙ্গমগা লৈহুকপমে লৈনক লৈহুবু লৈথংনা নোংদম্বগী থৌখন লৈহুনবু ওইনিংঙি মশক মমিংবু হৈত্রোকও হাইদো — হায় হায় ।।

লাইমিংথোইমা হাইদো, "নোংদম থৌদাবু থৌত্তম পবম নোংদম্না থৌশিনবিবা মক নচা ঐদি থৌশিল থৌদাবু থৌপজবনি মশক মমিংদি লৈথংদে, নচাগী থমোই লকাদা হৌত্না তু-নিংথৌ শিদবা কৌবনা মালেমদা লৈত্তাতুনা পামেল অশি ওইনা হৌবনি পামেল অশিদো মখোমিংহুন তম্নীও নচাদি পামেনগী পবম্বু লৈথংদে নঙী নোংদম থৌপুবনি" পাওখুম্মিদা — খুম্মি খুম্মি ।।

অশিগা মক শিদবনা হাইদা, পারি নঙী লকাদা হৌবা তুনিংথৌশিদবগী লৈকমদি তেং-বাঙববু নোংদম্লিবা পোকপা শিনা য়াওদবা অমা হাইবা চৈশিঙ্গী মশক ওইনা লেপ্লিব (ঐহাক) হাইনা উংলো য়াইদিবেন শিদবা মহাক্কী কাইদল লৈফম্মদা, লৈকম অতুদগী শাথোক শা-ফোংনকপা উবাং অশিবু খোয়যুম কনা লৈশোক লৈচিনবা ঙমগদগে, লৈবাংনবু লৈচিন্না খোয়যুমদি শাথোক শাফোংনদবি মাগী লৈচিন লৈবাংদি পারি ইচানা শাথোক্ল শিবু লুতুং-না লৈথংনবা পামেল অশিবু শাথোকপা মতমদা মশকপু মপানা মচাদা রাহংনা পাউশা মিং-হুনখি লৈথংনবা কোবো ওসিদগী ( উতং ) মিংহুনশে লৈহুল্লেদো — মিংহুল্লে মিংহুল্লে ।।

পামেল অসিগী মপান শাদম্লিবা (শেন্দাং অথাশাবা) মপান লৈয়োন অশিগা লোইনবা মাবু নোংদম্বগী মখোংথাদা লৈরাং লৈহুল লৈতম্রগা লৈমন ওইনা নপা ঐবু তানফংজহুনা লৈথেং লৈবাং ওইঙম্লগে নোং কোয়ৌ অসিদগী থৌহৌনা নোংদম্লেদো কুহিবে কুহিরে ।।

মালেমদা লৈহৌ লৈপানগদনা মশক লৈবা খিবিবপু মপাবি লাইমিংথোই শাথোক লৈথম-হনবা থৌবোইহুনা হৌ লম্নাহনবা কংলৈসনা পুংমাইয়োন্দা লৈহল্লতুনা পবম থৌবম্বু লুম্নাং লৈথাহুনা খোয়যুম পুম্বা লৈঙম্লেদা — লৈবে লৈরে ।।

## ৪ নং ফি শাবা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী নঙাইশা — তাকপিশে ॥

হৌজিক্তি পরম অমবু নিংশিংশিদো — হোই পাউশাবিও ॥

থৌরম্বু লুমাং লৈখমহুনা লৈশিরেল লৈপুনবীনা মহাক্কী মঙম মহাক ওইবী লাইলৈমা অমা শাফোংহনা লাইমিংবু স্না খোংনাং লৈমা মিংহন্দুনা খোয়য়ুম নোংপোক অঙাইবদা মাগী চম্থ নিংঙোল ওইনা নাওয়োকচৌ পাউশানা লৈশিন্নৈদো — হোই লৈশিন্নৈ ॥

পরম্ব খোয়েংনা অতিয়া মরু শিদবনা স্না খোংনাং লৈমবু চরৈ ফিরোন অমবু শাথোকও থৌদাইদো — হোই থৌদাই ॥

স্না খোংনাং লৈমানা পামেল চীংথ্রাও মপানবু মিংয়েং শাংথরম্বগা মচুবু তমজনা ফিরাক অহুম্না তাইবা নমথাং অমগা, ফিরাক অমনা শেংনবা ( খ্বংলি ) অমগা শাবা লোইহনা ফিরোন অনিবু উশা মনা পুংবা অমনা মথা থানা ফিকং লৈরাংঙিদো — লাংলে লাংলে ॥

মরুনা নথোঙ্গা খ্বাংশেংকবু পায়হনা মিংয়েং কোয়না শাংথবদা ফিরোমগী মচু মঙালবু মথা থাবা উশা অহুগী মনাদা পক্লনা ( নাপু ভাংভ্রানবগা অঙৌববগা, মুরৈ শংথাংনবা ) মচুগা মচু অহুম্ব পক্লনা লৈএ — লৈএ লৈএ ॥

লাইমিংথোইনা উশা অহুম্ব লোহুনা স্না খুংনা কংলৈ লম্মহনবদা মালেম্ব হোগাইহনা থারে, পামেনগী মমিংবু ( মচু অহুম — হমুরৈ ) মিংহল্লেদো — হোই হোই ॥

নমথাঙ্গী মমিংবু মরুনা ( লাইরুমনমথাং ) হাইদো — হায় হায় ॥

খ্বাংলি খ্বাংশেংপু মরুনা ( খ্বাংলি লাইখন ) লৈহন্দুনা লাইরুম নমথঙ্গা, খ্বাংলি লাইখনগবু মপান্নি অহুন লাইমিংথোইদা লৈথোন মানা ফিরোন ওইনা পিংঙ্খীহুনা লাইমিংথোইনা ফিরোন অনিবু তানফংলেদো — ফংলে ফংলে ॥

মরুনা হাইদো খোয়য়ুমপা কোরৌ ভুসিগী লাইরুম নমথাং ফিরোন অসিদো হো লম্মা কংলৈ স্না পুংমাইয়োল লৈবাক্কী লুতিন চংলম ফিরোন ওইনা চম্থ নিংঙোনবু লুহোং লুতিন লৈরাংবগী ( ঝারেপ বাশক লৈহন ফিরোম ওইনশে ) নোংদম্মা ঝারেপ্নৈদো — লেপ্নৈ লেপ্নৈ ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই — করি হাইবনো,

হৌজিক্তি মরু অতিয়া শিদবনা ওক, শামুগা অনিবু শাথোকহল্লগে নীংঙম্নক্লনা লাইশোন পাউশাখিববু পাউশানা য়ায়া তৌমা শাথোকনশিকো — হোই হোই য়ায়া তায়ামশি ॥

পিংতরেং পিংতরেং, কর্সং কর্সং
শনশং লাইশং সম পিং পিং
হোই য়া হোইয়া ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — তাকপীও ।।

ওক শাথোক্লেহাই , লাইমিংবু থকহীংখিকশৌ লৈহন্না লৈথাক লৈরোন অমবু লৈপুনা লৈঙম্ন্ নোংদম্না লৈশিন্নহনা লৈপুহল্লে পুহল্লে পুহল্লে ।।

শামুঙ শাথোক্লে, লাইমিংবু ( পিশামু কেন্তিয়েৎ ) মিংহল্লেদো , লাইমিং মেরুববু লতোং-কেমশেৎ লৈহন্না লৈকম অমবু লৈশিন্নহনা লৈপুহল্লেদো — পুহল্লে পুহল্লে ।।

( নোংথোং কোইবা )

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হাইবিও তাকপীও ।।

অতিয়া মরু শিদবনা ফালম অমুক রাথল্লকুনা হাইদো — হায়বিও ।।

পারি নচিন ননাওবু তেংবানবা অসিগী হৌরককম লৈকম কদাইদগী হৌঙম্নকপা লৈখং-লবরা ? খদ্রবদি লৈখংনবা লৈথিক ।। লৈখংলগা লৈকম খুদিংবু লৈজাকপীহনা খংহল্লু , পরম অসিবু লৈখংজহনা নপা ঐগী ইকমদা পাউশা লৈহানবা অহদা নপা ঐগী খুবম কংলৈ পুংমাইয়োনবু লৈশিন্নহনা লৈথম্লমগে নোংদম্লেদো — নোংদম্লে নোংদম্লে ।।

লাইমিংথোইনা মরুগী থৌদাবু লরাই কোইরেলথক্তা লৈহাপ্না মশানৌ কোঞ্জন তুথোক-পবু থৌগৌএ . " ইশানৌ ইচিন ঈনাওনা লৈকম খুদিংবু লৈকোয়হনা রাহংনা খংদববু লৈখং-হন্নবা কৈকোইরুশে " থৌহৌইদো — হৌহিএ ময়াম্বনা মনাওবু ।।

মশানৌনা রাখুম্লেদো ঐদি ইমে শোল্লি হৈনা থৌরন তুংইল্লরোই যাম্বনা হনঙম্নকুনা মরুদা পাউশা পাউদম্নবদা ননাওবু লৈখংজবা তানফংজগে " পাউশানা লৈহৌইও — -হৌরে লৈহৌরে ।।

লাইমিংথোইবু কংলৈ মা পুংমাইয়োন্দগী লৈকোই খোংথোকলতুনা মপু ক্লয়াং লৈথানা লৈঙমহনা ঐনা লৈকোইবা খোংশান লৈহৌবশিদো লৈকম অসিদগী থোহৌবা লৈকম ওইগে অহগা লৈকোইকবা লৈকম খুদিংদগী লৈহুল্লকপা থোয়োইফমগু মকম অসিদ ওইরগে হাইহনা লৈকম অহবু ( রাহৌ রারোইলাংদাইপুং ) লৈহন্না রাহৌ রারোই লাংদাইপুংদগী লাইমিং-থোইনা ( কুরং মকুহিং ) কৌববু শাথোতুনা মকুবু তোংহনা লৈকোইবা চংগ্রেদো — চংগ্রে

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — তাকপীশে ।।

লাইমিংথোইবু থত্তাইপীচা অপকঙানা পুবা লৈকম্ব্ লৈচংলক্লে হাই -চংলক্লে চংলক্লে ।।

লৈকম অসিদা লৈকম্বা লাই ( সং ত্রেংতকুপ তরেংবা ) কৌবনা লাইমিংথোইনা লৈ-চংলকপবু উহনা ( তিনমুরেনবু ) লাইমিংথোইগী খুদা ওইনা লৈকম্নবা হায়হনা লৈকম অহদা লৈবা লাই মথৈনা তিনম্মুরেনবু থেমথোক্তুনা লাইমিংথোইগী খুদা ওইনা লৈনবগী পাউশাববু

য়ায়া তৌনা পাউশামতুনা লাইমিংথোইগী খুদাবু লৈয়াংশিকো — হোই 'লাংশে ॥

তন্দন ফাইবোক শেঙ্গি শেঙ্গাও থাও থ্রাও য়া হোই য়া ॥

তন্দন ফাইবোক — য়া

শেঙ্গী শেঙ্গাও — য়া, য়াহোই য়া ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই - হায়শে ॥

তিনমুরেন্না মশা লিরোন থোইরোন লিশি থোইশি লৈগুনা শাথোক্লতুনা লাইমিংথোইগী খুদা ওইহনা লাইমিংথোই লৈফমলেদো — হোই ফম্লে ফম্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই — হাইবিশে ॥

লাইমিংথোইমা লৈকোইরিবেদা মশানৌ কোঞ্জম্ভ থোবপনা মপুক কল্লক খোইশাওরকুনা চাদা থক্তনা লৈঙম্লেদো — হোই লৈঙম্লে ॥

মচানা খুংঙোনথবু উবদা লৈশিরেন্না মচাবু থেমনৌন্দা মচানা পাউহংনা পাউশাজন্দা লৈশিরেন লৈপুনবী মমানা খয়্‌ংদগী ইঙান লৈশানবকপা লৈহৌ কুয়োম ৭ পু তাকপীহনা খংহল্লেদো — তাকপীরে খংহল্লে ॥

পলেমগী কুবি নোংদম্বু অয়াই কোইরেলংতা লৈহাপনা থৌপুহতুনা মরনা মমা তাংবনথক্তা লৈফম্নবদা মক অতিয়া শিদববু ৭লক লৈকোইরগা মশা কোঞ্জম্ভথোরা মরুবু পুরুম লৈপাইনা মালেমদা তুহনা লৈদো — হোই লৈরে লৈরে ॥

মকনা হাইদা পাবি কোন্দে তনৌবা নপা ঐবু ৭লবপু পুবম্নগী লৈাহৌ পরম্বু লৈতাঞ্জা নপা ঐবু লৈখংনবা পাউদাবউ রাহলেদো — হংলে হংলে ॥

মচানা হাইদো নোংদম্বগী ১ঙান লৈমবেল কুয়োম ৭ পু লৈয়াই খাইনা লৈরেন্দুনা (মহাকা নহাকা) শাফোন্দহনা অনিগী ময়াইদা নোংদম্বা ঐহাক কৌববু লৈফম্না তেংবানববু শেম্লিএ মহাকগু (ঐহাক কৌবনি, ঐহাক কৌবগু নহারি) মহাক ঐহাক নহাক কৌবদগী তেংবানববু লৈহৌনহনা ইঙাল লৈশানরী পাউশইয়ে — হোই পাউশাই ॥

পাউশাবু তাবদা অতিয়া মক শিদবনা মচাবু পারি (পাখংবা) তেংবানবমী মপা মশক খংবা নোংকোরো ঙসিদগী কুমিং থানা লৈমুঙরিদা মখেবু নপা ঐগী যম্বাল লৈফমম্বু পারি নঙ্গা ওইঙ্গো কুবি নোংদম্না মালেমদগী কোনখক্তুনা মচাবু মরুগী তাংবন্দা থাঙহতুনা লৈশিন্নহনা ফমহল্লেদো — ফম্লে ফম্লে ॥

অতিয়া মকনা কুবিরে "পাখংবা খুয়োম ৭ তি পলেম নমানা কুবিরে লৈথাংপা কুয়োম মিংখৈ অনিদো নপা ঐনা লৈহাপ্লগে, উং লৈহিংফা, অমদি লৈফাও-এ কৌএ, লৈচুদি মাগম্মি

অনি অশিনা লৈথুপ লৈথমবনা ৮ না লেপ্লিএ ।। অমদি লংগুং লংকাইনে মাপল-মকী মেরুবা লৈতিনফম্নি, লাইয়েক্তি কুং নোংলুম ওন্না হাইবনি কুবি লৈশিন্নখরেদো — শিন্নরে শিন্নরে ।।

থৌরম্ থোন্নোই লৈফম্নবদা খোয়য়ুম নোংপোক অঙাইবনা ম্না খোংনাং লৈমবু পুঙলুনা লাইরুম ফিরোন্না লুতিন রারেপ ফিরোন লৈহাপনা লৈকৎলতুনা পাখংবনা লুতিন লৈরো লৈ-য়াম্নুনা মৈতৈ লৈমা কমলেন ৭ লৈপু লৈফম্বী হাপলেদো — হাপ্লে হাপ্লে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — হাইশে ।।

হৌজিক্তি পাখংবা কোঞ্জম্ থোকপগা মৈতৈ লৈমরেনগা তিলু ফম্বাল লাংলেদো নখোই ঐখোইবু হরাও তয়াম্না ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু চরৈ খ্বাংশেৎ নমথাংবু লৈহোংনবা রাকোন পাউশা লৈথম্নশিকো — হোই শাশে ।।

রাকোল্লো রাকোল্লো
চীংদগী রাকোন্না তমদা তাগে মহাইরে
রাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা রাকোন কাপনোইনোই ।।
রাইমুও রাইমুও তমদগী রাইমুনা চোদা কাগে মহাইবা
তমগী রাইমু পুকফ্না রাইমু নেম নেম নেম ।।
খোইনৌও খোইনৌও
পোম্বী চেক্লাদা রাথংবা কবিবু হাইশিবা
তমগী পামেল ঙকচাওবা শিঙেনগী পাউহোম
রাত্নবু করিব খুমশিবা
সে সে পায়জরবা সে সে লৌজরো শয়ানশিদা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — তাকপীও নবুংঙো নবেম্মা অনিবু ফিরোই ফিঙাম লৈহোংবা লোইববনিনা চানা থরুববু নিংশিংহৌশিকো — হোই নিশে নিশে ।।

খোইনৌও তুথরো নাওরা ঐখোয় থুল্লগে
ইপুক্লোই চংনিংলোই নকাইকা খোংথিল্লোই ।।
খোইনৌও মকেয়ে কবোক পোকুম মকারাম
হংগম্নবা লিও লিও = হংদনগু লৌও লৌও ।।
লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা তাকপীও

লংইয়ামশিংনা খোইনৌ ইবেম্মা অচা অথক লৈঙম্নদো য়োম্বাকপীরো খোয়য়ুম অপিচা ঐখোয়বু ফংজরগে অতুগা লাইয়ামশা নখোয় ঐখোয়গু নং ঐগী ইমাং নমাংদা লৈতম্না পিবা

অত্থা অতুদা চানশি, অমসা অমতা লামশিল্লিশিকো পাউশানতুনা চাগনবগী অঙ্গইদো—তাইয়ে তাইয়ে ।।

লাইরেম্বীনা লৈয়েল্লকপা অচা অথক্লা য়াম্মনবনা লাইয়াম্মা হংনৈদো পুরক্লীববু কচিল্লা রাক্নিদো—হংডিং হংঙ্গি ।।

ইঙ্গেমনা হায়দো, হংজবগু পংলৌদ লৌশিন্দুনা নপুক ইপুক লৈথম্নবা পংচা মচাশি হাইদো —হাই হাই ।।

লাইয়াম্মা হায়দো থবদং চাবদা হাওমনখিবনা চানিংলক্লে ময়েক মহাওনা লেথোক্লে কবোক পোক্নুম মথল মথাবু, শাথোক্লা পিক্ত পীথকপসিদা চাবা ঙম্বা মথৈবু চাঙমতুনা থোইদোক হেন্দোক্লা খোইনৌও চারা থকপা নিংদরে হাইনৈদো—হায়নৈ হায়নৈ ।।

অশুম মুংঙাইনতুনা পাথংবা কোঙগুথোকপনা মরুগী সনা তাংবল খুদাবু তানফংনা লৈফম-তুনা লৈবাক য়ায়েন থৌপুরেদো—পুরে পুবে ।।

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাইশা—তাকপিশে ।।

লাইমিংথোইনা থবাই পিচা অপকমামা লৈপুবা লৈফমদা তেংবানবগী মপা মশকপু লৈ-তাকপীরম্মগা লৈফম অসিদগী লৈহন্থরকুনা লৈচিন্না লৈবা লৈফমদা লাক্লে—লাক্লে লাক্লে ।।

২। লৈচিনগী লাইমিংবু (উংলৈচিনপুমলেল লিক্লাপুন ইঘোম্বী) কৌইদো—হোই মানে মানে ।।

লৈফম অসিদা লৈযম্বা লাইদি (খোংজারেল) কৌইদো—হোই কৌএ ।।

ইঙা, ইংঙেল থাজা শাবা নোংবু চুহল্লিবা, অখাক অবাও, লেন তাংহল্লিবা, উন তাহ-ল্লিবা, উ রা, লৈ-লৈ, নাপী শীংবীবু অনৌ য়েম্লিং হুলহল্লিবা, চুমথাং খালহল্লিবা, নোংথাং কুপহল্লিবা লৈফম অসিদগীনিদা- মানি মানি ।

৩। লৈফম অসিগী মনাক্তা লৈবদি চীংচাইবী থরাই পিচানিদো—মানে মানে ।।

৪। লৈফম অসিদা লৈউম্বা পুম্বগা পাউশানতুনা লৈথংদববু লৈথংনবা পাউতাক পীরম্মগা অমুক থানা লৈবা লৈফম তাম্না হাইগনল্লদো—লৈহম্না কাখংলাম্ম কারক্লে ।।

লৈফম অসিদা লৈবা লাইগী মর্মিংদি (কাইবেল লৈসনা ভাংগ্রুবা) কৌইদো—হোই হোই ।।

খোয়যুম অসিগী মমাংদা থানা লৈংনি, থাগী লাইমিংবু (উঁম লৈনিং ঙানবা লৈশং লৈপিনা) কৌইদো—কৌএ কৌএ ।।

থাবু ইরু মাইতাখিবদি (চবোং রাইরেং) কৌবনিদো - মানে মানে ।

মশক অসিনা থাবু শেংদোকপিবা ইরুবীবনি—মানে মানে ।।

৫। লাইমিংথোইনা লৈচংলকপবু লৈঙাল্লিবা খোয়যুমশংনা উঙমতুনা (লৈমুরেলবু) লাইমিং-থোইগী থুরা ওইনা লৈঙম্না লৈথানবা খেবনৌ পাউশাববু য়াংবা তৌনা পাউশানিকো -পাউখাংশ

কৌথেগ্বী কৌথেগ্বী কৌনা মন্তোম হায়রকে কৌ কৌ ।।

লাইমিংথোইমা লৈমুরেম্নগী ময়ম্বা য়াম্মদা লৈছম্বা লাইশিংনা চংজর্না লৈনিবা লাইরেংবা বগী হৌনফম মউমপানগী লৈখোংবু তাকপীহুনা খংহনল্লিদো—খংহল্লিয় রাজংবা হাইবর্না।।

লৈমুরেম্না পুবা লৈফমদা লৈবা খোয়য়ুমদি অমনা তরং খোটপ্পুচা কৌঐ—কৌঐ কৌঐ ।।

অমদি লৈমুং হিংপোকপী, অমনা লৈকক লৈয়াম্বেন, অমদি হিংমৈমা মরি অসিনিদো—মানে মানে ।।

৬। লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীশে ।।

লাইমিংথোই সনা লেম্বদো লৈফম অসিদগী মুমিংনা পুবা লৈফম্থু তাল্লক্লেদো—হোই হোই ।।

মুমিংকী মমিংবু (কোরৌহনবা—মালেম অঙানবা) কৌইদো, মমাক্তা খোয়য়ুমমুংমাংজেন অপোকপা কৌবা লৈদো—মানে মানে ।। লাইমিং অমমা (তরং ঙাং ঙাং ঙাং মিংতরেং) কৌইদো—তাকপীও তাকপীও ।।

মমাংদা থবাইপিচা শজ্রিকলৈদো, শজিকপু ইরুবিরা শেংবিবদি খোয়য়ুম শিনশু ঙাংশু কৌবীনিদো—মানি মানি ।।

লাইমিংথোই অশিবা শনা মহিরেম্না রাহংঙি তেংবানবা অসিদা লৈঙম্লিবা অচৎপা চম্বা খোয়য়ুমনচিংবা অসিবু লৈফম কদাইদগী লাকপা মপা মপুনা কনানো হংলেদো—হায়বিও হায়বিও ।।

খোযয়মশিংনা রাক্তোম্লিদো লাইমিংথোই শনাকেন পরম অহুবু খোয়য়ুম ঐখোয়নবু খঙবরা, পরম অহুদি অথংবা লাইমিংথোইনা খঙবনি লৈফম অসিবু লাইমিংথোইনা লৈচংবিরকপর্দি থৌরম্বু কুবিগে লেংশিল্লকপবু নত্তবরা কুবিও নংথোজাল হায়দো—হোয় কুবিও হাই ।।

খোয়য়ুম লৈছম্বা পুম্বদা লাইমিংথোইনা কুপিনোংবম্বীহুনা মুংঙাইংরম্মগা লৈফম অশিদগী (তিনবাও রম্না) পুবা লৈফমদা কুম্রক্লদো—হোই হোই ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা - হায়বিও ।।

তিনকাওরেম্না পুবা লৈফম অসিদা লৈবা খোয়য়ুম লুচিংবা লাইদি লৈগক্রেন লৈশৌবানে, গিনবীনে, কামারাবীনে, যাইরৈমন্নে, খাবিলুকোক চম্নুনে লাই মঙা অসিনিদো—মানে মানে ।।

লাই ৫ না তাম্নহুনা তিনবাওরেনবু লাইমিংথোইগী খুদা ওইনবা থেমথোকুনা খুদা ফম্বীবু লৈশা হনখিবা রাবু য়া য়া তৌনা নঙ ঐবু পাউশানা খুদাবু শেমহুনা থাশিকো—থাশে য়া য়া তৌনা ।।

হোইরৌ হোয়া হোয়াসো

হোয়াসো হিংসো হিংসো হে হুপ হে

য়া হোইয়া য়ায়া য়ায়ায়, য়াহোইয়া

তিগাওরম্না চকঙান চনিং শারঙম শারেদো—শারে শারে ।।

মতুদা তিনকাওরেন্না শাখিবদি লিরোল খোইরোম্নখিবদি লিথুপ খোইথুপ শুনা পরৈ লোং-প্রে, পংফকশা, থাংজেং ককশা লৈশানা থাদুনা লাইমিংথোইনা লৈফমতুনা খোয়ম্নশিংদা কুবি নোংদম্মিদো—হোই নোংদম্মি ॥

লাইমিংথৌ লাইরেম্বী মঙাইশা—হায়বিশে হায়বিশে ॥

লৈপুংথাবগী তিনসং তিনপুকথে ( তাক তবংবা চিকিং সনা য়েং তয়ংবা ) কোইদো—কোএ কোএ ॥

লৈফম অসিদা লৈঙাক লৈফম্না লাইদি নোংচুপ্তা চকমরিবা, মথাদা তাংমরিবা নোংপোক্তা মুংমরিংবা, অরাংদা পামরিবা লিক্লমদা তুমহাবা, মিংলমদা তুমরিবা, মৈবমদা মাপ্তিবা, লাইজিদা হায়শোম্বা, পুম্নমক্কী ময়াইদা লাইমিংথোই সনারেন্না সনা ফম্বাল্লাংদুনা থংহনবিদো—হোই থংহনবি ॥

লৈফম অসিদগী হনঙম্নগে হায়দুনা লৈকোই খোংশানবদা লৈহৌখিবা লৈফমদা হঞ্জিনখিদুনা লৈই অমবু লৈহাপ লৈচিংলগা চৈশিংবু থিবদা লৈই ৭ লৈশুরেদো—শুরে শুরে ॥

লাইমিংথোই হায়দো লৈফম অসিদো খোহৌবশু থোবোইবশু অসিদা ওইবেদনা অদুদি লুতুংশু লৈফম অসিবু লৈথংনবা লৈফম অসিগী মমিংদি ( হৌ কংলৈ রাহৌ রাবোই লাংদাইপুং ) লৈহল্লগে নোংদমলেদো—হোই রাহৌ রাবোই লাংদাইপুং কোরে ।

লাইমিংথোই সনালেন অম্বিবনা লৈকোইবা লোইদুনা লৈহল্লকপদা মশানৌ কোঞ্জন্তু থোকপনা থোঙম থোপুনরম্ববু উবদা মপুক তাথি নাংইনবা ওইঙমদুনা লুতুঙ্গী থোয়েংনা মনাংবু রাবক থোকাওনগে লৈচংলকপদা থোকঙমখিবা থোবম্ব যায়া তৌনা তমজনা হবাও তয়াম্নশিকো—হোই তয়ামশি ॥

রাহৌ বারোই লাংদাই পুংদগী বংলৈম্না থম্বানবু তম্না অতিয়া মরু শিদবা পুরুম লৈপ ই-নবাগ থোদা নোংদম্বু থোপুনা লৈরোল ৭ পু লৈথুংনা পাউশানজরে নফম্নাংদা লৈশুন পাউদমজরগে মপুক লুম্নাং লৈথানা লৈচংলকপদা মকদি লৈফম্নমদ্রে ; কোঞ্জন্তু থোকপনা লৈফম্নমদুনা লৈববু উঙম্নে—হোয় উঙম্নে ॥

ইস কবিনো তৌঙম্নিবা অসিদা ঐগী ইনাও অসিদি মানা নিংবা মিংবতা তৌঙম্মিদা, মরুগী খুদাদবু লৈফম্বা হৌনবরা লুতুংদা নামুং চংলম ওইনবা চংলম্ব থোহোইদা মশি রাবক থোকাওন-হৌদ্রবদি লুতুংচংলমদা লৈমাংনবা তাঙম্নে হাইদুদা স্না মিংয়েংবু থানা শাংথনা খোংকাপ কঞ্জাও হুম্না লৈচংলক্লেদো—চংলক্লে চংলক্লে ॥

লাইমিংথোইনা কঞ্জাও হুম্না লৈচংলকপবু পাথংবনা উঙমদুনা সনা যম্বান্দগী চোংথদুনা চেনগে তৌঙম্মিদো—হোই চেনগে তৌরো ॥

পাথংবা কোঞ্জন্তু থোকপনা বিদুনা চেনগে তৌববু ইবেম্মা মৈতৈ লৈমারেল সনা খোংনাং লৈমগী সনা যেগন লাংঙবী ( লাইরৈমা পুকশিখোম্বী, লাইলৈমা অঙাইবী, লাইরৈমা থারৈমা,

লাইরৈমা থোংঙাইবী, লাইরৈমা থিংবা লোইখোম্বী, লাইরেম্বী ( কোংটাং লৈমা, লাইরেম্বী মুচেং লৈমা, লাইরেম্বী চিংচরোইবী ) লাইরেম্বী ৮ না খুজেং পালোই কোইশিন্দুনা পাখংবগা মনা খোংনাং লৈবগবু মরাইদা লৈথম্লগা "চেনগন্নু ইবুংঙো ইবেম্মা ঐখোয় ৮-না লৈত্তাক লৈকমগনি পাউশানা কোইশিন্না লৈথম্লগা লাইরেম্বী ৮ না লৌখাম পাউশাখিববু ওমজনা পাউশাশিকো— হোই শাশে ।।

কৈ য়েন শান্নবা :—

মোংফলাইনা য়েনখোংতম্লে, কৌব্রুনা কৈখোংতম্লে—লাইমিংথোই শাম্লে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হায়বিশে ।।

লাইমিংথোইবু কঙাওরক্লে লাইরেম্বী ৮ না য়েনখোং তম্লে—তম্লে ।।

কে ক্রে কে মো মো
য়াঙ্গোই শম্বা শ্যাও শ্যাও
তোকপগা কম্বগা, কৈগা য়েমগা চাইনবা
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো
লাইগী য়েন্নি চাফদে.
নোংদম্না মউ থাবনি,
চারি পান্দোং লিংবনি,
সে সে রাইনৌশে শর লাংমৈ রাইনৌশে
পাত্তগী থরোগা ইংখোন্দগী সনাগা
রাইনৌশে রাইনৌশে শর লাংমৈ রাইনৌশে ।।
কে ক্রে কে মো মো
য়াঙ্গোই শম্বা শ্যাও শ্যাও
শাবন লমথাকশ কোইনা লমরেংবা
শর লান্না রাইনৌশে শে শে রাইনৌশে
রাইনৌ তেক্তা অমুনহৈ শেমজবমা চানবা হৈ সে সে চাজরো
হো ইপু মেক্রোকপা নঙনা য়াঙ্গে য়াংঙুবা
অরিবনা শোইদোক্লে অনৌবনা শোইজল্লে ।।
কে ক্রে কে মো মো য়াঙ্গোই শম্বা শ্যাও শ্যাও য়া হোই য়া ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হায়শে হায়শে ।।

পাউশা লিরোনবু তাবদা লাইমিংথোইবু কঙাও লৈহেল্লেদো—হেল্লে হেল্লে ।।

লাইমিংথোইনা য়্রায়দো ঐনা ইনাওবু লমকেং লমচেলনমল্লে হায়রগী হারক থৌকাংনগে তৌববু নখোয় পীগী নমাক্তা ঐবু চংলম্লোই হাইদুনা নখোইনা ইনাওবু কোইশিন্দুনা .লৈথম্ববু হৌনত্রা ইনাওবু নামুং চৎলম থৌপুহনবদি নখোয়না ওইরে হাইদুনা খোইশাওদুনা লৈফম অসিদগী চোংথ্রে হাই—চোংথ্রে চোংথ্রে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই—তাকপীশে ॥

লাইমিংথোইবু কপ্পাও লৈদুনখিবনা থোইনা য়ামখিবনা মখোং নাম্মনা থাং হিং ঙাংঙোই চীংদা নেং, মখোং নাম্মনা লোংথৌ পাংনা থাজত্তুনা লৈবাক মথক মখা ওল্লোক্লা লৈথম্লগা নৌছৌনা অমুক লৈথম্মবা লৈশেমগৎকে রাথম্মদুনা মহাক্তগী ( চুনি ) নিপান শাফোংদুনা মহাকা থানা চুনি ৯ লেপ্তুনা লৈপাকপু খা পাংনা চেপথারক্লে—চেপ্লে চেপ্লে ॥

লাইমিংথোইগী তৌঙমদববু উবদা লাইরেম্বী নিপানবু লৈকনগনি লৈয়ম্বদগী কাইদুনা চেল্লে—চেল্লে চেল্লে ॥

পাখংবনা রাখল্লে মাবু রাতাম্লঙমদে নফম্মাংদা হাইজ লৈপাইদে খোইশাওরেদনা অদুদি ঐদি মনাওনি ঐনা হারজফম থোকই হায়দুনা মুংগেং পাং ময়াদা শাথোক্তুনা লৈপাই রাহো-মৈদো হায়জেয়ে হায়জেয়ে ॥

হায়জা রাবু তারগা লাইমিংথোইবু মপুক মুংঙোল্লি, মতৌ মঙং উরগা খোইশাংই—মুংশি মুংঙোম্লা খোইশাওই ॥

লাইমিংথোইনা হায়, নরাহৈদি নিংথি চংখোল্লি অদুগা তৌথোক্লক্লিবদি ঐবু কংয়েম্বশাই নমিং নাম্মা উইশিল্লগা নখোং থাঙ্গৎতুনা ইতৌ ইওংবু লৈতম্বা শারিরোই নতৌবু ( কোং কোম্ভ খুরাই তাংবা শোংবু চিরাই কাংদুনা ) থঙ্গনি হাইদুনা থুমা য়াংনা লৈবাক মথক মখা ওল্লবা থৌপুনরক্লেদো—হোই মথক মখা ওন্দোবাক্ল ॥

ময়াম্বগী ১৬স্থু লৌথাম্বা ঙমদদুনা পাখংবনা মরুবু থাকৌ থাগোম্লদুনা লৈকনবিও হাইজনা কৌঙমকপদা অতিয়া মরুনা বদৌরবানা য়েংবদা লৈবাকপু মাঙ্গদৌববু উবদা লৈবাকপু লৈকনগে হাইবগী থাংলেন মখুৎশুবু পায়দুনা লাংদুনা চোংথোরক্লে. মরুগী খোঞ্জেলবু তাবদা শাথোকপা চুনি ৮ দি চেনখিদুনা মাইগৈ ঙাকপা থোয়য়ুম ৮ দা তিলুথানা লোংথ্রেদো—লোংথ্রে লোংথ্রে ॥

মরুগী থাংলেন মখুৎশু ( পিত্তাথাং শেংকুপ মিরাং থাংনা ) লৈঙম্বা মশকপু লৈতম্না অমুক্তং হাইবদা থাংকক ৭ থোক্লেদো—থোক্লে থোক্লে ॥

মতুপ ৭না মালেমদা থাদরম্মগা মকোকলেন্দী লোংথৌ পাংনা কথিদুনা থাজবু খুদা থানা লৈফমদুনা লৈথ্রেদো—লৈথ্রে লৈথ্রে ॥

হাইস মশিদি করি কনানো ঐগী থাংনা ফংগ্রবদা হিংদুনা লৈকা লৈফম্না লৈবা অসিদো রাখল্লি — খল্লি খল্লি ॥

হিঃ অশিবদি পাল্লি লাইমিংথোক সন্না লেম্বা ’ইচানিনা, ঐদি কমদৌনি, থৌরমদি থৌ-হৌবদা মঙাইরি থৌঙম থৌপ্পুনবদি মহাক্কি, ঐহাক্তি থৌঙম্নবতা থৌশিনবনি নোংদম্বদি ময়া-থংবু থৌপুনা কমদৌশিবা রাখক্লেদো — হোই খক্লে খক্লে ॥

পাল্লি ইচাবু থেমনৌনা থেমথোকহৌদবা য়াদে লৈফম অশিদা থেমনৌবগী য়াঙম্লরোই অচিক-পা লৈফমদা থেমনৌনা কৌঙমহৌত্রবদি ইাইহুনা কনাবু থংহন উহল্লম্বা তৌদনা মপুক লুম্লাং লৈথম্না খা পাংনা লৈকুম্লক্লেদো — হোই কুম্লে কুম্লে ॥

মরুনা চংথিববু পাথংবনা উহুনা নাকোইননা চথখিহুনা অমুক মমাই ঔক্লাং পাংনা হাই-গংলক্তুনা মরুগী শমু মাংদা থত্তুনা মরুবু লৌথাম্লয়োদা. লৈফম্বু (াশমু লৌথামফম )কৌরেদো — হোই কৌরে কৌরে ॥

পাথংববু মাগী কান্নবা য়াইফনবগী মরমদা হাইজ থোংচবা রাহোম লোনহাইনবা হৈ-ঙম্মি হাহহুনা মরুনা পাথংববু ( চিরোন চিলহাইবা ) মিংহুনন্দুনা ( শমু লৌথামফমদা ) লৌ-থামহুনা লৈথম্লম্মগা মরুনা খা পাংনা অমুক কুমথারক্লেদো — হোই কুমথারক্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই — তাকপীশে তাকপীশে ॥

লৈশিরেন লৈপুনবী তেংবানবগী মমা ওইবীনা অতিয়া মরু শিদববু লৈয়েংবদা কংলৈ সনা পুংদা মরুবু লৈরমদবদা করি কদাইদবু চংঙমথিবনো হাইনা মপুক লুম্লাং থানা কোইনা লৈ-থিনরক্লেদো — হোই হোই লৈয়েংলক্লে ॥

মাইগৈ মরি শুংদাই মরি কারন লাক্লা লৈয়েং লৈথিরকপদা খা মাইগৈদা মরুনা মপারি পাথংববু লৌথাম্না লৈথম্লমগা মরুনা অমুক খা পাংনা চথখিববু উঙম্লক্তুনা তেংবানবগী মমা লৈশিরেলনা মরুবু লৌথামগে হাইবগী তাল্লক্লেদো — তাম্বরক্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই - হাইবিও

অতিয়া মরুশিদবনা লৈশিরেম্না লৈকুম্লকপবু লৈথংহুনা থংহল উহল্লোই লৈথন্দুনা পামেন উজাও অমগী মনাক্তা লৈচংলগা উদনবা নাথৈহুনা চংথ্রেদো — চংথ্রে চংথ্রে ॥

লৈশিরেম্না হাইদো হৌজিক্তা উরম্ববু পামেল অশিগী মনাক্তা লৈচংথ্রগা নাথৈহুনা চংথ্রে হাইঙম্না রাহোম্লিরেদো অহুমুঙ্গীদমক্তা পামেন অহুগী মমিং ( থৈথোং ) কৌনৈদো—কৌএ কৌএ ॥

অতিয়া মরু শিদবনা শহু য়াঙ্গেন মরক্তা উদনবা কন্না নায়োত্তুনা লৈঙমথ্রে—লৈথ্রে লৈথ্রে ॥

লৈশিরেননা লোং কোয়্রৌ অমবু লৈচুপনা লৈথিবদা তানফংক্তহুনা পামেন অমগী মনাক্তা চংহুনা অরা পোত্থাহুনা লৈদো — লৈয়ে লৈয়ে ॥

অহুমুঙ্গীদমক্তা পামেনগী মমিংবু ( নোংনাং কোয়্রী ) মিংহুল্লিদো — হোই মিংহুল্লি ॥

মরুবু লমদম তাম্না শাংথা মিৎয়েংনা য়েংঙম্না লৈখিবদি উঙমদরগা তাংজলুক্না রাখনবদ

শাক্লেম অহূগী মথোংবা (কাওয়েম 'থঙ') মুকনবুম কুন্দুনা লৈরক্নে — হোই লৈরক্নে ॥

মরুবু তানকংবদা লৈশিরেম্না মপুক হরাও জারজতুনা লৈশি লৈথোক্নবা থমোইরানা খাং-লি ওইনা পাউশানতুনা মরুগী মথোং অনিবু লৈফানা হাইজেদো — হাইজে হাইজে ॥

লৈশিরেমগী শাওহোম মা তাবদা শাওশি কদাই শাওওমদা মরু অনিনা কেনা নৌনা পাউ-সোইনতুনা তিলু কম্বাম্রের অহূমুগীবু তিলু লৈকদ্বা লৈফম্ব (কেহ লমহাং) ঝিংহল্লিদো — হোই হোই ॥

লৈশিরেমগা মরুগা অনিমা তিলু লৈফদ্বা লাইরেকপু (রু) কৌবা লাইয়েক থাবানিদো — খানি মানি ॥

লৈশিরেম্না পাউহংবদা মরুনা হাইদো তাংওম্নবা নপাম্বি চরৈহন লাইমিংথোই সনালেম্মি হাইববু লৈথংহৌদতুনা লৈথাক লৈকম্নবা থৌপুবদা তাংওম্নবা ইচাবু ঐগী থুংগু থাংনা থাংকক ৭ থোক্লা ককথংথরে মকোকলেন্দী নোংথৌদা থাজগা তিলু ফম্বাম্না লৈডমথরে নচাবু থেমনৌগে হাইবগী লমলেন লৈকম অচিকপা লৈথিবমি হাইদো — হাই হাই ॥

লৈশিরেম্না অতূদি মরু ম্না পুক্লিং বাবিগম্বু পারি লাইমিথোই সনাহল তাংওম্নবা নচাবু মমা ঐনা থাকৌরবদি লৈহল্লকনি শোইদনা পাউশাতুনা মচাবু থাকৌবা লৈফম্বু (তাংপাং) হাইনা মিংহল্লিদো — হোই নিংহনথি ॥

পলেমগী পাউশা থাকৌরকপবু তাবদা লাইনিংথোইনা ইমা নচাবু থোকওম্বদি থোক্লিংঙি পলেমগী থোম্লাংবু থকচববু তানফংজনিংঙি মতূবু ইন্দক্কী ফালম অসিদদি তামফংলম্নঃরাই লুতুংদা তাইবং মপোক ওইনা পোক্লগা তানফংজবদো কুথিং, ঐনা লৈবুম্নরগা মরুগী নিংবা কাইওম্ননি থোকওম্নরোই” রাথুম্মিদো — হোই থুম্মি ॥

মরুনা রাহৌম্মি পারি নপা ঐগী নীংববু কাইবা থোইমা লৈতেনা ঐদি হাইওথিববু থৌওম থৌবুবতনি মনাওনা পাউদম হানবনা শিবনি কংলে ম্না ফম্বালবু রাথুম্মিদো — থুমশে থুমশে ॥

লাইমিংথোইনা রাহংঙি ইশানৌদি থৌহৌবদা য়াওমদতুনা লৈবনি কমদৌনা হানওম্মীবা রা-হোম্মি — হোম্মি হোম্মি ॥

মরুনা হাইদো, “পারি ইচাদি থংদবশিংবু লৈথংহনগে হাইবগী পাউশা লৈকোইবনিদো, মতিক মঙাল লৈহকপনিদো, নশাদৌদি লৈথংনবা পাউশাজবা ওইনা নমা লৈশিরেন্দা পাউ-হোম্বদা নমা লৈশিরেম্না লৈতাকপীবদগী ননাওবু লৈথংজতুনা নপাদা পাউদমজররে কুম্নাম ৭ পু পাউশানা লৈতাক্লরবদা নপা ঐমও হৈরু মেরুবা অনিবু নমাওদা লৈহাম্লীহনা কংলৈ ম্না ফম্বাল কম্বিবু মকম্নাংদা লৈশিনবনি” রাথুমলেদো — থুম্মি থুম্মি ॥

মরুগী নোংদম থৌপুনা লাইমিংথোই খাবনা মথুং য়েংলোমদা ( টা খাংগুবা ) পায়দুনা ওইরোনদা ( চুংলেন চিনাইবা ) পায়দুনা মরুগী মাংদা ( লৈচাও থুক্লাও খোংলম্বু ) লৈচোংলক্লে চোংলে চোংলে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা লাইমিংথোই খাবনা খাংগু টাবু থাঙত্তুনা "ঔ" লাওনা খোংলম চোংনা চোংশিল্লত্তুনা মরু অনিবু তাংজা লুকা পুরুম লৈপাইংখ্রে হাই—পুরুমলে লৈপাইরে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা লৈকব অতুদগী য়েংকি খোংনা হায়দোত্তুনা অহুম্নক হোত্তুনা তাথরে হাই—তথাবে তাখবে ।।

অমুক য়েংকী খোংনা অহুমলক থীন্দুনা য়েংকা খোংনা অহুম্নক হোংলে হাই—হোংলে হোংলে ।।

অমুক ওইগী খোংনা অহুম্নক থীল্লগা ওইগী খোং তাদুনা অহুম্নক অমুক হোংলে—হোংলে হোংলে ।।

য়েং থংবা খোংনা শেংলে—শেংলে শেংলে ।।

ওইংগু অমুক শেংলে শেংলে শেংলে ।।

মাইগৈ মবিব চোংত্তুনা লান য়েংলে হাই—য়েংলে য়েংলে ।।

য়েংথংবা খোংনা অহুম্নক থীন্দুনা শা থংপা শাবগা খোং থিন্দুনা শাদা টাখিন অমিবক থিনবা শারে শারে শারে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হাইনিশে তাকপীশে ।।

লাইমিংথোই খাবনা খোংলম অমিবু লৈপাংপা লৈহেনবা তৌদনা মাইগৈ মরিদা ( লৈশা খৌশাবে ) শারে শারে ।।

খোং হোংদনা ওয়াই তম্না অহুম্নক চেনশিল্লত্তুনা তাবে—তাবে তাবে ।।

য়েংথংবা খোংনা থাঙত্তুনা অহুম্নকথিল্লে—থিল্লে থিল্লে ।।

ওই থংবা খোংনগু থাঙত্তুনা অহুম্নক থিল্লগা খাংগু টাবু নাবন্দা য়েংদুনা মরু অনিবু লৈপাইনা থোবোইরবে চোই চোইরে ।।

লাইমিংথোইগী খোংলম্বু উবদা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কি খোয়যুম লৈঙম্বা মখৈবু লৈকাবক্তুনা ( লাই খুন্দিন লৈকা লৈফম্বা ) থৌতোক্তনা লাইমিংথোইবু খোয়যুম পুম্বগী পিবা লুচিংরায়েনবা লৈশিন্নবে মরু অনিনা—শিন্নবে শিন্নবে ।।

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাইশা রাঙ্গোই খোয়যুম কংলৈদা লাইমিংথোইনা খোয়যুম লুচিংবা ওইদুনা ( লাইখুন্দিন ফম্বাল লাংবা ) মুমিং থাজদি কুমজাগী অয়োইবা থাজা ( লমদগী তরামঙানি পানবা ) নোং কোয়ৌ নোংমাইজিং মুমিংনিদো থংজো—হোয় হোয় ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—হায়বিশে ॥

লাইমিংথোই সনালেম্বা থোয়যুম খুন্দিম্না লৈফম্নববু ম্নামিংথেংবু কোইনা তাঙম্নকপদা মশানৌ কোন্দে তনৌববু ম্নাউঙম্বা উদবদা থোবযুম পুম্বদি লৈকা ফম্বাল লাংখিরয়ে লুচিং কম্বে তানফংবা ইশানৌবু উঙমদে কদৌনঙম হৌখিবা হংলক্লেদো—হোয় হোয় ॥

মরুনা হায়এ পাম্নি সনাহল নশানৌদি লাক্তি লাকঙমজরগা নয়াথংবু তানফংদবনা অকি তুজুংলাংহুনা লম্মথাংদা লৈঙম্লে অহুবু পাম্নি নংনা হায়দো—হোয় হোয় ॥

মকপী নোংদম তাবদা লাইমিংথোইনা মনাওবু থাকৌয়ক্লে, "শানৌ নংবু লম্মথাংদা কদৌরিবা নথাম্বা ঐদি লৈফম অসিদা লৈঙম্লে, নঙ্গীদমক লৈতম্না ফমলেন লুচিংবা যম্বাম্নবা লৈতম্না লৈথাক্লে নঙ্গীদমক ঙাক্তুনি লাও-ও লৈফয়ো" থাকৌনা মনাওবু (শমু লোথাম ফমদগী) কৌশিন্দুনা লৈফমহল্লিদো—হোয় ফয়ে ফ'য় ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীশে তাকপীশে ॥

অত্তিয়া মক শিদবনা (ব্রাঙ্গোই কংলৈ লাই কংলাবু) ম্না ফম্বাল লাংঙম্না থোয়যুম লৈঙম্বা পুম্ববু কুপি থৌদা নোংদম্না মুংঙাইনহুনা লৈঙম্নগা মপাম্নি অহল লাইমিংথোই (সনালেম্বী) মফম্নাংদা লৈশিন্নহুনা থোয়যুম পুম্বগী ব্রারেন থৌদাবু লৈশিন্নরেদো—হোয় লৈশিন্দুনা লাইমিং-থোইনা লৈফয়ে ॥

লাইমিংথোইনা থোয়যুম লাইথুন্দিন বংলৈ সনা যম্বান্দা লৈফম্নবদা মরুনা হায়দো- হোয় হাইবিশে ॥

পাম্নি লাইমিংথোই হৌ লম্নাহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনবু নপা ঐনা নশানৌ কোঙ্গন্তু থোক-পদা ননাওগী মিংলেনবু (পাবু খংবা) মিংহনগা লোইনহুনা পিবদি পিঙনখবে অহুবু লৈফম অসিগী মচমদি ননাওদি লৈখংবত্তু নাত্তে; অহুবু পাম্নি ইচানা থোঙ্গা লৈংহুনা লৈথংননা কুনিবংবদি লৈফম অসিবু লুত্তংদা লৈখংনহৌবনিদা হায়দো—হায় হায় ॥

মরুগী পাওশা শাবদা পাথংবনা ময়াম্বা লাইমিংথোইদা হাইজ থৌনিদো- হোয় হায়জা থৌনি ॥

মনাওগী চংজ হাইজ খাং লাইমিংথোইনা থৌয়াম্নিহুনা (ব্রাঙ্গোই লাই কংলৈদগী) হৌ লম্নাহনবা কংলৈসনা পুংমাইয়োন্দা থোঙ লৈচংনবা থৌরাংলেদো- লাংলে লাংলে ॥

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাই—হায়বিশে ॥

থোয়যুম মরিনা লাই কংলৈদগী কংলৈসনা পুংমাইয়োনবু লৈকাবদা থৌখন লৈচংবদি লৈন্নুং খুং খুং অচিবনা মথুংত্তু খুংবু থোংনা থৌগল্লিদো—হোয় থৌখল্লি ॥

পোইরৈ মোইরেং চাম্বনা মথুংত্তু পেনা থৌগল্লিদো—মানে মানে ॥

ইরাংথেন পুংমিন্নবনা মখুৎস্তু পুংলোন অনিবু মরেংদা য়াম্না কৈন্থনা খোংয়ুম পুম্বনা তুংইন থৌথম্না লৈকারক্লেদো—কারক্লে কারক্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মমাই—হায়বিও ॥

খোয়য়ুম পুম্বগা লোইননা হৌ কংলৈদা লৈফম্লবদা লাইমিংথোইনা কংলৈসনা পুংমাইয়োনবগী মত্নুং অকোইবদা লৈগদবা থুবম ১০৮ লুভুংদা লাকদবা লুমাংদা লৈথল্লম্ববু পরম থায়মা মশানৌ পাথংবদা পাউদাক লৈত্তাক্লবিরেদো—তাকপীরে তাকপীরে ॥

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মঙাই—হায়বিশে হাইবিশে ॥

খুবম লৈগদববু লৈতাকপীবা লোইরবদা লাইমিংথোইনা হায়দা "ইশানৌ পাথংবা মহাক্কী নক্তাক ওইবা থৌহু মুংপাক অমা শাথোক্লৌ, য়াম্বস্তু অমা শাথোক্কে" পাউশানহুনা থৌহু অনিবু মুংকেং পাংকি শম্বোংদা থাবাংননা য়ুংহনা থম্লে—থম্লে থম্লে ॥

লাইমিংথোইনা নোংদাম্লে, "ইশানৌ হৌ কংলৈ লম্মাক্তম। লৈবাক অসিগী রায়েন লিচুম্বু নোংদম লৈথংনরক্লবদা থৌহু অমি অসিগী মরক্তা লৈচং লৈফম্লেন্দুনা অচুম অরান রায়েনশি, অরানবা মশকপু থৌহু অসিন্না চপনা লোথাম্বা ওইহনশি, অচুম্বা মশকপুদি লৈংবা রায়েন নোংদমহনশি" হায়রম্মা লৈথক্লে—থম্লে থম্লে ॥

লৈফমু (রায়েন লিচুম লৈচপ নোংথাইপুং) লৈহুম্না লৈথম্লগা কংলৈ সনা পুংদা লৈচং-লত্তুনা অমুক লৈতাকপীদো তাকপীও তাকপীও ॥

লৈফম অশিদো লৈথোন লৈশেম্বা মকুগী সনা হকচাং লৈফম ১১ লাইয়েক ৪৭ নিদো—হোয় হাইবিও ॥

খোজেংনা উন্দ্রানে, খোনা শনাথোংনি, মনা য়েং পাওশক ফম্নি, ওইনা নোংক্লমশংনি, মবৈনা লাংসংনি, নাকোন লম অনিনা খংলেন (অমনা লুকৌনি, অমনা লৌনি), হমা য়ুনজাও যুমকম্নি, মকোক কংলেম্মা ফম্মান্নি, মরৈ লৈলোম্মা কাংপোকপীনিদো—মানে মানে ।

অস নাবু পাউশানহনা মকুগী নাক্তা হনলাক্লেদো—হল্লক্ল হল্লক্লে ॥

লাইমিংথোই লাইবম্বী মঙাইশা—তাকপীশে ॥

মচা অমিগী মংৌ উবদা অমিযা শিদনা নোংদম্লক্লেদো তম্বীও তম্বীও ॥

পারি লাইমিংথোই য়েনখু যেনখাকয়াই থৌবম অসিব নপা ঐনা লুরঙ্গী লুম্নাংবু লৈথল-হৌদবনা পোকঙমখরে পারি নঙ্গী হক এলুপ হরেং অসিনা মালেম থক্তা তাহনা লৈঙম্নিবা অসিবু যেংওম্লহনা অশুম মবৈহল্লগদ্রা হাংহৌইদো—হৌশে হৌশে ॥

লাইমিংথোইনা নচাবু থৌঙম কবিব থৌপুমজো কুবিবনো হাকংঙি—হংঙি হংঙি ॥

মরুমা হাইদো পারি লাইমিংথোই ইচাগী হক লৈফম ৭ মাংলেমদা তাওম্বা অসিনা (নমু তাইবং শাথোকপা) হায়বা খোংলম অমবু থৌহৌনা মশক এলুপ শথাই লৈথম্লবা শাথোক্লো

মপোক খোংলম অমা অমুক খৌতৌরশি খোয়মুম মপোক ফালমগা মান্নহন্দনা হাইদো— হোই হোই শাখোকপীও ॥

লাইমিংথোইনা রাহংলে ( তাইবং ইপোক্লা বমদৌবা রাহংঙি— হংঙি হংঙি ॥

মরুনা রাথ্নম্ল পারি তাইবং ইপোত্তি শিবু তুংদা শুইডমশি পী·পা অনিনা যুংদিন খৌ-লিংনবদা নমুং তাইবং শাখোকপনা ) লৈহান শাদম্নখিশে নোংদম্লে—হোয় নোংদম্লে নোংদম্লে ॥

লাইমিংথোইনা নমুতাইবং হায়বা অসিবু করি কনাবু ভম্না শাখোকনভম্মু নোংদম্নিবা রাহংলে — হংলে হংলে ॥

মকনা হাইযে, 'নপা ঐগী হকপু অভানবগী মথম্না লৈয়বদা মালেমদা লৈতারিবা লোই-নবা—শেম্না ীগী মথবু তম্না পাবি ইচাগী হক মালেম থক্তা তাওম্নিববু লৈবেতুনা লৈফম খংনা ( নমু তাইবং ) তবেংপু শাখোক্লা নোংদম্না শারেদো—শারে শারে ॥

### ৫ নমু তাইবং শাখোকপা পাউশা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মচাইশা — কবি তায়বগে ?

নমু তাইবং শেমগংনবা লৈরেংশে — রেংশে রেংশে ॥

হৌজিক্তা লৈমিং লৈমেংপা লোইরবনিনা লৈতারশে — তাশে তাশে ॥

হকপু শেমগং শাগংনবা লৈরেং লৈনিংনা লৈতাবিবা মশক ৭ অসিদো লাইমিংথোই অশিবগী স্না হকচাংবু থাংকক ৭ থোরা ককপদা মালেমদা তাহুনা লৈহৌবা স্নাহক্কগী থাইথ-রবা মউ মচান্নিদা— মানি মানি ॥

হৌজিক্তি হকপু শেম্না শাগংপা মথং লেংনা থৌপুহুনা শাখোক্রবা রাবু হায়গেদো — হাশনিবো ॥

নোংদম্না ইবিকপু শাখোক্লদো — থোক্লে থোক্লে ॥

ইবিকগী শাংবাতনাইনা টিংবু শাখোক্লে, তাওরোইলাইগী লাইনিংবু টিনতরেং টিনতরেং কৌএ ॥ লাইয়েক লাইমিং অসিদি থংলবদি টিনগী লাইনাবু মাংবনিদো — হোই পুন্সিগী চিনহৌবোইএ ॥

তদগী লুবু শাখোক্রবা খোংযুম মাঙিংনা থৌপুনা লুবু শাখোক্লে, লু শাবগী লাই-মিংবু ( চিনকাপ হৌটাতো ) কৌবনি ।

লাইমিং অসিদো শিরমদাইদা নিংশিংবদা হম্লহনবনিদো হম্লাহল্লি হম্লাহল্লি ॥

লুদগী তোংবু শাখোক্রবা নোংপোক মকনা থৌপুইএ । লাইমিংবু এরং কৌএ ॥ তোং-শুম্না হৌনদদো হোই হৌনদে ॥

তোংদগী ঈ শাখোক্রবা লাইরেম্বী লৈশিরেন থুংলোংবীনা থৌপুইএ , লাইমিংবু ( চিরিও কাতু কাপ্ররা অরিয়া থুংনপ ) কৌবনি, ঈ লমহেন্দেদো — হোই ঈ থকএ ॥

ঈদগী কুবু শাথোক্লবা কোঙ্গলুথোকপনা থৌপুইদো লাইমিংবু (যেল্লেংতেংবা) কৌএ, নপুক লুম্নাং হৈশিংই নশক ওনবা ঙম্বনিদো — মানি মানি উন খুইদে ।।

কুদগী কুরাম শাথোক্লবা থাংজিং লাইনা থৌপুরে লাইমিংবু (য়োকঠাং রাই কোং টিং) কৌএ মিৎনহাবু চেন্দেদো — হোই মিৎ মঙাল শামদে ।।

কুরাম্বান্দদগী তুবু শাথোক্লবা অভিয়া মরু শিদবনা থৌপুই, লাইমিংবু (ওম ওমচিবিৎ ক্লিভি) কৌএ, মুমিৎশিঙ্গুম ৭ নি থাজা ১২ বু হাংদনা হাইজৌও শিগদবগুম্ভাকই, — হোই খংদবগু খংহল্লি ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইরোইশা — করি হায়বনো ?

হৌজিক্তি থৌরম্বু থৌশিনবা লোইরেদো — লোইরে লোইরে ।।

অতুদি হক হায়বা লাইয়েক ৩৬ না হক্কী মশকপু শেম্নশিকো — হোই হোই শেম্নশি ।।

## (লাবৈশাবা)

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মঙাইশা—হাও-ও ।।

মরুগী ম্না হকপু মিতমনা নমু ভাইবংগী হকপু মিতম্মশে তারো—তারে তারে ।।

কারোং (শ) লাইয়েকপু হাপলো হক্কী মথোকপু লেপ্লশে - কারোং (শ) হাপ্লে ।।

কারোং (শ) বু লৈথম্বা লৈফমদো (কাবন শুমদোনপান) খোইদৌ শনলাইরা কৌবা লৈফম্লি—মানি মানি ।।

খোইদৌ শনলাইরাবু লৈনাবিবা ফুমঙবু লৈনেৎ থোকপা য়াননা চুকশেম্নবী লাইয়েক্লাক লৈহাপ লৈথম্না চিরা ৪ বু লৈফা চুকথাশিদো—থাশি থাশি ।।

থক্তি চিরা ২ দি শেগা কৌবনি, লৈপু লৈফম্বা লাইয়েক্তি (চ) থোংফাকপনিদো মানি মানি ।।

মথোক্তগী মথা থানা চিরা ১ দি (কময়থোং কময়া) কৌবনি—কৌএ কৌএ ।।

নিংশাবু হাপশে খ্বাংলি (য) বু হাপ্লো—হাপ্লে হাপ্লে ।।

খোংলম ২ বু হাপবা কারোং (শ) বুময়াইদা হাপলো অমুশু লৈহন্না অমুশু লৈহন্না (শ) কারোংবু হাপ্লে ।।

লৈফমদি (কোংলৌ) কৌবনি—কৌএ, কৌএ ।।

ফৈবাক ফৈগনবু হাপশ (ট) ঙক্লৈবগা ধ—কিনাইবগা) লাইয়েক ২ বু পাইরো পায়রো পায়রে ।।

য়েৎলোমদা (ট) ঙক্লৈবা হাপ্লো—হাপ্লে ।।

ওইরোমদা (ধ) কিনাইবা হাপলো—হাপ্লে হাপ্লে ।।

খু খুবোম শেম্নশে—শেম্নে শেম্নে ॥

ক লাইয়েকপু পায়রো—পায়রে পায়বে ॥

মরক্তা হাপ্লো,- খুউ হাম্নবা অমা থাইশি- হাপ্লে খু লৈফম থম্লে ॥

( খ ) লাই'য়কপু পায়রো খুমিং হায়শে—খ লাইয়েক্লা খুমিং হাপ্লে ॥

( ঘ ) লাইয়েকপু নপুনা ঘুনিং হাপশে ঘ লাইয়েক্লা ঘুনিং হাপ্লে হাপ্লে ॥

গ লাইয়েকপু পায়রো খোংনম খোংপাক হাপশে—গ লাইয়েরা খোংনম খোংপাক হাপলে হাপলে ॥

অমুক পম্না লাথুপলদুনা ক লাইয়েক্লা খুয়া থম্বালবু হাপশি—হাপলে হাপলে ॥

খোংপাক অনিদা ( খোংশা মঙা ) হাপলশি ঙ লাইয়েকপু লৈথম্লো— থম্লে খোংযাং ৫/৫ হাপলে ॥

লৈবোন নোংলোন শাথোকপা লাইয়েক ( ণ ) বু নিংশা করোং ( শ ) গী মখাগী মরক্তা হাপ্তুনা ( পেংথোং ) বু লৈফাংশে—শাফোং লৈফাংপা ণ লাইয়েক্লা পে থোং ফাংলে ॥

লাইয়েক থাংগু ( ট ) হাপ্তুনা লুম ২ গী মিউগা হাপশে—হাপলে হাপলে ॥

লাইয়েক ঠ খোচোন—খোপোংবনা মিউবু লৈফম হাপশে—হাপলে হাপলে ॥

লাইয়েক ( ড ) থেঙ্গু শাবনা মিউবা মিউবীগী ( তোমশোন মরিন ) লৈফাং লৈথম্নশি,—লৈফাংনা লৈথম্লে লৈথম্লে ॥

ভ লাইয়েরা পাম্বোম অনিবু শাদতুনা ( ভ ) য়াযাকপনা থুংফাং ১০ বু হাপশে—হাপলে ॥

লাইচিংথোই লাইবেম্বী মথোইশা—হো কবি হায়বনো ?

লাংযেন ৭ পু লৈথম্নবা ( ও, ন, ল, চি ) লাইয়েক মরিবু লৈমেৎ লৈশাবদা লৈহাপ্না শেম্নশে হোই শেমশে শেমশে ॥

উং স লাইয়েকপু লেথম্না লুনাই কোইবলবু পাল্লশিদো—পানশে পানশে ॥

লাইয়েক লারৈ শাদম্বা খোংযবা চ গা ফ গা লাইয়েক ত নিং লৈহাপ্তুনা চুচুমবা লুচুন হাপশে -হাপলে হাপলে ॥

জ লাইয়েক নাগী লৈথম্বু লৈপাল্লশে—পাল্লে পাল্লে ॥

অমুক লারৈ লাথুপতুনা ড রাইংশাববু লৈহাপ্তুনা ( নাখাঙা নাতোনগা ) শাথোক্লা লৈ-হাপশিদো- হাপলে হাপলে ॥

নাখাংদা লৈফম্বা লৈহাপকদবা লাইয়েক্তী কুং লাহয়েরিদো—মানি মানি ॥

নাতোন য়েৎলমদি ( হ ), ওইরোমদি ( ব ) লাইয়েরা লৈফমগদবনি— হোই হোই ॥

লাইয়েক ( ম, ল ) বু লৈহাপ্তুনা লাইবক্তা চুবগা শেমশে—শেমলে শেমলে ॥

( প, ই, শ, উ, ম ) লাইয়েক মঙাবু য়ৈশিন্দুনা পীগুম লৈফম্বু হাপশে—হাপলে হাপলে ॥

লাইয়েক (অ য়) অনিবু লৈহাপ্তুনা মিৎকম অনিবু য়াংশে — য়াংশে য়াংশে ॥

য়েৎ ওই অনিদা লৈফমগদবা লাইয়েক্তি (ও, হ) লাইয়েক্লিদো — মানি মানি ।

পাঙুম অনিগী মরক্তা লৈফমগদবা লাইয়েক্তি (ক্সুং হুং) লাইয়েক্লিদো — হোই হোই ॥

লাইপক ময়াইগী মথক্তা সমখোং মম্নাদা লৈহাপ লৈথমগদবদি (কা, চি, শ্রীং) লাইয়েক্লি — মানি মানি ॥

(চ, য়, ল) লাই য়ক অহুম্বু লৈহাপ লৈমেক্তুনা (চিন, য়াবি, লৈ) লৈফম অহুম্বু হাপশে — হাপলে হাপলে ॥

(র) লাইয়েকপু লৈমেৎনা মঙকপু হাপ্তুনা লাংলেন ৭ কা হক্ক লৈশম্নশে—শমলে শমলে ॥

(ন) লাইয়েকপু লৈহাপ্পা (লেংদোন) লৈফম্বু হাপ্লো — হাপ্লো হাপ্লো ॥

(থ) খোংগোনবু লৈহাপ লৈথম্না থবাক লকাবু) লৈয়াংশে — য়াংলে য়াংলে ॥

(দ) লাইয়েকপু লৈহাপ্পা (শক) লৈশেম লৈহাপশে — হাপশে হাপশে ॥

(ব) লাইয়েকপু লৈহাপ্পা (শয়াংবু) লৈহাপশে — হাপলে হাপলে ॥

(ঝ) লাইয়েকপু লৈহাপ্তুনা (য়াংলম) শেম্নশে — শেমশে শেমশে ॥

(খ) লাইয়েক্তা লাবৈ লাথুপ্তুনা (নঙ্গন) লৈফম হাপশে হাপলে হাপলে ॥

লাইয়েক য—কিশিবু লৈহাপ্তুনা (য়ুং পুং খ উ—ঈশি খ উ) বু লৈশেম লৈহাপশে — হাপ্লে হাপ্লে ॥

লাইয়েক (হ, ঞ) গা লাইয়েক অনিনা (ফিরাক লোংখুম) হাপশে — হাপশে হাপশে ॥

লাইয়েক (চ) গী মশক্লা (শৌরোম্বী) লৈফম হাপশে — হাপ্লে হাপ্লে ॥

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মথাইশা — করি হায়বনো ?

হৌজিক্তি (এ) লাইয়েকপু খোইদো লৈযমদা লৈহাপনা খোইদৌবু লৈফানা শেমবা হৌরসে — হৌসে হৌসে ॥

অমুক লাথুপ লবৈনচুন (হ) লাইয়েক্তা (খোইবীন) হাপলশি — হাপলে হাপলে ॥

লাইমিংথোই লাইবেম্বী মথাইশা — হাও ও ॥

হৌজিক্তি, শিংলি নাওবিগী মশক মনিংশেম্বা লাইবু নিংশিংচুনা লৈহাপ থোপুনরসে হোই ॥

মম্নি লিশাবা—শুমকবু শেম্বদি মুংশিং শিক্তবা লোংদবা তেংবানবগী মপু মরুনিদো— মানি মানি ।

শিংলি নাওবিবু শেম্বা শাথোকপা লাইদি কৌক্র লাইলোংবনি লাইমিংবু (ত, ও, চিনিং জিভি) কৌএ — হোই হোই ॥

লাইমিং অসিদো (মিহিং থুকপা; নিংথম লাইহৌ) তৌদেদো, মিহিংবু লাইহৌবু লাইমিংসিনা লৌখাম্বদা পৌঙমক্রবদি শিরনি হাকনা মুংশাং পুনসিররোই খংজোদো—খংজরে খংজরে ॥

মরি লিশাবা = শুমরুবু (খোইরিতিং) হায়নসু কৌইদো — কৌনৈ কৌনৈ ॥

মরি লিশাবা শিংলিনা খোইগি মখাদগী লোংনা থেকলকুনা য়াংলমদশু থুংনা লৈহাপ লৈপুনা লৈথমলে মমিংবু (শিংলি মৈরোম্বা) হায়দো — হাই হাই ॥

মরি লিশাবা শিংলি অসিগী নাক য়েস্তা শিংলি লুচিংবা অনি অমসু হাপলেদো — হাপলে হাপলে ॥

য়েংলমদা থম্বদি মমিং (শিংলি তবোপ তয়াংশাবা) হায়দো — হাই হাই ॥

ওইবম থম্বগী মমিংদি (শিংলি চনিং হেনবা) কৌবনি — মানি মানি ॥

লুচিংবা শিংলিবু তরানিদো — মানি মানি ॥

অমদি (মিং তবেং মিহিংবু) হাইদো — হাই হাই ॥

অমদি (মিংচিবেং মিহিংসু) কৌএ — কৌএ কৌএ ॥

অমদি (শংহো চিংখৈলাবা) হায়দো — হাই হাই ॥

অমদি (শোহিং শমদোল য়াংবা) হায়দো — হাই হাই ॥

অমদি (থুংচিরি মৈরোম্বা) কৌএ — কৌই কৌই ॥

অমদি (তিংলশং) কৌএ — কৌই কৌই ॥

অমদি (চেংখেকু) হায়দো — হাই হাই ॥

মখোয় তরা অসিনা লুচিংবা শিংলি ওইনা লৈথমনা শিংলি মাওরি চালুপ তরেৎকা য়াংখৈবু লৈশুনা লৈহাপলেদো — হাপলে হাপলে ॥

## হকপু কা ৯ খায়বা পাউশা

(লাইমিংথাই লাইবম্বী মঙাইশা — হাও ও ॥

হৌজিকতি হকপু কা মাপল খাইসে — খাইবীরো খাইবীরো ॥

কা অমদি লুতোননি, মফম অসিদি তেংবানবম্বী মপুগী ফম্বি লৈফম্নি — হোই মানি ॥

লাইমিংবু (পোরান) কৌইদো — হোই খংজরে ॥

থরাই লৈঙমলিবা পুমনামক্কী মপুনিদো — মানি মানি ॥

কা. অমদি থবাক মম্নুংগী (শমবোম্বদা) থমলে — থমলে থমলে ॥

লৈফম অসিদো মারজিং মারহনবগী লৈফমনি লাইমিংবু (উৎতীনয়াল) কৌবনিদো — কৌএ কৌএ ॥

কা অমদি ওইথম্বা থবাক মম্নুংদা লৈবা (পৈগী) লৈফমনি, লৈফম অসিদো (কৌব্রুগী) লৈফমনি, লাইমিংবু (পোরান) কৌইদো — হোই হোই ॥

কা অমদি (খোংচাবিদা) থমলে, লৈফম্‌দি অতিয়া মরুশিদবগী লৈফমনি লাইমিংবু (মাপনমান) হাইদো — হোই হোই ।।

মশক অসিদি অশিবা থরাইনি পোকপম্ব পোকপীদো — হোই হোই ।।

কা অমদি (থিরোং খাওনি) লৈফম অসিদো শগোলবু ফাবা মারজিং পাথংবনি মমিংবু (বিয়ান) লৌএ — হোই হোই ।।

কা অমদি (মশিংখাদা) থমলে, লৈফম অসিদো (থোংঙারেনগী) লৈফমনি, লাইমিংবু (কাং) কৌএ — হোই হোই ।।

মসিদো শাদোংবা লাইনি — মানি মানি ।।

কা অমদি খোনাওদা য়াংলে, লৈফম অসিদো লাইমিংথোই (কুংগাং মহারাবনি) লৈফম অসিদা লৈরগা লাইমিংবু (টক কক) কৌএ (অরান কুংফালমি) মিংথৈ অমনা (লিকচাও লিকলাং) কৌএ — হোই হোই ।।

লাইমিং অসিদি শিরমদাইদা শদো থোংবা হৌনদে কাওগনু — কাওরোইএ ।।

কা অমদি (খোইদৌনি) দো, লৈফম অসিদা লৈগদবদি (ইমা লৈশিরেন লৈপুনহিনি) মশক মওংদি (ঘিমপোং কাইবোং) গী মশক মাননা লৈদো লৈফম অসিদো লাইনা পুম্বগী চৈ লাওফমনি মানি মানি ।। লাইমিংদি (হোং লাইরেন লৈবুপপি লৈহিংনপ ফাফা চপ ফা ফামা কৌবনি — হোই হোই ।।

লাইমিংদো (য়াংফম্ব) ঙাওদে (খোইদৌবু থুকলোই) মিং উইশনা শোনলু লাইহো লেপকনি লেপংরবদি ঐগী অরোইবা মতম থুংলরে থংশে — থংলে থংলে ।।

কা অমদি চককী মিহিং হুনফম (মৈ, ঈশিং মোইত্তান) অঙমবু পোকনফমনি লৈমালেনগী কাইরেল লৈফমনি লাইয়েক্তি (হো রো সো) নি — মানি মানি ।।

## (হো লাইমিংথোই লাইরেম্বী মওাইশ-করি হাইবনো)

নমু অাইবং খোয়য়ুম লাইশী হুকপু শেম্বা শাবদি লোইরেদো — লোইরে লোইরে ।।

তাইবঙ নমু শাদম শাথোকপগী হুকম্বদা খোয়য়ুম লাইগী লাইয়েকা খোইয়ুমশীং অদুগী মথৌ মঙম্ব চংলম্ব থৌপুনা লৈঙমলিবা লাইশকপু হারগেকো — হাইহিও ।।

(ক) লাইয়েকতি আপাম্বা লাইনি মাগী লাথুপ লারৈ শাথোক্তি শাথোক মরিনি — মানি মানি ।।

(খ) লাইয়েক্তি আদ্রাশিদবনি, শাথোক্তি ৫ নি — মানি মানি ।।

(গ) লাইয়েকা লাইরেম্বী থীংবা ৫স্বাগী লাইমাগানদো — মানি মানি ।।

(ঘ) লাইয়েকা চিংথৈ লৈমরেন — লাইহনবিনিদো — মানে মানে ।।

(ঙ) লাইয়েক্লা লৈস্নুং থোংঙারেনগা নোংচুপ মরু অশিবগনিদো — মানে মানে ।।

(চ) লাইয়েক্লা চিংথৈ মরু মিওতোংলেন অচিবনি — মানে মানে ।।

খোংফাক (ছ) দি লাইবুংথৌ লমমাবগা লাইরেম্বী লম্মাবীগা য়ুমজাও লাইরেম্বীগনি — মানি মানি ।।

(জ) লাইয়েক্লা কৌবক অশিবনিদো — মানি মানি ।।

(ঝ) লাইয়েক্লা থবাইপিচা থাববু শাফোংবনিদো - মানি মানি ।।

(ঞ) লাইয়েক্লা থবাইপিচা শক্তিকপু শাথোকইদো — শাথোকই ।।

(ট) থাংগুকনা (মুংমুতুমদা মাংদবী) গা লাইরেম্বী পানথোইবীগা শাথোকইদো — শা-থোকই শাথোকই ।।

(ঠ) (খৌচংলবনা) ফুরেন লৈমগা ঠারৈমগা অনিবু শাথোকই — শাথোকই শাথোকই ।।

থেংগু (ড) লাইয়েক্লা লাইরৈমা লুচাওবি = লান হৈন্বীবু শাথোকএ — শাথোকএ শা-থোকএ ।।

(ঢ) ঙকলৈবিনা লাইরেম্বী তমফা লৈমা = তমপাক লৈমবু শাথোকলে — শাথোকলে শাথোকলে ।।

(ণ) লৈবোন নোংলোন লৈশাকপনা কোরৌহনবা লাইবুংথৌবু শাফোংঙি — শাফোংঙি শাফোংঙি ।।

(ত) যাফাকপনা ভাওরোই লাইবু শাথোক্লে — শাথোক্লে শাথোক্লে ।।

(থ) খোংগোনবনা লাইবুংথৌ থৌডাইবগা লাইরৈ লায়ুম্পা ময়াই কাবি ইরৈমগা থাংজিংগা থৌডাইবিগা শাথোক্লে শাথোক্লে শাথোক্লে ।।

(দ) লাইয়েক ফেদোকপনা শিনভাকপি শিদলুনি সিনহৈবিবু শাফোংনৈ— ফোংনৈ ফোংনৈ ।।

(ধ) লাইয়েক কিনাইবনা মালেম লৈমগা চামোই যাঙোইবিগা শাফোংনৈ— ফোংনৈ ফোংনৈ ।

(ন) লাইয়েক লৈতম্বনা নোংথাং লৈমগা রাংবরেন পাথংবগা শাথোক্লেদো — শাথোক্লে শাথোক্লে ।।

(প) লাইয়েক্লা নাওয়োম লৈফানা খোইয়ুম পোইরৈ মোইরেংচাম্বগা, পানথোইবগা, ইরাংথেল পুংমিংনবগা লাইলৈমা পুক্রসি খোম্বীগবু শাথোক শাফোংনৈদো — মানি মানি ।।

(ফ) লাইয়েক্লা নাওয়োম্ব ওইনা তমলেখাইবু শাথোক্লে — থোক্লে থোক্লে ।।

(ব) লাইয়েক্লা নাওয়োম্বু লৈথানা লাইশেম্বা খুংলোংবিগা লৈস্নুং থাবগী শাথোক শা-ফোংঙিদো — মানি মানি ।

(ভ) লায়েক্লা নাওয়োম লৈথানা নুমলেং মালংবা = লমজেম মাংফদববু শাথোক্লেদো— শাথোকনৈ ফকথোক অরিবনি ।।

(ম) লাইয়েক্না নাওয়োমত্নুনা মারহুনবগা মানজিবগা শাথোক্নৈ — থোকই থোকই ।।

(অ) লাইয়েক্না থাংহিং ফকথোক অরিবগা অঙাইবগা অঙাইবীপা শাথোক্নৈদো — মানি মানি ।।

(য়) লাইয়েক্না লৈফানা লাইকমলেন=থোইয়ুম লাইগী মৈহৌফমগা য়ুহাগা য়ুচেংগা য়ুচেং লৈমগা শাফোংনৈ — শাফোংলে শাফোংলে ।।

(ল) লাইয়েক্না নাওয়োমত্নুনা লৈঙ্গুং খুৎখুং অচিগা, লাইরৈমা ললগুবিগা, লম্বী=হিকলমগা লিরুংগবু শাথোক্নৈ লাইয়েক্তি লাথুপ লারৈদি য়াম্মি – য়াম্মি য়াম্মি ।।

(র) লাইয়েক্না নাওয়োম লৈফানা লৈশিলেন লৈপুনবী=ইথৈ লৈমা নামুংবীবু শাথোক্নৈ — মানি মানি ।।

(য়) শাইয়েক্না নাওয়োমত্নুনা নোংপোক অপাম্বগা পাগ্রংবগা, শেনতেং অপাম্বগা শা-থোক শাফোংডি — ফোংখিএ ফোংখিএ ।।

কশি (শ) না নাওয়োমত্নুনা লাইনিংথাই অশিবা = শানামহিগা লাইকৈরুংবগা শানিক-লাইনৌতাবিগা শাফোংডি, লাথুপ লারৈবু হক্না য়াম্বনি — য়াম্মি য়াম্মি ।।

কিনাইবা=কিশি (ষ) না নাওয়োমত্নুনা টিনলিরেনবু শাফোংলৈ, লাইয়েক লাইশক্তি ন্যেম্মগা নবুংঙোপা তিলু লৈফম্বনিদো — মানি মানি ।।

খ্বাংলি (স) না নায়য়োমত্নুনা লাইরেম্বী সিললৈমগা লুমলাং হৈশিংবা থরাইগা শাদম্মীদো — তম্মি তম্মি ।।

(হ) লাইয়েক্না নাওয়োমত্নুনা অতিয়া মরুশিদবা অত্রা পাখংববু শাফোংনৈদো — ফোংডি ফোংডি ।।

চুকশেননবী = থোইদৌ শলাইরা (ক্ষ) লাইয়েক্না তাওওাইলাই য়াংবী পাখংববু শা-থোক্লনা মমৈবু ময়ানা লৈচিক্না হকপু লৈফা চুকফানরিদো – লৈফারিএ, চারি মরিদা চুকশেন লৈথানা ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশ — তাকপীও হাইবিও ।।

লাইয়াম পুম্বনা হক্তি মনুংদা মাগী মাগী মফমলাংবু লৈশেম লৈথানা লৈফমলম্ববু নমু তাইবংগী হক তরেং শাদম্ব তানয়ৈদে — য়ৈদে য়ৈদে ।।

তিংজিদে য়াংলিদে — নোইদে নোইদে ।।

হকাম চন্দে শৈলাও শৈশক্তে ।।

(ঙ) লাইয়েক্তি কোনজনতুথোকপা মৈগী মশক্তি হাই — মানি মানি ।।

হারাবা=কুংশিংকুম্বনিহাই — মানি মানি ।।

( ই ) কারদি তরং ইরৈমনিহাই — মানি মানি ॥

( ঈ ) কারদি তোংদগী শাথোকপা ঈরৈমা কুবু পোকপা লাইরেম্বীনি — মানি মানি ॥

( উ ) কারদি লাইবুংথৌ লোইনবা উফোংলেননিহাই — মানি মানি ॥

( ঊ ) কারদি ঊরেপ ঊয়ুং লৈহুন্নবনি — মানে মানি ॥

( ঋ ) কারাদি ঈরম খোংলম লৈফাৎনবনিহাই — মানি মানি ॥

( ে ) কারা ( ৈ ) কারা ( ৌ ) কারা লাইয়েক অহুমদি শায়োন লারৈ লৈথাবা লাই-য়েক্কি — মানি মানি ॥

লাইমিংথোই লারেম্বী মঙাইশা — হায়বিও ॥

নমু মশক তরেংনা অংগো অংগাবু লৈপান্দনা নিংশা ইচন তানয়ৈদনা লৈঙম্ববু লাইনিং-থোই অশিবনা তাথিরে মিংয়েংবু শাংথনবদা তাথিরে — তাথিরে ॥

লাইমিংথোইনা লাইয়েক লাইশক মাপলগা মাগা থানা লাইয়েক তরাবু শাদমনা লোই-নচুনা শাদম্বা নমু মশক তরেংকী থুজিনথাদা থুংমাওবীগী থুজিলনা য়াত্না লৈচংথম্বান লাংলেদো ফম্বাল্লে ফম্বাল্লে ॥

লাইমিংথোইনা লাইয়েক মাপলবু লাইয়েক তরাবু লৈশুনবা লৈহাপ্লেদো — হাপ্লে হাপ্লে ॥

লাইয়েক তরাবু হুমলেন থৌপুনা লাইমিং তরাবু মিংহুনলেদো — হোই হোই ॥

হুমলেন থৌপুনা তরাগী লাইমিংবু হাইগেকো — হাইবিও হাইবিও ॥

হুমলেন য়াইবিশিদবা কৌএ, অমদি হুমলেন হামোইবা কৌএ, হুমলেন লৈপু লৈশিনবা হুমলেন লৈয়াবা, হুমলেম মিংতোংলেন, হুমলেন তনিক তশোইবা, হুমলেন ইথৌ ইয়াবা, হুমলেম য়াকৈবা, হুমলেন লৈপু লৈয়াংবা, হুমলেন লৈশবা, হুমলেন তরাবু মাগী মাগী লৈ-ফম্বু লৈপী লৈথম্না মথৌ মওম্ব নোংদমনা লৈহাপ লৈংমলেদো — থায়ু থায়ু ॥

লাইমিথোইনা থুজিন থাদগী লৈকারকুমা মফম ফমলেন মাপন লৈফম চালুপ অমগা নিপান ১০৮ লৈশেম লৈথানা লৈফয়ে — ফয়ে ফয়ে ॥

তানয়েবে, তিংলিরে, হাকথি হকাম চল্লে — চল্লে চল্লে ॥

লাইমিথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — হাও হাও ॥

নমু তরেংপু তানয়েরেদো অংগো অংগা পানলবনিনা য়ায়া তৌনা হারাও য়াথোকনশিদো — হোই শাথোকসে ॥

হো য়া হো য়া, নোংমাই য়েনখা মখোংদা মপারি য়েলখু লেনথাক য়াইয়োইবনা মহৌ মহৌ চোংবদা অংগো অংগারে, ও য়া হো য়া, ও য়া য়ায়া য়া য়া ॥

হুং হুং হুং, হুংহুং ওয়া য়া য়া।। হাং হ্নাং হাং, হাং হাং।। জোং জোং জোং, জোং, জোং।। য়োং য়োং য়োং, য়োং য়োং।। লোং লোং লোং, লোং লোং।। বোং বোং বোং বোং বোং। হুং হুং হুং, হুং হুং।। ত্রিং ত্রিং ত্রিং, ত্রিং ত্রিং।। ক্রুং ক্রুং ক্রুং, ক্রুং ক্রুং।। ও য়াংবিরেন পুরি হৈয়ি ওয়া।। য়াহোই য়াহোই, য়া য়া য়া।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা— হো করি হাইবনো ?

হৌজিক্কি নমু মীওয়া তরেৎ শাখোকপা মপোক খোংলমু লোয়লেদো— লোয়লে লোয়লে।।

খোয়য়ুম লাইগী মপোক শাফোংবগু হৌখরেদো—হৌগ্রে হৌগ্রে।।

মপোক খোংলম অনিগী নিংশিংনবদি লোইরবনিনা হৌডি ক্কি মপোক খোংলমু শাথোক অহুমশুবা তাইবং মীগী মপোক হাইবা য়ুম্বান য়ুমদিন নাওদা লৈথমনবা থৌশিন থোপুনবা লিরমু নোহোনা নিংশিংনসিকো— হোই নিংশিংনশি।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা, হাইসে হাইসে— খোইয়ুম ময়াম্না অরাং থেংগ্রুম মেনফমদা খোংগারক্লুনা রাহোমলৈদো— হোই হোই রাহোমলৈ।।

নোংদম্বা লাইনা নোংমখিবদি তেংবানবা অসিবু ইঙান লৈশাবা ওইগদবনি মপোক খোংলম অহুম্না ইঙান লৈশাবা ওইগদবনি হাইহিখি লৈমাই খুন্দা অহানবা মপোক খোংলম অসিনা ইঙান লৈশাববু য়ারগদ্রা হংডিদো- হংডি হংডি।।

কৌক্রু অচিংনা হাইদো খোংলম অনি অসিতনা ইঙান লৈশাবদি ওইঙমলোই পাওখুম নৈদো— খুম্মে খুম্মে।

অশুপ্পা থৌরমদি খোইয়ুম অথোইবনা নফম লাংদা লৈপাম্বী য়াইফা নোংদম লৈবা থৈবি কপু লৈসিননগ্রে, ইঙান লৈশানবা মপোক খোংলমদি লৈশুদে শিবু কমদোনা হাংংনৈদা— হংনৈয়ে রাহংনৈএ।

খোইয়ুমশা অংক ইঙাইখো নোংদম্বগী য়াইখি কে লদগী ঐবু অহুক রাহংনা লৌঙমলুখিগে, তাইবং মপোকপু শাথোক শাফাংবু উঙংনবা নখেক হাইনা নংগী নংগী নংমু থোপুনা শেমগৎ শাগংনগদবনি, ভাইঙমখো ঐবু রাহংনা লৌঙমলুখিগে হাইনা নোংলান্দা কাখিদে কাগ্রে কাগ্রে।।

লাইমিংথোই লাইরম্বী মঙাইশা, হাইসে হাইসে —কৌক্রু অশুপ্পনা রাহোম রাহংবা খোংগারকপবু নোংদম্বা লাইনা উঙমলহুনা মশাগী মহাক ওইবা মঙাল অমবু খাইদোক্লুনা ইরিক কোনগোনদী মশক কুম লৈখাইনা পাইঙমহুনা লৈথমলেদো— হোই থমলে।।

নোংদম্বনা কৌঙনহুনা রাহংলে, লাইমিংথোই কৌক্রু অশুপ্পা অচিবা করিবু খোংবাই অশুক

থেংনবু লাকপনো, নওনা লাকওমদবনা তাইবং ইপোক্তা ইহুন শাথোকদবা য়াইবিরেন শিদবা অসিবু কৌথোক্তুনা পুথিনববু লৈওমদবনা ঐবু অশুম লৈওমলে নংদি কয়িবু হাইবা লাকপা রাহংঙে—হংঙে হংঙে ॥

নোংদম্বনা নোংদম্বীবু থোয়ানা কৌথোক্তুনা পুওমগে, নথৌচানবু থোয়াগে নফমলাংদা ইতিক ইওম্ব নত্তনা খোংগা ইহুন তমজ্জরকপনি, পাওখুমমিদো—খুম্মি খুম্মি ॥

নোংদম্বনা নোংদম্লে, তাইবং ইপোক ইহুনগদবা মশক অসিদো মহাকওনা লেংঙি পাম্লিবা পুন্নমকপু মাতনা ওইগদবনি নংনা চেংনা চান্না নফম লাংদা লৈথমলগা রাকপা শক্তিক্তা শিন্নহনা মথংলেংনা নোংকোরৌ তরেৎ তরেৎপু নাওকোনদ্দুনা তাইবং ইপোকপু লৈথুংনবা তৌওমলো, মশক তাইবং ইপোক্তা শাথোক শাফোংনবা ইফমলাংগী নংনা কৌথোক্তুনা পুওমলেদো মপোক খোংলম্বু অসিনা লৈহল্লগা থোপুনরকলবদা তাইবং হকম্লংদগীবু নওনা অমুক থাকৌথোক্তুনা ইফমলাংদা লৈথুংনবা শাথোক্লীবা মীক্সম্ব থৌকাওদনা লৈহন লৈচং লৈতিন্নবা অশুপ্পা নওনা থোপুনপ্তো নোংদমনা লৈসিন্নহুনা পীওমলেদো—পীরে পীবে ॥

নোংদম্বগী থৌনাবু থোয়ানা লৌরবদা নোংদম্বনা লৈতাকপা অচিবা মশক অসিদো নহাক্তি, ঐহাক্তি মহাক্তি লাইমিংবু (থরাই য়াইবিরেনশিদবা) কৌবনি মশক অসিবু থমগদবা লৈগদবা লৈলমনা ত্তককনি ব্যয়াম মাপনগী কা মাপন্দা লৈগদবনি লৈতাক পাওশানহুনা থৌশিন্নরে,—সিন্নরে সিনবে ॥

লাই মিংথোই লাইরেম্বী মঙাই—হাইসে হাইসে ॥

কৌক্র অচিনা খবাই য়াইবিরেন শিদববু লাইমিংবু (থৌরা থোংওায়েনশিদবা) মিংহুলনা চেংনা চাননা পুনকলেদো—পুনরে পুনক্র ॥

পৌবাই য়াইবিবেন শিদববু কৌথোক্তুনা কৌক্র অচিবনা চেংনা লুনা নাওকোন লৈথমলে অহুম্লংগী দনক্তা লাইমিং (কৌবরেন) মিংহুনলেদো য়াইবি শিদববু—হোই হোই ॥

লৈফম অসিদা লৈ-ম্বা নোংকোরৌ অহুম্ব, লৈশুবদা লাইমিং অমুক (লোক য়াই লাইজি থোংবা) মিংহুনলিদো—হুলি হুল্লী ॥

মেরুবা লাইমিংবু (সানালৈংকনপ) লৈহনলিদো হুল্লি হুল্লি ॥

কৌক্র অচিবনা রাকপা শক্তিকী মথমদা লাতুনা পরম থৌরম্ব, পাওশানহুনা তিলুযম্বান লাংসিহুনা লৈশিন্নরে—সিন্নরে শিন্নবে ॥

কৌক্রগা রাকপা শক্তিক্তা অনিনা তিলুক ফম্বানথিবা লাইয়েক্তি (জ) গা (ঞ) গা অনিনা তিলুবনি—মানি মানি ॥

নোংদম্বা মকগা কৌক্র অচিবগা লৈফম্না পাওশানথিবগি লাইয়েক্তি (জ্ঞ) লাইয়েকনিদো—মানি বানি ॥

( অ ) লাইয়েক্তি অতিয়ানি — মানি মানি ॥

( ন ) লাইয়েক্তি নোংথাং লৈমনি — মানি মানি ॥

( জ ) লাইয়েক্তি কৌক্রু অচিবনি - মানে মানে ॥

( ই ) লায়েক্তি ইরৈমা ঈশিংনি — মানে মানে ॥

রাকপা শজিক্লা হুম্মিং তরেংনি নাওকোম্না লৈথম্লে, য়াইবিরেন শিদবা ( সালৈতকনপ ) কৌবব্ ( হোরিকহো থুপ্পী লৈয়োম্বী ) মিংহুনলীদো মিংহুনলি মিংহুনলি ॥

মেরুবা লাইয়েক্লা ( কুং শ্রীং কুং ) লৈহাপলিদো — হাপ্লি হাপ্লি ॥

অঙ্গি বাকপা শজিক্লা থবাইপীচা থবাদা লৈশিন্নরে, অঙ্গিদা লৈবা য়াইবিরেনগী মশকপু থাবনা লোইনা চুপশিন্দুনা লৌহোরে — লৌহৌরে লৌহৌরে ॥

নোংকোরৌ তবেংনিবু চেংনা চান্না নাওকোল্লেদো — কোল্লে কোল্লে ॥

থরাই য়াইবিবেন শিদবব্ লাইমিংবু ( সানালৈহিং চিক তুবুপলেং মিরেল য়াইবিশিদবা ) লৈহুল্লীদো — হোই লৈহুল্লি ॥

লাইমিং মেকুববু ( ও ওফ হিক হিক হিক, নিক নপ ) লৈহুল্লীদো — হুল্লী হুল্লী ॥

থাবানা থাদা শিন্নরেদো — শিন্নরে শিন্নরে ॥

য়াইবি শিদবগী লাইমিংবু ( থবি শিদবা থুপ্পী সংমু মিং স্বা সো হিনখাকসং ) মিংহুম্না নোংকোরৌ তরেংনি কোল্লে — কোল্লে কোল্লে ॥

থাজা তাওবোইলাইনা মাঙেম অঙানবা তাওবোইলাই হুমিঙ্গা লৈশিন্নরে — শিন্নরে শিন্নরে ॥

হুমিংনা তরেংনি কোল্লে লাইমিংবু ( য়াইবিরেন তেতৈম্বু ) মিংহুম্না মেকুবব ( তমশিক হোক্লুপা হুংচে ) লৈহুল্লেদো — হুল্লী হুল্লী ॥

হুমিংনা ঈশিংদা পীরে, নোংকোরৌ তরেংনি থাগোনহুনা লাইমিংবু ( হোয়ুং ) লৈহুপনা থম্লে — থম্লে থম্লে ॥

ঈশিংনা মৈকৌবগী লৈফমদা শিন্নরে নোংকোরৌ তরেংনিবু লৈচুপনা লাইমিংবু ( হোয়ুং হো ) লৈহুন্না লৈথম্লে — থম্লে থম্লে ॥

মৈনা হুংশিন্তা শিন্নরে, নোংকোরৌ তরেংনি লৈচুপনা লাইমিংবু ( মি মি হো ) থাকেহুনা মেরুবা মিংথৈবু ( চুপনপ রাথা চিংলেপাসিন ) লৈহুজনা লৈথম্মীদো — থম্মে থম্মে ॥

লাইমিং অসিদো ( শকপু ওনবা ছম্বা রানিদো ) মানি মানি ॥

( লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা হায়বিও হায়বিও ) নথুং থুংফাং তরাবু থম্বাল লৈকা চফু শাবৰু তমজনা লৈশাহুনা য়াঙমজো — য়ারে য়ারে ॥

চকু শাববু তমজনা লৈশাঙুনা য়াঙমজো — য়াঙে য়াঙে ॥

ঙাইবং ইপোক্তো ইছন শাথোকপবা থরাই য়াইবী শিদববু মালংবন। ( ইরিক্কী ) মশক ওইনা লৈকম খুদিংবু সিনথুংনা পুছনা পনথো মপা ওইনববু লৈথি লৈকোইনরক্লে, পারি নমোম তানকংনিংলবদি নপুক ইরু মাইতানা য়াজরো মালং কোইজানরক্লে — ইপুক ইরু মাইতানা য়াজরে থাদাবিরক্লো ॥

ও য়া য়া য়া, য়া য়া, ইকাইদেদ' য়া ॥

তানবু তানফংলবদি থোইন্নগু ইকাইদে, হাপতা হাপঙম্বিরম্ — য়াহোই য়া ॥

চীংয়া পামেন অমুলহৈ শেমজবনা চাজবা হৈ, শেশে লোজরো শেশে চাজরো শায়ানবসিফা ॥

হোই হোই হবাওবাশিবু থোইমা য়াম্বা হরাওবা লৈখিগে লৈখিগে, ঐখোইনা তমজনবনি, ঐখোইনা নিংশিংজবনি, শেশে লৌবিও ॥

নাইমিংথোই মঙাইশা — মালংবনা পম্বো মপাগী লুরাই কোইরেন্দা থরাই য়াইবিবু থাদাগ্রে লবাই নখুংপাক্লা মথুম খুমজোও — খুয়ে খুয়ে ॥

নিং নিং নিং, বি বি বি হাইনা টিংশিন্দুনা লুরাই কোইরেন মুংদা লৈযা লৈখুমনাঙম্মু — থয়ে থয়ে ॥

পম্বো মপা ওইবগী মশক মমিংবু হাইগোকো — হাইবীও হাইবীও ॥

থরাই য়াইবিরেনবু ইরিক্কী মশক ওইনা খাম্বি মৈনা থংথববু য়াঙয়া কোয়না পুছনা পম্বো মপা ওইগদবদা অমুক থংথনবা লৈখিনৈএ হাইদুনা হুয়েনবু মমিং ( থংথৈ ) কৌনৈদো — হোই হোই কৌনৈ ॥

হুয়েন থথৈ কৌবনা পম্বো মপা ওইগদবা তানথংলবদা থরাই য়াইবিরেন তাইবং ইপোক্তো শাগোক শাফোংগদববু মপা ওইগদবগি লুরাইদা লৈহাপ লৈথমবিবদা পম্বো ওইগদবা অতুনা থংথনবিবা য়াইবিরেন শিদবগী মশক অতুবু নিংশাগী ইরুলনা ( লংহিং থাংজিং ওইনা ) থরাই য়াইবিবু পুন্দুনা নিংশাগী ইরুদা চিংশন্দুনা লোইহৌএ হাইববু হুতুংনা খোকাওদনবা অহুংগী পম্বো ওইগদববু লাইমিং ( থংজিং ) কৌনৈদো — কৌনে কৌনৈ ॥

কোবো হুমিং মথোনি লৈঙুদা মুমিত্তা লুরাইদগী খোংগা লিবলম লিবলমু লৈথিবেদো — থিরক্লে থিরক্লে ॥

( লাইনিংথোইগী মথোইশা ) — পীশুম পায়রো — পায়বে পায়বে ॥

থরাই য়াইবিরেন শিদবদো পম্বো মপাগী পীশুমদা শাথোতুনা ফম্বান লাংডনা খোংচং খোংগুম লম্বীবু মমনা লিকসম লৈয়েংনা থিঙমলেদো — থিঙমলি থিঙমলি ॥

( লাইমিংথোই মঙাইশা ) — ( শানুনাচিন ) পায়ও—নাতোল — পায়রে পায়রে ॥

নোংদম্বনা থরাই য়াইবিনা খোংগুম লিকলম্ব, মমনা ইলথিবনু উরহুনা পমথো মপাগী থোই-জিখাদা লৈতম্বদগী নিংশা ইছল খোংথোকা লোইমনা শানাচিনগী মতোন্দা কম্বান লাংনা লৈবীররে—লৈবীরে লৈবীরে ॥

থরাই য়াইবীনা উতম্নে নোংদম্বনা লিক্লম খোংগুম্ব লৈতাকপীগে শাথোক যম্বান লাংঘবু মকু উচেকী মতোগুম্না – হোই উতম্মী ॥

থরাই য়াইবীনা হায়দো ( হো কুরং নংবু শিদা লাও )—নংগা ভাইহাক পাওশাশে, কুরংনা হায়এ ঐদি অহুদা লাকপা য়াদরি ইমুং ইতম লৈরাংলি, নংনা পাওশাসি হায়রগা ঐগী লৈ· কমদা লাকওমও ঐ চংলে তাকলমলগা উতোন্দগী মথোক তম্না হনজিনথরেদো— হনথরে হনথরে ॥

মসিদো কানানো য়াথম্না খোংগুমথিবা লিক্লমদা লুমলাংথোনা লৈম্বেংনা লৈফমবদা তানঙংলে, মহক্তি নোংদম্বা সিনতাকপা লাইওইরে, ঐগী খোংলম তাক্লীবোইদনা হাইরমলগা তমুক মফম লাংদা হনজনলেদো মমিংবু ( হোহা ) হায়না লৈওম্নে—লৈরে লৈরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা, হো করি হায়বনো ? মিউবা মিউবী পায়যে,— পাইরে পাইরে ॥

পম্বৌ মপানা নাওকোন নাওপুবা লোইদাম থাজ অমা চৈশুবেদো— শুরে শুরে ॥

পম্বৌ মপানা থরাই য়াইবিবু লাইমিং ( হোবা, হোবী ) হায়না থাকৌনা ন্দুরাইদগীবু লোথহুনা পলেম মমা ওইগদবগী লৈফমদা তাইবং শাথোকদৌবা থরাই য়াইবি শিদবনু শাথোক খোংলম লৈফম য়ামলেনবু তরাগানিপান লৈশুজনবা ঈরিক কোংগোনগী মশক ওইনা ইনশিন-লক্কুনা লৈশিন্নরেদো সিন্নরে সিন্নরে ॥

## লৈথম্নবনু

লৈফম অসিবু য়ৌবদা তাইবং মশক ওইগদবগী ঈরিক অহুবু লাইয়েক ৪৫ ( নিযুগা মঙা ? ) মা নাওয়োমহুনা পলেম মমাগী কোরিগী তেংকোং মম্নুংদা হৈহাপলিবদা ; পলেম মমানা থরাই য়াইবিবু ( লাংবুং মনিকম্না ) কৌবা লাইয়েক্না নাওয়োমহুনা লৈথমকম্ববু মমিংবু ( নিংগোত্তি ) মিংছনবিহুনা ( নিং নিং নিং ) হাইনা চিংথক্কুনা ( রে ) হাইনা মিউবি পীবুকম্নগী ( লুপাগী তেংকোংমুদং ) লৈগপনা লৈথমলেদো– থম্নে পলেম ইমানা ॥

লাইরেম্বী মঙাইশা—পূক পায়য়ো, তাইবং শেমশে— পায়রে পায়রে ॥

পলেমগী পীবুক লুপাগী তেংকোং ময়াইদা ইরিক কোংগোনগী মশকপু মমানা ( রো ) য়ারা ইথোম্না নাওকোন লৈথম্ববু লাইরেম্বী খুলোংবীনা উহুনা পীবুক মুংদা লৈচংলক্কুনা লাইমিংবু ( পলেম শাগৎপী ) মিংছুম্না লৈফমলরেদো—ফম্নে ফম্নে ॥

ইরিক কোংগোলগী মশক ওইনা লৈরিবা য়াইবিরেন শিদবা ( লাংবুং মনিকম্মা )= ( লাই-য়েক ৪৫ ) না নাওয়োম্মলিববু মমিংবু ( রা ) হাইনা লৈহললা ( রে ) ম্মাবা ইখোন লাইয়েক্তা পাইখক্কন্না লাইয়েক ( লাংবুং মশিকসানা ) য়োমলিবা থরাই যাইবী শিদববু তাইবং ওইনা শাফোংবা য়াভমনবগীদমক্তা ( লাংবুং মনিকসানা ) লাইয়েক ৪৫ না তাইবং হকপু শাদম্মা হকী মচাক মউ ওইনবা ( শেমগত্ত না ) লৈথমলে—থম্লে থম্লে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীয়ো ॥

লৈফম অসিদা তেংবানবগী হকপু ( শেমগৎ, শাগৎনবা ) লাইয়েক ( শরোই ) ৬১ গা লারোই ১৫ গা লাইয়েক ( হুমথুগা তরামাথোই ) লৈশুত্নুনা তেংবানবগী থৌরম থুদিংগী হকপু শাদম শাথোকপবু থৌঙমলনি রায়েপক্লুনা ( শাগৎপী লাইরেম্বী ) ঈরম খোংলম পুন্নমকপু লৈরাত্তনবা শাথোকপীনা মউ মচাক ওইনবা লাইয়েক ( লাংবুং মনিকম্মা ) হাইনা কৌবা ৭৬ পু শাগৎপা খোইযুম তকক্তা লৈশিন্নরে—শিন্নরে শিন্নরে ॥

লাইশক্তি কৌক্র অচিবা, অমদি মাজিং, অমদি নোংপোক, অমদি থাংজিং, অমদি তাও-রোইলাই অমদি কোঞ্জন্তুথোকপনিদো—মানি মানি ।

খোইযুম পুম্বনা তান্নহনা থরাই য়াইবীবু লেংহন খোংহনদনা লাইমিংবু ( হৈরোম লাংবুম রা ) মিংহুন্না লৈথমহুনা পলেম মমাগী পিবুক্রংদা তাইবং মশফপু শাফোংনবা মাগী মাগী মঙম্ম থৌপুনহনা শেমগৎ শাগৎনরক্লে—শাগৎনরে শাগৎনরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীও ॥

অঙাং শাশে লৈমেৎলো—মেৎকে মেৎকে ॥

তাইবং ইপোক্তা ইহন্না শাফোঙদবা অপিচাগী হকী মশক মও'বু শেমগৎ শাগৎপা অশিদো পলেমগী পীবক্রংদা শেমগৎ শাগৎকদবনি তোই হোই শেম্বীও ইঙ্গংবুংদা ॥

শুমক্ত=মবি লৈশাবু শেমগং শাগৎপদি মুংশিং শিত্তবা মকনি—মানি মানি ॥

তিংবু শেমশে শেমশে শেমশে ।

তিংবু শেম্বা লাইদি তাওরোই লাইনি মানি মানি ।

তিংদগী লু পোক্লে, শক শযাংবু শেম্বদি খোয়যুম মার্জিংনি মানি মানি ॥

লুদগী তোং পোক্লে, তোংবু শেম্বদি খোয়যুম নোংপোম্নি—মানি মানি ॥

তোংদগী ঈ পোক্লে, ঈবু শেমগৎ শাগৎপদি লাইরৈমা থুংলোংবী লৈমরেম্নী—মানি মানি ॥

## হকপু কা ১ য়াংপা পাওশা

ঈদগী কু পোক্লে, কুবু শেম্বা খোয়যুমদি কোঞ্জন্তুথোকপা পাথংবনি—মানি মানি ॥

উন্দগী কুরাম পোক্লে, কুরাম্বানবু শেম্বাদি থাজিং কোইরেল লাইনি—মানি মানি ॥

কুবাম্বান্দগী তু পোক্লে, তুবু শেম্বা লাইদি অতিয়া শিদবা লাইনি— মানি মানি।।

শিংলি নাওবিবু শেম্বদি খোয়য়ুম কৌক্রি অচিবনি—মানি মানি।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই, হৌজিক্তি হক শেম্বা লোইরে হকপু কা ৯ য়াৎলশে—য়াৎশে য়াৎশে।।

লাইরেম্বী মঙাইশা লুরাইবু পায়্নু— পায়রে পায়রে।।

১। কা অমদি লৈফম অসিনিদো, লৈফম অসিদা লৈগদবা লাইদি তেংবানবগী মপুনি—মানি মানি।।

থরাই খিবিব্বী মপুনি লাইমিংবু পোরোম—পোরান কৌবনি—হোই হোই।।

লৈফম অসিদা লাংয়েন ৭ পু লৈদো, মচুদি মিং ২ শাম্নচি ২, মাকোং ২, চৌন অমা অসিবু হায়বনি মানি মানি।।

লৈফম অসিদা পাল্লিবা আদ্রা শিদবা কৌবদো মাগী লাইয়ক লাইশক্তি (ক) লাইয়েক্লি খংঙ্কো- খ জরে খংজরে।।

লাইরেম্বী মঙাইশা থবাক পায়্য় পায়রো পায়বে।।

২। কা অমদি ছম্বোম্বীনে, লৈফম অসিদা লৈবদি খোয়য়ুম মাবতনবনি মানি মানি।।

লাইমিংবু উতিনয়াল কৌএ, ঈশিং থোঙ্গী লৈখম মরিনি- মানি মানি।।

৩। কা ১দি পৈনি মফম অশিদা লৈবদি খোয়য়ুম কৌএনি, লাইমিংবু পোবান কৌএ কাউগন্নুকো—কাউবোইএ।।

লাইরেম্বী মঙাইশা থবাক শদোন লকাবু পায়যো—পায়বে পায়বে।।

৪। কা অমদি খোংশাবী লৈফম অশিনি, লৈফম অসিদা লৈবদি খোয়য়ুম অতিযা মক শিদবনি লাইমিংবু (মাপলমাল) কৌবনি কাউগন্নুকো— কাউরোইএ।।

খোয়য়ুম শিংশু শিএ, পোকপশু পোকএ হোই হোই।।

লাইরেম্বী মঙাইশা লকাগী মথাপুম্বী মযকপু পায়যা- পায়ব পায়ব।

৫। কা অমদি থিবোং খাউনি; লৈফম অসিদা লৈবদি খোয়য়ুম খাজিং পাখংবনি লাই-মিংবু বিযান) কৌএ, শাগোল ফাবনি- মানি মানি।।

লাইরেম্বী মঙাইশা- হায়শে হায়শে।।

৬। কা অমদি মশিংখা লৈফম্নী, খোয়য়ুম নৈপুবদি থোংঙারেন্ন, লাইমিংবু (কাং) হায়দো- হোই হোই।।

লাইনিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা —কবি হায়বনো হায়বিশে।।

খোঁদিগী চকখোংদা পায়য়ো —পয়রে পায়রে।।

৭। কা অমদি লৈফম্বু অসিনি, লৈফম অসিদা লৈবা খোয়যুম্বদি লাইমিংথোই মহারাবনিদো —হোই মানি ॥

লাইমিংদি খোয়যুম লীক্লাং লীকচাও তাইদো, মেরুবনা (তক কক) কৌএ -হোই কৌই ॥

লৈফম অসিদো অরান নুংফাম্নি লাইমিংদো ফিরমদাইদা শদৌ থোংবা হৌনদে খংঙ্কো —খংজরে খংজবে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা খোইদৌ পায়শে—পায়শে পায়শে ॥

৮। কা অমদি মখোক কৌবা খোইদৌ শলাইবা হায়বা অসিনিদো মফম অসিদি লৈমবেন শিদবীনা লৈপুবা লৈফম্নি মশক মঙংদি শীম্বোং কাইবোংগুম লৈবনি, লায়না পুম্বী চৈ লাওখয়ী —মানে মানে ॥

লাইমিংদি হোং লাইখেল লৈকুপ্পী লৈহিংনপ কা ফা চপ ফা ফা মা কৌএ, হাইজৌও হস্থাবনে খাম্বনি যাৎফম্বু ঙাওদেকো—হোই হায়জগে শোঙ্গগে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাই—লাকপীশে হায়বিশে ॥

খাগি চুকশেন্নবী—কময়া কমখোং অনিবু পায়য়ো—পায়জবে পায়জরে ॥

৯। কা অসিদো হক্বী মিহিং থুনকম্নি, ঈশিং, নুংশিৎ, মোইতান অতম্বকী থোক্লফম্নি—মানি —মানি ॥

লেমন অশে লৈমবেল শিদবীগী কাইরেল লৈফম্নি লাইয়েক লাইশক্তি এঃ শক্তিক্রে+য নিনখিবেয়ে অনিন পিলু থানা লৈযম্বা ঙ=(য+এঃ) হায়বা লাইযেক্লি- মানি মানি ॥

খানুক শননদা হো বো সো, বো সো হো, সো হো বো লাইয়েক্কি মশকপু লাবৈবু থাহম্বনিদো হোই মানি ॥

লাইনাম থাজা অহুম্ব লৈচংনা পলেম মমাগী পীবুরংদা তাইবং ইপোক্তা শাফোঙ্গদনা তাইবং হকপু খোয়যুম মাপম্ম শেংগৎ শাগৎনা লোইচুমা থাজা ৪ বু লৈচংবা নোং কোনবু লৈতৌনবদা তাইবং হাপু শাগৎনা পৌবিবা নোংদম্বা মখী লৈফমদা লৈহল্লরেদো—লৈহল্লরে ॥

নোংদম্বনা খেযযুংশা নখোয় থ্রাইমা পীওম্লিবা মশক অশিদো অঙ্গরা, অঙ্গোরা=পাবা-পীবা তানখৈদে যাংলি তিংলিদনা কবি কমদৌ হায়বনো হাহোম্নৈদা হংটি এ হংটি এ ॥

খোযযুম ৯ না হায়জৈদো তাইবং হকপু শেম্বা শাংদি নয় থংদগী থৌজম থৌপুনজরে লৈরাংপা লৈফম ৭ অসিদো নোংদম্বগী মঙম্বু নওনা খোয়যুম কনাগী নঙন্না থৌজম থৌপুবা ওনগবা লৌবিবো পীবয়ে পীবগে পীবয়ে।

লাইনিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—কবি হায়বনো তাকপীও ॥

খোয়যুম ৯ মক্তা তাইবং হকপু লৈতুম্লবদা নোংদম্বা মকনা তাইবং হকপু মনাক্তা পুশিন্দুনা পী-পা য়াওনা পী-পাগী লৈফম্বু য়াত্তুনা থাবাই য়াইবিবু অমুক থাকৌ লৈহৎপ্ল রু হাপ্পায়ো হাপ্পীয়ো ॥

নোংদম্বনা ছাই-এ, থৱাই য়াইবিরেল শিদবনা নোংলোল্দা ৭ মি লৈএ থাদা শিন্নরে নমিংবু থবি কৌএ, লাইমিং মেরুববু ( মিং খ্বাসো তিনখাকসং ) কৌবা নঙ্গী হৃক্তি নফম্নাংদা লৈচংলো হক লাইয়েকপু লৈহাপ্লগে নোংদম্না থৱাই য়াইবিবু লৈচং লৈহাপ লৈথমলেদো —হাপ্লে লৈথম্বিরে ॥

## লাইয়েক পাউশা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা—তাকপীও ॥

নোংদম্বনা সনা হক্তী মনুংদগী লাইয়েক ( ক্ষ, হ, স, য, শ ) লাইয়েক লাইশকপু মিউবী মিউবদা হাপ্লে, মিউবী মিউববু লৈশোক্লো—শোক্লে শোক্লে ॥

ৱ, র, ল, য় অ লাইয়েকপু ফৈবাক্তা হাপ্লে, ফৈবাকপু লৈপায়য়ো—পায়রে পায়রে ॥

ম, ভ, ব, ফ, প লাইয়েকপু মখোক্তা=খোইদৌ খুম্লো — খুম্লো ॥

ন, ধ, দ, থ, ত লাইয়েকপু থজিন্দা থম্লে, থজিন লকাবু লৌশাক্লো — শোক্লে শোক্লে ॥

ণ, ঢ, ড, ঠ ট, লাইয়েকপু থবাক্তা হাপলে থবাক পায়শে — পায়রে পায়রে ॥

ঞ, ঝ, জ, ছ, চ, লাইয়েকপু ওইথম্বা কমখোংদা থম্লে, কমখোং পায়শে—পায়রে পায়রে ॥

ঙ, ঘ, গ, খ, ক, লাইয়েকপু য়েৎলোমদা থম্লে, য়েৎকী কমখোং পায়রো — পায়রে পায়রে ॥

ঔ, ও, ঐ, এ, ঋ, ঊ, উ, ঈ, ই অ। য়াইবীশিদবা লাইয়েক ১০ বু শদোন লকাদা লৈকোই লৈথম্লে, শদোনবু লৈশোকশে — শোকশে শোকশে ॥

তাইবং ওইগদবা মশক তানয়েরে তিংলিরে তিংলিরে ॥

পিবুকনুংদা লৈওম্বিববু নোংদম্বনা লাইনিংবু ( নাওরেংবা মোইরিরি ) মিংহন্না মকপী নাক্তা কোঞ্জন্না যময়ম য়াইহিপ লৈতম্বীহুনা লৈথম্বীরে থম্বীরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা- হাইবীশে ॥

য়ায়া লাওনা শৈথুন্না হরাও মথোইনশিদো — য়া য়া লাওশে লাওশে ॥

পম্বৌ ইপানা নোংথৌনি, পলেম লৈমনা ইমানে ॥

কাংখুদেং মাইপাকপা নোংথৌ লাইরেমতগী করং লাইজ তাববু লাইজ চোম্না লৌশিল্লো, পোপ পোপ ইশুনা মরেক মহাও ইচাইরো কাহোইয়া — য়ায়া - য়ায়া য়া ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা পলেমগী পিবুকুংদা মক তাঙ্গা ইচুংদা থঙা ৫ লৈচংলেদো — চংলে চংলে ॥

নোংদম্বনা নোংদম্বীএ খোইবিনা খোইশেৎলে মমিংবু ( মোইরি রি শংথুপ্লন মিরেংচুং ) মিংহল্লে — হোই মিংহল্লে ॥

থাজা ৬ লৈহৌরে — হৌরে হৌরে ॥

মমিংবু নোংদম্বনা কুবিয়ে, ক্বিৎকোৎ শংবা কৌবা = নাওফম্না ফিশেৎ ওইনা শেৎপিদুনা মমিংবু ( মুবলাংঙাং মুঙাং নাওব্রা শংপাকুপ ) মিংছুমবিরে — হোই হোই ।।

থাজা ৭ লৈচংলক্লে মরুনা মুঙাং নাওরাবু মমিং ( হোয়ো অঙ্গ ) মিংছম্না কুন্দো — কুবি কুবি ।।

থাজা ৮ বু লৈচংবদা মরুনা পলেম মমাগী পিবুরুংদা নোংদম্বী, -- হাইবিও হাইবিও ।।

নাওব্রা শংপাকুপ নংনা তাইবং ইপোক খোংলম ওইনা থোকখিগদবা লিক্লমদি তাকে, লিক্লমদি মরি লৈবনি মমিংবু ( অচাওপুং, চাংদপুং, পুন্সিপুং, পোক্লপুং ) কৌবনি হাইদো — হাইবিও হাইবিও ।।

ওইথংবা ( পোক্লপুং হাইবা লিক্লম অসিদা খোঙ্গ মদুনা চংকদবনি, থোং মরি অসিগী লাইমিংদি ( সোং সোংদা হিলিবহো ) কৌএ নঙ্গী নমিংবু কোবো অসিদগী (সংথুপ থুপ্লাং ওরা ) কৌবগে তাকপাদো — তাকপীও তাকপীও ।।

অহুগা ঐনা লৈফম্লিবা খুদা যম্বী অসিদো ( মিহিং সং সংতা অপাম্বা ) কৌবনি, পরম অসিবু নংনা তাইবং ইপোক্লা লৈপাল্লবদা লিব্রম অসিবু থোকাওমদববদি নবু লাইনগু, মীনগু, শানাগু লাকচবা খুদুম চনবা ওমলোইদবনি কাওগনু কুন্দো—কুবিও কুবিও ।।

থাজা ৯ লৈচং লৈহোরে—হোবে হোরে ।।

পিবুরুংদা লৈবা নাওরা ( শংথুপ থুপ্লী ) কৌবনা চাগে থকে পোত্থাগে লৈথনবা তৌদনা তাকহম্বীবা লিব্রম্ব, পিবুরুংদগী মনুং মপানবু ফাওনা লৈয়েংদুনা মপুক শুম্রাংদা কুবি নোংদম্বা লাই নংবু থাগোম্নদুনা লৈওম্নুবগা মরুদা রাহোম্লকইদো হোই হোই রাহোম ওাব তাকপীও ।

মক তাইবং ইপাক্লা শাফোংদুনা ঐবু লৈক নোংদম্বা অসিবু কুবিগনু, ঐদি নথোংখাবু লৈখানদুনা চৎপগু ওম্লাই লৈকবগু ওম্লোই পাওশ হংদ — হোই তাকপীও মথংলেংনা ।।

মরুনা হাইয়ে নাওরা শংথুপ থুপ্লি নংনা তাইবং ওইনা শাথোক শাফোংনা লৈওম্নগু নংবু ঐনা থাদোক্লোই নঙ্গী হক্লা লৈমাং লৈমুংনদরিবা মখেগু নংবু শংদুনা ঐগু লৈওমগনি, নংনা ঐবু কাওগনু নংনা তাইবং শাযোংলবদা নঙ্গী নাত্তা। ইমিংবু শেম্বা বাম—লোইনবা শেম্বা ইতাও হাইনা মিংকৌনা লৈগনি নংনা ঐবু থাকৌবদি ইমিংবু ( উংঙা, হুঙা হংঙা ) হাইনা লাওরকও লাইয়েক অসিদো কাপেন্নু নখুংবাক্লা হাপ্লীবগে পাওশানা লাইয়েবপু হাপ্লীদুনা পায়হল্লেদো—পায়হনশে পায়হনশে হায়বিয়ো ।।

নোংদম্বনা কুবিদুনা তাকপীদো শংথুপ থুপ্লি তাইবং ইপোক্লা শাফোঙ্গদবা নং অসিগী হক অসি ঐ হাইবা মশক্কি শাদোং কাইবী ওইনা ফম্বাল্লা লৈগদবনি ।।

মহাক হাইবা ( শেম্বারাম ) কৌবনা নহাক্কি শাদোং ওইগদবনি ।। থাজ অসিদগী নঙ্গী

শাদোং ঐনা নখুপাক্তা হাপ্তুনা লৈশিন্নরবা অসিমি কোয়ৌ অশি দগী ভোংজল্লো লৈতাক লৈপিনা শাদোং ওইগদবগী মথক্তা থাজত্তুনা তোংহল্লেদো— কুবি মোংদম্বীরে মোংদম্বীরে ॥

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা থাজা ১০ লৈচংলে— চংলে চংলে ॥

নোংদম্বনা তাইবং ইফাওগদববু সেবরাম তুকুপ্পনা নাওয়োম্বীরে— য়োম্নে য়োম্নে ॥

খোইবিনা খোইশেৎলে— শেৎলে শেৎলে ॥

নাওফম্মা ফিশেৎলে—শেৎলে ॥

ঈশিং য়াবানা খোংথোক লিক্কম লৈফাৎলে ॥ খোঙ্গুম লম্বী লৈপিন্থনা শাথোক ফিদুপ শেম্বীরে—শেম্বীরে শেম্বীরে ॥

লাইরেম্বী মঙাইশা লুরাই শাৎলে, লুরাইগী শয়াংবু নখুৎবাক্তা কুপ্তুনা নমথোও—নমথরে নমথরে ॥

নাওয়েক্লে পুক পায়খো নাক ৪ বু লৈশুও—শুরে শুরে ॥

নাওয়েক ইহনবু লৈখাংবদা নিংশা ইশুল ফুহমল্লে হকচাং তানক তশোইরে—নিল্লে নিল্লে ॥

লাইমিংথোই মঙাইশা— করি হায়বনো ?

ইতাইরেল শিঙ্গী অরাববু লৈকোক লৈখাংদবা মাইগা মাইগা মাইয়োক্তুনা চুনৌও— চুনগে চুনগে ॥

লাইরেম্বী মঙাইশা নশাবী লাইবুধোগী লেংগান অনিবু পায়থুনা য়াল্লো— য়াল্লে য়াল্লে ।

লাইমিংথোই মঙাইশা ইতাইরেলশিঙ্গী হাংলম্বু নখুং অনিনা শুপিও নম্বীও নমগে — নমগে শুরে ॥

লাইরেম্বী মঙাইশা ননিং তেল্লা নয়াং থেরা নাংশংহ্ — থেক্লে শাঙ্গ ॥

লাইমিংথোই মঙাইশা ইতাইরোইশিঙ্গী নিংশা, নমনা কোংলোবু খুজেম্মা নয়া নাকয়েংপু লৈফাকশে — ফাক্লে ফাক্লে ॥

লাইরেম্বী মঙাইশা কম্মা তমুক্তা (ঞ ) হাইনা লৈশ শ — শংলে শ লে ॥

অদাং শয়াথোক শাফোংলে, হয়া হায়না ইমাইতা খোঙবেনশে, ও য়ায়া য়ায়ায়া — য়া-হো য়া ॥

লাইমিথোই লাইরেম্বী মঙাইশা -- হয়শে হায়শে ॥

তাইবং নাওরা অপিচানা মপোক শাথোংবন্দা লৈঙম উহয়ামবা মশকপু উহমদ্থনা রাং লেন তন্দুন অনবু মপুক লুয়াং ফানা লৈখন্দুনা লৈক্কবদগী মশাবা নোংদম্বু কাঞ্চনবগী তুংঙোম মুংশিজবগী মপুক পুয়াঙ্গা য়রাবু ইল্লংপুংদগী ইপান খোক্তা শাথোংলে — হোহ হোই ।

তাইবং খুজিনখাদা তানয়েরে, (উংঙা হুংঙা, হাংঙা) লাওনা থাক্নৌজৈদো, হিংখৈ অল্লম্বু জাবদা নোংদম য়াইবী কোন্দগী নোংদম্বনা শাথোক্লত্তুনা ( মশক লাবা অমোম্বু ) কোঞ্জন লৈথম

মিংয়েংনা তাইবঙ্গী মপু ওইগুয়া কোক্সুমা পৈজহবু থোক্লৌরেন্দো — হৌরে হৌরে ।।

লাইমিথোই মঙাইশা তাইবং পোকপা মমাবু থোইমা য়াম্না থাথরে — থাথরে থাথরে করিবু থৌগম লৈবনো ?

থাম্বী মৈহোবিহুনা মশা মউ লৈথিংবিবু ফগুমবা মৈমিল মৈশা লাংহনশে — হোই লাং-হনশে ।।

থাম্বী মৈহৌববু য়া য়া লাওনা পাওশানা হৌশিকো — হৌশে হৌশে পাওশাবীও ।।

ওকথ্ বী-ও মৈকায়ো তাইবং মমা মৈ য়াইহনগে ।।

ঐবু মৈকাম্ হাইবদি ইচিন তুম্মি মৈহৌররোই ।। মচিন নয়া তুম্নমগু মঙ্গী নথৌ নগম্মি কামদবা য়াদে মৈহৌনবা কায়োলাও

য়া হোইয়া। হো য়ায়া য়া য়া য়া, য়া হো য়া ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — হাইশে হাইশে

তাইবং পোকপী মমানা পারি মমোম্বু পোকউদা অয়া লৈথম তাম্হেংববু থাম্বী মৈয়াই মৈতিক্লা অয়া লৈথম লৈকোকৈ — কোক্লৈ কোক্লৈ ।।

অতুনুঙ্গী তাইবংবু কংলৈপুংগী তাইবংবু মৈতৈ মিংহন লৈরাং নৈদো হোই — মানে মানে নবুখৌ পাথংবা কোঞ্জন্ থোকপন্ থাম্বী মৈনি, — মানা হৌবা মৈরমদি লৈরম মচু ৯ নিদো — মানি ম'নি ।।

মৈচু মৈফম অনিদি অশেং থৌগমনাদেদে ।। লৈফম মৈফম অতুদি চাবোক নাওদা মৈয়াই-বা মৈ. চুকথা মৈথাবা মৈ মৈফম অনিবু মৈয়াইনৈদো, পুরম ইরাং থৌপুবদা মৈথাইনৈ — মৈথাইনৈ মৈথাইনৈ ।।

লাইমিথোই লাইবেম্বী মঙাইশা — তাকপীশে হায়বিশে ।।

পলেম মমানা মৈনিক মৈয় হনা লৈথাংবা নোংকোবৌ ঽ নি লৈগুনা পাম্বী মপানা পলেম মমাদা মক ইহুন্‌খিবা কোবৌ ন্নমিংপু তানফংনহুনা অয়ুক ন্নমিদাঙ্গী মতম অনিদা নাওরা ও পিচা তাইংবু ইপান মউ চুয়বা পুরুম লৈহুম্না নোংদম্বদা থৌনিশে — থৌনিশে থৌমিশে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী লঙাইশা — তাবপীও হায়বিও ।।

মথুং খুংফাংবু থম্বাল লৈনা চফু শাববু তমজনা উমহুমা থবক লকাদা লৈকম্ — থয়ে থয়ে ।।

নপুক ইক লাইতানা মোংদম্ববু থাগোম্না নশা নউ থেক্লা নৌনা শাকোইনা ঈপান মউ চাওনবা লুকয়া থৌনিশে — নিশে নিশে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা — তাকপীও হাইবিও ॥

তাইবং, নাওবাবু শাক্কোংদা নোংকোরো ১২ লৈতুরেদো নাওবাবু লেম্বা শাবা হক্তি পলেম মমাগী ঈমাংদগী শাথিবনিদো — মানি মানি ॥

তাইরংলক্কা লৈতিল ফম্বানমিন্নবা য়ানবা নাওবা অপিচাবু চংশেংনবা থৌপুনশে — থৌপুশি থৌপুশি ॥

মাওবা অপিচাগী লুরাইগী শম্নাংবু লৈফাল্লো — ফাল্লে ফাল্লে ॥

খুজিন ১০ বু ককপীশে — কক্লে কাক্লে ॥

মকোক মউবু ইতুম্না পলেম মমা মচাবু ইক মাইতানহল্লো — ইক মাইতানগয়ে ॥

মাংশোক খাথংবদা নাওবা অপিচাবু লুরাই মখা পাংনা মমাই নোংগোক পাংনা য়াহিপ ফম ফম তম্বীরো — তম্বীরে ॥

পলেম মমা মচাবু থিকশেং থাশেংবিও — থিকশেংলে থাশেংলে ॥

থিকশেং থাশেংলবদি য়ায়া তৌনা ইপুক হরাও তয়াম্না কোরৌহনবদা লৈনিশে — নিশে ॥

"হোই হোই য়া য়া য়া, হয়ুতে হোয়াতে হোই হোয়াতে ॥
তিং তিং চাওরো মুমিংনা কারিমথৈ
কাখংলো, নমথি হংঙাই কোকহল্লো
তিং তিং চাওরা, মুংশাও শারো মহৈ মরোং
চমহল্লো হৈরাং চুম্না পালহল্লো ॥

লৈরাং শম্না শাংহল্লো, হকপু পাঙল কনাহল্লো, ভীঞ্জেল লাইচেল তুমহল্লো, কোরৌহনবা ওাল্লকও, থরাইগী অমম্বা কোকহল্লো য়াহোই য়া ॥

৬ নং খেক্কো পাউশা শান্নবা

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মঙাইশা— তাকপীও পাউশাবিও ॥

নমু তাইবংগু শাথোকখবর, তাইবং ইপোবগু শাখোতুনা চরৈ খাংমে নমথাং, নমশা =তোলোক লৈবা খিবিকপু লৈতম গৌরোইরবনিনা বেরো অসিদি (খে.খ. পাউশানা) য়ায়া তৌনা হরাও তয়াম্নশিকো- হোই তহরেশ ॥

খেক্কোরে হোইরো হোইরো, হৈয়াশো খেক্কোরে খেক্কোরে খেখো লাইমৈ খেক্কোরে অচি চিরে চিচিরো হাসেং খেক্কো মখেখোং, খুয়োলও লৈখোংবাই, মরিও লৈয়াম্বী, চঙোল লিক্লা রাইবংথু কোকাই মোইদাং অয়াংঙা, হিথা থাউমৈ অচোংঙা খোইনৌও মাকরে কবোবুম মকারাম চঙনুবা লিও লিও ইপুক্লোই চনিংলোই, নকা ইকা খোংখিল্লোই ॥ খোইনৌও ভুথরোই, নাওবা গ্রথোয় খুঞ্জগে হে নাওবা শমদোন, থহাই য়াইবী লিখাও থাও ॥ কাবরেন খুজিন চু চু চু

শগোলতোংবা কাইয়ংবা, নংবু তোংবা য়াংদেদা লমগী পানা খোংশাংবী, নংবু শাইবা ভাংদেদা ইনিং ইমাং হাহৌনা খুবাক হাহৌনা, খিক্কোরেখিক্কোরে লাইরেন কোকপা খিক্কোরে, হে হৌ তানহে হৌ নে নে, নে নে নে ।। নহাক্সিংখোই পুংথুংখোই হোয়া লিংখোই খোই, ইতাং ই মুরাখোই হৌনশে হৌনশে, য়োইবু ব্রাঙম শুমাংদা শিঙ্গ্রেংনা মপান শারেদ শিঙ্গৌনা মথাং কারেদ নচি লাল্লোই অঙম্বা, নোংয়াই চরৈ অহনবা কদাইদা শাগবা স্না কৈথেল নিংথৌ-ও থৌডু মুংপাক ব্রায়েনবা কদাইদ তগবা ।। নোংপোক লৈমা ভামগী য়োইবু ব্রাঙম শুমাংদা তারবো তারবো হে হে লাইরৈমা চরৈ ফিগাও শাদুমা য়ারা রা য়াররো হে হে লাইরৈমা হে হে লাইমিংথোই কমরেং কামিন্নশিদ ।। অভৌবা হেকংদ লৈহৌবা চৌনেশে হৌনশে ব্রিব্রি পাউথেম ব্রি ব্রি ব্রি ।। য়েংওইননা ব্রি ব্রি ব্রি লাংশম কুমশিং লাংকম তোনবা থারৈ মরৈমাংদ অকুবা অকুবী সেনীমা লোইবী রিজসো মিরিখুম মিরিখুম হে হৌ ব্রিব্রিখুম খুম ।। শেঙ্গ্রেংনা মপান শারেদ নিংথৌ খুংশা মুরারে থেঙ্গ নম্বোল নোই নোই ইরাই থংবা মথংবা চংবী লোইয়া মরোইয়া লয়োই থরোই থজিকএ থজিক থজম চম চম ।। ছুংতরি য়েপশি ময়েপশি য়েংবু য়েংশে ময়েংশে য়েংনবু য়েংনা মথিশে য়েংনা লোকশে মলোকশে ।। তোংবদগী ভুমনা খোইজু তোলোকচিন্দরি কোলবদগী ভাখানা কোনবরৈ কানবা লাক্নবি লম্লাং পুঙ্গী কাকফেনা মনা ভুমাই শাদবি য়াঙ্কোক্লা মহৈ য়ান্দম্রি থেঙ্গও অঙাংপো, ইনম পোল্লি পোকদে ।। ওকথবী মৈকাম্নো ইচিন তম্ম লৈহৌরোই ।। করি শানো ? য়াঙ্কোক শানি ।। কনানা ফাই ? য়াম্বনা ফাই ।। লোম্নক লোম্নক খৌকরু খৌকরু ফদি যোৎচিন মফোৎচিন য়েৎলমদা লোম্নরু য়েক্ত হুজিন হুজিন হোইরৌ হোয়াশে ।।

লাইমিংথোই লাইরেম্বী মচাইশা — তাকপীশে ।।

খেবো লৈশাবক্ত শোইববনিনা নবুংভো নবেম্মা অনিবু কোবৌথক্তা লৈখিনগংশে লৈহৌ লৈথম্বারম্বা পবম থৌবম্ নিশিননা লৈহুন থৌথমবু থৌ বাইর নিনা - হোঃ মরু অনিবু লৈথিনগা লশি ।

## লোঙ্গাতোল পাউশা

হরাওবুঙ্গী লাইশং মকুংদা অমাইবী শনিক লাইনৌ তাবীগা হৈরোং লৈমা চরৈ ফিরৈমগা অনিনা শনিক নীকুনা থকথনচিরা ২ দা পায়রে ।। চিংখৈ মকুনা লাই পাথং পুম্ববু নাউশেল্লে ।। নোংদম শংলেন লৈপুবা তাংভখা মরিবনা লাইলৈমা পুম্ববু নাউশেল্লে ।। হৌজিক্তি তেংবানবগী মমা লৈশিরেনগা অতিয়া মক শিদবগা অনিনা থৌখন্দুনা উংলো য়াইরেন শিদববু কোরৌ নোঙ্গরগে খোংলেংথোক্ল, নঙ্গী নঙ্গী নখুংফা নৌ চৈঙাকপু ব্রাকয়ৈ মমাই চুমা থাঙমা ব্রাকয়ৈ হোল্লশিকো — হোই হোল্লশে হোল্লশে ।।

রাকয়ৈও রাকয়ৈও রাকয়ৈ নংবু হোন্দেদো
লাইমিংথোইবু লাইরেম্বীবু হোনবনে,
তরেংঙা — তরেংঙা ॥
য়াইবিরেম্না নোংলোন কাগে হায়রে
হাদ অপাম খাউপুবা পুররো পুরল্লো ।। থীং— সো ॥

## হরাও তয়াম্বা মতুংদা নোংদালাইনা শিন্তাকপা চংলম

হরাও তয়াম্বগী থৌরম্ব্ থৌবোইনত্তুনা খোয়য়ুম মথৈগু তাইবং মথৈগু মাগী মাগী মবাম য়াইদা লৈহন্নত্তুনা লৈগ্গরে ।। মৈতৈগু কংলৈ পিবা নোংদালাইনা মপাবি থুইয়োই তোমপোবপু পুগুয়ল্লগা নোংদম শংলেন্দা খোংচংলত্তুনা মচাবু নোংদম মক তাংথো মরিংগী মযল্লাংদা থুজেং পালোইমা লৈশিন্নে ।। নোংদম মক মবিবনা তাংজা লুক্লা ঙাইগাক রাথল্ল্বগা হাই, "নয়াথংবু কাইদনা থৌঙম থৌপুনজনি থংজউজবা লৈবা খিংকিপু শিন্তাক রাতাম্নত্তুনা লৈপু থৌপুনবা লৈশিন্নজনি." মকপী নোংদম্ব, তানফংবদা স্না পুক্লিং মুংঙাই তম্বাম্না লৈহল্লক্ল ।। মতুংদা এলুপ শখাইগী লুচিংবা পিবা মরিগা অশাই অশম পুম্বগা কুচু শংলেন্দা লৈফমত্তুনা পাউশানৈ ।।

মৈতৈঙ লুচিং পিবা কংলৈসনা থম্বাল লৈশংবনা হাইগম্মি, "মযম পিবা মবিমক নোং-দালাই ঐনা লৈজবা ইনুং ইতম অশিদা লৈবাক্কী চংলম লুপ্তিম লাইবকচন থৌপনবা থৌরম্ব্ লৈমাং লৈমুংনদনা লৈবাক অসিগী চংনবম ওইগদবনি. নঙ্গী নঙ্গী নথুক্তা লৈশিন্নবা লৈথম্মিবা হৌ লম্মাহমবা কংলৈপুংদা থৌগনবু থৌবম পুম্বা নং নংনা লৈশিন্নত্তুনা কংলৈ পুংদা থৌকানবা লৈশিন্নপদবনি, নং নঙ্গী থাগোম্নরিবা লৈফমগী রায়েন থৌদা পুম্বগু থৌঙম থৌপুগদবনি নং নংনা রায়েন থৌঙল্লক্তবদা কংলৈ পিবা লুচিংবনা রায়েন থৌয়েংশনগনি নং নংনা রায়েন থৌ-দানবিদা মথৈবু কংলৈ পিবনগু রায়েন থৌদাগী মরমদা খুৎ থিংজিন্নফরোইদবনি ।।

মযুম পিবা খুদিংনা মাগী মাগী পোত্লন শাৎপা খোয়য়ুমগীদমক্তা থৌগন পবম্ব, থৌপুনবা হৌ লম্মাহনবা অমমম্ব্ লাইরকচনগী লৈতম্লিবা লৈযম্ব, কংলৈ পিবনা লৈফম্ব লৈখংনা লৈথাই লৈথমগদবনি ।।

কংলৈ পিবনা এলুপ পিববু লৈগাম্লদা মনিং তম্নগু হাপফরোই, লাইবকচন চংলম্ব্ নামুং চংলম থৌপুনদববু লৈথি লৈয়েংনা পিবা লৈফম্ব, হাপকদবনি চাদ-নাঙদবু খাইযরোই পুগী অহনবু নমফদে নামুং চংলম নংত্রিশমথৈবু কাইফরোই ।।

চংলম রায়েম্না থৌকাইরক্লবা রায়েন থৌদানা লিচুম থৌপু রাঙম্নক্লবদি কংলৈ পিবনা লিচুম শবম্ব, লৈথিনা রায়েন থৌদা নোংদম্ম্ ।। লৈবাক্কী অফা ফত্তা থৌরম খুদিংবু থৌঙম থৌপুনবদা নোংদম শংলেন লৈপু লৈফম্বা মকপী মযাথংবু থৌরোনবগা থৌপুনগনি ।।

তামফংবদা তাইবং পুম্বনা মোংদালাইবু থাকৌনহনা কপ্পরে ।। ( লৈহ্নুং খুং খুং অচিবনা ) খোঙ্গারক্লুনা মচা ইবুংঙো কপ্পদু তাইবং পুম্বগু কপ্পুনা লৈবা মতম নত্তরে. হৌজিক্কি অশিরোই থৌরম্বু কাইদনবা ( চুকশা মৈথানবা ) থৌপুরো সনা হকচাংদি চংনা নোঙ্গ খোংলম তানগ্রবনিনা সনা পুক্লিংনা খোইদানখিবা পামেন ( পাঙ্গোং ) মিংহুলম্বা অসিনা সনা হকপু লৈশিন্না চুকশা মৈথানবা থৌপুনশে, য়োইময়াই মতমগু লৈখেংলে ।। পাউদাকপু থৌপুনা পামেন পাঙ্গোং অহুবু য়ান্দুনা লৈফম অহুদা চুক উয়ুং ৬ লৈয়ুংনা শিংখন ৭পু এলুপ শথাই ৭ না শিংহাপ্পুনা পাঙ্গোং উ অহুনা মৈতৈগী সনা হকচাংবু লৈতম লৈশানা মৈথানহুনা চুকশা মৈথারে, মচা ইবুংঙো খুইয়োই তোম্পোক্লা অশিরোইগী মঙম্বু য়াংলে ॥

নোংদম শংলেম লৈপু লৈফম্বনা থৌরম পুম্ববু শিন্তাতুনা মুংশি মুংঙোল মৈশা লাংববু থৌকাওনবগীদমক্তা নোংকোরো খুদিঙ্গী ( নোংচুপ মরু অশিবনা ) নোংদম্বা লাই তেংবানবা মপুগী মঙম্বু পাউশাত্‌না তাহল্লে ॥

নোংকোবো ৬ নি লৈশুবদা ( শোবা লুথাংথো ) থৌঙম থৌপুবা হাইনা মৈথাখিবগী ( উৎপু ) লৌহুনা খোয়য়ুমগী থুবম ইশেং মরু ইকোন্দা থাদহুনা থৌপুরে ।। নোংকোয়ো ৯ নি লৈশুরবদা ( ইয়ুম এলুপ য়ুমশেং ) থৌপুহুনা উক্রোং মঙমগী পোৎলম্বু থৌরাংবা লৈহৌরে ।। নোংকোরো ১০ নি লৈচংবদা অশিরোইগী উক্রোং লৈহোংনবগী য়ুমথোং খুদিংদা পাউচেন্দুনা মুংথিল পোশ্তা লৈহুনবদা নোংচুপ মরুনা নোংদম্বগী মতিক মঙম পাউশাববু থোরোইশিন্দুনা মতুং নোং কোরোগী উক্রোং লৈহোংবদা লৈহুন লাঙ্গদবব্‌ শেমগৎ শাগৎনহুনা অরাৎ অপা লৈথিনরে ।।

## শজিঙ্‌ ২২ নি পানবা নোংকোরো থাজগী থৌরম

থৌরাংলিবা পুম্নমক্কা লোইনহুনা চেং, থোইদিং, তিংথৌ ময়োন লৈশাৎপা লৈনা অহুম পানবা, হৈ-লৈ পুম্নমকপু থিকপেং ইচাইথোক্লুনা মৈশেং মৈরা থান, মেক্রু নৈথু লাংনা নোংদম মরু মরিবনা লাইমিং লাইবা লাইশোন্না তেংবানবা মপু ( উংলৌ য়াইবিরেন শিদবগী ) মফম্লাংদা লৈহুন লৈরাংনা লৈকৎলে ।। মতুংদা পালেম ইমানা ৫ জা ১০ নাওপুরকপা, পাম্বৌ ইপানা থাজা ১ নাওপুবগী পারম থৌরম্বু লৈথি লৈয়েংনা মিংহুন লৈহুনখিববু পাউশানা নোংদম্বগী হৈমল লৈমনবু শথাই নাইনা লৈতম্না থাইহুনা থলাই য়াইবীগা লৈতিন্নরকপা খোয়য়ুমসিঙ্গীবু মাইয়ো-কথাবু লৈরাংহন্না লৈথিহুনা লৈহন খোংলম্বু লৈতাক্লা লৈথিন য়াংলৌবু লৈতাক থোপু থৌহৌরে ।।

## লাইমিং লাইবা য়াংলৌ

হয়ম হোইরৌনগে তোম্বাননা লৈহন্নরো হোইরো হোয়শো ইকশো ।। থরাই মঙামক মিপা থানা ৬ মক হয়ি অহুমমক থরাই য়াইবিরেন শিদবা তাইবং ইপোক্তা শাথোক্লকবা নংবু শজিভু

থাজ্বা ২২ নি লৈপাক কোরৌ অসিবু থাংজ কৌবা তাইবংলক্তগী লৈমাং লৈমুংনখিবা কোরৌ শি থেক ১১ নি লৈচংলবগী অয়ুক্কী কোলুপ মকাপ মরুনা থৌখন লৈচংবা মতম অশিদগীবু থৌ-হৌনা লৈমিন্নগে নংনা তাইবং ইফাওবদা থাকৌজবা মিংথৈ ( উংঙা হুংঙা কংঙা ) হাইনা থা-কৌখিববু নিংশিলো ।। নংবু তাইবং ইপোক্তা শাদোংনবা ইম্বোক্লকপা লৈফমদি পলেম ইমাগী ( মিউবীদগী ) মরুনা নংবু ইম্বোক্লকপনি লৈফম অসিদা ইমফিল্লগে লৈচংলো ।। নংনা তাইবং মপোক্তা শাথোক্লম্বদা চাউম থকউখিববু তানফংবা হৈ লৈ, চেং থোইদিং অশিনা নংবু শিম্ভাক নোংদম্বীরকপা পুম্নমক্কী মাইয়োবথাবু হৈরাংনা লৈচং লৈহুম্নবা থৌগুরো নংনা লৈহৌরকপা লৈ-ফমদা লৈতিনববু তানফংনবা লৈথিল্লগে লৈচংলো ।।

হে মক নোংদম্বা নংনা ইম্বোরকপা য়াইথীরেন শিদবা ( সেম্বরাম তুকুম্মনা ) নাওয়োমখিবা থোইবিনা থোইশেংনখিবা, নাওযম্না নাওয়োম্বীহুনা. ইশিং য়াম্নানা থোংথোক য়াংলম্ব লৈফাং-হন্দুনা তাইবং ইপোক্তা ইফাওনকবা থরাই য়াইবিরেন শিদববু নঙ্গীদমক মাইয়োকথা হৈ, লৈ,- চেং-থোইদিং তানফংবা থরদং অশিবু লৈহুঞ্জহুনা নফম্নাংদা লৈহল্লক্লে, লৈতিনফমদা লৈতিঙ্গগে হাই-বগী কোঞ্জল্লো ওরা ।।

২ নং পলেম ইমাগী পিবুক্কুংদবু ( শংথুপ থুপ্লি ) মিংহুনবিহুনা য়াইবিরেল শিদবা নংনা তাইবং ওইনা শাথোক শাফোংনথ্রবদা নংনা কাইদোংলিবা হক অহুনা লৈমাং লৈমুংনদম্বিবামথৈবু থরাই য়াইবিবেন নংনা কাইদোং ফম্বাল লাংথ্রবা ফাওবদা নঙ্গী কাইদোং ফম্নেন ওইরম্বা হক অহবু লৈশংহুনা ইমিংবু ( শেম্বা দেব রাম ) কৌনা লৈঙমগনি থৌয়াখিবা নঙ্গীদমকপু নোংকোরৌ অসিদা তানফংজবা চেং লৈ হৈ অশি থরদংবু মাইয়োকথানা নফম্নাংদা লৈহন লৈচংজরি কুবিও লৌবিও (শেম্বা দেবর ম ) কৌবা ওরা ।।

৩ নং পলেম ইমাগী পিবুক্কুংদা লৈঙম্নকপবু থাজ ৮ লৈচংনরক্লবদা এগী থোংথোক লম্বীবু লৈতাকপী, নংনা লৈঙম্লিবা লৈফম অসিদো ( উন্দ্রা ) হাইবা লৈফম অহুনি, ইপাবু ইপুবু শাথোকপীবিবা মকগী খুম—যথিনি, লাইমিংবু মিহিং সং সংদা অপাম্বা ) কৌএ ।। লৈফম অসিগী মপাদা থোংথোক য়াংলম মরিবু লৈয়াংলি মহুদি অচাওপুং চান্দপুং, পুন্সপুং পোক্লপুং হাইনা লৈদো ।। থেং মরি অসিদগী পোক্লপুং কৌবা অশিদা শাথোক থোংলম্বু ওইন থোকওম্বু গোংবু লৈহাঙ্গদবা রাদি ( শোং শোংবা হোলিক হো ) লাইম্নেক য়াহানা থোং হাংহুনা লৈথোক্কদবনি পাউশাবিবগীদমক্তা হে মক নঙ্গীদমক্তা তাইবং শাথোক্লবনা তানফংজবা অচা অথক থরগা লংহিং লংফাই অসিগনা মাইয়োক থা লৈরাংনজরি লৌবিও কুবিও ওরা ।।

৪ নং থাজ ৭ লৈচংলকপদা ইমিংবু ( হোবে অঙ্গ ) মিংহুম্না লৈথম্বা মকগী মাইয়োক লৈরাং লৈহুন তমজগে কুনি নোংদম্না লৌবিও ওরা ।।

৪ নং থাজা ৭ লৈচংলকপদা ইমিংবু (হোরে অঙ্গ) মিংহল্লা লৈথম্বিবা মরুপী মাইয়োক লৈরাং লৈহন তমজগে কুপি মোংদম্মা লৌবিও ওরা ॥

৫ নং পলেম ইমাগী পিবুক্‌ংদা লৈওম্বা থাজা ৬ লৈচংজবদা তাইবং মপোক্কা শাথোক শাকোক্লবা থবাই যাইবী ঐনা কাইদোংকম্বাল লাংওম্বা হকপু (কিকোৎশংবা) কৌবা নাওথম্মা কিশেংপীহল্লা ইমিংবু (মুবা লাংঙা নাওরা শংপাকুপ) লৈহল্লা লৈথম্বীহনা নাওবোনবীবগীদমক্পু মোংকোয়ৌ অশিদা তানফংজবা চেং লৈ, লংহিং লংফাই খ্বাংশেং নমথাং অশিবু মাইয়োক খানা লাংজবা লৌবিও কুবিও ওরা ॥

৬ নং থাজা ৫ লৈচংবদা থবাই যাইবিরেবা ঐনা কাইদোঙ্গদবা হকপু খোয়মুম ৯ না লৈ-কংনা লৈথম্মবু থোয়াবিহনা মরুনা ঐবু খোইরিনা খোইশেংপীহনা ইমিংবু মোইবিরি শংথুপ্লেন মিরেংহু লৈহনবিহনা পলেমগী পিবুক্‌ংদা নাওকোনবিরক্লবা মরু নঙ্গীদমক্কা মাইয়োকথাবু লাংজগে অহমুক্লীবু চেং থোইদিং লৈ, চৈ, তিংথৌ, লংহিং লংফাইনা খ্বাংশেং নমথাংবু লৈতম্মা লৈহন লৈরাংনজরিএ কুবি মোংদম্মা লৌবিও ওরা ॥

## থাজা ৪ লৈচংবগী থোৱম্‌ থৌশিল্লে

লুক্লেন ১১ লৈখানা চেং লৈ লৈহাপ্পহনা মৈশেং মৈরা থান মেক্রুক মৈথুলাং ঈশেংবু তুম্মদা ইহাপ ঈতৈ নহনা লংহিং লংফাইনা খ্বাংশেং নমথাং লৈতম্মা হকপু শাম্বং শেমগৎপা খোয়মুম ৯ গী লৈযমদা লৈচং-লক্লে। হে মরু নোংদম্বা মঙ্গী নফম্মাংদা তাইবং ওইগদবা মশকপু খোয়মুম মতান চাওবা মতিক লৈং-৯ নাতারহনা মাগী মাগী মথৌ মওম্‌ থৌওম থৌপুনহনা পলেমগী পিবুক্‌ংদা লোইদাম থাজা অহম্‌ লৈচুপ্পা শাগৎ শেমগৎনা থাজ মরিবু লৈহৌবা হুপিত্তা খোয়মুম ৯ মরু নফম্মাংদা লৈওল্লবনা নোংদম্বা নংনা খোয়মুম্শা তাইবং ওইগদবা মশক অসিদো (প রা; পা-পা = অঙ্গো অঙাবু) লৈয়াংহবি তান লৈয়েদে কিংলি যাংলিদে ঐব কমক্কী শাইবা হাকংদা খোয়মুম ৯ না পরম থৌওম অশি নোংদম্ব নংনা যাম্পীবগা থবাই যাইবিবেনবু লৈহাপ্পীগদবনি পাউম না লৈশিন্নবদা নোংদম্বা নংনা থোয়াদিহনা তাইবং মশক শেমগৎ শাগৎলকপবু (পা. পী) ৫ নোংদম্মা লৈয়াম্পীহনা হবী মহুংদা থাবাই যাইবিবেন ঐবু লৈহাপ লৈপমম্বিহনা নফমাংদা লৈথম্বহনা পাংশা থক পরম থৌবম পুম্ববু লৈতাকপীহনা শাথোক্লরেদো নয়াথংনা কুবিবা ঐগী কাইদোং হৰা লেমাং লৈমুংনখি বনা ঐগী নোংদম কাইবু লৈওমদবনা নফম্মাংদা লৈচং লৈংল্লাক্লে ঐনা তৃশৈল শাথোক্লবদা তানফংবা মশক থরদংবু নঙ্গীদমক মাইয়োকথাবু লাংজরি লৌবিও কুবিও উংলেহিংযা ওরা নফ-ম্মাংদা চংজগে ॥

## হক শেম্বা লাইবুংথৌ ৯ দা মাইয়োকথা পরম

পন্থৌ ইপানা পলেম ইমাগী লৈকমদা ইরিঙ্গী মশক ওইনা পুওম্লহনা লৈশিন্নওদা ইরিক্লা

নাওয়োমহুনা পুওয়ক্লিবা থরাই য়াইবিরেল শিদববু মমিংবু ( নিঙ্গোত্তিনং ) মিংহুন্না রে হাইনা লৌশিলহৌদু-ণ লাংবুং মনিকসনানা য়োমহুনা ইমাগী লুপাগী তেঙ্কোংকী মঙুংদা হাপ্তুনা থমহৌ-রেদো পলেমগী পীবুক্কুংদা ইরিক্লা নাওয়োমহুনা থরাই য়াইবিনা লৈববু হক্কুংদা লৈবা খোয়য়ুম ৯ না উদুনা থরাই য়াইবিনা কাইদোংনবগীদমক্তা ইরিক অদুনা তাইবং হকপু শেমগৎ শাগৎনবা লোইদাম থাবুং অহুম্ব, লৈচুপনা শেম্বী শাম্বিবা খোয়য়ুম নখোইগীদমকপু তাইবং হৱা লৈমাং লৈমুংখিবা অসি নোংকোরৌ ওরামথোইদি লৈগুবা কোরৌদা মাইয়োকথা ভানযংবা চেং, লৈ থরদং লাংজরিএ থরাই য়াইবি ঐনা লৈংলকপা অসিদা নখোই পুম্বনা কুবিবা ওইবিও ।।

১নং ইরিক্লা ভিং পোকএ, ভিংবু শেম্বা লাই ( হে তাওরোই লাই (তিন তরেং তিন তরিং) কৌবা লৌনিও ওৱা ।।

২ ভিংনা লু পোকএ, লুবু শেম্বা লাই হে মার্জিং ( ভিনকাপ হোথাতো ) কৌবা ওৱা ।।

৩ লুদগী ভোং পোকএ, ভোংবু শেম্বা লাই হে নোংপোক ( এরং ) কৌবা ওৱা ।।

৪ ভোংদগী ঈ পোকএ ঈবু শেম্বা লাই লৈমরেল খুংলোংবী ( চিরিও কাতু কাঞ্জরি অরিয়া থকুংনপ ) কৌবা ওৱা ।।

৫ ঈনা কু পোকএ কুবু শেম্বা লাই সনা কোঙলাংবা ( শেনচেং চেংবা ) কৌবা ওৱা ।।

৬ কু—উন্না কুবাম পোক্লে কুরাম, কুরাংপানবু শেম্বা লাই থাংজিং ( য়োক ঠাং রাই কোংটিং ) কৌবা ওৱা ।।

৭ কুরাম্বান্দগী তু পোক্লে, তুবু শেম্বা অতিয়া শিদবা ( ঠুপ্রাং মকবা ) কৌবা ওৱা ।।

৮ শিংলি নাওরি শেম্বা লাই হে কৌক্র ( ওম ওম ওম চিরিং জি ভি ) কৌবা ওৱা ।।

৯ শুমরুবু শেম্বা লাই মুংশিং শিত্ত লেংনবা ( লৈমাওএ ) কৌবা ওৱা ।।

৩ ল-ন-চি লাইয়েক মরিনা লুরাই কোহরেল হাপ্লে মরেলবু ৭ লৈশানা ।। ক-হ লাই-য়েক অনিনা মিৎ অনিবু হাপনখিব ক-হ লাইয়েবপু হক্কী লৈফম খুদিংদা শিন্দুনা হাপ্লে ।। হ ক লাইয়েক অনিবু থবাক লৈমনদা লৈহাপ্তুনা ( থিরাক নোংখুমগা পৈগা ) পাপ্লে ।। ও লাইয়েকপু লৈহাপ্তুনা থুংকি শকপু শেমহুনা শ==বেং লাইয়েকপু উন্ত্রা= খোইদোদা হাপ্লে ।। স=লৈতম্ববু হাপ্তুনা মীংশা হাপ্লে ।। ঙ-লাইয়েকপু লৈহাপ্তুনা খোঙ্গী মশকপু পান্দুনা তাইবং হকপু শেমগমহুনা চেংবানবগী তাইবংপান্দা শাথোক শাফোংনখিবা হৱা লৈমাং লৈমুংন-খিবনা থরাই য়াইবি ঐগী কাইদোং কাই ৯ বু লৈওমদবনা ঐবু লৈতিনফমদা ভিনওমবা হনও-য়ক্লে ঐনা লৈকুয়কপা খোংলম্ব পলেম ইমানা লৈভাক লৈতিনবিববু কুবিং ।। থরাই য়াইবি নংবু পস্থৌ মপানা নমা ঐভোন্দা লৈশিল্লম্বদা নমা ঐনা ( পারি ) য়াইবি নংবু ( বে ) হাইনা কৌশিন্দু-ণ রো হাইনা নাওবোন্দুনা নমিংবু ( নিঙ্গোত্তি ) লৈহন্না নমা ঐগী শিহেম পিবুক্লদা

১। কৌক্রুনা নোংদম য়াইবিকোন্দা লৈথিনবা :- হয়ম উংলৌ য়াইপিরেন শিদথা নোংদম য়াইবিকোন্দগী শাথোক শাথাইনথিবা থরাই য়াইনিরেল শিদকবু নোংদম থৌদাবু থৌরোহরম্ফুনা লৈহল্লক্লে লৈতিনকমদা লৈতিল্লগে, লিক্লাপুনগী মন্নুংদা চোংশিনবু তানফংজগে হাইদুনা নোংদম্বা নঙ্গীদমক্তা তাইবং পান্দা চাঙম থকঙমথিবা তানফ ন মশক থরংবু মাইয়োবথানা লৈচং লৈহল্লকপবু নোংদম্বনা লৈতিনবা লৈফমদা তিলহনিরো লিক্লা পুনগী মন্নুংদা চোংশিনববু তান-ফংবা কুবিরো তিংথৌ মতোন্দা লৈরোংচৈগী লাইয়েক ( ম ব ও শ-ক ন ) বু লৈহাপ লৈপিনা কুবি নাওকোনবিরো ( পোংলম্ম, তুপবা, উং লৈহিংফা ) ওরা ।। মিতোংলেন লৈফা ওয়ে ওরা ।। লুম্লেন তুথবা কু নোংলুম ওরা ।।

লৈকং লৈতিনবা লোইদুনা নোংদম্বগী মাইয়োকথা লুপ্পনবু যিশেং নমথানা কুপশিল্লগা লুতিল লৈজন লৈরাংবু থৌপুনবক্লে ।। মচা ইবুংঙো থুইয়োই তোম্পোক্না লৈরাংবু থুজোক অমা পায়দুনা ( মঙাং হৈথোং হৈঙাং লালিং ওরা ।। মতুংদা অঙম অথৌ অশাই অশম এল্লুপ শথায় পুম্বনগু লুতিন লৈরাং লৈহন্দুনা নোং কোরৌ ১১ নি গুবগী নোঙ্গারোন উক্রোং লৈহোং-ববু থরাই পিচানা শাথোক্লবা অহিঙ্গী কোলুপ্পা লৈহৌরবদা লুক্রন লুকমনবু মংলেন্দা লৈথিল্লদুনা মচা ইবুংঙোবু মুংকেং পাত্তা ইরু মাইতানরগা মরুনা থিকপেং ইচাইবিনা অঙম অথৌ অশায় অশম পুম্বগা ফম্বান লাংমিম্নদুনা মথল মথা পাউশানদুনা অরা লৈকোক্লখি ।। হয়ম হয়াহে ।।

---O---

## অইবগী ফোঙ্গংবা লাইরিকশিং :—

১। মুংশি-পুন্সি
২। নোংখাই পুয়া ( অমাইলে ন )
৩। খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া অহানবা শরুক
( হয়মদগী হয়িচক ফাওবা ) [মমল লুপা ৮০/-
৪। খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া অনিশুবা শরুক
(হয়াচক্কী খুম্নচক ফাওবা) মমল লুপা ৭০/-
৫। খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুযা অহুমশুবা শরুক
( লাংবচকি নোংদলাই ফাওবা ) মমল লুপা ৭৫/-

## অইবগী ফোংলক্কদবা লাইরিকশিং :—

১। লাই হবাওবা
২। পোম্বী লাং
৩। লাইমিংলোন
৪। চিংলোন লাইহুই
৫। মুংজেং থাংলোন
৬। মথৌ য়াঙ্গেনবা
৭। খম্নুং য়াঙ্গেনবা
৮। মৈতৈ লুহোংবা ( মখল অনি )
৯। নাওদা পুয়া (পোকপদগী থৌবম অশুবা)
১০। বাপু খুম্বোক্লোন
১১। মাইচৌ লাংওন
১২। খয়ায়োন
১৩। থাঙ্গ চিঙ্গোইরোন
১৪। হৈবোক চিঙ্গাইরোন
১৫। খুথিল্লোন খুৎপায়
১৬। যুমশারোন

খম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়া খুইয়োক্ত তোমপোক্কী মথং মথং ভোল্যুম রাইজ ওইনা
দ ফাওবা অথুবা মতমদা ফোংলনি। মতম ঙাইবিয়ু।